# শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দ অষ্টকাললীলা

১০৮ মহা মহিম শ্রীলশ্রীযুক্ত কৃষ্ণদাস বাবাজি মহারাজ

গোবর্দ্ধন মানসিগঙ্গানিবাসী সিদ্ধ বাবানা লেংখিরবা।

১০৮ শ্রীলশ্রীযুক্ত সখীচরণদাস বাবাজি মহারাজগী

লেনবিনবগীদমক, শিষ্য তোনবদগী হেয়া তোয়বা শ্রীরাধাকৃষ্ণদাস

হায়না নাম কংজরবা

শ্রীহাওবম কুলবিধু সিংহনা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

[ খণ্ড পুরনক তায়বা ] মমল লুপা ১৭.০০

# ভূমিকা

শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দজি অষ্টকাল লীলা গুট্রিকা অসি তোল্লবা পাপচেল্লবা ননাই ঐগী পুর্ব্বাশ্রমগী ইবাই শ্রীযুক্ত হাওবম কুলবিধু সিংহ হৌজিক্তী—শ্রীরাধাকুণ্ড নিবাসী ( বাস তৌহুনা লৈবিরম্বা ) কাছারদগী লাকপা ১০৮ শ্রীল শ্রীযুক্ত সখীচরণ দাস বাবাজি মহারাজ, অষ্টকাল লীলা ভজন তৌহুনা কুকা চংহুনা লৈবিরম্বা মহাত্মাসিগী ( চেকলা ) শিষ্য ওইহুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ দাস বাবাজি হায়না গুরু কৃপা ফংবিগ্রবা শ্রীলশ্রীযুক্ত রাজাত্তম্ব্রসিংহ হায় ইংলিস স্কুলগী হেড মাষ্টরস্থ ওইবিরম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণদাস বাবাজিনা, অসি-গুমলবা মমল নাইত্রব। অমত্তা ঙাইরবা ১০৮ মহামহিম শ্রীলশ্রীযুক্ত কৃষ্ণদাস বাবাজি মহারাজ গোবর্দ্ধন মানসী গঙ্গা নিবাসী সিদ্ধ বাবাগী শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দজি অষ্টকাল লীলা মৈতৈ লোন্দা অর্থ হন্দোকলবা মমল নাইত্রবা গুট্রিকা অসি থরাই হকচাং কৎগ্রবা গুরু মহারাজগী প্রীতিগীদমক কৎকে ফোংগে হোৎনজবদা থবক মখাক থম্বীরমলগা পরলোক ফংবিখরে। মশানা শিগ্রবদা ফোংগদৌরিবা গুট্রিকাগী ভূমিকা ইগনি হায়রগা ইবিরমত্রহুনা; ননাই তোল্লববু, অহল-লমন, মরুপ মপাং ইচিন ইনাও থিবিক্লা নির্ভর (ননাই তোল্লবদা ইম্বোকপিহুনা) তৌবিহুনা ননাই মহামুর্খ. অধমনা থংজবা, তাজবা, গুরুজন বৈষ্ণবশিংনা লিবিরম্বা রারি থরদং ভূমিকাদা য়াম্না শম্ন লিজরি। রাফম অসিদা ননাই তোল্লববু বৈষ্ণবশিংনা দশ অপরাধ পিনবিরোই নিংজৈ, রাফম অসি ইতিক নচ্চদবা অমনি অহুগা দশ অপরাধ থিবিক, অকি অথং চিংনবা থিবিক, রাখল অরাবা খিবিকপ্ন বৈষ্ণবকী কৃপা, দয়ানা থাদোকচরগা গুট্রিকা অসি চৎপা বৈষ্ণবশিংগী ননাইগী ননাই অমুকস্ন ননাই ওইহনবিয়ু। ননাই তোল্লবগী পাপকী মপৈনা তিল্লবা থম্মোইদা (হৃদিদা)

বৈষ্ণবশিংগী কৃপানা এতুম মচিন্দ পকপা লৈপাক মচেৎ অমগী প্রায় নিংশিংজবা পিনবিয়ু। ননাই মুর্খনা তাজবদা শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মনাই ভক্ত, বৈষ্ণবকী গুণদি মহাপ্রভুদগী হেন্না কৃপা দয়া লৈ হাইনা তাজৈ ১মুং ব্রহ্মাণ্ড অমবুসু লাম্বোকপিবা ঙমই হাইনা তাজৈ। অহুগুম্বা বৈষ্ণবকী চরণগী রেণুবু মতম থুদিংদা নিংজরি।

সিদ্ধ বাবা :— উরিয়া লৈপাকীনি গোবর্দ্ধন মানসিগঙ্গা বাস তৌবিখি। গুরু কৃপা দাস্যনাম ১০৮ মহা মহিম শ্রীলশ্রীযুক্ত কৃষ্ণদাস বাবজি কৌই।

সিদ্ধ বাবাসি :— মানসগঙ্গাগী ঈশিং মনুংদা সুমিৎ ৭নি নাম মালা পাইহুনা খোংগ্রাই চন্দুনা কমণ্ডুনা ময়াইদা লৈরমই সিদ্ধ বাবাগী হকচাং মিৎনচিংবা হকচাংগী মকম কয়া মক্কম ওানা, খেঙ্ঙুনা শেত্তুনা চাখিরমই অদু ফাওবদা খোংগ্রাই চন্দুনা ঈশিং মনুংদা লৈরমই, শিষ্য সেবকনা ঈশিংদগী পুথৎলবা মতুং নোংম নিনি লৈরগা হকচাং থাদোকপিখি ; সিদ্ধ ওইখিবসি জলকেলিদনি। ইবুংঙো ইবেম্ম জলক্রীড়া শান্নবদা ইবেম্মগী খুদোপ তাহোরে হাইনা ললিতাদা য়েংলকই, ললিতানা সিদ্ধ বাবাগী মঞ্জরীদা য়েংলকই ইঙ্গিৎ অসিদা হকচাংগা লোইননা ঈশিংদা খুদোপ থিবা কুমখি। হাইরিবা বাবাসিনা থম্বীরমই ১মুং বাবামক সিদ্ধ দেহ ফংবিখি।

য়ারি অসি নাত্তি চেকলা (মগু) ১০৮ শ্রীল শ্রীযুক্ত নিত্যানন্দদাস বাবাজি মহারাজনা লিবিরমই।

শ্রীনিত্যানন্দদাস বাবাজি মহারাজ গোবর্দ্ধন মানসিগঙ্গা সিদ্ধ বাবাগী সমাধি মন্দির বাস তৌবি। বাবাজি মহারাজগী চেকলা শিষ্য শ্রীগোপীদাস বাবাজি মহারাজনা মণিপুরদা গুটিকা পুরক্কুনা থমখি।

•

ননাই তোল্লবনা তাজবদা গুটিকা অসি ব্রজ বৃন্দাবনগী লম্নী, যমুনা ম্নাংমা লানবা ম্নাদে হাইনা বাবাজি মহারাজনা তাকপি। অসিগুম্বা গুটিকা শ্রীগোপীদাস বাবাজীনা ছহুনা পুরকখি। শ্রীগোপীদাস বাবাজি সাধনা ১নং ভক্তি যাজন অমনা পুংঙাও ঙাওখি। ঙাওনা ঙাওনা গুটিকা খাদোক্তনা মণিপুরদা লাক্তুনা শিখি। শ্রীগোপীদাস বাবাজি অসি অহন্থেম লৈকাইগী পুপ্রম্বম শ্রীযুক্ত তোম্মু সিংহগী ময়াম্বনি।

গুটিকা অসি মণিপুরদা ফংবনা শ্রীযুক্ত তোম্মু সিংহ শ্রীযুক্ত অহন্থেম যুগীন সিংহ শ্রীযুক্ত খুম্মুকচম অমুবী সিংহ লিপা অছন অসিদগী ফংজৈ' অনুবাত মৈতৈ লোন্না পুথোকচবনা শ্রীযুক্ত হাওবম কুলবিধু সিংহনি। হৌজিক্তি ১০৮ শ্রীল শ্রীযুক্ত সখীচরণদাস বাবাজি মহারাজগী শিষ্য ওইব্রে, মখাম্ন খুপব্রে। খুপব্রবা শ্রীরাধাকৃষ্ণদাস বাবাজি মহারাজনা মথন্নাই কৎচন্নবা, হুংশিজরবা গুরু মহারাজদা গুটিকা কোংজরি:— অসিগুম্বা গুটিকা বৈষ্ণবশিংনা হুংঙাইবিগনি, পেনবিগনি নিংজৈ। বৈষ্ণবশিংনা পেনবিরগা থবক পাংথোকপা ঙমজখিব্রবা ননাই শ্রীরাধাকৃষ্ণ দাস বাবাজি মহারাজবু শিখ্রবম্নু, গুরু বৈষ্ণবকী সেবাদা মপুং কাহনবিগনি হাইনা হন্না হন্না লৈমাইদা গরা গড়ি ওন্দুনা অষ্টাঙ্গ দন্দবৎ প্রণাম কৎচরি। পিবিবা ঙম্বা গুরু বৈষ্ণবকী পাদদোকপু আশা তৌজরি।

শ্রীচরণকমলেষু
অধম পামর দীনতম শ্রীসনাতন দাস
রাধাকুণ্ড নিবাসী।

# অফোঙবগী ৱাহৌদোক

শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দ অষ্টকাল লীলা কোৱা লাইরিক অসি ঐগী ইপুরোইবা শ্রীরাধাকৃষ্ণদাস হায়না ভেকনাম কংবীরবা ৺হাওবম কুলবিধু সিংহনা মৈতৈরোলদা হন্দোকপীরম্বনি। লাইরিক অসি বৈষ্ণব সমাজদা পুথোকচননবা য়াম্না কন্না হোৎনজরম্বনি। অদুবু পুন্সি ভেনবনা পুথোকপা ঙমদনা ইহলোক থাদোকপীখরে।

তোনবদগীসু তোল্লবী করিসু খংজদ্রবী ঐনা, ইপুরোইবনা নিংলম্বা আশা অসি থজিক্তুং ওইরবসু পাংথোকচবা ঙমজরবদি সেবা মখল অমত্তং ওইগত্রা থনবদগী ইতিক ইপা চাই চাদে খংদনা লাইরিক অসি কোংবগী থবক অসি পায়থৎচরুবনি।

লাইরিক অসিনা কনাগুম্বা বৈষ্ণব অমতংগী পুক্নিংদা থজিক্তুং ওইরবসু কৃষ্ণভক্তিদা তেংবাংবা ফংলে হায়না থনবীবা য়াওরবদি মদুগী মহৈদি শ্রীগোবিন্দগী চরণদা য়োৎখিসনু হায়না তোল্লবীনা খুরুমজরি। অদুগা, লোয়ন-লোয়ননা লাইরিক অসিনা বৈষ্ণব সেবা থজিক্তুং ফংজরবদি স্বর্গীয় বাবাজীগী আত্মাশান্তি ফংবিবসু ওইহন-বিসনু হায়না শ্রীগোবিন্দগী চরণদা প্রার্থণা কচ্ছরি।

লাইরিক অসি কোংননবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা লুপা লাশীং অমা মতেং পীবিবগীদমক একাদেমীগী মফমদা তৌবি-মল থংবা উচ্ছরি।

রাধাকুণ্ডনিবাসী শ্রীল শ্রীযুক্ত সনাতনদাস বাবাজীনা লাই-রিক অসিগী ভূমিকা ইবিদুনা অরাবা লৌবিখিবগীদমক শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিনজরে। অদুগা ব্রহ্মপুর নহাবমদা লৈবা পণ্ডিত প্রবর শ্রীযুক্ত অরিবম ব্রজবিহারীশর্ম্মা কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থনা সংস্কৃত শ্লোকশিং অসিগী প্রুফ লৌবিদুনা অশোয় অঙাম শেম্বিবগীসু লমন তোনজরে

ঐনা য়াহৌদোক মতেক অসি ইবা হৈজদবদগী ঐনা পামজবা মতুং ইন্না শ্রীথুমন্নবম য়াসবিহারী সিংহ, প্রেস মেনেজরনা য়াহৌদোক অসি ইধিবা অমদি লাইরিক ইবা মশা লৈত্রবনিনা প্রকনচিংবা পাবিহুনা লাইরিক অসি কোংদোকপা য়াননবা লৌনিথিবা অরাবগীদমকন্দু লমন তোনজরে ।

২৪ বৈশাখ শুক্লা দ্বাদশী
১৯০০ শকাব্দ
শ্রীশ্রীহরেরুথানম্ ।

সেবা ফংজরিবা
হাওবম ওংবী লুমিংলৈমা দেবী
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল ।

# বিষয় তালিকা


| বিষয় | | পত্রাঙ্ক |
|---|---|---|
| ১। শ্রীগুরু বন্দনা, গৌর বন্দনা, নবদ্বীপ বন্দনা, শ্রীগৌরাঙ্গী অষ্টকাল লীলা সূত্র | — | ১ |
| ২। নিশান্ত লীলা | — | ২ |
| ৩। প্রাতঃলীলা | — | ১৮ |
| ৪। শ্রীনবদ্বীপপুর ( চোক ৩০ ) | — | ২০-২১ |
| ৫। শ্রীযাবটগ্রাম ( চোক ২৫ ) | — | ২৮-২৯ |
| ৬। শ্রীনন্দালয় ( চোক ৪৯ ) | — | ৬০-৬১ |
| ৭। শ্রীনবদ্বীপ-যোগপীঠ | — | ৯০ |
| ৮। অষ্ট মহান্ত অমসুং যূথ | — | ৯০ |
| ৯। শ্রীযোগপীঠ | — | ৯২ |
| ১০। পূর্ব্বাহ্ণ লীলা | — | ৯৬ |
| ১১। মানসী গঙ্গা | — | ১১৬ |
| ১২। মধ্যাহ্ন লীলা | — | ১২৩ |
| ১৩। মুরলী-হরণ | — | ১৩৯ |
| ১৪। শ্রীরাধিকাঙ্গ বর্ণন | — | ১৫০ |
| ১৫। মধ্যাহ্ন বন ভ্রমণ ষড ঋতু বন | — | ১৫৯ |
| ১৬। বসন্ত ঋতু বন | — | ১৬৩ |
| ১৭। গ্রীষ্ম ঋতু বন | — | ১৬৫ |
| ১৮। বর্ষা ঋতু বন | — | ১৬৮ |
| ১৯। শরদ্ ঋতু বন | — | ১৭১ |
| ২০। হিম ঋতু বন | — | ১৭৩ |
| ২১। শিশির ঋতু বন | — | ১৭৫ |
| ২২। যুগ্ম ঋতু বন | — | ১৭৬ |
| ২৩। মধুপান লীলা | — | ১৮১ |
| ২৪। শ্রীকুঞ্জবর্ণন | — | ১৮৪ |
| ২৫। শ্রীরাধাকুণ্ড-শ্যামকুণ্ড | — | ১৮৯ |

| বিষয় | | পাতায় |
|---|---|---|
| ২৬। শ্রীগৌরাঙ্গণী চরণ | — | ১১৮ |
| ২৭। শ্রীকৃষ্ণাঙ্গ বর্ণন | — | ২০০ |
| ২৮। অপরাহ্ণ লীলা | — | ২১৯ |
| ২৯। ষোড়শ শৃঙ্গার, দ্বাদশাভরণ | — | ২২১ |
| ৩০। সায়াহ্ন লীলা | — | ২২৮ |
| ৩১। প্রদোষ লীলা | — | ২৪২ |
| ৩২। নক্ত লীলা | — | ২৪৮ |
| ৩৩। গোবিন্দস্থল বর্ণন (শ্রীবৃন্দাবন, যোগপীঠ মন্দির) | — | ২৫১ ২৬০ |

# শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দ অষ্টকাললীলা।

শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দায় নমঃ।

কৃপামরন্দান্বিত-পাদপঙ্কজং শ্বেতাম্বরং গৌররুচিং সনাতনং।
শন্দং সুমাল্যাভরণং গুণালয়ং স্মরামি সদ্ভক্তিময়ং গুরুং হরিম্॥

বন্দেঽহং শ্রীগুরোঃ শ্রীযুতপদকমলং শ্রীগুরূন্ বৈষ্ণবাংশ্চ
শ্রীরূপং সাগ্রজাতং সহগণরঘুনাথান্বিতং তং সজীবম্।
সাদ্বৈতং সাবধূতং পরিজনসহিতং কৃষ্ণচৈতন্যদেবং
শ্রীরাধাকৃষ্ণপাদান্ সহগণললিতান্ শ্রীবিশাখান্বিতাংশ্চ॥

কৃপাম্বুধাবৃষ্টিভুতঃ সভক্তিসর্ব্বাহিনী খেলিতজীবপল্লী।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যঘনঃ সবিদ্যুদ্গৌরঃ মনোব্যোমনিনশ্চকাস্তু॥

নবীনশ্রীভক্তিং নবকনকগৌরাকৃতিপতিং
নবারণ্যশ্রেণীনবসুরসরিদ্বাতবলিতম্॥
নবীনশ্রীরাধা হরিরসময়োৎকীর্ত্তনবিধিং
নবদ্বীপং বন্দে নবকরুণমাত্তং নবরুচিম্॥

শ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভোশ্চরণয়োর্যা কেশশেষাদিভিঃ
সেবাগম্যতয়া স্বভক্তবিহিতা সান্যৈর্যয়া লভ্যতে।
তাং তন্মানসিকীং স্মৃতিং প্রথয়িতুং ভাব্যা সদাসত্তমৈ
নৌমি প্রাত্যহিকং তদীয়চরিতং শ্রীমন্নবদ্বীপজং॥

রাত্র্যন্তে শয়নোত্থিতঃ সুরসরিৎ স্নাতোবভৌ যঃ প্রগে,
পূর্ব্বাহ্ণে স্বগণৈল'সত্যুপবনে তৈর্ভাতি মধ্যাহ্ণকে।
যঃ পুর্য্যামপরাহ্ণকে নিজগৃহে সায়ং গৃহেহথাঙ্গনে,
শ্রীবাসস্য নিশামুখে নিশিবসন্ গৌরঃ স নো রক্ষতু॥

প্রগে শ্রীবাসস্য দ্বিজকুলরবৈনিষ্কুটবরৈঃ
শ্রুতিধ্বনিপ্রখ্যৈঃ সপদি গতনিদ্রং পুলকিতং।
হরেঃ পার্শ্বে রাধাস্থিতিমনুভবন্তং নয়নজৈ
র্জলৈঃ সংসিক্তাঙ্গং বরকনক গৌরং ভজ মনঃ॥

শ্রীসুরধুনী গঙ্গানা কোয়শিল্লিবা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শঙ্গায়গী চাংখৈদা শ্রীবাসগী শঙ্গায় লৈ। শ্রীবাসঠাকুরগী শঙ্গায়গী চীংখৈদা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যান লৈ। হায়রিবা পুষ্পোদ্যান অসিগী মনুংদা শঙতপ ৪ লোঙবা ফকলাং খাদবা চাউথ্রবা হেমকান্তমণিনা শাবা মণ্ডপ অমা লৈ। মসিদা লৈবা মন্দিরগী মনুংদা নিংথিজরবা শয্যাদা অহিংদা শ্রীমহাপ্রভু চেপলি। মহাপ্রভুগী মন্দিরগী মখা থংবদা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী সূর্য্যকান্তমণিনা শাবা মন্দির লৈ। মহাপ্রভুগী মন্দিরগী নাক য়েত্তা প্রভু অনিগী মন্দির লৈবনি। প্রভু অনিসু নিজ নিজ মন্দিরদা চেপলি। মন্দির অহুম্মক্কী মাঙ্গোন্দা ভক্তমখৈ মায়কৈ মরি কোয়শিন্দুনা তুমলি। নোংপোক থংবা মাঙ্গোন্দা গদাধর, শ্রীবাস, হরিদাস, অভিরাম, গৌরিদাস অসিনচিংবা। মখাথংবা মাঙ্গোন্দা স্বরূপ গোস্বামী, রামানন্দ রায়, গোবিন্দ-ঘোষ, বাসুঘোষ অসিনচিংবা প্রিয়নর্ম্মভক্তশিং। নোংচুপ থংবা মাঙ্গোন্দা নরহরি সরকার ঠাকুর, মুরারিনচিংবা। অরাংথংবা মাঙ্গোন্দা শ্রীরূপসনাতন্নচিংবা গোস্বামীপাদশিং। মথুগী ওয়দা গুরুবর্গ, শ্রীগুরুদেবগী ওয়দা সাধকদাস। অসুমনা মথং মনাও নাইনা ময়াম্মক তুমই। মণ্ডপকী অকোয়বদা মথল মখা অয়াম্বা

উ হৌরি, মখোইত্তুদা মথল মখাগী লৈশাংপী উরী য়েংলি। হৈনৌ পাম্বীদা মাধবীলতা, কোকিল লাবা-অমোম। কদম্ব পাম্বীদা যুইপুষ্প, রাহোং লাংবা অমোম। কফোই পাম্বীদা মালতী, তেনরা। দ্রাক্ষাদা স্বর্ণযূথি, তেনরা অমোম। পীলু পাম্বীদা নবমল্লিকা, লমথুম্ন লাবা অমোম। উরীদা খোইমু লাবা অমোম। লৈমায়দা তাম্রচূড়া। হায়রিবা খিবিক অসি মাগী মাগী মফমদা ভূমত্তুনা লৈ। ঋতু তরুকনা পূনবগী হৌনবী নিংথিবনা তিল্লি। মতম অত্তুদা অহিংগী মমৈদা থাবল মঙাম্দা, নামিবা মলয়ানা লিরি লিরি হুম্বদা লৈ খিবিকনা শাংকাইরবদা হুংশিরবা লৈগী লৈনম ফংবদা খোইমুশিংনা ঙংলকই অমস্তুং উচেকশিংস্তু খোংনরকই।

মতম অসিদ শ্রীমহাপ্রভুদি শ্রীরাধিকাগী ভাবাবেশ ওইত্তুনা চেপলি। ভাব অত্তুদি, "ঐ অসি বাধানি—শ্রীবৃন্দাবন্দা নিকুঞ্জ মন্দিরদা শয্যাদা ইবুঙোগী নাক্তা তূমলিবনি" অসিনি। খোইমু অমদি উচেকশিংগী মখোল তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মাত্তু তাবদা ময়াম পূন্নমক মীকপ্ থোকই। মতম অত্তুদা সাধকদাসনা হৌগত্তুনা মায়-মীৎ তাথোকলগা শ্রীগুরুদেবগী চরণ থোগল তৌত্তুনা হৌদোকচৈ। শ্রীগুরুদেবনা মায়-মীৎ তারবদা লং অকুপ্পগী গামছা লানশিন্দুনা তৈথোকই। মথংদা পরম গুরু, পরাৎপর গুরু, পরমেষ্ঠি গুরুনচিংবা মথং মথং হৌদোক্তুনা থৌগল তৌজে। প্রভু অনিস্তু মাগী মাগী ভক্তশিং লোয়ননা লেঙলকলে। মহাপ্রভুগী পরিষদ স্বরূপ, রামানন্দ, শ্রীবাসনচিংবা ময়াম পুল্লপ পুল্লরে। শ্রীমহাপ্রভুগী শয়নমন্দিরগী মীহুখোঙদা প্রভুগী শয়নমাধুরী দর্শন তৌরৈ। মতম অসিদা শ্রীগুরু গোস্বামীগী য়াথং মতুং ইন্না সাধকদাসনা নিশান্তগী সেবাদা চঙ্গদবা মনম হুংশিবা জল, ঝারি, গামছা, কাওশেল, আরতিগী পোৎলম, লৈ পরেং, চন্দন, কর্পূর, ঘীগী বত্তি অমস্তুং মথল মখা অয়াম্বা

যন্ত্র, ঝাল, পুংনচিংবা শেম শাহুনা থমগ্রে। নোংপোক থংবা মাঙ্গোন্দু রাই শীত্তোক্তুনা, মনম হুংশিবা ঈশিং খিক্তোক্তুনা, চৌকি থাজিল্লি, মোন্দুম মোন্তেক শেম শাহুনা থমলে। অতুগী তুংদা মন্দিরগী নোংচুপ থংবা নাকন্দা শ্রীগুরুদেবগী ওয়দা লেপচতুনা মীহুথোংদগী মহাপ্রভুগী শয়নমাধুরী দর্শন তৌজে। শয়নমন্দিরগী নিংথীবদি—সনানা শাবনি, মথল মথা অয়াম্বা মণিনা হৎপনি, ইথক্কুমনা ইলং ইলং লংই, মণিমুক্তানা যেৎলবা শংথোঙ। মথক্তা সনাগী চফু, চক্রগা লোয়নরবা ফীরাল, হুংশিৎনা লিরি লিরি হুম্বদা ঝন্ ঝন্ হায়না খিংলি। থোঙ মরিনি, নাক য়েক্তা থোঙনাও অনি পুন্না নিপান্নি, অশংবা মণিনা থোংপাক ওইবনি। মহুংদা মথল মথা অয়াম্বা মণিগী লৈনা উরীনা য়েৎলি। মথক্তা মণিমুক্তানা ঝালর ওইরবা থাক্কল। মণিগী ঝারি কলসী কয়া য়াল্লি, মাহুদা থাউমৈনা লৈহাউ অপোম্বগুম ফজরি। মায়কৈ নরিদা সনাগী পিঞ্জরাদা তেনরা লাবা অমোম তোংলি। হায়রিবা শুকশারীশিংসি ইঙ্গিত খঙই, প্রভুগী অহিংগী লালা পুম্বা খঙবনি। কাহুগী ময়ায়দা মণি মথল নিপান্না য়েক খোৎলবা সনাগী কাংথোন্দা মোন্দুম মোন্তেকথক্তা মণিমুক্তাগী কাঙখল মহুংদা শ্রীমহাপ্রভুনা শঙ্গোমদা কাবা কোঙ্গোনগুমলবা শয্যাদা চেপলি। লৈমায়দা নাক য়েক্তা সনাগী চৌকি থারি, সনাগী ঝারিদা মনম হুংশিবা জল গামছানা কুপ্তুনা থমই, গিলাস, পান-কাগোক, কুঙ্কুম কেশর চন্দন, চামর, কাঙহাইনচিংবা। কাংথোনগী চিথেক মরিদা সনাগী য়ুম্বী মরিদা য়েক খোৎলবা থম্বাল মওং মানবা থাক্কল। মুক্তাগী ঝালরনা কোয়না য়াম্থরি। মায়কৈ মরিদা সনাগী চৌকি প্রভু অনিগী ভক্তশিং ফমননবা লৈমায়দা থারি। মায়কৈ মরিদা সনাগী থাউমৈ থাল্লি। মাহুগী মৈঙান্না ঈংনা লংলবা শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গকান্তিদা য়ৈবদা লৈহাউ অপোম্বগুমগ্রে। শ্রীঅঙ্গগী নিংথীবদি—থুকউ মথা

য়োনা চোনবা শ্রীভুজ, অরাংবা ফীগে থোনবা, লুগুন, শিক-কোল আভরণ অসিনচিংবা। মন্দির অসিগী ফমথক্ত তেনরা অমা য়াল্লি। স্বরূপ গোস্বামীগী য়াথং ফংবদা তেনরানা কৌহুমা হায়রকই, "হে রামানন্দ রায়, হে গোবিন্দ ঘোষনচিংবা প্রিয়নর্ম্ম ভক্তশা! হে নবদ্বীপচন্দ্র! গৌরসুন্দর! জয় বিশ্বম্ভর! জয় শচীনন্দন! য়েংবিয়ু অহিংগী মতম হৌখরে, লেঙখংলো। য়েংবিয়ু, চীংথে হুল্লমদাইগী থাবল মঙান্দা মলয়া নুংশিৎনা হুম্বদা লৈ ময়াম শাৎকায়রতুনা খোইমুনা ঙংলকলে, কোকিলশিংস্থ খোংলকলে। ইবুঙোগা চান্নরবা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অমদি স্বরূপনচিংবা ভক্তশিং ইবুঙোগী শয়নমন্দিরগী অকোয়বদা গুলরে। পুরগী ব্রাহ্মণশিংনা গঙ্গাস্নান লোইরতুনা মচীন্দা গীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক থীর-থীরতুনা কারবলি। অতুগা ইনা শচীরাণীনা নহাকপু হৌদোকনবা তাঞ্জা ঙাইরি। মরম অসিনা থীন্দনা লেঙখত্তুনা ভক্তখিবিক লোয়নতুনা নিজগৃহদা হল্লগা চেপ্পিরুরো।"

শুকগী রাসি তাবদা মহাপ্রভুনা "ঐ অসি রাধানি, শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা হিপলিবনি" হায়বা ভাব অসিদা লুপখিতুনা শয্যাদা তীংলি য়াংলিরকই। মাতুদা ফজবতুদি সনাগী লীরুংনা লীরী য়াওদনা থীংলকপগুনই। ঙোরোক ঙোবা য়াগী পরেংতুনা ফজবদি কর্পূরগী থাউমৈনা মায়থোং থাদা আরতি কৎপগুমই। নাতোন্দু মকা লাম্মকই, শ্রীঅঙ্গদা চুংঙকপা তু-না কদম্ব মপানগুমই। মীত্তগী শিম্বরকপা প্রেমধারানা থবাক্তা চেন্থরকপতুদি সনাগী চীংদোন্দগী সুরধুনী গঙ্গানা চেন্থবগুমই। শ্রীঅঙ্গগী কান্তিনা মশেক মঙাল য়াওরবা ঙোরোক ঙোবা কুচু। চরণ অনি কাংথোন্দা য়াম্থতুনা ফমলগা ভাবাবেশ ওইরি। অসিগুম্বা নিংথিজবসি উরতুনা প্রভু অনিনা ভক্তশিংগা লোয়ননা শয়ন মন্দিরগী মন্থুংদা চঙলকই। মতম অতুদা স্বরূপ গোস্বামীনা মহাপ্রভুগী ভাব খঙলতুনা রাধা

কৃষ্ণগী নিশান্তলীলাগী পদগান তৌই। গোবিন্দ ঘোষ, বাসুঘোষনা পুং ঙৈ। ইশৈ অহু তাবদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইহুনা হরাও তুজুংনা হকচাং তনিক তনিকখি। ভক্তশিংসু মতৌ অহুম ওইখি। ময়াম পূম্বা সিদ্ধদেহ নিংশিংহুনা জ্ঞান মাঙনখি। সাধকদাসনা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী সিদ্ধদেহ স্ফূর্ত্তি ওইজহুনা বাহ্যগী মওং কাউথোক্তুনা সিদ্ধনা তৌবা থবক আশা তৌজহুনা শ্রীরাধামাধবকী মতমহুগী লীলা পুকনিংদা ফাওজখি।

শ্রীরাধাপ্রাণবন্ধোশ্চরণকমলয়োঃ কেশশেষাদ্যগম্যা,
যা সাধ্যা প্রেমসেবা ব্রজচরিত পরৈর্গাঢ় লৌল্যৈক লভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা ময়া তাং প্রথয়িতুমধুনা মানসীমস্যসেবাং,
ভাব্যাং রাগাধ্বপান্থৈর্ব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি॥

কুঞ্জাদ্গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নাশনাদ্যাং,
প্রাতঃ সায়ঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্ গাঃ।
মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে,
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোঽবতান্নঃ॥

রাত্র্যন্তে ত্রস্ত বৃন্দেরিত বহুবিরবৈর্বোধিতৌ কীরশারী
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়নাদুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ।
দৃষ্টৌ হৃষ্টৌ তদা ত্বোদিতরতিললিতৌ কক্খটীগীঃ সশঙ্কৌ
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ নিজ ধাম্ন্যাপ্ততল্পৌ স্মরামি॥

শ্রীবৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ মন্দিরদা কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা যোগপীঠ লৈ। মসিগী মায়কৈ মরিদা থোঙ মরি ফাংলি, মায়কৈ মরিদা কুঞ্জ মরি লৈ। অরাংদা শ্বেতাম্বুজ মন্দিরনা পাশাখেলা শান্নফমনি। নোংপোক্তা লীলাম্বুজ মন্দিরনা ফিজেৎ লৈতেং তৌফমনি। মথা থংবদা অরুণাম্বুজ মন্দিরনা লূক হাফমনি। নোংচুপ্তা হেমাম্বুজ মন্দিরনা চেপর্ফমনি মসিগী মায়কৈ নিপান্দা কুঞ্জ নিপাল অমুক

লৈ। অরাংদা ললিতা, চীংথৈদা বিশাখা, নোংপোক্তা চিত্রা, মৈরমদা ইন্দুরেখা, খাদা চম্পকলতা, মোইরাংলায়ক্সীদা রঙ্গদেবী নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যা অমস্তুং কোৎরুদা সুদেবী। মাগী মাগী কুঞ্জদা সখী নিপান্না চেপলি। মখোইগী মরক্তা মঞ্জরী অনি অনিগী কুঞ্জ নিপান্দা মঞ্জরী তরা তরুক চেপলি। অতুগী মপান্দা সখী ৩২ মথংদা সখী ৬৪ চেপলি। নোংপোক মায়কৈদা বৃন্দাদেবী, খাদা বৃন্দারিকা, নোংচুপ্তা মুরালাক্ষ্যা অমস্তুং অরাংদা মেনকা ( নোংচুপ্তা মেনকা অমস্তুং অরাংদা মুবালিকা ) অমস্তুং চীংথৈদা গুরুসখীশিং গুরুসখীগী থুয়াদা ইন্নফী মচী অমা থাহনা সাধকদাসী হিপলি। কুঞ্জমন্দিববু কোযশিল্পিবা কল্পবৃক্ষদা মখল মখলগী উরী য়েৎলি। হৈনৌ পাম্বীদা মাধবীলতা যেৎলি, কোকিল লাবা অমোমনা তোংহনা তূমলি। কফোই পাম্বীদা স্বর্ণযুথী য়েৎলি, তেনরা; দ্রাক্ষাদা মালতী, চোংঙা; কদম্বদা যুই, রাহোং লাবা অমোম; পীলুবৃক্ষদা যুথী, লমখুনু লাবা অমোম; উরীদা খোইমু লাবা অমোম; লৈমায়দা তাম্রচূড়া। অসুমনা মহৈ মহৈ তূমহনা লৈ।

অহিংগী মমৈদা থাবল মঙান্দা মলয়া মুংশিৎনা লিরি লিরি হুম্বদা লৈ ময়ান্না শাৎকাইরকপদা খোইমুনা ঙংলকই, কোকিলনা কুহু কুহু খোংলকই উচেক অতৈসু খোংনরকই। অতুবু বৃন্দাগী য়াথং ফংদবনা অহিংগী মতম লৈরিমাল্লে থন্দুনা লোইনমক তুমিন তুমিন লৈনরি। তাঙ্গা অসিদা সাধকদাসীনা হোগত্তুনা মমিৎ মমায় তারগা শ্রীগুরুমঞ্জরী অমদি শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীবু হোদোকচহনা মীৎ মায় তানবা থৌগল চংজরগা খায়গী তুংদা ইবুঙো ইবেম্মগী শয়ন মন্দিরদা কাখৎচৈ। খোইমুনা ঙংলকপদি মদনগী শঙ্খধ্বনি গুম্মি, খোইমু অমোমগী খোঞ্জেলদি রতিগী করতাল মখোন্নি, কোকিলগী মখোন্না কন্দর্পগী বীণা মখোন্নি, য়েম্বানা খোংবদি ব্রাহ্মণ মচানা বেদপাঠ তৌবগুমই, লমখুনুনা ঙংবদি কৈনা ঙংবগুমই। মতম অসিদা

শ্রীগুরুদেবীগী য়াথংদগী সাধকদাসীনা মন্দিরগী মাঙ্গোন. মাইকৈ মরিদা লৈবা রত্নবেদী ময়াম, চিথেক মরি নাইবা, তরুক নাইবা, নিপান নাইবা—লোইনমক রাই শীতোক্তনা মনম মুংশিবা ঈশিংনা থিকই। কনাগুম্বীনা চীন তেংনবা মনম মুংশিবা ঈশিং সনাগী ঝারিদা থমই, কনাগুম্বীনা কাওশেল, কনাগুম্বীনা গামছা, কনাগুম্বীনা চৌকি— অমুম্না মহৈ মহৈ থৌরাং তৌনে। শ্রীরূপমঞ্জরীনা কর্পূর বত্তি, ঘীগী বত্তি শেমদুনা নোংপোক্কী বেদীদা থমই। মতম অসিদা নোংপোক মায়কৈদা চীংখৈ চুম্লক্লদোবা উরদুনা বৃন্দানা মাঙ থাদুনা সখীশিং য়োরবলে। শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীগা পুন্না নিকুঞ্জমন্দিরগী মায়কৈ মরিদা কোয়না লেপ্লুনা মাহুংথাঙ্গী অংহাবদা ইবুঙো ইবেম্মগী শয়নগী নিংথীজবা দর্শন তৌই। চিথেক মরিদা সনাগী য়ুম্বী মরিদা মঙ্গল ওইহনবা পূর্ণকুম্ভনচিংবা লম্নীনচিংবা য়েকপা থম্বাল মওং মানবা থাক্কল; মাহুগী মথক্তা অমুক চাউরবা থাক্কল অমা, মখল মখা অয়াম্বা মুক্তানা ইলং লংই। কুঞ্জগী চিথেক মরিদা সনাগী থাউমৈ মরিনা লৈহাউ অপোম্বগুন্না নিংথীজরি। কাংথোনগী মাইকৈ মরিদা সনাগী চৌকি মরিদুগী মনুংদা মখা থংবদুগী মথক্তা অথুম অহাউ, চানবা থক্লবা; নোংপোক্তা সনাগী শেম্পাক্তা পান খুদপ; অরাংদা কাওশেল; নোংচুপকী চৌকিদা ফমদুনা দাসীনা শ্রীচরণসেবা তৌরি। ইবুঙো ইবেম্মনা শয্যা অমত্তদা চেপ্পদা ফজরিবদু উবদা সখী অমনা অতোপ্পী সখী অমা য়েংলদুনা হায়রকই, "য়েংউ ইত', চন্দ্রকান্ত মণিনা নীলকান্ত মণিগা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা মরকত মণি ওনখ্রে।" অতোপ্পী সখী অমনা হায়রকই, "মণি হায়বদুদি য়ামনা কনবা পোৎশকনি, ঐখোয়না উরিবসিদি মীৎপু অইংবা পোকহল্লি।" অতৈ অমনা হায়রকই, "মসিদি নৌনা হোরকপা নোংদা কুপলকপা নোংথাংনি, নোংনবু কয়া কুইনা লেঙদনা লৈবা হৌনবগে!" অমুক সখী অমনা হায়রকই,

তমাল পাম্বীদা সনাগী উরীনা য়েংপনিদনা।" সখী অমনা খুম্মকই, "মাহুদি লেঙদবা পাম্বীগী জাংনি ( প্রমাণ চাদে )"। সখী অতোপ্পী অমনা হায়রকই, "মখোইগী ভাবনা শারিবশিংদো অমত্তম্ হেক নত্তেসে। রস খণ্ডবশিংগী কোকথক্কী লৈতেং ওইরবা নাগর শ্যাম-সুন্দরগী তম্পাক্তা ঐখোই খাইগী থম্মোইগী মবেম্বা মহাভাবকী মশক ওইরবী নায়িকা খিবিক্কী লুচি বী শ্রীরাধিকানা চেপলিবনি।" নিংখিজবহু উবদা ময়াম পুমনমক্কী গুণ্ডাইবগী শিম্বরকপা পিনা লৈমায় চোংলে।

মতম অসিদা নিকুঞ্জমন্দিরগী ফমথক্তা সনাগী পোম্দা অহিংগী লীলা লোইনা খণ্ডলবা তেনবা লাব-অমোম— মঞ্জুভাষিণী, বিচক্ষণা, কলবাক, দক্ষনচিংবা য়াল্লি। মখোইদি ইবুঙো ইবেম্মগী অহিংগী লীলা লোইনা খণ্ডবনি। বৃন্দাগী য়াথং ফংলহুনা মিকপ থোকলহুনা অমম্মম ওইনা ইবুঙো ইবেম্মবু হৌদোকচরকই। অতৈ অতৈ উচেক রায়াসু মাগী মাগী মরোল্দা খোংনরকলে। মঞ্জুভাষিণী কোৱী শারীনা হায়রকই, "হে গোকুলচন্দ্র! হে বৃন্দাবননাথ! হে রসিকসিন্ধু! রসনা চোকথরবী কান্তাবু হৌ-দোক্তুনা যমুনাগী তোর্ব্বান্দা থোকপা থাগুম্রবা শয্যা থাদোক-পীহুনা কনা খঙহন্দনা নিজ মন্দিরদা হনবিবনা চুমলে। মরমদি, মথোন কারকপীশিংগী মফমদা তুংশি খঙদ্রবা অরুণ হায়বদো নোংপোক মাইবৈদা থোরকলে।" শুভাক্ষা কোৱী শারীনা লংলবা সনাগী পোম্দা তোংহুনা হায়রকই. "হে কমলনয়নী রাধে! বিলাসনা চোকথরবা হকচাংহু পোত্থাবা ওক্তি। মাহু ইবেম্মগী নরান নত্তে। অহুবু নহাক্কী গুণ্ডাইবগী লম্বীদা য়েকনবা ওইরিবা অরুণা চন্দ্রাবলী সখীনা শাউবনা মমিত্তা ঈ কারবগুমনা থুংলরে। অহুনা হায়জরি,— ঈংলবা লৈগী শয্যা থাদোক্তুনা নিজমন্দিরদা লেঙলগা চেপ্পুরো।" বিচক্ষণ কোবা শুকনা হায়রকই, "হে

গোকুলগী মঙ্গলগী মশক ওইবা! ব্রজযুবতী কৌবী খোইমু অমোমশিংগী থম্বাল ওইবা! খোঙথাং খুদিংনা নন্দগী মুঙাইবা পোকহনবিরিবা! হে গোবিন্দ! হে অচ্যুত! ইবুঙো নঙোন্দা চংজরকপশিংবু য়োকপিবা! নোংপোক মাইগৈ কৌবী নায়িকানা মবুঙো সূর্য্য লাকপা উবদা ইকাইরতুনা ঙাঙ্রানবা ফি ইনশিনখরে (মায়থোং ঙাঙ্রানরে)। চন্দ্রনা মাগী রমণী রজনিগা লোয়ননা অস্তাচল তমনা হাইথখরে। তুরেনগী নৈরাইদা লাহু থঙ্গোং অমোমনা মমিৎ নামনা থঙ্গোং লাবদা য়েংঙ্গ—নামনা চীংথৈ হুল্লকপদা য়েংজরি। অহিংগী উচেক মকুনা উখুল অহোবদা চঙখরে। মতম অসিদা কুঞ্জদা চেপ্পত্থ মিকপ থোক্তুনা নিজ-নিজ মন্দিরদা চেপ্পিরুরো।" শুক্সাধী কৌবী শারীনা হায়জৈ, "হে নিংথিবী! সুবদনী রাধে! ব্রজগী লম্বীদা ব্রজবাসীশিংনা চৎথোক চৎশিন তৌনরকলে। হৌজিক শঙ্গায়দা লেংবিরো। মরমদি হৌনবা খঙবশিংনা মতম মতমগী য়েংতুনা থবক তৌই। অসিমসু খঙবিয়ু— ননেম ইবেম্মা জটিলা য়াহৌগ্রে। পতি অভিমণ্যুনা শঙ্গোম শুমতুনা শঙ্গোমচফু মমা জটিলাদা শিন্নখ্রে।"

শুকশারিগী রা তারগা ইবুঙো ইবেম্মনা মিকপতি থোকলগা তূমশীন্নে। অনিহু অমনা অমবু হেক থাদোকপা ঙমনদে। শ্রীকৃষ্ণগী ফৈবাক্তা রাইগী নিতম্ব, বক্ষদা উরোজ, মায়থোংদা মায়থোং, ঙকশমদা ভুজলতানা য়েত্তুনা নোংদা নোংথাংনা লেঙদনা লৈবগুমখ্রে। গোষ্ঠদা লেঙনীংলবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু কায়ননীংদবনা তূমশীন্নরি। মতু উবদা দক্ষ কৌবা তেনরানা হায়রকই, "হে প্রাণনাথ! প্রেমগী ইথক্তা ময়ায় কারবা শামুগুমলবা! মাই যশোদানা ইবুংঙোগী তূম্বা কায়রনি হায়তুনা দাসীশিংবু মাথন চিংঙুখিহু হায়না থাম্বা তাঞ্জাতু য়োংদ্রিঙৈ অমদি পৌর্ণমাসীনা ইবুঙোবু হৌদোকপা লাক্তিুঙৈদা নিজ মন্দিরদা লেঙেঙো। অসিমসু

থঙবিয়ু— কালিন্দীনচিংবী শনবীশিংনা মখোমনা পীক পীক থল্লহনা শঙ্গোম শুমহন্নিংবনা মনা চপ চপ য়ুংহনা ইবুঙো লেংঙককদবা মায়-কৈদা য়েংহনা খোংলি। মপুক লামলবা মন্নাউহ্ মমাগী মখোম থকপা ফংজত্রি। অত্থগা অমুকস্ যেংবিয়ু— ইবুঙোগী তাওবীক কোবা রাহোংনা কদম্বদগী পাইথরক্তুনা মাঙ্গোন্দা মমৈ ফন্দোক্তুনা জগোই শাররে, অত্থগা সুরঙ্গ কোবা শজিনা হৈনৌ মখোঙদগী থোরক্তুনা কুঞ্জগী থোঙদা থুংলরে।” অদুগী তুংদা মঞ্জুভাষিণী কোবী তেনরা অমোমনা শ্রীরাধিকাবু হৌদোক্তুনা হায়জরকই, “হে রাধে! য়েংবিয়ু অতিয়াগী থানা মাগী রমণী থরান্মিচাক খিবিক লোয়নবা অস্তাচল য়ৌখরে, সপ্তর্ষিমণ্ডলস্ তাখরে। অতিয়াদা থরান্মিচাক অমা অনি লৈহৌরিবসি ইবেম্মগী মুক্তাপরেংহ্ মঙাইরে। সেফালিকা কোবী লৈরাংনা লৈমায়দা খিক্তহনা তারে। সুন্দরী কোবী রাহোং অমোমনা রতিমন্দিরগী মাঙ্গোন্দা কাখৎলকলে। রঙ্গিনী কোবী শজী অমোমনা কুঞ্জগী থোঙজীন্দা চঙলক্তুনা ইবেম্মগী চরণ থম্বাল ঢাংঙ্রানবহ্ উরগা উনা অনৌবনি খন্দুনা চাগদোবগী মরু লুকথরকলি। মহ্ উবদা সখীশিংনা মকোক্তা খুবাক্লা থাহ্না খামলি। থুনমক লেঙখত্তুনা নবুঙোগা লোয়ননা বনগী লম্বেল্লোমদা শঙ্গায় য়ৌনবা তৌবিরো।”

মতৌ অস্লমনা শুকসারীনা হৌদোকলবদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনিনা হোগত্তুনা শয্যাদা ফমলে। ইবুঙোগী অঙ্গকান্তিনা লৈমায়দা য়ৈবহ্দা সখীশিংনা হায়রকই, “য়েংউ, ইতা! লৈমায়সে মরকতমণি ওল্লে।” সখী অমনা হায়রকই, “অসোমদা য়েংউ, যমুনাদা থম্বাল অঙাংবা শাৎলিবসে।” অতোপ্পা সখী অমনা হায়রকই, “নত্তে ইতা, কৃষ্ণগী থবাক্তগী কৌস্তুভমণিগী মঙান্নিদা।” মতম অসিদা ইবুঙোনা পাম্বোম তিংথোক্তুনা ইবেম্মবু চিংখৎলগা চুবা অনিদা খুদোল অনিনা ঙাক্তুনা ওয়থংবা ফৈবাক্তা ফমহন্দুনা

ফিজেৎ লৈতেংবিরে। ইবেম্মনা তীংলী য়াংলীতুনা হকাম চল্লি। না'তোন মকা ফল্লি, হকচাংদা তু চুংই। ইবেম্মগী মায়থোং থাজগী নিংথীজবা অমৃতবু ইবুঙোগী নয়নগী মশক ওইবা নোংইন্না থকপদা ময়াই কারে। ইবুঙোগী মায়থোং থম্বানগী লৈহৌবু ইবেম্মগী মীৎকী মশক ওইরবা খোইমুনা পান তৌবদা ঙাওরে অনিনা চেৎনা আলিঙ্গন তৌনৈ।

মতম অসিদা নোং ঙানশিল্লকপা উবদা সখীশিংদু মিপাইনরে। "ইতা চঙশিল্লু, চঙশিল্লু" হায়নদুনা কুঞ্জদা চঙনরকলে। মদু উবদা শ্রীরাধিকানা ইকাইরদুনা শ্রীকৃষ্ণগী বক্ষদগী সনাফীগেদু লৌদুনা শ্রীঅঙ্গ কুপশিল্লগা ইবুঙোগী ওয়দা ফমই, ইবুঙোম্সু ইবেম্মগী অশংবা শাড়ীনা শ্রীঅঙ্গ কুপশিল্লি। শঙ্খদা হাপ্পা শঙ্গোমগুমগ্রে—কনানসু খঙবা ঙমখিদ্রে। মতম অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিপরীত সম্ভোগপু সখীশিংনা বর্ণন তৌরবই :—"য়েংউ ইতা! ইবুঙোগী থবাক্তা কুঙ্কুম পকলি, নাক অনিদা ইবেম্মগী চরণগী যাবক পক্লি।" মদু তাবদা ইবেম্মনা ইকাইজে। সখী অমনা হায়রকই, "য়েংউ ইতা! ঐখোইনা ইবেম্মদা খোনখিবা লৈতেংমথে শয্যা হায়বীসিনা কল্লকমিহৌদুনা লোইনা মুনখ্রে।" মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাহৈ খরতনা শ্রীরাধিকাগী ভাবকী মপাঙ্গল উত্তুনা হায়রকই, "য়েংউ সখীশা! রাধানা (অতোপ্প অর্থদা থরাম্মিচাক রাধা কৌবনা) মবুঙো থাবু চৎখিদোরে হায়বা উরদুনা কায়নরগনি হায়বগী কিবনা অতিয়া মখোঙগী মশক ওইবা চিত্রপট্টা লৈই কয়া কয়া চিংখ্রে! য়েংউ সখী! নখোইগী নবেম্মননিদো ঐগী দশা অসে" অসি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা বক্ষস্থলদু হাংদোক্তুনা উৎলকই। মতম অদুদা দাসীশিংনা সনাগী পাত্রদা মনম মুংশিবা জল পুরক্তুনা কাওশেল অমসুং গামছা পুশিল্লক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী মায়থোং শেংদোকলে। অদুগী তুংদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা কর্পূরগী বর্ত্তি শেমদুনা

ললিতাদা লানশিল্লি। ললিতানা ইবুঙো ইবেম্মদা মালা চন্দন থোগল চঙলগা আরতি কৎলে। দাসীশিং পূমনমকনা জয় ওইরে জয় ওইরে হায়রনা মাগী মাগী মশমনা আরতি কৎলি। থরাই কোটি অর্ব্বুদ অমনা আরতি কৎপগুমখ্রে। ইবুংঙো ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গকান্তিনা মন্দিরদু তনিক তনিকখ্রে। সখী ময়ামনা কাংথোনগী মায়কৈ মরিদা জগোই ইশৈ তৌদুনা অনিগী যশোগুণ শকখ্রে। অনিগী রূপমাধুর্য্যগী অমদি অঙ্গকান্তিগী তনিক তনিক নিংথীজবদু উবদা ময়াম পূমনমক নুংঙাইবনা ঙাওনখি।

শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যান্দা রত্নমন্দিরদা শয্যাথক্তা মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইদুনা লৈ। ভক্তখিবিকসু ইশৈ শকনা শকনা ভাবাবেশ ওইবি। মতম অদুদা মহাপ্রভুনা উচেক অমদি খোইমুগী খোঞ্জেল তাবদা হুঙ্কার তৌবকই। মদু তাবদা ভক্ত-শিংনা সিদ্ধদেহদগী সাধক দেহদা পুকনিং হজিন্দুনা ভাবশান্ত ওইখি। মতম অদুদা স্বরূপ রামানন্দ গোস্বামীনা ব্রজদা রাধা-কৃষ্ণনা শয্যাদগী লেঙখৎপগী আরতি অমসুং সখীশিংগী জগোই ইশৈগী পদগান তৌরগা ইশৈ লোইশিল্লে। ইশৈ তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইরদুনা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগা আলিঙ্গন তৌনৈ। অদুগী তুংদা ভক্তশিংনা মহাপ্রভুগী চরন্দা খুরুমজরবদা মহাপ্রভুনা ময়ামমকপু আলিঙ্গন তৌবি। অদুদগী মাঙ্গোন্দা লেংথোকই; দাসশিংনা সনাগী চৌকি থাই; প্রভুনা লেঙশিল্লি। সাধকদাসনা সনাগী পাত্রদা মনম নুংশিবা জল পুরক্তুনা কাওশেল পায়দুনা মহাপ্রভুগী চীনতেংবা মায়-মীৎ তাবগী থোগল চঙই। অমোনবা গামছানা তৈথোকচৈ। অদুগী তুংদা হান্না শেমশাঁরিবা বত্তি পুশিন্দুনা স্বরূপ গোস্বামীদা লান-শিল্লি। গোস্বামীনা তিনপ্রভুগী আরতি কৎলি। ভক্তশিংনা জগোই শাই, ইশৈ শকই। অদুগী তুংদা গঙ্গা অমদি লৈগী

মন্দির উবদা ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দ গোস্বামীনা প্রভুগী ভাব খঙলত্থনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যমুনা অমদি বৃন্দাবনগী ফজবা দর্শন তৌবগী পদগান তৌরকই। মহাপ্রভুনা ইশৈহ্ন তাবদা ভাবতা লুপথি। ভক্তখিবিকস্তু সিদ্ধদেহদা মন থমজহ্নুনা জ্ঞান মাঙনখি।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী আরতি অমসু' সখীশি গী জগোই ইশৈদা আনন্দ ফংনরি। তাঞ্জাসিদা নোং ঙাল্লকলে উবদা বৃন্দানা শুকদা য়াথং পীরহ্নুনা শুকনা হায়রজে, "য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু! চাংথৈ হুল্লকপসিদা ইবুঙোগী থবাক্তা অঙকপা ঙাম্রানবা মচু অমা ওইখ্রে। ফীঙাং শেঙনা জটিলা লাকপগুমলে।" জটিলা হায়বা রাহৈসি হেক তাবদা সখীশিংহ্ন ইখং হেক খংই। শ্রীরাধিকাগী থম্মোইনা সমুদ্র, পুকনিংনা ঙা ওইরে। জটিলা হায়বা মিং অসিনা মন্দরপর্ব্বত ওইরহ্নুনা সমুদ্রহ্নদা তাখিবনা শ্রীরাধিকাগী থম্মোইগী মশক ওইবা ঙা অহ্নগী ওন্থোকপা অরাবা ওইখ্রে। মহ্ন উবদা শ্রীকৃষ্ণ-না ওয়থংবা শ্রীহস্তনা ইবেম্মগী য়েৎথংবা হস্ত পায়হ্নুনা, অহ্নগা য়েৎথংবা শ্রীহস্তনা মুরলী পায়হ্নুনা কুঞ্জগী মপান্দা লেঙথোরকলে। সখীশিংনা মানা মানা পাম্বা নির্ম্মাল্য লৌনহ্নুনা কুঞ্জগী মপান্দা থোরকলে। কনানা চন্দন, কুঙ্কুমনচিংবা, কনানা মীংশেল, কনানা মণিপরেং, কনানা পিঞ্জরাদা য়াওরিবা তেনরা পায়নরকই। ললি-তানা ইবুঙো-ইবেম্মগী অশায়বা তাম্বুল লৌহ্নুনা ফংজে—অতৈ সখীশিংদসু পীরে। মথং মথং শ্রীরূপমঞ্জরী অমসুং সাধকদাসীসু ফংজরে। কনাগুম্বী সখীনা অতৎপা নৈপরেং থুন্দুনা অমনা অমগী ঙকশমদা হুকনৈ। শ্রীরূপমঞ্জরীনা শয্যাদা তারম্বা ইবেম্মগী কঞ্চুলি পায়শিল্লি। মতৌ অসুমনা হরাও হুঙাইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা মাঙদা, সখীশিংনা তুংদা, অহ্নগী তুংদা মঞ্জরীশিং, অহ্নগী তুংদা গুরুদেবীশিং, খ্বাইগী তুংদা সাধকদাসী। ইবুঙো ইবেম্মনা

কুঞ্জগী মপান্দা রত্নবেদীদা লেংশিল্লি। সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা যমুনা অমসুং বৃন্দাবনগী নিংথিজবা দর্শন তৌই। শাৎকায়রবা লৈদা খোইমুনা ওংলি, কল্পবৃক্ষদা স্বর্ণলতানা মলয়া মুংশিৎনা হুম্বদা হাইহুমলি। উরীনা জগোইশাবী ওইরে, মুংশিৎনা জগোইগী ওঝা ওইরে। যমুনাদা থম্বাল অঙাংবা শাংকাইরে, খোইমুনা মপৈ মপৈ ওংলি। ঙাহু কাংঙনা তোর্ব্বান্দা খোংলি, মখল মখা অয়াম্বা মণিনা হংলবা ঘাট্টা থাক অমসুং বুরুজ ( অপিকপা কোইরপ কোইবা মন্দির )। মতৌ অসুমনা বনগী নিংথিবা অমসুং যমুনাগী নিংথিবা য়েংন-য়েংনা সখীশিঙ্গা লোয়নন' রাধাকৃষ্ণনা মুক্তাইরি। অদুগী তুংদা মখল মখা অয়াম্বা প্রমাণ পাম্বেগী রাঙাং ঙাওনৈ।

ইবুঙো ইবেম্মগী লীলাগী অমৃত থকপদা অপনবা পীবতুদা ললিতানা হায়রকই, "রাধে! অরুণ অসে অযুক অঙনবগী মতমসিদা নায়ক নায়িকাগী লীলা থুগাইবগী দোষনা মখোঙ অনি কেনথ্রবনি। পণ্ডিতশিংনা হায়নবা "মাগী মাগী স্বভাব ( হৈনবী ) হায়বসি খক কোকপা হৌনদে" হায়বতু ঙসিদি চুমই হায়না খঙলে।" মতু তাবদা শ্রীরাধিকানা মোমোন তৌতুনা মুংশিনা তপনা হায়রকই, "বিধাতানা করিগুম্বা মাগী মখোঙ অনিসি পানবিরম্বা থোক্লবদি, অহিং ওইবা হায়বতুদি লায়রতুনা অহিং হায়বা মিং অসি ফাওবা মাঙখিরমগনিয়ে।" মতু তাবদা ময়াম পুম্বা মুঙাইনৈ। অসুমনা অসুম লৈথোকপা উবদা বৃন্দানা কক্খটাদা ইঙ্গিৎ তৌবদা কক্খটীনা হায়রকই, "রাধে! ননেম ইবেম্মা জটিলা লাকলে।" মসি তাবদা লোইনা জ্ঞান তানরক্তুনা য়ুমলোমদা পাংলকলে। ময়ায়দা রাধাকৃষ্ণ, মায়কৈ মরিদা সখীশিং, মাঙদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা রথ ওইরে, মাগী থম্মোইনা আসন ওইরে; শ্রীরাধিকাগী পুকনিংগী মশক ওইরবা রথিবু ফমহল্লগা দোলাই থৌতুনা পুরি। মাঙদা মঞ্জরীশিংনা মুংজ্রেংনচিংবা থুন্দোক খুন্দোক্তুনা চৎলি। মায়কৈ

মরিদা সখীশিংনা ইবুঙো ইবেম্মগী গুণগান তৌই। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংনা মীৎনা খোইমু ওইদুনা মাইকৈ পুম্বা দর্শন তৌই। শ্রীরাধিকানা অনাপ্পদা উগী মরুম উবদা য়েকনবী সখীনি থল্লুদুনা অমুক য়াঙনা অমুকসু তপনা লেঙই।

মতৌ অসুন্না লেঙঙকপনা বনগী লম্বীদ যাবট হেন্দোরকলবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "প্রিয়ে! নিজগৃহদা চংখ্রো।" শ্রীরাধিকানা লৈহৌনিংদতুনা কদম্বখণ্ডি ফাওবা লেঙঙকই। ( ইবেম্মনা বর্ষান্দা লৈবা মতমদনা তুমন বন ফাওবা লেংঙকলগা বিদায় তৌনতুনা অমুক হন্না উননিংবগী আশাগা লোয়ননা নিজ নিজ গৃহদা চঙনৈ )। ইবুঙোনা বিদায়গী মতমদা ইবেম্মবু আলিঙ্গন চুম্বন তৌবা, অনিগী ফীভম্বু বর্ণন তৌবদা ভক্তকবিগী স্বর ফুল্লি— রা শাঙবা থোক্তে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগা কায়নবদা রানা-য়ানা পাবন সরোবররোমদা পুরদা লেঙশিল্লগা শয্যাদা চেপ্পি।

শ্রীরাধিকানা ইবুঙো কায়নবদা লম্বেন্দা রান্থে। ললিতা-নচিংবী সখীশিংনা সেবা তৌজরগা হঙ্গচৈ, "ইবেম্মা! য়ারবসু রানা শুহাক্তুংদি গৃহদা লেঙশিল্লু। থীন্দনা ননাইনা ইবুঙোগা অমুক উনহঞ্জগে।" অসুমনা থেমজিন্দুনা গৃহদা পুশিল্লকই। গুরুজনবু কিজবনা মনীংথোঙলোমদা চঙই। থোঙদগী সখীশিং হনখি। শ্রীরাধিকা কাংথোন্দা ফমই। শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিৎ কংদুনা সাধকদাসীনা মনম মুংশিবা জলনা ইবেম্মগী চরণ শেংলগা ইন্নফী মচীনা তৈথোকলগা শয্যাদা চরণ সম্বাহন তৌজৈ। কনা-গুম্বীনা কাঙহাই চামর থৌগল তৌই। ইবেম্মনা চেপ্পতুদি— সৃষ্টিগী লীলা লোইরকপদা কল্প কল্পদা শ্রীহরিনা যোগনিদ্রাদা চেপ্পগুমই। সাধকদাসীনা চরণ সেবা তৌজৈ। মতুংদা শ্রীরূপ-মঞ্জরীনচিংবীগী মথং মথং শ্রীগুরুদেবীগী চরণ সেবা তৌজরগা গুরুদেবীগী খুয়াদা ( করিগুম্বদনা নিজ ঘরদা ) তুমই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যান্দা মণ্ডপকী দাড়ীদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা গঙ্গাগী অমদি লৈকোনগী নিংথীজবা য়েংহুনা ভাবাবেশ ওইবিরি। স্বরূপ রামানন্দনচিংবনা ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমনরি। লৈগী মনম ফংবদা খোইমু, কোকিলনচিংবনা খোংলকই। মাতু তাবদা মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাতু তাবদা ভক্তশিংনা সাধকদেহদা হজিন্দুনা ভাবশান্ত ওই। স্বরূপ গোস্বামীনা ব্রজগী নিকুঞ্জ মন্দিরদা "জটিলা লাকলে" হায়বা শুকগী রাগৈহুগী পদগান তৌই। মহাপ্রভুনা পদগান তাবদা অর্দ্ধবাহ্য ওইহুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা গৃহদা লেঙওকই। য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা অদ্বৈত, অকোয়বদা ভক্তবৃন্দ। লম্বীগী নাক-য়েত্তা উ. উরীগী নিংথিজবা য়েংন-য়েংনা লেঙওকপনা পুরগী নোংপোকথোঙ য়ৌরকপদা নিত্যানন্দ প্রভু, অদ্বৈত প্রভু অমসুং ভক্তশিংবু আলিঙ্গন তৌহুনা বিদায় পীনৈ। প্রভু অনিনা ভক্তশিংগা লোয়ননা অমসুং শ্রীবাসনচিংবসু নিজ-নিজ গৃহদা হন্নখি। গোস্বামীশিং গুরুবর্গনা মহাপ্রভুগী পুরদা চঙহুনা শয়ন মন্দিরগী মপানগী মাঙ্গোন্দা চৌকিদা ফমই। শ্রীগুরুদেবগী য়াথং ফংজহুনা সাধক দাসনা প্রভুগী শ্রীচরণ শেংহুনা ইন্নফীনা তৈথোকচৈ। শয্যাদা প্রভুনা লেঙখৎলবদা শ্রীচরণ সম্বাহন তৌজৈ। প্রভুনা চেপথ্রবদা শ্রীগোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গগী সেবা মথং মথং তৌজৈ। করিগুম্বদা শ্রীগুরুদেবগী থুয়াদা করিগুম্বদা মরম্নাই কাদা তুমই।

ইতি নিশান্তলীলা।

---

# প্রাতঃলীলা।

প্রাতঃ স্বঃ সরিতি স্বপার্ষদবৃতঃ স্নাত্বা প্রসূনাদিভি
স্তাং সংপূজ্য গৃহীত চারুবসনঃ স্রক্‌চন্দনালঙ্কৃতঃ।
কৃত্বা বিষ্ণুসমর্চ্চনাদি সগণো ভুক্ত্বান্নমাচম্য সদ্‌-
বাটীঞ্চান্য গৃহেক্ষণং স্বপিতি যস্তং গৌরমধ্যেম্যহং।

শ্রীশ্রীনবদ্বীপ ধামদা নোংঙাল্লে হায়বা উরবদা সাধকদাসনা 'জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য' হায়তুনা হোৌগৎলে। ফমুংদগী হোৌগৎলগা মথংদা তৌগদবা সেবাগী রাখল থন্ন-থন্না মচীন শেংলে, মশা শেংদোকউরে। অতুগী তুংদা শ্রীগুরুদেব, গুরুবর্গ শ্রীলোকনাথ গোস্বামী কাওবা অমস্যুং তিনপ্রভুগী বাহ্যাগার শেংদোকলে, রাই শিংলে, মনম হুংশিবা ইশিং চাইথোকলে। অতুদগী মথুং মখোঙ হামদোক্লুনা জলপাত্র পুতুনা গঙ্গাস্নান চৎখ্রে। গঙ্গা য়েরগা গঙ্গাবু খুরুমজরগা জল থরা মকোক্তা থিকচৈ। অতুদগী বিজ্ঞপ্তি প্রার্থনা স্নান লোইরগা মচীন্দা স্তব থী-থীত্তনা যুম য়েরকলগা চন্দন থিল্লে, তুলসীদা জল হৈরে, পরিক্রমা তৌরে, দণ্ডবৎ কচ্চরে। অতুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবগী মন্দিরদা চত্তুনা রাইরম শীত্তোকই। মাঙ্গোন্দা চৌকি আসন থারগা মচীন্দা স্তব থীনা থীনা সনাগী ঝারিদা মনম হুংশিবা জল হাপ্তুনা অমোনবা গামছানা খুমত্তুনা থমই। চীন তেংনবা কাওশেল, হৈনোমনাগী দোনাদা য়াথিন, লৈখেৎনচিংবা, বাহ্যাগারদা পাত্রদা ইশিং থুং তৈথোকনবা ছানা, মনম হুংশিবা থুং নোইনবা লৈপাক অসি-নচিংবা শেম শাত্তুনা মফম চানা-চানা থমই। অতুগী তুংদা ইমুংদা চণ্ডত্তুনা শ্রীগুরুদেবগী চরণ মকোকনা শোকচরগা পাদসম্বাহন তৌত্তুনা হোৌদোকচৈ। শ্রীগুরুদেব লেঙথত্তুনা মপান্দা চৌকিদা

ঙমত্না দন্তধাবন তৌরগা বাহ্যক্রিয়াগীদমক লেঙশিনখি। সাধক-দাসনা মনম হুংশিবা লৈপাকনা হস্তপাদ নোইরগা চামথোক্লুনা মনম হুংশিবা জলমা চান তেংবগী সেবা লোইরবদা শ্রীগুরুদেব গঙ্গাস্নান লেঙই। (শ্রীগুরুনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা ওইরগদি থাউ তৈবনাচংবা সেবা তৌগনি)। অদুগী তুংদা সাধকদাসনা গুরু-দেবগী স্নান লোইরগা হোংদোকনবা অশুবা ফি অমসুং জল শোকলকনবা ঝারি পুত্থন' তুং ইঞ্জে। শ্রীগুরুদেবনা গঙ্গা থুরুম-লগা স্নান লোইরত্থুনা মন্ত্র থীনা-থীনা য়ুমদা হল্লকই। সাধকদাসনা ফি শুমদোক্লুনা সনাগী ঝারিদা গঙ্গাজল শোকলগা তুংইল্লকই। য়ুম য়োরগা শ্রীগুরুদেবনা চৌকিদা লেঙশিল্লগা সাধকদাসনা চরণ শেংই। শ্রীগুরুদেবনা চন্দন থিল্লগা তুলসীবু য়েংওইননা কোয়ত্থুনা ইশিং হৈরে, দণ্ডবৎ কৎলে। মতৌ অসিগুমনা শ্রীপরম-গুরু, পরাৎপরগুরু, পরমেষ্ঠি গুরুগী অমসুং শ্রীলোকনাথ গোস্বামী ফাওবগী সেবা শ্রীগুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্না তৌজে। অদুগী তুংদা শ্রীগুরুবর্গ, শ্রীসনাতনগোস্বামীনচিংববু মাগী মাগী তুংইনবা দাসশিংনা সেবা তৌত্থুনা স্নান, বেশভূষণ লোইরবদা শ্রীগোস্বামী-পাদনা মাঙ থাত্থুনা ময়াম্মক শ্রীমহাপ্রভুগী মন্দির তাপ্না লাকই।

পুরগী নিংথীবদি :— মাইকৈ মরিদা লম্বেল মরি— নোং পোকথোঙদগী নোংচুপথোঙ ফাওবা পাকলবা লম্বেল অমা অদুগা খা থোঙদগী অরাং থোঙ ফাওবা লম্বেল অমা। নোংপোক্কী খণ্ড অনি, নোংচুপকী খণ্ড অনি— খণ্ড মরিসিদা চোক ৩০ লৈ। চীংথৈ থংবা খণ্ডদা চোক তরুক — শচীমাতাগীনি। চোক তরুকসিগী চীংথৈ থংবত্থু গুহাগী কানি; অদুগী মথা থংবদা জগন্নাথ মিশ্রগী য়ুমনি। মত্থুগী নোংচুপ্তা শচীমাতাগী য়ুমনি। মত্থুগী অরাংদা মহাপ্রভুগী দন্তধাবনগী অমসুং স্নানগী বেদী। কাসিগী নোংপোক্তা ঈশানদাসগী য়ুম। চোকশিংসি পাকচাউই

অমসুং তোঙান তোঙানবনি। দন্তধাবন বেদীগী অরাংদা লফুগী বন্দা মহাপ্রভুগী হকচাং শেংদোকফম লৈ। মৈরম থংবা খণ্ডদা চোক তরানিথোইনি — শ্রীমহাপ্রভুগীনি। মাসিগী কোক্রুথংবা কাহু মহাপ্রভুগী শয়নগৃহনি। মতুগী মখা থংবদা লুক হাকম কা; মতুগী মখা থংবদা শ্রীনারায়ণগী মন্দির; মতুগী মখা থংবদা ভাণ্ডারগৃহনি। মতুগী নোংপোক্তা মহাপ্রভুগী চন্দ্রশালা; মতুগী অরাংদ' ভাগবত পাঠ তৌফম অমসুং জগোই মন্দির; মতুগী অরাংদা বৈঠক; মতুগী অরাংদা যোগপীঠ মন্দির; মতুগী নোংপোক্তা ভক্তশিংগী বিশ্রামঘর; মতুগী মখা থংবদা গুহা— অসুমনা চোক তরানিথোইনি। মহাপ্রভুগী খণ্ডগী মোইরাং লায়জীদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী চোক নিপাল লৈবা খণ্ড। মসিগী চীংথৈ থংবা কোনাদা শচীমাতানচিংবী মালিনীনচিংবীগী লুক হাকম। মতুগী খা থংবদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী লুক হাকম। মতুগী খা থংবদা বৈঠক। মতুগী খা থংবদা চাকশং। মতুগী নোংচুপ্তা ভাণ্ডার। মতুগী অরাংদা দাসীশিংগী য়ুম। মতুগী অরাংদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী শয়নগৃহ। মতুগী অরাংদা ছয়ঋতুবন, যোগপীঠ অমসুং পুখ্রী। মতুগী অরাংদা কোক্রুথংবা কোনাদা লক্ষ্মীপ্রিয়াগী চোক মরিগী খণ্ড। মসিগী চাংথৈদা রত্নভাণ্ডার; মতুগী খাদা বৈঠক; মতুগী নোংচুপ্তা শয়নগৃহ; মতুগী অরাংদা দাসীশিংগী য়ুম। মতৌ অসুমনা খণ্ড মরিদা চোক কুন্থ্রানি।

পুর অসি লৈমায়গী মফম মফমদা অঙৌবা, ঙাঙ্গানবা অমদি নাপু মচুগী মণিনা য়েকখোৎপনি, মাইকৈ মরিদা মুক্তানা লৈতেংবা সুথোং। লৈরক, দোলাম্না পুরগী মশেক মঙাল হেজংহল্লি, লম্বীদা থম্বাল অমদি মঙ্গল পীনবা পূর্ণকুম্ভনচিংবনা নিংথিজরি। অসিগুম্বা ফজবসি গুরুবর্গনা হরাওনা দর্শন তৌই। অমাংগী থোঙদা গোস্বামীপাদশিং লেঙশিনক্রুনা মথোইগী য়াথং ইন্দুনা

অমদি গুরুবর্গগী য়াথং ইন্দুনা সাধকদাসনা শ্রীমহাপ্রভুগী দন্তধাবন বেদী, চেপক্ষম কা, লুকহাফম কা অমস্যুং বৈঠক পুমনমকসি রাই শীত্তোক্তুনা মনম সুংশিবা ইশিং খিকত্তোকলে। স্নানগী পোৎলম লাঙহুনা থমলে। দন্তধাবন বেদীদা হৈনৌ মনাগী লারৈদা মনম সুংশিবা য়া শেংনবা মকুপ, সনাগী লৈথেৎ, সনাগী ঝারিদা মনম সুংশিবা জল, অমোনবা অঙৌবা গামছা, চীন্দেশেল কাওশেল, স্নানবেদীদা মনম সুংশিবা থাউ, ইরুজ্বদা শেংনবা ফি, ইরুজ্বা লোইরগা হোংদোকনবা ফি ফজনা থুৎথুপ থুপ্তুনা কুপ্তা শেমহনা থমলে। শিঙ্গারবেদীদা চতুঃসম, কেশর কুঙ্কুমনচিংবগী চন্দনত্রেঙ্গোৎ, সনা পরেংনচিংবা, চন্দ্রহার, মণিমালা, মুক্তামালা, ফিরোল, লৈতেং, মণিনা হৎপা সনাগী শমজেৎ, মণিগী খাংলি, অগরুচন্দন অমস্যুং মীংশেল অসি পুমনমক থমলে। লুক হাফমদা সনাগী আসন থারে, সনাগী ঝারিদা মনম সুংশিবা জল গামছানা কুপ্তুনা থমলে, সনাগী পুখম, গ্লাস থেন্দুনা থমলে। বৈঠক্তা ভাগবত পাঠ তৌননবা চৌকি, আসন, মোস্তেক, মোন্দুম, মাইকৈ মরিদা ভক্তশিংগী ফিদা ধাহুনা থমলে। (মতম মতমগী সেবাদা চঙবা হৌনবা— কালেন্দা হায়রগা মাইকৈ মরিদা পঙ্খা মরি, কাঙহাই চামর অসিনচিংবা থৌরাং তৌগনি)। লম্ফুগী বন্দা হকচাং শেংদোকফমগী বেদী শেম শাহুনা থমলে।

মরক অসিদা শ্রীনিত্যানন্দ, অদ্বৈতনচিংবা অমস্যুং গদাধর, শ্রীবাসনচিংবা নোংপোক্কী স্নথোঙদা; স্বরূপনচিংবনা খাগী স্নথোঙদা; গদাধরদাস, খণ্ডবাসী নরহরিনা নোংচুপকী স্নথোঙদা মহাপ্রভুগী দর্শন ফংনিংবগী উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা খোঙথাং য়াঙনা ময়াম্মক য়েৌরক্তুনা নোংপোক্কী চোক্তা মাঙ্গোন্দা লৈবা বেদী মথক্তা তিন্দুনা উন্নররে। অতুগী তুংদা প্রভু অনিনা শচীমাতাগী নাক্তা চঙরে— শচীমাতাদা দণ্ডবৎ কত্তুনা মহাপ্রভুবু হোদোক-

পিনবা হঙ্গৎলুরে। শচীমাতানা মাচ থাহনা মহাপ্রভুগী চেপকম কাদা লেঙঙকলগা বাৎসল্য প্রেমনা মিৎকী পিনা ইবুঙোগী শয্যা চোৎপমথৈ প্রেম তৌই। থুং নাম্মন শয্যা পায়হনা ঙাথরগা মাতানা কৌরকই, "হে গৌরচন্দ্র! হে বিশ্বম্ভর! ইবুঙো! নোং ঙাল্লে. নংগী চাঃরবা নিত্যানন্দ অদ্বৈতনচিংবনা ভক্ত ময়ামগা লোযননা মাঙ্গোন্দা লৈরে। হৌগৎলো, প্রাতগী তৌনবী স্নানচিংবা লোইরগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌরো।" মহাপ্রভুনা মাতানা হৌদোকপা তারহনা থুং অনিনা বোক্রা মন্থগী মণ্ডপদা থেক্তুনা তাংনা য়াঙলোইহনা লেঙ্খৎলকলে। মাতাবু প্রণাম তৌরগা শয্যাদা চরণ য়াম্বহনা ফমলে।

মতম অসিদা ঈশান দাসনা দন্তধাবন তৌনবা বাৎ, সনাগী বাকি, চৌকি পুশিন্নরলে। মতমহদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং থঙলহনা ব্রজদা যাবট্ট শ্যামাসখগা মুখরাগা লাকপা, ইবেম্মনু হৌদোকপনচিংবা রসগী পদগান তৌই। শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবতা লুপখিহনা যুম্বী-গুমন লৈখি। ভক্তশিংস্ম ইশেদা লুপখিহনা সাধক দেহদগী সিদ্ধদেহদা মন থমহনা বাহ্যজ্ঞান নাঙখি। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ভাবকা কল্পতরুনি, ভক্তশিংনা মহুগী মশ মরেংনি, দাসশিংনা মনা-মপানি; মরম অসিনা মহাপ্রভুগী ভাবকা তুংইল্লিব ভক্ত-শিংনা ইবুঙোনা ওইরি ওইরিবা ভাবতুদা অত্মক আবেশ ওই।

রাধাং স্নাতবিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভি প্রগে
তদ্গেহে বিহিতান্নপাকরচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাম্।
কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্ত ধেনুসদনংনির্ব্যূঢ় গোদোহনং
সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈস্তাঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে।

বৃন্দাবন্দা যাবট্টা শ্রীরাধিকা চেপ্তুনা লৈ। মহৌশাগুমনা

সাধকদাসীনা মীকপ থোকলহুনা মখোড় মথুং হামদোক্লুনা চীন য়া শেংহুনা শ্রীগুরুদেবীগীদগী হৌবহনা শ্রীমতীগী ফাওবা মথুং অচৌবা চঙক্রম শেংদোকলগা মানা ইল্লিবা ইমফি অমদি শমনা তৈথোক্লুনা মনম মুংশিহল্লগা ইরুজবদা শেংনবা ফি অমসুং ঝারি পুহনা, হকচাং শেংদোকলগা মনম মুংশিবা লৈপাকনা খোঙ-থুং নোইরগা, মনম মুংশিবা থাউনা হকচাং শীনবা থুংনা তৈরগা, অমুক মনম মুংশিবা মকুপনা থাউত্ কংহল্লগা, হৈগ্রু মহীনা মশম থোংহল্লগা স্নান তৌরে। লং অকুপ্পগী অচৌবা গামছানা শম শুমদোক্লুনা হকচাং তৈথোকলগা, খোইদোদগী খোঙ যৌনা চোনবা চামাব শেংচিন্দুনা কত্রং থৌরীনা (খাংলীনা) পুনশিল্লে। চৌকিদা ফমহুনা অগরু চন্দনগী মৈথুদা শম কংহল্লগা সনাগী শমাক্ষেংনা শম হাংলগা শমত্ শরুক অহুম থোকনা থাইদোক্লুনা বেণী লোনশিল্লে। বেণীগী মখোড়দা মুক্তাগী মরীনা যেত্তুনা লকুথনো মগুং মাম্না শম পুনশিল্লে। অতুগী ফুংদা মত্তোম্না মুক্তা, অথংগী মথল মগাগী মণিনা হংলবা সনাগী শীবিমফুল, লগাই শিল্লে ফাবী (সিংথিপাতি), নাকোং অনিদা লৈ অনি, চক্রিশলাকা, তাবঙ্ক, উপগুংতিলকী ময়ায়দা সিন্দুর নমশিল্লে, চন্দনগী মবিক মনিবনা লাইবক্তা কোযশিল্লগা ময়ায়দা কস্তুরগী বিন্দু (কামদেব বেই), মথক থংবা শকক্তা থা মচেং শাব লৈনা মগুং, শজাইদা ছা বিহোমগী মগুং, নাত্তোন্দা চিংথরকপা তিলক, নাত্তোন নাকচীদা মুক্তা, মীৎ কাজল, চায়রুংদা কস্তুরী বিন্দু, থবাক্তা, কুচদা কস্তুরীনা যেকথোংপা— ওযথংবদা উরী, থম্পাল, উদ্ধাবেশা, ও, যেৎথংবা কুচদা লীকং, শন খোঙ্গুল, থা মচেং, লৈচারো যেক্তুনা কত্রং থৌরানা কঞ্চুলি পুনশিল্লে। ওকশমদা ওবমান, হংসুলী, লৈহাউ অপোম্বা মগুংগী লীক, গোষ্টদানচিংবা লীক, থংদা শরীক মচা, পাম্বোম অনিদা সনাগী

পাম্বোমফাবী। খুত্তা খুজি, পোংচি, খরুওয়া, নীলচূরী, মখক্তা গজরা মণ্ডা। খূবীদা সাবান, খুৎশাশিংদা মণিনা হৎপা সনা খুদোপ, খোঙদা মণিনা হৎলবা পাতমল, খঞ্জুরী, নূপুর, খোঙ-বীদা বিচি, খুয়াদা যাবক, অতুগা শ্রীগুরুদেবীনা পীনৰিবা ফিনা মকোক খুমই। অমুমনা ফিজেং লৈতেংহুনা শ্রীগুরুদেবীগী চেপকম কাগী মপান্দা চৌকি থাত্নুনা চীন শেংনবা হৈনো মনাগী লারেন-চিংবা, সনাগী ঝারিদা মনম মুংশিবা জল, চানকুপশেল কাওশেল, গামছা; মমুং অচৌবা চঙনবগী মনম মুংশিবা লৈপাক ঝারিদা জল; স্নানগীদমক চৌকি থাত্নুনা মনম মুংশিবা জল, মনম মুংশিবা থাউ, মনম মুংশিবা মকুপ, চাইখনবা পাত্র, ইকজবনা শেংনবা ফিরোল শেম শাত্নুনা থমমে। অতুগী তুংদা ইমুং চঙত্নুনা শ্রীচরণদা মকোক শোক্তুনা পাদসম্বাহন তৌত্নুনা শ্রীগুরুদেবীবু হোৎদোক চৈ। শ্রীগুরুদেবী লেঙখত্তুনা চৌকিদা কনলগা, চীন শেংলগা মমুং অচৌবা লেংশিনখি। হবচাং শেংদোকপা লোইবদা মনম মুংশিবা লৈপাকনা খোঙ-খুৎ নাইবগা মনম মুংশিবা জলনা চীন-খা তেংবা লোইরবদা থাউ তৈত্নুনা হবচাং লোইরে। হৈক্রে মহৌনা শম খোৎহল্লগা স্নান তৌরে। গামছানা শম তৈথোকলগা সনাগী শমজেৎনা তপনা তপনা হাৎলগা শমহু অহুম খোকনা খাই-দোকলগা বেণী লোন্দুনা বেণীহু রেশমগী মণিনা য়োম্ব থোরীনা পুল্লে। বেণী মতোন্দা মুক্তা, মণি মখল মখানা হৎপা শীরিষফুল, অতুদগী শিঙ্গ্রেং ফাবা, নাকোং অনিদা নাইন অনি, চক্রিশলাকা, তাবঙ্ক। উর্দ্ধপুণ্ড্র মরক্তা সিন্দুর নমলে, অকোয়বদা চন্দন মরীক মরীক, ময়ায়দা কস্তুরী বিন্দু, মথক্তা থা মচেৎ, নাকল অনিদা উনা মওং, খজাইদা ঙা কিহোম মওং, নাতোনগী তিলক, নাতোন নাকচীদা মুক্তা, মীত্তা কাজোল, চাযরুংদা কস্তুরীগী বিন্দু, থবাক্তা উনা অতুদগী কঞ্চুলী, ওকশমদা সনাগী তকমান, হংসুলী

অসিনচিংবা। থাংদা শরীক মচা, পাম্বোম অনিদা সনাগী পাম্বোম ফাবী, থুং অনিদা থুজি, পোংচি, থরুওয়া, নীলচূরী, গজরা, থুবীদা সাবাল, থুং মচাদা সনা থুদোপ, চরন্দা পাতমল, থঞ্জুরী, নুপুর, খোংশাদা বিচি, থুয়াদা যাবক, থরাম্মিচাক য়েকপা ইন্নফীনা কোক্তা কুপশিন্নে। মতৌ অসুমনা শ্রীগোস্বামীগী সিদ্ধমঞ্জরী ফাওবা মথং শীংনা থাইগী সেবা লোইরগা, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবসু মাগী মাগী তুংইনবীশিংনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা, শ্রীগুরুমঞ্জরীনচিংবীনা সন্মান তৌজবা, থুরুমজবা, আলিজন তৌন-বনচিংবা লোইরগা পুরগী নোংপোক থোঙদা রাধিকাগী শঙ্গাই মন্দুদা অসুম চঙনা চঙনা পুরগী নিংথীজবা দর্শন তৌই।

যাবটপুরগী নিংথীজবা:— মাইকৈ মরিদা থোঙ মরি, মাইকৈ মরিদগী লম্বা অচৌব মরি লাকলগাময়ায়দা তিন্নরৈ। থঙ মরিদা চোক কুন্দা। চীংথৈ থংবা থওদা চোক মাপল; অহানবা থগুসি জটিলাগীনি। থগুসিগী কৌক্রু থংবত্থ গোপ গোপগী য়ুমনি। মাতুগী নোংপোক্তা জটিলাগী য়ুম, মাতুগী নোং-পোক্তা তুর্মদাগী য়ুম, মাতুগী খাদা আয়নগী য়ুম, মাতুগী নোংচুপ্তা চাক চাকম, মাতুগী নোংচুপ্তা রান্নশাল, মাতুগী অরাংদা ভাণ্ডার মাতুগী নোংপোক্তা আয়নগী বৈঠক। মৈরণ, মোইরাং লায়জা অমসুং কৌক্রুগী থঙ অহুমদা চোক ১৬ নি শ্রীরাধিকাগীনি। মরকত মণিগী য়ুম ভাকনি। মৈরমদা চোক তরুক্কী থঙ অমা। মাতুগী চীংথৈদা শ্যামাসখীগী য়ুম; মাতুগী খাদা চন্দ্রশালা— নিংথীনা রাংই; মাতুগী নোংচুপ্তা সখীশিংগী য়ুম; মাতুগী নোংচুপ্তা শ্রীরাধিকাগী বৈঠক; মাতুগী অরাংদা শ্রীরাধাগী লুক হাফম; মাতুগী নোংপোক্তা দাসীশিংগী য়ুম। মোইরাং লায়জীদা চোক তরুক্কী থঙ অমা। মাসিগী চীংথৈ থংবা কোনাদা শ্রীরাধিকাগী শিঙ্গারবেদী; মাতুগী খাদা শ্রীরাধাগী শয়নগৃহ; মাতুগী খাদা

অনঙ্গমঞ্জরীগী যুম, মাতুগী নোংচুপ্তা মিষ্টান্নভাণ্ডার ; মাতুগী অরাংদা রত্নভাণ্ডার ; মাতুগী অরা'দা শঙ্গোমগী ভাণ্ডার। কৌক্রুদা চোক মরিগী খণ্ড। মাতুগী কৌক্রুথংবা কোনাদা চিড়িয়াখানা, মাতুগী খাদা ঘীগী ভাণ্ডার, মাতুগী নো'পোক্তা শ্রীরাধাগী স্নানবেদী, মাতুগী অরাংদা শ্রীরাধিকাগী দন্তধাবন বেদা। মতৌ অমুমনা চোক কুমডানি। মখল মখা অযাম্বা মণিনা য়েক-খো'লবা পুরনি, থা কোটিগী মঙানবু ভমক্তবনি। দাসীশিংনা মাখন চিংবগী হুরু হুরু লাউবা খোঞ্জেন্নে, চ'এ'দা' গেহু তকপগী গর গব লাউবা মখোন্নে— পুরসি সমুদ্রগী ঈবাওখোনগুমনা নিপ্লি। মশেক মঙাম্না ইশিংগী মণিগীগুমলবা মপৈনি। পুবগী মাইকৈ মবিদা সনাগী চেকপন্না কোয়শিল্লি। নো'পোক অমসুং খাদা থোঙ্কাও অনি ; অরাং অমসুং নো চুপ্তা থোঙ মঙা অনি। মপান্দ ঋতু তরুকনা থৌগল তৌবা বন লৈ। লকুনচিংবা মখল মখা অনাম্বা উ উবানা মপাল শাৎলি, মহৈ য়াল্লি— অহুনা মশাশিংতু উপথরি ; মলয়ানা লিরি হুম্বদা লৈগী মনম ফংবদা খোইমুশিংনা ভংলি, কোকিলনা মুংশনা খো'লি। হৌবি মন্দার, হরিচন্দন, পারিজাত অমসুং সন্তানবৃক্ষ ; য়েৎলি মাধবালতা, মালতি, স্বর্ণযুথা অমসুং নব-মল্লিকা। অসিগুমনা নিংথিজরবা কুঞ্জগা মমুংদা শ্রীরাধিকাগী মমুং অচৌবা লেঙশিনকমনি।

ময়াম পুমনমক মাগা মাগী সেবাগী থবক পায়খৎনবুনা শ্রীরাধিকাগা শঙ্গায় মমুংদা চঙলক্তুনা ইশিং খিকলে। মকম চানা-চানা ইবেম্মগী সেবাগী পো'লম থমলে :— দন্তধাবনগী হৈনৌমনাগা লারৈ, সনাগী লৈখেৎ, কর্পূরগা লোয়নরবা মনম মুংশিবা মকুপ, ঝারিদা মনম মুংশিবা জল ; অমোনবা গামছা, চৌন্দেশেল কাণ্ডশেল ; মমুং অচৌবগী হকচাং শেংদোকনবা মনম মুংশিবা লৈপাক অমসুং ইশিং ; শিঙ্গারবেদীদা নোং মচু

মানবা অশংবা কি, চতুঃসম, চন্দন, কর্পূর, কেশর, কস্তুরী, কুঙ্কুম, সিন্দুর, মথল মথাগী সনাগী লিক, অগরু চন্দন, থুদোপ, শমজেৎ, রত্নুনা হৎলবা শকয়েং মিংশেল; লুক হাকমদা সনাগী বেদী মথক্তা সনাগী চৌকি, আসন, মনম মুংশিবা ইশিং য়াওবা সনাগী ঝারি, অমোনবা অনানবা গামছানা কুপ্তুনা সনাগী গ্লাস অমসুং পুখম। বৈঠক অদু মণি মথল নিপাল্লা য়েকখোৎপনি; কাংথোল মথক্তা মোম্পাক, মোন্দুম, মোস্তেক, মাইকৈ নিপাল্দা চৌকি নিপাল অদুগী অমুক মাইকৈ মরিদা কর্পূর, চন্দন, কেশরনচিংবগী পাত্র, চামর, কাণ্ডহাইনচিংবা অমসুং সনাগী ঝারি লৈ। কা অসি মরকত মণিনা শাবনি। মাইকৈ মরিদা খোঙ মরি, নাক য়েত্তা খোঙনাউ অনি অনি, সনাগী যুম্বী নিপাল, ইন্দ্রনীলমণিগী খোঙপাক অমসুং মাইকৈ মরিদা পথা অসিনচিংবা। মকম মকমদুগী সেবাগী পোৎলম মকম চানা থমলবা তুংদা ময়ামদু শ্রীরাধিকাগী মন্দিরদা চঙলকলে। তাঞ্জা-সিদা ললিতানচিংবী সখীশিং মাগী মাগী তুংইনবীশিংনা সেবা তৌদুনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা লোইহনা লাকলে। সখী-শিংবু থুরুমজরগা ময়াম্মক পুন্দুনা ইবেম্মগী শয়ন মন্দিরদা চঙলকলে। মন্দিরগী নিংথৌবা:— মরকত মণিগী লৈমায়নি,— মাদুদা মথল মথা অয়াম্বা মণি পরেংগী অমসুং প্রবালগী লৈ, উরী, মীগী মূর্ত্তিনচিংবা য়েক-খোৎলি, সমুদ্রগী ইথক্কুমনা ইলং লংই। খোঙজাউ মরিগী নাক য়েত্তা মীদুখোঙ অনি অনি। সনাগী ভাণ্ডার, মণিগী খোঙপাক, রত্নগী মরী-মরী য়াম্বরকপা মথক্তা সনাগী চক্র, চক্রগী মথক্তা রাহোং, ক্ষীরান, বানা,— মুংশিংনা তপনা তপনা হম্বদা বন্ বন্ হায়না খিঙই। লৈমায়দা মথল মথাগী মণিনা য়েক খোৎলি, মথক্তা থাকল, রত্নগী ঝালর, মাইকৈ মরিদা সনাগী কাংথোল মথক্তা ভৌরোক ভৌবা মোম্পাক,

মোন্দুম, মোম্ভেক, রত্নগী জালনা শাবা কাঙখল, রত্ন ঝালরগা লোয়ননা ঘীগী থাউমৈনা লৈহাউ অপোম্বগুম নিংথিজরি। নিংথী-জবসি উবদা মহৈ মহৈ প্রমাণ তৌনা ভাউনরকই। "য়েংউ ইতা! শ্রীরাধিকানা চেপ্পিবসে।" "নত্তেদা ইতা! কাঙডা অমোমনা শঙ্গোম থকলিবনিদা। শয্যাসিনা পুথ্রিনিদো, শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা অহিংদা শান্নরুবা লীলাগী শঙ্গোমনা পুবনিংগী ইথক্তা তাউরিবহু থকলিবনি।" অমুমনা সখীশিংনা ভাউনরকপসি তাবদা ইবেম্মা মীকপ থোকলে। মতম অসিদা সাধক দাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী য়াথং ফংজতুনা শ্রীচরণ সম্বাহন তৌজে। শ্রীরাধিকা লেঙথত্তুনা কাংথোন্দা চরণ য়াম্থতুনা ফমলগা মোমান নোক্তুনা সখীশিংদা হায়রকই, "ইতা! ঙসিসি ঐগী মঙদা নৌনা মথোল কারকপা শংবান্নবা বংশীপায়বা নিপা অমা লাকলগা ললিতাদা আলিঙ্গন চুম্বন তৌরম্মিদো।" ললিতানা নোক্তুনা খুম্মকই, "ইবেম্মা! অতুদি ইবেম্মদা থোকখিবনি; মাঙোন্দা তাইশিনবিরুদা।" ইবেম্ম-না নোক্তুনা হায়রকই, "অতু নত্রবদি থবাক্তা চিন্নাম্দা থোক্তুং-লিবতদি কনাননিনা?" অতোপ্পা সখা অমনা হায়রকই, "মাতুগী মরমদি অসিনি,— ঙমাইবা অমা শাইনক্তুনা নংঙোক্তদা কাফোই ওইরবোই নাংতনা শান্নবে অমগা, মখাদা ওপোল নহৈ ওইরবোই নাংতনা মচান্না হল্লম্বনি। অতুমনা নচেত লনা পাইশিন্নক্তুনা খুজান্না থোংলম্বগা লাগনি, চিংনবিরুদা।" অতৈ অতোপ্পী অমগীস্তু দাগ উরতুনা হায়রকই ললিতানা, "ফরে, ঐগীদি অতু ওইজরগে, নখোইগীতুদি কনানা হোংলম্বনো?" তাঙা অসিদা ইবেম্মবু হৌদোকনবা মুখরা য়ৌরক্তুনা কৌরকই, "রাধে! ইশুইবেম্মা! হে বিশাখে! হৌজিক ফাওবা তুমলিবরা? নখোইবু কাউরবরা? ঙসিসি নো মাইজিংনি; নোংঙাম্লে, হৌগত্তুনা ইরুনায়থত্তুনা য়ুমগী পূজাগী অমসুং সূর্য্যপূজাগী-পোৎলম

শেম শাররো।" অসি হায়রগা ইবেম্মদা য়েংঙকপদা ইবেম্মগী অঙ্গদা সনাফীগে থোল্লবত্থ উত্রে। মুখরানা হায়রকই, "করিনো সিদে! বিশাখা! মাঙলেদনা! সনা অহিংবগী কুচুসিদা সনাফীগে-সিদি ওরাং সক্ষ্যা মতমদা বনমালীনা শেৎহৌবনি। হৌজিক বস্তানা শেৎলম্মিসিনা কমদৌরিবা? সতীশাগেদা পোকলগা অরানবা থবক তৌগনা ধর্ম্ম মাঙলবরা? উবদা ঐদি পাথৎলে।" মতু ভাবদা ইথক থক্কত্তুনা সাধকদাসীনা সনা ফীগে চিংথোক্তুনা শংবাগ্নবা ফীজোগ্না হেক কুপশীজ্ঞে। বিশাখানা মুখরাদা হায়রকই, "ইবেল! রাখল সেরান তুরাগ্না চৈরিবসিবু করি-গীনো? ইবেম্দি নমিত্তি উৎপ্রেদো। মী থাইনা উবনা অমা নশাকনা উবনা অমনিদো। মতু নশাক্কী মহৌশানিদো। ইবেম্মগী অঙ্গনদি সনা অহিংবনিদো, সনা মচুদা থোল্লিবা অশংবা শারিত্তদা মুমিৎকী মশেকনা য়ৈবনি; করিগী চিংনরিবনো? মুগ্না য়েংউদনা সে। থোঙনাউ অহোবদা মুমিৎকী মশেক চঙত্রা চঙদত্রা?" মতু ভাবদা মুখরানা অমুক য়েংঙুবদদি অশংবা শারি থোল্লনলে। অত্থদগী ইকাইরজনা থুথরা হনথ্রে—সর্ব্বাশিংন থুকুমই, আশীর্ব্বাদ পীরমই। অত্থগী তুংদা শ্যামাসখী চঙহক্তুনা ইবেম্মগা আলিঙ্গন তৌনরগা ইবেম্মনা হায়রকই, "ইতা! নশাক্কা উগ্ননীংহনা হৌজিক্ক শোল্লমলিবনি।" অসি হায়রগা ফিদাদা ফমহল্লে। শ্যামানা হায়রকই, "ইবেম্মগী শ্রীমুখদগী চেম্বরকপা অহিং শাগ্নরুবগী রারীগী মশক ওইবা তুরেন্দুদা স্নান তৌজনীংহনা তৌগদবা কয়া হুঙ্গেকলমতুনা হেক্তা চেঙ্গরকলবনি।" মতু ভাবদা ইবেম্মনা হংলকই, "হায়রিবত্থবু করি মওংনো?" শ্যামানা থুম্মকই, "মওং হায়ববু নটবর (জগোই হৈব) হুবু কন্দর্পনৃত্যদা জগোই শাহন-বিবত্থবু হায়বা।" শ্রীরাধিকানা, "ঐবু লঙনবিরিবা করিগীনো? পুন্সি অসিদা নটবর রূপ অত্থবু অমুক্কং দর্শন কংজরবদি লঙ-

নবিরবসু ফগদবা।" শ্যামানা, "অহুদি ইবেম্মগী চীম্বান্দা পোমখৎ-লিবা অমসুং হকচাংগী মফম অদৈদা খোংলিবহুদি করিননো?" ইবেম্মনা, "ইতা! নহাকনা হায়বসি তারগা ঐ নীংশিংলকলে। ললিতানা ঐবু ফিজেৎ লৈতেংবিরগা মফম কপাইদনো পুবিরগা জগোই হৈবা অমদা ঐবু শিন্নরমলগা মাদি চেনখ্রে। ঐনা অদুগুম্বা তথক তথকপা নটরাজগী মখুত্তা তারবদা জ্ঞান মাঙ-লমই। অদুগী মতুংদা করি থোকখিবা করিমত্তা খঙদ্রে। অদুবু ফিজেৎ লৈতেংদি মফম মরাং খঙদ্রহুনা নটরাজ অহুনা ঐবু মহাক্কী মফেদা ফমহল্লগা মখুৎমকনা ফিজেৎ লৈতেংবিরমই, পান ইনবিরমই, মিংশেল য়েংহল্লমই। ইতা! ঐনসু নটরাজ অদুবু ফিজেৎ লৈতেংবিরমই, পান ইল্লমই অমসুং মিংশেল য়েং-হল্লমই। অদুগী তুংদা বনভ্রমন, লৈ হেকপা, বন্যবেশ, রাস লীলা, মধু পান্নচিংবা লীলা তৌরমই।" অসি হায়রন-হায়রনা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংলুবদা প্রেমনা খোরী ফুনখিহুনা রা ঙাঙবা থোকখিদ্রে। মতম অদুদা দাসীনা হুমাই খোগল তৌহুনা ইবেম্মবু জ্ঞান তাহল্লি। তাঙ্গাসিদা মধুরিকা সখী লাকপা উবদা ইবেম্মনা হংই, "ইতা! বদোমদগীনো? নন্দালয়গী মঙ্গলগী পাউনা কমদৌবা?" মধুরিকানা খুম্মকই, "ইবেম্মা! ভগবতী পৌর্ণমাসীনা প্রাতগী হৌনবী লোইরগা নন্দালয় য়োৎকই। মাগী শেংলবা প্রেমনা খুম্মাংলবা খম্মোইহু উবদা প্রেম পোকই। অঙৌবা কুচ, ফীজোনসু অঙৌবা, মশমহুনা কালিয়া মপাল হেক মাল্লহুনা, মখুত্তা চৈশূ অঙাঙবা অমা পায়রহুনা লাকই। নন্দরাণীনা খুরুমহুনা ফিদা থাই। অদুদা আলিঙ্গন আশীষ তৌবিহুনা হংবিরকই, "হায়যু ব্রজেশ্বরী! নবুতো মহারাজ অমসুং শা-শল কমদৌরি?" যশোদানা খুমই "ভগবতীগী খোজায়া লোইবা মঙ্গল ওইরি।" ভগবতীনা "অহুদি চৎসি শ্রীকৃষ্ণগী

বদনচন্দ্রিমাদু অমুক্তং য়েংখিগে” হায়দুনা মাডদা পৌর্ণমাসী, তুংদা যশোদা, রোহিনী, অম্বা, কিলিম্বা, শুভে, সন্দে, ভরুণী, বিবরীনচিংবী য়োকচবী কয়াসু য়াওনা ইল্লকই। পুরুগী নিংখীবা য়েংন-য়েংনা ইবুংঙোগী শয়ন-মন্দির য়োরকই। মাথন চিংবগী মরিক মখিক চোংবদুনা ক্ষীরসমুদ্রগুমপ্রে, রতন্না হত্তুনা শাবদুনা শ্বেতদ্বীপকুমনা নীংথিজে। চোক ৪৯ গী পুরনি। মাদুগী মনুংদা সনানা শাবা শযনমন্দিরনি। ইন্দ্রনীলমণি, প্রবাল, হীরানচিংবা মনি মথল নিপান্না শেম্বা উরী, লৈচবোং, অতাং ওইরিঙৈগী লীলা পুতনাবধনচিংবা অচকপা লীলা কযা য়েৎলিবা, সুখোঙদা রত্ন কয়ানা য়েৎলিবা, মথোল মরি, শচতপা নিপাল লোঙবা মৎক্তা চন্দ্রশাল', রাংলবা খোঙকাও, মথল মথাগী মণিনা হৎলবা ইন্দ্রনীলমণিগী খোঙপাক, তত্তনা শাক্তিন্নবা খোঙ মরি, থিংদুনা ৎম্বা জন্মাষ্টমীনচিংবদা হাংবা খোঙ নিপাল; মনুংদা মথল মথাগী রত্নুনা হৎপা ঝালবগা লোযনরবা থাকল; মাযক্কৈ মন্দিদা সনাগী পিঞ্জরাদা শুক সারী যাম্নি। অদুগী মনুংদ মনি মথল নিপান্না হৎলবা কাংথোনগী মথক্তা ঙৌবোক ঙৌবা ফমুং, য়োম্পাক, য়োন্দুম য়োঙ্গেক, রত্নুগী ঝালব, রত্নুগী জালিগী কাডথল। মাইকৈ মরিদা রত্নুগী পাউমৈনা লৈংহাউ অপাম্বগুন ফজরি; রত্নুনা হৎলব' সনাগী চৌকিনা কোয়না থারি। সনাগী ঝাবি, গিলাস, চান্দশেংগা, পান ঝাগোক, চন্দন, কেশর, কুঙ্কুম, কর্পূরগী পাত্র, কাডহাই, চামর, মিংশেল্লচিংবা মফম চান-চানা থমলি। অনাদগী হেন্ন' থোংলবা শয্যাদা শ্রীকৃষ্ণ চেপলি। মমাংঙৈগী মতনদা ক্ষীরদা সমুদ্রদা অনন্তশয্যাদা ভগবান্না যোগনিদ্রাদা চেপলিঙৈদা দেবমাতাশিংনা প্রলয়গী মতম লোইশিল্লকলবদ সৃষ্টি তৌবিনবগীদমক মথল মথা অয়াম্বা স্তুতি তৌদুনা হৌদোকখিবা অদুগী মতৌগুম্না শ্রীব্রজেশ্বরী মাতানা তুংশিনা থুং ওয়না

কাংথোক্দা ভারগা থুৎ য়েৎনা কৃষ্ণগী মায়দা নান্দুনা প্রেমনা শয্যামক হেক চোৎহন্দুনা মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা হায়রকই, "ইবুঙো! হে গোবিন্দ! হে গোকুলচন্দ্র! হৌগৎলো, নোংঙাল্লে। ভগবতী পৌর্ণমাসী লেঙঙকলি, থুরুম্মু। নংগী তুম্বা কায়রগনি হায়না কিতুনা নংগী বাবানা নংবু হৌদোকলমদনা মত্তোমত্তা গোষ্ঠদা চৎখ্রে। মরম অসিনা মাখল তোৎপা লবনী চারগা শনশঙদা চৎলো।" অসি হায়তুনা মাতানা কাঙখল হাইদোক-লুবদা মচাগী অঙ্গদা অশংবা ফি শেৎলম্বা উবদা হায়রকই, "নয়াম্বগী ফিদি নংদি কৈদৌনা শেৎলকলিবা? হৌগৎলো সে" হায়তুনা কৃষ্ণবু থাঙ্গৎলগা নীলবস্ত্রত্ত ধনিষ্ঠাদা পীরে। মতম অতুদা মাতানা ইবুঙোগী অঙ্গদা খুজীন মফম অমদি কুঙ্কুমনচিংবা তৈবা উবদা বাৎসল্য প্রেমনা থরাই রারতুনা হায়রকই, "য়েংবিউ, ভগবতী! ননীদগী হেন্না নৌরবা ইচাগী মশাসিদা কদাইদগী তিংখংনা খেৎখ্রিবনো, অদুগা যমুনাগী অমদি গোবর্দ্ধনগী লৈচাঙনা কদাইদগী তৈরকলিবা! হা বিধি ঐবু করি ওইরসিগে!" তাঞ্জাসিদা মধুমঙ্গলতু হাইর হাইরতুনা হেক চঙলকই অমসুং রাতু তাথোকখ্রে। মমাগী রাহৈতুদা কৃষ্ণসি দশা তারে। মধুমঙ্গল য়েংতুনা নয়না ইঙ্গিত তৌতুনা "ঐগী মরমদা হায়-দোরক্কন্নু" হায়না থঙহল্লি। অতুবু মধুমঙ্গলনবু কদাইদগী থঙবিনি! হায়রকই, "ইমা, য়েংঙোই! মমায় থকপী সখীশিংতুগা লোয়নন্না বম বন খুদিং লৈ হেকপা চৎপদা তৌরিবনে। ঐনা ফন। খামজে, য়াবিদে। য়েংউসে, ঐনা অচুম্বা হায়বসিদা মীৎনা ইঙ্গিত তৌতুনা খাম্মিবসে (অর্থ অমদা—ইমা! মমায় থকপা সখাশিংতুগা লোয়ননা শোঙলবা বন্দা লৈহেকপা চৎপনি। ঐনা থামজবস্থ য়াবিদে। অতুদা তিংখংনা খেগায়রিবনি)। অতুগা মশাদা তৈরিবতুনা—ওরাং সন্ধ্যাদা দাসীশিংনা ইরুজবদা

নীংথিনা তৈথোক্তবননি।" বটুগী রা তাবদা কৃষ্ণ হাইফেৎ ইকাই। ভগবতীন নোকলত্রনা কৃষ্ণগী অঙাং ওইবগী মতো অমসুং যশোদাগী বাৎসল্য প্রেমদগী মথরাই রাজবা অত্রগী রাত ইন্দুনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! হে গোবিন্দ! শন শেনবদা বন বন থুদিং কোয়রুবগী রাররত্না হৌজিককাওবা সুঙাইনা তুম্মিবোইদো। তুম্বনা মতিক চায়, অত্রবু ব্রজবাসী পুমনমক্তি নংগী মায়থোং থম্বাল উজনিংবনা নোঙ্গৌবীনা নোংগী ঈশিং ঙাইবত্র মঙায়রে। অত্রনা হৌগত্তুনা দর্শন পীনত্রনা মথোইগী মথনাই পেলহল্লু। মাত্র তাবদা কৃষ্ণনা তন্দে মান্দে তৌত্রনা থুৎ অনি কোক্ত্রা যম্বগী মওংদা লৌরগা তীংলী য়াঙলীরকই। মাত্রদা ফজবত্রদি— অশংবা মণিগী লারুংনা লীরী য়াওদনা থীংবগুমই। হকাম চন্দ্রকপদা য়াগী মশেক মঙাম্না কুণ্ড অপোম্বগুম নীংথিজে। কর্পূরগী বর্ত্তিনা মায়থোং থাক্তদা আরতি হাইবগুমই। ইবুঙোনা হৌগত্তুনা ভগবতীদা থুরুমই। অত্রগী তুংদা রক্তক দাসনা চীনশেংনবা, সনাগী লৈথেৎ, সনাগী চৌকি, বারিদনা মনম সুংশিবা জল, গামছা চীন্দেশেল কাওশেল লোইনা পুন্শিল্লকলে। শ্রীকৃষ্ণনা চৌকিদা লেঙশিন্দুনা হৈনোমনাগী লারে লৌত্রনা য়া তকথোকই, লৈ শেংদোকই। বারিদনা লানশিল্লকপা জল লৌত্রনা চীন তেংথোক্তুনা মায়-মীৎ তাত্রনা গামছানা তৈথোকলে। মতম অত্রদা মাতানা ফীজিনা সুংশিনা হকচাং পুম্বা তকথোক নাম্থোকলগা ফাদোকলবা শমত্র পুনশিন্দুনা লরাইদা পুল্লগা রাহোং মতুগী চুড়া থেৎচিল্লে, লাক্কোল শাজিনবিরগা কর্পূর বর্ত্তিনা হাইদোকলে। রোহিনী দেবীনা আরতি হাইরে। অম্বা কিলিম্বানচিংবীনা যশগান তৌই; শ্রীঅঙ্গগী তনিক তনিক নীংথিজবত্র উবদা হরাও সুঙাইনা মথল মখলগী যন্ত্র য়ৈত্রনা শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলীলাগী পদগান তৌই। ভগবতী পৌর্ণমাসী অনসুং

যশোমতিনচিংবী নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈতে। অতুদগী শ্রীকৃষ্ণনা খুৎ নাম্মনা মধুমঙ্গলগী মখুৎ অমসুং নাম্ব অমনা বংশী পায়দুনা মপান্দা লেঙথোকখ্রে। মাঙ্গোন্দা বলরাম লৈরম্বা উতুনা খুরুমলে। শ্রীবলরামনা মনাওবু আলিঙ্গন তৌদুনা চৌকিদা ফমহল্লে। মতম অতুদা অম্বা, কিলিম্বানা সনাগী পুখমদা মাখন, মিছরী, শঙ্গোম মপান, ক্ষীর, ক্ষীরসা, লবনী, শঙ্গোমনা শেম্বা পুক ইংবা মহীনচিংবা শঙ্গোমগী মওং মন্তা পুশিল্লকই। যেত্তা বলরাম ওয়দা মধুমঙ্গল, অমুমনা ফমদুনা অদুম্মক চানৈম্নে। যশোমতি মাতানা নুংশিনা পীজে। চাবা লোইরগা আচমন তৌরবদা মাতানা হায়রকই, "ইবুঙো! নংগী ভুম্বা কায়রনি হায়দুনা নংগী বাবা মতোমতা শঙ্গোম শুম্বা চংখ্রবনি।" রাসি তাবদা কৃষ্ণনা বলরাম অমসুং মধুমঙ্গলগী খুৎ পায়দুনা মপান্দা লেঙ্খোরকলে। প্রিয়সখা—সুদাম, কিঙ্কিনি, ভদ্রসেন, বসুদাম, অংশুমান, স্তোককৃষ্ণ, পুণ্ডরীক, বিটঙ্কাখ্য, কলবিঙ্ক অমসুং প্রিয়ঙ্করনাচিংববু কৃষ্ণনা খুরুমই অমসুং ময়ামনা কৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌই। সুহৃদসখা বলরামগী লেঙ্গা—সুভদ্র, মণ্ডলিভদ্র, কণ্ডস, দণ্ডী, মণ্ডন, সুনন্দ, নন্দী, আনন্দী, ভদ্রবর্দ্ধন, গোভট্ট, যক্ষেন্দ্রভট্ট, ভদ্রাঙ্গ, বীরভদ্র, মহাগুণ, কুলবীর, মহাভীম, দিব্যশক্তি, সুরপ্রভ, রণস্থিতি—মখোইশিনসু কৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌই। কৃষ্ণগী সখা— বিশাল, বৃষভ, ওজস্বীদেব, প্রস্থ, বরূথপ, মন্দার, কুসমাপীড়, মণিবন্ধনকর, মন্দরচন্দন, কুণ্ড, কলিন্দ, কলিকানচিংবনা কৃষ্ণদা খুরুমই। প্রিয়নর্ম্মসখা— শ্রীকৃষ্ণগী লেঙ্গা— সুবল, অর্জুন, গন্ধর্ব্ব, বসন্ত, উজ্জ্বল, কোকিল, সনন্দন, বিদগ্ধনচিংবনা কৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌই। সখা ময়ামসিগা লোয়ননা কৃষ্ণনা শঙ্গোমশুম্বা চৎলি। ভৃংগা দাসশিং—রক্তক, পত্রক, পত্রিক, বারিদ, প্রেমকণ্ঠ, মধুকণ্ঠ, স্নিগ্ধকণ্ঠ, মধুব্রত, রসাল, বিশাল, আনন্দ, পয়োদ, জম্বোদ, হংস,

রঙ্গন অমম্নু' টঙ্গন অসিনচিংবা মযাম। দাস ময়ামসিদা যশোদা মাতানা রেশমনা মরী ওইবা শিক্কা, শঙ্গোম শুম্নদা শীঙ্জিন্নগদবা রাচপ, শঙ্গোম চফুনচিংবা পীতনা থারকলে। নোংপোক্কী স্নথোঙ-লোমদা থোরকলে। মতম অদুদা মধুমঙ্গলনা অতিযাদা যেংথৎলগা হায়রকই. "য়েংউ ইত্তাও! কয়ানা ঙকথ্রবা অতিযাগী পুম্রীনো! থরাম্মিচাক হায়বা ঙাত্ন ফাগে হাযত্নুনা অরুণ কৌবা ঙাথিবত্নুনা কিরণ হায়বা ইন্দু হুল্লে। মত্ন উবদা কিবত্নুনা ঙা ওইরিবা থরাম্মিচাকশিংত্নু লোংথরে। অদুগা অমুক য়েংউ, হুম্নিং কৌবা শাদানবত্নুনা শঙ্কী ফাগে হায়ত্নুনা কিবণ হাযবা লাংত্নু হুনবদা থান মাগী শঙ্কীত্নু হোইহ্নুনা চৌংগী লোকন্নুংদা চংখ্রে। অদুগা নহাক্কী মায়থোং খা উবদা থম্বানশিংনা হরাওনা নোকলি, থরোনা মথরাই হুঙাইখ্রে। অদুগা খুমুনা খোংলিবসি ত্তাও। হুম্‌, নাত্তু. অত্তিযা হায়বী গর্ভাবতী ওইরবী হুপীসিনা অঙাং উনবা মতম ওইরত্নুনা মাগী নৈতেং থরাম্মিচাকশিং মশাদগী লৈথোক্তুনা অরুণ কৌবা মচা অমা পোকলে। মত্নুনা কপ্পগী মখোল ওইবা তারে।" মত্নু তাবদা কৃষ্ণম্নু সখাশিংম্নু নোকই। অম্নুমনা হুঙাইনত্নুনা শঙ্গোনশং তাম্না লাকই। শ্রীনন্দ মহারাজনা ঙোরোক ঙোবা খুকউ মথা য়োনা চোনবা পাম্বোমত্নু থাঙ্গৎলকই, মশমত্নুদি কাসিয়া মপানগুমলে, শনাফীগে খোনবনি। চরন্দা থুরুমলগা মচিনমনাও অনিনা শঙ্গোম শুমনবগীদমক শনয়াম মরক্তা চংখ্রে। রামকৃষ্ণবু উজ্ঞবদা গঙ্গা, যমুনা, ধবলী, শ্যামলী, হরিণী, ভ্রমরী, ত্রিবেণী, কজ্জলাক্ষী অসিনচিংবী শনবীশিংনা মনা চপ চপ য়ুংনা খেক্কত্তুনা লেপথৎলি। রামকৃষ্ণ, মধুমঙ্গল অমসুং গোপ পুম্নমকনা শল ইরোইশিংত্নু শঙ্গোম শুমলে। ধবলীগী মনাক্তা কৃষ্ণনা লৈবত্নুদি থম্বাল অঙোবগী বন্দা ময়াই কারবা খোইমু পাইবগুমই। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা খুকউ অনিগী মরক্তা চকু থমলগা শ্রীচরণ থম্বান্দু

মাঙলোমদা অরূম্বা পীত্থনা শঙ্গোম শুমলি। শ্রীঅঙ্গদা শঙ্গোম মরিক মরিক চোংই। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গত্থনা ইন্দ্রনীলমণিনা হংলবা কঞ্চুলী ওইরগা পৃথিবীনা অঙাংবা কঞ্চুলী য়েৎপা যুবতী ওইরে। মশীং নাইদবা শম্বীগী শঙ্গোমনা মশীং নাইদনা শঙ্গোম সনাবুল থল্লে। হায়রিবা নিংথীজবা খিবিকসি ইমিৎমকনা উজবকলবনি॥" অসি হায়ত্থনা মধুরিকা সখীনা তম্বদা ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা চান্নবা উবমুক ম্নুঙাইখি। অত্থগী তুংদা শ্যামাসখী হনখি।

অত্থগী তুংদা ইবেম্মনা লেঙখত্তুনা দন্তধাবন বেদীদা সখীশিঙ্গা লোয়ননা ফমলগা খুৎ-শা হানদোক্তুনা হৈনোমনাগী লারে লৌত্থনা গন্ধচূর্ননা য়া তকথোকলে, সনাগী লৈথেৎনা লৈ শেংদোকলে। চীস্তেংত্থনা মায় মীৎ তারগা অমোনবা গামছানা তৈথোকলে। অত্থগী তুংদা লফুগী বন্দা মঙুং অচৌবা লেঙশিল্লি। অত্থদগী ঈশিংনা শেংদোকলগা সনাগী চৌকিদা ফমত্থনা মনম ত্থংশিবা লৈপাকনা নোইরে, খোঙ-খুৎ নোইরগা ঈশিং অশেংবনা শেংদোক্তুনা গামছানা তৈথোকলে। অত্থগী তুংদা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা চৌকিদা ফমলে। সাধকদাসীনা মঙুং অচৌবা চঙফম শেংদোকলগা মখুৎ মখোঙ হামদোকল্লুরে। তাঞ্জা অসিদা কলাবতী সখীনা উচেক মথল কয়া পুশিল্লকই। কুম্মৈত্থ য়েংত্থনা মাৎ পেন্নখি। লফুগী বন্দা উ মথল মথন্দা ঋতু তরুক্কী মথল মখা অয়াম্বা লৈ শাৎলি। লৈ মনম ত্থংশিবত্থ ফংবদা ম্নুঙাইনত্থনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা লৈ।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা শয়ন মন্দিরদা শয্যাদা ভাবাবেশ ওইত্থনা ফমলি। স্বরূপনচিংবা ভক্ত ময়ামনা ঈশৈদা ঙাওনরি। লৈগী মনম ফংবদা, খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মত্থ তাবদা ভক্ত খিবিক বাহ্যজ্ঞান ফংলে। শচীমতানা বাৎসল্যপ্রেমনা থরাই রাত্থনা হংলকই, "করি তৌরে

নিমাইচাঁদ ?" মতু তাবদা স্বরূপ গোস্বামীনা ইশৈ লোইশিন্দুনা থুম্মকই, "ইমা ! করিম্মু নত্তেদা ! ঙসি শ্রীবাসগী উদ্যান্দা হরি-সংকীর্ত্তন তৌবদা অহিং জাগরণ তৌরুরে। অতুনা রা ঙাঙবদা ময়েক শেংদবনি।" মতু তাবদা মাতানা দাস যেংতুনা হায়রকই, "গৌরচন্দ্রগী অয়ুক্কী হৌনবী তৌনবা দন্তধাবনগী পোৎলম, স্নানগীদমক মনম থুংশিবা থাউনচিংবা থৌরাং তৌ।" দাসশিংনা থুমজরকই, "ইমা ইবেম্মা ! ননাই এথোই থৌরাং লোইজরে।" মতু তাবদা মাতানা পেল্লতুনা হনখ্রে। মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইরতুনা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতনচিংবগা আলিঙ্গন তৌনরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলে। অতুদগী তিনপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা দন্তধাবন বেদীদা মাগী মাগী আসন্দা ফমলে। থোঙ-খুৎ হানদোকলগা সাধকদাসনা থনম্বা হৈনৌ-মনাগী লারৈ, গন্ধচূর্ণনা যা তকথোক্তুনা সনাগী লৈখেৎনা লৈ শেংদোকলে, চীন্দেশেল কাওশেল সাধকদাসনা পুশিল্লক্তুনা মনম থুংশিবা জলনা চীন তেংলে, অমোনবা গামছানা তৈথোকলে। অতুগী তুংদা অরাংথংবা লকুগী বন্দা মহুং অচৌবা লেঙশিল্লি তিনপ্রভুনা। মনম থুংশিবা জলনা শেংদোকলগা নিজ নিজ চৌকিদা লেঙশিল্লবদা সাধকদাসনা মনম থুংশিবা লৈপাকনা খুৎ-থোঙ নোইথোকলগা মনম থুংশিবা জলনা হামদোকলগা চীন তেংথোকলে। অতুগী তুংদা মনম থুংশিবা নারায়ণ থাউনা তিনপ্রভুগী চরন্দগী কোক ফাওবা, খুকউ, ফৈবাক, নীংজোল, নঙ্গন, থৌরী, খুৎনচিংবা হকচাংগী মকম থুংনা তপনা তপনা নৈনা তৈরগা অমুক মনম থুংশিবা মকুপনা নপথোকলে। অশীনবা অনঙবা মহীনা শম শেংদোকলগা গঙ্গাস্নান লেঙই। য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা অদ্বৈত, ময়ায়দা শ্রীমহাপ্রভু, নাকয়েত্তা স্বরূপ রামানন্দ, তুংদা গদাধর, শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিং। অতুগী

তুংদা গোস্বামীপাদ, অতুগী তুংদা গুরুবর্গ, খাইগী তুংদা সাধক-দাসনা ফিরোল মখল মরি— অরাংবা, অশংবা, নাপুগী ফীগে অমসুং লশিং ফি অঙৌবা নিংথিনা গুপ্পা শাত্থনা অমসুং সনাগী ঝারি, গঙ্গাদা কংনবা নৈবেদ্য পুখমদা হাপ্তুনা পুক্কমই। শ্রীমহাপ্রভুনা গঙ্গাগী নিংথিজবা উবদা যুম্বীগুমনা লেপখি। অঙৌবা, নাপু, অশংবা, অঙাঙবা মচু মরিগী থম্বাল শাংলি; মখল মখা অয়াম্বা মণিনা হংলবা ঘাট, নাক য়েত্তা সিড়ি, ঈসিংদগী হৌগংপা ফুরা মচা; ঘাটকী মথক্তা মণ্ডপ, মণিনা য়েক-থোংলি। নাকল অনিমক্তা ঋতু তরুক্কী হৌনবা হৈনা লৈনা মরু লুকলবা পাম্বীশিং। তুংশিংনা লিরি শিংপদা লৈগী মনম তুংশিবত্থু ফংবদা ঈশিংদসু কংফালদসু থোইমুনা হংলি, কোকিলনচিংবনা খোংলি, নাথিরি। পতিতপাবনী গঙ্গানা শ্রীমহাপ্রভুবু উবদা থুংকী মশক ওইরবা ইথকনা লাম্মক্তুনা থম্বালগা লোয়নবা শ্রীচরণ শোকই— শোকপা নত্তে শ্রীচরণদা পূজা কংলি। তিনপ্রভুনা গঙ্গাবু থুরুমলগা ভক্তশিংগা লোয়ননা হরাউ-হুঙাইনা জলকেলি শাগ্রে। অতুদগী হকচাং তৈথোকলগা শ্রীমহাপ্রভুদা অরাংবা ফীগে, শ্রীনিত্যানন্দদা অশংবা ফীগে, শ্রীঅদ্বৈতদা অঙৌবা নত্রগা নাপুগী ফীগে, শ্রীগদাধরদা অশংবা অমসুং ভক্তশিংদা লশিংফি থোলহল্লে। অতুগী তুংদা গন্ধপুষ্প, ধূপ-দীপ, নৈবেদ্য কত্তুনা শ্রীগঙ্গাদেবীবু পূজা কংলি। দণ্ড-বৎনচিংবা তৌরগা স্তবপাঠ তৌন-তৌনা শ্রীতিনপ্রভুনা মাঙ থারগা তুংদা ভক্তশিং, গোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ অমসুং খাইগী তুংদা সাধকদাসনা ফি অচোংপা শুমদোকলগা সনাগী ঝারিদা গঙ্গাজল শোকলগা কারকই। মন্দির য়ৌরগা শিঙ্গার বেদীগী মথাদা চৌকিদা প্রভুনা লেংশিল্লগা শ্রীগুরুদেবনা জল হৈরগা সাধকদাসনা চরণ শেংজে; ইমফি মচীনা তৈথোকচৈ। তিনপ্রভুনা তোঙান তোঙানা

বেদীদা লেঙশিল্লে। শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজতুনা সাধকদাসনা অগরুচন্দন পুরক্তুনা মনম হুংশিবা মৈথুনা প্রভুগী শম কংহল্লি। মণি মথল মথানা হৎলবা স্বস্তিক কোবা সনাগী শমজেৎনা তপনা তপনা শম হাংলে। কোক্তোন্দা পুল্লপ পুনশিন্দুনা মণি লেংবা কত্রং থোরাঁনা য়েক্তুনা নীংথিনা পুল্লে। নাক য়েক্তা কত্রংগা মণিগনা শেমলবা থোপনানা নাকোং অনি পকনা য়াম্বুরে। মতুগী মথক্তা লাইবক্কী শিজ্রেংফাবীনা নাকোং য়োনা ফারে। নাকোং অনিদা ওাকিহোম মওংগী কুণ্ডল, লাইবক্তা কেশরনা উর্দ্ধপুণ্ড্র তিলক, মথক্তা থা মচেৎ শাবা, নাক অনিদা উনা মান্না, খক্তাইদা ওাকিহোম মান্না, নাতোন্দা শিলক, নাতোনগী মতোন্দা মুক্তা, থবাক্তা অমসুং পাম্বোম অনিদা চতুঃসম তৈরে—মতুদা ভক্তিচিহ্ন শেমই। ওকশমদা সনাপরেং অনি, চতুস্কী, ধুকধুকি, অতুগী মথংদা থা মচেৎ শাবা পরেং, একাবলি মোহনমালা, ইন্দ্রনীলমণিমালা, মুক্তামালা, গুঞ্জামালা অমসুং যজ্ঞসূত্র। সনাথুজী, পাম্বোমফাবী, থুদোপ, খাংদা শরীকমচা, চরন্দা মণিগী নুপুর, ওকশমদা ওাড্রানবা ফি অরাংবা, উত্তরীনা ফাইগল ফাওবা চোনবা, অমসুং ওক্তা লৈ পরেং। মতৌ অসুমনা তিন প্রভুগী অশংবা, নাপু অমসুং অরাংবা তোঙান তোঙান শিঙ্গার তৌরগা সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী য়াথং ফংতুনা শকয়েং মিংশেল থোগল তৌই। ভক্তশিংনা উর্দ্ধপুণ্ড্রতিলক, নামাক্ষর ছাপা অমসুং উত্তরী অডোবা থাংই। হান্নবা কর্পূরগী বর্ত্তি থোরাং লৈরবনি। শ্রীরূপগোস্বামীনা তিনপ্রভুগী আরতি কৎলি। শ্রীমহাপ্রভুনা নারায়ণ সেবা হোৎনরিবা গদাধরগী মায়থোং উরুবদা ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং থওলতুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্নান অমসুং বেশভূষণ তৌবগী পদগান তৌই অমসুং অয়ুক্তা জলপান

লৌবগী পদগান তৌই। গোবিন্দ ঘোষনা তপনা তপনা পুং য়ৈ। ইশৈ তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা হকচাং নিকই, তুচুংই, পি শিষ্টৈ। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা মাগী মাগী সিদ্ধদেহদা মন থমতুনা ভাবাবেশ ওইনৈ।

ব্রজদা ইবেম্মনা সখীশিঙ্গ লোয়ননা উচেকী কুমৈ য়েংলি। অতুদগী লেঙখৎলক্তুনা স্নানবেদীদা য়ৌরকলে। মঞ্জিষ্ঠা অমসুং রঙ্গদেবীনা থোন্নবা ফি লানশিল্লি। ললিতানা ফি বোল অলঙ্কার লোথোক্তুনা ইরুজবদা থোন্নবা ফি হোংই। মতম অতুদা শ্রীগুরুদেবাগী ইঙ্গিত ফংতুনা সাধকদাসীনা মনম শুংশিবা থাউ পুরক্তুনা শ্রীচরণ, খুবোম, খুকউ, ফৈবাক, নাংজোল, নঙ্গল অমসুং পাম্বোম অনি নোইরগা গন্ধচূর্ণনা অমুক থাউ নপথোকলে। অশীনবা মহা অনংবনা শম লুজরগা মনম ংংশিবা জলনা থাদোকলে। নাপু মচুগী ফিনা শম শুমদোকলগা অমোনবা গামছানা তপনা তপনা শ্রীঅঙ্গ তৈথোকলে। মতুদা মপুকনিং সুভাইনা মমিত্তু কোইয়েং য়েংই। অতুদগী নোংগী মচু মানবা ঘাগরিনা খোইদৌদগী চরণ য়োনা চোন্নি থোন্নে; কত্রং খাংলানা পুল্লে। মণিগী লৈচরোংশুমনা য়াম্বরকপনা খুকউ য়োনা চোল্লি। অতুগী তুংদা শিঙ্গার বেদীদা লেঙশিল্লে। সাধকদাসীনা শ্রীচরণ শেংদোক্তুনা ইন্নফিনা তৈথোকচরে—অতুদগী ইবেম্মনা বেদীদা ফমলে। বেদী অতুদি মরকত মণিনা শাবনি, মাইকৈ মরিদা সনাগী য়োৎলি পানবা থোঙজাও মরি, বৈদুর্য্যমণিগী থোঙপাক নাক য়েত্তা থোঙনাও অনি অনি—নিপাল, মথল মথা অয়াম্বা মণিনা হৎলবা সনাগী য়ুম্বী, থোঙবা, হেমারুণমণিগী স্তম্ভ মরিদা য়ুংলগা মথক্তা রত্নগী ঝালরগা লোয়নরবা থাক্কল, মথল মথা অয়াম্বা মণিগী, সনাগী, মুক্তাগী ফি রোল অলঙ্কার হাপনবা পাত্র, চামর, কাঙ-হায়নচিংবা। বেদীগী মথক্তা শঙ্গোম অনৌবদা কাবা কোঙ্গোনগুম

ঙৌববা ফমুং, মোন্দুম, মোস্তেক। মতুগী মথক্তা শ্রীবাধিকা লেঙশিল্লে। সখীশিংনা ইবোয কোযশিল্লি। মতম অতুদা সাধক দাসীনা অগরুচন্দন পুবক্তুনা মনম হুংশিবা মৈখুনা শম কংহল্লগা স্বস্তিকা কোবা সনাগী শমজেৎনা তপনা তপনা শম হাংলি। সখী শিংনা মকোং অহুম ক্ষাংনা বেণী লোল্লগা রেশমগী থৌরীনা মণিগা লোযননা মখোঙদা পুল্লে। মতোন্দা মুক্তা, মতুদা মখল মখ। অযাম্বা মণিনা শেম্ব শিবাযফুল। লাইবক শিঙ্গ্রংফাবানা নাকোং যেই, নাকোং অনিদা নাবাউবা অনি; মথংদা চক্র অনি, শলাকা, তাবনা অনি। লাইবংা উদ্ধপুণ্ড্র, মযাযদা সিন্দুব-বিন্দু; অকোযবদা চন্দন বিন্দু, মযাযদা কস্তুবাবিন্দু (মসিবু কামযন্ত্র কৌই। মতু উবদা শ্রীবৃষ্ণগা পুকনিং শুমহংলি।) মথক্তা থা মচেৎ নাক অনিদা উনা মাম্না, চাযবংদা ছাবিহোম মাম্না, নাতোনগী তিলক, নাতোন মতোন্দা প্রভাকবী কোবা গজমুক্তা। নযন্দা কাজল, খজাইদা কস্তুবীবিন্দু, থবাক্তা যেথংবা কুচদা কস্তুবীনা যেকপা লীকুং, শন-খোঙ্গুল, থা মচেৎ, ঙা, ওযগী কুচদা উবী-উনা, লৈচবোং থম্বাল। খোবীদা স্বণপাতা. মাগী মখাদা হংসলী, মাগী মখাদা লৈহাউ অপোম্ব, পবেং, অতুগী মখাদা গোস্তন, মতুগী মখাদা ইন্দ্রনীলমণি পবেং, মতুগী মখাদা গুচ্ছমালা, মতুগী মখাদা চতুস্কোণী পবেং মতুগী মখাদা একাবলি, মতুগী মথাদা মুক্তা পবেং, মতুগী মখাদা পদক পরেং। গুঞ্জামালা, কোনা মপানগী পরেং। খাংদা শরীক মচা, পাম্বোম অনিদা সনাগী পাম্বোমফাবী, খুৎ অনিদা খুজী, পোংচি, খরুযা, নীলমণিগী চুবি, গজরা, মঙ্গলসূত্র, খুবীদা ছাপা. খুৎশাদা খুদোপ, চরন্দা পাটমল, খোঙবীদা বিছিযা খোঙশাদা বিচি, খুয়াদা যাবক; অতুদগী অশংবা ইম্নফিনা মাইথুম শেমচুনা খোল্লে। নর্ম্মদা কোবী মালিনীনা ইবেম্মদা ক্রীড়াকমল কৎশিল্লি। মতম অসিনা সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী

ইন্দিত ৠংজত্তনা শকয়েং মিংশেল পুশল্লক্তুনা শ্রীমুখদর্শন তৌহল্লি। নিজরূপ উবদা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু উৎকণ্ঠা তৌবগী মওং কোং-দোক্তুনা হুংঙাইজে। সাধকদাসীনা কর্পূরগী বত্তি শেমত্তুনা লামাশিঞ্জে, , শ্রীরূপমঞ্জরীনা আরতি কংলি, সখীশিংনা ইবেম্মবু কোয়শিন্দুনা যন্ত্র মখল মখা য়ৈত্তুনা ইবেম্মগী যশগান তৌই। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা হুঙাইবনা হায়নিঙ্ঙাই লৈতে। তাঙ্গা অসিদা হিরণ্যাঙ্গী সখী য়ৌরকলে। ইবেম্মনা লুনা চান্না হংবি-রকই, "ইতা, কদোমদগীনো?" হিরণ্যাঙ্গীনা খুমই, "নন্দালয়দ-গীনি।" "অত্তুদি মফমত্তগী মঙ্গলগী পাউ করিনো তম্বিগুদনা।" সখীনা হঙ্গচৈ, "শ্রীকৃষ্ণবলরামনা সখাশিঙ্গা লোয়ননা শনবী লিশিং লিশিং শঙ্গোম শুমত্তুনা শঙ্গোম চফু মশাং নাইদনা পীক পীক থন্না যশোদা মাতাদা থাখি। মাতানা ভাণ্ডারদা থমহল্লি সুস্তে, সন্দে, ভরণী অমদি বিবর্ণী য়েংত্তুনা মালাই, ক্ষীর, ছানা, মাখন্নচিংবা শারুনবা তাকপি। শঙ্গোম পুরকপা দাসনা হংই, "মতমসি থেংগ্রে, হৌজিকক্কাওবা লাকুবদি কমদি কদাইদা চৎগ্রে?" দাসনা খুমজৈ, "সখাশিঙ্গা লোয়ননা ইবুঙ্গোদি শন্নাও মচাশিংবু শজিক অনৌবা পীক্কত্তনা কোয়না শেলহৌরি।" থর অমনা অমুক খুমই, "শন্নাশিংত্তু রাইনহলহৌরি।" মাতানা ইবুঙ্গোগী অচানবা দাস রক্তক য়েংত্তুনা তাকপি, "চৎলু ইবুঙ্গো, কৃষ্ণবলরামবু থুনা কৌরকউ।" অত্তগী তুংদা মাতানা দাসশিংদা মমিং মমিং কৌত্তুনা তাকপিরকই, "হে পয়োদ! ভরাং যমুনাগী ঈশিং শোক্তুনা মণিগী বেদীমথক্তা থম্মত্ত হুংশিংনা ঈংলবনি, কুঙ্কুম-অগরু-কর্পূর হাপুনা মনম হুংশিল্লগা থকনবা তোঙান্না থাইদোকলগা স্নান তৌনবনা স্নানবেদীদা থম্মুরো। মনম হুংশিবা হাপনবা কম্বীদা মল্লিকা, কর্পূর, লবঙ্গনা মনম হুংশিহল্লগা অগরুচন্দনগী মৈথু থুহল্লু। হে পিতাম্বুজ! হে মুকন্দ! কল্যানন্দ!

বদা! সর্যা! মনম সুংশিবা হকচাং নোইনবা থাউ থৌরাং তৌ। হে সুগন্ধ! কর্পূরান্ধহে! হকচাং নোইনবা মকুপ, মনম সুংশিবা, অম্লকি, কঙ্কনচিংবা শেমগ্নুনা থমলো। হে শারঙ্গ! ইরুজবদা শেৎনবা লং অকুপ্পগী অনানবা অঙৌবা ফি থুপ্তুনা থমলো। কোয়েৎ, ফুরিৎ, অথোৎপা খাংলি— অঙাংবা, সনামচু, ঙাংঙ্নবা অমসুং অরাংবা মচু মরিসিগী ফিনা ত্রক্তদা চৎনৈ। হে রোচিক! সোচিক! খণ্ড, বিখণ্ডক অনিমক! নিংথিবা অনানবা অকুপ্পা লংগী ফি মশক থন্দুনা নটবর বেশ শেমনবা থম্মু। হে সুবাস! বিলাস! কুঙ্কুম-চন্দন, অগরু, কস্তুরী অমসুং কর্পূর মরি অসি তক্তুনা চতুসম মনম সুংশিবা শেমগ্নুনা কৃষ্ণগী অঙ্গদা তৈনবা থম্মু। হে পুষ্পহাস! হে সুমল! হে মকরন্দ! মাধবীনে কাঞ্চনযূথিনে অগরু চাইরগা মনম সুংশিবা লৈপরেং লেংহনা থম্মু হে শালিক! রাহোংমতুনা লুহুপ চূড়া শেম্মু। হে মণিক! অঙৌবা ঙাংঙ্নবা গুঞ্জামালা শেম্মু। হে অম্বুজ! অম্বুনন্দ! সনামচু মানবা পান-মনাও কি অনানবনা নাম্বোকলগা মসলা মথল মথা, লবঙ্গ, এলাচি, মোহরি, কা-সুপারি, কর্পূরনচিংবনা থুমপ শেমগ্নুনা সনাগী কাগোক থন্না থম্মু।" মহু ভাবদা দাস-শিংনা মাগী মাগী থোদা ইনগ্রে। মতো অম্সুমনা মাতানা থবক পূম্বা লীন্দোক্নুনা কৃষ্ণ লাকদবা লম্বীরোমদা য়েংহ্নুনা লৈ। মতমত্নুদা নন্দমহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না সখাশিঙ্গা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা মাতাগী নাক্তা লাকই। মাতানা বাৎসল্য প্রেমনা হরাওবনা মীতগী পি শিন্থে, সখাশিংদা হায়রকই, "নখোই নয়ুমদা চৎলগা প্রপ, প্রপ ইরুজহনা ফিজেৎ লৈতেং লোইহনা লাকউ, কৃষ্ণ-বলরামগা লোয়ননা চামিন্নগদবনি। ইচাশা! নখোই য়াওব্রবদি কৃষ্ণসে নীংথি সুঙাইনা চাদেনে।" অসি হায়হনা সখাশিংবু বিদায় তৌরমলগা কৃষ্ণ-বলরাম পুহ্নুনা ইমুংদা চঙখরে। অহুগী

তুংদা পত্রি কৌবা দাসনা সনাগী ঝারিদা মনম হুংশিবা জল পুরক্লুনা খুৎ-শা হামদোকলগা স্নানবেদীদা ফমহল্লে। হায়গী ফিজেৎ লৈতেং লোইনা লৌথাক্লুনা সারঙ্গ কৌবা দাসনা চাইথবদা শেৎকদবা ফীজোল হোংলে। তমঙ্গ কৌবা নাপিতনা মনম হুংশিবা নারায়ণ থাউনা ইবুঙোগী অঙ্গ নোইরে। অতুগী তুংদা মনম হুংশিবা মকুপ অমসুং কুঙ্কুমনা থাউত্ত চুপথোকহল্লে। অতুদগী কর্পুর কৌবা দাসনা অম্লকি কঙ্কনা কোক লুথোকলগা অইংবা মনম হুংশিবা জলনা থাদোকলে। পয়োদ কৌবা দাসনা অনানবা ফিনা তৈথোকলগা অমুক মনম হুংশিবা জলনা স্নান তৌরে। গামছানা তপনা তপনা তৈথোকলগা পীতাম্বর (সনা ফীগে) থোল্লে। অতুগী তুংদা ইবুঙোনা শিঙ্গারবেদীদা লেঙশিল্লি। দাসশিংনা মনম হুংশিবা অগরুগী মৈখুনা শম কংহল্লে। সনাগী শমজেংনা শম হাত্তোকলে। কুমুদ কৌবা দাসনা মণিনা হৎলবা থৌরীনা শম্বুল কিশিল্লে, সনাগী লুচপ থোল্লগা মুক্তা-পরেংনা নাকোং য়োনা হাইথরে। অতুগী তুংদা প্রেমকন্দ কৌবা দাসনা লাইবক্তা কেশরচন্দনা উর্দ্ধপুণ্ড্র তিলক, মথক্তা থা মচেৎ শাবা, নাক অনিদা উনা মওং, নাকোং অনিদা ঙা কিহোম মওংগী কুণ্ডল, খক্তাইদা ঙা কিহোম মওং, নাত্তোন্দা চিংথরকপা তিলক, নাত্তোন নাকচিদা মুক্তা, য়েত্তা য়েৎওইনবা তুরে লৈবা অঙোবা তু অমসুং ওয়দা লক্ষীচিহ্ন লৈবা থবাক্তা অতুগা পাম্বোম অনিদা চতুঃসম চন্দন থিল্লগা ময়ায়দা ভক্তিচ্ছেদ থম্বা, ভকশমদা সনাপরেং, অতুগী মথাদা কৌস্তুভ মণি, অতুগী মথাদা চন্দ্রহার চতুষ্কি, ধুকধুকী, মণিপরেং, মুক্তাপরেং, গুঞ্জামালা, থাঙ য়োনা চোনবা বৈজয়ন্তিমালা, অমুমনা মথং মথং কক্তরে। থাঙদা শরীকমচা, পাম্বোনদা পাম্বোম কাবী, খুদাং অনিদা খুজী, খুৎশাদা সনাগী খুদোপ, চরন্দা নূপুর, খোয়ীদগী যাম্বরকপনা খুকউ য়োনা

চোনবা নাপু মচুগী উত্তরী। শ্রীবলরামগীনা অশংবা ফাক্কোল, মেৎলোমদা পৈবা চূড়া, নাদা কুণ্ডল, অচাঙবা গুঞ্জামালা, অতৈদি ইমান মাম্রনা কিক্কেং নৈংত তুনা দাসশিংনা শকয়েং মিংশেল পুশিল্লকুনা শ্রীরামকৃষ্ণবু য়েংহল্লে। অতুগী তুংদা যশোদা মাতা রুক্মিনী মাতানা ইদুদো অনিগী আরতি কর্পূর বত্তিনা কৎলে। অমা কিলিথানা মঙ্গলগান তৌই। অতুগী তুংদা দাসশিংনা চাক্কনবা শনবা অমা মথল মথা অয়াম্বা হীরা মণিমুক্তা শংদিত্তুনা নাপু মচুগী ফি কুপ্পীতুনা পুরকলে; মাতু ভার্গব পুরোহিতনা কৎলে। ভার্গব ঋষিনা শ্রীরামকৃষ্ণবু মঙ্গল আশিস পীনরে। অতুগী তুংদা রামকৃষ্ণনা শঙ্খমচানা [illegible] উপনন্দবু [illegible]। বাবাশিংনা প্রেমগা [illegible] আলিঙ্গন তৌদিরে। অতুগী তুংদা মভানা তিল্লিবা [illegible] চানা বারগার তৌরে। তাঞ্জা [illegible] মথা অয়াম্বা অনুক্তা [illegible] সন্দেশ ভোগ কৎলগা অর্পিত কৎলে। মধুমঙ্গলনা শ্রীঠাকুরদা বত্তি হাইরদা [illegible] শঙ্খজল চাইরে—মতৌ অমুমন দর্শন প্রকাশ তৌরে। অতুগী তুংদা মধুমঙ্গলনা ঠাকুরগী প্রসাদি নামা চংনা শ্রীরামকৃষ্ণদা লানশিল্লে। মতম অতুদা রক্তক থারকুনা মাংনা জলধারণ (চরা থানবা) তৌররো হায়না তাকলরে। অতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীবলরাম, মধুমঙ্গল, সুবল ভোজনঘরদা চংতুনা ফমফমদা ফমলরে। মাতানা প্রেমগা লোয়ননা সন্দেশ মথল মথা হাপ্পুনা পীজরে। মতু লোইরগা আচমন তৌদুনা শ্রীরামকৃষ্ণনা মাগী মাগী বৈঠক চংতুনা ফমল্লে। দাসশিংনা তাম্বূল কৎশিল্লে। অতুগী তুংদা যশোদা মাতানা বৃষভানু নন্দিনিগী জলধারণগী থিল্লু চৎলু হায়তুনা সন্দেশ মথল মথল

ঐঙোন্দা পীরে। মতম অতুদা ধনিষ্ঠানা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত পুরক্লুনা লোৎনা পীরে। ঐনা ইবেম্মগী ভোজনঘনদা পুশিন্দুনা রতিমঞ্জরীগী মফমদা শিন্নহনা বেদীদা লৈহৌরবনি। লেঙখত্তুনা সখীশিং লোয়ননা ফংবিরুরে।—হিরণ্যাঙ্গীনা তম্বা পাউসি তাবদা ইবেম্মসু সখিশিংসু দর্শন তেক ফংবগুম তুহাইনখি।

শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শিঙ্গারবেদীদা ভাবাবেশ ওইহনা লৈরি। স্বরূপনচিংবা ভক্তশিংনা ইশৈদা লুপ্তুনা লৈ। মতম অসিদা শচীমাতাগী য়াথং পুহনা ইশানদাস লাকলগা হঙ্গৎলি, "হে গৌরচন্দ্র! মাতানা পণ্ডিত গোসাঞিবু আরতি কৎনবা কৌরি।" হসি তাবদা মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই—ভক্তশিং ভাবশান্ত ওইনৈ। স্বরূপ গোস্বামীনা হিরণ্যাঙ্গী সমান ইবেম্মদা পাউ তম্বহুগী পদগান তৌই। মহাপ্রভুনা অর্দ্ধবাহ্য ওইহনা ইশৈ তায়। ইশৈ লোইরবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরহনা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অমসুং ভক্তশিংবু আলিঙ্গন তৌই। ভক্ত ময়ামনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি অহুগী তুংদা ভক্তশিংগা লোয়ননা মন্দিরদা আরতি দর্শন তৌই ; ঝাল, করতাল, খোলনচিংবা য়ৈহনা কীর্ত্তন তৌই। অহুগী তুংদা পরিক্রমা তৌহনা ঠাকুরদা দণ্ডবৎ কৎলি। তাঙ্গা অসিদা ঈশানদাস লাক্লুনা হঙ্গৎলৈ, প্রভু! মাতানা জলধারণ লৌররো তাকপিরকই। মহু তাবদা প্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতগা লোয়ননা লুকহাশঙদা লেঙশিন্দুনা ফমথ্রে। মাতানা তিন প্রভুবু লুনা চান্না তৌহনা মখল মখা অয়াম্বা অথুম আহাউ পীজরে। আচমন তৌরগা বৈঠক্তা মথং মনাও নাইনা আসন্দা লেঙশিল্লে। ভক্তশিংনা প্রভু অহুমগী শেষামৃত য়েনহনা লৌরগা মাইকৈ মরিদা কোয়না ফম্মরে। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌগদবগী আসন্দা ফমথরে। মোংপোক্তা দ্বাদশ গোপাল, থাদা অষ্ট

মহান্ত, নোংচুপ্তা সরকার ঠাকুরনচিংবা অমসুং অবাংদা গোস্বামী পাদ, মতুগী ওয়থংবদা গুরুবর্গ ফমলে। সাধকদাসনা ভোজনঘরগী থোংগী মনুংদা ঠেংথোকপা অমসুং পাত্রনচিংবা ফেংবা চাম্বা লোইরগা শেষ অধরামৃত লৌশিন্দুনা য়ুমদা থমহিল্লু বগা লুক হাফমন্থ কংলবা মতমদা আসন থারে, সনাগী পুখম, সিলাসনচিংবা থমলে, সনাগী ঝারিদা মনম তুংশিবা জল ছানানা কুপ্পুনা মথং মনাও নাইনা থমলে। অথুদগী শ্রীগুরুদেবগী ওথংবা নাকল্দা চত্তুনা ফমলে। মরক অসিদা শচীমাতানা শ্রীজাহ্নবা ঠাকুরাণী, শ্রীসীতা ঠাকুরাণী অমসুং মালিনীনচিংদু চেলমাহং থেংবা লোইরগা মিষ্টান্ন-পানাগ্ন হৌনবা য়াংং পাংখ। মথাইনা মসমদম চত্তুনা মঙ্গল মথা অমাম্বা মাংগল তাক্ত্র অসুম শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌনবগীদমক শ্রী মহাপ্রভুদা মালনা তৈল, তুলসী মালা, চন্দন লৌথুনা পূজা কংলে অতুগী তুং প্রসাদি মালা চন্দন-চিংবা পাংথুন মহাপ্রভুনা চন্দন কংলগা তৈল পারং থক্তুনা তুলসি কংলে মথং অসুমনা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীবাস হরিদাস দ্বাদশগোপাল, অষ্টমহান্ত কংলে। অতুগী তুংদা দাসশিংনা শ্রীনরহরিসরকার ঠাকুর, অতুদগী মহান্ত চক্রবর্তি, শ্রীগোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ অসুমনা মথং মথং লানশিল্লে। শ্রীগুরুদেবনা পেনবিরত্থনা ভকশমদগী তৈলপারং অমা লৌথক্তুনা সাধকদাসদা হুকপীরে। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌবা হৌরে। পাঠ তানা তানা মহাপ্রভুনা শ্রীরাধিকানা ইবুংগোনা হাননবা লুক হৌবগী ভাবাবেশ ওইবিরি। প্রভুগী নয়নদগী শিল্পরকপা পিগী মরিকনা চোংবদা ভক্ত পুম্মনক ভাবাবেশ ওইনথি অমসুং মাগী মাগী সিদ্ধদেহদা চত্তুনা মতমতুগী ব্রজলীলা য়াওক্তুখি।

ব্রজদা যাবট্টা শ্রীরাধিকানা সখীশিংদা লোয়মনা হিরণাঙ্গীনা পাউ তম্বা তাবদা দুথাইনরি। মতম অসিদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা তোক্তন

হায়রবা হৌনদে। চৎলু ব্রজেশ্বরীগী য়াথং ইন্দবা য়াদে। কুন্দলতাগা লোয়ননা চৎলু—হোরেনস্থু মানা থিল্লক্কনি। ব্রজেশ্বরীগী যুমদো ঐগী যুমনি হায়না নিংঙ্—অত্তোপ্পনি খল্লু্। শ্রীহরিনা নংবু কনবিসন্থু। নংগুম্বী ধর্ম কায়দবী সভাবু হরি মহাকনা থাদোকপিরোই। হরিগী চরন্দা নংবু ঐনা শিন্নরবনি। চত্তবা য়াদে চৎলু ইবেম্মা!" অসি হায়তুনা জটিলানা ইবেম্মগী খুৎ পায়তুনা চিংখৎলি। ময়ামনা জটিলাগী অকোনবগী রাইহেসিগী অর্থ অমা খল্লুবদা মোমোন মোমোন নোকপা উবদা শ্রীরাধিকা হরাওজে। কুন্দলতানা মাঙদা, ললিতানা য়েৎতা, ওয়দা বিশাখা, অনঙ্গ মঞ্জুরী, নাক অনিদা সখীশিং তুংদ শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী, শ্রীগুরুরূপা মঞ্জরীশিং অমস্থং খায়গী তুংদা সাধকদাসীনা ললিতাগী য়াথং মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা অপুম অহাউ লুরাক থগ্না পুজরি। (বর্ষান্দা লৈবা মতমদনা কুন্দলতান কীংওদা মাত্তাদা 'রাইবু চাক থোংহন্নবা লোবা লাকচরি' হায়রুবদা মাত্তানা দাসী থাতুনা ইবেম্মবু কৌহল্লুরগা কুন্দলতাগা লোয়ননা চাকথোংবা চৎননবা য়াথং পী)।

যাবট্টি নন্দালয়দগী চাংখৈ থংবদনি। ময়ানন্থু যাবটকী মখাথংবা থোঙলোমদা থোরকই। সনানা ঈশ্রি শাংপা শোরোক নাকয়েত্তা উ পরেং পরেং বকুলনচিংবা; মখোইন্দুদা য়েংলিবা উরী—কুংলবা উরুমনা থাকল থনবত্থ মঙায়রে। শাৎকাইরবা লৈগী সুংশিরবা মধুম ফংবদা থোইমুনা ভংলি, কোকিলনা খোংলি। অম্নমনা ফজরবা লম্বেল অসিদা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা থোগল তৌরগা শ্রীরাধিকানা নন্দালয় পাংনা কাংঙগী খোংথাংদা লেঙই। অহিংদা শান্নরুবগী চিক্ত উরতুনা কুন্দলতানা লঙনরকই, "রাধে! নহাক্কী পতি অভিমন্যুদি ঙসি মরিনি শুঙ্কে শনশংদা। লৈখিবা অহুপা পুক্তা খুজীন মকম লৈরিবা, হকচাংগী মকম মকমদা চিহ্নগী

চিঙ্কনক্তা—ইঃ চিন্নান্দস্মু দাগ সতী সাধ্বী ওইরগবু করিনো তৌরিবসিদি ! মচু তাবদা ইবেম্মনা থম্মোইদদি পেল্লি, মপান্দা ইকাইনা মোমোন তৌই। মচু উবদা ললিতানা কুন্দলতা য়েংহুন খুমই, "করিন্সু নত্তবদা নংনা চিংনরিবা করিগীনো ? তেনব্বানা ইবেম্মগী স্তন যুগলবু কক্কোই ওইরবোই নিংহুনা অহুগা অধরবু তযাল মহৈ ওইরবোই নীংহুনা মচীন্না হল্লম্বদা চিঙ্ক লৈহৌবনিদা ! হায়রিবা তেনারাসি শ্রীকৃষ্ণগীনি।" রাসি তাবদা ইবেম্মনা পুমনমকসি শ্রীকৃষ্ণগী চিঙ্কনি নিংশিংলুবদা তুচুংহুনা শ্রীঅঙ্গ নিকই। মাহু উবদা কুন্দলতানা অমুক নোকলহুনা হায়রকই, "হে থম্বানবু ইমজবী ! কুন্দলতাগী মনাওনিপা খোইমুহুনা থম্বানগী লৈহৌ চুপথি হাযবনি অরেম্বদা হকচাং নিকশীরিববু করিগীনো ?" ললিতানা হায়, "অশেংবা থম্বাল হায়বহুদি ওস্নোকনা খোং-নোএবনি, খোইমুনদি ময়াই কাবহুদা নিকপদনি, করিগী চিংনরি-বনো ?" (বর্সান্দ লৈবা মতমদনা কুন্দলতানা 'ইবেম্মগী পতিদি ময়ুমদা লৈ, ইবেম্মনা পিতৃগৃহদা লৈরগা করমনা অঙ্গগী মকম খুদিংদা ভোগচিহ্ন লৈরিবনো' অম্নমনা করেমনৈ)। মতৌ অম্নম্না সখীশিংনা পরিহাস তৌবসিদা ইবেম্মনা য়ামনা রানা ভাব বিকাশ ওইরকপবু থিংবা হোৎনই। অহুগী তুংদা নন্দীশ্বর নকশিন্নক-লবদা কুন্দলতানা হায়রকই, "য়েংবিউ ইবেম্মা ! চীংগী মশক লৌরিবা নন্দীশ্বর অসে ক্রোশ ১৬ রাংবনি, ক্রোশ ৮ শাংবনি ক্রোশ ২ পাকপনি। অঙৌবা, ঙাংঙ্রানবা, অশংবা, নাপু—মচু মথল মরিনি। মথক্তা ঋতু তরুকী বম্না নীংথিজরি ; মাহুদা মথল মথা অয়াম্বা মচুগী উচেক, খোইমুনচিংবনা খোংলি, ঙংলি। চিংথক্তগী মাইকৈ মরিদা চেম্বরকপা লোক মচা মচানা পাবন সরোবর, যশোদা কুণ্ডনচিংবা পীক পীক থলহল্লি। মচু মথল মরিগী মুংনা চেম্বরকলিবা ইশিংবুম্নু মাগী মাগী মচু ওইহল্লি।

শা উচেকশিংনা ইশিং থক্কে নত্রগা ইকক্সংগ হায়না পাইথরকপদা ইশিং মহুংদা তারিবা মমি উবদা মমাঃ বনি থন্দুনা লাম্থেংনগদবগী শেম শারি। হাযবিবা চীংগী তুবেস মচাশিংসে অচম্বা অমত্তা নত্তে—অঙৌবত্তনা গঙ্গানি, অশবত্তনা যমুনানি, নাপুহুনা সরস্বতীনি অমসুং ভাঙ্গ্রানবত্তনা অলখানন্দানি; মওং লোত্তুনা নন্দীশ্বরবাসীগী সেবা তৌনি অমসু শ্রীরামকৃষ্ণগী লীলা য়েংনিংহনা চীংগী ঈচেল ওইনা চেল্লরিবনি" মত্তে অমুনদা লাকপনা পাবন সরোবর য়ৌশিল্লক্তুনা সরোবরগী মকুদ ভুগলি মাইকৈ মরিদা সনাগী ঘাট অমসুং থাক থাক। মথি মগল মথানা হংলবা ঘাট থুদিংগী নাক অনিনা ফুবা অনমন, মথকা ফম্পাক, মবক্তা মণ্ডপ, ঘাটক মংক্তা চাৎক ৪ নাইবা, ৬ নাইব, ৮ নাইবা বেদী—হরনা বোইরপ কোযদা বেদা। ঘাটইনীগী মথক্তা মথা থংবা ঘাট্ট য শাঃভা বাদা, লোহিনী, তুঙ্গা, তুলা, কম্বুদা মাতামচিংদানা জলকেলি শাগে। অমসু ঘাট্ট নন্দবাবা, উপনন্দ, অভিনন্দ, সনন্দ, নন্দন, বৃষভানুবাবানচিংদনা শাগে। অমপোক্তা ঘাট্ট—শ্রীকৃষ্ণবলরাম, শ্রীদাম, সুবলনচিংবা অমচুপক্তা ঘাট্টা—শ্রীরাধা, চন্দ্রাবলী, ললিতা, বিশাখানচিংবনা জলকেলি শাগে। মাইকৈ মথিদ ও মগল মথি, মথক মবক্তা রত্ননা শেমলবা হিন্দোল য়াল্লি। মথা থবক লৈশাই, অমচুপ্তা লৈমাই, অয়াংদা বকুল অমসু নোংপোক্তা কদম্ব পাম্বৈ। অঙৌবা, ভাঙ্গ্রানবা, অশংবা, নাপু—মচু মরিগী পাম্বা পথাল ইশিংদা শাংলি। মচু মরিগী থোইমুনা পাওহুনা ভুগলি। হাম্বু-কাংডনা শাম্নরি। অসিগুম্বা পাবন সরোবরগী নীংথিজবসি উবদা শ্রীরাধিকাগী পুকনিংদা কয়া হুড়াই। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিং লোয়ননা আমোদবর্দ্ধন কৌবা মফমদা শাম্নরি। শ্রীরাধিকাগী অঙ্গগী মেঙলবা গন্ধ ফংবদা থোইমুগুমনা ভাওহুনা সখাশিং উহৌদনা শ্রীরাধিকাগী

ভুংলোমদগী চঙলক্লুনা মুখচুম্বন তৌরে। মতু উবদা কুন্দলতানা 'জটিলাগী য়াথংনি কৃষ্ণনা মমি ফাওবা শোকপা য়ারোই' অসি হায়রগা ইবেম্মগী মায়দা কিনা থুনই। ললিতানা "য়েংউ, য়েংউ! লৌনম চাউবা, তৌবা ভম্বসে। শোরোক লমজাওদা ইভাবু ইকাইবা পীরিবা। লৈরম্ম থঙনি।" তাঙ্গাসিদা শ্রীকৃষ্ণ চেনখ্রে। শ্রীরাধিকানা থম্মোইদদি পেঙ্গে, মপান্দদি ইকাইহুনা মায়খোং কিনা থুনই, ফিগী মরুমদগী শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য দর্শন তৌই। অতুগী তুংদা কুন্দলতানা ইবেম্মগী ভাব হোংদোকনবা হায়হুনা হায়রকই, "য়েংউ নন্দীশ্বরপুরগী নীংথিজবাসে। পুরগী মাইকৈ মরিদা থোঙজাও মরি; নোংপোক্তা স্নথোঙ (সিংহদ্বার)— সনাগী থোঙপাক, ভাঙ্গুনবা মণিনা যেকখোৎপা; থোঙগী নাক অনিদা কোবীমচু মানবা নোংশা অনি, মশোংনা হৌয়োক ভৌবা, মমিৎনা অতিয়া-মচু। স্নথোঙসি মথোল মঙানি। থোঙগী হেক মথক থংবা তালাদা গুণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী যশগান তৌই। অতুগী মথক্তা জগোই শাবীনা জগোই শারি। অতুগী মথক্তা পুংজাউ য়ৈরি। মতুগী মথক্তা শরীক-কাংসী য়ৈরি। মতুগী মথক্তা সনাগী চক্র, মতুগী মথক্তা ফীরাল, মুক্তা পরেংনা মুংশিংনা হুম্বদা ঝন ঝন মখোল থোকলি। নোংচুপ্তা মনিংথোঙ অমম্মুং ষড়ঋতু বন। নন্দবাবাগী অরাংদা উজ্জন্যমহারাজগী শঙ্গাই, মথাথংবদা পর্জ্জন্য, নোংপোক্তা রাজন্য—মখোই মচিম্মনাও অহম-নি। পর্জ্জন্যগী মচা মঙানি—উপনন্দ, অভিনন্দ, নন্দ, সনন্দ, নন্দন। পর্জ্জন্য মহারাজগী মথাথংবদা সনন্দ অমম্মুং নন্দনগী শঙ্গাই; উজ্জন্য মহারাজগী অরাংদা উপনন্দ অমম্মুং অভিনন্দগী শঙ্গাই।ময়ায়দা নন্দবাবাগী কা হুম্ফুত্রাগী শঙ্গাই।

নন্দীশ্বরগী মাইকৈ অহমদা নগর, বস্তি, বাজার, হাট, শঙোহং; নোংপোক্তা নন্দবাবাগী রাজসভা। পুরগী মাইকৈ

অহুমদা চ্যেপনগী রাংমদা লৈগী বন, মরক মরক্তা লফুগী বন, মরক মরক্তা পুর ঙাকপা মপাঙ্গল কল্লবা সন্ত্রিনা থাঙ-চুঙ্গোয়, তা, লীরুং তেন্দোং পায়তুনা ঙাকই। পুরগী মাইকৈ মরিদা সনাগী চ্যেকপল। নোংপোক্তা স্নথোঙ অচৌবা, নাক অনিদা নোংশা অনি। থ্যা-অরাংগী থোংদি পীকই; নোংচুপকীদি মনীংথোংনি। মপাল অকোয়বদা নগরবস্তি লৈ। অহানবা মকোয়দা বৈশ্যগী দোকানপ:রং—মথল মথলগী পোৎনা লৈতেংই; অনিশুবা মকোয়দা ব্রাহ্মণ, সজ্জন, পণ্ডিতশিং; অহুম শুবা মকোয়দা আহির গোপ শাগৈগী ক্ষেত্রিশিং। অরাংগী থোঙদগী পাকলবা রাজপথ অমা—নাক অনিদা বকুল পাম্বী পরেং পরেং হৌবা অমনা যাবটকী থা থোঙ য়োনবা চৎখি। হায়রিবা লম্বেল অসি হুপীশিংগীনি। পুরগী থাথংবা থোঙদগী চাউরবা রাজপথ অমনা বর্ষানগী বৃষভানু বাবাগী পুরগী অরাংথোঙ য়োনবা চৎখ্রি। মসিস্নু হুপী কাঙবুগীনি। পুরগী নোংপোক্কী স্নথোঙদগী লম্বেল অমনা যাবটকী পুরগী নো:পোক স্ন:থোঙ য়োনা অমস্নুং অতোপ্পা লম্বেল অমনা বৃষভানুপুরগী নোংপোক স্নথোঙ য়োনবা চৎখ্রি। নো:চুপ্তা মনীংথোঙ ( খিড়কীদ্বার ); মসিগী নোংচুপ্তা গুপ্তকুণ্ড কৌবা অথুপ্পা কুণ্ড অমা লৈ। হায়রিবা কুণ্ড অসি শ্রীরাধাকুণ্ডগুমনা শক্তা গুন্দা চা:দমনিঙাই লৈতে। মাইকৈ মরিদা বন তরানা লৈতেংবা কুণ্ডনি। বনশিং অসিদগী ঋতু ঋতুগী মতিক চাবা হৈ-লৈ হেক্তুনা নারায়ণগী সেবা চৎনৈ। বীরা দেবীনা শেমজবনি, বীরা দেবীগী বনদেবীশিংনা ঙাক শেল্লিবনি। মখোইনা মনা-মশীং, উহৈ হেকলগা দাসীশিংবু যশোদা মাতাদা থিলহল্লি। মরুম অতুদা বিশাখাগী মদনকহনি কৌবা কুঞ্জগী লৈকোল মহুংদা যোগপীঠ মন্দির অমস্নুং বেদী লৈ। মতুগী অরাংদা বসন্তঋতুবন অমস্নুং শীতঋতুবন, নোংপোক্তা

গ্রীষ্ম-বর্ষা, শরৎ-হেমন্ত অমসুং শীত-বসন্ত ঋতু অনি অনি পুনবহ অহুম, থাথংবদা গ্রীষ্মঋতুবন অমসুং বর্ষাঋতুবন, মোংচুপ্তা শরৎঋতুবন অমসুং হেমন্ত ঋতুবন অমসুং কৌক্রুদা ষড়ঋতুবন। মতৌ অসুমনা বন তরাসি জন্মদিন্নচিংবা নৈমিত্তক লীলাদা মধ্যাহ্নলীলা তৌফমনি। পুবগী কৌক্রুপাংবা অরাংদা পর্জ্জন্য মহারাজগী ছাচকুণ্ড লৌবা ইশিং অপিকপা পাৎ, কর্ণহার সরোবর, ফীবুলহাবা শান্নবা কা। অরাংদা পাবন সরোবর মুক্তাকুণ্ড নত্রগা মতিকুণ্ড। চাংথেংদা কদম্বথণ্ডিগী মনাক্তা ধোয়ানিকুণ্ড, কৃষ্ণকুণ্ড। খ মৈরমদা পৌর্ণমাসীকুণ্ড। মৈরমদা বিশাখা কুণ্ড। মোংপোক্তা ললিতাকুণ্ড সূর্য্যকুণ্ড, পৌর্ণমাসীগী থাংপোকশং অমসুং মতুগী মনাক্তা নান্দীমুখীগী থাংপোকশং অমসুং দোমনবন। থাদা যশোদাকুণ্ড করেলাকুণ্ড, চরণপাহাড়ী মধুসূদনকুণ্ড। অতুগী মথংদা প্রেমসরোবর। অতুগী মথংদা বিহ্বোলা দেবীগী কুণ্ড কৃষ্ণকুণ্ড। মোংচুপ-মাইরাংলায়জৌদা পানিহারীকুণ্ড। মতুগী মপান্দা মাইগৈ নিপান্দা সখী নিপানগী কুঞ্জনা শ্রীরাধাকুণ্ডগীগুমনা নিংথিজরি। মতুগী মপান্নোমদা থাথংবদা সঙ্কেৎবট, মতুগী মনাক্তা সাহসীকুণ্ড। মোংচুপ্তা ঋতু তরুক্কী বন, মযাদা লৈরিবা গুপ্তকুণ্ডগী মপান্দা লৈবা কেলিকুঞ্জনা জন্মাষ্টমী গুমিত্তা মিলন ওইরগা বনভ্রমণ তৌহুনা রাধাকৃষ্ণন সখীশিংগ লোয়নন পানিহারীকুণ্ডগী মপান্দা লৈবা ললিতানন্দদা কুঞ্জদা লীলা অমসুং কুণ্ডদা জলকেলি শান্নে; নত্রগা গুপ্তকুণ্ডদা জলকেলি শান্নে। মখোইসি নত্তবা কুণ্ড অমসুং বন য়ামনা লৈরি।

পুরগী য়ুম পূমনমক মথল মখা অয়াম্বা মণিনা ইলং লংই। নন্দীশ্বরদগী শংবান্নবা ভৌবা মণ্ডাল, যাবট্টগী অয়াংবা অমসুং বর্ষান্দগী অভৌবা মণ্ডাল কাপথোরকই। ধামশিংসিগী মশেক মণ্ডানগা পুরনচিংবগী মণ্ডানগা অমত্তা ওইনা তিন্নখিহুনা

অঙকপা মঙাল চবুল অমা শেমগ্রে; পরব্যোমদা লৈবা লাই-শিংনা মহূ উবদা ঙকই, অনন্তনা মচিন লিশিং অমনা শীংথাবদা লোইবা ঙমদে। কুন্দলতা ঐনদি করমনা ঙমগদগে!" অসি হায়হুনা পুরগী মনুংদা চঙলবলে। তাঙ্গা অসিদা শ্রীরাধিকা য়ৌরক্পা থেঙলবসিদা যশোদা মাতানা ধনিষ্ঠাদা লাকপ্রা য়েংউ হায়হুনা থারকই। ধনিষ্ঠা থোরক্তুনা ইবেম্মবু পুরগী অরাং থোঙলোমদা পুশল্লকই। ইবেম্মনা পুরগী নীংথিজবা দর্শন তৌই। লৈমায়হু সনানি, মহূদা হীরা মণিনা হত্তুনা য়েকলিবা থম্বাল অমদি স্বস্তিকচিহ্ন; অরাংথেঙদগী মথাথোঙ ফাওবা চৎলিবা পাক চাউরবা লম্বী অমা অমস্তুং নোংপোক স্নথোঙদগী নোংচুপ থোঙ ফাওবা চৎলিবা চাউববা লম্বী অমা; অহূনা নোংপোক থংবদা খণ্ড অনি, নোংচুপ থংবদা খণ্ড অনি; খণ্ড মরি অসিদা চোক ৪২ অমস্তুং ময়ায়দা চোক ৭কী খণ্ড অমা। অস্তুমনা পুন্না চোক ৪৯ নি। ময়াযদা খ্বাইদগী রাংনা অঙকপা মশেক মঙানগা লোয়ননা শ্রীনারযণগী মন্দির লৈ। মন্দিরগী নোংপোক্তা নন্দবাবাগী বৈঠক। মহূগী নোংপোক্তা মক্কপ মপাংগী বৈঠক মহূগী নোংপোক্তা চন্দ্রশালা অট্টালিকা। মহূগী নোংপোক্তা স্নথোঙ। মাইকৈ মবিদা হৌবিবা উদি হরিচন্দন, মন্দার, পারিজাত, সন্তান, কিংশুক, কদম্ব, হৈনৌ, কোবিদার অসিনচিংবা। মথল মথা অযাম্ব শাৎকাযরবা লৈগী লৈনম ফংবদা খোইমুনা ঙংলি, কোকিলনা হুংশিনা খোংলি। মহূগী ময়াযদা নন্দেশ্বর কৌবা শিবনা অঙোবা চাংগী রূপ লৌহুনা ঙাস্নোইরি। মন্দিরগী নোংচুপ্তা শ্রীকৃষ্ণগী লুক হাকম কা, মহূগী মনিংদা অশং অমান থমনবা ভাণ্ডার, মহূগী মনীংদা সখীশিংগী চাকথোংশং, মহূগী মনীংদা খিড়কীদ্বার। হায়রিবা চোক তরেৎসিগী নাক য়েক্তা পাকলবা লম্বেল অনিনা নোংপোকী স্নথোঙদগী নোংচুপকী

মনীংথোঙ ফাওবা চৎলি। চীংথৈদা চোক ১২ গী থগু অমা লৈ। মসি অঙোবা মরকত মণিনা শাবনি, রোহিনী মাতাগীনি। থগু অসিগী মোইরাং লায়জী থংবদা রোহিনী মাতাগী শয়ন মন্দিরনি। মতুংগী নোংপোক্তা কীর্ত্তিদা মাতাগী কানি। মতুংগী নোংপোক্তা বৃষভানু বাবাগীনি। অতুংগী নোংপোক্তা শ্রীদামগীনি। মতুংগী অরাংদা দাসীশিংগী যুমনি। মতুংগী নোংচুপ্তা কুন্দলতাগীনি। মতুংগী নোংচুপ্তা ধনিষ্টাগীনি। মতুংগী নোংচুপ্তা শুভে, সন্দে, ভরণী, পিবরীনচিংবী য়োকচবীশিংগীনি। মতুংগী অরাংদা রঙ্গন, টঙ্কন দাসগী, মতুংগী নোংপোক্তা দাসীশিংগী, মতুংগী নোংপোক্তা ভদ্রাগী, মতুংগী নোংপোক্তা চন্দ্রাবলীগীনি। অম্মুমনা চোক ১২ শুরে। মৈরমদা চোক ১২ গী থগু অমা। অঙোবা মরকত মণিনা শাবা নন্দবাবাগীনি। থগু অসিগী চীংথৈ থংবদা লৈবা চোক অদু শ্রীকৃষ্ণগীনি—বৈঠকনি। মতুংগী নোংপোক্তা রক্তকনচিংবা দাসশিংগীনি। মতুংগী নোংপোক্তা মধুমতিগী; মতুংগী অরাংদা বিমলা, পালীগী; মতুংগী নোংচুপ্তা শ্যামলা সখীগী; মতুংগী নোংচুপ্তা নরসিংহগী মন্দির। মতুংগী নোংচুপ্তা অম্ব কিলম্বনচিংবী শ্রীকৃষ্ণগী য়োকচবীশিংগী। মতুংগী অরাংদা যশোমতী মাতাগী শয়নগৃহনি, সনানা শাবনি। মতুংগী নোংপোক্তা নন্দবাবাগী শয়নগৃহনি, মখল মথেল মণিনা শাবনি নাপু মচুনি। মতুংগী নোংপোক্তা শ্যামলা, পালী সাখীগী; মতুংগী নোংপোক্তা তারকা, মঙ্গলা সখীগীনি। মতৌ অম্মুমনা চোক ১২ শুরে। ময়াম্বদা থা-অরাং ওইনা চাউরবা লম্বেল লৈ। মোইরাং লায়জীদা চোক ৯ গী থগুনি। মতুংগী চীংথৈ থংবা চোক অদু শ্রীকৃষ্ণগী শয়নঘরনি; সনানা শাবা হায়বদি নাপু মচুগী মরকত মণিনা শাবনি; মথোল অহুমনি, থোঙজাও ১২ পাম্নি, মখল মথা অয়াম্বা মণিনা য়েক খোৎলি, রত্নুনা য়েৎলবা

মখোঙ মথক্তী দলাল, মথক্তা সনাগী চকু, নীলচক্রগা লোয়নবা কীরাল। হীরা, মণি, মুক্তানা মখাদগী মথক কাওবা য়েক খোংলি। অট্টালিকা থানা থোঙজাও ১২ হুদা মখল মখলগী মণিনা য়েক খোংপা ইন্দ্রনীলমণিগী খোংবাক মমুংদা ঙৌরোক ঙৌবা থাকল, রত্নগী ঝালর, চিথেক মরিদা রত্নগী থাউমৈ, রত্নগী ঝারকলসী য়াল্লি। থাউমৈশিংহুনা লৈহাউ অপোম্বগুমনা নীংথিজে। মরক মরক্তা সনাগী পোম্পা চোঙা তেনরা য়ান-য়ান্দুনা লৈ। চোক অসিগী নোংপোক্তা মধুমঙ্গলগী, অরাং অমমুং মখাদা জয় অমমুং বিজয়গী য়ুমনি। খণ্ড অসিগী মোইরাং লায়জী থংবা চোক অহু মঞ্জরী, দাসী অমমুং হীরা মণিমুক্তা সনাগী অলঙ্কার লৈ। মহুগী নোংপোক্তা সখীশিংগী ময়ুম অহুগী অমুক নোংপোক্তা রত্ন ভাণ্ডার মহুগী অরাংদা শ্রীকৃষ্ণগী স্নান, দন্তধাবন অমমুং শিঙ্গারবেদীগী পুন্না চোক অমা মহুগী নোংচুপ্তা শ্রীরাধাগী শয়ন মন্দির, মহুগী নোংচুপ্তা শ্রীরাধিকাগা বৈঠক, মহুগী অরাংদা শ্রীরাধিকাগী রান্ধোশং, মহুগা নোংপোক্তা শ্রীরাধিকাগী লুকহাশং অমুমনা চোক মাপন্নি। কৌক্রঃয়ামদা বলরামগী চোক ৯ গী খণ্ড। নাপুমচুগী, মরকত মণিগী খণ্ডনি। খণ্ড অসিগী মোইরাং লায়জী থংবা চিথেক্তা শঙ্গোমগী ভাণ্ডার, মহুগী নোংপোক্তা আচার ভাণ্ডার, মহুগী নোংপোক্তা বলরামগী শয়নমন্দির, মহুগী অরাংদা বলরামগী স্নান, শিঙ্গার, দন্তধাবনগী বেদীগী চোক অমা। মহুগা নোংচুপ্তা মখল মখা অয়াম্বা রত্ন অলঙ্কারগী ভাণ্ডার মহুগী নোংচুপ্তা শঙ্গোম অকম্বগী ভণ্ডার, মহুগী অরাংদা ঘীগী ভাণ্ডার, মহুগী নোংপোক্তা অন্নভাণ্ডার, অহুগী নোংপোক্তা বলরামগী বৈঠক। অমুমনা চোক ৯ নি। মতৌ অমুমনা মহল তরেৎকা থানা চোক ৪৯ নি। লৈমায়হু ছাঙ্গানবা মণিনা য়েক খোংপা, গলি, কুঠি অমদি পুরগী মশেক মঙাম্না তনিক তনিকই।

মত অমগী মতুংইন্না চীংখৈদা চোক ১২ গী খণ্ড অমা—মরকত মণিগীনি—রোহিণী মাতাগীনি। খণ্ড অসিগী মোইরাং লায়ক্তা থংবদা রোহিনী মাতাগী শয়ন তৌকম শঙ্গায়। মহুগী নোংপোক্তা কিথিদা মাতাগী শঙ্গায়, মাহুগী নোংপোক্তা বৃষভানু বাবাগী, মাহুগী নোংপোক্তা শ্রীদামগী অমসুং মাহুগী অরাংদা দাসাঁশিংগী লৈকম। মাহুগী নোংচুপ্তা কুন্দলতাগী, মহুগী নোংচুপ্তা ধনিষ্ঠাগী, মহুগী নোংচুপ্ত শুভে, সন্দে, ভরণী, পীবরিনচিংবী য়োকচবাগী যুম। মহুগী অরাংদা রঙ্গন, টঙ্গন দাসগী, মাহুগী নোংপোক্তা দাসাশিংগী, মাহুগী নোংপোক্তা ভদ্রাসখীগী, মাহুগী নোংপোক্তা চন্দ্রাবলাগী— অসুমনা চোক ১২ নি। মৈরম থংবদা চোক ১২গী খণ্ড অমা। অচৌবা মরকত মণিনা শাবনি নন্দবাবাগীনি। খণ্ডসিগী মোয়রাং লায়ক্তা থংবদা শ্রীকৃষ্ণগী বৈঠক। মাহুগী নোংপোক্তা রক্তক দাসগী, মাহুগী নোংপোক্তা দাসাঁশিংগী, মাহুগী নোংপোক্তা মধুমতিগী, মাহুগী অরাংদা বিমলাগী, মহুগী নোংচুপ্তা শ্যামলাগী, মহুগী নোংচুপ্তা নৃসিংহ দেবগী মন্দির, মাহুগী নোংচুপ্তা অম্বা, কিলিম্বা য়োকচবাগী, মাহুগী অরাংদা যশোদা মাতাগী চেপকম কানি, সনানা শাবনি। মাহুগী নোংপোক্তা নন্দবাবাগী চেপকমনি, মখল মখাগী মণিনা শাবনি নাপুমচুনি। মাহুগী নোংপোক্তা পালিগী যুম, মাহুগী নোংপোক্তা তারিকাগী যুম। মতে অসুমনা চোক ১২ নি। মরক্ত মণি-অমা ওইনা লম্বেল অচৌবা অমা লৈ। মোইরাং লায়ক্তা থংবদা চোক ৯ গী খণ্ড অমা লৈ। নাপুমচুগী মরকত মণিনা শাবনি। খণ্ডসিগী মোইরাং লায়ক্তা থংবদা দাসী মঞ্জরীশিংগী কানি, মাহুগী নোংপোক্তা সখীশিংগীনি। মাহুগী নোংপোক্তা রত্নভাণ্ডার, হীরা-মণি-মুক্তা-সনাগী অলঙ্কার থমই। মাহুগী অরাংদা শ্রীকৃষ্ণগী স্নানবেদী, দন্তধাবন বেদী অমসুং সিঙ্গার বেদীগী অপুনবা চোক অমা। মাহুগী নোংচুপ্তা শ্রীরাধা-

কৃষ্ণগী শায়কয়, মাতুগী নোংচুপ্তা বৈঠক অমসুং লুক হাকম। মাতুগী অরাংদা রাহ্নোশঙ। মাতুগী নোংপোক্তা শ্রীরাধিকাগী বৈঠক অমসুং রাহ্নোশঙ। মাতুগী নোংপোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সনানা শাবা শয়ন মন্দির— মথোল অহুমনি. মথল মথা অয়াম্বা মণিনা হংলবা রত্নগী য়ুথল য়াম্বা থোংজাও ১২ পাম্লি। মন্দির অসিগী মথক্তা সনাগী চক্র, নীলচক্র, পটকাগা লোয়নবা ধ্বজ। মখোঙদগী মতোন ফাওবা মণিমুক্তা মথল মথানা য়েকখোংপা, ইন্দ্রনীল-মণিগী থোঙপাক, মঙুংদা নীংথিরবা থাকল, রত্নগী ঝালর। চিথেক মরিদা রত্নগী থাউমৈ, রত্নগী কোম্ফ্ য়াম্বরকলিবা, মাহুদা থাউ-মৈগী মৈরীনা লৈহাউ অপোম্বগুমনা নীংথিজরি। মরক মরক্তা সনাগী পোন্দা তেনরা লাবা অমোমশিং য়াম্লি। চোক অসিগী নোংপোক থংবা শরক্ত মধুমঙ্গলগী অমসুং অরাংদা জয়গী মথাদা বিজয়গী কানি। মতৌ অসুমনা চোক ৯ নি। কৌক্রুথংবদা বলরামগী চোক ৯ গী থগুনি। নাপু মচুগী মরকত মণিনা শাবনি। খগু অসিগী মোইরাং লায়রাদা শঙ্খমগী ভাণ্ডার, মাতুগী নোং-পোক্তা আচারগী ভাণ্ডার, মাতুগী নোংপোক বলরামগী শয়ন মন্দির, মাতুগী অরাংদা স্নান বেদীনে দন্তধাবন বেদীনে সিঙ্গার বেদীনে অহুমগী অপূনবা চোক, মাতুগী নোংচুপ্তা রত্ন অলঙ্কারগী ভাণ্ডার, মাতুগী নোংচুপ্তা দধিভাণ্ডার, মাতুগী অরাংদা ঘীগী ভাণ্ডার, মাতুগী নোংপোক্তা অন্নভাণ্ডার, মাতুগী নোংপোক্তা বলরামগী বৈঠক। অসুমনা চোক ৯ নি। পূম্না চোক ৪৯ মহল ৭ নি। লৈমায়পূম্বা নাপুমচুগী ভাণ্ড্রানবা মচুগী মণিনা থাম্বনি। লৈরক অমদি কুঁঠীনা পুরগী মশেক মঙানবু তনিক তনিকহল্লি।

ককবা খিবিকসি দর্শন তোন-তোনা ইবেম্মনা সখীশিং লোয়নবা কুন্দলতানা লুচিংবুনা তপনা তপনা লেঙই। চরণগী নূপুর অমদি খাঙগী কিঙ্কিনীগী মখোল তাবদা যশোদা মাতানা

লাপলিঙ্কৈদগী লেঙথোক্লুনা য়েংলকই। মাতানা খন্নকই — "কয়াদা নোংখিজরিবা লম্বীনোসে, লাইবককবী খিবিকী কোকথকী লুহপনি, রগনা থম্নবীনি, অমৃতগী পুকৈনি, হৈশিংবী হায়বা অমৃতত্বগী ভুংনকমনি, নোংখিজবী হায়বী অমৃতত্বগী উমীনি হায়সিরা, গুণ কৌবা রত্নগী হাপকম উপুনি হায়সিরা? ঐগী থম্মোইগী থয়োবু শাংকাইগন্দুনা থাজগী মতৌগুমনা চঙশিন্নকলি।" অমুকস্থু খন্নকই, "কীত্তিদাগী কীত্তিগী মীংচৎকী উরী পাম্বী ওইরবীসিনা কর্পুরগী বত্তিগুমনা পুন্নসিবু ডাক্কলন্দুনা ঐগী মিৎকী মুঙাইবা হেন্নংহল্লি।" হায়না হায়না য়োশিন্নক্লুনা চরন্দা থুরুমলম্নবদা যশোদানা কোনথক্লুনা আলিঙ্গন তৌবিরগা প্রেমগা লোয়ননা তম্পাক্লা কোন্দুনা মুখচুম্বন অমদি মস্তকাঘ্রাণ (কোক্তা মনম নম্বিবা) তৌবি। ললিতানচিংবী সখীশিংনা থুরুমলম্নবদা মাতানা ময়াম্মকপু আলিঙ্গন মস্তকাঘ্রাণ তৌবিরগা হাকপিরকই, "ললিতা নখোই মঙ্গল ওইরিদনা?" ললিতানা খুমজে, "ইমাগী থৌজান্দগী মঙ্গল ওইজরি।" সাধকদাসীনা মিষ্টান্নগী লুবাক্লু মাতাদা পীরগা থুরুমজে। মাতান আশীর্ব্বাদ তৌবি, ধনিষ্ঠাদা শিন্নহনা ভাণ্ডারদা থমহনজে। যশোদানা শ্রীকৃষ্ণগী লুক হানবগী লাক্তক-নহনা হাকপিরকই, "ইবেম্মা রাধে! থোং থাকপগী মরমদি নংনা থঙলবনি, ঐনা অমুক করি হাররুগনি! রাহ্নোশঙদা চঙহনা রোহিণীগা লোয়ননা থোংলুরো। নং হেক লাকপদা ঐগী ভাণ্ডারস্থু অরাং-অপা লৈজে। থোং-থাকনবা মচাক্তি ধনিষ্ঠাদা তাল্লু। অমৃত-কেলি কর্পূরকেলি, মিষ্টান্ন, পাকান্নচিংবা থোং-থাকলুরো। ললিতা নংনা জিলিবিনচিংবা নংনা হৈনবা মথলগী মিঠাই হৌরুয়ে।"

য়াথংসি কংবদা ময়াম্মক রঙ্গিণীমন্দিরদা চঙজে। শ্রীগুরু-দেবীগী ইঙ্গিত কংজহনা সাধকদাসীনা ইবেম্মগী শ্রীচরণ শেংজে; মশাগী ইমখি মচানা তৈথোকচরগা চাক থোংবদা থুদোং

চারোইদোবা লীকোল থূজীনচিংবা অলঙ্কার লৌথোক্তুনা ধনিষ্ঠাদা শিন্নহনা ভাণ্ডারঘরদা থমহনথ্রে। সখীশিংসু মাগী মাগী দাসীনা চরণ শেংহনা অলঙ্কার হোংদোক্তুনা ভাণ্ডারঘরদা থমলগা চাকশঙদা চঙনথ্রে। মতম অহুদা রোহিণী মাতানা লেঙথোরক্তুনা থুরুম-জরিবী শ্রীরাধিকাবু আলিঙ্গন তৌবিহনা হায়রকই, "ইবেম্মা! নঙোন্দা থরা কোমনবা হায়রনা থোংবা হৌগংলম্বনি। হৌজিক্তি নহাক লাকলবনিনা নংগী নথোনি চঙলরো লাকলো!" ইবেম্মনা ইকাইজহনা মায়থোং লুকথক্তে। রোহিণী দেবীনা কোন্দুনা রন্ধনশালাদা পুশিল্লি। সাধকদাসীনা দেবদারু অমদি চন্দনগী শীংনা মৈরং চাম-চাম হৌগংলে। মৈ, থাংজাউনচিংবা থাঙ্গত্তুনা ভাণ্ডারদগী ঘী, ময়দা, মসলানচিংবা পুরক্তুনা লানশিন্তে। শ্রীরাধি-কানা মথল মথা অয়াম্বা মিষ্টান্ন, পক্কান্ন থোংই, ললিতানা ছানাগী বড়া,* শগোল হরাইগী বড়া, মুগকী বড়ানচিংবা হৌই। বিশাখানা মথল মথ অয়াম্বা আচার শেমশারে। চম্পকলতানা মহী মথল ৯।১০ অশানবা, অশাবা, অয়াকপ মথল ৪, হঙ্গায আচারনচিংবা শেমই। রঙ্গদেবীনা হৈনৌ, লফোই, যুবীনচিংবা উটৈ থোকই। তুঙ্গবিদ্যানা শঙ্গোমগী মিঠাই, ক্ষ রসানচিংবা শেমই। চিত্রানা অঙকপা কংলবা শাক থোংই। ইন্দুরেখানা চন্দ্রকান্তি, তল হৌই। সুদেবীনা অঙৌবা মথল চামা ঙৌই অনঙ্গ মঞ্জরীনা শঙ্গোমগী মথেল মথল মথা শেমই। শ্রীরূপমঞ্জরী, শ্রীগুরুমঞ্জরীনচিংবীনা পুথম তেঙ্গোৎ পুম্বা মায়কৈ মরিদা যুথন্না কোয়শিনবা বেদীগী মথক্তা মফম চানা থমলগা, ইশিং অশাবদা চামথোকলবা চামর মফম চানা য়ানশিল্লগা মপান্দা থোরকলে। মথল মথা অয়াম্বা অথুম অহাউ ময়ামত্তগী মনম কংবদা শ্রীকৃষ্ণনা সুবল মধুমঙ্গল লোয়ননা অট্টালিকা মথক্তা লেঙথরে। শুক

* বড়া—কোইরপ কোয়বা তল মথল অমা।

য়েংহুনা "হে দ্বিজ! নয়োল লোম্লু তাগে।" শুকনা তাবদা সুভাইরবা ময়োল কয়া লোপ্লে! কৃষ্ণনা সুবল য়েংহুনা "ইতাও! দ্বিজদা কফোই পীজো।" মাহু তাবদা মধুমঙ্গলনা, "দ্বিজদি ঐনি। ঐঙোন্দা পীয়ু।" মাহু তাবদা নোকলহুনা শ্রীকৃষ্ণনা, "মধুমঙ্গলদসু অমা পী য়ুসে।" কফোই ফংলবদা মধুমঙ্গলনা হরাওরহুনা মথবাক্তা পুং থীন্দুনা হায়রকই "ঐঙোন্দা উহৈ (ফল) অমা পীবগী মহৈ (ফল) অনি ফংবা ওইয়ু।" অসুমনা ফাগি তৌনবসি তাহুনা ইবেম্মশিংনা থোঙনাও অহোবদা মীৎকী মশক ওইরবা নোংয়িম্না শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থাগী অমৃতবু য়াজৈ। অহুগুমনা শ্রীকৃষ্ণগী নয়নগী মশক ওইবা খোইমুনা শ্রীরাধিকাগী মায়থোং থম্বালগী লৈহী চুপই। মতৌ অসুমনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা নয়নগা নয়নগা মিলন ওই। ইবেম্মনা মথল মথা অয়াম্বা মিষ্টান্ন, পক্কান্ন শেম শাবা লোইরে। মতম অসিদা যশোদা লেঙশিল্লক্তুনা রোহিণীদা হংলকই, "রামজননী! করম করম্বা অহাউবা মথেল থোংলবগে?" রোহিণীনা রাধিকাবু থাগত্তুনা খুম্মকই, "কৃষ্ণজননী! লোইনা শুরে। ঐখোইনা পীবা ইচম চম্বা মচাক্তুনা মথল মথেল কয়া থোকহল্লবা ঙক্তুনা য়েংলম্মিবনি। গন্ধর্বা ওইরবী রাধাগী মখুৎনা হেক শোকপদদা ওইথিবা ঙাকনি। মনম হুংশিরবা চাবদা মচি ওইরগদবা মথল মথা অয়াম্বা রম্ভাপীঠা, ক্ষীরপীঠা, কর্পূর কেলি, অমৃতকেলিনচিংবা শুরে। বেদী মথক্তা লোইনা থেন্দুনা লৈরে য়েংবিররো। তুলসী থানগী চাক ছানানা থুমহুনা লৈরে। কৃষ্ণনা হোরেল হেক কমলবদা হাংদোকনবনি।" মাহু তাবদা ব্রজেশ্বরীনা লেঙশিল্লক্তুনা বেদীদা মীৎয়েং তারে, হায়রকই, "রামজননী! মনম হুংশিবনে য়েংবদা ফজবনে ঐদি পুমপেল পেল্লে। রাধা হায়বিসে মগুম্না লৈরিবা থোংবা-থাকপনা হৈরিবা।" মাহু তাবদা ইবেম্মনা হরাওজহুনা

হকচাংদা হমাং কাই, তু·চুংই ; হায়ফেৎ ইকাইহুনা ইমক্কী মচীনা মকোক থুমজৈ। মতু উবদা মাতানা য়ামনা থুংশিনা দাসী য়েংহুনা তাকপিরকই, "বৃষভানুনন্দিনীসে চাক থোংউবগী রাবনা হমাং শোরে। হমাই হমহুনা ইংহল্লু।" মতমহুদা শ্রীগুরুদেবাগী ইঙ্গিত ফংজহুনা সাধকদাসীনা ইবেম্মগী হমাই থোগল তৌজৈ। অহুগী তুংদা মাতানা সখী পুমনমক্না থোংবম শঙ চঙহুনা য়েংবিরুই। লোইনা লোইরে উববদা তাকপিরকই, "লোইনমক মকম চানা ভোগ মন্দিরগী বেদীদা থম্মুরো।" ধনিষ্ঠাদা ভাণ্ডারগী আচার মথল শুনা পুথোরকনবা তাকপিরে। ময়ামনা শ্রীনারায়ণগী ভোগমন্দিরদা বেদী অহুমদা মথেল শুনা পৈহুনা থমখ্রে। মতমহুদা রোহিণীনা তুলসী ধানগী চাক্তু শরুক মরি থোকনা খাইদোকলগা ঘী তোংপা, শঙ্গোম অফবা তোংপা অমসুং শঙ্গোম অনৌবা তোংপা থেন্দুনা থমখ্রে। মতম অমদা মাতাগী য়াথং ফংহুনা মধুমঙ্গলনা তুলসী মঞ্জরী থাদহুনা শ্রীনারায়ণগী লুক চনখ্রে॥

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপতা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌহুনা ভাবাবেশ ওইবিরি। ভক্তশিংসু মাগী মাগী ভাবতা লুপচরি। মতমসিদা বিষ্ণুপ্রিয়, মালিনীনচিংবীনা মথল মখা অয়াম্বা অন্ন-ব্যঞ্জন বেদীদা শেমশাহুনা থমখ্রে। শচীমাতানা ঈশানদাসদা পাখোন শীরকুনা ঈশানদাসনা চঙহুনা হঙংলে, "হে গৌরাঙ্গ, শ্রীনারায়ণজীগী ভোগ শেম-শাবা লোইরে।" মাহু তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। হুঙ্কার তাবদা লৈরিবা ময়াম পুমনমক্না মন সিদ্ধদেহদগী সাধক দেহদা চঙলকুনা ভাবশান্তি ওইখৈ। মতমহুদা শ্রীগদাধরপণ্ডিতনা শ্রীমদ্ভাগবত সূত্রগী মশক ওইনা পাঠ লোইশিনখ্রে। প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা লেংখৎলে। গদাধর পণ্ডিতনা শ্রীনারায়ণগী ভোগ

কৎলে। মথল মথা অয়াম্বা মথেল বেদী অহুমদা থেন্দুনা কৎলে। মনম মুংশিবা জল অমদি তুলসী মঞ্জরীনা ভোগ কৎলে। মতম শম্ভুদা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নননা জগমোহন্দা কীর্ত্তন হৌরে। স্বরূপ, রামানন্দনা প্রভুগী মন খঙহুনা শ্রীনারায়ণগী ভোগ কৎপা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী লুক হাবগী পদগান তৌই। প্রভুগী নয়নগী শিন্থরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলে — ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংসু সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভোজন-লীলা দর্শন তৌই।

অসোমদা ব্রজদা মধুমঙ্গলনা শ্রীঠাকুরগী ভোগ কৎপা লোইরক্লুনা লুক থাংদোকরে; মকমতু তৈথোকলে, তাম্বূলনচিংবা কৎশিন্দুনা আরতি কৎলগা শ্রীঠাকুর শয়ন তৌশিনরে। মতমতুদা মাতানা রক্তকদাস য়েংহুনা ভোজনঘর শেম শারো তাকপিখি। রক্তক-দাসনা মনম মুংশিবা জল থিক্লুনা বেদীদা মকম চানা সনাগী আসন শারে — মথক্তা ফীজৌ থারে। অহুদগী সনাগী পুথম, তেঙ্গোৎ, গিলাস, মনম মুংশিবা জল য়াওরবা সনাগী ঝারি ছানা কুপ্লুনা থমরে। তাঙ্গা অসিদা সখাশিংসু স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরক্লুনা থুংলরে। মাতানা ময়ামতুবু চাক চাররো হায়না কৌশিল্লে। মধুমঙ্গলগা লোয়নননা শ্রীরামকৃষ্ণ লেঙশিল্লে। শ্রীকৃষ্ণগী য়েত্তা বলরাম, মথংদা সুভদ্র, মণ্ডলি ভদ্র, ভদ্রঙ্গ, বিজয়নচিংবা সুহৃদ সখাশিং; মথংদা শ্রীদাম সুদামনচিংবা প্রিয়-সখাশিং; ওয়দা সুবল, অর্জ্জুনচিংবা প্রিয়নর্ম্ম সখাশিং; মথংদা বিশালনচিংবা সখাশিং; মায়োকনননা মধুমঙ্গল অমসুং ময়াম— মলীং থাবা ভবা নত্তে। শ্রীরাধিকাগী ইঙ্গিত মতুং ইন্না মঞ্জরীশিংনা সনাগী পাত্রদা অহানবদা সরবৎ, মথংদা ফলমূল, মথৈদা অন্ন-ব্যঞ্জন, মিষ্টান্ন পাকান্নচিংবা রোহিণীদা লানশিল্লি। রোহিনীনা হৌল্লি—যশোদা মাতানা থুদোনবীনা 'থিন্দুনা সিদা হাপউ'—'সিদা

হাপউ' হায়না ভাকই। শ্রীরাধিকানা থোঙনাউদা ভোজনশোভা দর্শন তৌই। অহানবদা চন্দ্রকান্তমণিগী প্রাসদা মিশ্রি অমদি ওলা (চিনি মথল অম) গী সরবৎ, মথংদা ইন্দ্রনীলমণিগী পাত্রদা থৈনৌ লফোইনচিংবা, মথংদা অন্নব্যঞ্জন, মিষ্টান্ন, অমৃত-কেলি, কর্পূরকেলি, মনোহরা লাড়ু, গঙ্গাজললাড়ু, পীযূষগ্রন্থি, চন্দ্রকান্তি, অমৃতপদ্মচিনি, সরপুপী, অথুম অহাউ কয়া, পুরা, পুরি, কচৌরি, লুচী, সীতাভোগ, মোহনভোগ, ক্ষীরনচিংবা কয়া হারে। মধুমঙ্গলনা হরাওদুনা নাকথংদা তাল থাদুনা চাক চান-চানা কুম্মে কয়া তৌই; হায়রকই "শ্রীদামভাই! ঐনা নহাক্মুকী মপোক্তা তপস্যা কয় তৌজরকপনা হন্দকী মপোকসিদা অচাপোৎ ময়ামসি ফংলিবনিদো—নখোইদি ঐগা সঙ্গ তৌজনগী নমিৎনা তুক উজবা ফংবনিদো। নখোইদি চাবস্মু হৈজবা পোৎ নত্তেনে! ময়ামসিগী নকুংদা বলাই দাদাতদি থরা চাবা হৈ। শ্রীদাম হায়রা য়াঙ্গংবা, সুবল হায়বাসিনা শোঙ্কুনিদো, কৃষ্ণগীদি মহোশাগী মহৌশা চাবা হৈজদবনি। স্বয়ং লক্ষ্মীগী মশক ওইরবা ইবেম্মনা হোৎনা চানবা, থকনবা মথল মথেল অমরোমদনা শল শেন্দুনা হিংবা গোপশিং! চাবদি হায়রুপু মথেল ময়ামসিগী মনিংবু শুনা থওলিরোইদনে! ঐতনি ময়ামসি চাবা হৈরিবসি। ইমা! ঐবু থন্না পীজো। নচা কৃষ্ণসি ঐনা পুক থন্না চারগা অমুক্তং কোনবদা হেক্তা মপাঙ্গল কঞ্জনিদা!" শ্রীদামনা খুম্মকই, "ব্রাহ্মণমচা চাগনবা নংগীদি চেৎপাক শঙ্গোম থর য়ামনা ফংলগা পেনগদবনি, ময়ামসিগা রসদি নংদি কদাইদগী খঙ্গদগে?" মধুমঙ্গলনা, "ঐবু রস খঙদে হায়বা! রসগী মথান্দ শাস্ত্রনা লাউরি — রস মথল নিপান্নি। চিঞ্জাক হায়বসি ইন্দ্রি তরুকনা চ-ননবনি। মীৎ অসিনা মওং কজবা য়েংবা, নাকোংনা শায়বগী হুংশিরবা মখোন্দু তাবা, নাতোম্মা হুংশিরবা মনমচু

নম্বা, লৈনা অমৃত কোটিবু ঙমজরবা মহাউহু তংবা, উনসা হায়বা ইন্দ্রিসিনা থা কোটিদগী হেন্না ঈংলবা অইংবহু থেংনবদা ঐগী হকচাংসি অষ্টসাত্বিক বিকার ফাওরিবনি। অচাপোৎ ময়ামসি উত্রিরৈভেদা মীত্তগী পি, উবদা হকচাংদা তু-চুংই, ময়ামসিনা পৈহুনা লৈবা উবদা স্তম্ভ ( যুম্বীগুমনা চপ-লেপ্পা ), চাবগী নোম্বসিদা হুমাং তাবা ( স্বেদ ), ময়ামসিগী মহুংদা ঙল্লা কৌবা চিনিগী সরবৎ, হেক থকপদা চকচাং নিকথ্রবনি ( কম্প )। চাবা হেক লোইবদা ( মূর্চ্ছা ) রাম্বগদবনি। অসিগুম্বা রাখনসি হেক তৌরুবদা ব্যভিচারি মথল কুম্বাহুমদোই, ভাব মথল কুন ফাওরিবনি।” মতৌ অমুমনা ময়াম চামিন্নবহুদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙোগী চাকলুক্কগী মিষ্টান্ন পাকান্ননচিংবা লৌহুনা মধুমঙ্গলগী চাকলুক্তা হাপই। মতমহুদা মধুমঙ্গলনা হায়রকই, “ইমা! মিষ্টান্নদি ওকলে, চাবা ঙমদ্রে, শঙ্গোম অফম্বা অহাউবহু থজিক্তা হাপ্পিয়ু।” মতমহুদা মাতানা লৌবা চৎথ্রিরৈভেদা মধুমঙ্গলনা চালাক তৌহুনা লাউরকই, “দহি পামহুনা য়োং অসে পাইশিন্নকলে।” ময়ামহুনা মাতাদগী দহি পাত্র মুনথিদোরবরা হায়দুনা য়েংথোকথ্রিরৈভেদ। মধুমঙ্গলনা মাগী চাকলুক্কগী মিষ্টান্নহু সথাশিংগী চাকলুক্তা হেক হাপচিল্লি। যশোদা মাতা য়ৌরকপা মতমদা হায়রকই, “ইমা! দহি লৌবা চৎথ্রিরৈভেদা ঐদি চাবা লোইথোকদ্রে। ঐদি দহি চাজররোই। মমাংদা চাক লৈরিবশিংসিদা হাপ্পিরো।” মতৌ অমুমনা ফাগি তৌনহুনা শ্রীকৃষ্ণদি ইচা চাদবা যশোদানা ফনা হোৎনবদমু পীজবা ঙমদ্রবদা রোহিণীদা হায়রকই, “য়েংবিয়ু রামজননী! কৃষ্ণসে করিমত্তমু চাদে, অসিদা করমনা শনশেনবা চৎকনি। ঙসিদি শনশেনবা চৎহন্দব তারে।” মাহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা চৎহন্নরোইদ্রা হায়না কিহুনা থরা অমুক চাশিল্লি। মাহু উবদা মাতানা হায়, “ইবুঙো! নংদি লামন-লামনা তোকলিবোইরে!

অহ্নু নত্তনদি করমনা হৌজিক অমুক থরা চারি ?" শ্রীকৃষ্ণনা খুমকই, "ইমা ঐ ওকলে—চাবা ওমত্রে।" মাহু ভাবদা যশোদানা রোহিণীদা অমুক কৃষ্ণবু থেমহুনা থরা পীজবা ওমত্রা য়েংউ হায়রবদা রোহিণীনা হায়রকই, "য়েংউ কৃষ্ণ! নংনা অসুমনা হৈনিংদনা চারবদিনে, শ্রীরাধিকাদো চাক থোংবা লাকলরোই হায়রে।" মসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা সুংশা থিরহুনা চাকলুক্তগী মিষ্টান্নহু তংথাইমুক হাথ্রে। মতৌ অসুমনা চাবা লোইরবদা আচমন তৌরে। দাসশিংনা সনাগী ঝারি পায়হুনা জল হৈহুনা খুৎ হামহুনা তৈথোকলে। মাতানা খুৎ ওয়না শ্রীকৃষ্ণগী পুক্তা চাবা তুমনবা মন্ত্র শোন্দুনা নাল্লি। অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মনম সুংশিবা মকুপনা খুত্তগী ঘী-থাউগী মরেক নপথোকহল্লগা নিংথিরবা গামছানা তৈথোকলগা রত্ন-সিংহাসন্দা লেংশিল্লে। সুবিশাল, বিলাসনচিংবনা তাম্বুল থোগল চঙই, রক্তক পত্রকনা চামর থোগল তৌই। ওহাক বিশ্রাম তৌরগা খোংকাপ চামা থাংগ্রগ' রত্ন মন্দিরদা রত্নগী পালঙ্কদা লেংশিন্দুনা চেপই। ভৃঙ্গর, ভৃঙ্গার কোবা দাস অনিনা চরণ থোগল তৌই; পল্লব, মঙ্গল কোবা অনিনা চামর অঙোবা থোগল তৌই। সখাশিংমু মাগী মাগী যুমদা হল্লখি। শ্রীরাধিকানা খুৎ-শা হামদোকলগা থোঙনাউগী অহোবদা শ্রীকৃষ্ণগী শয়ন-শোভা দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউরি; সখীশিং, মঞ্জরীশিং অমসুং গুরুদেবীশিংনা ইবেম্মগী আনন্দ অহুদা আনন্দ ফংজরি। সাধকদাসীনা কাঙহাই চামর থোগল তৌন-তৌনা আনন্দদা তাউজহুনা থোঙনাউ অহোবদা শ্রীকৃষ্ণগী শয়ন-শোভা ফংজহুনা আনন্দ ফংজরি॥

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী লুকহাবগী গান্দা লুপ্তুনা লৈবিরি। মতম অহুদা শচীমাতা লেঙঙক্তুনা হায়রকই, "করি তৌরিবা? ইশৈদা তাওহুনা লৈরে!"

মাহ্ তাবদা প্রভুনা হাইকেৎ ভাবশান্ত ওই। ময়াম পূমনমক মাগী মাগী সাধকদেহদা মন থমনহ্না জ্ঞান তানরে। তাজাহ্দা শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা শ্রীঠাকুরগী ভোগ কাইহ্না আচমন কৎলগা তাম্বূল কৎশিন্দুনা আরতি কৎলে। অহ্নী তুংদা ঠাকুর চেপশিল্লে। মতমহ্দা মাতানা ঈশানদাস থাওক্তূনা কোররবদা প্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা ভোজনঘরদা লেঙশিন্দুনা আসন্দা মথং মনাও নাইনা ফমলে। মহাপ্রভুগী য়েত্তা নিত্যানন্দ অমম্তুং ওয়দা অদ্বৈত, মাঙদা অভিরাম, গৌরিদাস, রামদাস, পুরুষোত্তম অসিনচিংবা। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী য়েত্তা স্বরূপ, রামানন্দ, গোবিন্দ ঘোষ, বাসু ঘোষ, বক্রেশ্বরনচিংবা। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী ওয়দা গদাধর, জগদানন্দ, মুরারি অসিনচিংবা। হরিদাস ঠাকুরনা মাঙোম্দা ফমই। বিষ্ণু-প্রিয়া, জাহ্নবা ঠাকুরাণীনচিংমীনা অম্ম পুরক্তূনা মাতাদা লানশিল্লি; শচী মাতা, মালিনানা য়েল্লি। শচীমাতানা মিষ্টান্ন, অমৃতকেলি কর্পূরকেলি, সরপুরি (শঙ্গোমনা শেম্বা সর কোবহ্ লুচিগী মতোগুমহ্না ঘীদা ঙৌবা পুরি) অসিনচিংবা য়েল্লকই। মতমহ্দা মাতানা লুন' চাম্না তোঙ্হ্না লুক হান-হানা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইব্রে—ভাবতি "ঐসি রাধানি—নন্দালয়দা ধনিষ্ঠানা পুরকপা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতহ্ সখীশিঙ্গা লোয়ননা ফংলিবনি।" শ্রীনিত্যা-নন্দসু ভাবাবেশ ওইখি—ভাবতি "ঐসি বলরামনি — যশোদা মাতানা য়েল্লগা সখা ময়াম লোয়ননা চাক চামিন্নরিবনি।" অভিরামনচিংবা দ্বাদশ গোপালগী ভাবনা "ঐখোইসি যশোদা মাতানা য়েল্লক্তূনা শ্রীকৃষ্ণবলরামগা লোয়ননা চারিবা সখাশিংনি।" শ্রীস্বরূপ রামানন্দনচিংবনা "ঐখোই সখীনি— শ্রীমতীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ফংমিন্নরিবনি।" মতো অসুমনা কনানা সখা ভাবতা, কনানা সখীভাবতা — মাগী মাগী ভাবতা সিদ্ধদেহদা মন থমহ্না ব্রজগী লীলা উবৈ। শ্রীগোস্বামীপাদশিং, গুরুবর্গনা

মাঙ্গন্দা লৈত্থনা মাগী মাগী ভাবকী মতুং ইন্না ব্রজলীলা উৎনৈ। দাসশিংস্থ তুংলোমদগী হুমাই থোগল তৌন-তৌনা মাগী মাগী ভাবতা লুপচৈ।

ব্রজদা শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী শয়নানন্দ দর্শন তৌবদা হরাও তুঙ্গুং সুঙাইনা হুমাং মরিক মরিক কারি। মতু উবদা যশোদা মাতানা দাসী য়েংথ্থনা তাকপিরকই, "বৃষভানুনন্দিনীসে চাকথোংবগী রাথ্থনা হুমাং শোরে, হুমাই হুমথ্থনা পোথ্থাহল্লু।" মাথুদা ইবেম্মা হাইক্কেৎ ইকাইজে। যশোদা মাতানা রোহিণীদা হায়রকই," রামজননী! রাধিকাসে মতাশিঙ্গা লোয়ননা পীজরো।" অসি হায়রমলগা শ্রীকৃষ্ণগী লুক হাকমদা রত্নক পত্রকনচিংবা পীজরুনবা লেঙখ্রে। ধনিষ্ঠানা আসন থাথ্থনা মনম সুংশিবা জল হাপলবা সনাগী ঝারি পুখম তেঙ্গোৎ মথং মনাও নাইনা সাজ্জাইথ্থনা থনলে। রোহিণী মাতানা মিষ্টান্ন, পাকান্ন, অন্ন-ব্যঞ্জনচিংবা য়েন্নে। শ্রীমতীগী য়েত্তা ললিতা, ওয়দা বিশাখা, অনঙ্গ মঞ্জরী, মাঙদা রঙ্গদেবী, ইন্দুরেখা, থাদা তুঙ্গবিদ্যা, চিত্রা, অরাংদা চম্পকলতা, সুদেবী অসুমনা পরেং ফমথ্থনা ইবেম্মনা ইকাইথ্থনা ফীজীনা মায়থোং খুমথ্থনা লুকৈ। মতম অথুদা যশোদা মাতানা শুভে, শন্দে ভরণী, পীবরীবু থোদাথ্থনা দাসশিংবু পীজরমলগা রাধিকাগী নাক্তা লাকই। বাৎসল্য প্রেমগা লোয়ননা হায়রকই' "রাধে ঐগী যুমসে নংগী পাবুংগী যুম্মকনি থল্লু। নমাইবেম্মা কীত্তিদাগা ঐগসে অমত্তুনি, ঐননে ঐগী ইচা কৃষ্ণবুদি নংবুনা হেন্না সুংশিরিবনিদো। নং অসে বৃষভানু নন্দিনী নত্তে — নন্দ বাবাগী নন্দিনীনি (রত্নাকর নন্দিনী মণি মতুমনি)।" রোহিণী মাতানা হায়রকই, "হে কৃষ্ণজননী! কৃষ্ণনা ইন্দ্রনীলমণি পরেংনিদো, রাধানা সনাপরেংনিদো—ঐখোইগী পুরলক্ষ্মীসে নীক পরেং জোরাসিমা

লৈত্তেংহনা কয়া কজরিবা !" মাহ্ তাবদা সখীশিংগা লোয়ননা ইবেম্মনা হয়াওজে। মতমসিদা ধনিষ্ঠানা চাক য়েঙ্গাং হাপ্পা শাহনা শ্রীকৃষ্ণগী শেষামৃত মিষ্টান্ন, পাকান্ননচিংবা হাপলৈ। ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা হয়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত সেবন তৌই। ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত নত্তনা করি অমত্তা হাদে। মাতানা মঞ্জরীবু চাক য়েঙ্গাং হাপওল্লি। মুর্পা ওইবীগী স্বভাবনা থুবীগা থুদোনবীগনা চপ্তুনা থজিক থজিক্তা মহুকই, সখীশিংগী চাকলুক্তা থুবাম থুবাম লৌহনা হাপত্তোকখি। অসুমনা চাক য়েঙ্গাং মথেল কয়া মমৈদা হৈ, অশুমনা হাবা লাইরগা আচমন তৌহনা শয়ন মন্দিরদা শখীশিংনা কোয়শিন্দুনা রত্ন পালঙ্কদা লেংশিল্লে। শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীনা তাম্বূল সেবা চঙই, শ্রীগুরু-দেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা সাধকদাসীনা চামর থোগল তৌজে। মতম অহুদা মাতানা শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীবু চাররো হায়না কৌররে, রোহিণীদা চাক য়েঙ্গাং য়েনবিনবা য়াথং তৌরে। মুভে, সন্দেবুনা দাসশিংবু য়েনবিহনা পীজনবা য়াথং পীরে। দাসশিংবুনা শ্রীকৃষ্ণগী সখাশিংগী চাকলুক্তা, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীবু অতৈ পাত্রদ শ্রীগুরুরূপমঞ্জরীনচিংবীবু মথং মথং ফমহল্লে। ধনিষ্ঠানা মথল মথা অয়াম্বা অহাউ অথুম য়েল্লি। চাবা লোইরগা আচমন তৌরহনা ইবেম্মগী নাক্তা লাকলে। সাধকদাসীনা পাত্র পুমনমক লৌথোক্তুনা শেষাধরামৃতহ্ বারাওদা থমলগা রাই তৈথোকলে, কোল্লিক ফেঙদোক্তুনা ভাণ্ডারদা থমলুরে। অহুগী তুংদা অধরামৃত ফংজরে। মাতানা হুংশিনা অরাং-অপা হাপ্পিহনা হুঙাইনা চাবা লোইরগা আচমন তৌরে। তৈথোক চামথোকপা লোইরগা শ্রীগুরুদেবীগী ওয়দা লাক্তুনা ফমজে। ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহনা প্রসাদি তাম্বুল মঞ্জরীশিংগী মকমদা দাসী-শিংনা লানশিল্লি। শ্রীরাধিকা চেপপ্রে। দাসীশিং, মঞ্জরীশিংসু

মাগী মাগী জাগাদা চঙহনা ভূমথ্রে। শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত কংজহনা সাধকদাসীনা ইবেম্মগী চরণ সেবা তৌজৈ।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা অর্দ্ধবাহ্য ওইহনা লুক হারি। নিংথিনা হাদবহ্ উবদা মাতানা ভাকপিরকই, "হে গৌরচন্দ্র! করি তৌরে। চানিংদনা উববু করি তৌরবগে? মহ্ ভাবদা প্রভুনা ভাবশান্ত ওইখি। ভক্তশিংস্ন লোইনা জ্ঞান তারে। মাতানা লুনা চান্না তৌহনা প্রভুনা মথল মথা অয়াম্বা মিষ্টান্ন, পাকান্ন, য়েঙ্গাং মথেল কয়া— শারহনা চাবা, লেক্তুনা চাবা, চুপ্তুনা চাবা, থক্তুনা চাবা য়াবা অমৃতবু হেন্না হাউরবা কয়া হারে। মাঙ্গোন্দা দাসশিংনা মনম স্নুংশিবা ঈশিং খোগল তৌহনা সনাগী পাত্রদা মুখ প্রক্ষালন তৌরে। গন্ধচূর্ণনা খুৎকী থাউরেক নপথোকলে। অহুগী তুংদা প্রভু অহন্মক শয়নমন্দিরদা লেঙশিল্লে। শ্রীগোস্বামিপাদ অমস্নুং দাসশিংনা তাম্বুল সেবা চঙই। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত কংজহনা শ্রীচরণ সেবা তৌজৈ। শ্রীচরণগী চিহ্নশিং দর্শন কংজবদা আনন্দদা তাউজৈ। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু অনিনা মিজ নিজ শয়নমন্দিরদা, মথা থংবদা শ্রীনিত্যানন্দ, অরাংদা শ্রীঅদ্বৈত লেঙশিন্দুনা চেপথ্রে। দাসশিংনা মাগী মাগী মবুঙোগী সেবা তৌজৈ। ভক্তশিংস্নু মাগী মাগী মবুঙোগী মাঙ্গোন্দা পোথানৈ। শ্রীমহাপ্রভুস্নু চেপথ্রে। ভক্তশিংগা লোয়নন৷ প্রভু অনিদি করিগুম্বা স্নুনিত্তা নিজগৃহদা লেঙই—করিগুম্বদনা কহাপ্রভুগী মন্দিরগী নাক য়েন্তা চেপ্পি, ভক্তশিংনা অহাঙবা কাদা ভূমই। অহুগী তুংদা শচীমাতাগী য়াথং ফংহনা গোস্বামীপাদ অমস্নুং গুরুবর্গ পুমনমকনা শ্রীমহাপ্রভুগী পাত্রদগী অধরামৃত লোনহনা মাঙ্গোন্দা কমই। মাতানা চাক য়েঙ্গাং হাপ্তুনা স্নুঙাইনা হারগা আচমন তৌহনা প্রভুগী শয়নমন্দিরগী মাঙ্গোন্দা লাকই। কমানা শ্রীহরিনাম জপ তৌই,

কনানা পাঠ তৌই। শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজহনা সাধকদাসনা পাত্র পূমনমক্তগী শেষ অধরামৃত লৌহনা মাপী কাদা থম্মুরগা রাই তৈথোকই, কোল্লিক কেঙদোক্তুনা ভাণ্ডারদা থম্মি। মহু উবদা শচীমাতানা চাক চাথোকলো হায়রবদা "ননাই ঐ থবক খিত্তং রাংলি, কোল্লা ফংজগে" হায়না খুমজে। মাতানা পেল্লহনা সাধকদাসকীদমক পুখম থল্লা চাক-য়েঙ্গাং হাপ্তুনা থম্বিরে। অহুদগী সাধক দাসনা শ্রীগুরুদেবগী নাক্তা চত্তুনা ওয়দা কম্মুরে। মতম অহুদা শ্রীমহাপ্রভুনা ছয়ঋতু বনগী লৈগী লৈনম কংবদগী ঙংলকপ, খোইমূগী খোঞ্জেল তাবদা হুঙ্কার তৌরকই। শ্রীগুরু-দেবগী য়াথং ফংজহনা সাধকদাসনা মহাপ্রভুগী চরণ সেবা চঙজে। প্রভুনা লেঙথৎলগা মায় মীৎ ভাথোক্তুনা চীন তেংথোক্তুনা শয়ন মন্দিরদগী লেঙথোক্তুনা যোগপীঠ মন্দিরগী মনাক্তা লৈকোল অমা লৈবহুগী কল্পবৃক্ষ মথোঙদা বেদী অমা লৈবহুদা লেঙশিন্দুনা ফমই। করিগুম্বা হুমিত্তা মাঙোন্দা রত্ন বেদীগী আসন্দা লেঙশিল্লি। প্রভু অনিস্থু ভক্তবৃন্দস্থু প্রভুগী হুঙ্কারশব্দ তাবদগী লাকনহনা প্রভুগী নাক্তা কম্মরে। সাধকদাসনা মনম হুংশিবা জল সনাগী ঝারিদা পুরক্তুনা চীন তেংনরে। কনানা তাম্বুল সেবা চঙই, মতম অসিদা মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ, রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং থঙহনা ব্রজদা নন্দীশ্বরগী নোংচুপ্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ছয়ঋতুবন দর্শন তৌহনা নিকুঞ্জ মিলন ওইবগী পদগান তৌই। মহু তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা প্রেম তৌহনা মীৎকী পিনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা নাতোন মকা লামনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংস্থু সিদ্ধদেহদা মন থমহনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ লুক হাবা লোইরহনা নিজ নিজ শয্যাদা চেপলি। পুরগী নোংচুপ্তা সনাগী চোকপাল রাংমদা ছয়ঋতুনা

থৌগনবা লৈকোল অমা লৈ—শ্রীবীরাদেবীনা ইবুঙো ইবেম্মগী ক্রীড়াগী মতিক চানা শেমগ্রবনি। নোংচুপকী থোঙজাওদগী মণি মখল নিপান্না— অঙৌবা, অঙাংবা, নাপু, অশংবা, প্রবাল, হীরা, মরকতমণি অমসুং ইন্দ্রনীলমণিন থাক থাক নাইবগুমনা নিংথিজে। ঋতু তরুকনা থৌগল্লি। মখল মখা অয়াম্বা উ— হৈনৌ, থৈবোং, যুবী, কা, খর্জ্জুর, কদম্ব, কেশর, পারিজাৎনা পরেং পরেং হৌরি। মখল মখাগী উরীনা য়েৎলি— মাধবী মালতী, যাতি, স্বর্ণযূথি, নবমল্লিকা— শিবিক অসিনা শাৎকায়ন্থনা মনম সুংশিবহ্ন ঋংবদা থোইমুনা ঙংলি—কোকিলনা সুংশিনা থোংলি। উশিংহুগী নাকয়েত্তা লম্বী মপান্দা রত্নগী বেদী শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অমসুং সখীশিংনা পোথানব। ময়ায়দা মখল মখা অয়াম্বা মণিনা য়েক-থোৎপ থাক, সিড়িনা কোয়শিনবা কুণ্ড; লুরবা জল— মাহুদা থম্বাল মখল মরি শাৎলি। কাংঙা মখল মরিনা শান্নরি। মায়কৈ মরিদা ঘাট মরি — ঘাটকী মথক্তা মণ্ডপ; কুরা মচা ২।২ – নিপাল। মায়কৈ মরিদা মণিনা হৎলবা বেদী, কোণা মরিদা কুঞ্জ মরিনা ঙান্থোইরি। সরোবর অহুগী নোংচুপকী নিকুঞ্জমন্দিরহ্ন শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাসগীদমক লৈতনা শেম্বনি। মায়কৈ মরিদা উ মখল মরি — মন্দার, হরিচন্দন, পারিজাত, সন্তান। মহৈ মহৈ মশা মরোংনা উপগহুন; মাগুপকুম শেমলি। মহুদা য়েৎলিবা মাধবী, মালতী, যাতি, স্বর্ণযূথি, নবমল্লিকানা ছত্রগী মওং লৌহুনা লৈগী থাকল মপোল, লৈগী ঝালর—লৈ ময়ামহুগী মনমহুদা মায়কৈ মরিদা থোইমুনা ঙংলি। মহুদা মখল মখাগী মণিনা য়েকথোৎলবা লৈমায়, লৈনা শেমলবা মণিনা শাবা মানবা থোঙজাউ মরি। মহুগী মসুংদা লৈগী শয্যা, লৈগী মোম্পাক, লৈগী মোম্দুম-মোম্তেক, অকোয়বদা তাম্বুলগী পাত্র, কাঙহাই, চামর, সনাগী ঝারি, কাওপেল অসিনচিংবা।

হায়রিবা মিকুঞ্জবনসিগী নৈনম কংবদা খোইমুনা ঙংবা অমদি কোকিলনা খোংবা তাবদা শ্রীরাধিকা মীকপ খোকলদুনা লেঙ-খৎলে; সখীশিংনা লোয়নননা কনা উহন্দনা মনীংখোঙলোমদা লেঙখোকখিদুনা বনগী নিংথিবা য়েংই। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনু খোইমুনা ঙংবা তাবদা মীকপ খোকই অমসুং লিরিবা নামিবনা পুরকপা নৈনব কংবদা লেঙখত্তুনা মনীংখোঙলোমদা কনা উহন্দনা লেঙখোরকই। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ কংবদা খোইমুশিংনা ঝঙ্কার তোই, য়াহোং লাবা-অমোমন শ্রীঅঙ্গকান্তি উবদা নৌনা হোরকপা নোং ওইরবোই নীংদুনা কেকা কেকা খোংলকই, শ্রীরূপ মাধুরী দর্শন তৌরগা মমৈ কন্দোক্তুনা জগোই শারকই। চরণগী নূপুর মখোল তাবদা ইবেম্মনা ইবুঙো লেঙখোরকলে খঙলদুনা কুঞ্জদা লেংশিনখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংগী নাক য়োরগা শ্রীমতী উত্রবদা "নবেম্মদি" হায়না হংলকই। সখীশিংনা খুমই, "ঐখোই খঙজদে, ইবেম্মদি ঙসিবনি লাক্তে।" কৃষ্ণনা, "রাইগী অঙ্গগন্ধ কংলিবসিদি?" সখীশিংনা, "ইবেম্মদি ঐখোইগা ঙহাক্তা থানদনা নৈমিন্নবদুদা ঐখোইগী ইশাদা ইবেম্মগী অঙ্গ-গন্ধ পকহোবা ওইরিনি।" শ্রীকৃষ্ণনা, "থা খোকলকলগবু থাবন্না কদাইদা চৎখিগদগে?" মদু তাবদা বীরাদেবীনা ইঙ্গিত তৌবা রাহৈনা হায়রকই, "ইবুঙো থাদি খোবক্তেযে, ভানু (নুমিৎ) নে খোরকই-বদি।" শ্রীকৃষ্ণনা ভাব তারকলদুনা কুঞ্জদা লেঙশিনখি। ইবুঙো ইবেম্মা অনি দরশন ওইনরে। অনিগী লীলা লোইরবদা শ্রীঅঙ্গগী সুংশিরবা গন্ধ কংবদা খোইমুনা ঙংলকপা তারদুনা মতমগী সেবা খঙবী সখীনা মতম ওইরে খঙলদুনা খোগল চঙই। সখীশিংনা কুঞ্জগী ককলাং অহোবদা অনিমক্কী শ্রীঅঙ্গগী মাধুরী দর্শন তৌজে, —ঙমখৈ নৈতবা আনন্দদা তাউজে॥

অগোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা

মাঙ্গোম্দা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। লৈগী লৈনম কংবদা খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মহু তাবদা ভক্তশিংনু জ্ঞান তারকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লি। মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। প্রভুনা পাম্বোম তিংথোক্তুনা ময়াম্বকপু আলিঙ্গন পীনবিরে— ভক্তশিংনা শ্রীচরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি অহুগী ভুংদা কল্পবৃক্ষগী (মশা, মনা, মপাল মহৈনচিংবহু মণি মথল নিপান্না ওইবা বৃক্ষনি) মখাদা মণিমন্দিরগী মফুংদা থেঙ্গুমনম শাবা লৈমায়দা থারিবা রত্নসিংহাসন্দা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু লেঙশিল্লে। শ্রীগৌরাঙ্গনা পুকনিং হুঙাইরবা হরাওরবা ময়ামনা কোয়শিন্দুনা (অর্থ অমদা য়েংবদা হুঙাইবা পোকপা পরিবৃত্তগী ময়ায়দা) রত্নগী ঘটকুমনা ঙাম্বোইরি। হীরা-রত্ননা ঙাল্লবা মন্দিরনি। মুক্তাগী মরীন য়াম্থরিবা, সনানা মথক কুপ্পা, নীংথিনা শেমশারবা অশেংবা ভক্তিরত্ন পোকহনবা থোঙজাওদা মণিমথল নিপান্না য়ৈহনা শাবা থোঙপাক, থাকন্না থম্বাল মওংদা ময়ায়দা নীংথিজরি। মুক্তানা ঝালর ওইহন মায়কৈ মরিদা নীংথিজরি। পদ্মরাগনা য়ৈবা লৈনায়নি। মহুগী ময়ায়দা মণিনা য়েক-খোংলবা সনাগী সিংহাসন গৌরমন্ত্রগী ময়েকনা য়েকলবা চিথেক নিপান্না কোয়শিনবা লৈয়োন থমচেত্তা থেঙ্গুমনম মানবা শ্রীমহিষ্ট শ্রীযোগী-মহোৎসব ওইরবা থম্বাল মওং মানবা পীঠদা হুঙাইবা খিবিকৗ হৌরকক্ষম ওইরবা, হুমিৎকোটিগী মশেক মঙালগা মান্নরবা সিংহাসন্নি—থা কোটি থোকপগী মঙালনা মীৎ ঈংনবগী মশকনি, নাক অনি?া পদ্মরাগমণিনা য়েকখোংলবা হীরাগী য়ুম্বীদ য়াম্থরিবা য়েকখোংলবা মণিমুক্তানা লংলবা অঙৌবা মুগাগী য়ুথল, ভুংদা ঙা-নবা মোন্দুম মোত্তেক—ধন্যগী মশক ওইবা পাক হেক কংবা য়াদবা চিথেক নিপান্দা অষ্টাক্ষর মন্ত্রগী ময়েকনা ইলং লংনা ঙাল্লিবা—ভক্তিদা সিদ্ধ কংসুবা নত্তবনা উবা ফংদ্রবা—অসিঙমলবা

সিংহাসন্দা লেঙশিন্নবা শ্রীগৌরকৃষ্ণবু ধ্যান তৌজগদবা ওই। মেত্তা শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্র, ওয়দা গদাধর, থিত্তং নেমথনা মাঙদা কর্ণিকাদা শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র, নাকন্দা ছত্র থোগন তৌহ্না শ্রীবাস, মায়কৈ মরিদা মহা আনন্দ ওইরবা ভক্তশিং, ওয়রোমদা শ্রীগোস্বামীপাদ, অদুগী অমুক ওয়দা গুরুবর্গ অদুগী অমুক ওয়দা ইশামক লৈ হায়না রাখল তৌজহনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজরগা পূজা তৌগনি ॥

ইহান হানবদা শ্রীমহাপ্রভুদা চন্দন থোগল চঙজরগা শ্রীচরন্দা তুলসী, ভকশমদা লৈ পরেং, অধরদা তাম্বুল থোগল তৌগনি। মতৌ অস্নুমনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী পূজা কৎকনি। অদুগী তুংদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী পূজা কৎলগা শ্রীমহাপ্রভুগী শেষ প্রসাদি চন্দন, মালা, তাম্বুলনা শ্রীগদাধর অমস্থুং শ্রীবাসগী পূজা কৎকনি। মথংদা বড়হরিদাস ঠাকুর, মথংদা দ্বাদশ গোপাল, মথংদা অষ্টমহন্তনচিংবা পূজা কৎলগা মথংদা গোস্বামীপাদ, অদুগী তুংদা শ্রীগুরুবর্গগী পূজা কৎপনা শ্রীগুরুদেবদা লোইশিন্দুনা আরতি কৎলগা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌগনি। শ্রীগুরুদেবনা পেনবিরহনা প্রসাদি মালা ছুকপিরগা সেবা তৌজনবা য়াথং পীনবিরহনা শ্রীতিন-প্রভুগী রূপমাধুরী দর্শন তৌজহনা ঋতুগী মতিক চাবা য়েংহনা চামরনচিংবা থোগল তৌজে। অদুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবগী য়াথং ফংজহনা শ্রীবৃন্দাবন্দা রাথন্দা সিদ্ধদেহদা মন হাপ্তুনা শ্রীগুরুরূপা সখীগী তুংইঞ্জহনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পূজা কৎচগনি॥

অসোমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ক্রীড়া লোইরকপগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌহনা ময়াম পূমনমক আনন্দদা তাউরি। মতম অসিদা সেবা থঙবী সখীনা মতম চারে থঙহনা চঙখ্রে। সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা মনম হুংশিবা জল য়াওবা ঝারি, চিন্দেশেল, গামছানচিংবা থোগল তৌজে। ইবুঙো ইবেম্মা

অনিগী শ্রীমুখ শেংদোক্নুনা তৈথোকলগা ক্রীড়ানা ময়ম ওইহনা কোমলম্বা আভরন বেশভূষণ অমুক নিংথিনা শেমজিন্দুনা কস্তুরী কুঙ্কুম চতুঃসমনচিংব। অমসুং তাম্বূল সেবা তৌরে। সাধকদাসীনা শকয়েং মিংশেল থোগল চঙই, মঞ্জরীশিংনা ফিজেৎ লৈতেং থোগল চঙই। অহুগী তুংদা মপান্দা লেঙথোরক্নুনা কুণ্ডগী মপান্দা লৈবা বীরা দেবীনা শেমজবা কল্পবৃক্ষগী মৃলদা লৈবা রত্নমন্দিরদা যোগপীঠদা লেঙলংলি। যোগপীঠগী সিংহাসন্দু মনা নিপান পানবা থম্বানগী মঙংনি, নোংশা মরিনা পুরিবনি— সিংহাসন্দু পুহনা পাইথিগদোবগুম তোই। মন্নুনা তোবগুমনা থুহং কাহনা লৈরিবনি। মহুগী থমচেৎ ( কর্ণিকা ) গী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতত্রিভঙ্গ ওইনা লেপলগা ওয়দা শ্রীরাধিকানা ললিতত্রিভঙ্গ ওইনা ঙাম্বোইরি। থম্বাল মনা নিপান্দা ললিতান-চিংবী সখী নিপাল।

অহানবদা ইবুঙো মথংদা ইবেম্মবু ধ্যান তৌগনি। মনা কাঁগে থোনবা ঘনশ্যাম, নিংথিজরবা দ্বিভূজ মূর্ত্তিনি। ওকশমদা বনমালা, মহুদা ঙংলি থোইমুনা। কোকথক্তা রাহোং মতুনা ঙাম্বোইরি। শরদকী থা কোটিবু ঙমজবা মায়থোং। চেপনা য়েংবা শ্রীনয়ন্না থম্বানবু ঙমজবনি। লৈরিকা লোয়নবা থম্বাল লৈয়োন্না নাপদা লৈতেংলিবা। চন্দন মরিক মরিক্তী মরক্তা কুঙ্কুম মরিকনা লৈতেংলি। লাইবক্তা থিল্লিবা চন্দন্না অয়েংবা মীগী মুঙাইবা পোকহল্লি। কুণ্ডলনা নৌনা থোগল তৌরি। চাইরুংদা হমাং মরিকনা ইলং লংই। চাম্রবীগী মায়থোংলোমদা মীৎচিনা লৈনা য়েংবা মীৎয়েং। পীশূম অনিনা কামগী লীরুংবু ঙমজরি। ফুমলবা নাসাগ্রদা মুক্তানা লংলি। কুন্দ অপোম্ববু ঙমজবা য়াত্তোন্না ইলং লং—নিংথিজরবা চীম্বান্না অমুনবা ডয়ানবু ঙমজৈ। খূজী, খুদোপ অমসুং পাম্বোম কাবীনা শ্রীহস্ত অনিদা

লৈত্তেংই, চীঙ্‌বান্দা মুরলী, থবাক্তা মথল মথাগী রত্নপরেং—খাইগী মথক্তা রত্নরাজ কৌস্তুভমণিনা ঙাস্থোইরি। খাঙদা কাক্কিদাম — চরন্দা নূপুরনা লৈত্তেংলি। রতিকেলিরসগা লোয়নবা ত্তথকপা মীৎয়েং। মোমোন নোকপা মায়থোংনা প্রিয়াবুস্ন নোকহল্লি। ত্রিভঙ্গ সুন্দর মূর্ত্তিনা মরোল অহুস্ন্ ঙমহংলি।

ইবুঙোগী ওয়দা লৈরিবী শ্রীরাধিকাবুস্ন উগনি। মহাভাবকী স্বরূপ ওইবী গুণ খিবিকনা লৈত্তেংবীনি। মহুৎ কুপলবা অশংবা মুগাগী শাড়ী—কুচুনা ফুদোংলবা সনা। ইন্নফিনা হাইকেৎ থুবা মায়থোংনা থম্বালবু ঙমজবী। মবুঙোগী মায়থোংদা য়েংজরিবী নিংথিজরবী নোংইনগী মীৎস্ন। মবুঙোগী মায়থোং থম্বালদা তাম্বূল লাঙরিবী। মুক্তাপরেংনা মরাংকায়রবা পয়োধরগী মথক্তা কজরি। নিংখিনা চেংলবা খাঙদা কিঙ্কিনী। রত্নগী খুজী, খুদোপ, পাস্বোমফাবী। সনাগী নূপুর-মখোন্না কাংঙবু ঙম্নংলি। খোঙগী খোংজাদা খোঙদোপ। থোংপ-নোবগী তূংনফম ওইরবা শ্রীঅঞ্জনা পুকনিং হুনবগী মশক ওইরিবী। নোংবা হকচাং কায়াৎ খুদিংদা আনন্দগী রস কোংদোকই। কলাদা হৈশিংবী মায়থোং মকালামলবী মথোৎ কায়কলিবী। মত্তৌ অম্নমনা কল্পবৃক্ষগী মূলদা রত্নসিংহাসন্দা ঙাস্থোইরিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ধ্যান তৌজগনি। মথংদা চহি মতাংদা, রাগ্না, গুন্দা, হৈশিংবদা ইবেম্মমক্তা মান্নরবী, অনিগী কাঙহাই চামর থোগল তৌরিবী, থম্বালমনা নিপান্দা ললিতানচিংবী সখী নিপাল। ইবুঙো-ইবেম্মনা নুঙাইরগা হরাওজবী সেবাদা পেঙ্গবী। খাইগী মথাদা সেবাদা পুকনিং চঙলবী বৃন্দাগা লোয়ননা ময়াম্মকপু ধ্যান তৌগনি।

( ১ ) অরাংথংবা লৈনাদা শ্রীললিতা—গোরচন ( নাপু ) গী কুচু। রাহোং মতুমানবা ফিজ্রেৎ। অঙ্গদা মথল মথা অরাঙ্বা মণিগী অলঙ্কার। তাম্বূল অমস্নং চন্দনা সেবা ওইজবী। শ্রীরাধিকাদগী

হুমিৎ কুনতরেৎনি হনবী। বামপ্রখরা স্বভাব ওইবী। (২) চীংখৈদা বিশাখা—নোংখাংগী কুচু, থরান্নচাকপরেং মানবা ফিজেৎ, শ্রীরাধিকা-মক্সা গুণ মান্নবী, হৈশিংবী, লৈতেং মান্নবী, বামামধ্যা ওইবী, মনম হুংশিবা চন্দন্না সেবা ওইবী। (৩) নোংপোক থংবা লৈনাদা চিত্রা—কুঙ্কুমগুমনা ভোবী, লিকলাই মচু মানবা ফিজেৎ, রত্নগী লৈতেংনা লৈতেংবী, ইবেম্মদগী হুমিৎ কুম্নি হম্বী, রেশমগী ইন্নফী সেবা ওইবী। (৪) মৈরমদা ইন্দুরেখা—হরিতাল (লাপু) মচুগী কুচু, ককোই মপান মচুগী ফিজেৎ, মখল মখা অয়াম্বা লৈতেংনা লৈতেংবা শ্রীরাধিকাদগী হুমিৎ হুমনি হম্বী জগোইনা সেবা ওইবী। (৫) খা থংবা লৈনাদা চম্পকলতা—শন্দাং মচুগী ফিজেৎ, ফুগাইনা শাংলবা লৈহাউগী কুচু, মখল মখা অয়াম্বা রত্ন শিরিবী, ইবেম্মদগী নোংমা হম্বী, বামামধ্যা, চামর থোগন্না সেবা ওইবী। (৬) মোইরাংলাইজীদা শ্রীরঙ্গদেবী—থন্বাল লৈরিক্কী কুচু, জবাকুসুম মচুগী ফিজেৎ, উৎকণ্ঠানা ভাব ওইবী, বামামধ্যা ওইবী মণিনা লৈতেংবী, চন্দনা সেবা ওইবা ইবেম্মদগী হুমিৎ তরেৎনি হম্বী। (৭) নোংচুপকী লৈনাদা শ্রীতুঙ্গবিদ্যা—কুঙ্কুমচন্দন অমদি থাজবু ভুমজবা কুচু, অভোবগা নাপুগা য়ান্নবা (পাণ্ডু) মচুগী ফিজেৎ, মখল মখা অয়াম্বা রত্ননা লৈতেংবী বিপ্রলব্ধা, জগোই, ঈশৈ অমসুং পুংনা সেবা ওইবা, শ্রীরাধিকাদগী হুমিৎ মঙানি হনবী। (৮) কোত্রুদা সুদেবী—রঙ্গদেবীগা ফাইবোক চহিমতাং, রূপ, ফিজেৎ রঙ্গদেবীগা চপ মান্নবা, বামপ্রখরা স্বভাব ওইবী, জলসেবানা সেবা ওইবী॥

মথক্কী লৈনাদা শ্রীঅনঙ্গমঞ্জরীনচিংবী মঞ্জরী নিপাল—অরাংদগী মথং মথং শ্রীঅনঙ্গ, মধুমতী, বিমলা, শ্যামলা, পালিকা, মঙ্গলা, ধন্যা অমসুং তারকা। লৈয়োন মনাক্তা সেবাগীদমক খোৱাংলবী প্রিয়নর্ম্মসখী নিপাল—(১) অরাংদা শ্রীরূপমঞ্জরী—রাহোংমতুগী

মচুগী ফিজেৎনা লৈতেংবী, তাম্বূলনা সেবা ওইবী, বামামধ্যা ওইবী চহি তরাহুমদোই। (২) চীংথৈদা মঞ্জুলালী মঞ্জরী—নাওইদোং মপাল মচুগী ফিজেৎ, ফুদোংলবা সনাগী কুচু ওইবী, সনা অমদি ইন্দ্রনীলমণিনা লৈতেংবী, বস্ত্রনা সেবা ওইবী, চহি তরাহুমদোই থা তরুক হুমিৎ তরেৎনি, বামামধ্যা সভাব ওইবী। (৩) নোংপোক্তা রসমঞ্জরী—শাংকায়রবা লৈহাউগী কুচু, কাংড মশাগী মচু মানবা ফিজেৎ, য়েকখোৎপনা সেবা ওইবী, মথল মথাগী ভাবনা লৈতেংবী, অশেংবা সনাগী লৈতেং শিবী, চহি তরাহুমদোই, মতম পুম্বদা কৈশোর বয়স ওইবী—বিলাসগী মশক্তা ওইবী। (৪) মৈরমদা শ্রীরতিমঞ্জরী—নোংগী মচুগা অড়াংবগা নাপুগনা লাংবা ফিজেৎ, অশেংবা হরিতাল (নাপু) কুচু, অঙ্গকান্তিনা নোংথাংগুম্বী, শ্রীচরণসম্বাহন সেবা, সনাগী লৈতেংনা লৈতেংবী, চহি তরাহুমদোই থা অনি। (৫) থাদা শ্রীগুণমঞ্জরী—জবাকুসুম মচুগী ইন্নফী, দক্ষিণাপ্রখরা, ঈশিংনা সেবা ওইবী, সনানা লৈতেংবী, চহি তরাহুমদোই, থা অমা, হুমিৎ কুনগা তরেৎনি। (৬) মোইরাং লায়ঞ্জাদা বিলাস মঞ্জরী—রাগপোকপা কাজল সেবা, বামামৃদ্বিভাব ওইবী, সনাগী কেতকী কুচু, খোইমু মচুগী ফিজেৎ, মণিগী লৈতেং শিবী, চহি তরাহুমদোইগা হুমিৎ কুন্তরুকনি শুবীনি। (৭) নোং-চুপ্তা লবঙ্গমঞ্জরী—সনাগী কুচু, থরাম্নিচাকপরেং মানবা ফিজেৎ, জক্ষিণামৃদ্বিভাব ওইবী, লবঙ্গমালানা সেবা ওইবী, রত্নগী লৈতেং শিবী চহি তরাহুমদোই থা তরুক। (৮) কৌক্রুদা কস্তুরীমঞ্জরী—অশেংবা সনাগী কুচু, লিবলাই মচুগী ফিজেৎ, মণিগী লৈতেং শিবী, চন্দনা সেবা ওইবী, চহি তরাহুমদোই, বামমৃদ্বিকাভাব ওইবী।

অসুমনা মথং মনাও নাইনা ধ্যান তৌহনা, থাইগী তুংইনবী ওইজহনা শ্রীগুরুসখীগী য়াথং ফংজহনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা

তৌজগনি। অতুদগী মানসিকনা শ্রীকৃষ্ণগী পূজা কচ্চগনি। অতুদগী মন্ত্র শোন্দুনা পাদ্য-গন্ধপুষ্প, ধূপ-দীপ. মথল মথা অয়াম্বা উত্তম নৈবেদ্য, আচমন, তাম্বূলনচিংবা কৎকনি। অতুগী তুংদা পাদ্যনচিংবা কত্তুনা শ্রীরাধিকাগী পূজা তৌগনি। অতুগী তুংদা সখীমঞ্জরী খুদিংদা প্রসাদিনা পূজা কৎলগা মমৈদা আরতি কৎকনি। মতৌ অসুমনা মসুংগী পূজা লোইরগা, অতুগী তুংদা বাহ্য পূজা কৎকনি।

সাধকনা শ্রীগুরুদেবগী মন্ত্র, গায়ত্রী জপ তৌগনি। অতুগী তুংদা শ্রীমহাপ্রভুগী মন্ত্র, গায়ত্রী; মথংদা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী, অতুদগী শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী; মথংদা শ্রীগদাধর অমসুং শ্রীবাসগী জপ তৌগনি। অতুদগী শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্র ১০৮ লক অমসুং কামগায়ত্রী ১০ রক জপ তৌগনি শ্রীরাধিকাগী মন্ত্র ১০৮ লক গায়ত্রী ১০ রক পুকনিং নৈতানা জপ তৌগনি।

মতৌ অসুমনা প্রাতদা শ্রীনন্দালয়দা নত্তগা শ্রীরাধাকুণ্ডগী ছয়ঋতু বন্দা বংশীহরণগী মিলনগী তুংদা ইবেম্মগী অঙ্গবর্ণন লোইরকপদা যোগপীঠ ওইগনি। নত্তগা বনভ্রমন, জলকেলি, বেশ, ভোজন অমসুং শয়ন লোইরগা শ্রীললিতানন্দদা কুঞ্জদা যোগপীঠ ওইগনি। প্রাতদা অমসুং মধ্যাহ্নদ মফম অহুমসিদা যোগপীঠ ওই। শ্রীরাধাকৃষ্ণবু গোপাশিংনা কোয়শিন্দুনা থোগল তৌবত্থবু যোগপীঠ কৌই।

শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখী মঞ্জরী খিবিকনা থোগল তৌত্থনা অমদগী অমদা লেঙত্থনা শাস্ত্রবিরিবত্থ স্রোতবৎ হায়বদি ঈচেম্নাইবা লীলাময়ী কৌই। ইবুঙো-ইবেম্মনা সখী মঞ্জরীনা কোয়শিল্লগা লেঙদনা বিরাজমান ওইবত্থবু হ্রদবৎ হায়বদি পাৎকী ঈশিংগুমনা লেঙদবা মন্ত্রময়ী কৌই।

( শ্রীকবিরাজ গোস্বামীগী মতুদি শ্রীরাধাকুণ্ডগী বসন্ত ঋতুবন

—মথংদা গ্রীষ্মঋতুবন—অতুদগী বর্ষাঋতুবনগী নিংথিজবা দর্শন তৌরগা শ্রীবৃন্দাদেবীনা মাঙ থাহনা ইবুঙো ইবেম্মা অমদি সখীমঞ্জরী খিবিক শ্রীবৃন্দাবনগী শরদ ঋতুবন্দা লেঙই। শরদ ঋতুগী নিংথিজবদি—লুরবা ঈশিংদা থম্বাল অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা, থরো, থারিকথা-নচিংবা শাংকাইরি। মালতী, যাতি, সেফালিকানা শাংকায়-রিবা অমদি অমুনবা গুঞ্জাফলনা কুংনা পানবদা ফজরিবা! লৈগী মনময়ুংশিবা ফংবদা খোইমুনা ওংলি, ভাম্বু—কাঙতনা খোংলি। নিংথিজবসি উবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ, সখী মঞ্জরীশিং অমদি শ্রীবৃন্দাগী মুঙাইবগী পাম্নম লৈথিদ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা রত্নবেদীগী মথক্তা লৈবা রত্নসিংহাসন্দা ললিতত্রিভঙ্গ ওইহনা প্রিয়া মুখ য়েংহনা লেপলগা বংশী খোংই। ইবেম্মনা ইবুঙোগী ওয়দা ললিতত্রিভঙ্গ ওইনা লেপ্তুনা ইবুঙোগী মায়থোং য়েংহনা পবিকা খোংই। অষ্টদলদা সখী লেপ্‌ই—অরাংদা ললিতা, চীংখৈদা বিশাখা অসিনচিংবা মথং মথং লেপ্তুনা জগোই শাই, ইশৈ শকই। মথক্তী লৈনাদা অনঙ্গমঞ্জরীনচিংবীনা যন্ত্র মখল কয়া খোংলি। কর্ণিকাগী মখোঙদা সেবা চঙজবী মঞ্জরীশিংনা কাঙহাই চামর থোগল তৌরি, মখল মখা অয়াম্বা যন্ত্র খোংহনা জগোই শারি, ইশৈ শকলি। শ্রীকৃষ্ণনা সিংহাসন্দা হেক লেঙখৎপদা শ্রীঅনন্তনা শ্রীচরণগী ভার পুরিবনি। অতৈ কনানা পুবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। মতৌ অমুমনা ইবুঙো ইবেম্মনা যুগোল ওইহনা বংশী অমসুং পবিকা খোংবা, লোয়নবীশিংনা যন্ত্র মখল মখল খোংবগী মখোল ভাবনা অমসুং শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌজবদা অচচ্চত্ত জীবশুংবা আনন্দদা লুপখ্রে।

---




১। স্বরূপদামোদরগী যূথ:— (১) আচার্য্য রত্ন; (২) রত্নগর্ভ ঠাকুর; (৩) চন্দ্রশেখর আচার্য্য; (৪) ভূগর্ভ ঠাকুর; (৫) রাঘব গোস্বামী; (৬) দামোদর পণ্ডিত; (৭) কৃষ্ণদাস ঠাকুর; (৮) কৃষ্ণানন্দ ঠাকুর। তাম্বুল সেবা॥

২। রায় রামানন্দগী যূথ:— (১) মাধবাচার্য্য; (২) নীলাম্বর ঠাকুর; (৩) রামচন্দ্রদত্ত; (৪) বাসুদেবদত্ত; (৫) নন্দন আচার্য্য; (৬) শঙ্কর ঠাকুর; (৭) সুদর্শন ঠাকুর; (৮) সুবুদ্ধি মিশ্র। বস্ত্রালঙ্কার সেবা॥

৩। গোবিন্দানন্দ ঠাকুরগী যূথ:— (১) শ্রীমান পণ্ডিত;

(২) জগন্নাথ দাস ; (৩) জগদীশ পণ্ডিত ; (৪) সদাশিব ঠাকুর ; (৫) রায় মুকুন্দ ; (৬) মুকুন্দানন্দ ; (৭) পুরন্দর আচার্য্য ; (৮) নারায়ণবাচস্পতি। চামর সেবা ॥

৪। বসু রামানন্দগী যূথ :— (১) পরমানন্দ ঠাকুর ; (২) বল্লভ ঠাকুর ; (৩) জগদীশ ঠাকুর ; (৪) বনমালী দাস ; (৫) শ্রীকরপণ্ডিত ; (৬) শ্রীনাথ মিশ্র ; (৭) লক্ষ্মণ আচার্য্য ; (৮) পুরুষোত্তম ঠাকুর। লবঙ্গমালা সেবা ॥

৫। সেনশিবানন্দগী যূথ :— (১) মকরধ্বজ দত্ত ; (২) রঘুনাথ দত্ত ; (৩) মধুপণ্ডিত ; (৪) বিষ্ণুদাস আচার্য্য ; (৫) পুরন্দরমিশ্র ; (৬) গোবিন্দ আচার্য্য ; (৭) পরমানন্দ গুপ্ত ; (৮) বলরাম দাস। অমৃত সেচন সেবা ॥

৬। গোবিন্দ ঘোষগী যূথ :— (১) কাশী মিশ্র ; (২) শিখি মাহাতি ; (৩) শ্রীরামপণ্ডিত ; (৪) বড়হরিদাস ; (৫) কবিচন্দ্র ঠাকুর ; (৬) হিরণ্যগর্ভ ঠাকুর ; (৭) জগন্নাথ সেন ; (৮) দ্বিজ পীতাম্বর। চন্দন সেবা ॥

৭। মাধবঘোষগী যূথ :— (১) মকরধ্বজ সেন ; (২) বিদ্যা বাচস্পতি ; (৩) গোবিন্দ ঠাকুর ; (৪) মহেশ ঠাকুর ; (৫) শ্রীকান্ত ঠাকুর ; (৬) মাধব পণ্ডিত ; (৭) প্রবোধানন্দ সরস্বতী ; (৮) বল্লভভট্ট ভট্টাচার্য্য। সৌযান্ত্রিক সেবা ॥

৮। বাসুদেব ঘোষগী যূথ :— (১) রাঘবপণ্ডিত ; (২) মুরারী চৈতন্যদাস ; (৩) মকরধ্বজ পণ্ডিত ; (৪) কংসারি সেন ; (৫) শ্রীজীব পণ্ডিত ; (৬) মুকুন্দ কবিরাজ ; (৭) ছোট হরিদাস ; (৮) কবিচন্দ্র গুপ্ত। জলসেবা ॥

---

# শ্রীযোগপীঠ




সখী ৮গী কুঞ্জগী মপান্দা :—

ললিতাগী অরাংদা (১) শ্রীরূপমঞ্জরী, (২) অনঙ্গমঞ্জরী।

বিশাখাগী চীংখৈদা (৩) মঞ্জুলালি মঞ্জরী, (৪) কলাবতী।

চিত্রাগী নোংপোক্তা (৫) রসমঞ্জরী, (৬) শুভাঙ্গদা।

ইন্দুরেখাগী মৈরমদা (৭) রতিমঞ্জরী, (৮) হিরণ্যাঙ্গী।

চম্পকলতাগী খাদা (৯) গুণমঞ্জরী, (১০) রত্নরেখিকা।

রঙ্গদেবীগী মোইরাং লায়জীদা (১১) বিলাসমঞ্জরী, (১২) শিখাবতী।

তুঙ্গবীদ্যাগী নোংচুপ্তা (১৩) লবঙ্গমঞ্জরী, (১৪) কন্দর্পমঞ্জরী।

সুদেবীগী কোৎক্রদা (১৫) কস্তুরীমঞ্জরী, (১৬) ফুলকলিকা।

মসিগী অমুক মপান্দা—

ললিতাগী অরাংদা— (১) গানবতী, (২) সুস্বরলী, (৩) মনোৎ-
সাহা, (৪) মনোবামা।

বিশাখাগী চীংথৈদা (৫) চন্দ্রাননা, (৬) চম্পকমালিনী, (৭) পুষ্পবতী,
(৮) শ্যামা।

চিত্রাগী নোংপোক্তা (৯) রতিবতী, (১০) কলভৃঙ্গা, (১১) সুদৃষ্টবতী,
(১২) কমলনয়না।

ইন্দুরেখাগী মৈরমদা (১৩) কমলেক্ষণা, (১৪) রাসবিলাসী,
(১৫) কেলিকলা, (১৬) সুরসা।

চম্পকলতাগী খাদা (১৭) রসভৃঙ্গা, (১৮) সুমোহিনী, (১৯) সবতী-
কলা, (২০) রাগবতী।

রঙ্গদেবীগী মোইরাংলায়ক্ষাঁদা (২১) রঙ্গবতী, (২২) সুগন্ধা,
(২৩) রসিকা, ২৪) সুকলা।

তুঙ্গবিদ্যাগী নোংচুপ্তা (২৫) নৃত্যকলা, (২৬) নৃত্যবতী, (২৭) অন্ন-
পূর্ণা, (২৮) সুভগা।

সুদেবীগী কৌক্রুদা (২৯) প্রেমবতী, (৩০) সুরতনন্দা, (৩১) কলা-
বতী, (৩২) গুণবতী।

মসিগী অমুক মপান্দা—

১। ললিতাগী যূথ— (১) রত্নপ্রভা, (২) রতিকলা, (৩) সুভদ্রা,
(৪) ভদ্ররেখিকা, (৫) সুমুখী, (৬) ধনিষ্ঠা, (৭) কলহংসী,
(৮) কলাপিনী।

২। বিশাখাগী যূথ— (১) মাধবী, (২) মালতী, (৩) চন্দ্ররেখিকা,
(৪) কুঞ্জরী, (৫) হরিণী, (৬) চপলা, (৭) সুরভী,
(৮) শুভাননা।

৩। চিত্রাগী যথ— (১) রসালিকা, (২) তিলকিনী, (৩) শৌরসেনী,

(৪) সুগন্ধিকা, (৫) রমিলা, (৬) কামনাগরী,
(৭) নাগরী, (৮) নাগরেলিকা

৪। ইন্দুরেখাগী যূথ— (১) তুঙ্গভদ্রা, (২) রসতুঙ্গা, (৩) রঙ্গবাটী, (৪) সুসঙ্গলা, (৫) চিত্রলেখা, (৬) বিচিত্রাঙ্গী, (৭) মোদনী, (৮) মদনালসা।

৫। চম্পকলতাগী যূথ— (১) কুরাঙ্গাক্ষী, (২) সুচরিতা; (৩) মণ্ডলী, (৪) মণিকুণ্ডলা, (৫) চন্দ্রিকা, (৬) চন্দ্রলতিকা, (৭) কুন্দকাক্ষী, (৮) সুমন্দিরা।

৬। রঙ্গদেবীগী যূথ— (১) কলকণ্ঠী, (২) শশী কলা, (৩) কমলা, (৪) মধুরা; (৫) ইন্দিরা, (৬) কন্দর্পমঞ্জরী, (৭) কামলতিকা, (৮) প্রেমমঞ্জরী।

৭। তুঙ্গবিদ্যাগী যূথ— (১) মঞ্জুমেধা, (২) সুমধুরা, (৩) সুমধ্যা, (৪) মধুরেক্ষণা, (৫) তনুমধ্যা (৬) মধুস্যান্দা, (৭) গুণচূড়া, (৮) বরাঙ্গদা।

৮। সুদেবীগী যূথ— (১) কাবেরী, (২) চারুকবরা, (৩) সুকেশী, (৪) মঞ্জুকেশীকা, (৫) হারহীরা, (৬) মহাহীরা, (৭) হারকণ্ঠি, (৮) মনোহরা।

শ্রীবৃন্দাবনদা লৈবখিবিক অষ্টসাত্ত্বিক ভাব ওইপ্রে। নিংথীজবসি উবদা বৃন্দাদেবীনা হায়রকই, "যেংউ ইতা! শ্রীকৃষ্ণগী বংশীগী অমৃতগা মাম্নরবা খোঞ্জেল তাবদা লৈখিবিক শাংকায়রে উরীনা হাইহুমলি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী থক্তা মণিমুক্তা থিকথরকলি। লৈগী লৈরিকনা গন্ধচূর্ণচতুঃসমগুমলে, লৈহীনা অমৃতগী নোংচুবগুমনা চোংলে। অমৃতগা মাম্নরবা বংশীগী খোঞ্জেল তাবদা শদ, শঙ্খীনচিংবা থিবিকনা মমায় থাঙ্গত্তুনা, মনা চপ চপ যূংথত্তুনা অমম্লুং মমৈ কীরাল শাচনা চেংহিম্নকলগা অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌজে। নিংথীজরবা শ্রীরূপ দর্শন কংবদা

পুকনিংদা পেল্লহুনা হকচাং পুম্ব তু চুংহুনা মমীত্তগী মপি শিন্বব-গুমই। হঙ্কংহন্দা লেংবহুগী তাম্রবদা মমিৎ চোংথোকখিদোরে। বংশীনাদ তাবদা ময়াই কারবা ঙাম্নু-কাংঙনা খোংবদি পরমহংস ওইরবা সাধুশিংনা শ্রীরূপমাধুর্য্যবু পুকনিংদা উজবদা রাহৈ মপুং ফাদনা মচেৎ মচেৎ ওইবা রাহৈনা ঙাংথোরকপগুমই। রাহোংনা জগোই শাবদি কাত্তিকবীর্য্যনা পরমতত্ত্ব শকশোনবগুমই। উচেক-শিংনা নিংথিজবহু উবদা তুমীন্না লেঙদনা দর্শন তৌজবহুদি মুনিশিংনা শ্রীরূপমাধুরীবু পুকনিংদা ফাওজহুনা লেঙদনা ধ্যান তৌবগুমই। ফজবা খিবিকসি উবদা ঐগী পুকনিং কোবা ইন্দ্রিয়সি পেল্লে।

মতম অসিদা সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা ফুল মালাচন্দন তাম্বুলনচিংবা কত্তুনা পূজা তৌগনি। অহুগী তুদা ধূপদীপ নৈবেদ্য ভোগনচিংবা কৎলগা আরতি কত্তুনা বিজ্ঞপ্তি স্তব থীজহুনা মশাগী নিয়ম তৌজহুনা দণ্ডবৎ প্রণাম-নচিংবা কত্তুনা অমুক হন্না স্মরণ তৌজগনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু লোয়নবী ময়ামগা লোয়ননা যোগপীঠদগী লেঙথরগা কনা উহন্দনা লেঙশিন্দুনা শয্যাদা চেপহনগনি।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা অর্দ্ধবাহ্য ভাবতা যোগ-পাঠনা ঙাম্মোইরি। অহুগী তুংদা শ্রীমহাপ্রভুনা যোগপীঠদগী লেঙথরে। ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা প্রাঙ্গন্দা লেঙশিল্লি, দাসশিংনা তাম্বুলসেবা অমদি কাঙহাই চামর থৌগল তৌই। অহুগুমলবা ইবুঙোগী শ্রীরূপমাধুর্য্য উজবদা থাই পুম্বা মুংঙাইবগী ঙমখে লৈতে॥

মতাং অসিদা প্রাতলীলা লোইরে॥

---

# পূর্ব্বাহ্ন লীলা।

হরিবনগতিলীলাং ব্যাকুলীভূত গোষ্ঠীং
স্মৃতিবিষয়গতাং যঃ কারয়ামাস সাক্ষাৎ।
তদনুকরণকারী—ভক্তবৃন্দস্য মধ্যে
তমহমিহ ভজামি গৌরচন্দ্রং হি নিত্যম্॥

শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী কিজেৎ লৈতেংবগী ভাবাবেশ ওইখি। মতম অদুদা স্বরূপরামানন্দনা প্রভুগী পুংনিং খুঙলদুনা শ্রীরাধিকাগী লৈতেংবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী নটবরবেশ লোনবগী পদগান তৌই। মাহু তাবদা মহাপ্রভুনা মীৎকী পিনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলদুনা ভাবাবেশ ওইদুনা লৈ অমসুং ভক্তশিংনা সাধক-দেহদগী সিদ্ধদেহদা মাগী মাগী মন থমজদুনা ব্রজদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলা দর্শন ফংজে।

পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈর্ব্বিপিনমনুসৃতং গোষ্ঠলোকানুযাতং
কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিসৃতিকৃতে প্রাপ্ততৎকুণ্ডতীরম্।
রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃতগৃহগমনামার্য্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ
দিষ্টাং কৃষ্ণপ্রবৃত্ত্যৈ প্রহিতনিজসখীবর্ত্মনেত্রাং স্মরামি॥

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা মাগী মাগী চেপকমকাদা শয্যাদা চেপলি। তাঞ্জা ওইরে খুঙলদুনা শ্রীরূপমঞ্জরীনা শ্রীগুরুদেবীদা ইঙ্গিত তৌই। শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজদুনা সাধকদাসীনা ইবেম্মগী শ্রীচরণ সেবা তৌজে। ভহাক লৈরগা ইবেম্মা লেঙথদুনা ফমলে, সখীশিংসু হোগদুনা ইবেম্মগী নাক্তা চঙলকুনা ফম্মরে। তাঞ্জাসিদা ব্রজেশ্বরী মাতা যশোদানা শ্রীকৃষ্ণনা সুহোংলবা মতমদা মো অনৌবীদুবু শেংহন্নবগীদমক মখল মথাগী মণিনা সনানা লৈতেংলবা কিজেৎ লৈতেং শেমশাদুনা থনমই। মতৌ অসুমনা সুমিৎ খুদিংগী মাতানা রাধাং পাদুনা রঞ্জন তঞ্জন দাসনা মখল মথাগী মণিনা থামলবা লীকোল ফিরোল শেম-শারগা

লুবাক্তা হাপ্তুনা থময়ই। হায়রিবা কিজেৎ-লৈতেংহূ লুবাক্তা হাপলগা মাতুগা লোয়ননা মালা চন্দন তাম্বূল য়াওনা দাসীবু পুহল্লক্তুনা মাতানা ললিতানচিংবাদা বৃষভানুনন্দিনীবু শেৎহল্লু তাকপিরমলগা লেঙগে। সখীশিংনা ইবেম্মদা থোয়নবা দাসীদা শিন্নরে। হায়রিবা অহনবা ফীজোল অতু ইবেম্মদা থোন্নে। লৈ পরেং শীজিন্দুনা তাম্বূল কৎশিল্লগা শকয়েং নিংশেল বৎশিল্লে। তাঙ্গা অসিদা ধনিষ্ঠানা বিশাখাদা লোৎনা অহিংদা ওন্নখিবা অশংবা শাড়ী পুবক্তুনা পীবৈ। বিশাখানা মাগ্গ লৌশিল্লগা সনা ফীগে পুথোক্তুনা লোংনা ধনিষ্ঠাদা শিন্নে। ধনিষ্ঠানা সুবলগী মথুক্তা শিন্নরুই।

অসোমদা যশোদাগী য়াথংনা দাসশিংনা কৃষ্ণ-বলরামবু হৌদোক্তুনা চীন তেংথোকনবা থৌগল তৌথ্রে। অতুগী তুংদা যশোদা মাতানা কৃষ্ণবু, রোহিণী মাতানা বলরামবু নটবরবেশ লৈতেংবিথ্রে। মতম অসিদা শ্রীরাধিকান সখীশিঙ্গা লোয়ননা মীতুথোঙগী অহোবদা দর্শন তৌজে। যশোমতী মাতানা শ্রীকৃষ্ণবু বাৎসল্য প্রেমগা লোয়ননা শ্রী অঙ্গ তকথোক নাম্বোক্তুনা সনাফীগে শেৎপিরে। মচু মঙাগী ধরা কিশিল্লে। শমতু পুল্লপ পুনশিন্দুনা লুহুপ উপশিল্লে। অতুদগী মুক্তাগী মরীনা নাকোং য়োনা য়াম্বরে, না অনিদা মকরাকুণ্ডল, লাইবক্তা উর্দ্ধপুণ্ড্র তিলক, মাতুগী মথক্তা থা মচেৎ, নাক অনিদা উনাচরোং, থজাইদা ঙা কিহোম মওং, নাত্তোনগী তিলক, নাত্তোন নাকচিদ মুক্তা, শ্রীঅঙ্গপূম্বদা হরিচন্দন অমদি চতুঃসম তৈরগা অতুগী তুংদা ভক্তিছেদ্য শেমতুনা ময়ায় কাৎলে। ওকশমদা সনাপরেং, কৌস্তুভ-মণি, চতুষ্কিহার, থবাক্তা চন্দ্রহার, ধুবধুকি, মণিপরেং, মুক্তাপরেং, গুঞ্জামালানা খাং কাওবা, বৈজয়ন্তিমালা, লৈপরেং, য়েৎকী অমম্বুং ওয়গী নাকথংদা মুক্তাগী বৈকুণ্ঠমালা শীজিনবিরে। লংনা মরী পাল্লহনা ওয়থংবা মাক্তা

শিঙ্গা, য়েত্তা মুরলি, পাংশ্বাম অনিদা সনাগী তাল, খুজেংদা খুজী, খুৎশাদা খুদোপ, চরন্দা নূপুর, ওয়গী শ্রীহস্তদা নাপুমচুগী চৈশু, য়েত্তা লীলাকমল, বংশী অমসুং রাগী শাজে। মতৌ অসুমনা মাতানা ইবুঙোবু লুনা চান্না শেৎপিরে। রোহিণী মাতানা বলরাম্বুসু মতৌ অসুমনা ফিজেৎ লৈতেংবিরে। রামকৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেং মণ্ডং চপ মান্নে। অতুম্মদি ওইরবদা শ্রীবলরামগীনা অশংবা ফীগেনি, চূড়ানা য়েৎলোমদা চেপ্পনি, য়েৎথংবা, নাদা কুণ্ডল, ওয়দা খম্বাল, গুপ্পানা অঙাংবা—অসিমখে থৈন্নে। তাঞ্জ অসিদা সখা পুমনমকম্ মাগী মাগী মমা মমানা শেৎপিহনা ধরা-চূড়া, শিঙ্গ, শাজে মণ্ডং চপ মান্নবা লৈতেংহনা থুংলরে। মতম অসিদা রোহিণী মাতানা কর্পূরবর্ত্তি শেমহনা লানশিল্লি, যশোদা মাতানা সখাশিংনা কোযশিন্নবা শ্রীরামকৃষ্ণবু আরতি কংলি। ইবুঙো অনিগী অঙ্গ-কান্তি অমসুং রূপমাধুর্য্য উবদা যশোদা, রোহিণী, অম্বা কিলিম্বা, ভরণী, পিবরীনচিংবী মাতাশিং অমসুং শ্রীরাধিকা অমদি সখীশিং পুমনমক আনন্দদা ডাউই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা মাঙোন্দা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। লৈগী সুংশিবা মনম ফংবদা খোইমুশিন ডংলকই। মাহু ভাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা হুঙ্কার চৌরকই। হুঙ্কারগী খোঞ্জেল তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান তাযকই অমসুং স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লি। মাহু তাবদা প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। পাম্বোম তিংথোক্লুনা খাইমকপু আলিঙ্গন পীনবিরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কংলি। অতুগী তুংদা শ্রীমহাপ্রভুনা মমাংডৈগী রস নিংশিংলক্লুনা (ঐ কৃষ্ণনি হায়রবা ভাবতা) লেঙথত্তুনা ললিত ত্রিভঙ্গ ওইহনা শ্রীহস্ত অনিহু থেক্লুবা চীন্না বংশী খোংঙকই। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা 'ঐ বলরামনি' হায়রবা ভাবতা শ্রীহস্ত অনিনা শিঙ্গা

পায়হুনা চীম্বান্দা থোংহুনা খোংঙকই। অভিরাম, সুন্দরানন্দ-নচিংবনা সখাভাবত; মথুত্তা চৈ পায়হুনা "হৈ, হৈ" হায়না লাউরকই। শ্রীরূপ, দামোদর, রামানন্দ, গোবিন্দ ঘোষ, বাসুদেব ঘোষনচিংবনা ঝাল, পুংনচিংবা পাযহুনা ধবলী, সরালী, কালী হায়বা মমিং কৌহুন শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠ লেংবগী ইশৈ শকৎলকলে। মতৌ অসুমনা শ্রীমহাপ্রভুনা মাঙ থাদুনা, নাক-য়েত্তা শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা অনসুং অকোয়বদা স্বরূপ রামানন্দ-নচিংবা ভক্তশিংনা থোগল তৌহুনা নোংপোক্কী স্নথোঙলোমদা লেঙথোরক্লে। মতমহুদা পুরবাসী পুমনমক মুপী-অঙাং-অহল থাক্তনা দর্শনগীদমক চেষ্টোনরকই। সনানা থামলবা সোড়কনি—নাক অনিদা বকুলপাম্বীগী পরেং, মরক মরক্তা লৈশাংলবা উরীনা য়েত্তুনা মথক্তা থাক্নগী মওং ওইনা য়ুমথক ওইরি; লৈগী মুংশিবা লৈনম কংবদা খোইমুনা ঙংলি, কোকিলনা খোংলি। হায়রিবা লমজাও অসি গঙ্গাগী তোর্ব্বাল য়েনবা চংগ্রিবনি। অসুম লেঙঙক-পনা শ্রীমহাপ্রভু গঙ্গা মপাল য়োরক্লে। নাক-য়েত্তা তমাল-পাম্বীগী পরেং, তমাল পাম্বীগী মথোঙদা রত্ননা শেমলবা বেদী, ঋতু তরুকনা থোগল্লিবা লৈকোল্লি। মসিদা মথল মথা অয়াম্বা উ, উরীনা মহৈ-মপাম্মা লুমথহুনা মরু ইলুক লুকই। অসিগুম্বা নিংথীজবসি উবদা শ্রীমহাপ্রভুনা বৃন্দাবন্নি খল্লহুনা চেনশিনগ্রে অমসুং প্রেমদা লুপ্তুনা মুর্চ্ছা ওইগ্রে। মাহু উবদা ভক্তশিংনা খোঞ্জেল রাংনা হরিধ্বনি লাউই অমসুং হুমাইনচিংবা গোগল তৌখি। মতম অহুদা প্রভুনা জ্ঞান তারক্তুনা ভাবশান্ত ওইখি। ঙহাক লৈরগা অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠ লেঙবগী ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙলহুনা শ্রীকৃষ্ণগী গোষ্ঠ-লেঙবা শল শেনবা, মাতা কায়নবগী, গোপীশিংগা বিদায় তৌনবগী, বন্দা লেঙশিনখিবগী পদগান তৌরকই। মাহু তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা

মীৎকী পিনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেশ ওইখি। ভক্তশিংসু ইশৈদা মুনশিন্থনা সাধক দেহদগী সিদ্ধদেহদা পুকনিং হাপ্তুনা ব্রজদা লীলা দর্শন তৌখি।

ব্রজদা থাই পুমনমক শ্রীরামকৃষ্ণগী রূপমাধুরীনা তুম্ভংপ্রে। মতম অদুদা যশোদা মাতানা বাৎসল্য প্রেমনা মরম ওইদুনা মথল মথা অয়াম্বা হাউর-হাউনবা মধু-কেশি, লড্ডু, তিলকদম্ব-নচিংবা তাম্বুলনচিংবা শিকাদা থন্না থাপলগা দাসশিংদা পিন্নরে। অদুগা মতম চানা অচাপোৎ থিবিক্তু পীজনবা দাসশিংদা পীদারে। অদুগী তুংদা রামকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়নন মপান্দা লেংথো রকলে। মতম অদুদা নুপী, অঙাং, অহল থাকনা পুরবাসীশিং, শ্রীনন্দমহারাজ, উপনন্দ, অভিনন্দ, সুনন্দ, নন্দন, মহিং কয়া, যশোদা, রোহিণী, অম্বা, কিলিম্বা, শুভ, সন্দে, তরণী, পিবরানচিংবী মাতাশিং, মঙ্গলা, বিমলা, শ্যামলা, ভদ্রা, পালী, চন্দ্রাবলিনচিংবী যূথেশ্বরীশিং মাগী মাগী যূথগা লোয়ননা—তুরেলশিংনা চাদগী চেম্বরকলগা সমুদ্র তমলকপগুম্না পুরবাসী পুমনমক শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চেনশিন্নরকলে। মতো অপুমনা কৃষ্ণচন্দ্রনা গোষ্ঠ লেংহৌকই। মায়কৈ মরিদা রত্নগী চোকপল। মরক মরক্তা চাউর-চাউনবা মণিগী য়ুম্বাদা লেপলিব পাকচাউরবা য়ুমশিং। মাচুদা মশীং থাঙমদনা য়ানলব মথোম থোকপা শম্নাশিং। উগী উথাদা শম্নাউমচাশিং। অকংবা শক্নিমকুপনা মোনমোন লাওনা থোৎলবা লমনি, ব্রজ হায়বসিদা লদুম অমদি মীনা পিক থল্লি—অরাৎপা লৈতে। শিম্বরকপা শঙ্গোমনা ক্ষীরসমুদ্রগুমই, মতুদা শঙ্গোম-চক্রুশিংছনা থেজুগী মশক ওইরে, গোপীশিংগী মাইথোংনা থম্বাল ওইরে, অঙৌবা অঙাংবা যম্নাউমচাশিংছনা কাংও অমদি শুসু থঙ্গোং ওইরে, শন মমৈশিংছনা চক্লাং ওইরে, শক্নি মপৈনা চীং ওইরে, ব্রজবাসী অহন্নহা পরেং পরেংছনা তুরেল অচৌবা মচা,

নত্তেদা—তোর্ব্বানগী থাক থাক ওইরে। মক্ষম অসিগী নিংথী-জবসি উবদা অমদি ব্রজগোপীশিংগী মাইথোং উবদা যাত্রা করে মঙ্গল ওইরগনি থল্লহনা শ্রীকৃষ্ণ হরাউরে। অতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ-বলরামনা শা শল পুমনমক মশীং অরাং অপা য়েংশিল্লে। অতুগী তুংদা শনযাম পুঠনা শ্রীকৃষ্ণ লেঙখরে। শনগী মখোঙদগী পাইখৎ-লকপা উকুলনা লৈমায়স্তু নোংথকস্তু মমত্রে। শল অঙৌবীগী পারেংনা গঙ্গা ওইরে, ইরোই পারেংনা যমুনা ওইরে। মহু উবদা লাইশিংনা ভকপ্রহনা গঙ্গা যমুনা সরস্বতীগী ত্রিবেণী—ঈরোঙ অতম ফাংবহনি থল্লহনা নন্দন কানন্দগী পারিজাত চাইথরকই। ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্রনচিংবনা সথাগী শকুম লৌথ্রে—ইন্দ্রনা ছত্র পায়হনা শ্রীকৃষ্ণগী কোকথক্তা থানখরে, কনা কনাগুম্বা লাইশিংনা চামর, ছমাই থৌগল তৌথ্রে। মতৌ অসুমনা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙবা মতমসিদা শ্রীচরণ পদ্মাম্না নেংলু-নেংলুব মফমহুদা ব্রজভূমিদ থম্মোইগী থম্বালনা হেক-হেক শাৎকাইদো। শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা হরাও স্তুঙাইনা ভুজুংবগুমনা অনৌবা নাপী ওইহনা থৌগল তৌই। থাঙনা অশোকপা মফমদা হামজিন হামজিন চঙবগুমন নহা অহল ব্রজবাসী পুমনমক, শ্রীনন্দ যশোদানচিংবা লোইনা শ্রীকৃষ্ণগী তুং ইন্নরকই। মতম অতুদা যশোদানা প্রেমধারা শিন্থহনা শ্রীকৃষ্ণবু কোল্লগা হায়রকই, "কানাই! নপাবুংগী করিস্তু রাত্তে, শন শেনবদা হৈ শিংলবা মনাই চাম-চাম লৈ। অহুবু নংনা শন শেন্নিংলিদকো! নথোঙদা খোঙউপস্তু তোংদে—নৌরবা থুয়াহুদা নাপী তুম্বোনা থিনবদা, স্তুঙজ্রেংনা য়ুবদা কয়া নারিগবা! নমা নপা ওইবা ঐখোইবু করমনা লৈহৌ হায়বগে: কৈদৌবগে ছাত্তিন্দং থল্লু অহুগা খোঙউপ্তুদি তোংউদনা!" মাতানা অস্রমনা হায়রবদা মমাগী পুকনিং থেমজিন্নবগীদমক হৌনবী লীচৎ হায়রকলি—"ইমা! শঙ্খেনবা হায়বসে ঐগী শাগৈগী জাংকী ধর্ম্মনিদো,

করমনা তোকসিগে ? অদুগা ছাত্তিন তুপ্তু্না খোঙউপ তোংদুনা শঙ্কেনবস্মু ধর্ম্ম নত্তে—শনশিংনা চৎলিবদুগী মতৌ তমদুনা চৎপনা শঙ্কেনবগী হৌনবী ধর্ম্মনিদো। ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা পুক্সি, লম্বু্ম চাওখৎকদৌবনি। বন্দা অকি-অকিবা য়ামনা লৈ হায়রবস্মু ঐনা ধর্ম্ম ঙাকলিবমখৈ ধর্ম্মনা ঐবু ঙাকনিদো। ঐখোইদি গোপ জাতিনি, শঙ্কেনবনা ঐখোইগী ধর্ম্মনি—শন্না চৎপগুমনা চৎকদবনি ইমা!" মধু-মঙ্গলনা হায়রকই,"ইমা! য়ুমদগীদি বোন্দনা ওন্থোকনা হেন্না নুঙাইগ্রে, অমুনবা উহৈগী মহাউদুদি অমৃতনা কৈদৌনি!" সুবলনা হায়রকই, "ইমা রাবিরুগনু, বন্দা কবিস্নু অরাবা লৈতে। ইত্তাওদি উরুমদা লেপ্তু্না অদুম লৈবনি বংশাত্তনা শনশিংবু অদুম শেন্নবনি" মতৌ অম্সুমনা সখাশিংনা মাতাবু রাহৈ কয়ানা থেমজিল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী ধর্ম্মগী রা অমসুং সখাশিংগী রা ঙাবদগী নন্দ অমসুং য়শোদাগী পুকনিংদা নুঙাইজৈ। অদুম ওইনমক মচাগী কবিগুম্বদা ফওবা থোকলগত্রা হায়বগী চিংনবদি বোক্লি। অদুনা লোংনা শিন্নজৈ—"হে ভদ্র! হে মণ্ডল! হে ভদ্রবাহোর! হে বলাই! নখোইদা ইচা গোপালবু শিন্নরবনিকো। অঙাওবা অঙাংনিদো। বন্দা মতোমত্তা লাপনা চৎহনগনুকো। মতম লৈবা থিবিক্তা ননাক্তা লৈহল্লু্। কবিগুম্বা লম হেল্লবদি ঐঙোন্দা তাকউকো। হে জয় বিজয়! নখোই অনিনা বন্দা দানবনচিংবদগী কন্নবা থাও, লৌরুং পায়দুনা ঙাকউকো।" অসি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা নানবিরে, ঈশ্বরগী নাম কাম্বিরে, খুদাংদা শ্রীনৃসিংহ কবচ (রক্ষাবন্ধ মণি) শিজিনবিরে। "ইবুঙো! পৃথিবী, আকাশ অমদি মাইকৈ তরাদা শ্রীনৃসিংহদেবনা নংবু কনবিবা ওইসনু। য়ৈথাই থিঙ্গাইবা লৈত্তনা য়ুমদা হল্লকউকো" অসি হায়দুনা মাত্তানা নানবিরে। অদুগী তুংদা নন্দ মহারাজনা কৃষ্ণবু মতম্বাক্তা পম্নগা হায়রকই, "কাহ্নাই! ইবুঙো! শঙ্কেনবসে নত্তিক চাত্রি, চহি নৌমল্লি, নৌরবা নখোঙহদা নাপী তুম্বৌনা য়ুদুনা কয়া নাগব!

অহুনা চংথ্রগনু য়ুমদা চংসি।" মহু তাবদা কৃষ্ণনা খুমই, "বাবা! শঙ্খেনবা হায়বসি ঐগী শাগৈগী ধর্ম্মনি অহুগা বন্দা চংপসিদা ঐনা ওম্বোকনা হুণ্ডাইজৈ। অহুনা মসিদা রারিনি খনখিরুহু। য়ুমদা হজিন্দুনা হুণ্ডাইনা লৈবিয়ু। হুম য়োরগা কাংক্রম শারগা থাবিরকউ।" অহুদগী মাতাদা হায়রকই, "ইমা! নংনা পামজবা অথুম অহাওনচিংনা থাবিরকউ।" মাতানা খুম্মকই, "মধ্যাহ্নদা ময়াম চামিম্নরগা অপরাহ্নদা ওস্তানা য়ুমদা হল্লকউকো।" কৃষ্ণনা খুম্মকই, "ইমা! নংনা ইন্না মায়থঙ্গহুনা নিংথৌনা চারগা হুণ্ডাইনা লৈহৌই হায়বা পাউ ফংলবদি ইমানা থারকপা অচাপোৎ হরাওনা চারগা ওস্তা কারকনি. অহু নব্রবদি চাম্নু চারোই হনম্নু হল্লক-লোইদবনি।" অসি হায়হুনা মাতা অমম্নুং বাবাগী চবন্দা খুরুমহুনা বিদায় য়াথং লৌরকলে, "যেংবিয়ু ইমা, বাবা! শল ময়ামসিনা ঐবু ওাইহুনা মপুক লাম্বন রারিবসে। অহুনা য়ুমদা হজিনবিরো।" মাতা পিতা অনিমকনা পুকনিং হকচাং য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গল-গীদমক চ্যেকশিন্না মীত্তা পি শিম্নহুনা হন্না হন্না কৃষ্ণবু নাম্নি, মুখচুম্বন তৌই। অম্বা. কিলিম্বানচিংবী ময়াম. রোহিণী, গোপ গোপী পূমনমকনম্নু শ্রীকৃষ্ণবু মানবিরে। মতৌ অম্নুমনা বলরামম্নু নানবিরে। অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজসুন্দরীশিংগী মফমদা মীৎচিনা ইঙ্গিত তৌহুনা বিদায় লৌরকলে। ইঙ্গিতনা প্রিয়াদা হায়রকই, "হে চান্নখোইরবী! মীকুপ খরদং অরাবা থাওম্মু। কুইরোই, নংগী কুণ্ড মপান্দা উন্নগনি।" শ্রীরাধিকানা মীৎনা বিদায় য়াথং পাজখি। ইবেম্মগী থম্মোইনা শজী অমোম ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণগী থোৎল-নৌরবা কান্তিগী মশক ওইরবা অনৌবা উনাগী মত্তুং ইন্নথ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই তেনরাহু ইবেম্মগী মীৎচিগী লাংদা ফাহুনা থমহৌরে। গোপীশিংগী থম্মোইনা ওাগী মশক ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথীবা শ্রীরূপকী মশক ওইরবা কাকয়েন্না

চেন্দুনা পুগ্রে। মতৌ অশুমনা ময়াম পূমনমক্কী মকমদা বিদায় লৌথনা শল ময়াম অমম্বুং সখীশিং পুথনা শ্রীকৃষ্ণনা বন্দা লেংলে।

মতম অসিদা ব্রজবাসীশি থু শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌজবহৃদা শ্রীকৃষ্ণনা বন্দা লেঙগ্রবদা লোইনমক মাঙাঙবগা মান্নগ্রে। অশীবগুমনা চংপা ঙমদ্রবনি. অথবু মহৌশাগী ওইবনা অত্যাসনা মরম ওইথনা খোঙ থাংবতনি, অশুমনা ঙহাক তৌরগ জ্ঞান তানরক্কুনা যুম যুমদা হঞ্জিন্নরকই। যশোদাসু শান্ত ওইরথনা রোহিণী। থেমজিন্দুনা যুমদা হল্লকলে। শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংখিদ্রবদা শ্রীরাধিকা মূর্চ্ছা ওইথি। সখীশিংনা শান্তনা তৌথনা যুমদ পুরকই যশোদানা কুন্দলতাদা হায়রকই "ইবেম্মা! পুনিংসি থেঙ্গ্রে। জটিলাশু মথরাই রারম-লগনি। রাইবু থিনবিরুরো। ঙসিদি চাক খো বদা রারমাম্লে রাধাসে ইচা চাখিদ্রে। অথনা অথুম অশাঙ্ভ, তন্নচিংবা য়ামথনা পাখো।" অথদগী কুন্দলতানা কৃষ্ণ কাযনবগী জ্ঞান মাঙলক্কী রাধাবু পুথনা কদম্ব-খণ্ডিরোমদা লাক্কুনা যাবট য়ৌনকই। অসোমদা যাবট্ট জটিলানা মমৌ লাকপ্রা য়েংথনা লৈরমই। মথু উবদা কুন্দলতানা জটিলাদা হায়রকই, "ইনা! নমৌসি পুজরকলে। রাধিকাগী মমি ফাওব উহন্দনা শিন্নরবসিনিসে. অথগা য়েংঙোই ইনা! নমৌনা চাক থোংবা হৈবথদা নন্দরাণীনা পেন্নথনা দ্বীপ তরেংনা শাবা পৃথিবীসিদা, সমুদ্র তরেংসিদা লৈবা মণিমুক্তা পূমনমক্কা মমন্দগী হেল্লবা অলঙ্কার, ফিজেং-লৈজেং পীরকলবনি। ধর্ম্ম কায়রক্তে, লম্ম ফংলকই তাবদা জটিলাহু হরাওজে। কুন্দলতাদা বর পীরকই, "ইবেম্মা! নচানিপা তরেং পোকচৌ, অমঙ্গল কোনা লৈরসু। পৌর্ণমাসীনা নংসে সতীনি ধর্ম্ম খঙবনি হায়থনা তাকলমই। সুপী ওইবীনা ধর্ম্ম ঙাকলগা মপুরোইবগী মঙ্গল হেজংলি, ধর্ম্ম তৌরগা লেল ফংই হায়নব। অখণ্ড-অহৈনা হায়নবহু চুমই হায়বা ঙসিদি খঙলে। ইমৌনা

থর্ম্ম ঙাকচবদা ব্রজেশ্বরীগী য়াথং ঙাকলুবনা মমল য়ামলবা লল কংজরে, সুঙাইরেদো! হৌজিক ঐনা ইমৌসে নঙোন্দা অমুক্তা শিন্নরবনি। রাধিকাবু পুরগা সূর্য্যপূজা তৌরুরগা থুনা য়াঙনা হেক হল্লকউ—ইচাগী মীংচৎ থাহনগনু।" মমৌ য়েংঙ্গুনা হায়রকই, "রাধে! পূজাগী পোৎচৈ শেম শারো, শল অঙাংবীগী মথোম, ঘী, শঙ্গোম অকম্বা, মথল মথাগী অথুম অহাও, রক্ত চন্দন, চেঙ, কর্পূর শেম শাঙ্গুনা পুরগা সখীশিঙ্গা লোয়ননা নিজকুণ্ডদা স্নান তৌরগা গর্গ ব্রাহ্মণগী মচাগুপা কংলগা কংলে নত্রগা বটু ব্রাহ্মণ পুঙ্গনা সূর্য্য পূজা তৌরগা থুনা য়াঙনা হেক হল্লকউ।" ললিতাদা অমুক হায়রকই, "নখোইদি সতীনি, হৈশিংবীনি, কৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ ফংবা মায়কৈদা চঙলুগনু, ইনৌবু শেন্নবগী থবকসি নখোইদা শিন্নরবনিকো। থেঙ্গপ্রে, শম্বি য়ামনা থনমলি।" মতু তাবদা ললিতাগা কুন্দলতাগনা খুমলকই, "ইমা! নীংঙাইদনা নথো শূঙ্গুনা লৈবিয়ু। মীৎকী পানা মীৎপু ঙাকপদোনা রাইবু ঐখোইনা ঙাকনি।" অসি হায়ঙ্গুনা জটিলাগী রাহৈগী মশক ওইরবা খোইহৈ থকলগা হরাওনা চঙঙক্কুনা ইবেম্মনা রত্ন-পালঙ্কদা লেঙশিন্দুনা ফমলে।

মতম অসিদা সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংঙ্গুনা সনাগী ঝারিদগী মনম হুংশিবা জল লোঙ্গুনা ইবেম্মগী শ্রীচরণ শেংলগা মশাগী ইন্নফী মচৌনা তৈথোকচৈ। হুমাই থোগল তৌজে। কনাগুম্বীনা তাম্বূল লানশিজে। ইবেম্মনা ঙহাক চেপই। কনাগুম্বীনা চরণ সম্বাহন তৌজে। অপুমনা ইবেম্মনা অরা পোখোকই। মতম অসিদা শ্রীবৃন্দাবন্দগী বৃন্দানা মদনীকা সখী থারকই—সখী অসিনা খোইমুনা চুপত্রিবা লৈগী জাৎ—মাধবী, মালতী, স্বর্ণযূথী, নবমল্লিকা, বকুল, লৈহাউ, পুন্নাগ, নাগকেশর, থম্বাল, লবঙ্গনচিংবা য়েন্দাই থন্না পুরকই। লৈগী

মুংশিবা মনম ফংবদা ইবেম্মনা মীৎকপ থোকলহুনা হংলকই, "সখি! মফম কৈদগীনো?" মদনীকানা খুমজে, "ইবেম্মা! শ্রীবৃন্দাবন্দ-গীনি।" "অদুদি বৃন্দাবনগী করি পাউ লৈবা?" "ইবেম্ম! শ্রীকৃষ্ণন্থ ব্রজবাসীশিংগী মমিৎকী লাংনা ফারম্বদগী নাম্বোক্তুনা সখা মন্নাম লোয়নহুনা বন্দা লেঙশিনখি। অপুনবহু নাম্বোকখিবহুদ ঙাওগ্রহুনা কয়া হরাওজগ্রে। সখাশিংনা কৃষ্ণগী মুংঙাইনবগীদমক মথল মখা অয়াম্বা মশাম্ন শাম্নখি। কনানা জগোই শাই, কনানা ইশৈ শকই, কনানা চোংফল্লি, কনানা অঙাওবগুম লৈপাক্তা থরো থরো ওল্লি; কনাগুম্বা সখানা সখা অমগী মনাক্তা কৃষ্ণনা মাতাগী নাক্তা লৈবহু মতৌ তমহুনা লৈ; কনাগুম্বনা মুপা শাহুনা মমায়হু ফিনা খুমজিন্দুনা মায়থোং খিত্তুং ফাৎলগা উরামরুমদগী শ্রীকৃষ্ণদা মমিৎ তথক তথকনা মোমোন নোক্তুনা য়েংই; কনানা শনগী মতৌ তমই, কনানা মগল মথাগী মখোল মতৌ তমই, কনানা ওইনৈ, কনা কনানা দণ্ড পায়হুনা ফুনৈ, কনানা চৈশাং পায়হুনা হাই। মতৌ অম্মুমনা সখাশিংনা কৃষ্ণবু মুঙাইহল্লি। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুঙো মাগা কায়নবদগী বৃন্দা কৌবা বন অসি মথরাই য়াওদবগুমলে হায়বা থগলহুনা বংশী খোঙ্গৎলে। বংশী-ধ্বনিগী অমৃতনা খিকথরকপদা অমদি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ ফংবদা বৃন্দাবনসি জ্ঞান তারে। মতম অদুদা বৃন্দাবনগী থরায়পানবমথৈ সাত্বিকবিকার ওইগ্রে—মুম্বাগুম চপ লেপ্পা (স্তম্ভ), হকচাং নিকপা (কম্প), হুমাং কাংবা (স্বেদ), পি তাবা (অশ্রু), তুচুংবা (পুলক), স্বর কায়বা (স্বরভেদ) অমসুং কুচু ওনবা (বৈবর্ণ) হায়রিবা সপ্তসাত্বিক ভাব অসি ফংগ্রে। বংশী ধ্বনি তাবদা অচৎপা জীবনা মুঙাইবনা মুম্বাগুমনা চপ চপ লেপখি খোঙ্জেল অসি তাবদা নুং মহী চেনগ্রে। অঙৌবা অঙাংবনচিংবা শাৎকায়রবা লৈশিং মচু ওনগ্রে। শা-উচেকশিংগী খোঙ্জেল স্বর

কায়রে। অস্মুমনা সাত্তিক বিকার ওইরবা থিবিকসিনা শ্রীকৃষ্ণগীদমক মথল মথা অযাম্বা চেষ্টা তৌনবকপসি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা বলরাম য়েংহনা হঙ্গংলি, "দাউজী! হৌরিবা উ, উরীনচিংবসি দেব ঋষি ভাকনি। দাউজী লেঙ্ঙকপসিদা উ, উরীনচিংবা থিবিকসি অষ্ট সাত্তিক ভাব ওইরিবনি, হৈ লৈনা লুম্বনা মরু ইলুক লুকই—মরু লুকপা নত্তে—দাউজী লেঙ্ঙকপদা শ্রীচরন্দা পূজা কত্তুনা থুরুমজরি। অহুগা দাউজীবু পেঙ্গলরবগীদমক খোইমু, শা, উচেকশিংনা খোংবা শাহুনা ইশৈ শকলি। লৈথিবিকনা শাংকাইবা শাহনা মোমোন নোকই। অমুকস্মু হুংশিংনা লিরি লিরি শিংপা শাহুনা জগোই শারি। উ, উবা ওইনা পোকচবগী মহৈ য়ানবা ফংজগ্রে।" অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙদবা পাম্বী কোবা জীবশিংগী চেষ্ট উরগা—মরূপ অননা মরূপ অমগী মফমদা মঙ্গল ওইরিব্রা হায়না পাউ হংনবগুম হুংশিবা রাহৈনা তাকপিরকই "হে উ উরীশা! নখোই মঙ্গল ওইরিদনা! হে শঙ্গা লাবা অমোমশা! হে খোইমুশা! হে উচেকশা! নখোই পুম্বা মঙ্গল ওইরিব্রা?" অস্মুমনা হংবি।

অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিঙ্গা লোয়ননা শান্নবা হৌরকলে: ভাণ্ডির বটুগী খরা চখোকলগা ময়ামহু লেপলগা মীচং অনি খোকনা সখাশিংহু থায়দোকলে। রামকৃষ্ণ অনিনা মীচং অমমমগী মকোক ওইরে। শ্রীবলরামগী মীচংদা—সুভদ্র, মণ্ডলী, ভদ্র, বৰ্দ্ধন, গোভট্ট, যক্ষেন্দ্র অসিনচিংবা সখা অমস্মুং সুহৃদশিং। শ্রীকৃষ্ণগী মীচংদা শ্রীদাম, সুদাম, বসুদাম, সুবলনচিংবা প্রিয়সখা অমস্মুং প্রিয়নর্ম্মসখাশিং। শ্রীকৃষ্ণগী মীচংদা য়াওবা সখাশিংনা হায়রকই "উ অসিগী মখোঙদগী বলাই দাদাগী সখা অমা ঐখোইরোমগী সখা অমগা লমজেন তান্নহল্লসি। অস্মুমনা জোরা জোরা লমজেন তান্নবদা ভাণ্ডির বট শোকপা হানবহুনা জয়

ওইনবা—অতুগা অপোবতুনা অথোইবতবু মরেংবান্দা তোংহল্লগা উ অসিগী মনাক্তা অমুক হল্লকপা।” হায়রিবা ভাগিরবট অসি যোজন লিশিং অমা ফম্দোকপনি। শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদগী মানী মশাদা য়ান্দুনা যমুনা লাল্লগা অসোম বাংমদা হায়রিবা মশামসি শান্নে। শান্নবা লোইরগা মাগী মশানা অমুক লাম্থোক্তুনা বংশীবট্টা লাকই। শান্নবদা মায়থারবদি অথোইবতবু মরেংবান্দ তো হন্দুনা পুনকই। করিগুম্বদা কৃষ্ণনা সখা অমগী মরেংবান্দা তোংই, করিগুম্বদা কৃষ্ণগী লেংবান্দা সখা অমবু পুতুনা চৎলি। অতগী তুংদা মপাম্থোম-মপাম্থোম পায়নতুনা মল্লযুদ্ধ থেংনৈ। কনান থোই, কনানা পোয়। শান্নবদা রারবা মতমদা বলাই দাদাগী পান্দম্বাইনা, চুনাই থগাল অমসুং তাম্বূল লানশিন্দুনা সেবা তৌই।

মতৌ অসুমনা শান্নবনা পুকনিং লুপ্তুনা লৈথাদসি ভবদা শ্রীবৃন্দাদেবীনা শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীরাধিকা নিংশিংহল্লু হায়না বনগী মফমদা য়াথং পীরকই, “হে বন সখা! নংবু হুংডাইহনগে হাযবগী-দমক মাধব শ্রীকৃষ্ণ লেংলকলে। অতুনা হরাওরে, নশাগী লৈজবা নগুন ফোংদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংদা শ্রীরাধিকাবু নিংশিংহল্লো। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগ লোয়ননা বিলাস ওইরগতা নংগী নিংথৌজবসি মহৈ য়ানগদবনি। মরম অতুনা হে শজী! চোংফল্লু। হে কোকিল, হে খোইমু! নখোই নখোইগী ইশৈ শক্কৎলু। হে রাহোংশা! জগোই শাগৎলু। হে চোংডা, তেনরা! শ্লোক থীরো।” শ্রীকৃষ্ণনা বনগী নিংথিবা য়েংঙকপদা অনুনব শ্রীফল, কমলা অমদি কফোই উবদগী ইবেম্মগী বক্ষোজ নিংশিংলে, অমুনবা তয়াল মহৈ উরুবদা ইবেম্মগী অধর নিংশিংলে, পুগ্রীদা পুম্মনা শাৎপা থম্বান্দা খোইমু তোংবা উবদা ইবেম্মগী মোমোন নোকপা মায়থোং থম্বাল নিংশিংলে, খম্নাংচাক উরুবদা ইবেম্মগী চরণ নিংশিংলে, শজী অমোমগী মমিৎ উরুবদা ইবেম্মগী মীৎচিবু

নিংশিংলে ; ভান্থ কাংভা অনদি নৌঙ্গৌবীগী মখোল তারুবদগী ইবেম্মগী কাঞ্চি, নূপুরগী মখোন্নি খল্লুত্তুনা ইবেম্মা লেভলকলে হায়না ভ্রম তৌরুত্তুনা ইবুংঙোগী পুকনিং ইলাঙ লাঙখি। শ্রীকৃষ্ণবু উঙ্গবদা রাংহোংনা মমৈ ফলোক্তুনা ফ্রগোই শাগৎলকলে। শ্রীকৃষ্ণগী থম্মাইদি গোবর্দ্ধনগী তমথা য়োম্ব্রে। ইবুঙোগী নয়ন্না উরুবা থুদিংমক রাধাগী মশকভাক্ত ভাগল্রে সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিং চোইরকপসি উবদা পুকনিং কাঞ্জিন্নবগীদমক মথল মথল শান্নবা হৌরকই। সখাশিংনা শ্রীরামকৃষ্ণবু রাজবেশ শেৎহল্লে, সখাশিংনা মায়কৈ ভাকপা লাই শাগ্রে। সখা কনানা ইন্দ্র ওইত্তুনা ছত্র পাযরে, সখা কনা কনানা বরুণ মুংশিৎনিংথৌনচিংবা শাত্তুনা লৈগী চামর হুমাইনচিংবা পায়ত্তুনা সেবা তৌরে। মতৌ অম্মুমনা বনভ্রমন তৌনা-তৌনা অমুক হন্না ভাণ্ডিরবটকী মশাদা তোত্তুনা যমুনা লাম্হোক্তুনা বংশীবট্টা লেঙ্ভকলে। মতম অত্তুদা সখাশিংনা মখল মখাগী লৈ হেক্তুনা পরেং লেংলগা শ্রীরামকৃষ্ণবু লৈনা শিঙ্গার থোগল্লে। লৈগী ধরা, চূড়া, লীক, পাম্মোম ফাবী, নূপুর-নচিংবা শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংত্তুনা সখাশিংনা মানা মানা পামজবা মতুং ইন্না শিঙ্গার তৌরগা শ্রীরামকৃষ্ণবু বেদীগী মথক্তা ফমহল্লে, সখাশিংনা মায়কৈ মরিদ ফমলে। দাসশিংনা তাম্বুল লানশিঞ্জে অমম্বুং হুমাই থৌগল তৌজে, অনিগী রূপ দর্শন তৌজত্তুনা মুংঙাইজখি। মতম অত্তুদা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতত্রিভঙ্গ ওইত্তুনা বংশী খোংখি, শ্রীবলরামনা শিঙ্গা খোংখি। মাত্থ তাবদা মায়কৈ মরিদগী শনবীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চঙভকলে। লাপনা বন্দা চারম্বত্থ বংশীধ্বনি তাবদা মমায় থাজত্তুনা, মনা য়ুংখত্তুনা, মমৈ থেকখত্তুনা হন্বা হন্বা খোংত্তুনা চেনশিল্লকই। শ্রীরাম-কৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যত্থ চরন্দগী শির ফাওবা দর্শন তৌবদা মমিত্তা মপি শিংদ্বে—মপি শিম্বা নত্তে অরা পোখোকনবনি। শ্রীকৃষ্ণনা

শম্বী শিংহুবু নানবিহুনা হায়রকই, "ইমাখোই! নখোই হৌজিক্কি শজীক চাবা নবুক থল্লেদো, অহুনা গোবর্দ্ধনগী ভময়াদা চৎলসি।" অসি হায়রুনা শল ময়ামক্ত গোবর্দ্ধনলোমদা মমায় লৈহনগ্রে। শনশিংহুগী তুংদা কনিষ্ঠ সখাশিং, অহুগী তুংদা নর্ম্মসখাশিং, প্রিয়নর্ম্মসখাশিং, সুহৃদ সখাশিং অমসুং ময়ক্তা শ্রীরামকৃষ্ণ। গোবর্দ্ধনগী লম্বেল অহু রহুনা য়ৈবনি, নাকল অনিদা উগী পরেং পরেং, মথোইহুদা যেৎলিবা মাধবীলতা, স্বর্ণযূথী, নবমল্লিকা, অসিনচিংবনা অমগ অমগা যেৎশিন্নহুনা ছত্রগী মওংগুমনা শূকনা উরুম লাংহল্লি। মৈলগী সুংশিবা মনম ফংবদা খোইমুনা ঙংলিবা, কোকিলনা খোংলিবা! হায়রিবা লম্বেল অসিদা শনবীশিংহুনা মমায় থাঙ্গৎহুনা, মমৈ মনা পেক্কহুনা লেননা চৎলি। মহুংদা শিঙ্গা বেণু বংশী অমদি চৈগী মখোল্লা পূমনিল নিল্লি।

মদনিকা সখীনা হায়রিজে, "অসিগুম্বা লীলাসি উজ্জ্বরগা লাকচরিবনি।" "অসি তাবদা ইবেম্মনা দর্শন হেক ফংবগুমনা সুংহাইবি। অহুগী তুংদা শ্রীরাধিকানা লেঙথরুনা শ্রীহস্তমকনা হৈশিংনা বৈজয়ন্তিমালা লেংহুনা চন্দন কর্পূরনচিংবা থিক্রুমা য়োমশিল্লে। ললিতা বিশাখানা পানা, এলাচি, কর্পূর, যাতি ফল, বরোখজিগা লোয়নরবা পান-খুদপ তপ্পুনা সনাগী কাগোক থম্না হান্দুনা তুলসী কস্তুরী অনিদা শিন্নহুনা হায়রকই, "মালা বীড়াসি পুহনা কৃষ্ণলৈবা মকম তান্ন চৎলগা সুবল, মধুমঙ্গল অমসুং বৃন্দাগা তান্নরগ সঙ্কেতকী মরোল খংদোকলগা থুনা য়াঙনা হল্লকউ।" অসি হায়হুনা অনিহু থাগ্রে। অহুগী তুংদা পাকান্নচিংবা শেম শারো হায়হুনা দাসীশিংদা য়াথং পীবিরে। অহুদগী শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা সাধক দাসীনা রসয়ঘর শেংদোক্রুনা গেহুগী য়াম, ঘী, শঙ্গোম অকম্বা, চিনি, চিনি অঙাংবা, মিশ্রি অমসুং মথল মথাগী মসলা লবঙ্গ, এলাচি, কিশমিশ বাদামনচিংবা শেমশারে। চন্দনকাষ্ঠনা

লৈরং হোৌগৎলে। সনাগী চৌকি থারে। অদুগী তুংদা ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা মখল মখনগী সন্দেশ—শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রি পেন্নরবা কর্পূরকেলি, অমৃত কেলি, প্রজুক্তগ্রন্থি, বড়া, খাজা, মনোহরলড্ডু, তিলক, কদম্ব, িশ্রিচন্দ্র অসিনচিংবা হোত্নুনা শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা লুবাক থম্না হাপ্‌লে অমসুং সূর্য্য পূজাগীনা তোঙান্না শেম শারে। কনাগুম্বা সখীশিংনা শঙ্গোম অকম্বা, চেঙ, জবাকুসুম, রক্তচন্দন-চিংবা তক্তুনা বৈঠক্তা লোইনা থমলে। দাসীশিংনা রসয়ঘর, কোল্লিকনচিংবা তৈথোক চামথোকলে, ভাণ্ডারঘরদা কোল্লিক লোইশিল্লে। অদুগী তুংদা সখীশিংনা ইবেম্মবু ফিজেৎ লৈতেং-লগা ময়ামনা কোয়শিন্দুনা বৈঠক্তা ফমত্নুনা লৈরে: ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন কংদবসিদা মীকপ থুদিংবু যুগ কোটি অমনি খন্দুনা দর্শন ফংনিংবনা লাঙতকনখ্রে। মতম অসিদা তুলসী কস্তুরী অনি হন্নক্তুনা ললিতাগী মথুক্তা নাচোম অনি শিন্নরে, বিশাখাদা গুঞ্জামালা শিন্নরে। ললিতা বিশাখানা ইবেম্মদা থোন্নে। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধনা চুরব নাচোম অমদি গুঞ্জামালা ফংলবদা 'শ্রীকৃষ্ণবু ফংজরে' হায়বা রাথন্দা মুঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিগ্রে। তুলসা, কস্তুরী অনিগী মায়থোং মকালাম্বত্নু উরত্নুনা ইবেম্মনা হরাওনা হংলকই, "ইতা! ইবুঙো কদাইদা লৈহোইজ্রি?" তুলসীনা খুমজে, "কুসুম সরোবরদা।"

রাধা—মফমত্নুদা করি তৌহোরিবা?

তুলসী—ইবেম্মগা মিলন ওইবগী আশাদা লাঙতকনহোরি। অসিদগী চৎপ্রগা মফম অয়াম্বদা কোইথি থিরুরে। কামরণ কুঞ্জদগী নন্নাখা কুঞ্জরোমদা চৎপনি। মতমত্নুদা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ ফংত্নুনা কুসুম সরোবরগী মপান্দা চত্তুনা য়েংই। উরী মরুমদা লোৎনা য়েংবু শ্রীকৃষ্ণনে, সুবলনে, মধুমঙ্গলনে, ধনিষ্ঠানে মন্নিসি বেদীদা ফমত্নুনা লৈরমই। তাঙাত্নুদা শ্রীকৃষ্ণনা সুবলদা হায়,

"ইতাও! নংনা রাধাবু থরা কৌবিরুবা!" সুবলনা খুমই, "ইতাও! ঐবু উরগা হনুবীনা চিংনগনি, ধনিষ্ঠা থাবিয়ু।" মতমসিদা বৃন্দানা নাদা চিন্নবা লৈ অনিগা গুঞ্জামালাগা পুরক্তুনা পীররে। লৈহাউহ উবদা শ্রীকৃষ্ণগী উৎকণ্ঠা অমুক হেন্‌গৎখ্রে। শ্রীহস্তহ নিকখিবনা নাদা চিনবা ঙমদবহ উবদা মধুমঙ্গলনা লৌহনা নাদা থেৎলে। সুবলনা গুঞ্জামালাহ ইবুঙোগী ঙক্তা হুকলে। ইবুঙোনা বৃন্দা য়েংহনা, "বৃন্দে! প্রিয়াবু থুনা পুবিরকউ" বৃন্দানা, "ইবুঙো! তপথবিয়ু। ইবেম্মগী কনাগুম্বী সখী অমা লৈ হেকপা লাকনি। মঙোন্দা শিন্নহনা ঐনা ইবেম্মা পুরকনবা থাগনি।" তাঙ্গা অসিদা ঐনা চণ্ডশিন্দুনা সুবলগী মখুত্তা পান-খুদপ অমসুং মধুমঙ্গলগী মখুত্তা বৈজয়ন্তি মালা শিন্নরে। মধুমঙ্গলনা শ্রীকৃষ্ণগী ঙক্তা মালা হুকখ্রে, সুবলনা ক্বাগোক হাংদোক্তুনা পান ইনখ্রে। মতমহুদা ইবুঙোনা ইবেম্মগী শ্রীহস্তগী মুংশিবা গন্ধ ফংবদা ইবেম্মবু ফংবগুম হরাও-তুজু খি শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু উবদা হরাওবিখি। মরমদি "তুলসীদি মমঙলাফওদা রাইগা থা-নদবনি। অহনা প্রিয়া য়ৌরকলবনি, ফাগি তোগে হায়তনা কুঞ্জদা লোত্তুনা লৈরিবনি।" অসুম খল্লহনা য়াম্না লাঙতকননা নোকলহনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "তুলসী! প্রিয়াদি কদায়? মঙ্গল ওইরিকো!" ঐনা, "য়ুমদা মঙ্গল ওইহৌরি।" করি তৌহনা বন্দ লাক্রুবা?" ঐনা, "গুরুজন্না থবক শ জিন্নহৌরি।" "কবি করি তৌহৌরিবা?" "ইবুঙোদা কৎলিবনি হায়না কাউথোক্খিহনা খুজাইদগী ইশিংহ হৈদোকউরে। মাত উবদা হনুবীনা চৈহনা য়ুমদগী চথোকপা য়াদে হায়তনা থমহৌরি।" মাহুদা ইবুঙোনা ঐঙোন্দা বৃন্দাগা তান্নরগা জটিলাবু নমথাক তৌহনা ইবেম্মবু পুরকউ হায়রে। মাত্তদা ঐনা হনুবীবু নমথাক তৌনা সুকয়া য়ারোই, মরমদি সূর্য্যপূজা কাওবা ঐবু তৌরু হায়না থারকলবনি খুমলনই। মাত

ডাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "হা বিধি! ওম্মো ঙপনিদা! রাই উনবসিবু কয়া থাঁনগদৌরিবনো? মতম থুদিংমক্তা ফংঙমদেদকো" হায়হনা মাযথোং মকশিল্লি। মত্তু উবদা বৃন্দাগ ধনিষ্ঠাগনা ঐবু চৈহৎলে,— "ইবুঙোদা অত্তম তৌবা ঙৌনবরা?" ঐস্নু থরাই সুঙাইত্রত্তনা হায়জরমই, "ইবুঙো! অত্তক হাকনা রাবিগন্নু। ননাইনা ফাগি তৌবনি। ইমেম্মা শোয়দনা লেংঙক্নি।" মত্তু তাবদা ইবুঙোনা হরাওহনা নাদগী লৈহাউগী নাচোম অনিত্তু লৌথোক্তুনা ঐঙোন্দা পাবে অমস্নুং হাযবকই, "তুলসী! প্রিয়াবু থুনা যাঙনা পুরকউ। রাববা মীবু অত্তম লঙনবা হৌনদে।" মত্তুদা ঐনা শোয়দবা রা হঙ্গৎলে, "ইবেম্মদো সূর্যাপূজা চৎলু হায়হনা জটিলাগী যাথং ফংলবনি, কুন্দলতাদা শিন্নববনি। সঙ্কেতকী দমক ইবেম্মনা ঐবু থারকপনি। মফম তাকপিরে, থৌন্দনা পুজরকলগে।" মতমত্তুদা ইবুঙোনা হরাওরহনা ঙকশমদগী গুঞ্জামালা ছক্তোক্তুনা ঐঙোন্দা পাবগা সঙ্কেতকীদমক বৃন্দাদা য়েংলকপদা বৃন্দানা হাযবকই, "নাং কুণ্ডগী মপান্দা কামকেলিসুখদা কুঞ্জদা ইবেম্মবু পুরকউ। লাবলে ঐস্নু মফমত্তুদা চৎলগা শান্নবা মপোৎমচে লাওলুখিগে।" অসি হাযহনা বৃন্দাগা ঐগা অস্নুম লাকপদা লম্বীদা শৈব্যানা ঐবু উবদা রাধিকানি, বৃন্দাগা লাক্ক-মিন্নরিবনি থল্লহনা মথবাই সুংঙাইতনা নমথাক তৌনা ঙাক্সে থল্লহনা হায়রকই. "চন্দ্রাসখীনা ইবেম্মবু নিমন্ত্রণ তৌরু হায়হনা থারকপনি।" অসি হায়রুরগা ইবেম্ম নত্তে ঐনি হায়বা থঙলক্তুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "তুলসী! নহাক উম্নবা ফবেদ। ঙসি ঐথোই ইবেম্মগী ভদ্রকালি পূজা তৌগদৌরি। মত্তুগীদমক নবেম্মবু নিমন্ত্রণ তৌগে হায়হনা কোইথি থিরুরে। যুমদস্নু বন্দস্নু ফংত্রে। কদাইদা লৈবগে থরা তাকউ।" লৌনম্বগী মফমদা লৌনম্বা হৌনৈ থম্দুনা ঐস্নু "ঙসিদি শ্যামা সখীগী অম্বিকা পূজা তৌগদৌরি।

মতুগীদমক শ্রীরাধিকাবু নিমন্ত্রণ কত্তুনা শীল্লাংবগী ভার পুম্বা শিন্নখ্রে। অতুগীদমক ললিতানা ঐবু বৃন্দাগী মকমদা লৈ লৌরুনবা থারকপনি। অতুনা বৃন্দাগা ঐগা লৈ পুত্তুনা চংলিবসিনি" হায়ত্তুনা শৈব্যাগী রাও থৈদোকলমলগা, কৃষ্ণগী মনাক্তা কনা অতোপ্পসু লৈহৌদে খঙত্তুনা বৃন্দাগা লোয়নননা লাকলে। হৌজিক খরা লাপথোকলবা মতমদা তারকই—শ্রীকৃষ্ণনা শৈব্যা উবদা থওই রাওইদনা হংই, "নবেম্মা চন্দ্রাবলীদি কদাইদা করি তৌহৌই ?" মতুদা হবাওজরত্তুনা শৈব্যানা খুম্মকই, "মনেম্মোকনা ফাত্তুনা থনম্বনি। অতুবু ঐনা দুর্গাব্রতগীনি হায়গজিন্নত্তুনা পদ্মাগা লোয়নননা চন্দ্রাসখীবু তাবাকুঞ্জদা থনমলগা ইবুংঙো থিবা লাকচল্লিবনি। হৌজিক কনম তৌসি হায়বগে তাকপিরো।" মতু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিংদদি য়াবগা মপাম্মোংদা হবাউবা শাজিন্নত্তুনা শৈব্যাদা হায়রকই, "ঐস্সু য়ামনা লাঙতকনবমলবনি, ফরে। সঙ্কেতকীদমক্তি গৌরী তীর্থ তান্না পুরো, লাপলবদি গুরুজনস্সু লাকলোই। ঐদি শনশিংসি লোইশিল্লমলগা লাকলগে।" তাঙ্গা অসিদা মধুমঙ্গল লাক্তুনা হায়রৈ, "ইভাও! ধনিষ্ঠানা হায়রম্বতু কাউরবরা ? অতুগী হান্না তৌবিখো।" কৃষ্ণনা "চুমই ইভাও ! নংনা নিংশিং-লকপা ফত্রেদা। ঙসিদো শল হুনবগীদমক কংসনা চোরশিং পাবক্কনি হায়রি। বসুদেব হায়বদো বাবাগী মরূপনি। অতুনা মহাকনা বাবাদা পাউ থারকই হায়ত্তুনা বাবানা ধনিষ্ঠা থারক্তুনা শনশিংসি চ্যোকশিন্না ঙাকউ হায়রকলি। অতুনা করিগুম্বা য়ৈথাইবা পোক্তুনা ঙমত্রবদি চন্দ্রাবলীতু শাউমু হায়যুকো।" অসি হায়ত্তুনা নমথাক তৌত্তুনা শৈব্যাতু থাদোকপ্রে। রাসি তারগা বৃন্দাগা ঐগা লাকমিন্নবনি। অতুদগী বৃন্দানা ঐঙোন্দা তমই, "শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবৃন্দাবনদগী শন্নে সখাশিংনে লাকলগা গোয়াল পুল্লীদা শনশিংতু ইশিং পীথকলগা শজীক পীজয়গা সখাশিংগা লোয়নননা শ্রীগোবর্দ্ধনগী

নিংখিজদা য়েংনা-য়েংনা শ্রীমানসীগঙ্গা য়োরকই। শ্রীমানসীগঙ্গাগী নিংথিজবদি :— মায়কৈ মখিদা সখা মখল মরিগী কৃষ্ণ, মখল মখা অয়াম্বা মণিনা য়েকথোংপা ইনৌত্রা নৌত্নবা লৈবা উ উরীদা হৈ-লৈনা ময়াং কায়বা, অঙকপগী মশক ফংনা মহৈ মপান্না লুমত্নবা মরু লংকলবা উ পরেং পরেং, মখল মখা অয়াম্বা উচেকনা থোংলিবা, সনাগী লৈমায়দা মখল মখা অয়াম্বা মণিপার্স্ব, সনাগী উরী, হৈ-লৈনা কোয়শিন্দুনা কজরবা কৃষ্ণ, মখল মখা অয়াম্বা মণিগী থাক। ব্রজদা গিরিগোবর্দ্ধনসি বিষ্ণুগী মশকনি। মহেশ্বর তন্ত্রদা অসুমনা হায়রি—নোংমগী শুনিত্না শ্রীনারদনা ভবানীগী মফমদগী ডকশমদা শিরম্বা লীক পরেংস্থ ফংজরত্নবা অহাঙবা অতিযাগী লম্বাঁদা অসুম লাকপদা ব্রজমণ্ডল উকবদা প্রেমনা জ্ঞান মাঙলত্নবা থুং থরা কোমলুবনগী হায়রিবা রত্নপুর দু তাথোক-খিত্নবা থা-অরাং ওইনা ইশাং শাংনা পুছরিদগী কুসুম সরোবর ফাওবসি ওইনা চাঁংগী মশক ওইনা ক্রোশ ৮ শাংবা ক্রোশ ৪ পাকপা, ক্রোশ ১৬ রাংবা নুং মচু মখল ৮গী ওইবা, কৃষ্ণ, হৈকোল, লৈকোল, উ-উরী, হৈ-লৈ, উচেক-রায়াগা লোয়নন অতোপ্পা কল্প অমদগী হৌনা লেঙদবা ওইন বিরাজমান ওইরি। মসিদা মচু মখল নিপানগী নুং মচেং মচংনা য়ানশিন্নবদা মরক মরক্তা ঋতু তরুকনা মতম থুদিং নৌনা থৌগল তৌরি। লৈনা শাংকায়-রবদা হুংশিবা মনম ফংবদা থোইমুনা ডংলি, কোকিলন খোংলি, রাহোংনা জগোই শাব্রি। গিরিরাজদগী মচু মখল ৮গী চাঁংগী ঈচেল চেম্বরি। মত্নদা উচেকশিংনা ইরুজবদা মাগী মাগী মমি তাবত্নু উবদা ডকনা শুজ্বংনরি। গিরিরাজ অসি রাহোংগী মওংনি। গোবর্দ্ধনগী বক্ষদেশদা হরিদেব গোপালদেবগী কুঞ্জাগার লৈ। খা থংবা মায়কৈদা রাহোং মমৈ মানবা মফমদা থাগী মওং মাম্না য়েকপগুমলবা গোবিন্দকুণ্ড, সুরভিকুণ্ড, অপ্সরা-অপ্সরীকুণ্ড,

হরজীকুণ্ড, ঐরাবতকুণ্ড, শক্রকুণ্ড, কুঞ্জ অমদি লৈকোম্নচিংবা লৈ। খোরাঁদা লৈবা রেখাগুমনা কুসুম সরোবর, কুঞ্জ অমসুং লৈকোম্নচিংবা লৈ। চীং অসিগী অরাংদা মায়, মিং অমসুং নাতোম্নচিংবা ওইনা শ্রীরাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড, ললিতাকুণ্ড অমসুং কুঞ্জ লৈকোম্নচিংবগা লোয়ননা লৈ। রাহোং মওং মানবা গোবর্দ্ধনগী বক্ষস্থলদা পাকলবা অমসুং শনগীনমক্তা তরু-তরুবা ইশিংনা থলবা শ্রীকৃষ্ণগী মানস (পুকনিংগী অপাম্বা) দগী পোকপা মানসীগঙ্গানা ভাম্লোইরি। মসিগী মায়কৈ মরিদা মথল মথা অয়াম্বা মণিনা থামলবা থাক থাক নাইরবা সনানা যৈবা ঘাট মথল মরি। ঘাট অমমমগী নাক য়েত্তা য়ূমথক রাংনা পানবা মন্দির মচা (বুরুজ), শূমাঙ, মণ্ডপ অমসুং মঙল মখা অয়াম্বা মণিনা য়ৈবা থুকউমুক রাংব, থাঙতুক রাংবা, থঞ্জানমুক রাংনা বেদী ময়াম লৈ। হায়রিব গঙ্গাসিগী ইশিংদা থম্বাল মথল মরিদা মচু মথল মরিগী খোইমু ইখি। সুংশিৎনা লিরি লিরি শাৎপদা ঈথক হোরি। ইশিংদগী অসুম তোঙথৎলক্লুনা পাকলবা পুলিন অহুমথক লৈ। পুলিনশিংত্তবু কোয়শিন্দুনা উ-উরীনচিংবা হোরি, মত্তদা উচেক য়ারানা খোংলি। তোর্ব্বান্দা ভাসু, কাওত্তনা খোংলি। পুলিন্দা কুঞ্জ, মাণ্ডপনচিংবা লৈ। মত্তদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা মতম মতমগী গঙ্গাদা জলক্রীড়ানচিংবা নৌকা বিহারনচিংবা বিলাস অমসুং স্নান লোইরগা ফিজেৎ লৈতেংহ্নুনা অথুম-অহাউনচিংবা চাত্তনা বিশ্রাম তৌই; শ্রীরামকৃষ্ণনা সখাশিঙ্গা লোয়ননা মধ্যাহ্নগী স্নান লোইরগা তোঙান তোঙানবা পুলিন্দা ফমহুনা মাত্তানা পীরকপা মিষ্টান্ন, পাকান্নচিংবা চাখিমৈ। গঙ্গাসিগী অরাংদা, মৈরমদা, মোইরাং লায়জীদা অমসুং কোক্রুদা গোঘাট মরিথক লৈ। হায়রিবা গোঘাটশিংসিদা শন, ইরোইনচিংবনা ইশিং থকই, ইরুকৈ। কোক্রুগী ঘাট মনাক্নগী ইচেল অমা চেনখিহ্নুনা যাবটকী

পারল গঙ্গাগা তিন্নরুই। মফম অদুদগী ইচেল অতোপ্পা অমা চেনখিন্তনা বর্ষান্দা ভানুঘরদা তারুই। নৈরমগী ঘাট অদুদগী ইচেল অমা চেনখিন্তনা চন্দ্রসরোবরদা তারুই। মফম অদুদা মতম মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী বংশানাদদা যমুনানা ঈচৌরকলবদা পাখৎ-লক্লুনা চেপ্পোরকপা ইচেলনা সরোবর অসিদা তিল্লে। মানসী-গঙ্গাগী অরাংগী ঘাটকী মথক্তা ইশিং কংফানগী ময়ায় থোকপা মফমদা অশংবা, নাপু, অঙোব অমম্বুং অঙাংবা নুংনা য়ৈবা পাকলবা লমহুদা সনাখোংনাং, হৈখাগোক, বটবৃক্ষনা কোয়শিল্লবা বনগী মনুংদা সনানা য়ৈবা শুমাঙদা ঙাংড্রানরবা মণিনা হৎপা শুকনা ঙৌনা ফজরবা রত্নমন্দির মনুংদা চকলেশ্বর মহাদেবনা ভাপ্পোইদুনা জপ ধ্যান তৌদুনা চৌংগী মশক ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌরি। মহুগী মপান্দা থম্বানগী থমচেৎ মওং মানবা সনানা য়ৈবা লমহুদা হৈনৌ, অশোক, লৈহাউ, কদম্বনচিংবা উদা মাধবী, মল্লিকা, স্বর্ণযূথী, অসিনচিংবা উরানা য়েত্তুনা মনা মপান্না য়োমশিন্দুনা শুকলবা ফজরবা পাকলবা বন অমা লৈ। মফম অসিদা চোঙঙা তেনরানচিংবা উচেকনা খোংলি, লৈমায়ত্ত লৈগী লৈরিকনা শানবা থুংনা চাইরি। বনগী ময়ায়দা মন নিপান পানবা থম্বানগী মওংদা সনা মচুগী নুংদা মণি মথল নিপান্না য়েকখোৎলবা বেদী, শুমাং, কুঞ্জাগার, মণ্ডপনচিংবনা লৈত্তেংলবা মফম অমা লৈ। মণি থিবিক অহুগী মঙান্না মুমিৎ-থাগী মঙানবু নমহত্তুনা মাইকৈ নিপান্দা হাইদোক্লুনা লূরবা ইশিংগী মদিনা অমুক্কা য়ৈহুনা নিংথীজরি। হায়রিবা কুঞ্জসিগী মমিং অশোকনন্দদা কুঞ্জ কৌই। মসিগী মনুংদা আসন, শয্যা, কাওশেল, হুমাইনচিংবা মফম চানা-চানা শেম-শাহুনা লৈ। ভাণ্ডাসিদা ধনিষ্ঠানা শাকান্ন, রসালনচিংবা মিষ্টান্ন পাকান্ন পুরক্লুনা পাঁররে। শ্রীকৃষ্ণনা হংলকই, "বাবাগা ইমাগা করম তৌহৌরি?" ধনিষ্ঠানা খুমই, "ইদুহোগী মঙ্গল ওইনবা

হায়দুনা স্নান লোইরগা ফিজেৎ লৈতেংদুনা শ্রীনারয়ণগী ভোগ কৎপা লোইরগা ব্রাহ্মণ কয়া ভোজন তৌহল্লে। হীরা মণিমুক্তা কয়া দান তৌদুনা পেলহনবা লোইরগা চাবা থকপা লোইহোরে। মখোইনা চাবা লোইরগা ইবুঙোগীদমক অচাপোৎশিংসি থিল্লু হায়দুনা ঐবু থারকলিবসিনি।" মদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণ হরাওরদুনা সখা পুমনমকপু মথং মনাও নাইনা ফমহল্লে। সখা কনানা থমনাদা, কনানা কেরা মনাদা, কনানা লৈ মনাদা, কনানা লফুলাদা মাগী মাগী চাননবা হাপ্তুনা চারে; ইশিং থকননবা শিঙ্গা বেমুদা হাপনখি। মতৌ অমুম তৌনা রাম কৃষ্ণ, য়েস্তা সুহৃদ সখা, ওয়দা প্রিয় সখা, মাঙদা মধুমঙ্গল, মওং অমুম ফমদুনা মথল মখা অয়াম্বা মিষ্টান্ন, পাক্কান্ন, মথল মখা অয়াম্বা আচার —হৈনৌ, জাম, হৈগ্রুনচিংবা য়েন্দুনা চারে। সখাশিংনা মাগী মাগী মমানা থারকপা অচাপোৎ চারগা, ঐগীসি য়ামনা হাউই, ঐগীসি য়ামনা থুমই—খরা চাও হায়দুনা মাগী মাগী পাত্রদগী লোদুনা অমনা অমদা হাপনদুনা মহৈ মহৈ চারে। চাবা লোইরগা আচমন তৌদুনা রত্ন বেদীদা ফমলে, দাসশিংনা তাম্বুল লানশিল্লে—হুমাইনচিংবা থোগল তৌরে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বলরাম য়েংদুনা হায়রকই, "দাউজী! মফম অসিদা সখাশিংগা লোয়ননা লৈবিরম্মু। মধুমঙ্গল অমসুং সুবল পুদুনা বসন্ত বনগী নিংথীজবা য়েংজরুশিগে" অসি হায়দুনা সখা অনি পুদুনা লেঙথোকল্রে। মতমদুদা ধনিষ্ঠানা দাসীশিংদা হায়, "নখোই পাত্র পুরগা য়ুমদা চৎলমলো, ঐদি নারায়ণ পূজাগীদমক লৈ থিরকখিগে।" অসি হায়দুনা মখোইদু থাদোকল্লে। অদুগী তুংদা ধনিষ্ঠানা সুবল, মধুমঙ্গল অমদি কৃষ্ণগী তুং ইন্দুনা কুসুম সরোবরদা লাকলে। কুসুম সরোবরগী নিংথিজবদি—মথল মখা অয়াম্বা মণিনা হৎপা সিড়ী, মায়কৈ মরিদা ঘাট মরি, ঘাটকী নাকয়েস্তা

ইশিংদগী হৌগৎলকপা মতোন রাংবা মন্দির মচা মচা। মহুগী মথক্তা মথল মথা অয়াম্বা য়েকখোৎপা ফৌরাল, থরো, পারিকথানচিংবা, থম্বাল মথল মবিনা ইশিংদা শাৎলিবা, মনম শুংশিবহুদা খোইমুনা চবুল চবুল লৈগী চুপই। উৎমানবা, নাপু, অঙাংবা, অঙৌবা মচু মরিগী ভাস্থ-কাংঙনা খোংলিবা। ঘাটকী মথক্তা মণ্ডপ মরি। মথল মথাগী মণিনা য়াম্থরবা সুখোঙ, অঙকপা ফংনা য়েকখোংলি, মথক্তা সনাগী চফুনা লৈতেংলিবা। মায়কৈ মরিদা ঋতু তরুকনা থৌগল্লি। মথল মথা অয়াম্বা উগী জাৎ —মন্দার, হরিচন্দন, পারিজাৎ, সন্তান, হৈনৌ, বকুল, কদম্ব, কেশব, লৈহাউনচিংবা; মহুদা যেৎলিবা মাধবী, মালতী, স্বর্ণ যুথী, নবমল্লিকানচিংবনা শাৎলিবা। লৈগী মনম শুংশিবদু ফংবদা খোইমুনা ঙংলিবা, কোকিলনা, ভরদ্বাজ কৌবা উচেকনা শুংশিনা খোংলিবা, রাহোংনা জগোই শারিবা মরক মরক্তা বত্নবেদী —চিথেক মরি নাইবা, তরুক নাইবা—মথল মথা অয়াম্বা মণিনা য়েকখোত্তুনা নিংথিজরি। ফজবা খিবিকসি য়েংহুনা বেদী মথক্তা ফমহুনা শ্রীকৃষ্ণ, মধুমঙ্গল অমসুং সুবল লৈরমই, ধনিষ্ঠাসু য়াওরমই। অসুমনা বৃন্দানা ননাই ঐভোন্দা তম্বনি।

তুলসীগী রাসি তাবগা ললিতানা হায়রকই, “তুলসী! ফরে, নংগী পাউসি। কৃষ্ণগী মনাক্তা শৈব্যা লৈহোই হায়বা। চন্দ্রাবলীগী প্রেমনা সবোবর ওইবহুনা শৈব্যাগী রাহৈনা লাং ওইহুনা কৃষ্ণসার শজী অমুবহুবু ফাহোরে। অহুনা তকিং তফিং চৎপা চুমদে। চৎলুরবদি ইজ্জৎ মাঙগনি।” মহু তাবদা ইবেম্মদি লাঙতন্সনরে। “যুমদনা গুরুজন্না, মপান্দনা শৈব্যা, পদ্মানা মপাঙ্গল কনগ্রবা; বন্দনা সখাশিংন শুংথিল চুন্না কৃষ্ণতগা লোয়নহুনা লৈ। অকায়বসি য়ামগ্রেদকে.! হে ফত্রবা বিধাতা! করিগীনো নহাকনা অসুক য়ামনা ফংবদা রানবা শেমলমলিবা?”

মতৌ অম্মুমনা শ্রীরাধিকানা থরায় রানা বিশাখাগী লেংবাল্লা কোল্লগা উৎকণ্ঠানা হেঞ্জিল্লক্তুনা কপনা কপনা হায়রকই, "ইভা ! শ্রীকৃষ্ণগী গুণ মডানা ঐগী ইন্দ্রি মঙাবু আকর্ষণ তৌখ্রে। হায়উ ইতা ! হৌক্তিক তৌগদোবা উপায় করিনো ? শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দ-র্য্যামৃতগী সমুদ্রতনা ঐগী পুকনিংগী মশক ওইরবা চাংসিবু থৃক্কংথ্রে। তাবদা মুঙাইরবা (ইনৌতা নৌবা) রাহৈগী অমৃততনা ঐগী নাকোংবু, থা কোটিদগী হেন্না ঈংলবা শ্রীঅঙ্গস্পর্শগী অমৃততনা ঐগী উনশাবু, অধরামৃতনা ঐগী লৈয়েংবু, কৃইনা হোরকপা নোংবু ভমজবা কুচুনা ঐগী মীৎপু অমসুং মৃগমদ অগরুনা তৈরবা অঙ্গগী গন্ধনা ঐগী নাতোনবু—মতৌ অম্মুমনা ইন্দ্রি মঙামকপু আকর্ষণ তৌখ্রে। হৌক্তিক করি উপায়নো হায়রো।" অসি-গুম্বা ইবেম্মগী রাসি তাবদা বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণতবু কদাইদা লৈরমগ-বনো হায়না রাখ্রে। তাঙ্গা অসিদা ইবেম্মগী হকচাংদা মঙ্গলগী মশক ওইবা থুদম থরা ফাওরকলে। —ওয়থংবা স্তন, কৈরু, পাম্বোম অমসুং মীৎ চোংই। অতুম ওইনএক প্রণয়না ভাওখিতনা থরায় রাবদি তোক্কে। মতম অসিদা ধনিষ্ঠানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তগী লাক্তুনা থুংলরে। মাবু উবদা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণনা থারকপনি খঙলতনা পুকনিংদদি হরাওরে। মপাম্বোংদা রাশিন্নতনা কৃষ্ণগী পাউ হংই, "ইতা কাদামদগীনো ?" ধনিষ্ঠা—"শ্রীগোবর্দ্ধনগী মাধব বসন্তবন্দগীনি।" "অতুদি মতুগী কজবতু অমুক্তা তম্মুদনা!" ধনিষ্ঠানা হায়, "শ্রীকৃষ্ণস শ্রীগোবর্দ্ধনগিরিরাজগা বসন্তদদি চপ মান্নে। শ্রীকৃষ্ণগী সনাকোগেনা কজবগুমনা গিরিগীনা নাপুমচুগী মুংনা কজরি; শ্রীকৃষ্ণগী শরিক মচা পরেং, চাংগীনা চাংগী ঈচেল মচা অচৌবা; শ্রীকৃষ্ণগী ভকশমদা বনমালা, চাংগীনা উ-উন্নীদা নিংথিনা শাৎকায়রবা লৈ ময়াম; শ্রীকৃষ্ণগী কৌস্তভমণি, চাংগীনা উরোক; শ্রীকৃষ্ণগী লাইবক্তা বলয়চন্দনগী তিলক, চাংগীনা

নাশাবৃক্ষগী তিলক ; শ্রীকৃষ্ণগী রাহোং মতুগী চূড়া, চাংগীনা রাহোংনা মমৈ ফম্লোক্তুনা জগোই শাবত্তুনা মুকুটকী লৈতেং ; শ্রীকৃষ্ণগী অধরদা বংশী খোংই, চাংগীনা বেন্নু ( রাপাম্বী ) গী গীত। অম্মুমনা বসন্তগী নিংথিজবা শাংথানরি। হৈনৌ পাম্বীদা অনৌবা মনা ময়োল—মত্তুদা কোকিলগী পুকনিং হূবা খোঞ্জেল। শাংকায়রবা মাধবী উরীদা ঙংলিবা খোইমুগী মখোন্না যুবতীগী কাম হেঙ্গৎহল্লি। অসিগুম্বা ফজবসি শাংথাবা ঙম্বা নত্তে।" ধনিষ্ঠাগী হৈরবা রাঙাংত্ত তাবদা ইবেম্মনা তুংঙাইরত্তুনা অমুকা মাগী রাঙাং তানিংত্তুনা হংলকই, "হায়উ ইতা! কদাইদা চংকনৌরিবা?" ধনিষ্ঠা—"অসিদা লাকচরিবনি।" ইবেম্মা—"করি থবক্কীনো শেংনা হায়উ।" ধনিষ্ঠা—"শ্রীকৃষ্ণনো কাম কোবা য়েকনবনা মায়থাবা পীহোরে। মহৌশাদি শ্রীকৃষ্ণগী রূপনা মদনবু মায়থাবা পীরম্বনি। মত্তুদা শাউরত্তুনা লৈগী লীক্লং-.তন পায়ত্তুনা খোঙমী লাম্মী ময়াম লোয়নত্তুনা ইবেম্মগী কুণ্ডগী নারক্তা মায়কৈ মরি কোয়শিন্দুনা কামগী তেম্না ইবুংঙোদা পাহল্লোরে। ইবুঙোগী উপায় লৈহৌদ্রে। ইবুঙোগা লোয়নরিবা হায়বসি ইবুঙোগী মমিতা ঙায়হোরে। মরম অসিনা ইবেম্মগী মতেং পামই মমাংঙৈদা নখোই থাইবু হিংচাবনচিংবগী মথুত্তগী হৌক্ত হৌক্ত কনবিথি। হৌজিক্তি ইবুঙোহু খুদোংথীবদা তারে। মরম অত্তুনা থীম্মনা লেঙবিরো ; ইবুঙোবু কনবিরো। নত্রবদি তৌবিমল থঙদবা থোক্কনি" ইবেম্মনা খুম্মকই, "কৃষ্ণদি মদনমোহন হায়বদি মদনবু শুক্কৎপনি, মদন্না কৃষ্ণবু করমনা শুক্কংলিবনো?" ধনিষ্ঠা—"ইবেম্মা য়াওদনদি চুমনগী মদন ওইজবনি, ইবেম্মগা লৈমিন্নরবা মতমদা মদনবু শুক্কৎপনি। শাংকায়রবা লৈগী কুঞ্জদা লীলাগীদমক্তা ইবেম্মা লেঙঙকপগী লম্বী য়েংত্তুনা লৈহৌরি। শ্রীকৃষ্ণদি হৈশিংবদা মপা লৈতবনি. ইবেম্মনা মথোং কারকপগী থম থেংবীনি। মরম অসিনা ইবেম্মনা

নশাবু ইবুঙোদা কথোক্লুনা মদনশুথদা কৃষ্ণদা শান্নহনা ইবুঙোগী নীংবা থুংহনবিয়ু।" অসিগুম্বা ধনিষ্ঠাগী রাসি তাবদা ভাব থিবিক ফাওরক্লুনা ইবেম্মনা পেনবিখি।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা গঙ্গা মপান্দা তমালপাম্বীগী বেদীদা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। লৈগী মনম ফংবদা ভংলকপা খোইমুগী খোঙ্গেল তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মগু তাবদা ভক্তশিংনা অ্জান তারক্লুনা সিদ্ধদেহদগী সাধকদেহদা হল্লিল্লকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লে। প্রভুশু ভাবশান্ত ওইরে। আজানুলম্বিত ওইরবা পাম্বোম অনি তিংথোক্লুনা থাইবু আলিঙ্গন তৌবিরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কংলে প্রভুগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দ ফংনরে॥

মতাং অসিদা পূর্ব্বরাগলীলা লোইরে।



# মধ্যাহ্ন লীলা

**সহালি শ্রীরাধাসহিত হরিলীলাং বহুবিধাং,**
**স্মরন্মধ্যাহ্নীয়াং পুলকিত তনুর্গদ্গদবচাঃ।**
**ব্রুবন্ ব্যক্তং তাঞ্চ স্বজনগণ-মধ্যেঽনুকুরুতে,**
**শচীসূনুর্যস্তং ভজ মম মনস্ত্বং বত সদা॥**

শ্রীমহাপ্রভুনা 'ঐসি রাধানি, সূর্য্যপূজা চৎলিবনি' হায়বা ভাব অসিদা হোগত্তুনা ইন্নফিনা কোক্তুগী মায ফাওবা থুমত্তুনা লেপ্পলকলে শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, শ্রীবাসনচিংবা ভক্তবৃন্দনা পুং করতাল পায়তুনা প্রভুগী ভাব মতুং ইন্না পদ কীর্ত্তন তৌন-তৌনা চৎলি। মতৌ অসুমনা লাকপনা ছয়ঋতু বন্দা রত্নবেদীগী মথক্তা যেত্তা শ্রীনিত্যানন্দ, মাঙদা শ্রীঅদ্বৈত, ওয়দা শ্রীগদাধর, তুংদা শ্রীবাস, মায়কৈ মরিদা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা লেঙশিল্লে। দাসশিংনা তাম্বুল লানশিন্দুনা হুমাই থৌগল তৌই। বন্না ফজশিবা ঋতু তকক্কী তোঙান তোঙানবা উ-উরীনা নংহ মপান্না লুমত্তুনা মরু লুকলিবা, লৈগী লৈনম কংবদা খোইমুনা ঙংলিবা কোকিলনা খোংলিবা। মযায়দা রত্নসিংহাসন —সনা মচুগী নোংশা মরিনা পুবনি, লুমিৎ কোটি অমগা মান্নবা মশেক মঙান্না ঙাল্লি, মথক্তা থাক্কল; মতুগী অকোয়বদা রত্নগী মরীনা ঋালর য়াম্বুরি। মন্দিব অসিগী মায়কৈ মরিদা উ মরি—মন্দার, হরিচন্দন, পারিজাত অমসুং সন্তান। মতুদা যেৎলিবা মাধবী, মালতী, স্বর্ণযূথী, নবমল্লিকানা হায়রিবা মন্দিরতুগী মথক্তা মায়কৈ মরিদা মণ্ডপকী মওংদা শন্দোকলি। লৈগী সুংশিবা মনম কংবদা ঙংলকপা খোইমুগী মখোল তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন্নি হায়না ভাবাবেশ ওইখ্রে। মতম অতুদা স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খংতুনা, শ্রীরাধিকানা সূর্য্যপূজা লেঙবা শ্রীকুণ্ডদা

মিলন ওইবা, শ্রীঅঙ্গবর্ণগচিংবা পর মথং মথং শকলক্লে। মহু তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা নয়ন্দা পি শিন্থৎনা ভাবাবেশ ওইবিথি। ভক্তশিংগু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা ব্রজদা শ্রীরাধ-কৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

**মধ্যাহ্নেঽন্যোন্যসঙ্গোদিত-বিবিধবিকারাদি-ভূষা-প্রমুগ্ধৌ,**
**বামোৎকণ্ঠাতি লোলৌ স্মরমখ-ললিতাদ্যালিনর্ম প্রশাতৌ।**
**দোলারন্যাম্বু-বংশীহৃতিরতি-মধুপানার্ক-পূজাদি-লালৌ,**
**রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজনঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি॥**

অসোমদা শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়নন শ্রীকৃষ্ণগী পাউ তাবদা সুঙাইহনা লৈরিঙৈদা কুন্দলতানা জটিলাগী মনাক্তা চঙহনা সূর্য্যপূজা চৎননবা য়াথং নিজুরে। জটিলানা য়ামনা চাকশিন্না কুন্দলতাগী মক্তমদা য়াথং পারকলে। মতে অমুমনা পূজা চৎপা শাহনা থুনা য়াঙনা ইবেম্মনা লেঙখতুনা ওয়থ বা শ্রীরাধানা কুন্দলতাগী মথুং পায়হনা, য়েৎনা ল লাকমল পায়হনা তুলসীগা ধনিষ্ঠাগনা মাইদা, ওযদা বিশাখা, অনঙ্গমঞ্জরী, য়েগা ললিতা মায়কৈ মরিদা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণদর্শনগী দমক লেঙলকলে। ময়ামহুগী তুংদা শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী, অহুগী তুংদা শ্রীগুরুমঞ্জরীনচিংবী, অহুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত মতুং ইন্না সাধকদাসীনা শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা অথুম-অহাউনচিংবা হাপ্পা পাত্র পুহনা চৎলি। অতে দাসীশিংনা সূর্য্যপূজাগী পোৎচৈ পুহনা চৎলি। ব্রজগী মপান্দা লেঙথোরকপদা ইবেম্মনা মঙ্গলগী মশক ওইবা শুদম য়ামনা থেংনরে—যুবতী অমনা শঙ্গোম অকম্বা হাপ্পা পাত্র পুহনা চৎলমই, শনবা শন্নাউ পুন্না লৈরমই, চাষপক্ষী (নীলকণ্ঠপক্ষী), শনম্বা, শক্তীনচিংবা, শল্লাবনা য়েত্তা, তুরেন্দ থম্বাল শাৎলি, মহুদা খোইমু ইন্নি, খমু ংচাক জোরানা ঙগোই শাল্লি। ময়ামসি উবদা ইবেম্মনা ইবুঙোগী মায়থোং, মীৎ, শমজোইনচিংবা

নীংশিংই। মতৌ অসুমনা মঙ্গলগী থুদমশিংসি উবদা শ্রীকৃষ্ণ ফগননি হায়না নাঁংঠনা অমদি শ্রীকৃষ্ণগী ধ্বজ ব্রজাঙ্কুশ-নচিংবগা লোয়নবা পদচিহ্ন থেংনহনা হয়াওনা লেঙঙকই। নোক খেহনা ঙপনা ঙপনা বন্দা লেংশিল্লকই। বন অত্তদা মাধবীনা ফজরিবা, মথল মথা অযাম্বা উরীনা লৈ শাত্তুনা মনম হুংশিবহ ফংবদা খোইমুনা ঙংলিবা, নোঙ্গৈবীনা খোংলিবা, কোকিলনা হৈশে শকলিবা। অশংবা উদালক্তা লংলবা তিলবৃক্ষ, চাউরবা উ অমদি অর্জ্জুনবৃক্ষ উবদা ইবেম্মনা কৃষ্ণগী সখা সুবল মাল্লুবে। রাহোংনা লৈতেংলবা লৈহাউ, কেশবনচিংবা উ পবেং, হলীপ্রিয়াবৃক্ষ উবদা হলধর বলরামগী মূর্ত্তি মাল্লুবে। শূকনা হৌরিবা তমাল পাম্বা উরগা ইবেম্মনা চন্দন্না লৈতেংলবা ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গনি হায়না, অমদি বেণু (বা) গী মখোন্না মাঙদা শুঙ্কংখিহনা সখাগা লোয়ননা লৈবিবা ইবুঙোনি খল্লুগনা জ্ঞান মাঙখি। উরু উরুবদা কৃষ্ণরূপ ওইনত্তা মউবে। অসুম চৎন-চৎনা ইবেম্মনা মশাবু সখাশিংনা কোযশিনবা অহুগুমনা শাৎকায়ববা স্বর্ণযূথী কৌবা লৈহু ইবেম্মা মশাগুমনা উংগ্রে। মপাল শারবা চাউববা উ অহনা বিশাখাগুম উগ্রে, নিংথিজববা বনগী ফজবা থিবিক্তুবুনা সখাশিং-গুমনা উগ্রে। যূথেশ্বরী পূননবনা সখাশিংগা লোযননা কৃষ্ণবু থিনিবনি, হৈশিংলবা সখাশিংনি কৃষ্ণবু শোযদনা ফঙ্গনি। অহবু সখীশিংগা থেংনগ্রবদা নদ পামলবা কৃষ্ণনা পাক থাদোকলোই। অসুমনা খল্লুবদা পূকনিংদা পল্লে। মতম অসিদা লম্বেন্দা শজী অমদি রাহোং কাডবু কাণ্ডবু উবগা কৃষ্ণগী শজীনি, কৃষ্ণগী রাহোংনি খনগ্রে। তমাল পাম্বগী মথোঙদগী মতোন ফাওবা যূথীলতানা য়েংপা, মাগী উশাদা রাহোংনা জগোই শারিবহ উরুবগা পূকনিং চিংনবগা লোযনবা প্রেমনা কল্লক-খম্বনবগী মশক ওইবা লিন ওইহনা ইবেম্মদা চিকলুরে। মহুগী হুনা বুদ্ধি মাঙলহনা শাউহনা

পীশূম শূকলহনা ধনিষ্ঠাদা হায়রকই. "হায় ধনিষ্ঠা হায়বী ! মাঙ-দগীসি করি ভোরে য়েংউ।" ধনিষ্ঠানা 'কদাইদা ?" ইবেম্মনা "অসিদগীসে—মাঙদগীসে করিনো হায়বনি।" ধনিষ্ঠানা "বন নত্তবা অতৈ করিস্নু উজদেনা।" ইবেম্মা "হে লোনমচাউবী ! নমিত্তু পাঙথোক্তুনা য়েংউ। অঙকপা ভাৎ-ভোবসিগী জগোইসি নং উদে ?" অত্থদগী মায়থোং মকশিন্না ইবেম্মনা ললিতাদা হায়-রকই, "য়েংউনেসে সখী! রতি হূরানবা কৃষ্ণগী দূতী ধনিষ্ঠা হায়বীসিনা ওক্তবা কৃষ্ণনা ওক্তবীগ। শান্নবা লীলা উহন্নবা হায়হনা ঐবু মকমসিদা পুরকলিবনিনেসে। অত্থগা য়েংউসে! মাগী সুরঙ্গ হায়বসিনা ঐগী সুরঙ্গিনীবু থাদোক্তুনা অভোপ্পা শঙ্গী অমোম অমগা লোয়নন্নিবসে! ঐবুস্নু উরিবনি অত্থবু থাদোক্কেনেসে! মীনম লোনম্বগা সঙ্গ ওইবনিনা মাস্নু মরমচৎ চুমদেদো। কৃষ্ণগী তাগুবী কোবা রাহোংসিস্নু কয়াদা মরিন চুমখিত্রবনে—ঐগী সঙ্গিনী (সুন্দরী) বু থাদোক্তুনা অভোপ্পী রাহোং অমগা শান্নবি। মাসি মাগী মরাল নত্তে, কৃষ্ণগা সঙ্গ ওইরুবদগী সঙ্গগী দোষননি।" রাসি ভাবদা ধনিষ্ঠানা নোকলহনা হায়রকই, "কষাদা ফজথবা নাটকনোসে! মগুণ লৈবা নাট্যকারনা তারবদি সুংঙাইজনিদা! অত্থনদি রাগনা ঙাওরবা মীগী লমচত্তি অস্নুম তোই হাইবসি কৃষ্ণগী মকমদা তস্বা তাই।" মতৌ অস্নুমনা সখীশিংনা মহৈ মহৈ নোকপসি তারগা ইবেম্মসি ইঙক ঙকলে। তপথনা পুকনিং ঈংনা য়েংশিন্নুবদদি উদা উরীনা য়েংপা ওইরমলে। সখীশিংগী মমাঙদা ইবেম্মসি ইকাইরে। মতৌ অস্নুমনা প্রেমনা ঙাওরহনা অস্নুম লাকপনা সূর্য্যমন্দির য়ৌরকলে। কামরূপ বাটী কোবা কুঞ্জনি। পুকনিং হূনা হৈ-লৈনা মরাঙ কায়না শাৎলবা বননি। মহূদা সূর্য্যদেবগী মূর্ত্তি লৈ। ইবেম্মনা সূর্য্যদেবদা খুরুমলগা খুৎ লোন্নহনা বর নিরকই, "হে দেব! য়ৈথাই থিজাইবা লৈতনা

শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ ওইজগে।" প্রতিমাগী মায়থোং মকা লাম্বহ্ উবদা হয়াওরহুনা ইবেম্মনা অমুক্তা খুরুমলগা সখীশিংগা লোয়ননা লেঙব্রে। পূজাগী পোং-চৈদি দাসী খরদা শিন্নরগা থনমই। ইবেম্মনা মখোইদা হায়ররকই, "নখোইদি মফম অসিদা অসুম লৈন-লৈনা লীলা পূমনমক উজবা ওইয়ু।" ইবেম্মগী বর অসি ফংহুনা দাসীশিংন্ত শঙংনা লৈহৌই। ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা কুঞ্জদা লেঙশিল্লকলে। মফম অহুদা কৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধগী মুংশিরবা মৃগমদ অমদি থরো অশংবগী গন্ধগা লোইনবহ্ ফংবদা ইবেম্মনা ময়াই কারবা খোইমুগুমব্রে। অসোমদা শ্রীকৃষ্ণসু ইবেম্মগী থম্বাল মনমগুমলবা অঙ্গগন্ধ ফংবদা শ্রীঅঙ্গদা তুচুংলে। ইবুঙোনা ইবেম্মা য়োৗরকলে হায়বা খঙলহুনা বৃন্দাবু থারকই। অতুগী তুংদা বৃন্দা-দেবীনা নরাখায়া কোবা কুঞ্জদা ইবেম্মগী নাক্তা থুংলরে। ইবেম্মবু উজবদা মাগী নীংবা থুংহনগদৌরিবা মূত্তিনি খন্দুনা মুঙাইজখি। অতুগী তুংদা বৃন্দানা শ্রীকৃষ্ণগী নাদা চিল্লম্বা থম্বাল অশংবা অনি ইবেম্মদা লানশিল্লি। মতু শোকপদা ইবেম্মনা কৃষ্ণস্পর্শ ফংলবনি খন্দুনা মথল মখা অয়াম্বা ভাব উদয় ওইখি। ভাব লোত্তুনা বৃন্দাদা হংলকই, "বৃন্দে! কদাইদগীনো?" বৃন্দানা—"শ্রীকৃষ্ণগী চরণ্নাক্তগী।" "কদাইদা লৈহৌবগে?" "ইবেম্মগী কুণ্ডগী বন্দা।" "করি তৌহৌরিবা?" "জগোই তমহৌরি।" "ওঝাদি কনানো?" "জগোইগী গুরুদি ইবেম্মগী মূত্তিনি। উ-উরী থুদিংদ চঙশিন্দুনা জগোই লৈনা শাহৌই।" ইবেম্মনা হায়রকই, "বৃন্দা নংদি করিসু খঙব্রে। তৌরিবা পুম্বহ্ চন্দ্রাবলীগীদমকনি। মুংশিংকী মশক ওইরবী শৈব্যানা পদ্মাগী মনম ছুম্মক্তুনা মনমহ্ ফংবদগী ইবুঙোহ্ অঙাওবা খোইমুগুম লৈরিবনি।" বৃন্দানা খুম্মকই, "অচুম্বনি, অহুবু কৃষ্ণগী নমথাক তৌবা রাহৈনা নোংলৈ মুং-শিং ওইহুনা শৈব্যাহ্ চন্দ্রাবলীগা লোয়ননা গৌরী-তীর্থ তান্না

হুমদোকখ্রে।” মতম অদুদা ইবেম্মনা হায়রকই, “মতু পূমনমক্তুনা ঐখোইদা করি কান্নগদগে? ঐখোইদি স্নানগীদমক শ্যামকুণ্ডদা লাকপনি। পাতাল গঙ্গাদা স্নান তৌরগা সূর্য্যপূজা তৌরগা তন্না হনগ্রণনি।” বৃন্দাদা অমুক হংলকই, “বৃন্দে! নংদি কদাইদা চংকদৌরিবা?” বৃন্দানা হায়রকই, “ইবেম্মগী নখোঙ থম্বান্দা চঙজগে হায়তুনা।” “করিগীদমক?” বৃন্দানা—“ইবেম্মগী রাজ্যগী রানি।” “অতদি হায়রোদনা।” বৃন্দানা—“মাধবগী (বসন্তগী) ফজবা থম থেংলে। অতনা বন শিবিকনা ইবেম্মবু উজনাংই।” মতু তাবদা কুন্দলতানা হায়রকই, “ইবেম্মসি জটিলানা সূর্য্য পূজাগীদমক ঐঙোন্দা শিন্নরকপনি। মরম অতুনা পাতালগঙ্গাদা স্নান তৌরগা তুমীন্না সূর্য্য মন্দিরদা চংলনি। কৃষ্ণগী মনম ফংবা মফমতুদা চংলোই। অতুনা মানসগঙ্গাদদি চংলোইয়ে।” বৃন্দানা হায়রকই, “নংনা য়ামনা কিরগা ঐ উপায় অমা তাক্কে। কৃষ্ণগী থম্মোইদি গঙ্গাদা নত্তে, রাধাকুণ্ডগী মদনকদলদা মীংফম হোংদনা সমাধি ওইতুনা লৈগ্রবনি। অতুনা কৃষ্ণনা করিনু উরোই—স্নান লোইরগা বাসন্তিরোমদা ফাওতুনা সূর্য্যমন্দিরদা চংখো।” মতু তাবদা ললিতানা হায়রকই, “কুন্দলতা! নংনা ননাওনিপাবু অতুক য়ামনা কিরিবা করিগীনো? অতপ লৌশিং লৈবা নংনা অপঙবাগুমনা তৌরিবা করিগীনো? মশাগী কুণ্ডদা চংলগা স্নান তৌরগা ইনীং তগনা মাধবকী (বসন্তগী) ফজবা য়েংগনি। অতুগা সুপীগী শান্নফমদা নিপা চঙবা চুমদে। অতুনা বৃন্দা নং চত্তুনা থান্না থিংলু চংলু। মাদি গোপনি, গোপ লৈফমদা লৈসনু, মফমতুদা মাগী দরকার করিনো?” বৃন্দানা খুমই, “ঐদি শোল্লি, কৃষ্ণদি অকনবনিদো। ঐনা করমনা তাম্মোকনি? তানবা তারবদি বৃষভানুনন্দিনীনা তানগদবনি।” মতু তাবদা কুণ্ডলতানা হায়রকই, বৃন্দা নংগী রাতু অপঙবা

রানি। চণ্ডিনবু পশুপতি মহাদেববু কৈদৌঙৈদা তানবা হৌনদে।” বৃন্দানা রাঙাং কাইদা তৌহনা হায়রকই, “মায়কৈ মরিদা নোং মংলকলবদা নোঙ্গৌবীনা ইশিং থৌরাংলহনা কোইয়েং য়েংহনা লৈরবদা নাতৈ চাদবা নুংশিৎ অমনা হুমদোকপ্রে। অহদা নোঙ্গৌবীদি স্বাতীনক্ষত্রগী হায়বদি নুমিৎনা চিংথৎলগা অতিয়াদগী থাদরকপা নোংগী ইশিং নত্তনদি পাৎনচিংবগী ইশিংদি থক্তেদো। অহনদি নোঙ্গৌবহ্ করমনা হিংবা ঙমরে? নথোইনা কৃষ্ণবু তানগনি হায়রিবহ্ ঐনা হাযরিবা অসিগুম্বনি।” মহ্ তাবদা ললিতানচিংবীনা খুমই, “মহ্দা নোঙ্গৌবীহ্ থোইনা রারোই। মবমদি অহিংদসু নুংথিন্দসু অনৌ-অনৌবা নোং য়ামনা তাই মাগীদমক। অহনা অতৈ কনাগীসু আশা তৌদে। চালাক তৌবত্তনি। হৌজিক অমুক নোং তারকপহ্দি হাউররোই—থকনিংলরোইএ। মবম অহনা শ্যামকুণ্ডদা স্নান তৌরগা ইবেম্মা পুহনা নুঙাইনা সূর্য্য পূজা তৌজরুনি।” বৃন্দা—“ঐদি থবক লৈরি, অসিদা লৈহৌথিনি।” অহ্দগী ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা থোকপ্রে। অসোমদা বৃন্দানা জটিলানচিংবী হহুবীশিংনা লাক্কদবা লম্বীদা সূক্ষ্মবুদ্ধি শৌবী তেনরা অমোম্ব থাপ্রে। গোরা তীর্থদগী চন্দ্রাবলীথোইনা লাক্কদবা লম্সেন্দা শুভা কৌবীবু থাপ্রে। অহুগী তুংদা বৃন্দানা লীলাগী জাগাদা পোৎলম চৈরম য়েংশিনবা লাকলে—বসন্তগী লীলানচিংবগী হিন্দোল, মধুপান, রতিক্রীড়া, জলকেলি, শুকপাঠ, পাশখেলানচিংবগী মপোৎ লাঙহনা মফম মফমদা থাপ্রে। অহুগী তুংদা ইবুঙো-ইবেম্মা অনিগী লীলা য়েংনবগীদমক নান্দীমুখীগা লোয়মনা লোত্তুনা লৈপ্রে।

অসোমদা শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌনিংবনা লাঙতকননা লেঙই। রহনা য়ৈরবা লম্বীগী নাক অনিদা বকুলগী পরেং, মহ্দা য়েংলিবা মথল মথা অয়াম্বা উরীনা

কৃংনা য়েত্তুনা ছত্রগী মওং ওইগ্রে। লৈগী লৈনম কংবদা খোইমুনা ঙংলি, কোকিলনা হুংশিনা খোংলি। হায়রিবা লম্বী অসিদা সখীশিংদা লোয়ননা চৎন-চৎনা শ্রীকৃষ্ণগী খংম্মাইদা মদনবিকার ওইহল্লবা রাখল তৌরকই। রাখল কয়া ইবেম্মগী পুকনিংদা ফাওরে—অনিংবা কয়া পোকরে। থর চৎলগা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা রাখল তৌরকই, "ভুসাইনুক তমালদা কৃষ্ণনি হায়রক্তনা সখীশিংনা কয়া নোকখি। ঐস্মু কয়া ইকাইবা নংখি।" অস্মুনা ইবেম্মনা হন্দক্কীসিবু শোয়গত্রা শোইরোইদ্রা মুন্না বিচার তৌরগা বিশাখা য়েংত্তুনা হায়রকই, "ইভা! সক্কেত্তা উবিবা রূপ অসিবু করিনো? চপ চাবা অরেপ্পত্ হায়উ। ফজবগী ভমথৈনি হায়সিরা, মাধুর্যগী তুংনফমনি হায়সিরা, থোৎ-নোবগী মচিনি হায়সিরা! মতুদগীস্মু হেল্লি। ইভা উজবদা মীৎসি পেল্লি, রূপ নত্তে রসগী সমুদ্রনি—মতুগী ইথক মবিক অমত্তনা তেংবাংনবগী তুপাংগী থরাইবু লুপহনবা ভমই। ইন্দ্রনীলমণিগী মুম্বীনি হায়সিরা মতুদি কল্লি থোক্তে, মসিদি মীৎ ঈংই। অঞ্জাওবা শামুনি হায়সিরা, মাদি বল্লা কোয়না চৎপনি, মসিদি লেপ্পুনা লৈরি। অশংবা থম্বাল্লি হায়সিরা, মতুদি ইসিংদা শাৎপনি, মসিদি কংফাম্মা লৈ। নোনা হৌবা নোংনি হায়সিরা, মতুদি অতিয়াদা লৈবনি, মসিদি লৈমায়দা লৈ। তমাল-শাম্বীনি হায়সিরা, মতুদি লেংদবনি, মসিদি লেংই। কন্দর্পরাজ মদন হায়বত্তরা, মতুদি নিরাকারনি, মসিদি সাকারনি। কাজলনি হায়সিরা, মতুদি মীত্তা লৈগদবনি। ইত করিনোনে মাংদগী-সিবো?" বিশাখা—"ইবেম্মগী শম-না, ফিরোল শেম্বিত্তুনা, মুখদা তাম্বুল ইন্দুনা নিংশেল্লা শক য়েংহনখিবদো—অত্তুগুম্বা ইবেম্মগী প্রাণনাথ অত্তুনে। ইবেম্মগী পুকনিংগী মশক ওইরবা উপাম্বীদো—আশাগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা মহৈ য়াম্লবনি।" অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু উবদা সুবলগী মকমদা হংই,

"ইতাও ! করাদা কল্ললবা মঙাম্নে ! মসিমু থোং-মৌবগী লক্ষ্মী হায়বহুম, কজবা নির্ম্মাঙনি হায়বহুগী মূর্ত্তিম্ন, মথোং কামরুপগী ঊচাওবা, মুঙাইবগী মঙা চেমবা ঐগী মংলা, মুঙাইবগী তুরেল্লা, অমৃতগী ঈচেল্লা ! ঐগী ইন্দ্রি পুম্বা পুমপেল পেল্লে।" সুবলনা হায়রকই, "ইতাও ! নহাকী প্রাণপ্রিয়া শ্রীরাধিকানিনে। মীংনা নোংইম্নি, নাতোম্না খোইমুনি, লৈয়েংনা কোকিলনি, না-পনা উনানি—শকনা কয়া পুকনিং হুরিবা অমদি অঙ্গগন্ধনা কয়া হুংশিরিবা !" অমুমনা মহৈ মহৈ রূপদর্শন তৌনবদা আনন্দদা লুপলহুনা প্রেমনা গুরু, পুকনিং-হকচাংনা শিষ্য ওইরন্তনা তক্ষিং তক্ষিংনচিংবা হরাওবগী ভাব পোকখ্রে, সাত্ত্বিকনচিংবা ভাব-অলঙ্কার কুনগনিথোইনা লৈতেংখ্রে। পিতাবা, নিকপা, তুচুংবা, কুচু ওনবা, ছমাং ভাবা, যুম্বাগুননা লেপ্পা, নোকপা, রাহৈ মতং মতং ঙাংবা, কিলকিঞ্চিত ( গর্ব্ব, অভিলাস, কপ্পা, অকিবা, অশাউবা, থম্বনবা অসিনচিংবনা মতম অমত্তুদা ফাওবা ), ললিত, ভাব, হাব, হেলা, শোভা, কান্তি, দীপ্তি, মাধুর্য্য, প্রগলভা, ঔদার্য্য, লীলা, বিলাস হায়রিবা অলঙ্কার কুনগা নিথোইনা ইবেম্মগী অঙ্গদা লৈতেংখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদনা ভাব, হাব, শোভা, সপ্তসাত্ত্বিক, সুদিপ্ত, উদভাসরা, জম্ভানচিংবা অতৈ অলঙ্কার কয়ানা লৈতেংলে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী অঙ্গনা রঙ্গস্থল ( নাট্য শান্নকম ) ওইরে, মাহুদা অনিনা নাটকলাগী কৌশল ( হৈশিংবা ) কয়া উৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "প্রিয়ে ! তক্ষিং তক্ষিং লাকপদা পিকলবা থোঙহু মোংলে, অহুগা হাই-হুম্বদা ফিজেৎ লৈতেং ইহিক হিকথরে, অমুক নিংথিনা শেমজীনবিগে" অসি হায়ত্তুনা ইবেম্মগী কাঁচলী পায়গে হায়তুনা চঙশিল্লি। মতু উবদা ললিতানা থত্তুনা হায়রকই, "লোনম চাউরবা ! সখা মরক্তা লেঙখ্রো, ইবেম্মবুদি মদন সুখদা কুঞ্জদা পুরগনি।" ইবেম্মদা অমুক হায়রকই, "ইতা ! মকম অসিদা

লৈহ্রনা কাম্নদে—মালতীফুল অহু পায়খৎপিরো ” মহু ভাবদা ইবেম্মনা লৈ য়েন্দাইহু পায়খৎলে। লৈ লোগদবগী লুকথরকপদা শ্রীরাধিকাগী মায়থোং থাগী মঙান্দুনা লৈমায়দা তাবহু উবদা খোইমু অমস্থুং নোংইন্না লৈমাযদা পাইথহ্রনা অমৃত থকচরি। তাঙ্গা অসিদা শ্রীরাধিকানা লৈ লোথৎকদবগী পাম্বোম তিংথো-রকপদা খুঙ্গী নাচৈগী মখোল অমদি তাথরকপা পাম্বোমগী নিংথিবহ্র উবদা শ্রীকৃষ্ণহ্র গুঙ্কাংখ্রে। ইবুঙোনা ললিতা য়েংহ্রনা হায়রকই, “নিংথিবীশা! নখোইনা কদোমদগী লাক্লুনা লৈ হেকলরিবনো? বন অসিদি অনঙ্গরাজাগীনি। নখোই ওইরে নিত্তিগী লোইনবী কয়া পুরক্লুনা হেক হেক লৈ হংথ্রিবসে। বনগী লম্থুন হায়ববথে নখোইনা হুথিহ্রনা ইথাক হাকলে কনানো হায়হ্রনা কোয়থি থিরিবনি। ঙসিদি থেংনরেদো। হৌক্লিক অনঙ্গ নিংথৌগী নাক ভাম্না পুবা তারে—চৎলু চৎসি। চহুবা য়াবা নত্তে। মরমদি নখোইবু ধাদোকপ্রবদি নিংথৌনা ঐঙোন্দা দণ্ডি পীগদৌরিবনি ” মহু ভাবদা ললিতানা, “লোনম হৈবা! অনঙ্গ রাজা হাযবহু কনানো? ঐখোইদি মমিংহু মঙন্দা ক্লাওবা তাখিদ্রি। বন অসিদি ইবেম্মা রাধিকাগীনি। ঐখোইনা নিত্তিগী ইনিং তমনা সূর্যাপূজাগীদমক লৈ হেকলিবনি। বন ঙাকপা কনাম্নু লৈংভনা।” শ্রীকৃষ্ণ “ঋকনা শেম্বা পুরাণ্দা হায়রি “কৃষ্ণ বনং বনং”। মহুদা বৃন্দানা খুমই, “বেদ, শ্রুতি অমস্থুং স্মৃতিনা হায়রি, “রাধা বৃন্দাবনে বনে।” কৃষ্ণনা খুমই, “রাধাগী বন ওইরবদম্নু লৈ হূরান্দুনা বনগী ফজবা মাঙহন্নিবসিবু করিগীনো?” বৃন্দা —“ইবেম্মগী অঙ্গকান্তিনা বনগী ফজবা হেঙ্গৎহন্নিবনি—খুয়া থম্বালনা উনা অনৌববু মচু ফজহন্নি, মায়থোং থম্বাম্না বনগী থম্বানবু ফজহন্নি, মীৎনা থম্বাংচাকপু অমস্থুং থম্বাল অণংববু ফজহন্নি, য়া-পরেংনা কুন্দ অপোববু ফজহন্নিবনি।” কৃষ্ণনা

—"নাবেম্মগী অঙ্গকান্তিনা লৈ শাংকাইহল্লি হায়রবদি, কাঁচলী মরুমদা ভাংড্রাবা লৈ অপোম্বা লোংলিবচি করিগীনো ?" অসি হায়ত্তুনা কাঞ্চুলী পায়গে হায়ত্তুনা চডশিল্লি। মতম অত্তুদা ইবেম্মনা মীৎচিনা ইনুড়োরোমদা য়েংলগা তথরুপা মীৎকী তেন্না ইবুঙোগী খম্মোইদা থাত্তুনা হাইরেক্‌ মোমোন তৌনা হায়রকই, "মীগী মপোং লোরগা অফবা শাহ্নন প্রাকৃত অপ্রাকৃত ওইবা পোৎ পুমনমকপু হুবিনগা মীড়োম্মা হুবানবা শাবাবিনসিবু কবিনো ? ইবুঙোগী ফজবা ধর্ম্মনি করি অমুক হায়রুনি—মসিগী থুদম হায়ববু বস্ত্র-হরণগী কুমারীশিংত্তুনি—মফি মবোল লোইনা হুবিখিত্তুনা মকোক্ত মথুৎ অনি লোপ্পত্তুনা স্তুতি কৎচখি অত্তুননিদো—গুণ থিবিকনা লৈতেংলবা নব যুবরাজ ওইনা ওইনা ব্রজযুবতী মগুণ লৈবা কযাম্ব লৈন-লৈনা ফিনত্তুনা কনা অমত্তুনা মচাংপা পীনিংগ্রিবদো। মত্তুগী শুড়াইতবন ব্রহ্মচারী শাক্তিম্নরিবা। শগোম্না শগোল অমোম উরগা শেকপগুমনা পনস্ত্রী উরগা মংতৌবিরিবা করিগীনো ? মত্তুবু বৃক্ষচারিগী ধর্ম্মর ? খডৈজেঐ বংশী থোংত্তুনা পরনারীগী পুকনিং শুঙ্কত্তুনা সত্তী ধর্ম্ম মাংহনগদৌবগী ফম্বিবিবনে বৃন্দাবনগী উ-উরীশিংসি কনান থাবস্ম নত্তে। বনগী মপুদি ঐনি। অত্তুগবু শাল শেল্লিবনি হায়ত্তুন বনাস লোইনা মাঙহনবিরে। হুয়ানবদি ইবুঙোনি।" অসি হায়ত্তুনা মীৎচিনা লৈত্তুনা য়েংলগা থম্বাল অশংবনা কৃষ্ণনা ফুগ্‌না তাম্লে। শ্রীকৃষ্ণনা পেনবন থম থেংগ্রে। ইবেম্মনা ললিতা য়েংত্তুনা হায়রকই, "নখোইনা ঐবু অসিদা পুবিরক্‌ুনা লোনম চাউবসিবু তাম্বোকলেদো" অত্তুগী তুংদা নোকলত্তুনা বিশাখানা কৃষ্ণদা হায়রকই, "ঐখোইগী ইবেম্মদি সূর্য্যপূজাগীদমক ইরুজরবনি, শোকপিরুম্ন—মাংথোকপিরুম্নকো।" কুন্দলতানা কৃষ্ণদা হায়রকই, "থৎনত্তুনা করি কাম্নগদগে ? অহানবদা পঞ্চদেবতা পূজাহম তোখো।" কৃষ্ণনা খুমই, "নংনা পুরোহিত

ওইযুদনা।" কুন্দলতা—"ঐদি পূজাদি হৈতে, অত্তবু নান্দিমুখীগী মচিন্দগী তাত্তুনা খরদি থঙই। য়ামনা থুপপ্রবা রানি। ইনাও-নিপানিনা ফরে তাকলগে—শ্রীরাধিকাগী ওয়থংবা কুচদা ইবুঙোগী য়েংকী শ্রীহস্তনা পূজা তৌ, মন্ত্রদি—'ওঁ গণেশায় নমঃ'। য়েংকী কুচদা ওয়গী খুৎনা পূজা তৌ, মন্ত্রদি 'ওঁ শিবায় নমঃ।' কোকথক্তা 'চণ্ডিকায়ৈ নমঃ' হায়ত্তুনা পূজা তৌ। ইবেম্মনা তৌম্ন হায়না খামনা খামনা খুৎ ওয়না বেণীমূলদা য়েংনা খনাংদা পায়রগা 'অস্মৈ বিষ্ণবে নমঃ' হায়ত্তুনা ইবেম্মগী মুখপদ্মনা ইবুঙোগী মুখপদ্মনা পূজা কৎলু। মত্তুদা পাঙ্গল থেকনা থিংলবদা ভাত্রানবা অধরদা 'নমঃ সাবিত্রায়' হায়ত্তুনা ইবুঙোগী কুন্দ মানবা য়ানা পূজা কৎলু।" মত্তু তাবদা কৃষ্ণনা পূজা তৌরগে হায়ত্তুনা চঙশিল্লি। মত্তুদা ইবেম্মনা কুন্দলতাবু চৈরগা নাদা চিনবা থম্বান্না কৃষ্ণবু ফুত্তুনা তাল্লি। কৃষ্ণনা হায়রকই, "যজ্ঞ হৌরকপদা অপনবা পাল্লিবসি খাম্মু। পঞ্চদেবতা পূজা তৌরগে হায়রগা নখোইগী নবেম্মনা শাউত্তুনা পূজা তৌহল্লে।" মত্তু তাবদা সখীশিংনা নোকলত্তুনা মখল মখা অয়াম্বা ওইদবা হায়জিন্দুনা কুন্দলতাদা ইঙ্গিত তৌত্তুনা হায়রকই, "নিপা-নুপা অনি ফীজি কিত্রবদি যজ্ঞসিদ্ধ ওইদে। ঐখোইগী ইবেম্মদি ধর্ম্ম খঙবীনি, অত্তুনা বেরা তৌরিবদো।" বিশাখাগী রাসি তাবদা কুন্দলতানা লোৎনা ইবুঙো-ইবেম্মা অনিগী ফীজি পুল্লে। মাঙদা চঙশিল্লকুনা কুন্দলতানা হায়, "ইবুঙো! অতে অমা পূজা তৌরুত্তুনা কাল্লে—নবগ্রহ পূজা তৌবিরো।" কৃষ্ণ—"ঐদি হৈতে।" কুন্দলতানা ইবেম্মগী অঙ্গদা য়েংলগা ইঙ্গিত তৌত্তুনা হায়রকই, "ইবেম্মগী অধর, মীৎ অনি, খজাই অনি, কুচ অনি, মুখ অনম্নুং লাইবক; হায়রিবা মকম মাপল অসিনি নবগ্রহগী লৈকম। অত্তুনা মকমশিং অসিদা ইবুঙোগী অধরনা অমম্নুং খুৎ অনিনা পূজা তৌরো।" মত্তু

তাবদা ইবেম্মনা, "লৌনম চাউবী নং নশানা আচার্য্য ওইবগা নংগী অঙ্গদা পূজা তৌগনু।" অসি হায়তুনা চেনগে তৌবদা ফীজি পুনশিন্নবগু উরতনা অসুবদদি শুঙাইরগা মপাম্মোংদদি মীং লাও-থোক্লুনা কৃষ্ণ, সখীশিং অ দি কুন্দলতাদা হায়রকই, "বৃষস্ব ইকায়বা খঙদবা নট, বিশাখা, ললিতানচিংবীসু নটা, কুন্দলতা-নচি বী খিবিকসু নটা মীদু করেমনবা হৈবীনি। সুপী লৈজদ্রগা পকপ্পাগী কাঞ্জি পুন্দুনা নিংবা থুংজ হোৎনবিরিবা। মিহৌবা অপাম্বনা ইকাইবা খঙদ্রে" অসি হায়তুনা ইবেম্মনা ফীজি কিন্নিবগু লৌথোককে হোৎনে। কৃষ্ণনা থানতুনা মুখ-চুম্বন তৌই। মতৌ অসুমনা খুৎকা খুৎকা পুনখিবনা ইবেম্মনা কয় হোৎনবদসু নাম্মোকপা ডমদ্রে মতু উবনা ললিতানা শাউশিন্নতুনা লে থোকলে। অদুগা হায়রকই, "ব্রজসিদা নহাক্কা লুহোংনিঙাই ফংদ্রতুনা পকন-বীগা ফজি নিব পামইবোরে। নত্তেমা য়াওবি, মাগা ফীজি কিনবিয়ু।" অদুগী তুংদা ইবেম্মনা নাম্মোকলবতুদা হবাওনা নোক্লুন কুন্দলতা যেংতুনা হায়রকই, "নখোইনা পাউতাক পীবা যজ্ঞকর্ত্ত ওইবগা লাম্ন লাম্না তাকশিল্লে। দিগপাল (মাইকৈ ঙাকপা লাই) হাম্না পূজা তৌবগা গ্রহপূজা কোম্না তৌগদবনি। অতুনা যজ্ঞসি অংগোবা লৈরে।" কুন্দলতানা—"ঐনা লানববা ইবেম্মনা লানবদা? কামযজ্ঞ তৌদ্রিঙৈদা গ্রহপূজা তৌনৈ, অদুগী তুংদা দিগপাল পূজা তৌগদবনি। মতু তাবদা কুন্দলতানা কৃষ্ণনা হংই, "করম করম্বা মফমদা দিগপাল করি করি মমিং কৌবা লৈরিবা?" কুন্দলতানা নোক্লুনা হায়, "লোইননক নমাংদা পূম্নবে—চীংথৈদা বিশাখা শঙ্করগী মূর্ত্তিনি; নোংপোক্তা ললিতানা ইন্দ্রগী মূর্ত্তিনি; মৈয়মদা সুদেবীনা অগ্নিগী মূর্ত্তিনি; মখা থংবদা তুঙ্গ-বিদ্যান যম মূর্ত্তি ওইতুনা দণ্ড পায়রি; মোইরাং লায়জীদা চিত্রান নিশাচরীগী মূর্ত্তিনি; নোংচুপ্তা রঙ্গদেবীনা বরুণগী মূর্ত্তিনি;

কৌক্রদা ইন্দুরেখানা পবনদেবগী মূর্ত্তিনি ; অরাংদা চম্পকলতানা কুবেরগী মূর্ত্তিনি। থক্তা শ্রীরূপমঞ্জরীনা ব্রহ্মাগী মূর্ত্তিনি, পাংতালদা অনঙ্গমঞ্জরীনা অনন্তগী মূর্ত্তিনি ; অসুমনা মাইকৈ ডাকপা লাই তরানা মাইকৈ তরা ডাকলি। মথাম অসিবু ইবুংঙোগী নথুং থম্বাম্না অমদি মুখনা পূজা তৌরো—পূজাহ্ন মখোইনা লৌবিরগা ইবুঙোগী নিংবা থুংহল্লকনি।" মহু তাবদা সখী পুমনমকনা নোক্নুনা কুন্দলতাবু চৈরকই, "লৌনম চাউবা, হৈশিংবা ! নঙোন্দা পূজা তৌহল্লু, অত্নগা পূজাহ্ন লৌরগা ননাওনিপাগী নিংবা থুংহল্লু।" অসি হায়রগা কৃষ্ণ চঙঙকনি কিহুনা অনি অনি পুন্না লৈনখ্রে। অসুমনা কৃষ্ণগী তথকপা শাজং ডাকথোকনবা হোৎনরে। অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা তথকপা মাংয়েংনা কোয়য়েং য়েংলগা কোয়চেন চেন্দুনা কনাগী অঙ্গদা পূজা তৌরমই, কনাবু শোকলমই, কনাগী মক্সি পায়হুনা হুঙাইনা চিংঙুই। মতৌ অসুমনা ইবুঙোনা কোয়চেল চেন্দুনা তান্নে। সখী কনানা নোল্লকনা হায়জে, কনাগুম্বীনা চৈরকই, কনাগুম্বীনা কপ্পগা লেংয়ননা নোকই, কনানা তথকপা মীংয়েংনা য়েংই, কনানা মায়থোং মকা লামই। মতৌ অসিগুম্বা সখীশিংগী মায়থোং উবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিথি। অহুগী তুংদা সখীশিংনা চেনখিহুনা শ্রীরাধিকাদা চঙজহুনা লাম্বল শাহুনা লৈংখ্রে। অকিবা লৈতবা ইবেম্মগী মীংস্না নোংইন্না ইবুঙোগী মাধুরীগী অমৃতবু থকলি। মহু উবদা কৃষ্ণনা খোঁরাংনা লাম্বল অহুবু পুগাইগে হায়না চঙশিল্লি: মহু উবদা ইবেম্মমা পীশূম শূক্রুনা ঙংলকই। মহু উরগা কিরবগী মতৌগুম চপ লেপ্লুনা কুন্দলতাদা য়েংই। কুন্দলতানা কৃষ্ণগী ইঙ্গিত হেক্তা লোইনা খঙই। কৃষ্ণনা মায়থোং মকশিনবা উরগা মাসু মকশিল্লি। কৃষ্ণ য়েংহুনা হায়রকই, "নহাক্তি পশুপতিনি, নহাকী কন্দর্পযজ্ঞসি কায়রে। লাইগী কর্ম্মদা কায়রবদি ফল সিদ্ধ ওইবা হৌনদে।

মরম অসিনা ধর্ম্ম অতৈ পাদোক্নুনা প্রণয়দা চঙজরো। করম্বা ধর্ম্ম তৌরগা মীবু লাকশিনবা য়াবগে হায়বত্থু নুম্না রাখল তৌরগা তৌরো” মসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, “কুন্দলতানা হোদোরকপা করে। ঐনা তাখি —মমাংদৈদা থায়নগী মীনা ঐবু শিবনি হায়না লৌনরমই। মমাংদৈদা দক্ষপ্রজাপতিনা যজ্ঞ তৌখি। মতম অদুদা শিবনা মশাগী অঙবু মাগী পত্নীদা পীথোকলগা যজ্ঞ মপূং ফাহনখি। মতুদা শিবনা পীখিবদি হকচাং তংথায় অমত্তনা। মতুগী ধর্ম্মহু লৌহনা ঐদি হকচাং পুম্বা পুল্লপ পীথোকে। প্রেমরসগী দাতানি, হৈশিংই হায়বা ঐগী মীংচৎ অসি দোষ লৈহল্লরোই।” মত্থু তাবদা ইবেম্মসু সখীশিংসু মীৎ-না শিংনা শাক্কেন তৌহনা লৈনপ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু আলিঙ্গন তৌগদবগী চঙশিল্লক্নুনা “হে গৌরী লাভু, ঈংলবা থাবলগুম্বনি ঐগী দেহসি লৌজো।” ইবেম্মন চেল্লি। ইবুঙোনা ফাহুনা ইবেম্মগী খুৎ পায়খ্রে। ইবেম্মনা মচেৎ মচেৎ ওইবা রাহৈনা চৈবনে, নোকপনে, কপ্পনে য়ামহুনা কৃষ্ণগী শ্রীহস্তহু কহোকনবা হোৎনহনা বদন লৈশিল্লকই। মতম অদুনা ইবেম্মগী মায়থোং থম্বানগী গন্ধ ফবদা খোইমু চবুন অমা পাইশিল্লক্নুনা মায়থোং থম্বান্দা তোংলরে। মতুদা ইবেম্মনা কিরহুনা নিপাইবগা লোয়ননা হঙ্গোইবত্থু থাদোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণদা কোনশিনখি। ইবুঙোসু ইবেম্মবু চেৎনা আলিঙ্গন তৌখ্রে। মত্থু উজবদা সখীশিংনা নোকনি নোকমি মায়থোংদা হয়াউবা, নুঙাইবা, তুচু বা ফাওখ্রে। মত্থু উবদা বৃন্দাদেবীনা নান্দীমুখীদা হংই, “শোকস্থু শোকনদনা শোকনরবগুমনা সখীশিংগী অঙ্গদা নুঙাইবা, হকচাং নিকপনচিনবা ভাব পোকলিবসিবু করম্বা মওংনো ? অহুগা উত্রগসু উনিংবা, উরগা অঙস্পর্শ পাম্বা, স্পর্শহু কংলগনা কল্লক-থম্বনবা, অসিগুম্বা অতকপা থৌওং ময়ামসি ভাব তানা অমুক্তা তাকপিয়ুবা।” মত্থু তাবদা নান্দীমুখীনা খুমই, “হে

বৃন্দে ! ব্রজগোপীশিংগী রীতিবু কনানা খঙ্গদগে ! শ্রীকৃষ্ণগী সুঙাই-নবা হোৎনবসে মীশক তোঙান তোঙানবগী তোঙান তোঙানবা চেষ্টানি। ব্রজগোপীগী মরমদি—"সখ্যঃ শ্রীরাধিকায়া ব্রজকুমুদবি-ধুর্হ্লাদিনী নামশক্তেঃ সারাংশ প্রেমবল্ল্যাঃ কিশলয়দলপুষ্পাদি-তুল্যাঃ স্বতুল্যাঃ। সিক্তায়াং কৃষ্ণলীলামৃতরসনিচয়ৈরুল্লাসন্ত্যামুষ্যাং জাতোল্লাসাঃ স্বসেকাচ্ছতগুণমধিকং সন্তি যত্তন্নচিত্রং॥" শ্রীরাধিকা হায়বীসি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনীশক্তিগী মশক ওইবী প্রেমলতানি ; সখীশিংনা মহুগী মনা মপাম্নি। শ্রীকৃষ্ণনা নোংনি, মুকুটনা চুমথাঙনি, বংশীনাদনা নোং খোংবনি। শ্রীকৃষ্ণলীলামৃতহুনা লতা পাম্বীহুদা খিকপা মতমদা, লতা মশাদগী মলানচিংবনা সুঙাইবনা শরুক কোটি অমা হেল্লি। মরম অসিদগী সখীশিংদা হর্ষ-কম্পনচিংবা ভাব ওইবনি, করিন্নু ঙককম লৈত্তে।" অসোমদা ইবেম্মদি ইবুঙোগী পাম্বোমনা পুন্দুনা লৈগ্রে, বক্ষদা শোকনবদা আনন্দ ওই। অহুবু সখীশিংগী মাঙদা ইকাইহুনা চেম্লিংই, কৃষ্ণনাদি কাহুনা থমগ্রে। ইবেম্মনা বাম্যভাবতা ললিতানচিংবীবু চৈরকই, ললিতা হায়বী ! খঙলে—ইকায়বা খঙদবী কৃষ্ণগী দূতী কুন্দলতা হায়বীসিগা রা তাম্রহুনা ঐবু নমথাক তৌহুনা মকম অসিদা পুবিরকলিবনি। লৌনম-নমথাক তৌবা খিবিকী গুরুজিগী মথুত্তা ঐবু শিন্নখোকলগা মাগী জগোইহু য়েংগদোবগী মমিৎনা ইজিত তৌবা শারি ! মখোইদি কৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌবদা কয়া রাবগে হায়বহু খঙদে।" মহু ভাবদা ললিতানা শাউরবগুমনা কৃষ্ণদা হায়, "সতীগী ব্রত থুগাইবা ইকাইবা খঙদবা ! করিনো তৌরিবদো ?" কৃষ্ণনা—"নবেম্মদা হংউ, চঙশিল্লকুনা ঐবু নমহুনা কাবিরিবনি।" ললিতানা—"নাগেশ্বর পাম্বীদা মাধবীলতানা য়েৎপদি মতৌশানি। মরম অহুনা ইবেম্মনা য়েৎপদি য়াই। অহুদা ইবুঙোনদি করিগী কোল্লুরি ?" কৃষ্ণনা—"ঐদি ঐগী অলস প্রিয়াদা পীবতনি।

প্রিয়ান্না হরাউহনা পুন্না লৌখিবনি। মহ লৌখোকউদনা, করি কায়বা নৈ হায়রবদা মহুগী পাউখুমদি—শাঙ্গনা লাউরি—পীখোক-ঞবা পোং অমুক হজিন্দুনা মুনবা হৌনদে।" ললিতানা—"লৌনম চাউবা ইবুঙো! লৌনম রাহৈ থাদোকউ। ললিতা ঐগী ইত্তিক খঙঙ্গা? নিংবা থুংনিংলগা কুন্দলতাগা সঙ্গ ওইরু। ললিতা ঐগী ইমাঙদা শ্রীরাধিকাবু মুংশিংনা কাওবা শোকপা য়ারোই।" অসি হায়হনা কৃষ্ণগী মাঙদা চঙশিন্দুনা লানগী কীডম ভোররে—লাম্বেংনররে। মহুগী নিংখিক্কবত্ত উরবদি মুঙাইবনা হকচাংদা তু চুজনি, পি তাবা, হকচাং নিকপনচিংবা সাত্বিক ভাব কাওগনি। তাঞ্জা অসিদা ইবেম্মগী খুত্তু ইবুঙোনা পায়বত্ত খিত্তং কোমখোকপহুদা ইবেম্মনা মুরলী শৎলগা চেনখ্রে। খাইনা উথনা ললিতাবু কিহনা থাদোকপ্রবনি হায়না উই। ইবেম্মনা মুরলীহু কীজিদা লোংনা থমখ্রে। মতম অহুদা বিশাখান মাঙদা চঙশিল্লক্কুনা হরাউ-মুঙাইনা কৃষ্ণদা হায়রকই, "হে রাহ! থাগী য়েকনবা! শেরান্নমা চন্দ্রাবলীনি (থানি) খন্দুনা রাখল ইংতো তোদনা রাধা নক্ষত্রদা গ্রহন তোক্করে। রাহনা থরাম্মিচাকপুদি কদোইঙেদম্মু উমদে, হৌস্নু হৌনদে। ঐ অসে রাধাগা খেন্নদবা বিশাখা নক্ষত্রনি—থাজত্রগা য়োংউ—অনুরাধা, জ্যেষ্ঠা, ধনিষ্ঠা অসিনচিংবা নক্ষত্র কয়ামুক্তা লোয়ননা লৈরি। মখোইহুদি ১। রাধা নক্ষত্র; ২। অনুরাধা নক্ষত্র ললিতানি; ৩। রাধাগা খেন্নদবী ঐনা বিশাখা নক্ষত্রনি; ৪। চিত্রানা জ্যেষ্ঠানি; ৫। ইন্দুরেখানা ভরণীনি; ৬। চম্পকলতানা পূর্ব্বাষাঢ়ানি; ৭। রঙ্গদেবীনা উত্তরাষা-ঢ়ানি; ৮। তুঙ্গবিদ্যা—মঘা; ৯। সুদেবী—অশ্লেষা; ১০। মাধবী—শ্রবনা; ১১। মালতী—শতভিষা; ১২। শশীরেখা—পূর্ব্বভাদ্রপদ; ১৩। বাসন্তী—উত্তরভাদ্রপদ; ১৪। রমিলা—রেবতী; ১৫। ধনিষ্ঠা—ধনিষ্ঠা; ১৬। অনঙ্গমঞ্জরী—অশ্বিনী; ১৭। কৃশোদরী—রেবতী;

১৮। রঙ্গনলতা—রোহিণী ; ১৯। রঙ্গনমালা— মৃগশিরা ; ২০। রূপ-মঞ্জরী—আর্দ্রা ; ২১। মঞ্জমেধা—পুষ্যা ; ২২। অমুমেধা—পুনর্ব্বসু ; ২৩। সুমেধা—পূর্ব্বফাল্গুনি, ২৪। সুমধুর—উত্তরফাল্গুনি ; ২৫। সুকেশী—হস্তা ; ২৬। মহাহীরা—স্বাতী ; ২৭। হারহীরা—মূলা নক্ষত্র। হায়রিবা নক্ষত্র পূমনমকসি নহাকনা ভোগ তৌবদা মতিক চাদে —চন্দ্রাবলীগী মক্ষমদা লেঙগ্রো।" কৃষ্ণনা "বিশাখানি শিবমূর্ত্তিনি, নিংজবা থুংহনবিবনি। চন্দ্রাবলাবু ভোগ তৌবা থাদোকচরে, হৌজিক্তি নক্ষত্র ভোগ তৌজরগে। রাহুনা থরাশ্মিচাকশিংবু মপংশিংনা ভোগ তৌই। অতুনা ইন্দুরেখাবু ভোগ তৌরগে।" অসি হায়হুনা ইন্দুরেখাবু আলিঙ্গন তৌগে হায়হুনা চঙশিল্পকই। মোমোন নোক্তুনা ইন্দুরেখানা পাশূম লৈহুনা হায়রকই, "ইকাইবা থঙত্রবা রাহু! ইন্দুরেখাবু ভোগ তৌবনি মতিক চাদে—চন্দ্রাবলীগী মনাক্তা চংলো। ভোগ তৌনিংলবসু মথং মনাও নাইনা তৌদনা!" মহু ভাবদা হুডাইরহুনা উহৌদনা পাইশিনখিহুনা ললিতাবু ফারে। ললিতানা হায়রকই, "ঐঙোন্দা শোকপিরকলিবা করিগীনো? বিশাখাগী তুংদা অনুরাধা ভোগ তৌগদবনি।" মহু ভাবদা কৃষ্ণনা বিশাখা পায়রুরে। বিশাখানা হায়রকই, "ইকাইবা খঙদবা! ঐঙোন্দা শোকলকলিবা করিগীনো? জ্যেষ্ঠা হান্না ভোগ তৌগদবনি।" কৃষ্ণনা জ্যেষ্ঠা চিত্রাবু পায়রে। চিত্রানা —"ভরণী ইন্দুরেখাবু ভোগ তৌবিখু।" ইন্দুরেখানা—"গ্রহনা হঙ্গংনা চংপা উৎক্রমগতিদি তারাদা তৌগদবা নত্তে। তুলারাশিবু হুঞ্জেকলনলগা ঐঙোন্দা শোকপিরকলিবা করিগীনো?" মহুদা কৃষ্ণনা তুঙ্গবিদ্যাদা পায়রুরে। তুঙ্গবিদ্যানা হায়রকই, "রঙ্গদেবীনা কন্যারাশিনি, মাবু থাদোক্তুনা ঐবু শোকপীরিবা করিগীনো?" অতুদগী কৃষ্ণনা রঙ্গদেবীদা পায়রুরে। মানা হায়রকই, "কন্যা রাশিগী তুংদা মীনরাশি ভোগ তৌফম থোকই।" চম্পকলতামা

মীন রাশিনি হায়দুনা চম্পকলতাদা পায়রুরে। মানা হায়রকই, "সুদেবী কুম্ভরাশি ভায়বিয়ু।" কৃষ্ণনা সুদেবীবু পায়গে ভৌবদা মানা হায়রকই, "কাঞ্চনলতাসি মিথুন রাশিনি, মাবু ভোগ ভৌবীয়ু।" অতুদগী কৃষ্ণনা কাঞ্চন লতাবু ভাম্রৈ। মানা হায়রকই, "ললিতাসি মেষ রাশিনি, মাবুদি ভোগ ভৌবিরদনা! ননাই ঐদি লাইবক থীবীনি, ইবুঙোনা ভোগ ভৌবদা মতিক চাবী নত্তে। অতুদগী কৃষ্ণনা ললিতারোমদা চঙশিন্নুবদা ললিতানা ঙাংলহুনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা শোকচরকনু, মধুমতি সিংহ রাশিদা ভোগ ভৌরু।" শ্রীকৃষ্ণনা মধুমতিদা শোকউরে। মধুমতিনা হাযরকই, "ঐবু থাদোকপীয়ু, বাসন্তি বৃষরাশিবু ভোগ ভৌবীয়ু। বাসন্তিবু শোকউরে। মানা হায়রকই, "ঐবু থাদোকপিয়ু, ধনিষ্ঠা ধনুরাশিবু ভোগ ভৌবিয়ু।" কৃষ্ণনা ধনিষ্ঠা পায়রুবদা ধনিষ্ঠানা হায়রকই, "নত্তে, হোনদে, ননাই ঐদি দাসীনি, ইবুঙোনা শোক-পীবা চুংদে, কর্কটরাশি হরিণীবু ভোগ ভৌবিরু।" শ্রীকৃষ্ণনা হরিণীবু শোকউবদা "মকররাশি জাতিবু ভোগ ভৌবীয়ু" হায়রকই। জাতিবু শোকউবদা হায়রকই, "ননাই ঐদি লাইবক থীবী দাসীনি, ইবুঙোনা শোকপদা মতিক চাদে। রাহুনা ভোগ ভৌবা থাহুগী নোংইম্নি ইবুঙোদি। চন্দ্রমুখীগী নাক্তা চঙলগা মায়থোং থাজবু চুম্বন ভৌবিরু।" চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! পরস্ত্রীগী মুখচুম্বন করিগী ভৌবিরিবা? ইবুঙোগী চান্নবী বংশীহু চুম্বন ভৌবি-য়ু। ইকাইবা থঙদবা ওইহুনা মীঙোন্দা অরাবা পীরিবা করিগী-নো? থুদক অসিমক্তদা বংশী হেক নিংশিংলকই। কদাইদা লৈগ্রবগে হায়বা নিংশিংবা থোক্রুহুনা কুন্দলতারোমদা য়েংলকই। কুন্দলতানা শ্রীরাধিকারোমদা মীৎনা ইঙ্গিত ভৌই। মতম অতুদা ইবেম্মনা তুলসীগী মখুত্তা পীগ্রে। তুলসীনা বংশী পুতনা বিশাখাগী মনাক্তা লৈগ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু ফারগে নিংলহুনা শাউশিন্নহুনা

হায়রকই, হে ওস্তৎ-হৈবী! মীৎনা উবা য়াদবা ঐগী 'মন'বু মীৎচিগী ভেম্না হুন্নিবদবু অউবা বংশী হুবদদি করি ওককম লৈগদগে! অদুনা হৌজিক পাম্বোমগী থোরীনা পুন্দুনা কিজেং লৈভেজ্জা লোয়ননা কুঞ্জাগারদা পুরগা কন্দর্প নিংথৌদা শিন্নগেদো। মদু তাবদা ইবেম্মনা ভাব মথল পুমনমক উদয় ওইরক্লুনা করিগুম থওইদনা চৎকে ভোই, মত্ত উবদা ইবুঙোনা ইবেম্মবু ফাৱগা হায়রকই, "বংশী পীরমদনা কদাইদা চম্ভোরিবা? বংশী কংদনা থাদোকনি থনবরা?" মতম অদুদা ললিতানা শাউশিন্নগনা মীৎনা নোক্লুনা ইবুঙোদা হায়রকই, "পরস্ত্রীগা লোয়নবা শককমনি, সতীগী ব্রত মাঙহনবদা হৈনবা ইবুঙো! মফম অসিদগী চথোকশ্রো। অসিদা ইবুঙোগী করি থবক লৈ? ইকাইবা থঙদবা! থাদোক-উসে। সূর্য্যপূজাগীদমক স্নান লোইরকলবা ইবেম্মনি, শোকপিরুদু। কুসুম সরোবরদা শৈব্যা লাক্লুনা অধরামৃত ইন্নগা গুাওহন্দুনা বংশী মুনবিহোবা নত্রা? মদুগী সাক্ষী তুলসী লৈ। ফত্তবা মীনা হুরান্নগা মরাল লৈভদবা মীদা তাইশিনবা।" অসি হায়চনা মীৎনা তুলসীদা ইঙ্গিত তোই। অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকা[ থাদোকলমলগা তুলসীবু তান্নরকই। তুলসীনা লোৎনা শ্রীরূপ-মঞ্জরীদা পীশ্রে। ইবুঙোনা তুলসীবু ফারবদা তুলসীনা মশা নিক্লুনা তুচুংগনা মথুৎ লোন্নগনা হঙচে, "থোজাল হৈবা ইবুঙো! ননাইনা হঙচরি। দাসীবু শোকপিবা চুমদে। বংশীদি ঐঙোন্দা লৈতে। শৈব্যানা পায়বা উজরমই।" অসি হায়গনা মীৎনা শ্রীরূপমঞ্জরীদা ইঙ্গিত তোই। মতম অদুদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা বংশীদু ললিতাদা পীশ্রে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা উহৌদনা পাইশিন্নক্লুনা শ্রীরূপমঞ্জরীবু কারে। পাম্বোমনা চেৎনা ফারগা বংশী থিবদা কাঁচলি মরুমদা কংত্রবদা হায়রকই, "কদাইদা থমলুরে?" শ্রীরূপমঞ্জরীনা, "ঐদি তোদেনা। হৌজিক্তি ইবুঙোনা

নিংবা থুংলরিনি ! বংশীহ্ খোংহনা গোপীমখৈ কৌরগা শান্নবদো। নশাগী মুঙাইবদা সতী পরস্ত্রীগী ব্রত থুগাইনবা হায়রহ্না বংশীহ্ লোংশিল্লগা মাঙব্রে হায়শিন্নহ্না পরনারীস্পর্শ তৌবিরি।" অসি হায়রহ্না মীৎনা ললিতারোমদা ইঙ্গিত তৌই। মহ্ খঙলহ্না ললিতানা কুন্দলতাগা পাংশিনব্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ললিতাগী নাক্তা চঙথিবদা ললিতান ঙংলহ্না হায়রকই, "চালাক তৌহ্না ঐঙোন্দা শোক্তে লাকলিবরা ? খঙ্গনি, বংশী কংত্রবদি নহাক্তী ইকাইবা নাইদবহ্গী ফল ফঙ্গনিদো ! ঐখোই শ্রীমতী রাধিকাগী লোয়নবী ঙাকনি, চিন্তামণি ফাওবা থেংনরবদা লৌবদি হায়রুসু খোঙন-ফাওবা শোক্তে—অহ্গা রা অকংবা মকক, অহ্বুদি হূরগা করি তৌনগদৌরিবা ? রা মকক অহ্সু অহোবা মথুলমক্তা, কিংলবনিনা রসসু য়াওত্রবা, মহ্ সু কনপ্রবা, মাগী মখোন্দা অচৎপা চত্তবা লোইনমক তথক তথকলিবনি। লৌনম চাউবা নহাক্তী গুরু, শাগৈগী ইচ্ছং মাঙহনবা রাগী বংশীহ্না ঐখোইদা করি কায়-গদগে ? ইবুঙোদি চন্দ্রাবলীগী প্রেমগী লৈহৌ খকলুহ্না বুদ্ধি মাঙলহ্না মাঙকম খঙহৌদ্রেদো। অধর্ম্মগী থবক তৌবা বংশীহ্ শমনরুরবদি ঐখোইদি মাংই হায়রহ্না যমুনাদা স্নান তৌরগা শেংদোকলিবনি। বংশী মাঙখিবহ্দি ঐখোই খাইগী মঙ্গলগী মশকনি ঈনিং তৌনা ঐগী ঐগী ইশাগী থবক তৌবা ঙমজরগনি। যমুনাগী ইসিংদা শান্নরিবা সুপীমচাশিংবু নিংথমপ্রবহ্দা মকিমরোল হূবীহ্না কয়া অরাবা পীপ্রবা ! মহ্গী অপরাধহ্না মাঙত্রিবা বংশীনে। মীবু অরাবা পীবগী মতিক চাবা ফল ফংলিবনে। রা অকংবা মকক খুহ্প অমমুক্তং শাংবহ্গীদমক গোকুলগী যুবরাজনবু য়ামপ্রবা লম্হ্ম মাঙখিবদৌনা হা হাকার লাউরিবা ! ওত্তোকইদা নমল য়ামপ্রবা লম্দুবু কনানা লোংলিগবা ! কনানা হূরিগবা !" ললিতাগী লঙনবা রাহৈ অমসুং সখীশিংগী মীনোক্তুদা কৃষ্ণনা মায়খোং

মকশিনবত্থ উবদা কুন্দলতানা বংশীত্থ লোৎনা শ্রীরাধিকাদা পীশিন্নমলগা শ্রীকৃষ্ণদা শাউনা হায়রকই, "হোম্নু হোরবা পীকপ্রবা রা মতাংত্থমা, মমম্না লিক্কোল মথায় অমা ফাওবা ওইরোইদোবা অত্থমা পায়রম্বদগী মাংপ্রে হায়ত্থনা মত্থগীদমকপু অত্থক য়ামনা রাবা! নহাকপু গোপগী নিংথোমচা নত্রা? নতৌ উবদা অমদি সখীশিংনা নোকনবা উবদা ঐদি শিজ্জনিংলে—ঐদি জ্ঞান মাঙলে।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "কুন্দলতা নংনদি বংশীগী গুণ খঙদ্রেদা। ঐনা পাঙথোকপদা রারবা থবক্তু বংশীনা ইরায় লায়না ভুমইদো। শ্রীনারায়ণগী চিচ্ছক্তিগী মশকনি। বংশী অসিগী মগুন্দি শ্রীরাধিকাদি খঙবনি।" মত্থ তাবদা ললিতানা হায়, "করিগী খঙলোই। নহাক্না কামুক ওইবা নিপাগী চান্নবীনবুদি! নহাকী বংশীত্থদি হিংচাবগী থবক তৌই—হুপাগী পুকনিং হূরাল্লি। থোরা ওইনা পুন্দুনা জগৎকী হুপা কয়, লক্ষ্মীবু, গৌরীবু ফাওবা বংশীধ্বনীনা মমিং তাঙহন্দুনা সতীধর্ম্মবু করি লৈতনা থল্লি—অত্থননি অনিঙবা পুমনমকপু পীবা ভম্বা হায়রিবদো।" মত্থ তাবদা কৃষ্ণনা হায়, "পুকচেল থোয়বী! অকনবা তিংথগুম্বা! লোনম্বী লাইরম্বা! মংগী বংশী হূরাল্লগা বংশীবু নিন্দা তৌরি।" অসি হায়ত্থনা কৃষ্ণনা ললিতাগী ফীজ্ঞি পায়ত্থনা 'ঐগী বংশী পীয়ু' হায়রে। ললিতানা ফীজ্ঞিত্থ মুন্দুনা চিংথোরলগা পাশুম লৈত্থনা নোক্তুনা হায়, "ঐ ললিতানি, ইতাবু পুরগা চৎপ্রগনি, নহাকী লোনমত্থ মহৈ য়াম্পনবা!" অসি হাযরগা চৎলগে তৌবদা কৃষ্ণনা মফী তাপ পায়ত্থনা হায়, "বংশী পীরমদনা কদাইদা চৎকদোরিবা? বংশীত্থ নংনা হূবা শোয়ত্রবনি। অত্থ নত্রবদবু চেন্দোরিবা করিগীনো? নশাগী অঙ্গ থুদিংমক কম্পুনা উৎলু—মত্থদা বংশী লৈরমত্রগদি চৎপা য়াগনি।" ললিতানা মফি থংচিং চিংলগা পৈনা য়েংলগা নোক্তুনা "কামনা ভাওরবদি নতৈতমগী মত হংউ।

মাগী মত লৌয়োই হায়রবদি বংশী মাঙদবা তাই। ইয়া ময়াদ্রগা কুন্দসভানা অহায়বা মমন্দু পীগনি। মমন্দি লৌয়োই হায়রগা চপ মান্নবা বংশী অমা শিংগনি। মল্লিভৃঙ্গী কৌবী পুলিন্দগী মচানুপী অমা গোবর্দ্ধন্দা ঐগা চান্নবী ইন্তা অমা লৈ। ঐনা পাণ্ড থাখিবদা য়া চবুন অমা পুরক্কনি।" কৃষ্ণনা হায়রকই, "নঙোন্দা করমনা পীরকদৌরিবা! মাদি ঐগী দাসীনি। কামগী মৈচাকনা য়ারবা মতমদা নাপীদা পকপা ঐগী চরণগী কুকুমন্থ মাগী বক্ষদা তৈরগা অন্নাবা কোকচরিবী মল্লিভৃঙ্গীনি। অন্থগা মহাকনা গিরিধাতু (চীংগী লৈবাক) অমসুং গুঞ্জাফল পুরক্কুনা ঐঙোন্দা কংলি। বংশী হুরাল্লগা ঐবু ইকাইবা পীরি, পান্বোমগী থৌরীনা পুন্দুনা দণ্ডি পীগে, কনানা কনবগে য়েঙ্গে।" অসি হায়ন্থনা কৃষ্ণনা গর্ব্ব তৌন্থনা মীৎ লাওথোক্কুনা য়েংঙকই। মন্থ উবদা বিশাখানা ললিতাবু নাকন্দা থমলগা নোল্লুকনা হায়রকই, "তাবিয়ু হে যুবরাজ! লম্থুম মাঙগ্রবদি খিবিনব মী হাপত্রবদি পাক হেক ফংদে, তফিং তফিংলবদি ফংবা য়ানি, নিংথিনঃ যুক্তি তৌরগা ফঙ্গদবনি।" মন্থ তাবদা চম্পকলতানা হায়রকই, "বিশা-খানা শেল পান্বদগী মাঙখিবা পোৎ থিবিগদৌরি। কৃষ্ণদি শেল য়ামনা তিংবা তারেদা।" ভৃঙ্গবিন্থানা হায়, "বংশী হায়বসিদি কৃষ্ণগীদি খ্বাইদগী মমল য়ামবা পোৎনিদা। থিবিবা মীন্থবুদি কৃষ্ণনা ওম্বোকনা লুনা তৌগদৌরিবনি, শেনসু য়ামনা ফঙ্গদৌরিবনি। লৌরম্বা মীন্থদি দণ্ডি চাউনা ফংবা তারিদা।" বিশাখানা হায়রকই, "থিবিবা মীদনা করি পীগদৌরিবা অন্থগা হুরানববুনা করি দণ্ডি পীগদৌরিবা মরোন্দু খঙলগা কান্নগদবা মরম তাকলগে হায়বিয়ো।" কৃষ্ণনা হায়রকই, "বংশীগী লৈকম তাকপা মীন্থদা থম্মোইগী মণিমালাগী য়োৎচাবীগুম্বা রত্নগী মশক ওইবা করমর্দ্দন ওইনা মনা পীগনি। হুরাল্লবন্থবুদি মফি মরোল, লৈতেং লোইনা

মুল্লগা ঐগী পাম্বোমগী মশক ওইরবা থৌরানা পুন্দুনা কামগী কুঞ্জাগারদা পুঠনা দণ্ডি পীগনি।" বিশাখানা নোকলঙনা হায়, "ব্রজরাজকুমার! ইবুঙোনবু করিগী য়াক্লগদগে! বংশীদো শোয়দনা কংবিগনি। ঐনা থিবদা কংত্রগা কুন্দলতানা থিগনি।" অছুদগী কুন্দলতাদা হায়রকই, "ঙসিদি নরাইবক ফরেদা। ননাওনিপাগী বংশী ি থবিছনা মমল নাইত্রবা মনা কংগদৌরি।" কুন্দলতানা করিগুম্বা থন্না হায়বা শাক্তিমছন্না তুলসীদা লোংনা বংশী পীশিন-গ্রগা বিশাখাদা হায়রকই, "ঐ থঙদেনে। থঙলবদবু ইনাওনিপাগী মপোৎপু মীগী মথুৎ য়োথিগত্রা! নংনা হায়া লংদা লংজিন পুথোকথো। নংনা ঙমত্রগা ঐনা পীগনি, মছগা অরামনগী মরমদদি ঐ লৈরি।" অছুদগী কৃষ্ণদা ইঙ্গিত তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশিন্নগা মীৎচিনা য়েংই। কুন্দলতানা নোকল-ছনা হায়রকই, "শ্রীরাধিকানা করিগী বংশী ছুয়ানগদৌরিবনো? বংশী হায়ববু বিন্দু বিন্দুনা থজাইদা য়েকলি। মছু ইবুঙোগী অথরনা হান্না লৌল্লিখো, কোন্না হৌনবী দণ্ডি পীবীয়ু। ঐনা হায়রিবসি তৌত্রগা ঐগীদি করিম্ভু মাঙদে, ঐনা জামিন য়াক্লবনিনা বিশাখাদা পীগনি হায়রুবা মনাছদি হান্না পীথোকপীয়ু।" কৃষ্ণনা হায়, "বংশীগী মশক ওইবা বিন্দুছ হান্না লৌরগা, চীন্দা জাম মহৈ চীকলগা কোন্না অরামল পীগনি।" অসি হায়ছনা চঙশিন্দুনা ইবেম্মদা অথরনা চীকলুরে। মতম অছুদা ললিতানা শাউশিন্নছনা মরক থন্না চঙশিন্নগা নোকলঙনা হায়রকই, "সূর্য্যপূজা তৌত্রিঙৈদা করিগীনো দাগ লৈহল্লিবা? লাই অমত্তুং ধর্ম্মবু কীদত্রা?" কৃষ্ণনা—"ঐগী করি ইরাল লৈ! বিন্দুবুদি করিগী থজাইদা থনমলি? বিন্দুগা (বিন্দুগী অর্থ অমদি য়ানা চীকপগী দাগ য়াথুল) অথরগা শমনকম থোকই হায়ছনা তৌবনি।" কুন্দলতানা হায়, "বংশীনি হায়ছনা বিন্দুবু চীকপনি। মগুণ লৈবনা মগুণ

লৈবগা ভিন্নবনি, ইবেম্মনা লৈপরেংনা মণ্ডপ লৈববু পূজা তৌবনি, করি কায়বগে?" কুন্দলতাগী য়াঙাং হৈবহ্ তারগা ইবেম্মনা হায়, "ননাও নিপানা লিকলা ওইহুনা কুন্দলতা কোবা লৈপাম্বীদা ঙাংহ্নবা অথন্না চীকপদা মপান শারে—মহুনা করিগী পূজা তৌত্রিবনো?" মহ্ ভাবদা কুন্দলতানা শাউরহুনা কৃষ্ণদা হায়রকই, "মকম অসিদগী নপোৎ নচে খোমজীন্দুনা চখোকপ্রো! মুখরাগী মশুনুপী য়াহৈ ঙনবী, ললিতানচিংবী ইকাই-খুঙদবীশিং অসিদা অথোৎপা অনৌবা হায়হুনা করি কায়গনি? সখা ময়াম লৈহৌবা মকমহুদা হনপ্রো। মথোইসিদি মীহৌলাংদা থুরহুনা হৌনবী ধর্ম্ম য়েংদনা মশাগী ওইজবা পামলবা কাঙবুনি। ঐদি ধর্ম্মবু লূনা তৌজবী, পুকচেল মাংজদবী মুপীনি। ইনাওনিপাগা ওনশিন্নহুনা য়া ঙাংনবা চুমদেসে। বিশাখাগী কংকমপোকপা য়ানোমশেন্দুতগী ঐ লেঙবা য়াদহুনা লৈবনি। ঐঙোন্দবু অসিগুম্বা লুদবা য়াঙাং তৌবা—অসিবু কনানা খাঙহুনা লৈবা ঙমগদগে? বিশাখাগী পীগদবা পীখোকপিপ্রো— ঐ চচ্চগ্র গেসে!" মহ্ ভাবদা কৃষ্ণনা নোকলহুনা হায়রকই, "বিশাখা! লাকলো লাকলো, মমল য়ামলবা রত্নসি লৌজৌসে" অসি হায়হুনা আলিঙ্গন তৌবিরে। মহুদা সখীশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্নে—নোকল-নোকলহুনা মহৈ মহৈ খৎন-চৈনবা শাহুনা পুমনীল নীপ্লে। তাঙ্গা অসিদা শ্রীরাধিকানা নূপুর-কিঙ্কিনী মখোল খোকহন্দনা কুঞ্জদা লোৎনা লেঙশিনপ্রে। মহ্ উবদা তুলসীনা চিংনহুনা বংশীহ্ বৃন্দাগী মখুত্তা শিন্নখরে। বৃন্দানা হরাওনা হৃদিদা য়েপশিনপ্রে। অমরোমদা সখীশিংনা তথক তথকপা মীৎয়েংনা য়েংহুনা মতেক মতেক ওইবা য়াহৈনা কৃষ্ণবু চৈরকই। বিশাখানা কৃষ্ণগী পাম্বোমদগী নাম্বোকলহুনা হায়রকই, "নহাক্তী বংশী খিজগে হায়বদি ঐদি হায়খিদে, কুন্দলতানা হায়খিবনি—অচাপেন্দি মঙোন্দা পীবীয়ু।" অসি হায়রগা

কুন্দলতাদা হায়রকই, "ইকাইবা থক্তবী ওইহনা অঙাওরোওমনা ননাওনিপাগী মরনবু মীতোপ্পা থৈদোকত্রিবা করিগীনো? মীগী চাওখৎপা উরগা কল্লকপহু কোক্তিবা করিগীনো?" কুন্দলতানা খুমই, "ঐগী ইনাওনিপাগীদি মপাল নাইদবা লন্থুম লৈবনি। অহনা দান তৌবদা—পীথোকপদা হালেংবা লৈতে। দ্বিজ (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য) হায়বসিদি দান ফংলগা হরাওজবনিদো। দান তৌবদা থিংহৈদে, পাপ পুগনি। মরামনা দান তৌবদা চিংনরিবা করিগীনো? কৃষ্ণ লৈরিবৈদা য়াম-য়ামনা তৌহোয়ো।" চিত্রানা হায়রকই, "নংগী ফংকম শক্তি করিগী তৌত্রিবা?" কুন্দলতানা খুমই, "নথোইনা তৌনিংত্রগা মরন মপূদা অহুম লৈজরলহু।" কৃষ্ণদা ওনশিন্দুনা, নোকমি নোকমি তৌহনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! নহাকুম্বনা মী অতৈগা পীথোক পীশিন তৌনবা মতিক চাদে। নহাকনা ইনাক খুনবগুম রাধিকাসু মরল লৈবনি। মহাকা পীথোক পীশিন তৌনোদনা!" মহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু কোয়রৈ লৈহনা য়েংবদা উবা ফংত্রহনা ললিতাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ললিতা হায়বী! নংনা নবেম্মহু কদাইদা লোৎহনা থমত্রে?" ললিতানা খুমই, "কনানা থঙজনি! থরনা হায়বদি ইবেম্মহু য়ুমদা হনত্রে হায়, থর অমনা সূর্য্যপূজা তৌবা চৎত্রে হায়, থরনা অমুক হায়বদি গোবিন্দগা শোকনরুবদা মাংলে হায়হনা স্নান তৌবা চৎখি হায়।" মহু তাবদা কৃষ্ণনা ইবেম্মবু উনিংবনা রাত্রে। মহু থঙলহনা কুন্দলতানা মীৎনা ইঙ্গিত তৌহনা ইবেম্মগী লৈকম তাকত্রে। ইবুঙোনা কৃষ্ণদা লেঙশিনত্রে। অনিনা উরবদা মহৈ মহৈ আনন্দ ফংনখি। অনিগী অনঙ্গী মৈশা কোকত্রে। থুংকা থুংকা চিংনবদা থুজী-নাচিগী মথোল থোকখি। বিলাসনা মরম ওইহনা ইবুঙোনা রাহৈ মপুং কাবা ঙমদহনা হায়রকই, "ব-ব-ব-বংশী পি-পি-পীয়ু।" অসি হায়হনা তান্ত্রনবা

অধর-চুম্বন তৌখি। মতম অসিদা নান্দিমুখীনা বৃন্দাগা লোয়নমলা হয়াওমিয়রহনা বৃন্দাদা হংলকই, "বৃন্দে! নংনা বংশীদি মখুম মহুংদা লোত্তুনা থমলি। রাধাকৃষ্ণনা কদাইদা লৈরবা? অনিগী শ্রীচরন্দা হল্লচবিংবা থরা লৈজে। মখোইনা হায়বদি অনিহু খংনরহনা অচুম-চুমদা য়েংননবা কদাইদনো চংক্রে হায়। মসিনা করি কায়রিবা! অয়োনবা য়ানি, কোংনা হায়বা য়াবা নত্তে হায়রগনা কুঞ্জগৃহদা চঙলগা হল্লংলুয়ো।" মহু তাবদা হুণ্ডাইজরহনা বৃন্দানা খুম্মকই, "নান্দিমুখী নখোইদি রাধাকৃষ্ণগী প্রাণগা মায়বী-নিদো, নখোইনা উদবা খঙদবা করিবু লৈবগে? অহনা ইবুঙো ইবেম্মনা পুম্না লৈবা মতমদা লোইনা হায়জগে।" তাঙ্গা অসিদা ইবুঙো-ইবেম্মগী লীলা লোইরবদা শ্রীঅঙ্গগী গন্ধ ফংবদা খোইমুনা ঙংবা তাবদা সেবাদা হৈশিংলবী সখীশিংনা মতম তাঙ্গা খঙলহনা কুঞ্জগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অহোবদা অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌজে। কুঞ্জগী মহুংদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রিয়াবু ফিজেৎ লৈতেংনবা হায়। ইবেম্মনা খোশাদনা আনন্দদা তাউহনা লৈখি। মতম অসিদা সেবা খঙবী সখীনা ইঙ্গিত ফংহনা মহুংদা চঙই। সাধক-দাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা মনম হুংশিবা জল অমসুং কাওশেল পুশিন্দুনা ইবুঙো-ইবেম্মগী মুখ-প্রক্ষালন সেবা চঙজে। অনিগী চাংদমনিঙাই লৈতবা শ্রীরূপ উজবদা কাম কোবা লাইনা ওক্তুনা য়াইহে। শ্রীকৃষ্ণনা থম্মান লৈনাদা কুক্কুম মহীনা পত্রিকা ইহনা কোক্তা খেংচিন্দুনা থমখি। অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী খুজেং পায়হনা অচুম্বা বিচারদা কারবা হুয়ানবঙমনা চিংহনা মপান্দা লেঙখোরকলে। ইতু তুখবা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎকমহু উবদা সখীশিংনা হয়াও-হুণ্ডাইনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা য়ামনা নোম্নুকনা ইবেম্মদা হায়জরকই, "ঐখোই খ্‌াইবু হুজেক্তুনা মকম কদাইদা লেঙবিরুবা! ঐখোইনা কনা খিজবদমু ফংবা লৈত্তেবো। ইকাই

খঙলবা কৃষ্ণগা লোয়নদুনা কদাইদা লেঙলুবা ! ঐখোইগী ইরাইবক কবনা পীশনা উৎবা কাজেয়ে। লাইবক কৈদা, কৃষ্ণমদি মায়থিবা পীবা ঙমখিদেদনা !" সখীশিংগী কয়েমনবা রাহৈসি তাবদা অমদি ইবেম্মগী অঙ্গদা লৈরিবা রতিচিহ্ন উরুবদা কৃষ্ণ অমদি সখীশি রাঙদা ইকাইবা অমমুং শাউনিংবগা লোয়ননা ভ্রূমীয়া লৈরে। শ্রীকৃষ্ণনা পীশুম লৈদ্রনা নোকই। মদু উবদা ইবেম্মনা মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা খৌরি কুন্দুনা চিন্বান নিক্তুনা খুদোম্বী উত্তুনা কৃষ্ণবু চৈরকই। নোকলদুনা সখীশিংদা হায়রকই, "মূলদা চচ্চগে তৌই—ইকি চিংদুনা ফায়, নখোইগী ননাক্তা লৈ— অরাকপা রাহৈ তায় ; অদুনা কুঞ্জদা লোংলুবনে। মতম অদুদা ময়াই কায়বা খোইমু উহন্দুনা ঐবু শোকদবগী চঙ্ঙকপনি। অদুদা ঐনা ভিংখং উরী মরক্তা চঙবনি। কণ্টকলতা কোৎবী সখী (ভিংখং উরী) না কনবিরমক্রবদি ঐ ঙসি করি থোকলমগবা !" মদু তাবদা কুন্দলতানা নোক্তুনা হায়রকই. "অচুম্বা রানি— ভিংখং উরীনা ইবেম্মবু কনবিবদা কৃষ্ণ গঙ্গী চিহ্ন হচাংদা রাও- রকলিবসিদি—ইবেম্মবু কনবা হোৎনবদা কৃষ্ণগী অঙ্গ থেংলুবা জাংনি—ওইবা রামবা রাকম নত্তে।" কুন্দলতানা লঙনবদু তাবদা ললিতানা হায়রকই, "নিশানা শোকপা কিবদগী ইবেম্মনা উরী মরক্তা চঙলুবনি ; অদুদা থেবাংপনি—করিগী চিংনরিবনো ?" অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী শুকনিংদা ইবেম্মগী অঙ্গবর্ণন তানিংই হায়বা খঙলদুনা সখীশিংনা বর্ণন তৌবা হৌই। ইবেম্মনা মীৎনা ইঙ্গিত তৌদুনা থামই ; অদুম ওইনমক ইবুঙোগী পোম্নবা হায়দুনা বর্ণন তৌরকলে : ললিতানা হায়রকই, "রাধিকাগী কুচকুম্ভদি শিবলিঙ্গনি, ধূর্জীন মকম মাঙদুনা থা কয়ানা ঙাহোইরি।" বিশাখানা হায়, "রাধিকাগী কুচদি শিবলিঙ্গগীদু হেন্নি। মরমদি শিবলিঙ্গদি থা-মচেৎনি, দুঃথিদ্দা মকই ; ইবেম্মগী কুচদি শ্রীকৃষ্ণগী

করস্পর্শনা মরম ওইহ্না মাইহৌং কাব্রবা থানা ঙাম্বোইরি॥" চম্পকলতানা হায়, "ইবেম্মগী কুচদি কমলা (নারঙ্গ) হায়বা উইহ্নি। রাধিকাগী অঙ্গনা সনাগী উরৌনি, মহুদা তরাল মহৈ য়াম্লি, তমাল পাম্বীদা চঙজহ্না য়েৎচরুই। তমালগী মশা মরেং মরামহ্না হাই হুমলকপদা কুচগী মশক ওইবা শ্রীফল (হৈ থাগোক অমুনবা) হু খেপাইখিবনি।" তুঙ্গবিদ্যানা হায়, "ইবেম্মগী কুচনা চক্রনি, ইবুঙোনা ময়াই কারবা শামুনি। শামুনা বন বন খুদিং চঙহ্না নৈথাইরকপদা খুৎকী মশক ওইরবা মনাতোম্না কুচকুম্ভহু খোগায়বনি, চুমথরকপা শামু মচুমহু চক্রদা তাবনি।" ইন্দুরেখানা হায়, "ইবেম্মগী হকচাংদি স্বর্ণগী তুরেম্নি, ইবুঙোনা অঙাওবা শামুনি। শামুনা ইশিংদা চোং কন্দুনা শাব্রবদা কুচগী মশক ওইরবা ঙাচু-থঙোংহু শোকখিবনি।" রঙ্গদেবীনা হায়, "ইবেম্মগী বক্ষস্থল অসি সনাগী চক্রনি, মহুদা ঙাঙ্নরবা মণি য়াওরি। কৃষ্ণ হায়বা চুরানবহ্না মণি চুগে হায়হ্না খুজীম্না হোৎলম্বনি।" সুদেবীনা হায়, "ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গদি ককোই পাম্বীনি, সনাগী ফকোই অনিথক পাম্লি; ইবুঙোগী অধরনা তেনরা-মচীন ওইহ্না হন্নবনি।" চন্দ্রমুখীনা হায়, "ইবেম্মগী হকচাংদি অঙকপগী মশক ওইবা ককোই পাম্বীনি, মহৈ পাত্রিতৈদা মপাল্লু নিংথিনা মুম্লি; কৃষ্ণ কোবা থোইমুনা তোংবদা মপানগী মশক ওইরবা অধরদা খেপাইবনি।" জ্যেষ্ঠা সখীনা হায়, "ইবেম্মগী মীতা ইবুঙোগী অধরহু জামল কল ওইনা উরুরে; অহ্না ইবেম্মগী য়াগী মশক ওইবা তেনরানা জামল কলহু চীকপনি।" কাঞ্চন লতিকানা হায়, "ইবেম্মগী খোইদোনা তুরেম্লি, তুগী মপেনা থম্মোমরানি, কুচ অনিনা থম্বাম্লি, মায়খোং থাম্মী মঙাম্না থম্মচেৎনি।" মালতী সখীনা হায়, "ইবেম্মগী অঙ্গদি যজ্ঞশালানি, খোইজোনা কুণ্ডনি, নিতম্বনা দেবীনি, কুচনা চক্রনি, হয়াওরগী শিনা জলনি

নিংথিজরবা নজন্না প্রেমগী যীনি, থৌরীনা শথনি, খুৎনা থাবৈনি। কামগী মশক ওইবা যজ্ঞ ভৌবদা কৃষ্ণগী পুকনিংবু বশীকরণ ভৌবা হায়বা কল ফংই। বাসন্তী সখীনা হায়, "ইবেম্মগী হকচাংবি খুৎলাই থম্ফম শঙনি—পীশূমনা লীরুংনি, মীৎনা ভেকৈনি, পানা লীরীনি, নাভোন্না লম্বুনি, নাকোংনা নুংগী খুৎলাইনি, কুচনা চুকোয়নি, চায়রুংনা লোংখুমনি, কৈবোমনা পরিঘ কৌবা ভা মথল অমনি, পাম্বোমনা শঙন-থৌরীনি, খুজীম্না টাঙ্কিনি, নিতম্বনা চক্রনি, চরন্না থোঙমীনি, শমগী বেণীনা জয় হায়বা থাঙশাংছুনি, হন্নাওহ্না য়া কাথোকপনা জয়যুগার লাউবনি। খুৎলাই ময়ামসি পুত্না শ্রীকৃষ্ণগা লাংহ্বেংনরি।" বৃন্দানা হায়, "রাধিকাগী হকচাংদি গঙ্গানি—পাম্বোমনা থম্বৌনি, কুচনা ডাবু কাঙশনি, মায়থোংনে থোইদোনে শ্রীহস্তনে চরন্নে থম্বাম্নি, চাইথ-রকপা শমজোইনা থোইমুনি, নোকথোরকপা মীনোকনা থাবম্নি, মীৎনা থম্বাল অশংবনি, ভু-মান্না ইশং চরাংনি। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ইবুঙোনা ময়াই কায়বা শামু ওইত্না যমুনাদা কুমথহ্না, পাম্বোমগী মশক ওইরবা মনাভোন্না হাই-হম্বদা থম্বাল, ডাবুকাঙশ অমদি থম্বৌনচিংবদা অশোকপা মকম লৈথিবনি।" মসি পুমনমকসি ভাবদা গুপ্তাইরহ্না অমুক হন্না অঙ্গ-খুদিংবু বর্ণন ভৌবা ভানিংলহ্না শ্রীকৃষ্ণনা মীংনা ইঙ্গিত ভৌরকই। সখী খিবিকনা অমমম ওইনা বর্ণন ভৌরকই—ওয়থংবা চরন্না থম্বাম্নি, কৈবোমনা থম্বৌনি, থোঙশানা লৈনানি, খুজীম্না লৈরিকনি, রূপমাধুর্য্যনা লৈহিনি—ময়ামসিনা শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিং থোইমুবু পেহ্লম্নি। কনা কনানা হায়নৈ চরন্দা চিহ্ন ভরামাপল লৈ; থম্বাল্দা কয়িওবা চিহ্নশিংসি লৈ হায়না নিংলবদি চরণবু থম্বানগা প্রমাণ ভৌবা য়াই। ওয় থংবা চরণদা— (১) থোঙবী মরুদা যব; (২) মহুগী মথাদা চক্র; (৩) মহুগী মথাদা ছত্র; (৪) মতগী মথাদা খুজা; (৫) থোঙদোমবী

ফাওবা উর্দ্ধরেখা ; (৬) খোভয়ায়গী মখাদা থম্বাল ; (৭) মতুগী মখাদা কীরানগা লোইনবা চৈখোক ; (৮) খোঙনাউবীগী মখাদা শামুকাত্তি ; (৯) পূনীংগী খুয়াদা থা-মচেৎ ; (১০) মতুগী মথক্তা উরী-উনা অমম্বুং (১১) লৈ। য়েৎ থংবা চরণদা—(১) খোঙবী মরক্তা শঙ্খ ; (২) খোঙনাউবীগী মখাদা বেদী ; (৩) মতুগী মখাদা নাইন ; (৪) খোঙদোম্বীগা খোভয়ায়গগী মখাদা চীংজাউ ; (৫) পূনীং



শ্রীশ্রীরাধারাণীগী শ্রীচরণচিহ্ন ॥

ছত্রারিধ্বজবল্লিপুষ্পবলয়ান্ পদ্মোর্দ্ধরেখাঙ্কুশান্
অর্দ্ধেন্দুঞ্চ যবঞ্চ বামমনু যা শক্তিং গদাং স্যন্দনম্।
বেদীকুণ্ডলমৎস্যপর্ব্বতদরং ধত্তেঽন্যসব্যং পদং
তাং রাধাং চিরমূণবিংশতি মহালক্ষ্যার্চ্চিতাঙ্ঘ্রিং ভজে ॥

শ্রীপাদ বিশ্বনাথচক্রবর্ত্তিনা লেংবা
স্তবামৃতলহরী কৌথা লাইরিকী
রূপচিন্তামণিদগী লৌথোকপনি।

খুয়াদা ভা ; (৬) মতুগী মথক্তা রথ ; রথগী নাক অনিদা (৭) ভা অমসুং (৮) গদা। চিহ্ন খিবিকসিনা করিগুম্বা থম্বান্দা লৈরবদি মতুগা ইবেম্মগী চরণগা প্রমাণ তৌবা য়াই। ইবেম্মগী চরণগী খুজীন-থানা শ্রীকৃষ্ণবু চন্দ্রাবলী নীংশিংহল্লি। ইবেম্মগী খুনীংসিনা লোৎলিবা করিগীনো ? কনাগুম্বনা হায়নৈ—মমাংঙৈদা ইবেম্মগী অঙ্গদা মথোৎ কাবা (যৌবন) হায়বা নিংথৌগী মরল অসি ময়ায় থংবা শরক্তা লৈরমই। মতম অতুদা হকচাং ঈনখৎলকপা হায়বা নিংথৌ (তারুণ্য রাজা) হু লাক্লুনা ময়ায় থংবা শরক্তা লৈরম্বা লল অতু বক্ষস্থলদা, কুচ অনিদা অমসুং নঙ্গল্দা হুহুনা পুখিবদা শরীকমচাশিংনা খীংলকই। থৌদোকসি উবদা ইবেম্মগী খুনীংনা মাবুম্ম হুবিখিগত্রা হায়না কিজহনা লোৎলিবনি। খাঙ অসি ময়ায়দা চেংশিনশ্রে। বিধি কৌবা লাইনা নিংথৌ অনি মুশনবসি উবতুদা ময়ায়দা লৈয়ী অহুম (পুকথুপ অহুম) চিংতুনা নিংথৌ অনিগী লমগী ঙমখৈ তাকশ্রে। ইবেম্মগী খুবোম অসি সনাগী শরীকনি ; মসিগী ফজবগী য়োৎহিলংনা শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংগী মশক ওইরবী শজী অমোম্ম পুন্দুনা থমই। খুকউনা সনাগী পাত্রনি ; মতুগী মমুংদা ফজবা হায়বা রত্নহু য়াওরি। শ্রীকৃষ্ণনা মতুবু উরবদা ইবুঙোগী মীৎমু পুকনিংমু হন্দোকপা ঙমদে। ইবেম্মগী অঙ্গ অসি ফজবগী মন্দিরনি, মদুগী সনাগী য়ুম্বী ওইরিবা ফৈবোমগী নিংথিজবগী য়োৎহিলংনা শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংগী মশক ওইরবা শামুবু পুল্লি। নিতম্বনা পুলিন্নি চীংতুমনি, পুকথুপ অহুমনা যমুনানি, শরীক মচা খাঙদা শিরিবতুনা সা-রে-গ-ম-প-ধ-নি স্বরনি। শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংবু পুলিন্দা জগোই শাহল্লি। খোইদৌ থম্বায়া কৃষ্ণগী পীশুম খোইমুবু পেহলল্লি। ইবেম্মগী উদর অসি সনাগী থম্বাল লৈনানি, বক্ষনা সনাগী সিংহাসন্নি, কুচ অনিনা সনাগী থম্বাল অপোম্বনি—কোনা মহৈনি, ঙকশমনা শথানি ময়ি অহুম

লৈবনি, সংগীত, কাব্য, বিদ্যা, সরস্বতী, লক্ষ্মী পোকপদগী হৌনা লেংবান কুৎপনি। কনা কনানা হায়নৈ, "রাসগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী লেংবান্দা পায়দুনা জগোই শাবদা ইবেম্মগী লেংবান কুৎখিবনি।" ইবেম্মগী পাম্বোম অনিসিনা থম্বানগী থম্বৌনি—কৃষ্ণগী পুকনিং কাঙভবু পুল্লি। খুৎ-থম্বানগী খুজীন টাঙ্কিনা কৃষ্ণগী থবাক্তা তৌই। কনা কনানা হায়—ইবেম্মগী হস্তগা থম্বানগা প্রমাণ য়াদে, সৌন্দর্য্যনচিংবনা করিগুম্বা থম্বান্দা চিহ্ন ওইনা লৈরবদি য়াগনি। ওয়থংবা হস্তদা—(১-৩) পরমায়ু রেখানচিংবা রেখা অহুম; (৪-৮) খুদোন মতোন্দা নন্দাবর্ত্ত



শ্রীশ্রীরাধারানীগী শ্রীকরচিহ্ন॥

রাধাবামকরে আয়ুরাদি রেখাত্রয়ং শুভম্।
অগ্রেঽঙ্গুলীনাং রাজন্তে নন্দ্যাবর্ত্তাস্তু পঞ্চবৈ॥
শ্রীবৃক্ষযূপবানাশ্বহস্তিতোমরমালিকাঃ।
অঙ্কুশ ব্যজনৈচৈব বৃষো ভাতি যথাযথং॥

দক্ষিণে পূর্ব্ববজ্জ্ঞেয়মায়ুরেখাদিকং ত্রয়ং।
অগ্রেঽঙ্গুলীনাং শঙ্খাশ্চ পঞ্চ রাজন্তি শোভনাঃ॥
চামরাঙ্কুশবজ্রাসিশকটদ্বয়ং দুন্দুভিঃ।
প্রাসাদ চাপভৃঙ্গারাণ্ সংস্মরামি মনোহরাণ্॥

(চক্র) ; (৯) খুনিংথোগী মখাদা শামু ; (১০) পরমায়ু রেখাগী মখাদা শগোল ; (১১) ময়ায় থংবা লৈইগী মখাবা শল্লাবা ; (১২) খুনাওবীগী মখাদা শামুকাত্তি ; (১৩) মহুগী মখাদা ছত্রাই ; (১৪) মহুগী মখাদা উপাম্বী ; (১৫) মহুগী মখাদা যজ্ঞগী যূপ ; (১৬) মহুগী মখাদা তেঞ্জে ; (১৭) মতগী মখাদা তা ; (১৮) মহুগী ওয়দা লৈপ:রং। য়েথংবা হস্তদা—(১-৩) রেখা অহুম ; (৪-৮) খুদোন মতোম্দা শঙ্খ মঙা ; (৯) খুদোম্বীগী মখাদা চামর ; (১০) খুনাউবীগী মখাদা শামুকাত্তি ; (১১) মহুগী মখাদা দলাল ; (১২) মহুগী মখাদা দুন্দুভি ; (১৩) মহুগী মখাদা বজ্র ; (১৪) মহুগী মখাদা গাড়ি জোরা ; (১৫) মহুগী মথক্তা লীরুং ; (১৬) মহুগী মথক্তা থাঙশাঙ ; (১৭) মহুগী য়েস্তা ভৃঙ্গার। অম্সুমনা হস্ত অনিদা চিহ্ন ৩৫ নি। অসি পূমনমকসি শ্রীরাধিকানা ইবুঙোগী সেবাগীদমক পুবিরিবনি। ইবেম্মগী অঙ্গসি হিনি, মাগী পাম্বোমনা শ্রীকৃষ্ণগী কামগী মশক ওইবা সমুদ্রবু লাল্লি। ইবেম্মগী নাকথং অনিনা কণ্যানি, ইবুঙোগী নাকথং অনিনা বরনি ;—বর-কন্যা অনিগী মিলন ওই। নঙম্দা খ্বাঙদগী কোক ফাওবসি ফীরাল্লি, শমগী বেণীগী মশক ওইবা সিনগী শাঃক্মনি। ইবেম্মগী মায়থোংনা থম্বালনি ; খজাই, চায়রুং, মীৎ, নাকোং অমম্মুং নাতোন্না লৈনানি ; লৈনা থম্বৌনি ; য়াপরেংনা লৈরিকনি ; শকী নিংথীজবনা লৈহীনি— শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিং থোইমুবু পেহল্লি। কনা কনানা হায়— ইবেম্মগী মায়থোংদি থানি ; শমনা তিমির হায়বা ইশিংগী জীবহুনি। পৃথিবীগী মচি-মচি ওইবা শল্লাকনা মায়থোং থা শাখিবনি। অমকপা পক্ত্রবা খজাইদা কস্তুরীগী মরিকনা কপশিল্লবা অঙাংগুম কলঙ্ক ওইরি। চায়রুং অনিনা সনাগী শকয়েং মিংশেল্লি ; চিনবান মথক মখানা তয়াল হায়বা উহৈহুনি—বান্ধুলী হায়বা লৈহুনি ; শ্রীকৃষ্ণগী মরূপনি—থরায়নি ' য়ানা কুন্দ অপোম্বনি, কক্কোই মরুনি,

অথোইবা মগিনি। ইবেম্মগী লৈদি তেঙ্গোৎনি ; রাধিকাগী প্রেমনা থৌনি, স্নেহনা খোইহীনি, পিরিতিনা চিনিনি, কল্পকপনা মোরোকনি ; মোমোন মীনোক্কা লোয়নননা ভুজুং মাগু'না লৈগী মশক ওইবা তেঙ্গোত্তা হাপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলি। নাতোম্না তানি, নাতোন মতোন্দা শিরিবা মুক্তানা তেঙ্গৈগী মচৌম্নি, নাশাতিলক অমস্তুং লাইবক্কী সিন্দুর-বিন্দুনা মদন নিংথৌগী তাম্বুলগী কাগোকনি। নাকোংদা চিল্লিবা হাইবারনা লাংনি, মীৎনা ডানি, মীৎকী কাজলনা মাননি। কনানা হায়—মতু নত্তে, কৃষ্ণগী শ্রীরূপতু অশুম থনমন-থিবনা মতুগী মশক স্বরূপ অতমক হেক ওইথি। পীশূমনা লীরুংনি, পানা লৌরীনি, লাইবকনা সনাগী শকরেং মিংশেন্নি। শমজোইনা ইমুমু, থ-মচেৎ শাবা তিলকা লোয়নরবা থাজ মানবা মায়থোং। শমনা অমম্বা থোঙ পুবা থোঙশংবনি। অমুকন্তু শমনা বন্নি, লাইবক শিঙ্গেংনা বনগী লম্বীনি ; শ্রীকৃষ্ণনা লেঙবদা হুৎ্টইনবা শমত্ত নাম্না হাত্তুনা পিকনা বেণী লোন্দুনা লফুথরো মওং মাম্না শমজী শেমই। হায়রিবা শমগী শেমশাবসি সখীশিংনা তৌবনি। অমুক হম্না সখীশিংনা ইবেম্মগী গুণ-বর্ণন তৌরকই—কনা কনানা হায়— ইবেম্মদি থোইদোকপা শিক্ষা দীক্ষা তৌরুবা লৈতে। ব্রজগী হুপী খিবিক্কী কোকথকনি। মথল মখা অয়াম্বা পুং-ইশৈ-জগোই তম্বিবদা লক্ষ্মী, অরুন্ধতীনচিংবী লাই হুপীশিংগী মরক্তস্থু অথোইবীনি। ইবেম্মনা সনাগী উরীনি, ইবুঙোনা তমাল পাম্বীনি। মীনোক্কী শাৎকায়রবা লৈনা মরোল অহুম্মকপু নিক-হন্দুনা ওকহল্লি—ওক্কংলি। মুখদা, খোইদৌদা, থুং-থোঙদা থম্বাল মনম নমই, শমদা কস্তুরীগী মনম নমই, শ্রীঅঙ্গদা কেশরগী মনম নমই, হকচাং পুম্বদা চতুঃসমগী মনম নমই। ইবেম্মনা মাঙদা ভুংদা নাক্তা থম্মোইদা কৃষ্ণ ওইনত্তা উই। শ্রীরাধিকা হায়বসি কজবা খিবিক্কী মচিনি ; অলঙ্কার রাওদনা মরম্নাই লৈতেংজবীনি ;

সনাগী মিংশেন কোটি অমগী মশেক মঙান্না ইবেম্মগী ওইবীনি ; করিগুম্বা পোৎ অমা ইবেম্মগী অঙ্গদা হেক পকপদা পোৎ অহুগীমু মশেক মঙান নৈরিবনি। নিংথিঞবগী হায়নিঙাই লৈত্রবা শ্রীরূপ দর্শন তৌরুরবা জীবনা দর্শন তৌবগী পেনবা নাইদে। ইবেম্মগী রূপ-গুণবু করিদা চাংদমনরুগদগে! ঐখোইনা বর্ণন তৌরিবনি হায়রুনা তৌরিবসি তৌজনিংবগী তৌবা শাবনি। শ্রীরাধিকাদি রসখঙবা হৈশিংবা হায়বহুগী অমৃতগী সমুদ্রনি, হৈশিংবগী অমৃতগী তুংনকমনি। মাধুর্য্যগী অমৃতনি হায়রুনা গুণ হায়বা রত্নহুগী হাপফমনি।

অহুগী তুংদা বৃন্দানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, "ইবেম্মবু কন্দর্প নিংথৌগী নাক্তা পুরুবহুগী বিচারগী রায়দি কমদৌবরা?" কৃষ্ণনা খুমই, "মহুগী রায় ওইনা নখোইদা পত্রিকা অসি পীরবনি" অসি হায়রুনা ইবুঙোনা কোক্তুগী পত্রিকা থেংলম্বহু লৌখোক্তুনা বৃন্দাদা পীরে। বৃন্দানা পত্রিকাহু পারগা ললিতাদা হায়রকই, "পত্র অসিদা বন্দা কৃষ্ণগী বংশী হুরানথিবগী রাবম ইরি।" ললিতানা হায়, "ইবেম্মগী অঙ্গকান্তিনা বন অসি নেয় পেন্দুনা কজরিবনি।" মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! হে রাধে! খংনরগনু। পৌর্ণ-মাসীনা তাকপিবা লৈ—খংনবনা লীলা কায়হনবনি।" মতম অহুদা বৃন্দানা হায়রকই, "অহানবদা বনগী রাযেন বিচার তৌথিসি, —বংশীগী বিচারদি কোম তৌগনি।" মসি তাবদা ললিতানা কৃষ্ণগী মাঙদা রাধিকাবু পুশিন্দুনা লেপহল্লে। ইবেম্মগী অঙ্গকান্তিনা পূমনমক পূমঙো ঙৌব্রে। মতম অহুদা সখী ময়ামনা "জয়, রাধে, জয় রাধে, রাধা বনং, রাধা বনং" হায়না লাউহুনা পূমনীল নিনব্রে। মহু উবদা মধুমঙ্গলনা ইবেম্মগী মাঙদা কৃষ্ণবু পুশিন্দুনা লেপহল্লে। কৃষ্ণগী অঙ্গকান্তিনা পূমনমক মরকত মণিগী মচু ওইব্রে। মহু উবদা মধুমঙ্গলনা "কৃষ্ণ বনং, কৃষ্ণ বনং" হায়রুনা জগোই

শাগৎলকলে। মতম অসিদা বৃন্দানা অরাপ্পদগী য়াঙনা চেন-শিল্লকপদা শম মঙ্গুংদা লোৎলিবা বংশীনা হুংশিৎ থেংনবদা শত্তোমতা খোংলকলে। মতুদা ললিতানা হায়রকই, "বংশী হুরাল্লগা রাধাকৃষ্ণ খংনহনবগী বৃন্দানা দণ্ডি ফংবা ভারেদো।" শ্রীরাধিকানা হায়রকই, "য়েংউদো! লোনম চাউবগী লোনম অসে! বৃন্দাগা তাল্লহ্না বংশীনা বৃন্দাদা পীশিল্লগা ঐখোইদা লোনম তৌবি-ররিবসে!" মতুদা বৃন্দানা হায়, "ঐদি বংশী অসিগী রাফম খোইদোকপা থঙদে; শৈব্যাগী মথুক্তগী কক্থটী কৌবী য়োংনা বন্দা হন্দোকলম্বনি; ঐনা হৌজিক্তা খুন্দুনা পুরকলিবনি। মতুগী সাক্ষী তুলসী লৈ। থাজদ্রগা তুলসীদা হংবিয়ু।" কুন্দ-লতানা বৃন্দাগী মৎস্তগী বংশী লোরগা শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তা পীরে। মতুং অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা বংশী খোংলে। বংশী ধ্বনি তাবদা অচৎপা, চত্তবা, ঊ, উরী, শা উচেকনচিংবা পুমনমক সাত্বিক ভাব পোকল্লে— (অশ্রু) পি তাবা, (কম্প) হকচাং নিকপা, (পুলক) ভু চুংবা, (স্বেদ) হুমাং কাবা, (বৈবর্ণ) কুচু ওনবা, (স্তম্ভ) যুস্বীগুমনা চপ হেক লেপ্পা, (হাস্য) নোকপা, (গদগদিকা) রাহৈ মতৎ মতৎ ভাঙবা হায়রিবা মওং নিপানসি ওইখি। গোবর্দ্ধনগী নুং মহী চেনল্লে, কুণ্ডগী জলনা নুং ওনল্লে, ভাহু কাঙঙ, শজী খিবিক চপ চপ লেপল্লে, উপাস্বীগী মখোম শোদোক্তুনা চেহুখরে।

বৃন্দানা হায়রকই, "ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপ দর্শন তৌবদা অমদি বংশীধ্বনি তাবদা ঐখোইগী মীৎমু নাকোংমু পেঙ্গরে। হৌজিক্তি ষড়্ঋতু বনগী নিংথীবা য়েংবিয়ো। বসন্তঋতুবন্দা হৈনোপাস্বীদা মাধবীলতানা য়েৎলি, কোকিলনা কুহু কুহু হায়না খোংলি। গৃষ্মঋতুবন্দা শিরিস পাস্বীদা নবমল্লিকানা য়েৎলি, মল্লিকা শাৎলি, খুহু (ধুম্রাত পক্ষী) না খোংলি। বর্ষাঋতুবন্দা কদম্ব পাস্বীদা যুইলতানা লৈ শাৎবা য়েৎলি, রাহোং লাবা অমোমনা খোংলি। শরৎ-

ঋতুবন্দা দ্রাক্ষা পাম্বীদা মালতী শাংলি, ভাম্বু কাঙ্ঙনা খোংলি। হিমঋতুবন্দা লোধ্রবৃক্ষদা নাপুমচু মানবা বাটি কোৗবা লৈ শাংলি, চোঙৎ তেনরানা খোংলি। শিশিরঋতুবন্দা সপ্ততাল পাম্বীদা কুন্দ শাংলি, ভরদ্বাজ কোৗবা উচেক খোংলি। সনাগী লৈমায়দা ইন্দ্রনীলমণি পাম্বী হৌরি; মথ্দা অশংবা উরী য়েংলি; অঙৌবা মণিগী মখা, ভাংঙ্ভ্রানবা মণিগী মনা, মরকত মণিগী মপান, চন্দ্রকান্তি মণিগী মঊ পাল্লি। নীলমণিগী লৈমায়দা সনাগী উপাম্বী হৌরি; মথ্দা ভাংঙ্ভ্রানবা মণিগী মখা, বৈদূর্য্য মণিগী মঊ, অঙৌবা মণিগী মনা, প্রবাল মণিগী মপান, হরিত মণিগী উহৈ পাল্লি, সনাগী উরী য়েংলি। অঙৌবা মণিগী লৈমায়দা প্রবাল মণিগী পাম্বী, সনাগী মখা, চন্দ্রকান্তি মণিগী মনা, হরিত মণিগী মপান, মরকত মণিগী মহৈ পাল্লি, প্রবাল মণিগী উরী য়েংলি। প্রবাল মণিগী লৈমায়দা অঙৌবা মণিগী পাম্বী, সনাগী মখা, নীলমণিগী মনা, চন্দ্রকান্তি মণিগী মপান, বৈদূর্য্য মণিগী মহৈ পাল্লি, প্রবাল মণিগী উরী য়েংলি। মণি মথল নিপানগী লৈমায়দা মণি মথল নিপানগী পাম্বী উরীনা য়েং য়েন্থনা হৌরি। অঙৌবা, নাপু, অশংবা, অঙাংবা, চন্দ্রকান্ত, বৈদূর্য্য, মরকত, প্রবালগী ওোইচান তোঙানবা উদা মণি মথল নিপানগী মখা, মরেং, মনা, মপান অমম্বং মহৈ পাল্লি। উচেকনচিংবনা লৈ, উনা অমম্বং উরীগী মমি লৈমায়দা তাবত্থদা উনা অনৌবা ওইরবোই নিংথনা, চাগদবগী মথাদা পাইথৈ। মতৌ অম্নমনা নিংখিজ্রবা বন অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু সখীশিং, দাসীশিং, গুরুরূপা মঞ্জরীশিংনা কোয়শিল্লি। সাধকদাসীনা ইবুঙো ইবেম্মগী তুংদা লেপ্তুনা লৈগী ছত্র থৌগন তৌজৈ। বৃন্দানা মাঙ থাহনা ষড়ঋতু বনগী নিংথিজবসি য়েংনা য়েংনা মাধবী মাগুপ্তা ইবুঙো ইবেম্মনা লেঙশিল্লি। বৃন্দানা হায়জৈ, "হে রাধে! হে কৃষ্ণ! ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা লেঙশিল্লকপা

অসিদা ষড়্ঋতুগী লক্ষ্মীনা পোংলম তরাতরুক পুংপোক্তুনা পূজা কচ্চরি। চরণশেংনবা অর্ঘ্যাদি তিংথৌ মতোম্রা, আচমনগীদমক কুণ্ডগী জলনা, ধূপ্তি থোইমুনা পাইবনা ওইরি। স্নানগীদমক লৈগী লৈহৌনা থাউ ওইরি; 'স্নান্না গোবর্দ্ধনগী ইফুংনা কংলি; জল, ফিরোল, নাপু অঙাংবনচিংবা চতুঃসম চীং লৈবাকনা ওইরি; অলঙ্কারদি বন্য ভূষণ, তিলকনা হরিচন্দন্না হকচাংদা থোগল্লি। উহৈ রাহৈনা নৈবেদ্য, হৈ-থাগোকনা আরতি কংলি; ধূর্ঘ্যাট অমসুং ঝিল্লিনা থোংবনা যন্ত্র মথোল ওইরি; চোঙডা তেনরানা থোংবনা স্মৃতি শ্রুতিগান তৌবা ওইরি, রাহোং লাব-অমোমনা জগোই শারি, কোকিল অমসুং থোইমুনা ইশৈ শকলি, উগী উশানা লৈমায়দা হাইথরকপনা দণ্ডবৎ কংপা ওইরি; হরিচন্দন, মন্দার, সন্তান অমসুং অশোক কৌবা উদা মথং শিংনা মাধবী, মালতী, স্বর্ণযূথী অমসুং নবমল্লিকানা য়েত্তুনা মথক্তা উরী উনানা কূনা য়েত্তুনা মন্দির ওইরি অমসুং মতিক চাবা লৈ শাংলি। মহুদা থোইমু ইল্লি; চক্র, ধ্বজ-পতাকা য়াওবি। মন্দিরগী মনুংদা লৈ শাংলি, থাক্কল থল্লি, লৈমায়দা লৈনিক চাইথরি, ইবুঙো ইবেম্মগী শযাগা অমত্তা ওইশিন্নরি। হে রাধে! হে কৃষ্ণ! মীংয়েং তাবিহুনা ষড়্ঋতু লক্ষ্মীগী পূজা লৌবিহুনা মহৈ য়াহ্নলনবিয়ু। মতম অহুদা বৃন্দাগী ইঙ্গিত কংহুনা বনদেবীনা মথল মথা অয়াম্বা হৈ লৈ য়েন্দাই থম্না থম্না পুশিল্লকলে। বৃন্দাদেবীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংবু লৈনা সিংহার কংলে। সাধকদাসীনা শ্রীগুরু-দেবীগী ইঙ্গিত কংজহুনা শ্রীবৃন্দানচিংবী অমসুং মঞ্জরীশিংবু মাল্য চন্দন্না সিংহার তৌরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চামর থোগল তৌজে। ইবুঙো-ইবেম্মগী রূপমাধুরী দর্শন কংজবদা পূমনমক আনন্দ কংখি।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা ছয়ঋতু বন্দা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। লৈগী হুংশিবা মনম কংবদা থোইমুনা ঙংবা তাবদা

মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মহ্ তাবদা ভক্তশিং অ্জান তারে। স্বরূপরামানন্দ ইশৈ লোইশিল্লে। মহ্ ভাবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। প্রভুনা পাম্বোম অনি তিংথোক্তুনা খ্বাইবু মথং মথং আলিঙ্গন পীবিরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি। মতম অহ্দা শ্রীবাসগী মনাও নিপানা লৈ-মাল্য-চন্দন পুরক্তুনা তিনপ্রভু অমসুং ভক্তশিংদা লানশিল্লি। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজহনা লৈ-মাল্য-চন্দননা শ্রীগোস্বামীপাদ অমসুং শ্রীগুরু-বর্গদা কৎশিজ্জরগা শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই থৌগল তৌজরে অমসুং রূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দ ফংজে। অহ্গী তুংদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা ছয়ঋতু বনগী মথংদা মাঙদা বসন্তঋতুবন্দা লেঙশিল্লি। হৈনৌ পাম্বাদা তোংহনা কোকিলনা হৈনৌ মপাল অপোম্বা উমলগা কুহু কুহু হায়না সুংশিনা থোংই। লৈহাউ পাম্বীদা স্বর্ণলতা যুইপুষ্প, কাঞ্চনবৃক্ষদা মাধবীলতাগী মপাল শাৎলি, নবমল্লিকাদা পুন্নাগ, কিংশুক শাৎলি। থোইমুনা লৈহী পাম্বনা কোয়পাই পাইরি। চামরী কৌবী শঙ্গী অমোমশিংনা মমৈনা রাই শিংলি, কস্তুরী কৌবী শঙ্গা অমোমনা চৎন-চৎনা কস্তুরী থিকথরমই। হৈনৌ পাম্বীদা মাধবীনা য়েক্তুনা লৈ শাৎপগী মনম সুংশিবহ্ ফংবদা থোইমুমথৈনা ছয়ঋতু বন্দগী পরেং ২ পাইরক্তুনা বসন্তঋতুবন্দা মাধবীদা ইল্লরি। হায়রিবা বন নিংথিবা থিবিকসি 'উবদা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইনা ওইনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা ছয়ঋতু বন্দগী বসন্তঋতু বন্দা ভক্তশিংনা পুশিন্দুনা মাধবী মাগুপ্তা ফমলে। মতম অহ্দা মহাপ্রভুগী ভাবাবেশ ওইরিবহ্গী ভাব খঙহনা স্বরূপ গোস্বামীনা বসন্তরাগদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী ফাগুখেল অমসুং হোরিলীলাগী পদগান তৌরকলে। শ্রীবাসনা হোরিখেলগী মপোৎ শেম-শাহনা লানশিল্লি — রং-জল, পীচকারি, আবির, গুলাল, রং-ধূলি। প্রভুনা ইশৈহ্ তারগা ভাবাবেশ

ওইত্না গদাধরগী অঙ্গদা রং মঙী চাইরি। শ্রীগদাধরনা মহাপ্রভুগী অঙ্গদা রং মহী চাইরকই। শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগা অমা চাইনরি। ভক্তশিংনা রং মকুপ চাইরকই। মতৌ অন্নুমনা হোরি শান্নত্না খ্বাই পূমনমক সাধক দেহদগী সিদ্ধ দেহদা পুকনিং হাপ্তুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

অসোমদা শ্রীব্রজধামদা ইবুঙো-ইবেম্মনা ষড়ঋতুবন্দা লৈরি। মাঙদা বসন্তঋতু বনগী নিংথিজবা উরত্না মধুমঙ্গলনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই, ইতাও। ঋতুরাজ বসন্তনা সখীগী ফিজেৎ শেত্তুনা য়ৌরকলে। মাগী নিংথিজবসি য়েংবিয়ু— হৈনৌপাম্বীদা কোকিল-শিংনা হৈনৌমপাল অপোম্বা উমত্না কুহু কুহু খোংলি। লৈহাউ পাম্বীদা স্বর্ণযূথীনা, কাঞ্চনবৃক্ষদা মাধবীনা, নবমল্লিকা নাগকেশর অমসুং কিংশুক ( নাওইদোং ) পাম্বীদা বাসন্তীনা য়েৎলি। মাগী নিংথিজবসিদি থম্বাল লৈনা চাম-নিপান পানবগী লৈরিকুমনা নিংথিজে। ইবুঙো-ইবেম্মগী সেবাগীদমক মুক্তা কয়া বনগী উ, উখৌ কয়ানা ফজবিবা—মত্না মরম ওইত্না বন অসিনা পূমনমক্কী অপেনবা পোকহল্লি। মদনগী মবুঙোনা শান্ন-শান্নবা মওং মতুং ইন্না খোইমু লাবা অমোমনা শান্নরি। ফজবা থিবিকসি য়েংন য়েংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা মাধবী মাণ্ডপ্তা লেঙশিল্লি। বৃন্দানা হঙ্গৎলি, "হে রাধে! হে কৃষ্ণ! ইবুঙো-ইবেম্মা অনিনা লেঙশিল্লকপসিদা বসন্তঋতুলক্ষ্মীনা পোৎলম শুনা লাওত্না থম্মরে, শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংত্না শান্নবিরো।" মতম অত্দা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা য়েংত্না হায়রকই, "প্রিয়ে! ঐখোই হৌজিক হোরি শান্নশিদো।" শ্রীরাধিকানা খুম্মকই, "হে লৌনম চাওবা থিবিক্কী নিংথৌ ওইবা! ঐগা শান্নবদা কয়ারক হন্না মায়থীপ্রবনিকো!" অসি হায়ত্না ইবেম্মনা পীচকারি পায়ত্না ললিতা বিশাখানচিংবীগা লেপশ্রে। শ্রীকৃষ্ণনু সুবল মধুমঙ্গল লোয়ননা পীচকারি পায়ম্রে। ইবুঙোনা

ইবেম্মগী অঙ্গদা, ইবেম্মনা ইবুঙোগী অঙ্গদা রং মহী কাপথরে। কেশর, কস্তুরী, কুঙ্কুমগা য়াম্নরবা রং মহী কাপনবদা পূমণাও ভাওথ্রে—পূম্মম মমথ্রে। তাঙ্গা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশিন্নক্তুনা মুখচুম্বন তৌরগা বংশী খোংথ্রে। বংশীধ্বনি তাবদা ললিতানচিংবী সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কোযশিনথ্রে। ললিতানা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থন্বান্দা আবির থৈথরে। মতু উববা শ্রীরাধিকানা 'প্রাণনাথবু অত্তম তৌবা হৌনদে' হায়বত্রনা শ্রীমুখনা তাম্বূল ইনখি। রাধাকৃষ্ণসু সখীশিংসু, উ, উবী, উচেক রাযা লোইননক পূমণাও ভাওথ্রে। বৃন্দাদেবীনা মথল মথাগী যন্ত্র থৈহনা কনানা জগোই শাই, কনানা ইশৈ শকই। মতে অসুমনা শান্ন-শান্ননা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোযননা মাধবীলতাকুঞ্জ যৌনকলে। তেনবা চোঙতানা "রাধাকৃষ্ণনা জয ওইরে" হায়না লাউনকই। কোকিলসু খোংই, খোইমুসু হুংই, রাজহাং লাবা অদোমনা হরাওনা মনৈ ফন্দোক্তুনা জগোই শাগৎলকলে। ইবুঙো ইবেম্মন মাধবী মাগুপ্তা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা লেঙশিন্দুনা লৈ। থোবি শান্নবদা শিঙ্গার পূমনমক ইনাল নাম্থোকলে, রং মহীনা ফিরাল লোইনা চুরে। বৃন্দাদেবীনা বনদেবাদা থৌদাহুনা বসন্তগা মতিক চাবা মচুগী ফিজেৎ লৈতেং পুথোক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংবু ফিজেৎ লৈতেংহনথ্রে। মতুংদা মঞ্জরীশিং অমসুং শ্রীগুরুদেবা মঞ্জরীশিং পূমনমকপু সাধকদাসীনা ফিজেৎ লৈতেং থোগঞ্জবমলগা স্বর্ণযুথী মাধবীগী লৈ পরেং লেংহনা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী অমসুং সখীশিংগী শিঙ্গার থৌগল তৌজে। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন ফংজবদা আনন্দদা তাউজে।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা ভাব-বেশ ওইহনা লৈ। লৈগী হুংশিবা মনম ফংবদা খোইমুনা হুংবা তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মতু তাবদা ভক্তখিবিক

জ্ঞান তারকই ; স্বরূপদামোদরনা ইশে লোইশিল্লি। প্রভুগী ভাব-শান্ত ওইরে। মতম অদুদা ভক্তশিংনা ঋতুগী মতিক চাবা স্বর্ণযূথী অমসুং মাধবী লৈগী পারেং লেংহনা শ্রীতিনপ্রভুদা কৎশিল্লি। সাধকদাস অমসুং অতে দাস ময়ামনা গোস্বামী বর্গ অমসুং গুরুবর্গবু লৈপরেং হুকলগা শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই থোগল তৌই। বসন্তঋতুবনগী মাঙদা গ্রীষ্মঋতু বল্লি। লকুথারাগা লোয়ননা লকুপাম্বীনা হাই হুমনা হৌরি। হৈনৌ পাম্বীদা হৈনে মুল্লে, থৈবোং পাম্বীদা হৈখাগোক পাম্বীদসু উহে মুল্ল। খোইমুশিংনা স্বর্ণযূথীদগী মল্লিকারামদা পাইশিনগ্রে। থম্বাল চামনিপাল, সেউতী, অশোক মন্দারনশিংবা লৈ শাংকায়রে। শিরাম্বপাম্বাদা নবমল্লিকানা য়েত্তুনা মতুগী ননম হুংশিবত্থ ফংবদ খোইমু থিবিকনা বসন্তঋতু-বন্দগী পরেং পবেং পাঙরগুনা গ্রীষ্মঋতুবন্দা মল্লিকাদা তোংগ্রে। অসিগুম্বা বনগী ফজবসি উনবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা বসন্তঋতুবন্দগী গ্রীষ্মঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা ঋতুগী মতিক চাবা ফি ওৎথোন্দুনা ফুলবাঙলাদা ফ..লে। যেত্তা নিত্যানন্দ, গুদা শ্রীঅ..., মায়কৈ মবিদা ভক্তশিংনা কোয়শিল্লি; নন্দিনগী থোঙ মতিগ গুরুবর্গনা হুমাই মথল মরি থোগল তৌই। ইশিং মরিক মরিক শ্রীঅঙ্গদা, ফিদা চোংই। শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুবনিং খঙলহনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ফুল-বাঙলাদা লেঙশিনবগী পদগান তৌরকই। মচ তাবদা মীৎকী পিনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেশ ওইখি। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা পুকনিং হাপ্তুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা বসন্তবন্দগী গ্রীষ্মবন্দা লেঙশিল্লে। সুবলনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ। গ্রীষ্মঋতু লক্ষ্মীনা নহাক্কী সেবাগীদমক অনৌ অনৌবা মতিক চাবা মতমগী পোৎলম

পুন্থনা লাকলে। বনগী নিংখিজবসি য়েংবিয়ু—লফুপাম্বীনা লফু-থরোগা লোয়ননা হাই হুমলি, হৈনৌ মুল্লে, থৈবোং পাম্বীদা অমদি হৈখাগোক পাম্বীদা মহৈ মুল্লে। খোইমু খিবিকনা স্বর্ণযূথী থাদোকলমহুনা নবমল্লিকাগী মনম হুংশিবনা চিংহুনা গ্রীষ্মঋতু বন্দা পাইশিল্লকলে। থম্বাল চামনিপাল, সেউতী, অশোক, মন্দার-নচিংবা লৈ খিবিক শাংকায়রে। মথল মথা অযাম্বা মণিপাম্বীদা হুংশা মঙাম্না য়ৈবদা মহী শোদোকলে। উচেক কয়ানা উখোংদা ইশিং থক্কদবগী পাইথরকই। উহৈ অমুনবগী মমি লৈমায়দা উবদা উচেকশিংনা চাগে হোংনৈ। গ্রীষ্মঋতু চঙলকপদা অনৌবা পৃল্লি ফংনব্রে। লিরি শিংপা নাশিবা হুংশিংনা জীব পূমনমকপু ইংহল্লি। ইবুঙো-ইবেম্মা লেঙশিল্লকপসিদা বনদেবীনা মথল মথা অয়াম্বা লৈনা লৈগী-বাঙলা শেমব্রে।” বন অসিদা ইবুঙো-ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা বনগী নিংখিবা য়েংনা য়েংনা লেঙ্ঙকপনা লৈগী মন্দির য়্যৌরে। মফম অহুদা ইবুঙো ইবেম্মন্থ সখীশিংন্থ অঙৌবা অনানবা ফিজেৎ লৈতেংলে ঋতুগী মতিক চাবা চতুঃসম তৌরে। মসি লৈপরেংনচিংবনা লৈতেংলবী বনদেবীনা থৌগনবনি। গুরুরূপা মঞ্জরীনচিংবীনা ইবুঙো-ইবেম্মা অমস্থং সখীশিংদা নব-মল্লিকা পরেং হুকব্রে। অতুগী তুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সিংহাসনদা লেঙখৎলে, মায়কৈ মরিদা সখীশিং মঞ্জরীশিং ফমলে। মন্দিরগী মাঙান্দা গুরুরূপা মঞ্জরীশিংনা হুমাই মথল মরি পায়দুনা মায়কৈ মরিদা থৌগল তৌরি। থোঃ মরিদগী ইশিং মরিক মরিক কাপই; মহুনা ইবুঙো-ইবেম্মা অমদি সখীশিংগী ফি চোংহন্দুনা শ্রীঅঙ্গ ফজরে। বৃন্দাদেবীনা ইবুঙো ইবেম্মা অমস্থং সখীশিংবু অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংনা অমস্থং চতুঃসমনচিংবনা থৌগল তৌরে। অতুগী তুংদা ঋতুগী উহৈ—হৈনৌ, থৈবোং, কমলা, হূবী, কিহোম, হৈখোগোক অমস্থং সন্নবৎ শেমহুনা ভোজন মন্দিরদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ

অমম্বুং সখীশিংদা য়েন্নে; মঞ্জরীশিংদস্মু থুংলে। অতুগী তুংদা পুষ্পমন্দিরদা লেঙশিলহল্লগা তাম্বুল সেবা অমম্বুং হুমাই থৌগল তৌরে। অতুগী তুংদা বৃন্দানা গুরুরূপা মঞ্জরী অমম্বুং সাধকদাসীবু সরবৎনচিংবা পীথকলে। অতুদগী বৃন্দানা মাগী বনবাসীশিংদা সরবৎ পীরে। অতুগী তুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউথি।

অসোমদা নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইত্না লৈ; লৈগী মুংশিবা মনম ফংবদগী ঙংলকপা থোইমুগী মখোল তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মত্ত তাবদা ভক্তখিবিক জ্ঞান তারে। শ্রীবাসগী মচিন মনাউশিংনা ঋতুগী মতিক চাবা লৈ—অশোক, সেউতী, মল্লিকানচিংবগী পরেং অমস্মু‘ চন্দন পুরক্তুনা শ্রীতিনপ্রভুগী থৌগল তৌই। সাধকদাসনা ভক্তশিং অমম্বুং গোস্বামীশিংদা থৌগল চঙই। অতুগী তুংদা শ্রীবাসনা সরবৎ মখল মরি পুথোক্তুনা মথং মনাউ নাইনা য়েন্নগা অঙ্গদা চতুঃসম তৈরগা তাম্বুল থৌগল তৌরে। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজত্না শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই থৌগল তৌজে। অতুগী তুংদা মহাপ্রভুনা মাঙদা লৈবা বর্ষাঋতুবন য়েংই—অতিয়াদা নোংথাং কুপলি, ডাহু উরোকপরেং পাইরি। লৈমায়দা, জাম, খজুর, থাংতুপনচিংবা উহৈ মুল্লবা পাম্বী কয়া হৌরি। যূথী, কদম্ব, অর্জুন, কেতকী অসিনচিংবগী মনম ফংবদা থোইমুশিংনা মল্লিকা হুঞ্জেকলমত্না বর্ষাঋতুবন্দা পাইশিনব্রে। নোংনা লিরি লিরি তাবদা নাপী কয়া নৌনা চোংথৎলকলে, তীন কয়া পোকলে। রাহোং লাবা অমোমনা মমৈ ফন্দোক্তুনা কদম্ব পাম্বীদা জগোই শারি কেকা থোংলি। নিংথিবা থিবিকসি য়েংনা য়েংনা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়নবা কদম্ব পাম্বীদা যূইলতানা য়েত্তুনা শেম্বা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ভাবাবেশ ওইব্রে। স্বরূপ রামানন্দনা মহাপ্রভুগী পুকনিং খঙত্না ব্রজদা

শ্রীরাধাকৃষ্ণ ঝুলন শান্নবা লৈলাগী পদগান মল্লার রাগদা শকই। মস্থু তাবদা 'ঐ কৃষ্ণনি' অস্তুমনা ভাবাবেশ ওইহুনা গদাধরগী খুৎপাইহুনা ঝুলাদা (দোলদা) তোংখৎত্রে। দাসশিংনা দোল হাইরে, ভক্তশিংনা ইশৈ শকলে। গোবিন্দ ঘোষনা পুং ঁয়েরে। মতৌ অস্তুমনা ভগাক হাইরগা গদাধর পণ্ডিত গোস্বামী মখাদা কুমথরকলে। প্রভুনা রাধাভাবতা অমুক ভাবাবেশ ওই। মতম অহুদা য়েত্তা নিত্যানন্দ ওয়দা অদ্বৈত তোংহুনা দোল হাইরে। দোলনা কন্না হাইবহুদা শ্রীতিনপ্রভুগী ভকশমদা লৈপরেংনা হাইরি, অঙ্গকান্তিনা ইলং লংলি। নিংথিজবহু উবদা পুননমক আনন্দদা তাউরি। প্রভুনা দোল হাইনা, হাইনা ইশৈ তাবহুদা নয়ন্দগী প্রেমধারা শিন্থহুনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংসু সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

অসোমদা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা গ্রীষ্মঋতুবনগী মাঙদা বর্ষাঋতু-বন উরে। মতমহুদা সুবলনা হায়রকই, "হে রাধেকৃষ্ণ! বর্ষাঋতুনা সথাগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাকলে। য়েংউ—রাহোং লাবা অমোমনা মমৈ ফজোক্তুনা জগোই শারি। কদম্ব (নীপ) অমসুং অর্জুন বৃক্ষদা লৈ শাৎলে, রাহোং খোইমুনা তোংলি। ভামু, কাঙঙনা হাংচাইনা, উরোকনা ইশিংদা খোংলি। অভিয়ানা নোংথাং কুপলি, নিংথিজরবা অশংবা ফীগে অমদি চুনথাংনা আভরণ ওইরি, উরোক পারংনা মুক্তা পরেং ওইরি।" মস্থু তাবদা ইবুঙো ইবেম্মনা সখী ময়ামনা কোয়শিন্দুনা কদম্ব পান্থীদা বুই লতানা য়েত্তুনা শেম্বা মাগুপ্তা লেংশিন্দুনা ফমলে। বৃন্দাদেবীগী য়াথংদগী বনদেবীনা ঋতুগী মতিক চাবা ফিজেৎ শেৎলহুনা হিন্দোলা শেমশাত্রে। ইবুঙো ইবেম্মা দোল মথক্তা লেংখৎলে। মাইকৈ নিপান্দা সখী নিপান অমসুং ইবেম্মগী ওয়দা অনঙ্গ মঞ্জরী তোংলে। বৃন্দা অমসুং কুন্দ-লতানা দোল হাইরে। শ্রীমুখ পদ্মগী মুংশিবা মনম কংবদা খোইমু

শঙ্জু অমনা মায়থোং থম্বান্দুনা তোংগে হোংনৈ; অত্তুবু দোলনা কন্না হাইমনখিবনা তোংবা ঙমদত্তুনা দোলনা হাইবগী তুংইন তুংইন্নানা পাইরি। বৃন্দাগা কুন্দলতাগনা কন্না হাইবত্তুদা শ্রীরাধিকানা তাগনি হায়না কিরত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা থুৎ অনিনা কোম্লি; ইবুঙোনা চেৎনা আলিঙ্গন তৌই। অসুমনা ঙহাক হাইরগা ইবেম্মসু সখীশিংসু কুমথরে। অত্তুগী তুংদা ললিতা বিশাখানশিংবী সখা অনি অনিনা ইবুঙোগী নাকয়েত্তা তোংলগা শ্রীরাধিকানা দোল হাইরে। অত্তুগী তুংদা অমুক ইবেম্মনা দোলদা লেঙখৎলগা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা হাইরে। বিশাখাগা ললিতাগনা তাম্বুল থোগল তৌই, চিত্রাগা চম্পকলতাগনা চামর থোগল, তুঙ্গবিদ্যাগা ইন্দুরেখাগনা সনাগী ঝারিদা জল থন্না হাপ্তুনা থোগল তৌই অমসুং সুদেবীগা রঙ্গদেবীগনা মনম সুংশিবা অথিৎপা মপং অমসুং মকুপ পায়ত্তুনা হরাওনা দোল মথক্ত তোংলগা শ্রীকৃষ্ণনা দোল হাইরে। অত্তুগী তুংদা সখীশিংনা মাগী মাগী দোলদা তোংলগা শ্রীকৃষ্ণনা বহুমূর্ত্তি ওইত্তুনা সখী অমমমগা ইবুঙো অমমমগা তোংত্তুনা হাইরে। ময়াম ওইনা ইবুঙোনা শাল্লবনি কনানসু খঙদে— সখী খুদিংমকনা "শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী ইনাক্তা লেপ্তুনা দোল হাইরি" অসুমনা নিংনখি। অত্তুগী তুংদা সখাশিংনা ইবুঙো ইবেম্মবু হাইরে। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌজবদা মুঙাইজরত্তুনা ইবুঙো ইবেম্মগী গুণগান তৌই। অত্তুগী তুংদা বৃন্দাদেবীগী য়াথংদগী বনদেবীনা ঋতুগী মতিক চাবা লৈপরেং, চন্দন পুশিল্লক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংদা থোগনথ্রে। শ্রীগুরুদেবাগী ইঙ্গিত ফংজত্তুনা সাধক-দাসীনা বৃন্দাদেবী, মঞ্জরীশিং অমসুং গুরুরূপা মঞ্জরী পুমনমকপু থোগজরে। গুরুদেবীনা পেনবিরত্তুনা সাধকদাসীগী ঙকশমদা প্রসাদি মালা হুকপিরে। সেবা চঙজবীশিংনা 'শ্রীরূপ মাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউথ্রে।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভু বর্ষাঋতুবন্দা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। লৈগী মুংশিবা মনম ফংহনা খোইমুনা ওংলকপদা হুঙ্কার তৌরকলে। মহু তাবদা ভক্তখিবিক জ্ঞান তারে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিন্নি। শ্রীমহাপ্রভু দোলদগী লেঙখহনা ভাবশান্ত ওইরহনা বেদীদা লেংশিল্লি। ভক্তশিংনা হুমাই খোগল তৌই। অহগী তুংদা ঋতুগী মতম চানবা কদম্ব, কেশর, কেতকী. যুথীনচিংবগী লৈপরেংনা শ্রীতিনপ্রভুগী খোগল তৌই। দাসশিংনা ভক্তশিংগী অমম্বুং গোস্বামীশিংগী, গুরুবর্গগী ওক্তা লৈ পরেং হুকলগা শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই খোগল তৌরে। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউই। অহগী তুংদা শ্রীমহাপ্রভুনা বর্ষাঋতুবনগী মাঙদা শরদঋতু বন লৈবা উরে। দ্রাক্ষা, হৈগ্রুব, কফোই পাম্লে; সেউতী, খম্বাল চাযনিপাল, খম্বাল অঙাংবা, তুলসী, মালতী, লালগুঞ্জা শাংলে। শরদকা লৈচিল উবদা ভানু-কাংঙনা খোংলকলি। চোঙা তেনরা খংনরি। দ্রাক্ষাদা মালতীনা য়েত্তুনা শাংপনা মাহগী মনম তুংশিবহু কংবদা খোইমুনা প:রং পরেং ওইনা বর্ষাঋতু বন্দগী পাইরক্তুনা শরৎঋতু বন্দা পাইশিল্লকই। খম্বাল অমদি মালতীদমু খোইমু ইঙি। নিংথিবা থিবিকসি উবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা বর্ষাঋতু বন্দগী শরদঋতুবন্দা লেংশিল্লগা দ্রাক্ষা মাগুথ্রা ফমহনা ভাবাবেশ ওইরি। স্বরূপরামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা নিংথিরবা খোম্নোকনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শরদঋতুবন্দা ভ্রমণ তৌবা অমম্বুং চোংঙা তেনরা খংনবগী পদগান তৌই। মহু তাবদা শ্রীপ্রভুগী নয়নধারানা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংমু ইশৈদা লুপ্তুনা সাধক দেহদগী সিদ্ধ দেহদা মন হাপ্তুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌখি।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙা লোয়ননা বর্ষাঋতুবন্দা

লৈরিভৈদা কুন্দলতানা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! শরদ ঋতুনা সখীগী কিজেৎ শেত্তুনা লাকলিবসি য়েংউ। তথক তথকপা খঞ্জাংচাক, খঞ্জাল মানবী মায়থোং, তনিকপা শমজোই, ভাজু খঙ্গোংগী মশক ওইবা কুন্দা অঙৌবা লৈচৌম্না কিজেৎনবা, অঙাঙবা অশংবা খম্বাম্না চৌম্বান মথক মখা ওইবা, রাইমুগী মখোম্না কিঙ্কিনী মখোন ওইবা, যূথী, থরোনচিংবনা মাগী ওইরি।" শ্রীকৃষ্ণনা অশংবা থরো ওইরে, অশংবা খম্বাম্না নাগী লৈভেং ওইরে। সেফালিকা অমদি কাশিয়ারনা চামর অঙৌবগুমই। শুক শারি খৎনরি। শুকনা হায়, "শারি নং বন অসিদগী চৎল্রো—বন অসিগী উহৈ চাগনু। ঐদি বেদান্তগী ওৱানি ব্রাহ্মণি। মুপীনা শোকপা উহৈ চাদে—নং শোকউগু।" শারিনা হায়, "নংসি ঐগীদি ইপুরোইবনি হায়ববু রাধাগী য়েকনবনি। স্মৃতি শাস্ত্রদা প্রমাণ লৈরি—বন অসিদি ঐখোইগী বৃন্দাবনেশ্বরী গীনি।" শুকনা হায়, "শ্রুতি শাস্ত্র হায়বা স্মৃতি শাস্ত্র হায়বসিদি মথল কয়াগীনি। বন অসি ঐগী ইবুঙো কৃষ্ণগীনি হায়বসি আগমনচিংবা পুরাণদা য়াওরি—"কৃষ্ণ বনং বনং" হায়রি।" শারিনা হায়, "গোপালগী থম্মোইদি খোয়বনি। কৃষ্ণদি মাখনা হায়খা ইশিংদা পানবহুনি—য়েংবদদি য়ামনা ফজবা, অচুগা মচুংদদি করিম্নু য়াওদবা। ঐখোইগী ইবেম্মদি মুবীনি—মপান্দদি কনবা মসুংদদি লুরবা মহী য়াওবা।" শুকনা হায়, "ঐগী কৃষ্ণদি চু-মচেগুম্বনি,—গোপীশিংগী মপুকনিংদা প্রেম পোকলগা রসদি চেন্দে।" শারিনা হায়, "ঐগী ইবেম্মদি মঙখা হায়বা রাগহুনি, নংগী কৃষ্ণ হায়বহুদি লিকসিনি—মপান্দদি য়েংবদা ফজবা মসুংদদি করিম্নু য়াওদবা।" শুকনা হায়, "ঐগী ইবুঙোদি পাঙল লৈবনি—মুমিৎ তরেৎনি চুপনা চীং থাঙৎখিবহু কনানো? লম্মেদগী কনবিখিবহুনা কনানো?" শারিনা হায়, "ব্রজমিংখোনা গিরিরাজ পূজা তৌজবহুদা গিরিরাজনা পেল্লহুনা নরমাই কাখৎচখিবনি, অচদা কৃষ্ণনা খাদা খুৎ

থিংজিনখিবনি। খঙদবশিংনা কৃষ্ণনা থাঙ্গৎপনি হায়জবনি।" শুকনা হায়, "অঙাং পিশক ওইরিঙৈদা পূতনাবু হাগুনা মমা ওইবগী হৌনবী কায়দনা স্বর্গতি ওৎহনখিবা কনানো? বৃনাসুর, ধেনুকাসুর হাৎখিবহ্ কনানো? সহাগী সতীত্ব মাঙহনা ইকায়গদবদগী কনবিখিবহ্ কনানো? ইন্দ্রগী নাপল মাঙহনখিবনা কনানো? গোবর্দ্ধন গিরি থাঙ্গৎখিবহ্ কনানো?" শারিনা হায়, "কৃষ্ণদি চৌং অমত্তং মতম থরা থাঙ্গচ্চবনি—নিতিগী চৌং অনি থাংলিবদি কনানো?" শুকনা হায়, "নিতিগী চৌং অনি থাংলিবদি নবেম্মনিদনা।" মতৌ অসুমনা থৎনবা লোইরবদা শারিনা ললিতাগী মপাম্বোনদা তোংলরে, ললিতানা দ্রাক্ষা পীজে; শুকনা সুবলগী মপাম্বোনদা তোংলরবদা সুবলনা কফোই পীজে। শুকশারিগী থৎনবা তাবদা ইবুঙ্গো ইবেম্মনা হরাওনা সখীশিংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা বন্দা অসুম লেঙভকপনা স্বর্ণযুথী হায়বা উরীদ্দনা কোয়শিল্লবা দ্রাক্ষাগী মগুপ্তা লেঙশিল্লি। মতম অত্তদা বৃন্দাদেবীনা বনদেবীবু পুহল্লক্তুনা ঋতুগী মতিক চাবা বনগী লৈগী পরেং, চন্দন কত্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংবু লৈতেংই। সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা বৃন্দাদেবী, মঞ্জরীশিং অমসুং গুরুদেবীশিংদা থোগল চঙলে। গুরুদেবীনা পেনবিহনা সাধকদাসীগী চকশনদা প্রসাদি মালা হকপিরে। দাসীশিংনা চামর থোগল তৌই—ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউই।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা শরদ ঋতুবন্দা ভাবাবেশ ওইবিরি। ভক্তশিংসু ইশৈদা লূপ্তুনা লৈ। লৈগী হুংশিবা মনম ফংবদা থোইমুনা ঙংলকপা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মহ্ তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান লাকলে। স্বরূপ গোস্বামিনা ইশৈ লোইশিল্লে। প্রভুগী ভাবশান্ত ওইরে। ভক্তশিংনা বনগী মতিক চাবা লৈ পরেংনা শ্রীতিনপ্রভুদা লৈতেংলে। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত

ফংজত্থনা ভক্তশিং, গোস্বামীশিং অমসুং গুরুবর্গদা লৈপরেং হকচৈ অমসুং শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই থৌগল তৌই। রূপমাধুরী দর্শন তৌবদা থাই পুমনমক আনন্দদা তাউই। শরদঋতুবনগী মথংদা হিমঋতুবন্দা লোধ্র কৌবা অচৌবা উ হৌরি, কমলা মুন্নে, চন্দ্রমুখী শাংকাইরে। শুকশারিনা অমুনবা কৌ চারি। কামিনী কুসুমগী মুংশিবা মনম ফংবদা খোইমু মথৈ শরদঋতুবন্দগী হিমঋতুবন্দা পাইশিনরে। বনগী নিংথিজবসি উবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়নবা নাপু মচুগী ঝিন্টি হায়বা লৈগী মগুপ্তা লেঙশিন্নগা ভাবাবেশ ওইরে। স্বরূপ রামনন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙত্থনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা হিমঋতুবন্দা ভ্রমণ তৌবা অমসুং সখীশিংনা সেবা তৌবগী গান তৌই। শ্রীমহাপ্রভুনা নয়নগী জলনা শ্রীঅঙ্গ-পুম্বা চোংলত্থনা ভাবাবেশ ওইরি। ভক্তশিংসু ইশৈদা ঙাওরত্থনা সিদ্ধদেহদা মন থমনরে।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা হিমঋতুবন্দা ভ্রমণ তৌরি। নান্দিমুখীনা হঙ্গংলি, "হে রাধে! হে কৃষ্ণ! হেমন্তঋতুসি কয়াদ নিংথিজরবা! মক্তুবা অম্লান কুসুম (থুইথবা নাইদবা লৈ) লৈনা বন অসি মকা লামলে, নাপু মচুগী ঝিন্টি অমদি অঙাংবা ঝিন্টিগী মুংশিবা মনমনা থল্লে। উরী উনা থুদিংদা চীটাক্ষ হায়বা উচেক্কী মথোন্না নাকোং অমদি থম্মোইবু শুন্ধংলি। কমলাসু শজীসু নিংথম্বগী শংলবা হকচাং পুম্বদা ঈংনা লেক লেক লাউরি। হে রাধে! হে কৃষ্ণ! হেমন্তঋতুসে ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গগুম্বনি।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "প্রিয়ে! হেমন্তঋতুসে নহাক্কী নঙানগুমলে। পৃথ্বিদা কৌ মুন্নে—মসিনা সনাফীগে মাল্লি, নারঙ্গ সারঙ্গনা কুচ অনিগুমই। হেমন্তঋতুবু কিবদগী মুমিং কৌবা লাইদো চীংদরা, শুহাদরা, নংগী কুচগী মরুমদরা নত্রগা বট মরুমদরা লোৎরে।" অসুম হায়রত্থনা ইবুঙো ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা নাপু মচুগী ঝিন্টি

কোবা লৈগী মণ্ডপ্তা লেঙশিল্লি। মায়কৈ মরিদা সখীশিংনা অমদি দাসীশিংনা মতমগী মত্তিক চাবা সেবা তৌই। বৃন্দাদেবীনা বনদেবীদা য়াথং পীহুনা লৈপরেং চন্দন পুহল্লক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংদা সেবা চঙই। সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা বৃন্দাদেবী অমসুং মঞ্জরীনচিংবীদা সেবা চঙই। শ্রীগুরুদেবীনা পেনবিরহুনা সাধকদাসীদা প্রসাদি মালা হুকপি। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা পেঙৈ।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইবিরি। লৈগী মনম ফংহুনা খোইমূনা শুংলকপা তাবদা মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মহু তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান লাকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। ভক্তশিংনা লৈপরেং লেংহুনা শ্রীতিনপ্রভুগী শুক্তা হুকই। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজহুনা লৈপরেং লেংহুনা ভক্তবৃন্দ, গোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গ পূমনমক্তা কৎশিজরগা শ্রীতিনপ্রভুগী হুমাই খোগল তৌজে। অহুগুম্বা নিংথিজবহু উবদা পূমনমক আনন্দদা তাউই। শ্রীমহা-প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা শিশিরঋতুবন্দা লেঙশিল্লে। বন অসিদা সপ্ততাল, সন্তান, কূটরাজনচিংবা উ, ভরদ্বাজ কোবা উচেক, কুন্দ অমদি কুন্দিবক কোবা লৈ শাৎকায়রে, পোরোই মুল্লে। শিশির ঋতুবু কিবনা সূর্য্যদেবনা দক্ষিণায়ন্দা চেপথল্লে— সুংথিল তেল্লে, অহিং শাংলে। উন্না থম্বাল কংহনপ্রবনা খোইমূনা কুন্দদা তোংলরে। নিংথিবা পুম্বসি উবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা কুন্দপুষ্পগী মণ্ডপ্তা লেঙশিল্লে। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙলহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শিশিরঋতুবন্দা বনভ্রমন তৌবগী পদগান তৌরে। মহু তাবদা প্রভুনা নয়নগী শিম্বরকপা পিনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলহুনা ভাবাবেশ ওইল্লে। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমল্লে।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শিশিরঋতুবন্দা লেঙশিল্লি। বৃন্দানা হায়র্জে, "হে রাধেকৃষ্ণ! শিশিরঋতুবন অসিগী কজবসি য়েংবিয়ু। সপ্তুতাল, সন্তান, কুটরাজনচিংবা উ পরে', উচেকী জাত্তা ভরদ্বাজ, লৈগী জাত্তা কুন্দ, কুন্দিবক, উহৈগী জাত্তা পোরোই মুল্লে সূর্য্যদেবনা শিশিরঋতুবু কিবনা মাগী মৈশাহু উখুল অহোবদা, গুহাদা, চীংগী গুহাদা, ব্রজাঙ্গনাশিংগী কুচদা থনমলগা চৎখ্রে। উন্দা থক-থক নিকলবা শজীনা উখাদা চপ চপ লেপলি, উচেকনা উখুল অহোবদা লোৎলি।" রাসি তাবদা ইবুঙো-ইবেম্মনা সখী-শিঙ্গা লোয়নননা কুন্দগী মণ্ডপ্তা লেঙশিল্লি। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা থ্বাই পুম্বা আনন্দদা তাউই।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইচনা লৈ। লৈগী সুংশিবা মনম কংবদা খোইমুশিংনা ঙংলকপা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই মহু তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান লাকলে। স্বরূপ গোস্বামীনা ইশৈ লোইশিল্লবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। ভক্তশিংনা ঋতুগী মতিক চাব লৈপরেং লেংহুনা শ্রীতিনপ্রভুগী ভক্তা থোল্লি। সাধক-দাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত কংজহনা লৈ পরেং লেংহুনা ভক্তবৃন্দ, গোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গদা থৌগল্লি। দাসশিংনা কাঙহাই থৌগল তৌই। নিংথিজবহু উবদা পুমনমক আনন্দ কংথি। অহুগী তুংদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়নননা শিশিরঋতুবন্দগী যুগ্ম-ঋতুবন উরক্লুনা শ্রীবাসগী লৈকোনগী অরাংথংবা কোনাদা হৈ-লৈগী মণ্ডপ্তা চতুঃশালা বেদীদা লেঙশিল্লি। য়েত্তা শ্রীনিত্যানন্দ, ওয়দা শ্রীঅদ্বৈত, মায়কৈ মরিদা ভক্তশিং। মতম অহুদা লৈগী লৈনম কংহুনা খোইমুনা ঙংলকপা তাবদা প্রভুনা ভাবাবেশ ওই। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং থঙহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যুগ্মবন্দা শাম্নথিবা লীলাগী পদগান তৌই। মহু তাবদা প্রভুনা নয়ন্দগী শিম্বরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলহুনা ভাবাবেশ ওই। ভক্তশিংনু

মাগী মাগী সিদ্ধদেহদা মন থমন্থনা ব্রজদা ইবুঙো-ইবেম্মগী লীলা দর্শন তৌই।

মওং অমদনা—শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা বসন্ত-শরদ ঋতুবন্দা মাধবীমণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমই। কোকিল, কাঙঙ অমদি খোইমুগী মখোল তাবদা মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওই। স্বরূপ রামানন্দনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমবৈচিত্র লীলাগী পদগান তৌই। মহু তাবদা প্রভুনা অরাবা ফোংদোকই। মহু উবদা স্বরূপ রামানন্দনা ইবুঙো-ইবেম্মা অমুক মিলন ওইবগী গান তৌহনা লোইশিল্লি। ভক্তশিংনা মাধবী মালতীগী পরেং প্রভুদা থৌগল্লি। প্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা গ্রীষ্ম-হেমন্তঋতুবন্দা লেঙশিল্লি। নব-মল্লিকা অমসুং নাপুমচুগী ঝিন্টিগী মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমই। স্বরূপগোস্বামীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নির্হেতুমান পদগান তৌই। মহা-প্রভুনা নয়ন্দগী শিম্বরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোংলি। প্রভুনা রাবহু উবদা স্বরূপ গোস্বামীনা পদগান তৌবা লোইশিল্লি। ভক্তশিংনা চামরনচিংবা থৌগল তৌহনা প্রভুগী হকচাং চোকথবহু তেকথৎনবা সেবা তৌই। নবমল্লিকা, ঝিন্টিগী পরেং লেংহনা প্রভুগী ভক্তশনদা থোল্লি। কনানা কাঙহাই, কনানা তাম্বুল সেবা চঙই অহুগী তুংদা প্রভুনা বর্ষা-শিশির ঋতুবন্দা যূথী-কুন্দগী মণ্ডপ্তা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা লেঙশিল্লি। রাহোং, ভরদ্বাজ অমদি খোইমুগী মখোল তাবদা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওই। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং থঙলহনা ব্রজদা ইবুঙো-ইবেম্মনা শাম্রবা লুকোলুকি খেলা, মধুপান অমদি রতিক্রিয়াগী পদগান তৌই। মহু তাবদা ভাবাবেশ ওইহনা প্রভুনা গদাধরবু আলিঙ্গন তৌই। ভক্তশিংনা যূথী অমসুং কুন্দ পরেং লেংহনা প্রভুগী ভক্তা থোল্লি অমসুং চামর থৌগল তৌই।

অসোমদা ব্রজদা ইবুঙো-ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা শিশির-ঋতুবনগী মোইরাংলায়জিদা বসন্ত-শরদ যুগ্মঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা

বনগী নিংথিজবা দর্শন তোই। মাধবীলতাগা স্বর্ণযুথীগনা য়েৎলবা অাক্কাগী মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমই। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "প্রিয়ে! নংগী নগুণ অসিদি লক্ষ্মীবু ঙমজবীনি।" শ্রীরাধিকানা হায়, "ব্রজগী ছুপাঁশিংবু করমনা লক্ষ্মীগা লাম্বা য়াগদগে? ইবুংঙোগী বনমালাগী মনম ফংবদা তান্নজবা খাইমু অমোমশিংছুপ্তুগী ননাই ঐখোইনি।" কৃষ্ণনা হায়, "খোইমুদি নহাক্কী মায়খোংদা চাইথরিবা শমজোই-ছুনি।" ইবেম্মনা হায়, "ইবুঙোগী কান্তিদি সূর্য্যদেবগী মচানুপী যমুনাগী কুচুনি।" কৃষ্ণনা হায়, "নহাক্কীদি নহাক্কী শ্যামাসখীগী রূপ অত্তুনি।" ইবেম্মনা হায়, "ইবুঙোগী হস্তনা অতক খোংলগা করমনা ছুমিৎ তারৎনি চুপনা চীংবু পুবিবা!" কৃষ্ণনা হায়, "নংগী থোংলবা মেঙলবা বক্ষ অত্তুনা চীং অনিবু করমনা পুরিবা!" ইবেম্মনা হায়, "চন্দ্রাবলীগা থেংনবা ঙমদত্তুনা পুজরিবনি।" ইবুঙোনা হায়, "চন্দ্রাবলী (থা পরেং) চান-চাম নহাক্কী খুজীন মতোম্দা য়াওরিনা।" ইবেম্মনা হায়, "ঐগী ললিতা সখী হায়-বীসে লানকমদা অকনবীনি।" ইবুঙোনা, "নহাক্কী ললিতানা রাহৈগী লান্দা থৌবানি।" ইবেম্মনা, "ইবুঙোগী রাহৈদি তাবদা নোংবা অঙকপগী মশকনি—মপান্দদি থুমগ্রবা মনুংদদি থৌগ্রবা থাঙময়া পানবনি—মেঙনা থম্মোইদা যুবনি।" ইবুঙোনা, "কো-কিলনা কোকিল অমোমগা সঙ্গ ওইবগী হুঙাইবা-ইশৈ শকচবনি; মত্তুনা যুবতীশিংগী থম্মোইদা অরাবা পি হায়ত্তুনা কোকিলগী মরাল কয়িনো?" ইবেম্মনা, "দুর্গা (পরমা প্রকৃতি) হায়বীসি অথোইবী নায়িকানি, তারা হায়বীসিদি ওম্মোকনা থোংনোবীনি, ইবুঙোনা থানি, নোং ওইবা ইবুঙোনা করমনা থাঙলিবা!" যুথী হায়বা লৈরাংসি ওম্মোকনা থোং-নোবীনি, খোইমুগী থম্মোইনা করমনা থাঙলিবা! প্রিয়ে! অসিগুম্বা গুণ চেনবীসিবু কনা কনানো?" ইবেম্মনা, "ঐগী ললিতা বিশাখা সখীদা অদুমনা ওই।"

ইবুঙোনা, "নংগী থম্মোইদা কয়া ইনশিন্দুনা ঐগা উয়হন্দবসি কনানা তৌবগে?" ইবেম্মনা, "ঐগী ললিতানি।" ইবুঙোনা, "প্রিয়ে! নংনা মান তৌহনা লৈগ্রবদা ঐবু সখীগী কিজেং শেংহল্লগা উয়হনখিবহ্ কনাননো?" ইবেম্মনা, "মহুদি ঐগী সখী বিশাখানি।" ইবুঙোনা, "ঐখোয়গী মিলন-ক্রীড়া লোইরকপদা ঐখোইগী বেশনচিংবা য়েকখোত্তুনা ঐখোইবু নুঙাইহনবনা কনাননো?" ইবেম্মনা, "ঐগী চিত্রা সখীনি।" ইবুঙোনা, "প্রিয়ে! নুংশিংনা স্বর্ণলতাবু (সনাগী উরীবু) তমালগা তিয়হনবদৌনা ঐখোই অনিগী মিলন রতি ক্রীড়া লোইরকপদা কিজেং লৈতেং, তিলকনচিংবা শেমজন শাজিনবীহ্না ঐখোইবু নুঙাইহনবহ্না কনানো?" ইবেম্মনা, "ঐগী সখী চম্পকলতিকানি।" ইবুঙোনা, "মধুপান তৌহন্দুনা ঐখোইবু রতিক্রীড়াদা নুঙাইহনবহ্না কনানো?" ইবেম্মনা, "মহুদি ঐগী ইন্দুরেখানি।" ইবুঙোনা, "ঐখোই অনিগী গুরু ওইহ্না রতিক্রীড়া মহৈ য়ালহন্দুনা রাসগী ইশৈ অমম্পুং যন্ত্রনা ঐখোইবু নুঙাইহনবহ্ কনাননো?" ইবেম্মনা, "মহুদি ঐগী তুঙ্গবিদ্যা সখীননি।" ইবুঙোনা, "পাশাখেলাদা নংগী মীচং ওইহ্না নুঙাইহনবহ্ কনানো?" ইবেম্মনা, "ঐগী সুদেবী সখীনি।" ইবুঙোনা, "রাসস্থলিদা জগোই শাহ্না ঐখোইবু নুঙাইহনবহ্ কনানো?" ইবেম্মনা, "ঐগী রঙ্গদেবীনি।" ইবুঙোনা, "মীগী অরাবদা রাবিবা, মশাগী অরাববুদি নুঙাইবনি খন্দোকপা অসিগুম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপসি কনা কনানো?" ইবেম্মনা, "ঐগী সখী পূমনমকানি।" অম্মুম হায়নরিঙৈ অসিদা খোইমু চবুল অমা পাইশিল্লকুনা শ্রীরাধিকাগী মায়থোং থম্বান্দা তোংলরে। তাম্নোকনবা হায়হ্না শ্রীকৃষ্ণগী সনাকীগে মরুমদা মায়থোং লোংলবদা ললিতানা থম্বাল অমা পায়হ্না পুশিল্লকলে। খোইমুশিংহ্ লোইনা থম্বান্দুদা তোংগ্রে। সখীশিংনা হায়রকই, "রাধে!

মধুসূদনদি ( খাইমুদি ) পদ্মমালিদা ( থম্বাল্দা ) পাইগ্রে।" মতু ডাবদা শ্রীরাধিকানা খল্লি, "মধুসূদন হায়বনা কৃষ্ণবুনি, পদ্মমালি হায়বনা চন্দ্রাবলীবুনি।" মরম অতুনা খম্বনবনা ঙাওরতুনা হায়রকই, "ধনিষ্ঠা! লৌনম্বত কদাইদা চৎগ্রবা?" ধনিষ্ঠানা খুমই, "কুসুম সরোবরদা।" ইবেম্মনা হায়রকই, "কুসুম সরোবরদদি কৈদৌবা? চন্দ্রাবলীগী নাক্তা? ঐদি ওম্মোকনা চাকলেদা! ঐবু অমুক চাকহল্লগু। ঐদি হান্না খঙজরবনিনে—তুলসীগী রাদগী। অতুবু নখোইসি ঐগী চান্নবা সখী ঙাকনিদো; অতুদা নখোইগী রাদা থাজক্লতুনা লাকলিবনিদো। ঐগী কুণ্ডদমক লাকলগা নমথাক তৌথ্রবা!" কৃষ্ণনা ইঙ্গিত তৌবদগী সখীশিংদ্ ইবুঙোগী য়াকা য়েংতুনা ঙাঙলে ললিতানা হায়, "রাধে! নংনদি ইচম চম্বীনিদো, কান্নদে য়ুমদা হল্লসি। কৃষ্ণ হায়বতুগী লৌনমদো ঐখোই মুন্না খঙই। অসিদা লৈরুবগী কান্নদে-সে।" অসি হায়তুনা ইবেম্মগী খুৎ পায়তুনা য়ুমলোমদা চিংই। মতুদা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণ কায়নরবনি হায়তুনা মিপায়রতুনা হায়রকই, "ইতা ললিতে! ঐগী থম্মোইসে ওন্ন-তৈনেনে। দোষ খিবা হোৎনরুরগা গুণতমক হেক্তা উবা। ইবুঙো কায়নবসিদি মীকুপ অমা ফাওবা খাঙবা ঙমজদে। করম তৌগনি—ঐদি থরাইসে কাজিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রে ইতা!" ললিতানা হায়, "তুপীগী পুকচেল হায়বসে অস্তুম তৌইদো। ষষ্টীকা কোবী (তুমিৎ ৬০ নিদা মুনবা) ফোতুনা মনানা য়োমশিন্দুনা মতুংদা মুনবগুমনা তুপীগী হৌনবীনি পুকনিংগী অনিংবতু পুকনিংদা অতুম মথম্বা। ইবেম্মনা লাংতকনরিবসিবু কৃষ্ণতুনা করিগুম্বা উথ্রবা নত্রগা তাথ্রবদবু করি থোকবা!" ইবেম্মনা হায়, "ইতা! নংগী চৎনবী নিত্তিগী রাহু কান্নদেদা। তাবদা নাকোংসে কায়দোরে। কৃষ্ণ কংগ্রবদি ঐদি থরাই থাগদোরে, থম্মোইসে কায়খিগদোরে, কোক অসে উন্না উন্না

লৈরে। ঐগী থাঙবা কনবা, ইকাইবা, নাপল, মান লোইনা চংখ সনু। ঐবু কৃষ্ণগা উন্নহনবিয়ু।" অসি হায়ত্থনা মায় লৈথে.- রকই। ললিতানা ইবেম্মগী কোক্তা কুপলিবা ইবুঙোগী সনাফাগেত্থ হাংদোকই। অত্থদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গত্থনা মিংশেল ওইরত্থনা মত্থদা ইবেম্মগী ছায়া তাবত্থ উরুরে। নিজ প্রাণনাথনা অতোপ্পা কান্তা অমবু আলিঙ্গন তৌরিবনি হায়না হেক খন্দোকপ্রত্থনা মায় লৈথোক্তুনা খস্বনবা, অশাউবা অমদি ইকাইবগা লোয়ননা মান তৌত্থনা থক থক নিকলকলে। মত্থ উবদা কুন্দলতানা হায়জে, "ইবেম্মা রাধে! নহাক্না রাখনসিবু কনানা খঙবনো? ইবুঙো মাবু উত্রগা থরায় থাগদোরবা অত্থগুম্বা নবুঙোত্থ উরগা অমুক শাউত্থনা নিকলিবসিবু করিনো?" মত্থ তাবদা ইবেম্মনা য়ামনা শাউনা খুম্মকই, "লৌনম চাউবী! নংনা ঐঙোন্দা কনাবু উহনগে হায়ত্থনা ইয়ুনদগী বনসিদা পুবিরকপনো? নংবু—পদ্মাগী মবেম্মা চন্দ্রাবলীত্থবু কৃষ্ণগী থবাক্তা ভাম্বোইরিবনি উত্রা? নংদি নমিৎতু ভাঙলবনিনে।" কুন্দলতানা খুমই, "খঙত্রেন মীৎ তা লিব্- সিবু ঐরা, ইবেম্মরা।" কৃষ্ণনা হায়রকই, "হে রাধে! চন্দ্রাবলী নত্তে। কাচিন অসিদা অসিনি হায়বা হায়কম খঙত্রবা, মশক উবা কংত্রবী, লোৎনা লাকপী সতী অমনা রাধাগী সখানি বনদেবীনি হায়ত্থনা নমত্থনা ঐবু আলিঙ্গন তৌররিবনে। মঙং কয়া হোৎনত্থনস্থ ঐনা কামন ভাওরবীসিবু ভাম্বোকপা ঙমত্রে। নহাকনা নংগী নতাসিবু চিংথোকলো লাউ।" মতম অত্থদা ললিতানা ইবেম্মগী নাকোংদা লোৎনা হায়রৈ, "মসিদি ইবেম্মগী নমিনে, অতৈ রূপী কনাস্থ নত্তেয়ে।" মতম অসিদা ইবুঙোনা নোক্তুনা ইবেম্মগী মুখচুম্বন তৌত্থনা আলিঙ্গন তৌই। তাঙ্গাসিদা বৃন্দাদেবীনা বনদেবীদা হায়ত্থনা ঋতুগী মতিক চাবা লৈপরেং অমস্থং চন্দন পুরক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমস্থং সখীশিংদা লৈতেংই।

সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা বৃন্দা, মঞ্জরীশিং অমসুং গুরুরূপা মঞ্জরীশিঙ্গী সেবা চঙই। দাসীশিংনা মতমগী মতিক চাবা সেবা তৌজে। অহুম্বা ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা থ্বাই পূরনমক আনন্দদা তাউই।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা ভাবাবেশ ওইরি। লৈগী সুংশিবা মনম ফংহনা খোইমুনা ঙংবা তাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মহু তাবদা ভক্তশিংসু জ্ঞান তারে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লি। প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। মতম অহুদা ভক্তশিংনা চামর খোগল তৌই। শ্রীবাসনা লৈপরেং অমসুং চন্দন পুশিল্লক্কুনা শ্রীতিনপ্রভুগী খোগল তৌই অমসুং ময়ামদসু য়েল্লি। অহুদগী খোইমুগী ঙংবা তাবদগী প্রভুনা অমুক হন্না ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুপান অমসুং রতিক্রীড়াগী পদগান তৌরকই। মহু তাবদা প্রভুনা নয়ন্দগী শিন্থরকপা পিনা শ্রীঅঙ্গ চোংলহনা ভাবাবেশ ওই; শ্রীঅঙ্গদা তুজুং-মাঙুংই। ভক্তসিংসু ইশৈদা পুকনিং লুপন-লুপনা সিদ্ধদেহদা মন থমহনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যুগলখতুবন্দা প্রেমবৈচিত্র নিহে´তুমান . লুকোলুকি লীলা শান্নরগা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা বাসন্তী সখীগী কুঞ্জগী চীংখৈদা মাধবীমণ্ডপ্তা রত্নবেদীদা লেঙশিল্লে। মণিনা মথক কুপ্পনি, সনাগী ঝালর য়াম্থবনি। মতম অহুদা বৃন্দানা মধু পুরক্কুনা কটোরা (লৈপাকনা শাবা পাত্র মথল অমা) দা হৈরগা শ্রীকৃষ্ণদা লানশিন্দুনা হায়রকই, "ইবুঙো! মধুপান তৌবিয়ো।' শ্রীকৃষ্ণনা মহু লৌরগা ইবেম্মদা পীরগা হায়রকই, "প্রিয়ে! মধুপান তৌসে" মতম অহুদা ইবেম্মনা ইকাইহনা মায় লৈখোকই। ইবেম্মনা শোকলবা অমৃতগা মান্নরবা

মধু অহু ইবুঙোনা থর থকলগা ইবেম্মদা অমুক পী। হন্দক্তি ইবেম্মসু কিনা থুমজিল্লগা থরা থকলে। মধুপান তৌরগা ইবেম্মনা রাখল তৌরকই—'ঐনা ইবুঙোগা লোয়নহুনা মধুপান তৌহুনা হুড়াইরিবসিগুমনা ঐগী নখীশিংসিত্ত ইবুঙোগা লোয়নহুনা পান তৌরবদি ঐনা ওম্বোকনা হুড়াইগনিদকো।' মতম অহুদা ইবুঙোনা ইবেম্মগী পানলিবহু খঙলহুনা সখী পুননমক্না লোয়ননা মধুপান তৌমিন্নরে। কদম্ব মপান্দগী লোবা অহুগুম্বা কাদম্বরী কৌবা মধু থকলুবদা ইবেম্মহু অঙাওবীগুমলে, কনাগুম্বা সখীনা নোকই, কনানা জগাই শাই, কনানা ইশৈ শকৎলকই। শ্রীরাধিকানা রাহৈ মতং মতং ওইনা হায়রকই, "ল-ল-ললিতে! তে-তে-তেংবান-বসি করিগী লৈ-লৈ-রিবনো? বি-বি-বিশাখে! অ-অ-অতিয়াসে তা-তা-তারক্ক-দোরে।" মতম অহুদা কুন্দলতানা হায়রকই, "অশোক মপান চরোং লোক্লহনা হবেম্মগী নাপ্পনা চিনবিয়ু।" শ্রীকৃষ্ণনা অশোক মপান হেকপা লেঙখ্রিঙৈদা বৃন্দানা রাধিকাবু পুষ্পশয্যানা লৈতেংবা নিকুঞ্জ হায়রগা থঙনবা কুঞ্জরাজদা হায়বদি নিংথিজরবা ললিতানন্দদা কুঞ্জদা পুশিন্দুনা চেপহল্লে। সখীশিংবুসু তোঙান তোঙানবা মাগী মাগী কুঞ্জদা হিপহল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা অশোকগুচ্ছ পুহুনা লেঙলকলবদা বৃন্দানা ইঙ্গিত তৌহুনা নিকুঞ্জদা লেঙশিনহনখ্রে। শ্রীরাধিকানা অমৃতগী কুণ্ড ওইরে, শ্রীকৃষ্ণদি কামনা ঙাওরবা ওইখ্রে। শামুনা সরোবরদা কুমথরকলবদা কাওঙশিননা অতৈ মফমদা চথোকখিবগুমনা শ্রীকৃষ্ণ লেঙশিনখিবদা মঞ্জরীশিং মপান থোকখ্রে। মতম অহদা ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা বিলাস শাম্নখি। বিলাস লোইরবদা ইবেম্মনা হায়, "ইবুঙো! ঐগী শম্বুন নাম্বোকলে। শম-না শেমজিনবিয়ো।" ইবুঙোনদি রতিচিহ্ন, নখচিহ্নচিংবহু সখীশিংবু উহনগে খল্লি। ইবেম্মনা ইবুঙোগী পুকনিংহু খঙলহুনা শাউহুনা মান তৌরে।

ইবুঙোনা হায়রকই, "প্রিয়ে! নশম ননা শেমজিনবিয়গে।" শ্রীরাধিকানা হায়জররকই, "শমনা লুম্বনে কুচনা লুম্বনে চৎপা গুমগ্রে—শমশি খরা নিংখিন শেমজিনবিয়ু।" মতম অদুদা ইবুঙোনা য়ামনা চেকশিন্না ইবেম্মগী শমুল শেমলে। তান্না খঙলদুনা সখীশিং চঙলকলে। ইবেম্মনা খন্নকই, 'ঐনা তৌবগুমনা সখীশিংসি শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা বিলাস ওইরবদি মুঙাইগ্রনিদা।' ইবেম্মগী পুকনিংদু উরদুনা ইবুঙোনা বহুমূর্ত্তি ওইবিদুনা সখী পুমনমক্কা লোয়নননা বিলাস ওইখি। অদুগী তুংদা মাপী মাপী ফিজেৎ লৈত্তেং নিংখিনা শেমজিন্নগা সখীশিংদু ইবেম্মগী নাক্তা চঙলকলে। মতম অদুদা ইবেম্মনা হায়রকই, "ইতাশা! নখোইগী নশাদা রতিচিহ্ন, নখচিহ্ন লৈরিবদি করিগীনো? কৃষ্ণদি ঐগী অমত্তা ঙায়-জবনি। অদুগা কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা মূর্ত্তি কয়া লৌদুনা পুমনমকপু রতি ভম্বিরিবোইরে।" সখীশিংনা খুম্মকই, "ইবেম্মদা গুরু ওইবদি পামদে হায়রে, ইবেম্মনদি গুরু ওইবিনিংশিবা। গুরু ওইবা হায়বসিদি গুরুদুনা মীনমলবদি শিষ্যসু মীনম্বনি। ইবেম্মা! ময়াই কারবা লিল অদো ফাদুনা অদুম থম্বিয়ু—ঐখোইগী নাক্তা কৈদোনা থাবিরকলিবনো?" মত্তৌ অমুমনা ইবুঙো-ইবেম্মগা সখী-শিংগা নোক-খেদুনা মহৈ মহৈ মুঙাইনৈ।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা মধুপান্নচিংবা লীলাগী পদগান তানা তানা ভাবাবেশ ওইরি। খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মদু তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান কংঙকই। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লি। মতুং অদুদা প্রভুনা ভক্তশিংবু আলিঙ্গন তৌখি। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরণদা দণ্ডবৎ কৎলি। প্রভুনা বেদীদা লেঙশিল্লগা দাসশিংনা চামর খোগল তৌই। গঙ্গাগী নিংথিবা উরুবদগী প্রভুনা অমুক হন্না ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপরামানন্দনা প্রভুগী ভাব খঙলদুনা হজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ডগী নিংথিজবা

দর্শন তৌবা, জলকেলি অমসুং শৃঙ্গারগী পদগান তৌই। মহু তারগা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইহনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা গঙ্গাস্নান লেঙই। গঙ্গাগী নিংথিজবা উবদা ইসিংদা লেঙথহনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা জলক্রীড়া তৌই। মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইহনা গদাধরগী হকচাংদা ইশিং চাইশিল্লি। প্রভুগী চরণগী অমসুং শ্রীহস্তগী ইশিংহু মশাদা কংজবদা গুঙাইজখি। 'রাধাকুণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা জলক্রীড়া তৌরিবনি' হায়বা ভাব অসিদা খ্বাই পূম্না মুনগ্রে।

ব্রজদা বৃন্দানা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংবু মাধবীমণ্ডপ্তগী পুহনা লৈকোল, হৈকোল, লকুগী বন অমসুং সখী নিপানগী কুঞ্জগী নিংথিবা য়েংহল্লগা শ্রীকুণ্ড মপান্দা পুরকলে। বৃন্দানা হায়রকই, "হে রাধেকৃষ্ণ! কুণ্ডগী নিংথিজবসি য়েংবিয়ু।" কুণ্ডগী ফজবদি :— মায়কৈ মরিদা উ মথল মরি—হৈনৌ, কদম্ব, লৈহাউ অমসুং বকুল। উশিংহুদা হিন্দোল যাল্লি। মায়কৈ মরিদা ঘাট মরি; ঘাট খুদিংমক্তা মথক্তা মণ্ডপ; নাক অনিদা ফুরা মচা অনি অনি—নিপান; মহুগী মথক্তা চিথেক নিপান নাইবা ফম্পাক। মহুগী মথক্তা সনাগী চকু, ফীরাল। ইশিংদগী ফম্পাক ফাওবা সনাগী থাক থাক। কুণ্ডগী মায়কৈ মরিদা মথল মথাগী মণিনা য়েকখোংলবা মাধবী, মালতী, স্বর্ণযূথী, নবমল্লিকানচিংবা লৈ মথল মথনগী চতুংশালা (যুম মরিনা কোয়শিনবা)। কুণ্ডগী মায়কৈ মরিদা মথল মথাগী মণিনা হংজবা চিথেক মরি নাইবা, তরুক নাইবা, নিপান নাইবা, কোইরপ কোয়বা, খুউমুক, কৈবাকমুক, কৈরুমুক, থাঙমুক, থবাকমুক রাংবা, পুকনিং হুরবা বেদী কয়া। মহুদা ইবুঙো ইবেম্মনা স্নান লোইরগা ফিজেৎ লৈজেং—শিঙ্গার তৌই। মায়কৈ মরিদা মথল মথাগী লৈ, উরী হৌরি। মহুদা খোইমুনা ঙংলি। মহৈ মপাম্মা লমহনা মশাশিংহু হাইথরি।

ইশিংদা লৈবা ঙানা হৈ লৈগী মমি তাবহুদা চান্নবা ওইরবোই নিংহুনা চাগদবগী চাখৎলকলি। মায়কৈ মরিদা মখল মখাগী মণি অমম্বুং রত্ননা থামলবা ঈথকুমনা ইলং ইলং লংলবা লম্বেল অমম্বুং চোকপল। নোংপোক্তা কদম্বপাম্বী অনিগী মরক্তা, খাদা লৈহাউ পাম্বী অনিগী মরক্তা, নোংচুপ্তা হৈনৌপাম্বী অনিগী মরক্তা অমম্বুং অরাংদা বকুলপাম্বী অনিগী মরক্তা রত্ননা য়েৎলবা হিন্দোল য়াল্লি। শ্রীকুণ্ডগী ইশিং মথক্তা অরাং থংবা শরুক্তা অনঙ্গ মণ্ডপ থোইদোকনা নিংথিজবনি। লৈমায়হু চন্দ্রকান্তমণিনা য়েকথোৎপনি। মনা তরাতরুক পানবা থম্বানগী মওংনি। মহুগী অরাংদা ইশিং মথক্তা থোং শংহুনা লম্বী লৈ। মাগী মশেক মঙান্দি ইশিং ইথকী মচুনি। মণ্ডপকী লৈমায়হু নিংথিনা নাল্লি। মহুদা মখল মখনগী লাই য়েক্তুনা ইলং লংই। সনানা, মণিনা, রত্ননা দাড়ী মমায় মরিদা য়ৈবনি। মহু হেক উবদা মদনগী থম্মোই মরাও চৌই। মহুদা রত্নগী কাংখোল থাহুনা লৈ। মহুগী মথক্তা ফজরবা থাকল। মনিং তমনা হুম্বা নামিবা সুংশিৎনা মতম পূমনমক্তা অগরু-কৃষ্ণমগী মনম য়েল্লরি। মদন-মোহন ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মকম অসিদা শ্রীরাধিকাগা লোয়নন। সুঙাইনা অথুপ্পা লীলা কয়া শান্নে। অনঙ্গমঞ্জরীনা মাগী কাঙবুগা লোয়ননা মখল মখা অয়াম্বা প্রেমসেবা তৌজে। রাধাকুণ্ডগী নোংপোক অমম্বুং মৈরম থংবা শরক্তা সঙ্গমস্থলদা ঙকনা ফজরবা থোং অমা লৈ। মহুদা বসন্তসুখদা হায়না কৌবা অনঙ্গমঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ। মহুগী মপান্দা লফুনা কোয়শিল্লি। রাধাকুণ্ডগী মায়কৈ মরিদা কোয়হুনা যোগীশিংগী লৈকম মশীং থীঙমদনা লৈ। মরক্তা বনদেবী চাম-চামনা সেবা তৌরিবা কুঞ্জ কয়াদা থম্বাল লৈনা অনৌবা অমদি মশোক য়াওদবা লৈতনা শেমজবা শয্যা, মধুনা থল্লবা পাত্র, তাম্বুলগী পাত্রনচিংবা পরেং পরেং শেম

শাত্না লৈরি। ষড়ঋতুবন অসি বৃন্দানা নিংথিনা শেম শারবনি; লগী, মাঙ্গোন অমদি যুমনচিংবা মনম মুংশিবা ইশিংনা চাইথোকই, লৈগী থাকন, শ্লথোঙনচিংবনা লৈতেংই। থম্বাল অঙাংবা, থম্বান অঙৌবা (পুণ্ডরীক), থম্বাল অশংবা, থরোনচিংবগী লৈহী অমম্মুং লৈশ্লিকনা ইশিংহু মনম মুংশিহল্লি। ঙাহু, কাঙ, রাইহু, ঙাহু থঙ্গোংনচিংবগী মখোল ভারি অমম্মুং চোঙঙা তেনবানা কৃষ্ণলীলাগী রস শকলি। লমথুমু, নোঙ্গৌবীনচিংবা উচেকনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু দর্শন ফংজবদা মুঙাইহনা খোংলি। শ্রীকুণ্ডগী ময়াংয়দা মশেক মঙাল চাউরবা স্ফটিক মণিনা শাবা অনঙ্গমঞ্জরী অনঙ্গাম্বুজ কৌবা লৈনা তরাতরুক পানবা থম্বালগী মওং মানবা মক্রুবা কুঞ্জনা ঙাম্থোইরি। কুণ্ডগী অরাংথংবা ঘাট য়োনা শীড়িদগী হঙ্গংহন্দা চৎননবা স্ফটিক মণিগী থোং অমা লৈ। মহুবু মীচমনদি ইশিং ওইনা অহুম মউবনি; কুঞ্জহুবুনা থম্বাম্নি হায়না খন্নবনি। থাজৈশেংবম্ন কুঞ্জ থম্বানমফনি। মরনদি অনন্তদেবনা থম্বোগী মশক ওইনা কুঞ্জ অসিমু পুঙ্না লৈরিবনি। কালেনগী মতমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা মথল মথা অয়াম্বা লীলা শাম্নে। শ্রীরাধাকুণ্ডগী অরাংদা—অনঙ্গরাঙ্গাম্বুজ কৌবা লৈনা নিপান পানবা থম্বাল মওংগী কুঞ্জনিপাম্না কোয়শিনবা ললিতানন্দদা রাজপট্ট কৌবা মণি মথল নিপাম্না য়েবা কুঞ্জনা ঙাম্থোইরি। সনা মচুগী লকুপাম্বীনা মাগী লৈরিকনি, লৈনা লিশিং অমা পানবা থম্বান মানবা সনা মচুগী বেদীনা মাগী থমচেৎনি। কুঞ্জসি লীলা লীলাগী মওং মতুং ইমা চাউথোকই নত্রগা পীকশল্লি। মথল মথা অয়াম্বা কেলিরসগী মশক ওইরবা কুঞ্জ অসি থম্বানগী মওংনি, থমচেৎনা সনানি, লৈরিকনা মণিনি, মনানা রত্ন মথল অমমমনা শাবনি। ইন্দ্রিয় মঙামকপু হয়াউহনবনি। অহৈংবা, ফজবা, মনম মুংশিবা, মাধুর্য্যনচিংবা গুণ্না তিনবনি।

মন্দিরগী মপান্দা প্রবাল, বৈদূর্য্য, পদ্মরাগ, স্ফটিক অমসুং ইন্দ্রনীলমণি হায়বা হীরা মথল মঙা অসিনা লৈতেংবা ময়মনা অঙকপা ফংনা ফজরি। মণ্ডপকী মসুংদা মথল মথা অয়াম্বা রত্ননা শাবা লাবা অমোন জোরা জোরা ওইনা শঙ্খী, উচেক, লাই, মী, গন্ধর্ব্ব, কিন্নরনচিংবগী মূর্ত্তি শাহুনা থমই। অঙৌবা, অঙাংবা, নাপু, শংবাম্নবা, অশংবা মচু মথল মঙাগী লৈ পাম্বী, থাক্কমচিংবা। মণ্ডপকী ময়ায়দা লৈনা লিশিং অমা পানবা থম্বান মানবা পুকউমুক রাংবা রত্নবেদী। ললিতাগী শিষ্যা কলাবতীনা নিত্তিগী শেংদোকই। কুঞ্জসিগী মায়কৈ নিপান্দা অমূক কুঞ্জমিপান। অরাংদা শ্বেতাম্বুজ কুঞ্জ—শাৎকায়রবা মল্লিকা, নাগকেশ্বর—ময়ায়দা চন্দ্রকান্ত মণিনা হৎপা, লৈয়োনশিংহু মণি অহুগা থমচেৎমা সনানি। চীংখৈলদা লৈনা নিপান পানবা মাধবীনন্দদা কোবা মাধবী কুঞ্জ—মথল মথা অয়াম্বা লীলাগী অথেনপোৎনা থম্না লৈ। নোংপোক্তা তমালনচিংবা উনা কোয়শিল্লিবা অশংবা মণিনা হৎলবা নীলাম্বুজ কুঞ্জ লৈ। মসিদা শুকশারিনা পাঠ তৌই। মৈরমদা হিন্দোলাম্বুজ কুঞ্জনি। বকুল পাম্বী অনিগী মরক্তা রত্নগী হিন্দোলনা খোঙদোমুক রাংনা য়াল্লি। উগী উশাগা উশাগা য়েৎশিন্নহুনা মণ্ডপকুমনা কূপলি—মহুগী মসুংদা অঙকপা ফংনা ফজনা শেমগ্রবা উশা, মউদা কব্রংনা মথল মথাগী মণিনা লৈনা তরাতরুক পানবা থম্বালগী মওং মাল্লবা দোল য়াল্লি। পদ্মরাগমণিগী লৈনা নিপাল অমসুং প্রবালমণিগী লৈনা নিপাম্নি। থুহুপ অমগী লম পাক চাউবা লৈয়োম্নি, কমননবা কব্রংগী মোন্দুম মোস্তেক—নাকন্দা ঙানবা মোন, মথক্তা মুক্তানা থামলবা মথল মথা অয়াম্বা মণিনা য়েকখোৎলবা থাকল। হায়রিবা মদনান্দোলন কোবা হিন্দোল অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা লেঙখৎলগা বৃন্দানা দোল হায়হুনা সখীশিংনা মথাদা ইথৈ শকই। থা থংবা মায়কৈদা

পদ্মরাগ মণিনা য়েকথোংলবা শাংকায়রবা লবঙ্গলতানা মথক কুপ্পা অরুণাম্বুজ কুঞ্জ লৈ। মসিদা লুক হাকমনি। মোইরাং লায়জীদা পদ্মমন্দির কৌবা কুঞ্জনি। মন্দির অসিগী লৈমায়দা ললিতানা—শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা গোপীশিঙ্গী পূর্ব্বরাগগী মতমদা ওইবা চেষ্টা, রাসনচিংবা কুঞ্জদা শান্নবা অমসুং মপানগী লৈমায়দা পূতনা হাৎপদগীনা অরিষ্টাসুর হাৎপা ফাওবা মথল মথা অয়াম্বা লাই য়েক্তুনা থমলি। থম্বাল মওং মানবা কা তরাতরুকনি অমসুং মন্থুংদা উপকোষ্ঠ তরাতরুক অমসু অমুক থায়দোকলি। মতো অসুমনা স্ফটিকমণিগী য়ুম্বী পরেং অমসুং প্রবাল মণিগী মথক —মথোল অনি—অহুগী অমুক মথক্তা অহুমশুবা মথোন্দা মণিগী কানা ঙাম্থোইরি। মতুগী মতোন্দা লেঙখৎলগা ইবুঙো ইবেম্মনা অরাপ্পদা লৈবা বনগী ফজবা দর্শন তৌই। নোংচুপ্পা শাংকায়রবা লৈহাউ পাম্বীদা উরীনা য়েৎলবা হেমাম্বুজ কৌবা কুঞ্জদা চেপকম কানি। কৌক্রুথংবদা অশোক পরেং অঙৌবা, অঙাংবা, নাপু, অশংবা, শংবাম্নবা লৈ কয়ানা লৈতেংলবা লৈনা নিপান পানবা থম্বানগী মওং মানবা বসন্তসুখদা কুঞ্জ লৈ।

রাধাকুণ্ডগী চীংখৈদা বিশাখাগী মদনসুখদা কুঞ্জ। মায়কৈ মরিদা লৈহাউপাম্বীনা কোয়শিল্লি। ঙাঙানবা, অঙৌবা, নাপু, শংবাম্নবা মচু মরিগী উ, উরী, হৈ, লৈ, চোঙা, তেনরা, কোকিল খোইমু, শজীনচিংবনা লৈতেংই। শ্রীকুণ্ডগী নোংপোক্তা চিত্রানন্দদা কুঞ্জ। হায়রিবা অরাংবা কুঞ্জসিগী লৈমায়, উ, উরী, হৈ, লৈ, শা-উচেকনচিংবা লোইনা লাংই। শ্রীকুণ্ডগী মৈরমদা পূর্ণেন্দু কৌবা ইন্দুরেখাগী কুঞ্জ। চন্দ্রকান্তনচিংবা মণিগী মথক ওইবা অঙৌবা থম্বাল, থরো, মল্লিকা, কুন্দনচিংবা লৈ, উ, উরী, শা, উচেক লোইনা অঙৌবা ঙাকনি। কুঞ্জ অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়নবা পূর্ণিমাগী অহিংদা অঙৌবা কাজোন খোন্দুনা

রাসনচিংবা শায়বদা অতৈ কনানা উবা ঙমদে। শ্রীকুণ্ডগী থা থংবদা চম্পকলতাগী হেমাম্বুজ কুঞ্জ। সনাগী লৈমায়নি, সনাগী উপাম্বীদা সনাগী উয়ী য়েংদি, সনাগী মহৈ-মপাল; সনাগী কোকিল, সনাগী খোইমু, সনাগী সনা ঙাকনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সনামচুগী ফীজোন খোন্দুনা একাসন্দা লেঙশিন্দুনা শায়ে। চন্দ্রাবলী সখীনা খম্বন্দুনা জটিলাদা ত'কলুরবদা জাটিলানা লাক্কুনা য়েংলুবদা উবা ঙমদহনা মঘুমদা হনখি। মসিদা মক্কুবা রাজ্জোশং লৈ; লুক হাকম বেদী লৈ। চম্পকলতানা কুঞ্জ অসিদা মখেন কয়া লোঙনা খোংলগা ইবুঙো-ইবেম্মবু হাহল্লি। রাধাকুণ্ডগী মোইরাং লায়ঙ্গীদা রঙ্গদেবীগী শ্যামবর্ণকুঞ্জ। ইন্দ্রনীলমণিনা শেম্বনি, শ'বায়বা তমাল, শংবায়বা উয়ী, শংবায়বা লৈ—ঙমনমক শংবায়ে। মুখরানচিংবীনা মকম অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগোল ওইবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদে—ইবেম্মতবু উই। শ্রীকুণ্ডগী নোংচুপ্পা তুঙ্গবিদ্যাগী অরুণাম্বুজ কুঞ্জ। অঙাংবা উ-উয়ী-লৈ, অঙাংবা হিন্দোল। শ্রীকুণ্ডগী কোক্রদা সুদেবীগী অশংবা কুঞ্জ। অশংবা উ-উয়ী-লেঙ, শ-উচেক। হায়রিবা সখী নিপানগী কুঞ্জ নিপানসি কঙ্কবদা খেন্নবনি—মচুতনি খেন্নবা। কুঞ্জগী মপাল্লোমদা কোয়শিন্দুনা লৈরি—লফুগী বন, লৈগী বন অমসুং উহৈগী বন। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী চায়খোইবী ওইবগুমনা ইবেম্মগী কুণ্ড অসিমু ইবুঙোগী চায়খোইবীনি। শ্রীকুণ্ড অসিদা অমুক্তং স্নান তৌজরবা মীশক অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাদা ওইখিবা প্রেমদু পীনবি। শ্রীরাধিকানা মধুর রসগী ঈথক-ঈপোম ওইবগুমনা শ্রীকুণ্ডমু মধুর রসগী ঈথক-ঈপোমনি—থম্বাল্লা মায়খোংনি, খোটমুনা শমজোইনি, ভামু থলোংনা বক্কোজনি, কোজোয়া মুক্তাপরেংনি, খম্বাংচাকনা নয়ম্রি। মওং অদুমনা শ্রীরাধাকুণ্ডনা শ্রীরাধিকাগা মান্নবনি; শ্যামকুণ্ডনা শ্যামগা মান্নবনি। শ্যামকুণ্ডনা মাগী ঈথকী মশক ওইরবা পাম্বোমনা চায়খোইরবী রাধাকুণ্ডমু

আলিঙ্গন তৌরি। রাধাকুণ্ডনা মাগী ঈপোমগী মশক ওইরবা পাম্বোমনা ঙাকথোকচরি। কুণ্ড অনিসি গিরিরাজ গোবর্ধনগী পিনা থল্লবা নয়নগী মশকনি।

শ্যামকুণ্ডগী মায়কৈ নিপান্দা প্রিয়নর্ম্ম সখা তরাগী কুঞ্জ লৈ। কৌক্রদা মখল মখা অয়াম্ব মপিনা শাবা সুবলানন্দদা কুঞ্জ, শ্রীমতী রাধিকাদা পীথোকপনি। অতুনা ইবেম্মনা 'কুঞ্জসি ঐগীনি' অম্মুম হায়ন পুকনি'দা থল্লি। মসিদা মানসপাবন ঘাট লৈ। ঘাট অসিদা ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা তুমিৎ খুদিং স্নান তৌই। অরাংদা মপি মখল নিপান্না শেম্বা মচু মখল নিপান্না লৈত্তেংবা ললিতাদ পীথোকপা মধুমঙ্গলানন্দদা কুঞ্জ। চীংথৈদা মপি মখল মরিন শেম্বা মচু মখল মরিনা লৈত্তেংবা বিশাখাদা পীথোকপা উজ্জ্বলানন্দদা কুঞ্জ। নোংপোক্তা মচু মখল কয়ানা লাংলবা চিত্রাদা পীথোকলবা অর্জুনানন্দদা কুঞ্জ। মৈয়মদা অঙৌবা মচুগী ইন্দুরেখাদা পীরবা গন্ধর্বানন্দদা কুঞ্জ। থাদা সনাগী মশক ওইবা চম্পকলতাদা পীথোকলবা বিদগ্ধানন্দদা কুঞ্জ। মোইরাং লায়ভোদা শ বাম্নবা রঙ্গদেবীদা পীথোকলবা ভৃঙ্গানন্দদা কুঞ্জ। নোংচুপ্তা অঙাংবা মচুগী তুঙ্গবিদ্যা'দা পীথোকলবা কোকিলানন্দদা কুঞ্জ। মসিগী নোংচুপ্তা অশংবা সুদেবীদা পীথোকলবা দক্ষানন্দদা কুঞ্জ। মচুগী মনাক্তা সনা মচুগী অনঙ্গমঞ্জরীদা পীথোকলবা সম্বলানন্দদা কুঞ্জ। শ্রীশ্যামকুণ্ডগী নোংপোক্তা অমসুং শ্রীরাধাকুণ্ডগী নোংচুপ্তা মীওইবগী অমসুং শা-শনগী ইরুজনবা অমসুং ইসিং থককম ঘাট লৈ। মীতোপনদি পুখ্রনমকসি চুমনগী প্রাকৃত ওইনা উবনি।

অসিগুম্বা কুণ্ডগী নিংথিজবসি য়েংলুনা ইথুঙৌ ইবেম্মনা সজম-ছলগী রত্নসিংহাসনদা লেংগশিল্লি। দাসীশিংনা জলকেলিদা থোনবা জতিক চাবা কাজোন পুশিল্লকুনা হোংলে। অতুগী তুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা মরাই কায়থবা শামুগুমনা

শ্রীকুণ্ডদা লেগথরে। মঞ্জরীশিং, গুরুদেবীশিং, সাধকদাসী, বৃন্দা, নান্দিমুখী, ধনিষ্ঠা—ময়ামসি বেদী অমরোমদা কমই; সুবল, মধুমঙ্গল কুন্দলতানা অতোপ্পা বেদী অমদা ফমই। কাগুবু অনি-মকনা "ইবেম্মনা জয় ওইরে," "ইবুঙোনা জয় ওইরে" হায়রুনা লৈনা নোং ওইনা হৈথরকই। অমগা অমগা ইসিং চাইনবদা অকনবা নোং ভাবগুমনা ওংলকলে। নোঙৌবীশিংনা পাইবা হৌরকলে, রাহোংশিংনা মায়াক মরিদা মমৈ কপ্পোকুনা কেকা শব্দগা লোয়ননা জগোই শারকলে। ভান্থ-কাংগুনা ইসিংদগী কংকাপ্পা কাথংলগা ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপ-মাধুরী দর্শন তৌরি। শ্রীকৃষ্ণনা সখী ময়ামগী মরক্তগী চথোকখিদনা লীলাপদ্মবপ্পা লোংলি। ইবুঙোগী মায়থোং থম্বানগী মনম দুংশিবহু ফংবদা খোইমুশিংনা ভারহুনা ওংবহুগী মতুং ইন্দুনা সখীশিংসু ভারৈ। ইবেম্মগী চরন্দা ইসিংগী জীবনা থেংগুকপদা কিরহুনা ইবুঙোদা কোল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী মুখ-চুম্বন তৌই। ললিতানচিংবী সখীশিংনা ইবুঙো-ইবেম্মবু থিরকই। অচবু ইবুঙো-ইবেম্মগী মায়থোং থম্বাল অনিহু অমনা থম্বাল অশংবনি,—অমনা সনাগী থম্বাম্নি থম্লুকুনা তোর্ব্বাপ্পা কাথংলকলে। জলক্রীড়াদা ফি চোত্তুনা শ্রীঅঙ্গদা পকশিল্লে। মতু উবদা মঞ্জরীশিং, ভান্থ কাংগুনচিংবা হরাওনৈ। ভান্থ থজোং লাবা অমোমনা ভারবা উরুরগা ইবুঙোনা ইবেম্মগী বক্ষোজ পায়গদবগী তারৈ—ইবেম্মনা হস্তপদ্মনা থুমজিল্লি। তোর্ব্বান্নোমদা চগুশিন্দুনা ইসিংনা উরু উরু লৈনা চাইথত্তুনা ইসিংদা কুবগী মখোল থোকই। তোর্ব্বানগী ফুরা মথক্তগী বৃন্দাগা নান্দিমুখীগনা ইবেম্মগী কোকথক্তা লৈনা নোং ওইনা চাইথরকই। মধুমঙ্গলগা সুবলগনা শ্রীকৃষ্ণগী কোকথক্তা চাইথরক্তুনা 'জয় ওইরে' হায়না লাউরকই। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমমুং সখীশিংনা জল-কেলি শায়বহুদা শ্রীঅঙ্গগী চতুঃসম চামথোকখিবহুনা শ্রীকুণ্ডগী

জলদা লৈতেংগ্রে—ত্রিবেণীগুমগ্রে—চন্দয়া গঙ্গা, কস্তুরীনা যমুনা, কুঙ্কুমনা সরস্বতী ওইগ্রে। মুংশিবা মনমন্থ ফংবদা খোইমুনা ঙংদি। সখীশিংমু তোর্বান্দা কাথংশকলে। মঞ্জরীশিং গুরুরূপা মঞ্জরীশিং অমস্যুং সাধকদাসীনা অঙোবা অপাবা ফি হোংদোক্কুনা স্নান তৌরে, ঘাগরি, কাঙ্গুলি শেংচিন্দুনা মণিগী লৈমায়দা শক য়েংহুনা তিলক লোইহুনা ময়াম্বক স্নানবেদীগী মণ্ডপ্তা সেবাগীদমক লাংতকনবা ইবুঙো-ইবেম্মগী নাক্তা লাকলে। ইবুঙো ইবেম্মবু স্নান বেদীদা লেংঙখংহল্লগা মনম মুংশিবা থাউ শ্রীঅঙ্গদা খোগল তৌই। অত্থুগী তুংদা গন্ধচূর্ণনা থাউ চুপথোকহল্লগা মনম মুংশিবা জলনা চাইথরে। শ্রীঅঙ্গ তৈথোকলগা সনা কাঁগ, অথবা শাড়ি শোনগ্রে। তুংইনবী মঞ্জরীশিংনা ইবুঙো ইবেম্মবু শিঙ্গার মণ্ডপ্তা বেদীদা লেংঙখংহল্লে। সখীশিংমু স্নান লোইরগা ফিজেং লৈতেংনা ইবুঙো ইবেম্মগী নাক্তা য়ৌরকলে। দাসীশিংনা শিঙ্গারগীদমক চতুঃসম মংশাচন্দয়চিংবা পুশিল্লকলে। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী শিঙ্গার তৌরে। চূড়াধরা হাপ্তুনা মখল মথা অয়াম্বা লৈনচিংবা থোল্লগা নিংশেন্দা শ্রীমুখ দর্শন তৌহল্লে। সখীশিংনা শ্রীরাধিকাবু শিঙ্গার তৌহনা লৈনচিংবা লৈতেংহনা শ্রীমুখ দর্শন তৌহল্লে। সখীশিংমু মাগী মাগী দাসীশিংনা ফিজেং লৈতেং লোইগ্রে। মঞ্জরীশিং অমস্যুং গুরুরূপা মঞ্জরীবু সাধক-দাসীনা ফিজেং লৈতেং খোগল লোইহনা থিংশন্দা য়েংহনগ্রে। ইবুঙো-ইবেম্মগী ফিজেং-লৈতেংবা উজবদা থাই পূম্বা আনন্দ ফংথি।

নবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা গঙ্গাদা জলকেলি শারহনা ভক্তশিংগা লোয়নরগা ভাবাবেশ ওইরি। খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মহু তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান লাকলে। ময়াম পূমন-মক স্নান তৌরগা তোর্বান্দ কারকলে। দাসশিংনা শ্রীতিনপ্রভুগী

শ্রীঅঙ্গ থৈংথাক্লুনা চিত্রাম্বর, নীলাম্বর, পীতাম্বর শেন্নে। ভক্তশিংসু হকচাং থৈথোকপগা অডোবা, অকুপ্পা লংগী ফি থোন্নে। ময়াম পুমনমক গঙ্গামৃত্তিকানা তিলক তৌরে, শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা শ্রীবাসগী পুষ্পোত্থানগী মণ্ডপ্তা বেদীদা লেঙশিন্নে সাধকদাসনা শ্রীতিনপ্রভুগী চরণ শেংই। মতম অদুদা শ্রীবাস ঠাকুরগী মচিন্মনাওশিংনা ফিজেৎ লৈতেং পুশিল্লক্লুনা তিপ্রভুগী ফিজেৎ লৈতেং থোল্লগা মাল্য চন্দন কৎলে। ভক্তশিংসু মাগী মাগী দাসশিংনা ফিজেৎ লৈতেং তৌরে। মতৌ অসুমনা সাধক দাসনা গোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গগী থোগল চঙলে। অদুগী তুংদা সাধকদাসনা মশাগী ফিজেৎ লৈতেংজরে। শ্রীমহাপ্রভুনা মিংশেল্দা শ্রীমুখ উরুবদগী ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙলদুনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা লুক হাবগী পদগান তৌই। মদু ভাবদা প্রভুনা নয়নগী শিন্দুরকপা পিনা শ্রীঅঙ্গ চোংলদুনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংসু ইশৈদা পুকনিং লুপ্তুনা শিদ্ধদেহদা মন থমদুনা লোইনা ভাবতা তাউরে।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেংবদু উরগা সখী মঞ্জরীশিং পুমনমক মুঙাইজখি। শ্রীরাধাকুণ্ডগী উ-উরীসি অঙকপনি—থা তরানিথোই চুপনা মপান শাই, মহৈ রাল্লি। কুণ্ডগী দেবী-শিংনা, কুঞ্জদাসী লৈরিবীশিংদুনা উহৈ কয়া হেকলুদুনা পুথম থম্ন-থম্না রত্নমন্দিরদা পুরকই। ভোজনগী মতমদা আসন পরেং থাই। উহৈনা মখল মথা—মুবী, হৈনৌ, কিহোম, খজুর, কমলা, জাম, দ্রাক্ষানচিংবা; মুমদা শাবা খণ্ডচিনিনচিংবা মখল মথা অয়াম্বা সন্দেশ য়েন্নে। শ্রীকৃষ্ণনা বন্যভোজন তৌরকলে—য়েত্তা মধুমঙ্গল, ওইদা সুবল কমই, শ্রীরাধিকানা য়েন্নি। হাবা লোইরগা শ্রীকৃষ্ণনা শয়নমন্দিরদা শয্যাদা কমলে, সখাশিংনা চৌকীদা কমই। সখীশিংনা তাম্বুল লানশিল্লি। কনানা হুমাই থোগল

তৌই। ওহাক লৈরগা মাগী মাগী কুঞ্জদা চৎনখ্রে। অদুগী তুংদা ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা ভোজন তৌই। শ্রীকৃষ্ণগী লুককমদা ইবেম্মনা লেঙশিল্লি, মধুমঙ্গলগীদা ললিতা অমসুং সুবলগীদা বিশাখা চঙহুনা ফমলে। অকোয়বদা সখীময়াম ফমহুনা চামিন্নরে। বৃন্দা অমসুং মঞ্জরীশিংনা য়েল্লি। লুক হাবা লোইরগা আচমন তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ইবেম্মা লেঙশিল্লকই। ইবুঙোগী ওয়দা ইবেম্মা, সখী ময়ামনা চোকীদা ফমলে। ইবুঙোনা ইবেম্মদা পানা লাল্লি, ইবেম্মনা হরাওনা সখীশিংদা লাল্লি। অদুগী তুংদা ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহুনা বৃন্দানা মঞ্জরীশিংবু পুহুনা চামিন্নরুরে। অদুগী তুংদা বনদেবীশিং, দাসীশিং ইবেম্মগী পাত্রদা চারে। অদুগী তুংদা সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা পাত্র লোথোক্তুনা মকমহু শেংদোক্তুনা লোইশিনবা লোইরগা ইবুঙো-ইবেম্মগী নাক্তা চঙলকই। গুরুদেবীনা পেনবিরহুনা সাধকদাসীদা অশায়বা পানা পীনবিরে। বৃন্দাদেবীনা থোদাহুনা বনদেবীনা মাল্য চন্দন পুরক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা কৎশিল্লি অমসুং সখীশিংদসু কৎলি। ইবুঙো ইবেম্মনা পুষ্পশয্যাদা চেপখ্রে। সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা ইবুঙো ইবেম্মগী চরণসেবা তৌজে। সখীমঞ্জরী-শিংসু মাগী মাগী কুঞ্জদা চঙহুনা পোথানখ্রে।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। ভক্তশিংসু সিদ্ধদেহদা মন থমহুদা য়ুম্বীগুম লেপ্তুনা লৈনৈ। লৈগী মুংশিবা মনম ফংবদা খোইমুনা ঙংবা ভাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মহু ভাবদা ভক্তশিং জ্ঞান লাকলে। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভোজন-শয়নগী পদগান লোই-শিল্লি। প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। শ্রীবাসপণ্ডিত, শ্রীপতি, শ্রীনিধি-নচিংবা মচিম্মনাওশিংনা শ্রীনৃসিংহদেবগী প্রসাদি মিষ্টান্ন, পাকান্ন, উঁহৈনচিংবা পুথোক্তুনা মাঙোন্দা লা থাহুনা য়েন্নে। শিলাসদা

মনম সুংশিবা জল হাপলে। মহাপ্রভুনা রাধাভাবতা 'সখীশিংগা লোয়ননা ললিতানন্দদাগী নাকন্দা পদ্মমন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত কংলি' হায়বা ভাব অসিদা লুক হারি। য়েত্তা শ্রীনিত্যানন্দ, ওয়দা শ্রীঅদ্বৈত, অকোয়বদা ভক্তশিং ফমই। লুক হাবা লোইরগা আচমন তৌহৢনা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা শয্যাদা কনই ভক্তশিংনা মহাপ্রভুগী অধরামৃত য়েন্নহৢনা চারগা আচমন তৌহৢনা প্রভুগী নাক্তা লাকই। দাসশিংনা শ্রীমহাপ্রভুদা তাম্বুল কংশিল্লি। প্রসাদি তাম্বুল ময়ামদা য়েল্লি। অহুগী তুংদা শ্রীবাসনা ইঙ্গিত তৌদুনা গোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গ পুহৢনা চামিন্নৈ। সাধক দাসনা অরাং অপা য়েল্লি। চাবা লোইরগা আচমন তৌহৢনা প্রভুগী নাক্তা লাকই। প্রভুনা ময়ামদা প্রসাদি তাম্বুল পীনবি। অহুগী তুংদা দাসশিংনা গুরুবর্গগী পাত্রত্তদা চঙহৢনা চারে। সাধক দাসনা য়েনবা, চাবা লোইরগা আচমন তৌহৢনা কোল্লিক রাই-রম শেংবা লোইরগা শ্রীগুরুদেবগী অধরামৃত ফংজে। অহুগী তুংদা প্রভুগী নাক্তা চঙশিঞ্জে। প্রভুনা চেপথ্রবদা শ্রীগুরুদেবনা, ইঙ্গিত ফংজহৢনা সাধকদাসনা শ্রীচরণ সেবা তৌজে। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অনিনা নিজ নিজ মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা চেপই। নিজ নিজ দাসনা চরণ সেবা তৌই। ভক্তশিংনা মাগী মাগী মবুঙোগী মাঙ্গান্দা পোথানৈ। শ্রীমহাপ্রভুগী মণ্ডপ্তা মায়কৈ মরিদা পারিষদ ভক্তশিং, গোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ পূমনমক পোথানৈ। অহুগী তুংদা মহাপ্রভুনা নৈসী সুংশিবা মনম ফংবগা ওংলকপা খোইমুগী মখোল তাবদা হুঙ্কার তৌরকই। মহু তাবদা শ্রীগুরুদেবগী রাথং মতুং ইন্না সাধকদাসনা শ্রীচরণ সেবা তৌহৢনা প্রভু মিকপ খোকলে। প্রভু অনিসু ভক্তশিংসু হোগংলে। মতমহৢদা শ্রীগুরু-দেবগী রাথং ফংজহৢনা সাধক দাসনা মনম সুংশিবা জল পুশিল্লকুনা প্রভুগী মুখপ্রক্ষালন তৌরে। প্রভু অনিসা ভক্তশিঙা লাক্কুনা

মথং মথং কমলে। তাম্বুলনচিংবা সেবা তৌরে। মতম অমুদা শ্রীবাস পণ্ডিতন শুকপক্ষী পুরকুনা হায়রকই, "হে শুক! শ্রীগৌরাঙ্গগী গুণ খরা শকউ।" শুকনা হায়, "ঐদি উচেক্কী জাত্তা পোকপনি, বুদ্ধি লৈজ্রদবনি, ভথক ভথকপনি, হৈশিংদবনি। মতিক চাদবা ঐনা শ্রীগৌরগী গুণামৃতগী সমুদ্রগুমলবা রসবু করমনা বর্ণন তৌগদগে? অতুম অতুম ওইনমক ভক্তগী য়াথং মতু ইন্না, দনানা খঙ্গদগেসে, অংকপা শক্তি অমা লাক্তুনা ঐগী নকুতুগীগুমলবা লৈয়েংসিদা রস হাপ্পিত্নুনা জগোই শাহল্লকই অতনা ননাইগী মকমদা কাওরকপা ভাব খরদং কোংদোকচগে—ইবুংগো মাগী ভক্তবৃন্দগী মকমদা অপ্রাকৃত প্রেম সম্পত্তি পীবিনবগী-দমক য়েখংবা চরণগী খোঙবী মরুদা যবচিহ্ন পুবিরি। ভক্তশিংবু সংসার-বাসনাগী মশক ওইবা হুংশাগী মৈশাদগী কনবিনবগীদমক যবকী মখাদা ছত্রনা ছাম্বোইরি; খোঙবীগা খোঙদোনবীগগী তাইনকমদগী খজিক খোইরপনা কৃপতকনা অনন্ত কোবা নাগগী মতৌগুমনা চরণগী ময়ায় কাওবা উর্দ্ধরেখা লৈ। খোঙদোনবী মরুদা দণ্ড। ভক্তগী থম্মোই খোইমুনা মীহৌনকম ওইরবা থম্বাম্না খোঙয়াইগী মখাদা—অঙৌবা, অঙাংবা শংবাম্নবা, নাপু মচু মরিনা তিন্দুনা নি খিজরি। থম্বানগী মখাদা চীং, চীঙগী মখাদা রথ—মাত্নুনা ভক্তগী থম্মোইগী মশক ওইবা রথীবু তোংলো। লাও হায়ত্নুনা কৌরি। রথকী য়েত্তা গদা, ওয়দা শক্তি,—ভক্তগী থম্মোইগী মশক ওইবা অঙাওবা শামুবু লাকননবা শামু কাতিনা খোঙনাউবী মরুদা। ভক্তগী পাপনচিংবা মাঙহনবা বজ্রনা কাত্তিগী মখাদা, বজ্রগী মখাদা ভক্তগী থম্মোইগী পোথাকম বেদী। বেদীগী মখাদা কুণ্ডল। ময়ামসিগী মখাদা স্বস্তিক মরি অমমুং জম্বুফল মরিগী ময়ায়দা অষ্টকোণ লৈ। ওয়থংবা চরণগী খোঙবী মরুদা শঙ্খ—ভক্তশিঙ্গী বিত্তা পূমনমকপু কোংদোকপা ওমনবনি। ভক্তশিংবু



**শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী চরণচিহ্ন**

ছত্রং শক্তিযবাঙ্কুশং পবিচতুর্জম্বুফলং কুণ্ডলং
বেদীদণ্ডগদারথাম্বুজচতুঃ স্বস্তিঞ্চ কোণাষ্টকম।
গুচ্ছং পর্ব্বতমূর্দ্ধরেখমমলাঙ্গুষ্ঠাৎ কণিষ্ঠাবধে-
বিভ্রদ্দক্ষিণং পাদপদ্মমমলং শচ্যাত্মজ শ্রীহরেঃ॥
শঙ্খাকাশ কমণ্ডলুং ধ্বজলতাপুষ্পস্রগর্দ্ধেন্দুকং
চক্রং নির্জ্জ্যাধনুস্ত্রিকোণবলয়াপুষ্পং চতুষ্কুম্ভকম্।
মীনং গোষ্পদকূর্ম্মমাম্বু হৃদয়াঙ্গুষ্ঠাৎ কণিষ্ঠাবধে-
বিভ্রৎ সব্যপদাম্বুজং ভগবতো বিশ্বম্ভরস্য স্মর॥

ভক্তিগী বিঘ্নদগী কনবিনবগীদমক শঙ্খগী মথাদা চক্রনা ভাম্হোইরি। খোঙয়াইগী মথাদা আকাশ, মতগী মথাদা লীরী য়াওদবা লীরুং খোঙনিংথৌ মথাদা খূজী, খোঙনাউবী মরুন্দা কমণ্ডলু, মচুগী মথাদা শনখোঙ্জুন মতগী মথাদা অনর্থ পূম্ববু জয় তৌবা ভব্বা ফীরানগা লোয়ননা চৈথোক। অচুগী মথাদা লৈ, অচুগী মথাদা উরী, শনখোঙ্জুনগী মথাদা ত্রিকোণ। ময়ামসিগী মথাদা চক্ষু মরি, ময়ায়দা খা-মচেৎ, মচুগী মথাদা খেংগু, মচুগী মথাদা ঙা অমম্বুং

ঙাগী য়েত্তা লৈপ:রং। মতৌ অসুমনা খুদম কুন্থ্রানিথোইনি। শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণ থম্বাল অনিসিবু অমুক্তং নাকোংদা হাপচরবদি অয়াম-খোয়াংবা মথল পুমনমক কোকই। অনিসিবু নীংজরগা (ভজন তৌজরগা) য়েখাই খিজাইবা পুম্বা মাঙখিহুনা ইবুঙো মহাক্কী মশক ওইবা সম্পত্তি পী-নবি। কজবা, নীংথিবা, মর্য্যাদা কয়ানা চরণ থম্বান্দা আরতি কৎলি। শ্রীচরণ থম্বানবু উপাসনা মচেৎ অমত্তং তৌজরুবতদা নুংনা চিন্তামণি ওল্লি, শনবীনা কামধেনু ওল্লি, উনা কল্পবৃক্ষ ওল্লি, জীব পুমনমক্কী নীংজবা পামজবা খিবিক পীবি, ইবুঙো মহাক্কী ভক্তগী মশক ওইবা খোইমুবু আকর্ষণ তৌবিবা ঙম্বা প্রেমনা মাগী থম্মোইহু থলহল্লি। অহুগুমলবা চরণ থম্বান্দুদা মুমিংকী মৈশানা মশাহু চাকথেকলহুনা অরুণ (চোংথৈ) কৌবনা চঙজরিবনি।" মতৌ অসুমনা শুকনা শ্রীমহাপ্রভুগী অঙ্গ অমমম বর্ণন তৌবনা সর্ব্বাঙ্গগী অমসুং গুণগী বর্ণন তৌরে। মহু তারগা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইহুনা পি তাই, তু চুংই। মহু উবদা স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙলহুনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গবর্ণনগী পদগান তৌই। গোবিন্দ ঘোষ, বাসুদেব ঘোষনা পুং য়ৈ। মহু তাবদা শ্রীঅঙ্গ পুম্বা নয়ন্দগী শিম্বরকপা পিনা চোৎলহুনা ভাবাবেশ ওইরি। ভক্তশিংসু ইশৈদা মুন্দুনা সিদ্ধদেহদা মন থমলগা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ স্বর্ণমন্দিরদা চেপই। মতম চারে খঙলহুনা সেবা চঙবীশিংনা শ্রীচরণসেবা তৌহুনা হোদোকলে। সাধক-দাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত কংজহুনা মনম হুংশিবা জলনচিংবা পুশিন্দুনা মুখ প্রক্ষালন সেবা চঙই। শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীনা তাম্বুল সেবা চঙই। অহুগী তুংদা ইবুঙো-ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়নবা বৃন্দানা শেম শারবা নীলাম্বুজ কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা

সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমই। সুবল, মধুমঙ্গলদি মতি অমদা চৎখ্রে। অতুগী তুংদা শ্রীরাধিকানা মিৎনা ইঙ্গিত তৌবদা বৃন্দানা মাগী শিষ্য কলেক্তি অমসুং মঞ্জুবাক কৌবা শারি অমসুং শুক পুশিল্লক্তুনা হায়রকই, "হেক শুক! কৃষ্ণগী শ্রীরূপ বর্ণন তৌ।" শুকনা হায়রক্লে, "ঐগী বর্ণনাসি তাবদা হুডাইবা ওইত্রবসু শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ওইবনা সাধুশিংনদি শায়-নমক পামনগনি। জয় গোকুলচন্দ্রা! জয় হে গোকুলগী মরূপ। জয় হে বৃন্দাবনগী মবুঙো! জয় হে রসগী তুংনফম ওইবা ইবুঙো! ইবুঙোগী শ্রীচরণদা চিহ্ন ভরামাপল লৈ। শ্রীচরণ অসিবু ভজন তৌজবদা নুংনা চিন্তামণি ওল্লি, শন্না কামধেনু ওল্লি, উনা কল্পবৃক্ষ ওই। শ্রীচরণ অসি ত্রিবেণীনি। থুয়া থম্বায়া সরস্বতী থুজীন-থানা গঙ্গা অমসু ইবুঙোগী শ্যাম-বাস্তিভনা যমুনানি। চরন্না থম্বাম্নি, খোঙশানা লৈনানি, খুবোমনা থম্বোনি, খুজীন্না লৈরিকনি, নিংথিজবতুনা লৈরীনি। গোপীশিংগী মীৎনা খোইমুনি—হেগংলবা নাঙ্গৌবীনা তৌবগুমনা থম্বানগী লৈহৌ থকনি।" শারিনা হায়, "চরনগা থম্বান। প্রনাম তৌবা মতিক চাদে। মরমদি থম্বাম্দদি চিহ্ন ভরামাপল য়াওদে। হুয়দা চরন্দা—খোঙবী মরুদা যব, অতুগী মখাদা চক্র, অতুগী মখাদা ছত্র, খোঙবীগা খোঙদোনবীগা তাইনফমদগী চরণগী ময়াই য়োনা উর্দ্ধরেখ; খোঙয়াইগী মখাদ থম্বাল, অতুগী মখাদা ফিরানগা লোয়নবা চৈখোক; খোঙনউবী মরুদা শামু কাতি, অতুগী মখাদা বজ্র, খাইগী মখাদা স্বস্তিক মরি অমসুং জম্বুফল মরি অমসুং ময়ায়দা অষ্টকোণ। ওয়থংবা চরন্দা—খোঙয়াইগী মরুদা আকাশ মতুগী মখাদা লীরী য়াওদবা লীরুং, মতুগী মখাদা শনখোঙ্গুন, খোঙবীমরুদা শঙ্খ, খাইগী মখাদ খুজাই, ত্রিকোণ, থা-মচেৎ অমসুং মতুগী মখাদা ঙা। চিহ্ন পুম্নমকসি ভক্তনা ধ্যান তৌনবদমক। চরণ থম্বালসি ফজবা খিবিক্কী মচিনি। চরণ অসি গোপাগী



## শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী শ্রীচরনচিহ্ন

চন্দ্রার্দ্ধং কলসং ত্রিকোণ-ধনূষী খং গোষ্পদং প্রোষ্ঠিকাং,
শঙ্খং সব্যপদেঽথ দক্ষিণপদে কোণাষ্টকং স্বস্তিকম্।
চক্রং ছত্রযবাঙ্কুশং ধ্বজপবীজম্বূর্দ্ধরেখাম্বুজং,
বিভ্রাণং হরিমূণবিংশতি মহালক্ষ্যার্চ্চিতাঙ্ঘ্রিং ভজে॥

শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা লেংবা
স্তবামৃতলহরী কোবা লাইরিকী
রূপচিন্তামণিদগী লৌথোকপনি।

খুংনা পায়রবা মতমদা থম্বাল অঙাংবা ওই, বক্কদা হাপলবা মতমদা থম্বাল অশংবা ওই, কূচদা হাপলবা মতমদা অশোকমনা অনৌবা ওই। শ্রীচরণ অসি থম্বামি নত্রগা দারিদ্র কললনি নত্রগা কন্দর্পগী নৈকমনি নত্রগা তমালগী গুটিকানি। শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বানসি থম্বাল অশংবা, চন্দন, কর্পূর, মলদনচিংবা তেংবানবগী অইংবা পোংশক থিবিত্তগী হেন্না হংই। শ্রীরাধিকাগী থক্কোকগা থোইদোকনা চায়জনি, ইবেম্মী শ্রীহস্ত অনিনা থোগজবনি,

ইবেম্মগী কুঙ্কুম তৈবনি, লীলাদেবীগী তুংনক্কমনি। অসিগুমলবা নিংথিরবা অমম্বুং গুণ খিবিকনা লৈতেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী পাদপদ্মগী মহিমাবু কনা কবিনা শীংথাবা ঙমগদগে?" শুকনা হায়, "ব্রজ যুবতী খিবিক্কী থাঙবা কনবা (ধৈর্য্য) কোবা তেঙ্গোল অহু মাঙহন্নবগীদমক কন্দর্পরাজনা ইবুঙোগী থুবোমনি হাযহনা পরিঘ কোবা থুংলাই অনি শেমলমলে।" শারিনা হায়, "শ্রীকৃষ্ণগী পুকউ অনিসি নিংথিজবা হায়বী লক্ষ্মীগী আসন্নি; ফজবা অলঙ্কারগী উপুনি. ইন্দ্রনীলমণিগী পাত্রনি, গোপীশিঙ্গী থম্মোইগী মশক ওইবা চিন্তামণিগী তুংনক্কমনি। শ্রীকৃষ্ণগী খৈবাক অনিসি ইন্দ্র-নীলমণিগী যুম্বীনি, কন্দর্পযজ্ঞগী যূপকাষ্ঠনি; হুপী কোবী শাম্মুহু পুম্নবা উচুকনি; ইশিং লৈতবা লৈথায়দা হোবা লকুনি; ইবেম্মগী করকমলনা শোকপদা থোইদোকনা ফজবা হেল্লি। ইবুঙোগী নিতম্ব অনিসি কামগী লীলা হৈবা কোটিগী জগোই শাফশনি অমদি শ্রীকৃষ্ণগী দেহগী মশক ওইবা তমালপাম্বীগী মখোঙ অকোয়বদা কোয়শিল্লিবা ইশিংগী নালাহৃদা নিংথিরবা শরীক মচা মচানা ঙাম্নু-কাংঙগুমনা শান্নরি। শ্রীরাধিকাগী মন কোবা নিংথোনা শ্রীকৃষ্ণগী দেহ কোবা সিংহাসন্দা কমলগা ঙাথনবগী-দমক বিধাতানা নিতম্বগী মশক ওইবা শান্নবগী (ক্রীড়াগী) লৈমায়থক্তা থোকপা থাগুমনা মোস্তেক শেমলম্বনি। গোপীগী মনিংকী মশক ওইবা ঙাহনা শান্নজকম নিংথিরবা ইপোমগা লোয়নরবা পাংকী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চায়রুংহু শ্রীমতী রাধিকাগী থম্মোই নোংশাগী মকোয়নি। শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোদি পুৰীনি থোইদো মথানা অতোংবা শন্নাক (পুলিন) অহুনি, শ্রীরাধিকাগী মন কোবা জগোই হৈবহনা মন মাগী বৃত্তি জগোই-হৈবী খিবিক্তা লোয়ননা রাস শান্নকমনি। থিথি কোবা লাইনা গোপীশিংগী ইন্দ্রিয়গী মশক ওইবা শল খিথিক্কী ইসিং থকননবা

ইবুঙোগী খোইদৌনি হায়রছুনা অমৃতগী কোম অমা শেমলকপনি, খোইদৌমথানি হায়ছুনা শঙ্গোম চকু অমম্মুং তুনি হায়ছুনা থোর্কী শেম্মমছুনা শনশিংছুবু পুন্দুনা থমলি। গোপীগী মনগী মশক ওইবা ফোগী অস্তবাসনা (শ্রীকৃষ্ণ নত্তবদা পুকনিং চঙবা) হায়বা রাই খোকতোকনবগীদমক বিধাতানা শ্রীকৃষ্ণগী খাংগী মথকসি শৃঙ্খল ওইনা শেমলকলবনি। নত্রগা চাকনিবা কন্দর্পনা মহাদেবগী মথক্তা শিহৌত্তনা বিধাতানা য়ামনা হায়জছুনা কৃষ্ণগী মধ্যদেশগী মশক ওইরবা ডমরু নিছুনা লৌথ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী চেংলবা খাং উরুবদগী নোংশামথৈনা হিমালয়গী লোকচুংদা লোংখিবনি। গোপীশিংগী থম্মোই শামুদি শ্রীকৃষ্ণগী খোইদৌগী মশক ওইবা পাংকী নিংখিরবা ইপোমগী ইরৈদা তাখিবদগী কাথংপা ঙমদ্রে। শ্রীকৃষ্ণ বিগ্রহগী মশক ওইবা তমাল পার্শ্বাগী নিংথিজবা হায়বা লৈহৌনা থল্লবা খোইদৌ উথুম অহোবদা গোপীশিঙ্গী মমিং খোইমু তাখিছুনা রসদা লুপ্তুনা লৈথ্রে। বলিনিংথৌনা স্তুতি তৌজছুনা বামনগী রূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী পাদপদ্মদগী গঙ্গা থোকখিবনি। পুকথুপ অঙু·গী ঈচেল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী খোইদৌদগী তুরেল অমা মথক-লোমদা চেনথংখ্রি। হায়রিবা কোম অসিদগী তুনি হায়রছুনা যমুনা হৌরকই। শ্রীকৃষ্ণগী খোইদৌগী মশক ওইবা পান্তগী মশা ভংথাই অমা কাথংলকলবা শামুনা মাঙোম্দা হেক য়েংঙকপচুগী থম্মোইগী মশক ওইবা চুংশিংপু হেক হেক যোংশিল্লি। ব্রজযুবতীশিঙ্গী মমিংকী মশক ওইবা খোইমু মচাশিংচু মুরারিগী খাইদৌ থম্বানগী নিংথিবা লৈহৌ থকলুবদা ঙাওরছুনা পুক্কী মশক ওইবা থমনাদা তুগী মশক ওইনা তুছুনা মূর্চ্ছা ওইরিমাল্লে। নত্রগা শ্রীগোবিন্দগী পুক অসিনা কস্তুরী তিলক ধারণ তৌত্তনা মরোল অহম্মকপু জয় তৌবা ঙম্বা কঙ্কবা হায়বচু ওইনা নিংথিজরি। সন থোংনাং অমম্মুং থম্বাল অশাবগী লৈনাবু ঙমজন্না পঙনোয় নোয়দবা পুক অচুনা

কস্তুরী তৈরবা তমাল মনা অ:নোবগী মনম হুংশিবহুবু অমসুং খোং নোংবহুবু ঙমজরি। থম্মোইদগী চেহ্নকপ। মধুররসগী ঈ:চন্না তুগী মশক ওইনা খোইদৌগী মশক ওইবা পাক্তা ভাররি। শ্রীকৃষ্ণগী পূক অসি অমৃতগী পুখ্রীনি, নিংথিজবা হায়বা অমৃতচুনা মাগী ইশিংনি : পুকথুপ অহুমনা ঈথক্কী মরী মচা মচাচুনি। খোইদৌনা থম্মাম্নি অতুগা তু ময়ামচুনা চরাংনি। নীংতুদা কাক্কিগী মশক ওইবা ঙানু কাংঙনা খোংলি। হায়রিবা পুখ্রী অসিদা শ্রীরাধিকাগী পুকনিংগী মশক ওইবা কাংঙনে, মীংকী মশক ওইবা ঙানে— তত্তনা শাররি। শ্রীকৃষ্ণগী নাকথং অনিচুনা সংনাগর ওইচুনা লক্ষ্মীগী নাকথং অনিগী মশক ওইবা সংনাগরী অনিচুবু শোকনিংচুনা কোয়রৈ লৈরি। মরোল অহুম্মকী যুবতী হায়বীশিংচুগী পুকনিংবু চুরিবা শ্রীকৃষ্ণগী থবাকনি, গোপীশিংগী থম্মোইবু তকথায়নবা পাত্রনি, শ্রীরাধিকাগী পুকনিং কোবা নিংথৌচুগী অশংবা মণিগী সিংহাসন্নি, মচুগী ওয়্থংবা শরুক্তা লক্ষ্মী রেখা অমসুং য়েত্তা শ্রীবৎসচিহ্ন, ময়ায়দা কৌস্তুভ মণিগী মঙাল্দা ঙান্নিবা বনমালানা ঙাম্মোইরি। শ্রীকৃষ্ণগী দেহদা থোন্নিবা মুক্তামালাচুনা গঙ্গানি, তুবুম পরেংচুনা যমুনানি, লীকপরেংদা য়াওরিবা মণিকান্তিচুনা সরস্বতীনি। মতৌ অসুম তৌনা তীর্থরাজগী মশক ওইচুনা মরোল অহুম্মকী মঙ্গল ওইনবা লীনবিরি। শ্রীকৃষ্ণগী থবাক অসিমু কন্দর্পগী ইন্দ্রনীলমণিগী হাইনবা কামনাগী থৌরানা পুন্নবা কজবা নিংথিবনা মতক থাজংলিবা রাংহোং অঙৌবনি, য়েথংবদা শ্রীরাধিকাগী পুকনিং রত্নগী পুকৈগী ইন্দ্রনীলমণিনা শেম্বা থোঙপাকনি, তুন অনিচুনা পৌরোন মচা-মচানি। পাম্বোম অনিচুনা শৃঙ্গার রসগী ঈচেল অনিনি। য়েথংবা শ্রীহস্তদা—থুংলেংগা থুংরাগগী তাইনকলগী থুনাউবীগী মথা কাওবা পরমাযু রেখা। মচুগী মথাদা থুবাকী রুগান্দগী হৌচুনা থুদোম্বীগা থুবীগগী ময়ায়দা চঙল্লিবা



## শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী করচিহ্ন

শঙ্খার্দ্ধেন্দুযবাঙ্কুশৈররিগদাছত্রধ্বজ স্বস্তিকৈ-
র্যূপাব্জাসিহলৈর্ধনুঃ পরিঘকৈঃ শ্রীবৃক্ষমীনেষুভিঃ।
নন্দ্যাবর্ত্তচয়ৈস্তথাঙ্গুলিগতৈরেভৈর্নিজৈর্লক্ষণৈ-
র্ভাতঃ শ্রীপুরুষোত্তমত্বগমকৈঃ পাণী হরেরঙ্কিতৌ॥

সৌভাগ্য রেখা। খুদাংদগী হৌরক্কুনা থোয়না খুদোম্বীগা খুবীগগী মরক য়োথিবা ভোগ রেখা। খুদোন খুদিংদা শঙ্খ অমমম। খুনাউবীগী মথাদা শামু কাতি, খুনিংথৌগী মথাদা পরিঘ, খুয়ায়গী মথাদা থাঙশাং খুদোম্বীমরুদা কীরাল, খুবীমরুদা যব, অচ্চগী মথাদা চক্র, অচুগী মথাদা বজ্র, সৌভাগ্যরেখাগী মথাদা শ্রীবৃক্ষ অমন্দুং তেইজে। ওয়ৎথংবা হস্তদা— য়েংকোঙমনা রেখা অহুম, খুদোন খুদিংদা নন্দ্যাবর্ত্ত, খুনাউবীগী মথাদা লাজোল, খুনিংথৌ মথাদা ছত্র, পরমায়ু রেখাগী মথাদা গদা অমন্দুং যূপ, সৌভাগ্য রেখাগী মথাদা স্বস্তিক, লীরুং, থা-মচেৎ, ঙা; খুবী মরুদা থম্বাল। মতৌ অসুমনা চিহ্ন কুহ্‌ামরি লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী হস্তথম্বালসি শ্রীরাধিকাগী মনাগী স্তনকুম্ভ অনিগী লৈডেং ওইনা ব্রজযুবতীশিংগী কন্দর্পগী তেন্না পান্দুনা মায়বা থম্মোইগী মৈচাক কোকইনবা উনা অনৌবনি। খুজীম্না কাম কৌবা শাবুক্‌ লাকপিমবা কান্তিনি,

মপুং ফারবা থাজগী মকোয়দা ভাল্লিবা অঙাংবা থম্বাগ্নি। কৃষ্ণনা করিগুম্বা থম্বানগী শীংদা চল্লবা অমম্বুং থম্বাল অত্থদা চিঙ্কশিংসি য়াওরবদি—কৃষ্ণবু থম্বাগ্নি হায়বা য়াগনি। উগী স্কন্ধগুমনা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান অনিনা শ্রীরাধিকাগী পাম্বোম থম্বোগা থা-নবা লৈতনা শমনবদগী পোকপা আনন্দনা মকা লামই। শ্রীকৃষ্ণগী নঙ্গন্দি মখাথংবা শরুকনা চেংশিন্দুনা মাধুর্য্য কোবা নিংথৌগী ইন্দ্রনীল-মণিনা শাবা আসন্নি। লেংজুমদা শন্দোকলিবা শম্বুগ্না বিলাস তৌফম কাংথোগ্নি, শ্রীকৃষ্ণগী খৌরাদ ইন্দ্রনীলমণিগী শঙ্খনি, কৌস্তুভমণিবু হায়রিবা শঙ্খসিনা মশাগী মঙান মাঙদনা থমহল্লি। ইবুঙো মাগী খোঞ্জেল তাবদা কোকিল, বীণা, বংশী, খোইমুনচিংবনা ইকাইহনা মখোন থোকখিদ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং অসি থম্বাগ্নি; নাতোন, চায়রুং, চিম্বান, চীন, খজাই, খদাং, নাকোং অসিন-চিংবসিনা মনানি; য়াপরেংনা লৈরিকনি, মীনোকনা লৈহৌনি, নয়ন্না খম্ব্রাংচাকনি, পীশূমনা খোইমুনি, শমজোইম্বু খোইমুনি, লৈয়েংনা থমচেৎনি। বিধাতানা করিগুম্বা মপুং ফারবা থাজগী মায়হিংসি কোকহনখিহনা মত্থগী মথক্তা বান্ধুলিপুষ্পগী নিংশেল, কুন্দ অপোম্বা, খম্ব্রাংচাক, থা মচেং শাবা তিলক, লৈগী লীরুং, খোইমু পরেং শেম্বিরমলবদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংসি থাগা উপমা তৌবা য়ারমগনি। অঙাং ওইরিঙৈদা যশোদা মাতানা থুৎশানা পায়বদগী ময়ায়গী শরুকসি খিত্তং কুৎপা, থুদোল অনিনা ইন-থৎপদগী মমাঙহ খিত্তং রাংথৎপা মরম অত্থদগী থম্বাল অশংবগী লৈনাবু ঙমজরবা ইবুঙোগী চায়রুংনা নিংথিজরি। নাকোংগা চায়রুঙ্গগী হৌফম ফাওবসিগী লম—চুবাসি হাইফেৎ শাংবা, মী পুমনমকী মমীৎপু হেক চিংশিনবিবা, নাকোংনা কুশমুষ্টী নত্রগা সস্কুলি নত্রগা মদনগী শজী কানবা লাং, খজাইনা ইন্দ্রনীলমণিগী নিংশেনগুমই নত্রগা মপুং ফারবা থাজগী মকোয়নি, অমরোমদা

হায়রগা মকরকুণ্ডলগী জগোই শাকমনি। শ্রীকৃষ্ণগী অধরসি ব্রজসুন্দরীশিংগী লৈজবা মরল পুষ্পগী হাপনকমনি, শ্রীরাধিকাগী দশনচিহ্ননা লৈত্তেংবনি। য়ানা কুন্দ অপোম্বনি, অমুনবা ককোই মরূনি, নোকথোরকপা মীনোক থাবন্না চান্নবা-চান্নবীশিঙ্গী পুকনিংগী অমম্বা কোকহল্লি, শ্রীরাধিকাগী প্রণয়গী সমুদ্রবু চাওখৎহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী লৈয়েংসি মথল মথা অয়াম্বা রসনা থল্লবা মণিগী মশক ওংবা শৈরেংগী পোকনকমনি, অত্তৎপা লৈত্তনা রস মথল তরুক্কী মহাউ তংবদা হৈশিংলবা শ্রীরাধিকাগী অধরামৃতগী মহাউ লৌবদা রংজু হায়বা নিংথোনবু মহৈ য়ালহনবিরি। ইবুঙোনা ঙাংথো-রকপা রাহৈদি প্রেমগী মশক ওইবা ঘীনি, মোমোন লোকপনা খোইহীনি, করেমনবনা চিনি অঙোবনি, রাহৈগী অর্থনা কর্পূরনি, শঙ্গোমগা চিনিগনা শেম্বা শিখরীণি হায়বহু ওইহুনা ব্রজগোপী-শিঙ্গী কন্দর্পগী মুংশাগী মৈশা কোকহল্লি। নাতোম্না ইন্দ্রনীলমণিনা শাবা থোইদিং মপান্নি, নত্রগা কামগী তেজৈনি, নত্রগা তেনরা মচৌম্নি; মীৎ অনিনা চন্দ্রকান্তমণিগী গোলক্তা ইন্দ্রনীলমণিগী থরাম্নিচাকনা লৈরি। মহুগী চিদাইদা ঙাঙ্গানবা, মায়কৈ মরিদা অঙোবা মচুগী মরক্তা অমুবা—অম্নমনা মথল মথা অয়াম্বা থুংশা হৈবগী শাম্নবা কাঙক্রম ওইনা শাগ্রবনি। লাওরবা, নোয়রবা শৃৎনানবা, ঙাংশং ঙাওবা, ঈংলবা, শূকলবা, তথক তথকপা পানা য়োমলবা নয়ন্দা মীৎচিনা কন্দর্পগী তেনগুমই। পীসূমনা কন্দর্পগী লীরুংনি, শমজোইনা খোইমুনি, নত্রগা কন্দর্প কোবা ঙাকাবহুগী ঈম্নি, শমনা নিংথিনা শাংই, খোইমুগী মচুনি, কৃপই, খোই-খোইনৈ, শূকনা মুই, মান্ননা হুইথবা শমদোন্দা কস্তুরী তৈবা, থম্বান অশংবা মনম নম্বা, কন্দর্পগী চামর ওই; করিগুম্বদা চূড়াগী মশক ওই, করিগুম্বদা মতোল অনি লোঙবা বেণী ওই, করি-গুম্বদা তংখাই অমা তাশিনবা তংখাই অমা থাদোকপা, করিগুম্বদা

বেণী ভংখাই লোন্দুনা শ্রীরাধিকাগী থম্মোই থাজগী শঙ্কা ওই।" অসি হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ বর্ণন তৌবদা শুক অদু প্রেমনা খোৎরী ফুনখি। অমুকসু হায়রকই, "শ্রীকৃষ্ণগী গুণ হায়বসিদি লানগুমত্রবা সমুদ্রনি। পীকথ্রবা জীব ঐনা মহাক্ত ভংগে হোৎনক্রি। যুবী অমুনবত্থ খিনগাইবা গুমত্রবসু ভেনরানা মচীঙ্গা হনবদি তোক্তবা অতুগুম্বনি, অমদি সুমিৎপু খুৎনা কাগে নীংলুবগুম্বনি নত্রগা খুং অনিনা সমুদ্রবু শীৎকে নীংবগুম্বনি। ওইনিংবা ওইজরসনু, শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শোকউরবা লৈয়েং অতনবু অতৈ রাকম করি ভাঙলুরগদগে? ইবুঙো মহাকী শ্রীরূপতি লৈতেংগীসু লৈতেং ওইবনি, ইবুঙো মহাক্তি কৈশরবয়সগী ময়ায়চবুকী অবস্থাদা লেঙদনা লৈবনি, ইবুঙো মাগী পাঙ্গমা গিরিরাজ গোবর্দ্ধনবু শাননবা কীবুনগুম শীজীন্নখিবা অসিগুম্বা ইবুঙো মাগী স্বভাব, জগৎপু শুঙ্কৎনবগী মশক ওইবা লীলা, পুকচেল চাউবা, মশা কথোকপদগী হোত্থনা ভেংবানববু শেংদোকপীবা গুম্বা মীংচৎ, ইবুঙো মাগী কৈশোর, গুণগী মপৈ, ব্রজাঙ্গনা খিবিক, ফিজেৎকী নিংখিজবা, মাধুর্য্য, কন্দর্পলীলা, বৈদকী হায়বদি থমথেংনা ঢৈশিংবা মতৌ, শৃঙ্গাররস, ভথকপীলক্মী—হায়রিবা পুমনমকসি শ্রীব্রজনিংথৌগী মজাইবুঙোনা ওইবিখিবদগী মহৈ য়াঙখিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী সর্ব্বাঙ্গদগী মৃগমদ তৈরবা থম্বাল অশংবগী মনম, লেগা, পীশূম, নিতম্ব অমদি শমদগী অগরু তৈরবা পারিজাৎকী মনম, নাতোন, থোইদৌ, মুখ, শ্রীহস্ত অমসুং চরণগী অমদি মীতগী কর্পূর তৈরবা থম্বানগী মনম কাওই। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ হায়বসিদি গোপীগী মপুক্রিং হুম্নিবনি। গোপী হায়বসিদি মথোইগী থম্মোইদু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা থুজ্বৎপনি; গোপীগী প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইবু থুতম চনবনি শ্রীকৃষ্ণ হায়বসিনা নন্দমহারাজগী থবাক্তা শিবা থয়ো অশংবা পল্লেংগুম্বনি। যশোদা মাতানা কৃষ্ণগী রাসুৎদা বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডসি উখি। হুফিং হায়বজিগী স্বভাবতি

শাবনি, থাগীনা ঈংবনি, পৃথিবীগীনা রস পুমনমক চেনবনি, মুংশিংকীনা তথকপনি, অমৃতগীনা মপুক তপ্পনি; শ্রীকৃষ্ণগী স্বভাবত্তি প্রেমনা খুহুম চনবনি (প্রেমগী মখা পোনবনি), চিং লেম্বনি, পুকচেল তপ্পনি, ঙাকপি হৈবনি, নীংথিনা ঈংবনি, শ্রীঅঙ্গহ্ কুঙাইবগী মশকনি, ইকাইথীবনি, বিকার লৈতবা ওইহনস্থ শ্রীরাধিকাগী প্রেমনা ঙাওবনি, তথকপনি অমস্থং বিকার হোংবনি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু হুমা'না পাদ্য ওই, তুচু'বনা অর্ঘ্য ওই, রাঙাং মুংশিবনা আচমনগী জল ওই, মশাগী অঙ্গগী মুংশিবা মনমনা গন্ধ ওই, মীনোকনা লৈ ওই, আলিঙ্গনচিংবনা নৈবেদ্য ওই, অধরগী রসনা তাম্বুল ওইহনা মতম থিবিক্তা আরাধনা তৌজৈ। শ্রীকৃষ্ণদি বিষয়দা লৈবা জীবগী মক্ষমদা পীনহৈবনি, অরাবদা তারবশিংদা থমথেংনা খোজাল হৈবনি, যুবতীগী মকমদা শাংশংনা কন্দর্পমক ওই, য়েকনবগী মক্ষমদা যমনি, ব্রজবাসীশিংগী মক্ষমদনা মরূপনি। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গসি যমুনাগী ঈর্চোম্ন, মায়থোংনা থম্বাম্নি, নয়ম্না থরো অশংবনি, শমজোইনা খোইমুনি। ইবুঙো মহাক্তি দৈত্যশিংগী মকমদ বজ্রগুমই, চঙজরকলবশিংদা নোংথাং ফানবা লাংনি। শ্রীকৃষ্ণগী কান্তি (নিংচৎ) দি অমৃতগুমনা থুমই, থাবনগুমনা ঈংই, গঙ্গাগী মতৌগুমনা লানবী হৈবনি। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গমাধুরীদি কৃষ্ণগী অঙ্গমাধুরীগুমই, অঙ্গশোভাদি অঙ্গশোভাগুমই, শ্রীকৃষ্ণগী রূপ, গুণ অমস্থং লীলাগী চাংদমনিঙাই লৈবা হোনদে। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অসি মপান নাইদে। অহুমকপু কৃষ্ণভক্তগী গুণ য়াংথৈনি, মহাদেবগী গুণ য়াংথৈ মঙানি, নরায়ণগী গুণ হুম্ফুনি, শ্রীকৃষ্ণগী গুণ হুম্ফুমরিনি। লীলা মাধুর্য্য, বেণু মাধুর্য্য, রূপ মাধুর্য্য অমস্থং প্রেম মাধুর্য্য হায়বা গুণ মরিসি শ্রীকৃষ্ণতদা লৈবনি।"

অসি হায়রগা শুকনা হায়গদবা লোইশিনখি। ইবেম্মনা শুকবু কয়ামুক জুনা চান্না তৌবিহনা তাকপিরকই, "হে শুক! হায়উসে

— গোবৰ্দ্ধনধারী, নীরদবরণ, আভীর-বীর, সদগুণমণিনিকরাকর, তরুণীমাদক, মধুরাধর, সুন্দরশেখর, শুচিরস সাগর, ব্রজকুল-নন্দন, জয়বরনাগর, অঘ-বক-শকট-দব-ভয়হরণ, নবকমলজমদহর-চরণ, চরণজলদজ, নতজনচয়শরণ, পঠথগ জয় জয় ধর বর ধরণ ; মঞ্জুলফল, মঞ্জীরগুণ, গম্ভীর, গিরিবরধারনধীর, কালিন্দী জল-কল্লোলবিহারবর বারন, রমণী করিনীসঙ্গ, গিরিকন্দর মন্দির বিলাসলহরী সিন্ধু।" ( গিরি গোবৰ্দ্ধনবু খুদোম্দা হাগ্‌না পুবিথিবা ; ফুয়না হোবা নোংগী কুচুবু ঙমজবা ; গোপশাগৈগী অকনবা ; অফ-অফবা গুণগী মশক ওইরবা মণি খিবিক্কী তুংনফম ওইবা ; নুপী-ওইবীশিংবু ঙাওহনবা ; খোয়থুমনবা অধরামৃতনা ইবুঙো মাগী ওইবা নীংথিজবা চুড়াথোনবা ; শেংলবা রসগী তুংনফম ; ব্রজগী শাগৈবু হুঙাইহনবা ; মতম খুদিংদা মঙ্গল ওইরিবা রমণীশিংবু শুক্কৎপদা হৈশিংবা ; অঘ, বক, শকট, দব ( লৈমৈ ) কৌবা হিং-চাবশিংবু কিবত্ত মাঙহনবিবা ; নিংথিজরবা থম্বান্দগী পোকথিবা ব্রহ্মাগী নাপল মাঙহনবা চরণ ইবুঙো মাগী ওইবা ; ইবুঙো মাগী চরন্দগী জল থোকথিবা হায়বদি গঙ্গা পোকথিবা ; ইবুঙো মঙোন্দা ভক্তি লৈজবশিংগী চঙজকন ওইবা ; হে উচেক, মঙ্গল পীবিবা ঙম্বা ইবুঙো মহাকনা জয় ওইরে হায়না লাউরো। পুকনিং হুরবা উহৈগুম্বা ; নুপুরনা ঝন্ ঝন্ খীংলিবা ; চিংলেম্বা ; চিংবু খুদোম্না পুবা ; পুকচেল তপ্পা ; কালিন্দী যমুনাগী ঈথক ইপোম ঈহৌববু থিংবা ঙম্বা ; রমণীগী মশক ওইবী শামু অমোমগী লোয়নবা ওইবা ; গিরি গোবৰ্দ্ধনগী মন্দিরদা বিলাস তৌবগী ঈথক ইপোমগী সমুদ্রগী মশক ওইবা )॥ অসি হায়না শুকবু তম্বিবা শাহুনা শ্রীরাধি-কানা ইবুঙোগী গুণবর্ণন তৌরবদা শ্রীকৃষ্ণনা শারীবু লুনা চান্না নানবিরহুনা তাকপিরকই, "হায়উ হে শারী— মনোহারী বারী জালি জিদানলা হৃদয়মরালী গুণমণিখনি, সুবর্ণদর্পনর জ্যোতি উন্না-

শ্রীমুখমণ্ডলা, করুণাবিদ্রবদেহা, মূর্ত্তিবৎমাধুরীঘটা, গোবর্দ্ধনধরাহ্লাদিনী, শৃঙ্গাররসপণ্ডিতা, বৈদগ্ধৈকসুধাসিন্ধু, চাতুর্য্যৈকসুধাপুরী। মাধুর্য্যসুধাবল্লী, গুণরত্নপেটিকা, মমনেত্রসিদ্ধাঞ্জনসুধাবর্ত্তি, মমপ্রাণমহামীনামৃতসমুদ্র, মমনেত্রভ্রমররসালনবমঞ্জরী, মমচিত্তমত্তহস্ত্যমৃতদীঘিকা, মুখবাদকসুধানপ্তৃ, জটিলাদৃষ্টিভূষিতা, ভাস্করোপাসিকা। চরণাব্জতলজ্যোতি অরুণী কৃতভূতলা, হরিচিত্তচমৎকারিণী, চারুনূপুরনিস্বনা।" (পুকনিং হুনা নিংথিবা ইশিংদা থাবা জালীগুম্বী; থোনাদা মৈহোবী; থম্মোয়গী কাংঙ ওইবী; গুণগীমশক ওইবা মণিগী তুংনফম ওইবী; সনাগী শকয়েং মিংশেনগী মঙানবু থকতোকপা ঙম্বা মায়থোংনা মহাক্কী ওইবী; থৌজাল্না মহী চেনবী; মাধুরীগী মূর্ত্তি ওইবী; গোবর্দ্ধনধরবু নুংঙাইহনবী; শৃঙ্গাররসদা থমথেংনা হৈশিংবী; রসখঙবদা অমৃতগী সমুদ্রগুম্বী; হৈশিংবদা অমত্তা ঙায়রবা অমৃতগী তুংফম ওইবী; নীংথিবা অমৃতগী উরীগীমশক ওইবী; গুণ হায়বা রত্নহু হাপনবা প ত্র ওইবী; কৃষ্ণ ঐগী মিত্তা তৈনবা কাজলগী মশক ওইবা অমৃতগী বর্ত্তি ওইবী; কৃষ্ণ ঐগী থরায়গী মশক ওইবা চাউরবা ঙাহুনা লৈননবা অমৃতগী সমুদ্র ওইবী; কৃষ্ণ ঐগী মিৎকী মশক ওইবা খোইমুনা লৈহী চুপনবা হৈনৌ ময়োল অনৌবগী মশক ওইবী; কৃষ্ণ ঐগী থম্মোইগী মশক ওইবা অঙাওবা শামুনা শান্নবা অমৃতগী পুখ্রী ওইবী; মুখরানা লুনা চান্না থমজবী মগুনুপী; জটিলাগী মীৎয়েংগী লৈতেং ওইবী; সুমিৎ কোবা লাইবু তত্তনা পূজা তৌজবী; মহাক্কী চরণ থম্বালগী মঙান্না পৃথিবীসিবু ঙাঙ্‌নহল্লিবী; কৃষ্ণগী থম্মোইবু ঙকহল্লিবী; নীংথিরবা নূপুরগী খোম্মোক লোয়নবী)॥ অস্থম ত্তৌরিঙৈসিদা বৃন্দানা দ্রাক্ষা অমদি কক্কোই পুশিন্নকলবদা শ্রীরাধিকানা শ্রীহস্তমকনা শুক-শারীবু পীজরে। সখীশিংসু কয়া হরাওজরে। বৃন্দানা মাল্যচন্দন্না শ্রীরাধাকৃষ্ণবু

অমসুং সখীশিংবু লৈতেংখি। ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা সুঙাইবনা ঙাওনখি।

অসোমদা নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইরি। লৈগী মনম কংবদা ঙংলকপা খোইমুগী মখোন তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তশিং জ্ঞান তারকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লবদা প্রভুসু ভাবশান্ত ওইরে। শ্রীবাসনা মাল্যচন্দন পুশিল্লক্তুনা শ্রীতিনপ্রভুদা কংশিল্লি। মথংদা ভক্তশিংদসু মথং মনাও নাইনা য়েন্নে। ময়াম পুমনমক তিনপ্রভুগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা সুঙাইনৈ। অদুগী তুংদা শ্রীবাসনা পাশাখেলাগী মপোৎ পুশিল্লকই। মাইকৈ অমরোমদা প্রভুনা 'ঐ কৃষ্ণনি' হায়বা ভাবতা লেঙশিন্নে। গদাধরনা মাইকৈ অমদা ফমলে। অমুম ঙহাক শান্নরগা প্রভুনা ব্রজগী ভাবতা লুপখিদুনা পি তারকই, তু চুংলকই। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী ভাব খঙলদুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা পাশা শান্নবা অমসুং ইবেম্মগী সূর্য্য পুজাগী পদগান তৌই। মাহু তাবদা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইদুনা নয়নগী শিম্বুরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলে। ভক্তশিংসু ইশৈদুদা পুকনিং লুপখিদুনা সিদ্ধদেহদা মন হাপখিদুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌনখি।

ব্রজদা শ্রীরাধকৃষ্ণনা নীলাম্বুজ কুঞ্জদগী সুদেবী কুঞ্জদা লেঙশিন্নে। বৃন্দানা শেমশারবা আসন্দা লেঙশিন্দুনা ফমলে। বৃন্দানা হায়রকই, "হে রাধে! হে কৃষ্ণ! পাশা শান্নবিয়ু।" অসি হায়দুনা পাশা মরু অঙৌবা, অঙাংবা, শংবান্নবা, নাপু মচু মখল মরি পীরে। শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিঙ্গা লোয়ননা মাইকৈ অমদা, ইবেম্মগা শখিশিংগা লোয়ননা অমরোমদা ফমনরে। পাশা হুনবদা অসি খোকহন্নু হায়দুনা পাউতাক পীননবনা কৃষ্ণগী মধুমঙ্গলনা ওইরে, শ্রীরাধিকাগীনা ললিতানা ওইরে। পো চৎনবনা

ইবুঙোগীদা সুবল, ইবেম্মগীদা সুদেবী লৈরে, নান্দিমুখীগা বৃন্দাগনা রায়েনবা লৈরে, কুন্দলতানা সভাগী মকোক কমলে। পাশাদা থান্নখদবা পোৎশক্তি অহানবদা সুরঙ্গগা শঙ্গী অমোমগা, অনিশুবদা বংশীগা পবিকাগা, অহুমশুবদা লীকপরেং অমসুং মরিশুবদা সখা-সখী পুখোকনহুনা ইবুঙো-ইবেম্মনা পাশা শান্নরকলে। শ্রীরাধিকাগীনা শ্যামবর্ণগী পো নিপান, শ্রীকৃষ্ণগীনা পীতবর্ণগী পো চৎনরে। অহানবদা 'কৃষ্ণনা থোইরে' হায়হনা ইবুঙোনা হল্লি। ইবুঙোনা মঙ্গল ওইরহনা মধুমঙ্গলনা মখুৎনা শেগাদা কুরহনা হরাওনা নোকখেহনা শঙ্গী অমোমহু ইবেম্মগী নাক্তগী লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা পুল্লে। মথংদা ইবেম্মনা 'জয়' হায়রহনা হল্লে। ইবেম্মনা থোইরবহুদা ললিতানা হরাওরহনা পীশূম খেক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তদগী মুরলী মুন্দুনা লৌরে। অনুমনা অসুম শান্নরকপদা ইবুঙোনা পোরহনা লীকপরেংসু মাঙথ্রহনা মধুমঙ্গলনা লাউরকই, "ইভাও। এক শারি মার (পোতৎ থোকহল্লু)।" মাহু তাবদা শারি অমা হাৎলু হায়রবনি থন্দুনা কলোক্তি কৌবী শারিহু কিরহনা ফ্রং পাইখৎখিহন উশাদা তোংখরে। মহু উবদা ইবুঙো-ইবেম্মসু সখীশিংসু রা-রা নোকলে। অনুমনা লাওনরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা হন্দুনা পোতৎ থোকলে। 'ঐনা থোইরে' হায়না লাউরকই। ইবেম্মনসু 'ঐনা থোইবনি' হায়হনা নোকনা নোকনা শ্রীকৃষ্ণগী পোহু মুন্নগা ইবেম্মগীগা পুন্না পায়শিনথ্রে। ইবুঙো-ইবেম্মা অনিনা থুংকা থুংকা মুন্নরে। মধুমঙ্গল ললিতানচিংবসু সখাগা সখীগা থৎনরে—"ইবুঙোনা চুমই" "ইবেম্মনা চুমই" লাউনরকলে। মতম অহুদা নান্দিমুখীগা বৃন্দাগনা খামজিল্লি; "ঐখোই ভাব অমা তৌরুদনা উহৌত্রে, অমুক হন্না শান্নরো" হায়রকলে। অমুক হন্না শান্নরে। মরি শুরকপদা সখাসখীবু পোহা ওইনহনা হমবদা ইবেম্মগীনা চুখা উবদা মধুমঙ্গলনা পো মরামহু পুমতোৎ তোত্তুনা চাইখায়রে।

ললিতানা চন্দনকাষ্ঠগী চৈ উত্তুনা চেনবা রাদে হায়রুনা সখী-শিংদা মধুমঙ্গলবু পুন্নু হায়রকলে। ইবেম্মনা থামজিল্লে। শ্রীঅঙ্গগা শ্রীঅঙ্গগা পোম্বা ওইহনা অমুক শাম্নরে। হন্দকমুকন্সু ইবেম্মগী "ম্লাপল" থোক্তুনা ইবেম্মনা জয় ওইরে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "প্রিয়ে! পোম্বা লৌজরো—নথুংনা ইথুং পায়রো, মুখনা মুখদা ঙারো।" ইবেম্মনা ইকায়রত্তনা হায়বকই, "কুন্দলতাদা পিথোকপ্রবনি, মঙোন্দা পীবিথো।" শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হনবদা 'ভর্‌রা' থোক্তুনা ইবুঙোনা জয় ওইরে। কৃষ্ণনা হায়রকই, "প্রিয়ে! ঐগী পোম্বা ভরা পীরো।" ইবেম্মনা, "পোম্বা মাপন্দি কুণ্ডলতাদা লৈরবহনি, অমহুদি য়েংথিসি।" কুন্দলতাদা ওনশিন্দুনা "পোম্বা মাপন্দু ইবুঙোদা পীগ্রো।" কুন্দলতানা, "ঐগীসু ললিতাদা তোল্লিবনি, মহু লৌজো।" কৃষ্ণনা ললিতাগী মুখচুম্বন তৌগে হায়না তাম্নবদা ললিতানা মথায় লৈথোকথিহনা ইবেম্মগী মুখদা ইবুঙোগী মুখ তারুরে। মতম অতদা ইবেম্মহু মপাম্বোংদদি ইকাইরবসু থম্মোইদদি য়ৌনা পেঞ্জে। অম্সুম তৌরি-ঙৈদা পদ্মমন্দিরগী মতোন্দা তোংলিবা শুকনা হায়রকই, "হে কৃষ্ণ! শনশৈন্দুংদা ইবুঙো উত্রবদা শ্রীদাম সুদামনচিংবনা ইবুঙো থিবা লাকদোরে।" শারীনা গুরুজন লাকদোবা লম্বেল য়েংহনা হায়রকই, "রাধে! ননেম্বোক্তু সূর্য্যকুণ্ড তাম্না লাকলে।" জটিলাগী মিং হেক তাবদা ময়াম পুমনমক কুকফুক হৌগত্তুনা নরভিথ কুঞ্জ তাম্না চৎলগা মকমহুদা শ্রীকৃষ্ণবু থনমলগা অত্তৈনা সূর্য্যকুণ্ডদা লাকলে। জটিলানা ময়াম লাকপহু উরগা হায়রকই, "হুমিং মরিফুনি বন্দা হাইহনা শামবা! মীশিংসি ইকি ফিত্রেনে। অমুক থেঙলকলিবসি করিগীনো?" কুন্দলতানা খুমকই, "ব্রাহ্মণ অমা কাওবা থিবা কংদে। ওসিদি সূর্য্যগী দিন তাবনিনা মথুরাগী বজা কন্তাগী নিমন্ত্রণ কংহনা লোইনা ইচৎ চৎনব্রে। মথুরাদগী গর্গ ঋষিগী

শিষ্য, পূজাদা হৈশিংখ্রবা বিশ্বশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অমা কৃষ্ণগা শণ শেনমিন্নৈ। মহাক্তুবু ওন্থোকনা রানা পুজ্জরকনবনি : অতুবু মধুমঙ্গলনা ইমা নংগী মরুমদা কত্তবা হায়জিন্দুনা খামহৌরে। হনুবীনা "কদাইদা লৈহৌই?" কুন্দলতানা, "শ্যামকুণ্ডগী বন্দা হনখ্রে।" হনুবীনা, "মাবু য়ামনা পাজ-পীথকনি, দক্ষিণা চাউনা ত্তোগনি হায়দুনা পুরকউ। মানা য়াজ্রগা মধুমঙ্গল পুরকউ।" কুন্দলতানা, "ঐদি মাগা খৎনৈ, অতুগা রাম্ন য়ামনা রারে। ধনিষ্ঠাবু চৎহনবিরো।" অত্তদগী ধনিষ্ঠা চৎখিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণগী কিজেৎ শেত্তুনা কুশগী আসন, তিলকনচিংবা লৈত্তেংদুনা বেদমূর্ত্তি হায়বদি ত্তশেংবা শাস্ত্রজ্ঞায়া মূর্ত্তিমান ওইবগুমনা মধুমঙ্গল লোয়নদুনা থুনা য়াঙনা য়োরকলে। জটিলানা য়ামনা লুনা পূজা ত্তোদুনা ব্রাহ্মণ খুরুমলে। ইবুঙোনা আশীর্ব্বাদ ত্তোরে, মচাগী মমৌগী শা-শণগী মঙ্গল ওইশনু হায়না ভাকপিরে। সূর্য্যপূজা হৌরমদাইদা মমৌগী মমিং হংলকই। হনুবীনা, "রাধা কৌই।" কৃষ্ণনা, "মিংদি কজেদা, ঐনা মথুরাদা তারকইনে—রাধা হায়বীদু য়ামনা পতিব্রতানি হায়নৈ; অদুরনে?" হনুবীনা "মাম্নি হোয়।" কৃষ্ণনা, "নরাইবক কৈদা।" ইবেম্মদা ওনশিন্দুনা, "নকোক থুমহুনা পূজা ত্তৌবা য়াদে।" মত্ত ভাবদা কুন্দলতানা ফি হাইদোক্তুনা উহল্লবদা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা তু চুংই। ভাবতু লোত্তুনা হায়রকই, "ঐদি শুক্লবৃত্তিনি, সুপী শোকনবা য়াদে। নৈ পায়রগা ব্রাহ্মণ বরিয়ু। ঐগী গোত্রদি জগতমঙ্গল হায়বদুনি—হায়উ। হে শেংলবা ব্রাহ্মণ অমুকা হায়উ। সূর্য্যপূজা কার্য্যদা নহাকপু বরিজরবনি হায়উ।" মাদু ভাবদা ইবেম্মনা অথুন অহাওগী পুথমদু পায়দুনা মাঙদা লেপই। ইবুঙোনা, "হায়উসে—হে সুমিং কৌবা লাই! মপারাইদবা অমম্বু মাঙহনবিবা! পদ্মানগী চায়বা! নংগী চরণদা খুরুমজরি। অসি হায়দুনা পাত্ত অর্ঘ্য কত্তুনা 'মিত্রায় নমঃ' হায়দুনা

খুরুমউ।" মধুমঙ্গলনা বেদ পাঠ তৌই। মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "নংনা গোপতিশী ( সূর্য্যগী, অর্থ অমদনা শ্রীকৃষ্ণগী ) যজ্ঞ তৌজবতু মপুং ফারে। পুরোহিতা দান তৌবা হৌনৈ। কদায় কৎকদবা শেন্থুম শনবীনচিংবা কৎলো।" মতু তাবদা হনুবীনা নিংখিজরবা পাত্র অমদা শ্রীরাধিকাগী সনা খুদোপনে, নৈবেছনে থম্না হাপজগা দক্ষিণা কৎলে। মধুমঙ্গলনা সনা খুদোপু লোবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা থামই। অদুগা হনুবীনা, "মাতু লৌরবদি যজ্ঞসিদ্ধ ওইররোই। লৌবিয়ু।" হনুবীগী ভক্তিতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা নোকলতুনা হায়রকই, ঐদি পূকচেল অনি লোংদনা শ্রীবিষ্ণুবু আরাধনা তৌজবা বৈষ্ণবনি, লাই অতৈগী প্রসাদি লৌদে। ঐদি শুদ্ধবৃত্তিনি গর্গাচার্য্যগী শিষ্যনি সর্ব্বজ্ঞনি, জ্যোতিষশাস্ত্র শুনা হৈবনি। ঐগী দক্ষিণা হায়ববু ব্রজ-বাসীনা পেনবীবা মুংশিবিবা অসিনা ওইরে।" মাতু তাবদা হনুবীনা কুন্দলতাগী মনাকোংদা লোংনা মমৌগী খুবাক ময়ি য়েংহন্মু হায়রে। কুন্দলতানা নোকলতুনা, "হে ব্রাহ্মণ বিশ্বশর্ম্মা! হনুবীনা মমৌমুপীগী খুবাক ময়ি অমুক্তা য়েংবিরন্মু হায়রে।" শ্রীকৃষ্ণনা, "ঐদি কৈদৌঙৈদসু মুপীগী অজ য়েংদে। অতুবু নখোয়-গী ভক্তিসি উবদা—করে লাপ্তকনা য়েংলগে। নংনা মাগী মথুক্তু থরা পায়য়ু।" কুন্দলতানা ইবেম্মগী খুবাক্ তিংথোরকই। মতু উবদা শ্রীকৃষ্ণ তু-চুংই। অঙকপা মুংঙাইবতু লোক্তুনা ইবুঙোনা হায়রকই, "লক্ষ্মীমকী চিহ্ন লৈনা অসিদে! মহাকসিনা চানবিরবা মীতুদি মরম্মথুম মরাং কায়না লৈগনি। নচানিপাগী মমিংনা করি কৌই?" হনুবীনা, "অভিমন্যু কৌই।" শ্রীকৃষ্ণনা খুৎলাদা মমীং পারগা হায়রকই, "মিংদি ওম্মোকনা করে। অদুদা—আয়ুদা য়ৈথাইবা য়ান্নরেদা! নংগী নমৌমুপীসিনা তৌজবা সূর্য্যপূজা অসিতনা বিঘ্ন মরামতু কোকজিরবনি।" মত তাবদা হনুবীনা হরাও-জনা "হে বিশ্বশর্ম্মা! নংনা পুরোহিত ওইরগা নিত্তিগী সূর্য্যপূজা

তৌহনগনি।" অসি হায়তুনা রত্নগী খুদোপকী মশক ওইরবী শ্রীরাধিকাবু মাংদা কোন্দুনা লেপই। ভাঙ্গা অসিদা সুবল চঞ্চলকত্না হায়রৈ, "বিশ্বশর্ম্মা! নংবু কৃষ্ণনা কৌরি। যশোদা মাতানা শঙ্গোম ক্ষীর, উটৈনচিংবা থারকই। চামিন্নসি হায়তুনা কৃষ্ণনা ঙাইহৌবি" শ্রীকৃষ্ণনা খুমলকই, "ঐদি শুদ্রগী মখুৎ চাদে। গর্গকন্যাগী নিমন্ত্রণ ফংলিবনি ঐদি—ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা চারুনি।" মধুমঙ্গলদা 'নৈবেদ্যসি লোইনা পুপ্রো' হায়রমলগা লেঙখ্রে। মধুমঙ্গলনা হরাওত্না মঙ্গল ওইয়ু হায়তুনা বর পীবগা জটিলাদা হায়বকই, "নংগীসু সূর্য্যপূজা অমুক তৌবিববনি দক্ষিণা পীরো।" হনুবীনা মখুত্তগী খুদোপ লোথোকত্না পীরে। মধুমঙ্গলনা শেগা কুত্না ফীজিদা হৈরুক হৈরা পুনশিন্নগা চৎখ্রে। জটিলানা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণদা খুরুমত্না হায়রকই, "ঐগী ইবাইবক ফবনা নহাক লাকপিত্না ইমৌবু সূর্য্যপূজা তৌহনবিবে" অসি হায়বমলগা হনুবী হনখ্রে। শ্রীরাধিকানা সখিশিংগা লোয়ননা ঙক্তগী লিক তৎখ্রে হায়জিন্নত্না শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থম্বাল হন্না য়েংয়েংত্না নীজ গৃহদা লেঙখি। ইবেম্মনা গৃহদা পালঙ্কদা ফমলবা মতমদা সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজত্না ইবেম্মগী শ্রীচরণ শেংজরগা ইমফি মচিনা তৈথোকচত্না চরণ সম্বাহন তৌজে। কনানা তাম্বুল থোগল চঙই, কনানা চুমাই সেবা চঙই। সখিশিঙ্গা লোয়ননা সুঙাইনা পোথারে।

নবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইবিরি। খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মহু তাবদা ভক্তশিংন্থু জ্ঞান তারকই। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিন্নবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। পাম্বোম তিংথোক্নুনা ময়াম্বকপু আলিঙ্গন তৌবিরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরণদা দণ্ডবৎ কৎলে।

শ্রীবাস পণ্ডিতকী মনাওনা শ্রীনৃসিংহদেবগী প্রসাদি মাল্য চন্দন পুরক্তুনা শ্রীবাসনা শ্রীতিনপ্রভুগী থোগল চঙই। মথংদা ভক্ত-শিংদা লাল্লি। সাধকদাসনা শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজদুনা শ্রীগোস্বামীপাদ অমসুং গুরুবর্গদা মাল্য চন্দন কৎলগা, শ্রী-তিনপ্রভুগী হমাই থোগল তৌই। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন ফংজবদা মম্মাত্মক আনন্দ ফংনৈ।

মতাং অসিদা মধ্যাহ্ন লীলা লোইরে।

# অপরাহ্ন লীলা

পরাহ্ণস্তিং গোষ্ঠে ব্রজনৃপতিসু নোর্বিপিনতো,
মহানন্দাম্ভোধেঃ সপদি জননিত্রীং স্বহৃদয়ে।
স্মরণ্ শ্রীগৌরাঙ্গো নটতি বলতেনিঃশ্বসিতি চ,
ক্ষণং মুহ্যন্ সর্ব্বান্ বিবশয়তি যস্তং ভজমনঃ॥

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভাবতা লুপই। করি-গুম্বদা কৃষ্ণগী ভাবতা সখাশিংগা লোয়ননা গোষ্ঠদা লেঙই। অমুকস্সু রাধাভাবতা সূর্য্যপুজা লোইরগা সখীশিঙ্গা লোয়ননা যাবট্টা লেঙই। ভক্তশিংস্সু ভাব অদুদা লুপখি। শ্রীকৃষ্ণনা সখা মখল মরিনে, শল ময়ামনে পুন্থনা গোষ্ঠ তমনা লেঙখৎপা, ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামনা স্তুতি তৌবগী পদগান তৌন-তৌনা মহা-প্রভুনা নগর ভ্রমন তৌহুনা ভক্তবৃন্দগী মযুম মযুমদা লেঙশিল্লি। অহানবদা শ্রীবাসগী শঙ্গাইদা চঙহুনা নৃসিংহদেবগী আরতি কৎলি। মথং মথং শ্রীঅদ্বৈতগীদা, শ্রীনিত্যানন্দগীদা অসিনচিংবা লেঙশিল্লি। মন্দিরদা ঠাকুর দর্শন তৌবা মতমদা গোয়াল আরতি তৌরগা পুজারিনা ঠাকুরগী আরতি লোইরগা প্রভুদা শঙ্খজল চাইরকই। প্রসাদি মাল্যচন্দন তিনপ্রভুদা কৎপা লোইরগা ভক্তশিংদা য়েল্লি। মতৌ অমুমনা ভক্তশিংগী যুম-যুমদা সেবা, দর্শন, পরিক্রমা তৌরুরগা মমৈদা নোংপোক্কী স্নখোং য়ৌরকলে। শ্রীহরিসংকীর্ত্তণগী ধ্বনি তাবদা শচীমাতা অমসুং পুরবাসীশিংনা উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা চেম্থোরকই। প্রভুনা মাতাদা খুরুমই। শচীমাতানা শ্রীকৃষ্ণবলরাম শনশেনবদগী হৃদ্রক-পগী ভাবতা শ্রীতিনপ্রভুবু বৈঠক্তা পুশিল্লগা ভক্তশিংনা কোয়-শিলহল্লগা গোয়ালারতি তৌরে। অদুগী তুংদা মাতানা তিন-

প্রভুদা হায়রকই, "মতম থেঙগ্রে, স্নান-ফিজেৎ লৈতেং লোই-শিল্লো।" অতুদগী গদাধরদা হায়রকই, "থুনা য়াঙনা স্নান তৌরগা ঠাকুর জাগাইদুনা অথুম অহাউগী ভোগ কৎলু " অদুগী তুংদা দাসশিংনা শ্রীতিনপ্রভুগী স্নান তৌননবা থাউ লৈবা গন্ধচূর্ণনা থাউ নপাথোকপা লোইরবদা শ্রীতিনপ্রভুনা স্নানগী-দমক ভক্তশিংগা লোয়ননা লেঙই। ব্রহ্মকুণ্ডদা গঙ্গাদা করি-কুণ্ডনা মন্তুংগী সরোবরদা শ্রীতিনপ্রভু স্নান তৌই। মথংদা ভক্তশিং স্নান তৌরে। মথংদা সনাতন গোস্বামানচিংবা গুরুবর্গ স্নান তৌরগা সাধকদাসনা ইরুজবদা শেংনবা ফি হোংদোক্লুনা মশাসু স্নান তৌরে। শ্রীতিনপ্রভুনা শিঙ্গার বেদীদা লেঙ-শিল্লবদা মনম মুংশিবা চন্দন, মথল মথা অয়াম্বা লৈগী পরেং থোল্লে। ভক্তশিংসু বেশভূষা লোইরগা প্রভুগী নাক্তা মৌরকলে। শ্রীতিনপ্রভুনা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা বেদীদা লেঙশিল্লে। শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজদুনা সাধকদাসনা শকয়েং মিংশেল পুশিল্লকই। মিংশেলদা মায়থোং উবদা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইখ্রে। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্নান, শিঙ্গার মথল তরাতরুক, শ্রীরাধিকানা পাকাম্ব হোবা পদগান তৌই। প্রভুনা ভাবাবেশ ওইদুনা নয়নদগী শিম্বরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোংলি। ভক্তশিংনা ইশৈদা লুপ্তুনা শিদ্ধদেহদা মন থমদুনা ব্রজদা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা দর্শন তৌই।

শ্রীরাধাং প্রাপ্তগেহাং নিজরমণকৃতে ক্লৃপ্তনানোপহারাং
সুস্নাতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলালোকপূর্ণপ্রমোদাম্।
কৃষ্ণঞ্চৈবাপরাহ্নে ব্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ
শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখমিলিতং মাতৃমৃষ্টং স্মরামি॥

ব্রজদা অপরাহ্নদা শ্রীমতী রাধিকানা শয়নমন্দিরদা সখী-শিংদা লোয়ননা কাংথোক্লা লেঙশিল্লি। শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবীদা

পাকাম্ন হোনবা য়াথং পী। দাসীশিংনা রাঙ্গেলোশং শেংদোক্কুনা মথল মথা অরাম্বা লুক হোনবা মথেল শেম-শারগা মায়কৈ মরিদা চৌকি থারে, লৈরংদা চন্দনগী শীং থমলে। অতুগী তুংদা ইবেম্মনা লিকোল লৌথোক্কুনা কি হাংলগা সখীশিঙ্গা লোয়ননা অমৃতকেলি, রসকেলি, কর্পূরকেলি, মনোহর লদ্দুনচিংবা হোরগা শরুক অনি থোকনা থাইদোক্কুনা শুমিদাং কৎনবহনা লুবাক্তা হাপ্পলে। শুমিদাংরাইদা কৎননবত্থনা ইবেম্মগী য়াথংনা শয়নঘরদা থমলে। দাসীশিংনা রাঙ্গেলোশং শেংদোক্কুনা কোল্লিক কেঙ-দোকলে। অতুগী তুংদা ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গদা থাউ তৈরগা গন্ধ-চূর্ণনা নপথোকলে। কালেম্বাদা স্নান তৌরিবৈদা কিশোরী কুণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণনা কনা উদনা লেঙশিন্নক্কুনা ইবেম্মগা মিলন ওহ, অতুগী তুংদা স্নান তৌই। কিজেৎ লৈতেংহনা শিঙ্গার-বেদীদা লেঙশিন্দুনা চৌকিদা কমলবা মতমদা সাধকদাসীনা শ্রীচরণ শেংলগা মশাগী ইন্নফী মচানা তৈথোকলগা বেদীদা লেঙশিলহল্লি। অতুগী তুংদা সখীশিংনা ষোড়শ শিঙ্গার, দ্বাদশা-ভরণ থোগল তৌই। শিঙ্গার তরাতরুক হায়বহ অসিনি :—
(১) নিংথাজবা নাতোপ্পা থোনবা মুক্তা, (২) অশংবা শাড়ী, (৩) সূত্র ( শাড়ী ফানবা মরা ), (৪) বেণী পুন্নবা মরী, (৫) পুষ্পযুক্তা ( লৈ-নাচোম ), (৬) কোক্তা থেৎনবা মণি, (৭) সিন্দুর নম্বা, (৮) পত্রাবলি ( উনা মওং য়েকপা ), (৯) মিত্তা কাজল (১০) নাতোনগী তিলক, (১১) খদাংদা কস্তুরী বিন্দু, (১২) শ্রীমুখদা তাম্বুল, (১৩) চন্দনচিংবনা শ্রীঅঙ্গদা তৈবা, (১৪) হক্তদা পায়নবা খম্বাল, (১৫) লৈপরেং, (১৬) চরন্দা যাবক। আভরণ তরানিথোই হায়বহনা :—
(১) দিব্যচূড়ামনীন্দ্র ( কোকথক্তা থেৎনবা মণি ), (২) কুণ্ডল অনি, (৩) শরীকমচা পরেং (ক্ষুদ্রঘণ্টিকা ), (২) ধুকধুকি

( লীকুগী চোম্না য়াম্বরকপা লৈতেং অমা ), (৫) চক্রীম্বয় (নাদা য়াম্নবা অকোয়বা লৈতেং অনি), (৬) শলাকাম্বয় (শম্ফাবী অনি ), (৭) খুত্তা নীলপদ্মমণিগী চুড়ি, (৮) খোরীগী লৈতেং, (৯) খুদোপ, (১০) ভুজকট ( পাম্বোমফাবী ), (১১) রত্না হংলবা খোংদোপ অমম্মং (১২) নূপুর। মত্তো অম্নমনা সখীশিংনা শিঙ্গার তৌরগা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা বৈথক্তা লেঙশিল্লি। দাসীশিংনা তাম্বূল, চুমাইনচিংবা খোগল তৌই। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা পেমৈ।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইবিরি। খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাদু তাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লবদা প্রভুগী ভাব শান্ত ওইরে। প্রভুনা ময়াম্মকপু মথং মথং আলিঙ্গন তৌখি। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী গোষ্ঠ লেঙখৎলকপা নিংশিংদুনা অট্টালিকা মথক্তা লেঙখৎলগা মায় মথা ওন্দুনা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা ভাবাবেশ অমুক ওইগ্রে। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী মন খঙলদুনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠদা চল্লকপা অমম্মং হিরণ্যাঙ্গী সখীগী পাউ, অট্টালিকা দর্শনগী পদগান তৌই। মাদু তাবদা প্রভুনা নয়নগী শিম্বরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেশ ওইখি। ভক্তশিংসু ইশৈদা পুকনিং লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমদুনা ব্রজদা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা যাবট্টা শ্রীরাধিকানা ফিজেৎ লৈতেং লোইরদুনা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈ। হিরণ্যাঙ্গী লাকপা উবদা ইবেম্মনা হংই, "ইত্তা কদোমদগীনো?" হিরণ্যাঙ্গীনা, "নন্দালয়দগীনি।" ইবেম্মনা. "অদুদি সুত্তাইবা পাউ তম্মু।" হিরণ্যাঙ্গীনা, "ঐনা অম্নমনা তাজরকই—ধনিষ্ঠানা শুকগী মচিন্দগী তাদুনা যশোদা মাতাদা হঙংলি, 'শ্রীকৃষ্ণনা সুবল মধুমঙ্গল লোয়ননা বনগী কজবা

য়েংলুবদগী হল্লক্লুনা গোষ্ঠদা সখাশিঙ্গা উমরে। কৃষ্ণ উবদা সখাশিংনা ইবুংঙোগী হস্ত পায়দুনা হায়রকই—'ইতাও! নং উদবদা নৈবা ওমদদুনা থিবা চৎসি হায়না ত্তৌরম্মিবনি। হৌজিক্তি নং উরবনিনা থম্মোইসে শাৎকাইরবা থম্বানওমনা মকা লামলে।' বলরামনা হায়রকই, "মধুমঙ্গল নংগী ফীজিদগীদু করিনো?" মধুমঙ্গলনা, "সূর্য্যগী হৈরুক হৈরানি।" রামনা, "কদাইদগী কংলকলিবা?" মধুমঙ্গলনা, "ওসি সূর্য্যদেবগী হুমিং থোকই—ঐগী যজমানশিংদগী পুরকলিবনি।" বলরামনা নোক-লদুনা, "যজমান্দি কনানিনা?" মধুমঙ্গলনা, "ব্রজবাসী ময়াম-নিদা মমিং হায়বা লোইবা ওম্বা পোৎ নত্তেদা!" রামনা, "হাং-দোকউ য়েংশিদনা, সখাদম্বু থরা পীজবা হৌনৈদনা। 'মধুমঙ্গলনা, "থোকপা য়াবা পোৎ নত্তে—নখোইনা চাবা য়াবা পোৎম্বু নত্তে। ঐম্বু হৌজিক্তি চানিংত্রি। ঐনা লামলগা চাগদবনি।" রামনা, 'ময়ামনা মুন্দুনা চারবদি!" মধুমঙ্গলনা, "ময়ামসিদি ঐদি নাপী-দোনা উই।" অদুদগী বলরামনা ইঙ্গিত তৌদুনা সখাশিংনা রামনা নোল্লুকনা 'থিত্তা চাগে' নিজরে। মধুমঙ্গলনা থওইত্রে, তাবিত্রে। মতম অদুদা সখা অমা তুংলোমদা চওলক্লুনা মধু-মঙ্গলগী মমিং অনি খুমজিনখ্রে। সখা অমনা ফিগা লোয়ননা নৈবেদ্যদু মুনখ্রে। সুবলনা সনাখুদোপ পুদুনা চেনখ্রে। থরনা নাক্তগী থরনা মাওদা কোয়শিন্দুনা বেণুম্বু চৈম্বু মুনখ্রে। নপুংসক মধুমঙ্গলদো মক্তি য়াওত্রে। কৃষ্ণগী চৈদু পায়রগা হায়রকই, "নখোই ব্রাহ্মণগী নৈজবা মরন মথৈ মুন্দুনা লোরবনিনা ব্রহ্ম-হত্যাগী পাপ পুরবনি। তিম্নবা য়াত্রবনি নখোই। পাণ্ডু কোকে হায়রবদি নন্দবাবাগী রাজসভাদা প্রায়শ্চিত্ত তৌবা ওাই, মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মক্তি পীরদুনা আলিঙ্গন তৌদুনা থেম-জিল্লে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মতম থেংজিন্নকপা উরদুনা

কদম্বদা ভোংলহৄনা বংশীনাদ ভোহৄনা শম্বীশিং পুমনমকপু মমিং মমিং কান্দুনা কৌরে। বংশী খোঞেল ভাবদা শল ময়ামম্ব অরাপ-অরাপ্পা মকমদগী মঙক থাজত্তুনা, মনা চপ-চপ য়ুংখত্তুনা, মমৈ কীরাল শাহৄনা, ময়াদা শজীক উমহৄনা শজোমনা লুমলহৄন ভপনা-ভপনা চঙশিল্লকলগা লেপলরে। ইবুঙোগী শ্রীরূপমাধুরী উজবদা হয়াওজহৄনা মমিত্তা মপি ভানৈ। শ্রীকৃষ্ণনা শম্বীশিংঃ মথা নানবিহৄনা হায়রকই, "ইমাখোই! হৌজিক্তি শজীকম নপুক থল্লেদো, য়ুমদা চৎলসি।" অসি হায়হৄনা মাঙদা শল ইরোই, তুংদা প্রিয়সখা, প্রিয়নর্ম্মসখা, সুহৃৎসখা, কনিষ্ঠসখা নাক য়েত্তা—মরক্তা শ্রীরাম-কৃষ্ণ, অসুমনা লাকলে। ব শী, শিঙ্গা বেন্নু, সখ' ময়ায, যন্ত্র ময়াম, চৈ অসিনচিংবগী মংখায় পুমানৈল নিনগ্রে। শন্না খোংবগী মখোন্নে, শরীক মখোন্নে মহ ওইনা লাঙগ্রে। শন মখোংদগী পাইখৎলকপা উকুন্না মায়বৈ শীনগ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী বংশী, বলরামগী শিঙ্গা, সখাশিংগী যং মখোল ভাবদা ব্রহ্মা, ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা হয়াওবগা লোয়নন শ্রীকৃষ্ণগী যশ—পূতনা হাৎপা, বকাসুর, অঘাসুর হাৎপনচিংব গুণ শক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী থক্তা নন্দনকাননগী পারিজাত হৈথ রকলে। কৃষ্ণ লাকপগী খোঞেল ভাবদা যশোদা মাতা হয়াওজৈ ভাজাসিদা ইংখোল শংবশিংনা ছয়ঋতুবনগী উহৈ-রাহৈ পুম্মো থন্না থন্ন মনামশীং মঙ্গানচিংবপু পুরকলে। যশোদাঃ ধনিষ্ঠানচিংবী দাসীশিংদা পোংশিংহু ভাণ্ডারঘরদা থম্মুনব রাথং পীরে। অহৃদগী মাতানা রোহিণী অমসুং তুলা ঠাকু রাণীদা রসয় হৌনবা হায়রে। শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা মহৈ মচৈ মাগী নাগী মথো পায়নগ্রে।"

হিরণ্যাঙ্গীগী পাউদমসি তারগা শ্রীরাধিকানা হয়াওবঃ হৃমাং শৌই, তুচুংই, হকচাং নিকই—ইন্দ্রি মঙামকপু চিংখিজ্ঞা

অকনবা উৎকণ্ঠা পোকখ্রে। দাসীশিংনা হুমাই থোগল তৌই। অসুম তৌরিভৈদা গোষ্ঠদগী শ্রীকৃষ্ণগী বংশী ধ্বনি লাকপন্থু তারগুনা অট্টালিকা মথক্তা চৌকি থাবগা সখীশিংগা লোয়ননা ফমলে। খিরকীদা মায় লিংথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণরোমদা য়েংজে। শ্রীকৃষ্ণবলরাম অমদি সখাশিংগী বংশী, শিঙ্গা, চৈনচিংবগী মখোল তাবদা ইবেম্মগী পুকনিংথু নোঙ্গৌবীনা নোং ভাইবন্ত মণ্ডায়রে। শঙ্গারকপগী উফুলনা লৈতেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-রূপমাধুরী দর্শন ফংবদা বিরহগী মৈচাক কোক্তুনা হরাও তুজুংলে। শ্রীকৃষ্ণসু ইবেম্মগী মায়থোং থম্বানগী লৈহী থক্তুনা নেত্রভৃঙ্গ—ইবুঙোগী মিংকী মশক ওইবা খোইমুথু পোল্লে। ইবেম্মনা ইবুংঙোরোমদা মীৎচিনা য়েংই। মতৌ অসুমনা অনিগী নয়নগা নয়নগা দর্শনমিলন অসি কদম্বখণ্ডি য়ৌবা ফাওবনি (ইবেম্মনা বর্ষান্দা লৈবা মতমদনা প্রেমসরোবর ফাওবনি)। মতৌ অসুমনা লেঙঙকপনা লমহাংদা অচৌবা সরোবরদা মুরলী ধ্বনিনা শুন্নাত্তুনা শনশিংথু ইসিং পীথকলগা মণি মালানা মশাং থী। মশাং শুরগনা ইবুঙোথু হরাউই। নক্রবদি বংশী ধ্বনি অমুক তৌথুনা অরাৎপা খোমজিল্লগা মপানগী শঙ্গোন্দা হোইজিল্লি। মতম অসিদা যশোদা মাতানা হুমিৎ থেঙজিল্লকলবসিদা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংলে। পুরগী মপান্দা শ্রীকৃষ্ণগী বংশী, শিঙ্গাবেনু চৈনচিংবগী মখোল তারবদা শ্রীনন্দমহারাজ অমসুং মচিনমনাউশিং, যশোদা, রোহিণী, যাত্রীমাতা, তুঙ্গী ঠাকুরাণী, তুলা ঠাকুরাণী, মাধবী ঠাকুরাণী, মালতী ঠাকুরাণী, অম্বা, কিলিম্বা, শুভে, সন্দে, ভরণী, পীবরী লোইনমক মপান্দা থোরকলে। যশোদানা চেনশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু মুখচুম্বন তৌরগা থাদা কোনশিল্লি। শ্রীনন্দ মহারাজনচিংবা গোপগোপী পুননমবসি শ্রীকৃষ্ণ উদবদা থরায় য়াওখ্রবগুম ওইরম্বনি। হৌজিক্তি শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুরী দর্শন

ফংলবদা মাঙলুরবা থরায় অ:ক হন্না ফংলহুনা কায়ন-মৈচাক কোক্তুনা হয়াওনরে। যশোদা মাতানা হায়রকই, "কৃষ্ণ! হে বাপু! য়ুমদা চঙলসি; শন শেনবদা বন্দা কোয়না চৎপদা ওম্বোকনা য়াররিনি। স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা অহাউ অথুম চাসি।" শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মকই, "শজোম হান্না শুন্মু খিগে।" নন্দবাবানা হায়, "শন ময়ামসি লম্বীদা য়ামনা য়াররকলে, ওহাক পোথাজখিসম্থু। য়ুমদা চঙলগা স্নান তৌরুখো। অহাউ অথুম চারগা কোন্না থোরকউ।" তাঞ্জা অসিদা সখাশিংবু মাগী মাগী মমানা পুনখ্রে। ময়ামত্থু লোইনা শ্রীকৃষ্ণদা পুকনিং থরাই হাপচবনি অত্থনা ইবুঙোবু থাদোক্তুনা চৎনিংদবনি অত্থবু মমানা পুবত্থদা ওঙাইফদনা চত্তবা য়াদবগী চৎখিবনি। যশোদাগা রোহিণী মাতাগনা কৃষ্ণনে, বলরামনে, সুবলনে, মধুমঙ্গলনে পুত্থনা য়ুমদা চঙলকলে। শ্রীরামকৃষ্ণবু মাগী মাগী বৈঠক্তা ফমহন্দুনা মীৎ-মায়, হস্ত-চরণ শেংদোকলগা গোয়ালারতি কৎলে। অত্থগী তুংদা রক্তকনচিংবা দাসশিংদা হায়, "স্নান, ফিজেৎ-লৈতেং লোইহল্লকউ। অত্থগী তুংদা রোহিণীমাতা, তুলা ঠাকুরাণী, যাত্রীমাতাশিং থুৎ খোঙ হামদোকলগা রাহেল্লোশংদা চঙখ্রে। অসোমদা যাবট্টা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণ পুরদা লেঙশিনখিবা উবদা অট্টালিকাদগী কুমথরগা বৈঠক্তা সনাগী কাংথোল্দা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমলে। দাসীশিংনা মাগী মাগী সেবা—চামর, হুমাই, তাম্বুলনচিংবা থোগল তৌই, কনানা শ্রীচরণ সম্বাহন তৌই। শ্রীরাধিকাগী রূপমাধুরী দর্শন তৌবদা মগ্নাত্মক আনন্দ ফংনৈ।

নবদ্বীপ্তা মহাপ্রভু অট্টালিকা মথক্তা ভাবাবেশ ওইরি। থোইমুনা ঙংবা তাবদা হুঙ্কার তৌই। মাত্থু তাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকই। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লবদা প্রভু

ভাবশান্ত ওই। পাম্বোম তিংপোক্তুনা ময়াম্বু আলিঙ্গন তৌবি।
ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি।
মতাং অসিদা অপরাহ্ন লীলা লোইরে।

---

# সায়াহ্ন লীলা

**সায়ন্তনীং কৃষ্ণমনোজ্ঞলীলাং, স্নানাশনাদ্যাং হি মুহুর্বিচিন্ত্য।**
**স্বভক্তমধ্যেঽনুকরোতি নিত্যম, তাং যো মনস্তং ভজ গৌরচন্দ্রম্ ॥**

শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা অট্টালিকা মথক্তা লৈ। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়াহ্ন লীলা নিংশিংহুনা ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়াহ্ন লীলা, ফিজেৎ লৈতেংবা, জলধারণগী পদগান তৌরকই। অদু তাবদা নুঙাইবগী পিনা চোংতুনা ভাবাবেশ ওই। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

**সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজরমণকৃতে প্রেষিতানেকভোজ্যাং,**
**সখ্যানীতেশ শেষাশনমুদিতহৃদাং তাঞ্চ তঞ্চ ব্রজেন্দুম্।**
**সুস্নাতং রম্যবেশং গৃহমনুজননীলালিতং প্রাপ্তগোষ্ঠং,**
**নির্ব্যূঢ়োঽস্রালিদোহং স্বগৃহমনুপুনর্ভুক্তবন্তং স্মরামি ॥**

ব্রজদা যাবট্টা শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী জলধারণগীদমক মিষ্টান্ন, পাক্কান্ন হৌহুনা উগী হোরাইদা হাপ্তুনা তুলসী কস্তুরাবু থিলহন্নবা তৌরি। তাঙ্গা অসিদা ধনিষ্ঠানা জটিলাগী যাথং পুহুনা ইবেম্মগী নাক্তা লাকলগা হায়রৈ, "ইতা ইবেম্মা! যশোদা মাতানা শ্রীকৃষ্ণগী হাননবা পাক্কান্ন রসালনচিংবা থারকউ হায়রকই। অহুনা থাবিঞ্জো।" ইবেম্মনা, "প্রাণনাথগী মঙ্গল ওইবা পাউ তশ্বিয়ু।" ধনিষ্ঠানা হায়রকই, "পুরদা লেঙশিনব্রবা মতমদা রত্ন বেদীদা কমহল্লগা দাসশিংনা চরণ শেংলে। যশোমতী মাতানা সনাগী পুখমদা ঘী কর্পূরগী বত্তি চুথত্তুনা শ্রীরামকৃষ্ণগী আরতি

তৌই। অম্বা কিলিম্বানচিংবীনা যশোগান তৌই। শ্রীঅঙ্গকান্তিনা ইলং লংই, ময়ামনা হরাও তুজু্না দর্শন তৌই। আরতি লোইরগা দাসশিংদা স্নান অমসুং শিঙ্গারগীদমক শিন্নরগা ঐবুনা মকমসিদা থারকপনি।" তাঙ্গা অসিদা বৃন্দাবন্দগী মালতী থুংলরগ্লনা হায়রকই, "ইবেম্মা! বৃন্দানা পাউ পীজরকলি—ঙসিগী সঙ্কেত্তি শ্রীবৃন্দাবনগী মণি মন্দিরগী যোগপীঠদা ওইগনি। মরম অদুনা ঐঙোন্দা বীড়াগা মালাগা পীদুনা ঐখু পাখোন শীরকলি।" অসি হায়দুনা বীড়াগা মালাগা ললিতা বিশাখাদা পীশিল্লে। শ্রীরাধিকানা হরাওবগা লোয়ননা ইঙ্গিত তৌরকপদা ললিতা ধনিষ্ঠা অমসুং মালতীদা বীড়াগা মালাগা, তুলসী কস্তুরীদা মিষ্টান্ন শিন্নরদুনা সুবল মধুমঙ্গলগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণদা মরম পুমনমক তম্মুনবা হায়রে। ইবেম্মনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা বৈঠক্তা লেঙশিন্দুনা লৈহৌই। তাঙ্গা অসিদা নন্দালয়দগী ইন্দুপ্রভা থুংলরে শ্রীরাধিকানা "ইতা, কদোমদগীনো?" ইন্দুপ্রভানা "নন্দালয়দগীনি ইবেম্মা।" ইবেম্মনা "মঙ্গলগী পাউ তাম্বিয়ু।" ইন্দুপ্রভানা, "যশোদা মাতা, রোহিণী মাতানা শ্রীরামকৃষ্ণবু স্নান, ফিজেৎ লৈতেংবিরগা মথল মথা অয়াম্বা হৈন্দরা—যুবী, থৈবোং কফোই, কিহোম অমসুং পাকান্ন, রসালনচিংবা হোদুনা মধুমঙ্গলবু শ্রীঠাকুরগী ভোগ কৎহল্লগা ভোজন বেদীদা বলরামনা য়েত্তা, ওয়দা সুবল, ময়ায়দা শ্রীকৃষ্ণ, মাঙদা মধুমঙ্গল অমসুং অকোয়বদা অতৈ ময়াম ফমদুনা চরা রালহল্লে। শ্রীরামকৃষ্ণনা আচমন তৌদুনা মাগী মাগী বৈঠক্তা লেঙশিন্নগা দাসশিংনা তাম্বুল, হুমাইনচিংবা থৌগল তৌই। তাঙ্গা অসিদা ধনিষ্ঠানা বৃন্দাবন্দগী মালা বীড়া পুরক্লুনা মধুমঙ্গলদা বীড়া, সুবলদা মালা শিন্নরে। শ্রীকৃষ্ণদা লৈ পরেংহু হুকলগা তাম্বুলহু শ্রীমুখদা ইল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা হরাওনা লেঙশিন্দুনা ফমলে। মতম অসিদা ব্রজেশ্বরী মাতানা ইবেম্মগী

চরা রান্নবা মিষ্টান্ননচিংবা ঐভোন্দা শিন্নরৈ। শ্রীকৃষ্ণনা ধনিষ্ঠাদা বীড়া মালা ইবেম্মদা পীননবা শিন্নৈ। ঐনা লোইনমক্ত্ পুরক্তুনা ইবেম্মগী লুকহাকমদা থমজরন্নমলবনি— ননাইশিঙ্গা লোয়ননা কংবিরুরো।" পাউ অসি তাবদা শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়ননা চান্নবা দর্শন কংবদোনা হুণ্ডাইখি।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইদুনা লৈ। শচীমাতাগী য়াথং কংদুনা ঈশান্দাসনা হায়রৈ, "প্রভু! মাতানা জলধারণ তৌনবা কৌরি।" মাহ্ন তারগা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মাহ্ন তাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকই। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোই-শিন্নবদা প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। মথং মথং ময়াম্বু আলিঙ্গন তৌবিরে। ভক্তশিংনা শ্রীচরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি। প্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা অট্টালিকাদগী কুমথরকলগা লুক হাফমদা লেঙশিল্লে। য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা গদাধর, মাঙদা অদ্বৈত, মথংদা অভিরাম, সুন্দরানন্দনচিংবা ভক্তশিং মথং মথং ফমলে। মাতানা য়েল্লি। ঠাকুরগী প্রসাদি অমম্বুং ভক্তশিংগী য়ুমদগী পুংকপা প্রসাদি লোইনা য়েল্লে। মতৌ অম্বুমনা চরা রাল্লগা আচমন তৌরগা বৈঠক্তা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমই। দাস-শিংনা তাম্বুল সেবা তৌই। অদুগী মতুংদা শ্রীমহাপ্রভুবু চেপহল্ল-মলগা ভক্তশিংনা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্দুনা ইষ্টঠাকুর সেবা তৌরুই। শ্রীসনাতন গোস্বামীনচিংবা অমম্বুং গুরুবর্গ অদুগী তুংদা দাসশিং মথং মথং সাধকদ'সনা জলধারণ তৌহল্লগা শেষপ্রসাদি অধর'মৃত লৌশিন্দুনা থংক্নারগা লাশীং মপান্দা হুঞ্জেকলুরে, রাই তৈথোকলে, কোল ফেংদোকলে। সনাগী চৌকি, আসন থারগা, সনাগী পুখম, গিলাস, মনম হুংশিবা জল হাপ্লা সনাগী ঝারি অচোংপা গামছানা কুপ্তুনা থনমলগা শ্রীগুরু.দবগী নাক্তা লাকই। মতম অসিদা খোইমুনা ভংবা

তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত ফংজহনা সাধকদাসনা প্রভুগী চরণ সম্বাহন অমসুং হুমাই থৌগল তৌজে। প্রভুনা লেঙখৎলগা মনম মুংশিবা জল, কাওশেলনচিংবা পুশিন্দুনা শ্রীমুখ শেংই। অদুগী তুংদা প্রভুনা মাঙোন্দা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা লেঙশিল্লি। অদুদগী প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা অট্টালিকা মথক্তা লেঙখত্তুনা ফমলে। প্রভুনা ভাবাবেশ ওইরবদা স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা শ্রীরাধিকানা জলধারণ তৌবা, শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোমশুম্বা দর্শন তৌবগী পদগান তৌই। মাহু তারগা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইহনা নয়ন্দগী শিন্থরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ পুমচোৎ চোৎলি। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমলগা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী পাউ তাবদা হরাওনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা লূকহাভমদা লেঙশিল্লি। শ্রীরূপমঞ্জরীনা য়েল্লি। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ফংবদা হরাও-হুঙাইনা চক্লুংই। দাসীনা হুমাই থৌগল তৌই। আচমন তৌরগা বৈঠক্তা লেঙশিন্দুনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা ফমই। দাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদি লৈপরেং ঙক্তা হুকই, অধরামৃত তাম্বুল কংশিল্লি অমসুং হুমাই থৌগল তৌই। অদুগী তুংদা শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী অমসুং শ্রীগুরুরূপা মঞ্জরীনচিংবী, মথংদা দাসীশিং ফমহল্লগা সাধকদাসীনা য়েল্লি। মাহু লোইরগা শেষ-অধরামৃত খাক্নুনা থমজিল্লগা লূকহাভম কা শেংদোক্নুনা আসন চৌকি থাজিন্দুনা ইশিংগী পাত্রনচিংবা সাজাইহনা থমলে। অদুগী তুংদা অধরামৃত ফংজরগা গুরুরূপা মঞ্জরীগী ওয়দা লেপচৈ। ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহনা দাসীশিংনা মঞ্জরীশিংদা তাম্বুল লানশিল্লি। শ্রীগুরুরূপা মঞ্জরীনা পেনবিরহনা সাধকদাসীদা অশায়বা পানা পীনবি। অদুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহনা ইবেম্মগী চামর থৌগল

তৌরৈজে অমগুং শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌনবগীদমক শ্রীরাধিকা অট্টালিকা মথক্তা লেঙথংগ্রে। মতম অসিদা শংলোম শুমনবগীদমক নাকয়েত্তা সুবল মধুমঙ্গল লোয়নহুনা শ্রীরামকৃষ্ণ লেঙথোরকলে। মতম অহুদা যশোদা মাতা রক্তক, পত্রক, মধুকণ্ঠ, রসাল, বিলাস, মকরন্দ, চন্দ্রহাস, পয়োদ, বকুল, সারঙ্গ, ভৃঙ্গ, শ্রীরসদ ময়াম-সিদা শঙ্গোম চফু, হুমাই, চামর, চৈ, খুরৌ লোনবা কত্রং থৌরী, সিকানচিংবা পুহুনা থোকহল্লকলে। দাসশিংনা কাঙহাই-চামর থৌগল তৌহুনা লেঙথোরকপা শ্রীকৃষ্ণবলরামগী নীংথিজবদি--শরদকী নোংলক্তা নোংথাঙনা ভানবদা চূমথাঙ থানবগুমই। নত্রগা পিকলিবা শামুমচানা চংপগুমই। নাকন-থোঙদা য়েং-থোকলগা ইবেম্মনা ললিতাদা হংই, "ইতা! করিনো অসিবো?" ললিতানা খুমই, "শ্যামসুন্দর কৃষ্ণনে।" অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোম্দা চঙলক্তুনা নন্দবাবাদা খুরুমলগা গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতীনচিংবা শনবীশিং মখোম শুমই। শনবী কয়ামুক অমবু বলরামনা অমসুং পোপ সখাশিংনা শুমই। শঙ্গোম চফু (গাগর) থল্লহুনা থাং-দোকখ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হন্না শুম্বদা হাম্রগী শরুক অনি থোকই। মাহু উবদা নন্দরাজ হরাওজৈ। অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মচা-পোকপী, পোক্তবী, শম্নাউমচা তোঙান তোঙান থমই। মহু উবদা শ্রীরাধিকানা কয়া নুঙাইজৈ। অহুগী তুংদা শঙ্গায়দা লেঙশিন্দুনা কাংথোম্দা ফমই। দাসীশিংনা তাম্বুল, হুমাইনচিংবা সেবা চঙই। ললিতানা থৌদাহুনা দাসীশিংনা তুম্ফম কা, লুকহাভম, বৈঠক, গলি, কুঠি, মাঙ্গোম্নচিংবা রাই শিত্তোকই, মনম নুংশিবা ঈশিং চাইরগা, কা ঈংহল্লগা থাউমৈ থাঙত্তুনা ঙালহল্লে। শ্রীমতী ইবেম্মা রত্নগী কাংথোম্দা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমই। মতমহুদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা কর্পূরবর্ত্তিনা আরতি কৎলি। সখীশিংনা ইবেম্মগী যশগান শক্তুনা বাদ্যযন্ত্র য়ৈরে, খীংলে। কনানা জগোই শাই,

কনানা শ্রীরূপমাধুরী উজবদা পেঙৈ, কনানা কাঙহাই-চামর, কনানা তাম্বুল সেবা তৌই। অদুগী তুংদা শ্রীরাধিকা চেপথ্রে। সাধকদাসীনা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজতুনা শ্রীচরণ সেবা তৌজে। মতম অসিদা অনঙ্গমঞ্জরীনা চৌকিদা ফমতুনা গুরুরূপা মঞ্জরীশিং অমসুং দাসীময়াম্ব ইশৈ, জগোই, বাদ্য, তালনচিংবা তম্বিরি। অসুমনা মহৈ মহৈ শুঙাইনা লৈ।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুবু শচীমাতানা ঈশানদাস থারক্তুনা কৌহল্লে, "প্রভু! মাতানা শ্রীঠাকুরগী সন্ধ্যার্ত্তি দর্শন তৌননবা কৌরি।" মাদু তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। ভক্তশিংসু হুঙ্কার তাবদা জ্ঞান তারে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ লোইশিল্লবদা প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা অট্টালিকাদগী ক্রম-থরকলগা মন্দিরদা থুংলরে। দাসশিংনা মন্দিরগী জগমোহন, মাঙ্গোন, চৌক, বৈঠক, চেপফম কা, লূক হাফম, রাস্তা, গলি, কুঠী রাই শিত্তোক্তুনা মনম তুংশিবা জল চাইতুনা ঈংহল্লে। অদুগী তুংদা গদাধর পণ্ডিতনা শ্রীঠাকুরগী আরতি কৎলি। ভক্ত-শিংনা কোয়শিল্লগা প্রভুনা পুং মখল মখা য়ৈতুনা সংকীর্ত্তন তৌরে। কনানা ইশৈ শকই, কনানা জগোই শাই; মতৌ অসুমনা আনন্দ ওইনা দর্শন তৌন-তৌনা ভাবাবেশ ওইথ্রে। নন্দালয়দা নন্দবাবাগী মাঙ থাতুনা ঠাকুর দর্শন তৌরিবনি হায়বা ভাব অসিদা আবেশ ওইথ্রে। অদুদগী গদাধরনা শ্রীঠাকুরবু আরতি কৎলগা শ্রীতিনপ্রভুগী কোকথক্তা হন্দুনা হাইরগা শঙ্খজল চাইরে, মথংদা ভক্তশিংদা চাইরে। পরিক্রমানচিংবা তৌরগা দণ্ডবৎ প্রণাম স্তুতি পাঠনচিংবা লোইরগা শ্রীতিনপ্রভুদা প্রসাদি মাল্যচন্দনচিংবা কৎলগা মথংদা ভক্তশিংদা থুংই। শ্রীমহাপ্রভুনা ভমনমকপু আলিঙ্গন তৌবি। ভক্তশিংনা শ্রীচরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি। শ্রীশচীমাতানা লক্ষ্মী দেবী, বিষ্ণুপ্রিয়াবু পুতুনা পুন্নগী মঙুংদা

রসালনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা মিষ্টান্নচিংবা হৌহ্না থমলে। আরতি লৌইরগা শ্রীনারায়ণগী মাঙদা প্রভুনা য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা গদাধর, মাঙদা অদ্বৈত, ম'য়কৈ মরিদা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমলে। অাঙ্গা অসিদা নবদ্বীপপুরবাসীশিংনা মাল্যচন্দন লৌরগা মাগী মাগী সম্প্রদায়গী ঝাল, পুং পায়হনা সংকীর্ত্তন তৌরকলে। মাহু তারগা প্রভুনা আনন্দদা তাউহনা ব্রজগী রাজসভাগী ভাব নিংশিংলকলে। কীর্ত্তন লোইরগা প্রভুনা ভক্তগী লৈ পরেং লৌথোক্তুনা ময়ামদা হুকপিরে। আলিঙ্গন তৌবিরগা ময়াম্বু বিদায় তৌবিরে। ময়াম পুমনমক হনথ্রে। অহুগী তুংদা প্রভু ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ রামানন্দনচিংবনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা লূক হাবা, রাজসভা, শয়নলীলাগী পদগান তৌরে। মাহু তাবদা প্রভুনা নয়নগী শিন্থ-রকপা জলনা শ্রীঅঙ্গ চোক্তুনা ভাবাবেশ ওইখি। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধ দেহদা মন থমহনা ব্রজগী লীলা দর্শন তৌই।

অসোমদা যাবট্টা বৃষভানুনন্দিনী লোয়নবীশিংনা সেবা তৌহনা শয়নমন্দিরদা চেপলি। জটিলাগী য়াথংনা কুটিলানা হায়রৈ, "হে বৃষভানুনন্দিনী! অাদদো চাবা থকপা লোইরহনা গোষ্ঠদা তুম্বা চৎথ্রে। থোরকলো, লোয়নবীশিঙ্গা চামিন্নরো।" মাহু তাবদা বিশাখানা থুম্মকই, "ইবেম্মদি সূর্য্যপুজা লেঙউবগী রাহুনা তুমলি। ঙহাক্তং পোথারগা অসিদা অম্বুম চারসন্থ।" অসি হায়হনা বিশাখানা তাং তৌহনা আয়নগী উচ্ছিষ্ট লৌরুহনা মিষ্টান্নচিংবা ইবেম্মগী লূকহাভম কাদা থমথ্রে। অাঙ্গা অসিদা নন্দালয়দগী তুলসী কস্তুরী হল্লকলে। ইবেম্মনা হংই, "ব্রজগী মঙ্গলগী পাউ করম তৌবা ?" তুলসীনা থুমই, "ইবেম্মনা পীবা মিষ্টান্নচিংবা যশোদা মাতাদা পীরগা চরন্দা খুরুমলবদা লুনা চান্না আলিঙ্গন তৌবিরগা ইবেম্মগী মঙ্গলগী রাকম হংঙকই। 'ইমাগী

কৃপাদগী লোইনা মঙ্গল ওইজরি' হায়জরবদা হরাওবিদুনা মিষ্টান্নহু শ্রীনারায়ণগী মন্দিরদা পুশিন্দুনা থমখ্রে। তাঙ্গা অসিদা শঙ্গোমনা পিক পিক থম্না পাত্র কয়া হান্না থারকলবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণবলরামগা লোয়ননা নন্দবাবানা গোপশিংবু পুন্থনা হল্লকলে। যশোদা মাতানা শঙ্গামহু ভাণ্ডারদা থমহল্লরে। নন্দমহারাজগী য়াথংনা দাসশিংনা মন্দিরগী জগমোহন, শয়নঘর, ভোজন ঘর, অট্টালিকা, বৈঠক, রাস্তা, গলি, কুঠি লোইনমক রাইরম শিত্তোক শেংদোক্তুনা ইসিং চাইথোকলে। ঝারকলসীশিংদা থাউমৈ পরেং থাম্লে। অহুগী তুংদা মধুমঙ্গলনা মখল মখা অয়াম্বা মথেল মকোয়গা লোয়নরবা মিষ্টান্ননচিংবা ঠাকুরদা মনম হুংশিবা জল অমস্তুং তুলসী মঞ্জরীনা ভোগ কৎলগা, আচমন কত্তুনা ভোগ লৌথোকপ্রগা তাম্বূল কত্তুনা আরতি কৎলে। শ্রীনন্দ মহারাজ, মচিনমনাওশিংনা শ্রীকৃষ্ণবলরামু মাঙ থংহল্লগা দর্শন তৌই। দাসশিংনা মখল মখা অয়াম্বা পূং, শেল, কাংসি য়ৈত্থনা মুণ্ডাইনা দর্শন তৌই। আরতি, শঙ্খজল শ্রীরামকৃষ্ণদা হন্দুনা হাইরগা অমদি চাইরগা অতৈস্নু কংহল্লে। অহুদগী মাল্য অমদি প্রসাদি মিষ্টান্ন থুংলে। নোংপোক থংবা মাঙ্গোন্দা ফমহুনা ময়ামমক প্রসাদি ফংলে। অহুগী তুংদা শ্রীনন্দ মহারাজ মচিনমনাওশিং মরূপ মপাং লোইনা বৈঠক্তা ফমখ্রে। শ্রীরামকৃষ্ণসু নিজ নিজ বৈঠক্তা লেংশিনখ্রে। মধুমঙ্গলনা ঠাকুর শয়ন তৌশিল্লে। অহুগী তুংদা যশোদানা রক্তকদাস থারক্তুনা চাক তাকলরে। শ্রীনন্দ-মহারাজনচিংবা ময়ামমক চঙলক্তুনা মথং মথং ফমলরে। য়েত্তা উপনন্দ, অভিনন্দ, ওয়দা শ্রীনন্দ মহারাজ, মথংদা সুনন্দ, নন্দন। মাঙদা শ্রীকৃষ্ণবলরাম, য়েত্তা মধুমঙ্গল, ওয়দা সুবল মথং মনাওনাইনা ফমলে। তুঙ্গীমাতানা উপনন্দদগী হৌনা মথং মথং হাপলকলে। নন্দমহারাজনা মাগী চাকলুক্তগী থন্না লোহুনা শ্রীকৃষ্ণগী চাকলুক্তা

হাপলগা হায়রকই, "চাও সে ইবু.ঙা!" শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্ত শোকনরুবদগী হান্নদগী শরুক অনি হেন্না মহাও লৈরবা ওইদুনা নন্দ মহারাজনা হরাওনা চারি। আচমন তৌরগা নন্দ মহারাজ অমসুং মচিনমনাওশিং বৈঠক্তা ফমগ্রে। দাসশিংনা ত ম্বুল সেবা চঙই। শ্রীকৃষ্ণবলবামসু আচমন তৌবে, গন্ধচূর্ণনা খুত্তগী মরেক মহাও শেংদোকলে, দাসশিংনা মনম মুংশিবা জল পুশিল্লক্লুনা চীন তেংলে, সখাশিঙ্গা লোয়নবা বৈঠক্তা লেঙশিল্লে। দাসশিংনা তাম্বুলনচিংবা সেবা চঙই। দাসশিংনা শ্রীনন্দ মহারাজদ হঙংলৈ,— "মহারাজ! সুত (স্তুতি পাঠ তৌবা কাঙবু ক্ষেত্রিগী ঔরসদগী ব্রাহ্মণীনা পোকপা), মাগধ (নিংথৌ অমসুং তেঙ্গোনগী মমাঙদা স্তুতি পাঠ তৌবা বৈশ্যগী ঔরসদগী ক্ষেত্রি নিঙোল্লা পোকপা) ভট্ট (নিংথৌশিংগী মতিক মগুণ শকপা— শুদ্রগী ঔবসদগী বৈশ্য নিঙোল্লা পোকপা) অমসুং বন্দী (নিংথৌগী মগুণ অমসুং মথৌনা থাদুনা শকপা) মযাম অমসুং পুববাসী ময়ামনা রাজসভাদা শ্রীকৃষ্ণবলরাম দর্শন তৌননবা ঙাইদুনা লৈরে। শ্রীনন্দ মহারাজনা মচিনমনাওশিং পুদুনা বাজসভাদা সিংহাসন্দা ফমলরে। রাজ- সভাহুদি— সনানা শাবনি, মখল মখা অযাম্বা মণিনা য়েক- থোংপনি, ভুমিং কোটি অম থোকপগুমনা ঙাল্লি। পাকচাউরবা রত্নগী চেকপল। স্ফটিকমণি (সূর্য্যকান্তমণি— অঙৌবা মুং) গী অমা, পদ্মরাগ মণি (কোরি মচু মানবা মণি) গী অমা কা অনি। মুক্তাগী মরী, শংখোঙ, বৈদুর্য্য মণি (নীলকান্তমণি —অমুবগা নাপুগনা পুনবা মচু) না শাবা থোংপাক, হেমমণিনা হৎপা লৈমায়, সনাগী যুম্বী। মী অমা চঙখিবদা মমি লিশিং অমা থোকপা শঙনি। ময়ায়দা সনাগী সিংহাসন। মপান অকোয়বদা বেদী পরেং পরেংগী মমাঙদা মণিগী স্তম্ভ। মপান্দা মাঙ্গোল মরি. মখল মখা অয়াম্বা অয়েকপা থাকন সনাগী যুম্বীনা

মখোঙ ওইহনা য়ুমথক্তুগী খল্লি। মুক্তাগী মরী মরী কোয়না য়াম্বরি। সনাগী, ফিগী আসন্না মফম শীনবা থুংনা থারি; মোন চাম-চাম থারি। মায়কৈ মরিদা অশংবা মণিনা য়েকখোংলি। থোঙজাও মরিহ্নু মথল মথা অয়াম্বা মণিনা য়েকখোংলবা ইন্দ্রনীলমণিগী * থোঙপাকনি। মথক্তা হীরামণি, প্রবালগী ঝার-কলসীদা থাউমৈ য়াংল্লি। মৈরিনা লৈহাউ অপোম্বা মৎংনি। রাজসিংহাসন্দা মণি হৎলবা ইরং লংবা মোম্পাক, মোম্তেক, মোন্দুম। রাজগদিগী মাঙদা রত্নগী বেদী, মাহুদা হীরামণিমুক্তাগী ফিজেৎ লৈতেং। হায়রিবা সিংহাসন অসিদা শ্রীনন্দমহারাজনা মচিনমনাওশিঙ্গা ফমলে। ময়াম পুমনমক শ্রীরামকৃষ্ণ দর্শন ফংনিংবনা লাঙতকনরে। শ্রীনন্দ মহারাজনা রক্তবদাস থাগ্রে। যশোদা মাতা অমসুং রোহিণী মাতানা শ্রীকৃষ্ণবলরামবু রাজবেশ থোল্লে। শ্রীঅঙ্গগী কুচুগা মান্ন-মান্নবা ফিজেৎ, পাইজামা থোল্লে। খাঙদা কুণ্ডলী, কোক্তা কোয়েৎ, লুহুপ, নাদা কুণ্ডল, লাইবক্তা কেশরনা উর্দ্ধপুণ্ড্র, খোরিদা হেরামণি পরেং, ওয়থংবা নাকথংদা লুহুপ মরী, খুদাংদা খড়ুয়া (লুপাগী নন্দ্রগা লৈবাক্তী খুজী), পাম্বোমদা পাম্বোমফাবী, ওয়গী হস্তদা নাপুমচুগী চৈ, য়েত্তা রুমাল। মতৌ অসুমনা ফিজেৎ লৈতেংহনা শ্রীরামকৃষ্ণ লেঙথোরকলে। সভা পুমনমক হরাওনরে। মীনোকনা থরোনি, থম্মোইনা থম্বাল্লি, মীৎনা পরো অশংবনি—অহুগুমলবা. শ্রীরামকৃষ্ণগী মায়থোং থাজগী অমৃতবু সভাগী নোংইন্না থকচৈ। মতম অসিদা যন্ত্র মথল মরি—তত (সেতার, এসরাজনচিংবা মরীপানবা), আনদ্ধ (মৃদঙ্গ, পখোয়াজনচিংবা শউনতিংবা), শুষির (বংশীনচিংবা মথুল হুৎপদা কামহনা খোংবা) অমসুং ঘন (কাংশিনচিংবা শেল) য়ৈরে, খোংলে। পুরাণগী বংশাবলি, প্রস্তাবনাগী মশক ওইবা রারেং, সূত, মাগধ,

* ইন্দ্রনীলমণি—(মরকত মণি—অশংবা)

ভট্ট, বন্দীগী স্তুতি, শ্রীনৃসিংহাবতার রামচরিতনচিংবগী মতৌ তমহুনা জগোই শাবশিংনা মণ্ডলী শেমহুনা জগোই শারে। কুণ্ডাইরহুনা শ্রীরামকৃষ্ণনা শেম্মুম, রত্ন খুজোক থন্ন-থন্না থারে। লীলা অসি শ্রীযশোদা, রোহিণী, অম্বা, কিলিম্বা অমস্তুং অতৈ মাতৃশিংনা অট্টালিকা মথক্তা কমহুনা য়েংই। ননাই ঐস্তু উজরকই। ঙহাক লৈরগা যশোদা মাতানা রক্তক দাসদা য়াথং পীহুনা নন্দমহারাজদা হক্সৎলুরগা শ্রীকৃষ্ণবলরাম কৌরুরে। কুংনা ভৌরবা শক্তোমদা মিশ্রী হাপ্তুনা ইবুঙো অনি পীথকলগা তোঙান তোঙান রত্নপালঙ্কদা চেপহন্নে। দাসশিংনা সেবা তৌরম্বদগী তুমথপ্রবদা মাতানা কনা অমত্তা রা ঙাক্সম্ব হায়না থিংগ্রে। দাসশিংনা শ্রীচরণসম্বাহন অমস্তুং হুমাই থৌগল তৌই। জয়, বিজয়না মগুপ্তা থোঙ শঙই, মমাঙ্গি কাদা মধুমঙ্গল তুমই। যশোদা মাতানা রোহিণী, অম্বা, কিলিম্বানচিংবী মাতৃশিংবু কুমিদাংগী চাক্করো তাকপিরে। ঐবুস্তু চারো তাকপিরে। অহুদা ধনিষ্ঠানা হায়বিরে, "তুলসীদি রাধিকা চাক্রিঙৈদা চাও য়ারোই।" মাতানা তাকপিরে, "অহুদি বৃষভানু নন্দিনীগা লোয়নবী ময়ামগা চাবা ওকনবা মিষ্টান্ন, চাক-য়েন্থাং পীগ্রো।" ময়ামন্থ চাবা থকপা লোইরগা দাস দাসীশিংবু পীজরগা দাসশিংনা রাই তৈথোক্তুনা কোল্লিক ফেংদোক্তুনা ময়াম্বু বিদায় তৌরহুনা মাগী মাগী কাদা তুমনখি। অহুগী তুংদা ধনিষ্ঠানা ঐঙোন্দা হায়রকই, "শ্রীকৃষ্ণদি ঙহাক্তুং চেপ্পুরগা শয্যাদগী লেঙথত্তুনা বৃন্দাবন্দা ইবেম্মগা উন্নবা অভিসার লেঙদোবগী ইবেম্মগী চন্দ্রশালাদা ইবেম্মা উত্রা য়েংহুনা অট্টালিকা মথক্তা লৈরে।" অসি হায়হুনা ধনিষ্ঠানা ইবুঙোগী অধরামৃত পীরকই। ননাই ঐনা লুক হাভম বেদীদা থমজরবনি। লেঙথত্তুনা সখীশিঙ্গা হাবিরুরো।" মসি তাবদা শ্রীরাধিকানা চান্নমা হেক উবঙমনা পেনবি।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগী লূক হাবা, রাজসভা, রাজবেশ, শয়নলীলাগী পদগান তাবদা হুণ্ডাইহৌনা হমাং তাব', পিত্তাবা, হকচাং নিকপা অমদি তুজুংবনচিংবা কিত্তম ওইথি। প্রভুনা রাবঙ উবদা স্বরূপ রামনন্দনা ইশৈ লোইশিন্দুনা হমাই-নচিংবা থোগল তৌত্তুন' ঈ'থহল্লে। ভাবশান্ত ওইরহৌনা প্রভুনা ময়াম্বু আলিঙ্গন তৌবিরে। ভক্তশিংনা শ্রীচরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি। মাঙ্গা অসিদা ঈশানদাস লাক্ত্রনা হায়রৈ, "প্রভু! মাতানা ঠাকুরগী ভোগ কৎলসি হায়রকই।" গদাধরনা শ্রীঠাকুরগী ভোগ কত্তুনা আচমন কৎলগা অতুদগী তাম্বুল কত্তুনা আরতি কৎলে। দর্শন প্রণামনচিংবা লোইত্তুনা ঠাকুর শয়ন তৌশিল্লে। অতুগী তুংদা শচীমাতানা প্রভুবু লূকফমদা ফমহল্লে। শ্রীতিনপ্রভু ভক্ত-শিঙ্গা লোয়নবা লেংশিল্লে। য়েত্তা শ্রীনিত্যানন্দ, ওয়দা গদাধর, মাঙদা শ্রীঅদ্বৈত, অতুগী য়েত্তা দ্বাদশ গোপাল, প্রভুগী য়েত্তা শ্রীবাস, স্বরূপ গোস্বামী, রামানন্দ, চন্দ্রশেখর, বাসু ঘোষ, ধনঞ্জয়নচিংবনা নাক অনিদা, মাঙ্গান্দা হরিদাস ফমই। শচী-মাতানা শ্রীনারায়ণগী প্রসাদি মিষ্টান্ন, অন্ন-ব্যঞ্জনচিংবা য়েন্নি। চাগদবগী ফমলবদা শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইখ্রে। "ঐ রাধানি, যাবট্টা তুলসী কস্তুরীনা নন্দালয়দগী পূরকপা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত সখীশিঙ্গা লোয়নবা ফংলিবনি" হায়বা ভাব অসিদা আবেশ ওইখ্রে। প্রভুগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদ ভক্তশিংসু মাগী মাগী ব্রজভাবত্তা লূপনখি। শ্রীনিত্যানন্দনা "ঐ বলরামনি, ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগা সখাশিঙ্গা লোয়নহৌনা চারিবনি" অসুমন ভাবাবেশ ওই। স্বরূপ রামানন্দনচিংবসু ওই। "যাবট্টা বৃষভানুনন্দিনীগা লোয়নবা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ফংলি" হায়বা অসুমনা রুনানা সখাভাবত্তা কনানা সখীভাবত্তা সাধক দেহদগী সিদ্ধদেহদা মন থমহৌনা ব্রজগী লীলা যাওখ্রে।

ব্রজদা যাবট্টা শ্রীমতীনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা তুলসী কস্তুরীগী পাউ তাবদা চায়না দর্শন ফংবগুমনা নুঙাইনরি। অতুদগী ইবেম্মনা লেঙখত্তুনা লুকহাভমদা লেঙশিল্লে। য়েত্তা ললিতা, ওয়দা বিশাখা, অনঙ্গমঞ্জরী মথং মথং ময়ামনা কোয়শিল্লি। শ্রীরূপমঞ্জরীনা য়েল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত পাক্কায় মিষ্টান্নচিংবহু ফাগি জুগায় তৌনহুনা চারগা আচমন তৌহুনা চন্দ্রশালাদা লেঙলগা রত্নগী কাংথোক্পা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমই। দাসীশিংনা তাম্বুল থোগল তৌই, কনানা হুমাই থোগল তৌই। দাসীনা শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী, গুরুরূপা মঞ্জরীশিং মথং মথং লুক হাহল্লি। সাধকদাসীনা গুরুদেবীগী ইঙ্গিত ফংজহুনা পরিবেশন তৌই। শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ইবেম্মগী শেষামৃত লুকফমদা মথং মথং চারে। আচমন তৌহুনা ইবেম্মগী নাক্তা লাকলে। সাধকদাসীনা শেষপ্রসাদি ফংজরগা রাইরম তৈথোকলে, কোল্লিক ফেঙদোকলে। অতুদগী শ্রীগুরুদেবীগী ওয়দা লেপচে। ইবেম্মনা য়াথং পীহুনা দাসীনা মঞ্জরীশিংদা তাম্বুল লানশিল্লি। শ্রীগুরুদেবীনা সাধকদাসীদা অশায়বা তাম্বুল ইনবী। শ্রীরাধিকানা রত্ন পালঙ্কদা শ্রীকৃষ্ণবু ভাবনা দর্শন ফংহুনা চেপখি। দাসীশিংনা শ্রীচরণ-হস্ত সম্বাহন তৌই। শ্রীরূপ মাধুরী দর্শন ফংবদা ময়ামহু আনন্দদা তাউই। অতুগী তুংদা সখীশিং, মঞ্জরীশিং, গুরুমঞ্জরীশিং মহৈ মহৈ তুমংখি। সাধকদাসীনা ইবেম্মগী শ্রীচরণ সেবা তৌরমলগা শ্রীগুরুদেবীগী চরয়াক্তা তুমই।

নবদ্বীপ্তা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা অর্দ্ধবাহ্য অবস্থাদা ভাবাবেশ ওইরি। প্রভুনা লুক হাদবহু উবদা শচীমাতানা হায়রকই, "হে গৌরচন্দ্র! চাত্রবদি কৈদোরে? চানিংত্রবরা।" মাতাগী রা তাবদা প্রভু, ভক্তশিংম্বু ভাবশান্ত ওইরহুনা শায়হুনা চাবা, চুপ্তুনা চাবা, লেক্তুনা চাবা অমদি থক্কদবা মথল মথা

অয়াবা অথুম অহাউ, মাতাবু মুংশিজবনা থোইনা হেন্না হাউনা হায়ে। লোইরগা আচমন তৌহুনা দাসশিংনা পুশিন্নকনবদা মুখপ্রক্ষালন তৌরহুনা শ্রীতিনপ্রভু শয়নমন্দিরদা লেঙশিল্লে। ভক্তশিংনা প্রভুগী লুককমদগী অধরামৃত লাকনহুনা কংই। অহুগী তুংদা প্রভুগী নাক্তা লাকই। দাসশিংনা প্রভুদা, অতৈদসু তাম্বুল কংশিল্লি। কনা কনান। শ্রীচরণ-হস্ত সম্বাহন তৌই, কনানা হুমাই থোগল তৌই। অহুগী তুংদা মাতানা ইশানদাস থারক্তুনা সনাতন গোস্বামীনচিংবা শ্রীগুরুবর্গবু কৌরহুনা লূক হায়ে। শ্রীমহাপ্রভুগী শেষামৃত কংলগা মতুংদা প্রভুগী নাক্তা লাকলে। অহুগী তুংদা সাধকদাসনা ঈশান দাসবু পুহুনা রাইরম তৈথোক্তুনা কোল্লিক ফেঙদোক্তুনা শ্রীপ্রভুগী অমসুং গুরুবর্গগী শেষ অধরামৃত কংজরগা হল্লক্তুনা শ্রীগুরুদেবগী প্রসাদি তাম্বুল কংজরে। মতম অহুদা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দবু অমদি শ্রীঅদ্বৈতনচিংববু বিদায় তৌরগা রত্ন পালঙ্কদা চেপ্ত্রে। প্রভুনা চেপরবদা শ্রীনিত্যানন্দ, অদ্বৈত, গদাধর, শ্রীবাস, ভক্তথিবিক মুম-মুমদা হুমরকলে। সনাতন, স্বরূপ, রঘুনাথ দাস, রঘুনাথ ভট্ট, শ্রীজীব, লোকনাথ, কবিরাজ গোস্বামী লোইনমক শ্রীগৌরাঙ্গগী মায়োক্তা পোথাই। অন্তপুরদা শচীমাতানা লক্ষ্মী, বিষ্ণুপ্রিয়ানচিংবী পীজরগা, মাতাসু চারগা মাগী মাগী কাদা চেপনথি। ঈশানদাসনা মবুক্তোশিংগী সেবা তৌই। সাধকদাসনা করিগুম্বদা গোস্বামীশিংগী চরন্দা, করিগুম্বদা গুরুবর্গগী চরন্দা, করিগুম্বদা মাগী কাদা তুমই। ভক্তবৃন্দনা থোরী চিংহুনা পথা থোগল তৌই। শ্রীরূপ মাধুরী দর্শন তৌবদা শুমনমক আনন্দদা তাউই।

মতুং অসিদা সায়াহ্ন-লীলা লোইরে।

---

# প্রদোষ লীলা

সমুৎকণ্ঠাসক্তা কলিতহরিবার্ত্তা বত যথা-
ভিসৃত্যালৌ রাধা হরিমপি নিকুঞ্জে গতবতী ।
তথাত্মানং মত্বা কটি-নিহিতপাণি র্বিশতি চ
স্খলন্ গচ্ছন্ মুদা গৌরো নটতি ধৃতকম্পাশ্রুপুলকঃ ॥

নবদ্বীপতা শ্রীমহাপ্রভু চেম্মি। অরাংগী লৈকোন্দা লৈপী মনম কংবদগী খোইমুনা ঙংবা ভাবদা মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু ভাবদা মথাথংবদা শ্রীস্বরূপ গোস্বামী, রামানন্দনচিংবা, অরাং থংবদা শ্রীরূপ গোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ লোইনমক হোৎগত্তুনা প্রভুগী নাক্তা লাকই। সাধকদাসনা গুরুদেবগী ইঙ্গিত কংজদুনা শ্রীচরণ সেবা তৌজে। প্রভুনা লেঙথত্তুনা মাঙোনগী চৌকিদা লেঙশিল্লে। সাধকদাসনা জলগী বারি, চিন্দেপেন্নচিংবা পুশিল্লক্তুনা শ্রীমুখ শেংদোকই। তাম্বুল সেবা চঙই। মতম অদুদা 'ঐ কৃষ্ণনি' হায়বা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার লেঙবা মতৌ তম্বকই। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী মন থজদুনা প্রভুগী নাক্তা অভিসারগী পদগান তৌই ; সেনশিবানন্দ, গোস্বামীপাদ রাওরে। গোবিন্দ ঘোষ, বাসুদেব ঘোষনা পুং নৈরে। মাহু ভাবদা প্রভুগী পুকনিংদা শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণগী অভিসার উরে। সাধকদাসনু ছুং ইরে। হায়রা সঙ্কেত থজদুনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনু লেঙজক্তুনা সংকীর্ত্তনদা রাওররে। অদুগী তুংদা অদ্বৈতনচিংবা, গদাধরনচিংবা ভক্তশিং ময়াম লোইরদুনা শ্রীবাসগী অঙ্গনদা চংলে। প্রভুনা তাবাকেন ওইদুনা অমত্তোমদা অমুক অমত্তোমদা অমুক, ওহাক তপনা, ওহাক হেক তাকিং তাকিংনা, অমুক বনগী নিংথিজবা উদ্দা চপ হেক লেপ তৌদুনা

লেপই। শ্রীবাস অঙ্গনদুদি থাম্বনা নৈতেংহুনা শেষ শাহুনা নৈরবনি। মায়কৈ মন্দিদা পোত্তাচাউদা নৈতেংহুনা, থাকন, রত্নগী থালয়। রত্নবারি-কলসী থাম্বিবা, মহুদা থাম্বিবা থাউমৈনা মৈহাউ অংগোবগুম কজরী। রত্নগী কাংথোম্বা মোম্পাক, মোন্দুম, মোত্তেক। মাহুদা মহাপ্রভু লেংশিন্দুনা কমলে। য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা গদাধর, মাংদা অদ্বৈত, অকোয়বদা ভক্তশিং। প্রভু অমুক ভাবাবেশ ওইরে। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী নাক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অভিসারগী পদগান তোয়কই। মাহু ভাবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ছু চুংই, হকচাং নিকই, নয়নগী শিহ্রকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেস ওইরে। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন কংই।

রাধাং সালীগণাস্তামসিত-সিতনিশাযোগ্য-বেশাং প্রদোষে
দূত্যা বৃন্দোপদেশাভিসৃত-যমুনাতীরকল্পাগ কুঞ্জাম্ ॥
কৃষ্ণং গোপৈঃ সভায়াং বিহিতগুণিকলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা
যত্নাদানীয় সংশায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্তকুঞ্জং স্মরামি ॥

শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রশালাদা শয়ন পালঙ্কদগী লেংথত্তুনা ইবেম্মগী শ্রীমুখ নিংশিংহুনা উমনিংবগী উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা মনীং থোংলোমদা লেংথোকখিহুনা শ্রীবৃন্দাবন তমনা অভিসার লেংলকলে। শ্রীকৃষ্ণ লেংশিন্নকপদা উ-রা. শা-উচেক মহৈ মহৈ মখোল থোয়কলে। নৈগী হুংশিবা মনম কংবদা, উচেকনচিংবনা লেংওংগা মখোল তাবদা প্রিয়া লাকলবনা থন্দুনা কুঞ্জমন্দিরগী মপান্দা লেংথোরকলগা অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক য়েংহুনা অমুক চৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা লাওতকনবিবহু থত্তনাহুনা বৃন্দাদেবীনা থেনজিন্দুনা হংলি, "থীগনা প্রিয়া য়োরকলনি।" হায়না, "বৃন্দে! অহিংসি থেংরে। কং চৎলো, রাই লুপ্তকউ।"

বৃন্দানা, "ইবুঙো ! অহিং থোইনা থেঙত্রি ইবেম্মা লেঙজরনি, তপথবিউ ।" মতম অসিদা যাবট্টা ইবেম্মনা লখ্যাদগী লেঙথরু্না শ্রীকৃষ্ণগী উৎকণ্ঠা তৌত্বনা কমদি । দাসীশিং, সখীশিং, সাধক-দাসী, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী হৌগত্তু্না ইবেম্মগী নাক্তা লাকলে । মনম মুংশিনা জনা ইবেম্মগী মুখ শেংদোকলে । ললিতা, বিশাখানচিংবী চত্তক্তু্না ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গদা চতুঃসমনচিংবা তৌত্বনা অহিংগী মতিক চাবা ফিজেৎ, কস্তুরীকুঙ্কুমনচিংবা চন্দন তৈরবা লিক, লৈ পরেং, লৈতেং কয়া থোগল্লে । সাধক দাসীনা শ্রীচরণদা যাবক থোগল তৌরে । মতৌ অমুম্না ললিতা, বিশাখান-চিংবী অনঙ্গ মঞ্জরী, মঞ্জরীশিং, গুরুমঞ্জরীশিং অভিসারগীদমক শেম শারে । মতম অসিদা সাধক দাসীনা ফিজেৎ লৈতেং লোইত্বনা ইবেম্মগী নাক্তা শ্রীগুদেবীগী নাক্তা লেপচৈ । ইঙ্গিত কংজত্বনা মপান্দা গুরুজন তু্মীন লৈনগ্রবরা য়েংনবা থোরকই । হঙ্গিনক্তু্না 'লোইনা তু্মনগ্রে' হায়না তমলৈ । শ্রীরাধিকা ইবুঙোগা উন্নবগীদমক শ্রীবৃন্দাবন তমনা অভিসার লেঙলকলে । সখীশিংনা কোয়শিল্লি, দাসীশিং, মঞ্জরীশিং, গুরুরূপা মঞ্জরীশিংনা তুংদা, সাধকদাসীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগীদমক মিষ্টান্নচিংবা, চতুঃসম, চন্দন-চিংবা পুরি । নুপুর থোঞ্জেল থোকহন্দনা নাকয়েং হয়া য়েংনে-য়েংনা তপন-তপনা মপান্দা লেঙথোরকলে । বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগা উন্নগদোবগী ভাবতু পুকনিংদা অমুম থনবদগী চীন্দা হেক থোরকলে । মাত্থু তাবদা সখীশিংনা নোকই, ইবেম্মা হাইরেং ইকাই । ইবেম্মগী মীৎ য়া, মায়খোং, খুৎ, খোঙনজিংবগী মলেক মঙালগী মমিত্থু উ থুদিংদা অমদি লৈপাক্তা য়েংবদা লৈবা তারবদা থোইমু, নোংইন, তাম্থু থজোংনচিংবমা লৈপাক্তা চাক্তারি । ইবেম্মগী প্রতিবিম্ব উবদা চপ হেক লেপই ।~ ইবেম্মগী মগনগী প্রতিবিম্ব তারবা মকমত্থু থবান্দসী মমা ওই, ঈশ্বর অসিনা

যমুনাগী ঈথকনি, নোকপদা মণি থিকথহনা তাই, চরম্না নেৎলু নেৎলুবা মকমদা থম্বানগী থম্বান ভাকনি। মতৌ অমুমনা ব্রজভূমিগী থম্মোই থম্বান্দা চরম্না নেৎ-নেত্তুনা লেঙুকপনা কালিদহগী মনাক য়োৗরকলে। মতম অসিদা শ্রীরাধিকাগী অঙ্গগন্ধ ম'বদা অমদি নূপুর মখোল তাবদা ইবেম্মা লেঙুকলে থঙহনা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জগী মপান্দা লেঙথোরকই। শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুরীহ ইবেম্মগী নয়নচকোরনা পান তৌরগা ললিতা য়েংহনা হায়রকই. "ইতা! করিনো অসিবো?" ললিতানা, "মসিদি শ্যামসুন্দর রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনি।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "বৃন্দে! মাগী অঙ্গকান্তিনা বৃন্দাবনসি সনা মচু ওইহনিবা, মাগী মঙামা মায়কৈ তরা ঙৌরিবা, মায়থোং মণিগী থাজনা পূর্ণিমাগুম ঙাল্লিবা, চরণগী নূপুর মখোন্না ঐগী পুকনিং অমদি নাকোংবু পেলহল্লিবা শকহেনবাসিবু কনানো?" বৃন্দানা খুমই, "ইবুঙোগী প্রাণপ্রিয়া শ্রীরাধিকানি।" মতৌ অমুমনা অনিগী গুন্না অনিবু উঙ্কংলি। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশিল্লকপা উবদা ইবেম্মনা চিংনহনা ললিতাগী কৌজি পায়রে। মাত্তদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "ললিতে! বৃন্দাবনগী নারক্তা অহিংদা করি তৌবা লাকলিবনো?" ললিতানা, "ঐখোইদি নৈ হেকপা লাকপনি।" মতম অহুদা বৃন্দানা ইঙ্গিত তৌহনা শ্রীকৃষ্ণবু উরী মরুম অমদা থাজিনগ্রে। অহুগী তুংদা বৃন্দানা সখীশিং অমসুং মঞ্জরীশিংগা লোয়ননা ইবেম্মবু পুহনা যোগপীঠ মন্দিরগী মনাক্তা কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা রত্নবেদী মথক্তা ফমহল্লে। দাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী হাননবা মিষ্টান্নচিংবা বৃন্দাদা পীরগা ভাণ্ডার ঘরদা থমগ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা কনা উহৌদনা লেঙশিল্লক্তুনা মরাম মরক্তা ললিতাদা হায়রকই, "ঙসিদি ইমাদা পাজি অমনা হায়রকই—নচা কৃষ্ণসে সনাপিরেং অমা ফজনি। হাসি চুমলেদো। ঙনি অহিং সনাগী উরী ফংলেদো।" ললিতানা

হায়রকই, "সনাগী উরীসিদি নহাক্কী নত্তিক নত্তে ; চন্দ্রাবলীগী মনাক্তা চৎখ্রো।" কৃষ্ণনা, "মরেক মরি পামদেদা, করেক অহনবী পামজৈঞ।" মসি তাবদা ললিতানা বেনীদগী কুমকুমনা ইবেম্মদা হায়রকই, "ইতা ! অসিদা লৈবিয়ম্মু। ঐ লৈ হেক-লুথিগে।" অসি হায়রুনা ললিতানা মপান্দা চৎখিগে তৌবদা ইবেম্মনা কৌজিদা য়াম্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী কৌজি পায়রুনা থামই। সখীমঞ্জরী লোইনবক মপান্দা থোকখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু নিকুঞ্জদা পুশিনখ্রে। হায়রুনা বৃন্দা দেবীনা নিকুঞ্জ শেম শাহনা থনমলবনি। রত্নপালঙ্ক মথক্তা ফীজৌনা কুপলবা থোম্পাক, খোম্ফুম, খোন্তেক, পুষ্পশয্যা মথক্তা লিংথীরবা কাঙখল। মায়কৈ মরিদা চৌকি, সনাগী ঝারি, তাম্বুল পাত্র, কস্তুরী কুম্কুম, চতুঃসম, কাজল, সিন্দুর, কর্পূরগী পাত্র, কাওলেল, চীথেক মরিদা থাউমৈ, ময়ায়দা শুকশারিগী পোন। হায়রিবা সনাগী মন্দির অসিদা ইবুঙো ইবেম্মনা রতিবিলাস শাম্রে। শ্রীঅঙ্গগী মুংশিবা মনম ফংবদা থোইমুনা ঙংবা তাবদা মতম থঙবী দাসীশিং অমম্ভুং সখীশিংনা থোঙনাও অহোবদা অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌই। অমনা হায়, "ইতা ! মোংলক্তা মোংথাং ভাম্রে নক্তগা ইন্দ্রনীলমণিদা সনাগী উরীনা কজরী।" অমনা হায়, "নংগীহু নত্তে। - অমম্বদা থাবন থোকপনি।" অনিগী শ্রীঅঙ্গমঙ্ক ফংবদ: খোইমুনা ঙংলি। সখীশিং, মঞ্জরীশিং, দাসীশিং ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা পুকনিং ফুমুং হায়ওনৈ।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীবাস অঙ্গনা ভাবাবেশ থইহনা লৈ। খোইমুনা ঙংবা তারকুনা হজার তৌরকই। মায় তাবদা প্রভুনা য়াম্‌হ উবদা স্বরূপ রামানন্দ গোবিন্দ খোমনজিংনবা শুঁইবী লোইশিন্নি। নরহরি ঠাকুরনজিংবা বাসশিংবা মুকাউ, চামর

খোগল তোই। মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইরবুনা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতনচিংববু আলিঙ্গন তোই। শ্রীঅঙ্গগা শমনজবদা থাই পূনমক হয়াও ফুজুই। শ্রীবাস পণ্ডিতনা শ্রীনৃসিংহ ঠাকুরগী প্রসাদি মাল্য চন্দন পুরক্তুনা তিনপ্রভুদা খোগল্লি, ভক্ত অভেদম্ লানশিল্লি। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা প্রভুগী অবরদা তাম্বুল ইল্লি। দাসশিংনা হুমাইনচিংবা খোগল তোই। শ্রীগুরুদেবনু শ্রীমহা-প্রভুগী নাক্তা লৈ। শ্রীগুরুদেবগী ওইদা লেপ্তুনা সাধকদাসনা চামর খোগল তোল্লি। প্রভুগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তোবদা ময়াম পূমনমক আনন্দদা তাউল্লি।

মতাং অসিদা প্রদোষ লীলা লোইরে।



# নক্ত লীলা

শ্রীশ্রীবাসগৃহে মুদা পরিবৃতো ভক্তৈঃ স্বনামাবলীং
গায়দ্ভির্গলদশ্রু কম্পপুলকো গৌরো নটিত্বা প্রভুঃ।
পুষ্পারামগতে সুরত্নশয়নে জ্যোৎস্নাযুতায়াং নিশি
বিশ্রান্তঃ সঃ শচীসুতঃ কৃতফলাহারো নিষেব্যোময়া ॥

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা শ্রীবাস অঙ্গন্দা শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীঅদ্বৈ-তনচিংবা ভক্ত ময়ামনা কোয়শিন্দুনা ফমলি। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যোগপীঠদা মিলন ওইবা, বনভ্রমন তৌবা, লৈ হেকপা, বংশীধ্বনি লীলা নিংশিংজুবদা শ্রীমহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইদুনা লীলাশিংদু অনুকরণ তৌবদা চৌকি মথক্তা ললিতত্রিভঙ্গ ওইরগা চীমা বংশীধ্বনি তৌরকলে। কনানা লৈ চাইরকই। স্বরূপ রামনন্দনচিংবনা নিংথিরবা স্বরদা শ্রীকৃষ্ণগী নক্তলীলা, শ্রীরাধিকাগা সখীশিঙ্গা লোয়নদুনা যোগপীঠদা উমবা, বনভ্রমন তৌবা, লৈ হেকপা, বংশীধ্বনি লীলানচিংবা পদগান তৌরকই। গোবিন্দ ঘোষনা পুং বৈ। মাদু তারগা প্রভুনা রাধাভাবতা আবেশ ওইখিদুনা প্রেমনা হুমাং তাই, নয়নগী পি শিন্থে, শ্রীঅঙ্গ নিকই, তু চুংই। শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা ভক্ত পুমনমক আনন্দদা তাওই।

তাবুৎকৌ লব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈর্বৃন্দয়ারাধ্যমানৌ
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ বিপিনবিহরণৈর্গানরাসাদিলাস্যৈঃ।
নানালীলানিতান্তৌ প্রণয়িসহচরীবৃন্দসংসেব্যমানৌ
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং সুকুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি ॥

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা কল্পবৃক্ষ মখোঙদা যোগপীঠদা নিকুঞ্জ-শয়নমন্দিরদা রতিক্রীড়াগী তুংদা চেপ্তুনা লৈরি। শ্রীরূপমঞ্জরী-নচিংবী, গুরুরূপা মঞ্জরীশিং অমসুং সাধকদাসী, অতৈ দাসীশিংসু অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা নুঙাইনা ইবুঙো ইবেম্মগী সেবা কংজনিংদুনা কুঞ্জগী মতুংদা চঙলে। শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী শ্রীগুরুরূপা মঞ্জরীনচিংবীগী য়াথং কংজদুনা সাধকদাসীনা ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীচরণ সম্বাহন তৌদুনা হোৌোকচরে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা লেপ্থত্তুনা রত্নপালঙ্কদা ফমলে। সাধকদাসীনা মনম নুংশিবা জল পুশিনক্কুনা শ্রীমুখ শেংলে। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা চতুঃসমনচিংবা চন্দন থৌগল তৌদুনা কেশর চন্দনা তিলক তৌদুনা ক্রীড়াদা কোমথোকপ্রবা ফিজেৎ লৈতেং লিকনচিংবা শেমজিন্দুনা শ্রীমুখদা তাম্বুল কৎশিঞ্জরগা শকয়েং মিংশেল থৌগল তৌরে। অদুগী তুংদা শ্রীরাধিকাগী ঘাঘরি, কাঞ্চুলি, লিকনচিংবা শেমজিন শাজিল্লে। শম্বুল শেমজিন্দুনা বেণী লোনশিল্লে। লাইবক্তা ঊর্দ্ধপুণ্ড্রগী ময়ায়দা সিন্দুরবিন্দু, অ:কোয়বদ চন্দনবিন্দু, ময়ায়দা কস্তুরীবিন্দু (কামযন্ত্র), মথক্তা থ:-মচেৎ, লৈ চরোং, কস্তুরীগী উনাময়েক, চায়রুংদা কস্তুরীবিন্দু, নাশাতিলক, নয়ন্দা কাজল, নাতোন নাকচীদা মুক্তা, নাদা নাগী লৈতেং, থবাক্তা বক্কোক্তগী মথক্তা লৈচরোং, থম্বাল, থা-মচেৎ, শঙ্খ, ঙা য়েকলে, মতুগী মথক্তা মচু মঙাগী কাঞ্চুলি, খোরীদা সনাগী লীকথাং অলঙ্কার পুম্বা শেমজিন্দুনা শকয়েং মিংশেল থৌগল তৌরে। তাম্বুল কৎশিঞ্জরে। ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা ময়াম্বক পেঞ্জরে। অদুগী তুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা লোয়নবীশিন্দা লোয়ননা মপান্দা লেঙথোরক্কুনা বেদী মথক্তা রত্নসিংহাসন্দা লেঙখৎলে। য়েত্থা শ্রীকৃষ্ণ, ওয়দা শ্রীমতী রাধিকা, অদুগী মথাদা থম্বাল লৈনাদা—লৈনা নিপান্দা সখী নিপাল, অদুগী মথাদা মাঙদা

মঞ্জরী নিপাল, অরোঙবা লৈনাদা অনঙ্গমঞ্জরী, মনাক্তা গুরু-দেবীশিং, গুরুদেবীগী ওয়দা সাধকদাসী, থমচেংবী মথাদা মাঙদা বৃন্দাদেবী। বৃন্দাগী য়াথং মতুংইন্না বনদাসীনা মাল্য চন্দন তাম্বুল পুশিল্লকলবদা বৃন্দানা ইবুঙো ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গদা চন্দন থোগক তৌই, লৈপরেং হুকই, তাম্বুল কৎশিল্লি। অচুম্বী তুংদা সখীশিংদা লাল্লি। অচুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবীগী য়াথংদগী সাধক দাসীনা বৃন্দাদেবী, প্রিয়নর্ম্মসখী, গুরুদেবীনচিংবীদা মাল্য চন্দন কৎলে। অচুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবীনা সাধকদাসীদা প্রসাদি মাল্য পীনবিরে। শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংদা তাম্বুল পীনবিরগা অধরদা বংশী থোম্দুনা ইবেম্মদা মীৎয়েং থমদুনা বংশীধ্বনি তৌদুনা ললিতাদা হায়রকই, "ঙসিদি শ্রীবৃন্দাবনসিদা ষড়ঋতু বন ভ্রমন তৌগনি, লৈ হেকনি, বন্যবেশ শেৎকনি, হল্লীসক নৃত্য, রাসক্রীড়া তৌগনি, মধুপান, রতিলীলা, জলকেলি, বনভোজন অমসুং শয়ন তৌগনি।" শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংসি ললিতা-নচিংবী সখীশিংনা য়ারে অমসুং বংশীধ্বনিদুদা কয়া পেন্নখি।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভু শ্রীবাস অঙ্গনদা ভাবাবেশ ওইদুনা লৈ। খোইমুনা ঙংলকপা তাবদা হুঙ্কার তৌরকই। মাদু তাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকই। স্বরূপনচিংবনা ইশৈ লোইশিল্লি। প্রভুগী শ্রীঅঙ্গদা হুমাং কাবা উদুনা দাসশিংনা হুম্রাই থোগল তৌদুনা প্রভুবু ই থহল্লি। শ্রীগদাধরনা তাম্বুল লানশিল্লি। নরহরিনা চামর সেবা তৌই। প্রভুনা শান্ত ওইরবা মতমদা ভক্তশিংনা কোয়শিন্দুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বনভ্রমন, লৈ হেকপা, বংশীধ্বনি, বন্যবেশনচিংবা লীলা নিংশিংবদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যানদা অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক কোয়রেং য়েংই। লৈগী মনম লুংশিনবা থোইম্নু, উচেকনচিংবা খোংলকই। বনগী নিংথিবা য়েংনা য়েংনা শরবমন্দিরদা

লেঙশিল্লকুনা ভক্তবৃন্দনা কোয়শিন্দুনা কমলে। স্বরূপ রামানন্দনচিংবনা প্রভুগী তাক খঙলহনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বনভ্রমন, লৈ হেকপা, বংশীধ্বনি, বন্যবেশনচিংবা লীলা পদগান তৌরকই। মাদু তারগা প্রভুনা ভাবাবেশ ওইখি। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমদুনা ব্রজদা লীলা দর্শন তৌই।

শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়ননা রত্নসিংহাসনদগী লেঙথদুনা বনভ্রমন তৌদুনা বৃন্দাবনগী কঞ্জবা য়েংই। মরায়দা শ্রীরাধাকৃষ্ণ, য়েত্তা ললিতা, ওয়দা বিশাখা, মায়কৈ মরিদা সখীশিং, মাঙদা বৃন্দাদেবী, তুংদা অনঙ্গমঞ্জরীনচিংবা মঞ্জরীশিং, নাকন্দা গুরুদেবীশিং, অদুগী তুংদা সাধকদাসী। শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈনা লিশিং অমা পানবা থম্বানগী মওং মানবা শ্রীগোবিন্দস্থল হায়বসি বৃন্দাবনগী খাইদগী হেনবা কেলিকুঞ্জনি, থেজ্নমমগুমনা অকোয়বদা অসুম নেমথৈ। কুঞ্জ ময়াম্ব অমসুং দোল ময়ামনা মরাঙ কায়না লৈরবা মণিগী য়ুমশিংনা থম্বাল অদুগী থমচেৎনি, সনামচু মানবা লফুশিংনা লৈরিকনি। অরাং পাংনা চেল্লিবী যমুনানা নোংপোক-নোংচুপ ওইনা ঈচেন অকনবা অনিনা পাম্বোমগুমনা গোবিন্দস্থলসিবু কোনশিন্দুনা থমলি। বৃন্দাদেবীনা পুন্নমকসি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংদা উহল্লি। সনাগী ভূমিসিগী মরায়দা চাউরবা কল্পবৃক্ষ অমগী মখোঙদা অঙকপা ফংনা মণিনা য়েকখোৎনা শারবা যোগপীঠ মন্দির লৈ। মসিগী মায়কৈ মরিদা খোঙজাউ মরি, মাদুদা বেদী মরি, পুকনিং হুরবা থাক মরি। মসিগী চিথেক মরিদা সন্তান, হরিচন্দন, মন্দার অমসুং পারিজাত পাম্বী, ময়ায়দা সনানা শাবা লৈনা নিপান—উপদল য়াওবা থম্বালগী মওং মানবা সিংহাসন। মন্দিরগী মসুংদা থেজ্নমম মানবা মণিগী বেদী। মাদুগী মথক্তা মায়কৈ মরিদা রত্নুনা শাবা লোংশা মরি। পুমাঙ অনিদু শুপচিল্লি অমসুং খুদুংনা মথাদা নমথদুনা মাদুদা

মশাগী অরাম্বা পুরি। মমিত্তু মণিগী মশকনি, মশা পুম্বক্তনা সূর্য্য-কান্তিগী মশকনি, মনা য়ুংখংলি, মমৈ থেক্কংলি মরেংগী মশোংহু কোর্ম্রিমচুমি। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিঙ্গা লোয়নননা ভাম্মোইবা মতমদা সিংহাসন্দু ফুক্কুনা গোলক্তা পুথংকদবগী হোৎনবনি। মন্ত্রগী মশাক ওইবা য়োৎপীনা ফারি—অহুনা পাইবা ভাদবনি। থম্বাল মওং মানবা সিংহাসন, মাহুগী থমচেক্তা মখল মখা মচুগী ফিনা তুবা মোম্পাক, মোন্দুম, মোন্তেক থারি। মন্দির অসিগী মায়কৈ মরিদা ঋক, সাম, যজু, অথর্ব্ব বেদগা মাম্নবা মচু মখল মরিগী রত্নগী কুঞ্জ মরি লৈ। অরাংদা অঙৌবা মচুগী সিতাম্বুজ কুঞ্জ—লৈনা নিপান পানবা থম্বাল মওংনি, মণি মখল নিপামগী কল্পবৃক্ষনা মথক্তা উপথৈ। মকম অসিদা পাশা শান্নি। নোংপোক্তা কল্পবৃক্ষনা উপশিনবা লৈনা নিপান পানবা থম্বালগী মওং মানবা অশংবা মচুগী নীলাম্বুজ কুঞ্জ; মসিদা শুকশারি পাঠ অমস্থুং অঙ্গবর্ণন তৌই। খাদা লৈনা নিপান পানবা থম্বালগী মওং মানবা ভাঙ্গানবা মচুগী অরুণাম্বুজ কুঞ্জ; মসি লূক হাকমনি। নোংচুপ্তা হেমাম্বুজ কুঞ্জ; ইবুঙো-ইবেম্মগী চেপকমনি। যোগপীঠ মন্দিরগী চিথেক মরিদা রত্নগী মণ্ডপ মরি। চাংথৈদা মাধবী মণ্ডপ, মৈরমদা মালতী মণ্ডপ, মোইরাং লায়জীদা স্বর্ণযূথী মণ্ডপ, কৌক্রুদা নবমল্লিকা মণ্ডপ। মন্দিরগী থোঙজাওদা লৈরিবা রত্নগী শঙ মরিগী মমাঙথোঙদা পাকলবা বেদী অমম্মম, নাকনগী থোঙদগী পাকলবা লম্বী অমম্মনা যমুনাগী ঘাট য়েনা লৈথ্রি। লম্বীগুগী নাকয়েত্তা বকুল পাম্বী পরেং পরেং অমস্থুং মরক্তা মখল মখা অয়াম্বা রত্নগা হংলবা থোঙ মরিহুদা লৈরিবা রত্নগী শঙগী মনাক মনাক্তা বনদূতী অমস্থুং সখীশিংগী কুঞ্জ। নোংপোক্তা বৃন্দাদেবী, খাদা বৃন্দাম্বিকা, নোংচুপ্তা মেনকা, অরাংদা মুম্নালিকা। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা লোয়নবীশিংগা লোয়নননা যোগপীঠদা লেঙথংপা মতমদ

য়খোইহনিনা ~খোঙ মরিসিদা লৈ। নিকুঞ্জ মন্দিরবু কোঁয়শিল্লিবা কল্পবৃক্ষশিংগী মখোঙদা অকোয়বদা থোং মচা অমমুং বেদীনা লৈতেংই। কল্পবৃক্ষ অমগী মখোঙদা অশংবা নত্রগা অঙাংবা বেদী,

## শ্রীশ্রী গোবিন্দ স্থল ॥




চন্দ্রকান্ত মণিগী খোং, অতোপ্পা অমদনা চন্দ্রকান্ত মণিগী বেদী, অশংবা নত্রগা প্রবাল মণিগী খোং। হায়রিবা পাম্বশিংসিদা তুম্বা মণ্ডংগী উহৈ পাল্লি। অহুমগুম্বা উহৈশিংহুদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অমমুং সখীশিংগী কিজেং লৈতেং, চতুঃসমনচিংবা য়াওই। উহৈ-তুগী মপান্দা মসি মসি য়াওই হায়বা পোৎকী মমিং থাই। উহৈশিংহু বৃন্দাদেবীনা বনদেবীশিংদা থোদাহুন। হেকহল্লুরগা মমিং

ইহিবহ্ মেথ্‌না পোংচৈহ্ লোখোক্‌না পীজিচৈ। নিফুক মণিময়সিংহ্: কোয়শিন্দুনা সনাগী লকুপাম্বী অমসুং মায়কৈ নিপান্দা মখী নিপানগী কুঞ্জ লৈ। অরাংদা নোংথাং মচু মানবা ললিতানন্দদা কুঞ্জ ; মসিগী অয়াং থংবা লৈনাদা সিতাম্বুজ, নোংপোক্তা নীলাম্বুজ, খাদা অরুণাম্বুজ, নোংচুপ্তা হেমাম্বুজ, চীংখৈদা মাধবী মণ্ডপ, মৈয়মদা হিন্দোলা মণ্ডপ, খোইরাং লায়জীদা পদ্মমন্দির অমসুং কৌক্রদা বাসন্তি মণ্ডপ লৈ (শ্রীকুণ্ডগী শুথনি)। চীংখৈদা নোংথী মচু মানবা বিশাখানন্দদা কুঞ্জ। নোংপোক্তা অয়াংবা মচুগী চিত্রানন্দদা কুঞ্জ। মৈয়মদা অঙৌবা মচুগী ইন্দুরেখাগী পূর্ণেন্দুকুঞ্জ। খাদা সনামচুগী চম্পকলতাগী হেমাম্বুজ কুঞ্জ। খোইরাং লায়জীদা শংবামবা (শ্যামবর্ণ) রঙ্গদেবীগী কুঞ্জ। নোংচুপ্তা তাঙ্গানবা তুঙ্গবিদ্যাগী কুঞ্জ। কৌক্রদা উনা অশংবা মচুগী (হরিৎ বর্ণ) সুদেবী কুঞ্জ। মাচুগী মপান্দা মথং মথং কুঞ্জ শয়ক অনি অনিনা কোয়শিন্নিবা যোগপীঠনি। মখী নিপানগী কুঞ্জগী মপান্দা ললিতাগী অয়াংদা শ্রীরূপমঞ্জরী অমসুং অনঙ্গমঞ্জরী। বিশাখাগী চীংখৈদা মঞ্জুলালী, কলাবতী। চিত্রাগী নোংপোক্তা রসমঞ্জরী, সুভাঙ্গদা। ইন্দুরেখাগী মৈয়মদা রতিমঞ্জরী, হিরণ্যাঙ্গী। চম্পকলতাগী খাদা গুণমঞ্জরী, রত্ন রেখিকা। রঙ্গদেবীগী খোইরাং লায়জীদা বিলাস মঞ্জরী, শিখাবতী। তুঙ্গবিদ্যাগী নোংচুপ্তা লবঙ্গ মঞ্জরী, কন্দর্পমঞ্জরী, সুদেবীগী কৌক্রদা কস্তুরী মঞ্জরী, কুরঙ্গকলিকা। মতৌ অমুখনা উপসখী অমা অমসুং মঞ্জরী অমগী কুঞ্জ। মাচুগী অমুক মপাম্‌বা মকোয়দা ললিতাগী অয়াংদা গানবতী, সুন্দরাগী, মালোৎসাহা অনসুং মনোরমা। বিশাখাগী চীংখৈদা চন্দ্রাননা, চম্পকমালিনী, পুষ্পাবতী অমসুং শ্যামা। চিত্রাগী নোংপোক্তা রতিবতী, কলভূষা, সুমুখবতী অমসুং কমল নয়না। ইন্দুরেখাগী মৈয়মদা কমলেক্ষনা, রাসবিলাসী, কেলিকলা অমসুং সুরসা। চম্পকলতাগী খাদা

রসোত্তুঙ্গা, সুমোহিনী, সুরতিকলা অমসুং রাগবতী। রঙ্গদেবীগী মোইরাং লায়রীদা রঙ্গবতী, সুগন্ধা, রসিকা অমসুং সুকলা। তুঙ্গবিদ্যাগী নোংচুপ্তা নৃত্যকলা, নৃত্যবতী, অন্নপূর্ণা অমসুং সুভগা। সুদেবীগী কৌক্রদা প্রেমবতী, সুরতনন্দা, কলাবতী অমসুং গুণবতী। অসুমনা সখী অমম্মমগী তুংইনবী মরি মরি—কৃষ্ণ্ণগা নিখোই—হায়রিব: সখীশিংগী কুঞ্জ। মাঙগী মপান্নংবা মকোয়দা ললিতাগী অরাংদা রত্নপ্রভা, রতিকলা, সুভদ্রা, ভদ্ররেখিকা, সুমুখী, ধনিষ্ঠা, কলহংসী অমসুং কলাসিনী। বিশাখাগী চীংথৈদা মাধবী, মালতী, চন্দ্ররেখিকা, কুঞ্জরী, হরিণী, চপলা, সুরভী অমসুং শুভাননা। চিত্রাগী নোংপোক্তা রসালিকা, তিলকিনী, শৌরসেনী, সুগন্ধিকা, রমিলা, কামনাগরী, নাগরী অমসুং নাগবেলিকা। ইন্দুরেখাগী মৈরমদা তুঙ্গভদ্রা, রসতুঙ্গা, রঙ্গবাটী, সুমঙ্গলা, চিত্রলেখা, বিচিত্রাঙ্গী, মোদনী অমসুং মদনালসা। চম্পকলতাগী খাদা কুরঙ্গাক্ষী, সুচরিতা, মণ্ডলী, মণিকুণ্ডলা, চন্দ্রিকা, চন্দ্রলতিকা, কুন্দকাক্ষী অমসুং সুমন্দিরা। রঙ্গদেবীগী মোইরাং লায়রীদা কলকণ্ঠী, শশীকলা, কমলা, মধুরা, ইন্দিরা, কন্দর্পমঞ্জরী, কামলতিকা অমসুং প্রেমমঞ্জরী। তুঙ্গবিদ্যাগী নোংচুপ্তা মঞ্জুমেধা, সুমধুরা, সুমধ্যা, মধুরেক্ষনা, তনুমধ্যা, মধুস্যন্দা, গুণচূড়া অমসুং বরাঙ্গদা। সুদেবীগী কৌক্রদা কাবেরী, চারুকবরা, সুকেশী, মঞ্জুকেশিকা, হারহীরা, হারকণ্ঠী, মহাহীরা অমসুং মনোহারী। কুঞ্জ ৬৪ সিগী মপানগী মকোয়দা শা উচেক জোরা জোরা রেকপা অঙকপা অহাওবা সনাগী লম লৈ। মসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা নিংথমথাদা রাসলীলানচিংবা শাদৈ। মসিগী মপান্দা কর্পূর থোকপা মকু পানবা লকুপী বন। মাঙগী অমুক মপান্দা তোঙান তোঙানবা লৈকোনগা লোয়নবা বনদেবীগী কুঞ্জ, দাসী-শিংগী কুঞ্জ, লৈনা লেম্বা, লৈতেংবা লোন, মধুপানগী মধু থাওবা

পাত্র, পানগী পাত্র, তাম্বুল, জল, গন্ধনচিংবগী পাত্র, হুমাই, চামর, কোনাহুমাইনচিংবা, শকয়েং মিংশেল, সিন্দুর, অঞ্জন-চিংবগী পাত্র, মখল মখা অয়াম্বা সেবাগী পোৎলম শুনা-লৈবা পাকলবা লৈকোলনা কোয়শিল্লি। নাকয়েত্তা লম্বেল। মহুগী নাকন্দা বেদী। মহুগী মপানগী মকোয়দা তোঙান তোঙানবা বন তরা—রাধাকুণ্ডগীশুমন। চীংণ্ড. কোনা, তমাল, অসিনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা অপাম অপাম্বা মহৈ মপাল পীবা উ, বাসন্তী, যাতি, যূথীনচিংবা মখল মখাগী লৈ হৌরি। লীলা শক্তিনা মরম ওইদুনা মুণি কয়ামা উ, উরী, উচেক, খোইমুনচিংবা ওইদুনা শ্রীবৃন্দাবনদা চঙলরি। লক্ষ্মীগী শক্তিনা যাতি, পৃথিবীগী শক্তিনা ধাত্রা, লীলা শক্তিনা তুলসী, ব্রহ্মাপত্নি সাবিত্রীনা সোমলতা, হেমাবতীনা হরিতকীবৃক্ষ ওইররি। হারিত, ভরদ্বাজ, শুকনচিংবনা সয়াউমচা; গালব, শাণ্ডিলন-চিংবা মুণিনা কৃষ্ণসার কোবা শজি; রুরু, শম্বর, রোহিষন-চিংবনা শজি ওইবনি। যুমগী থুমু, লমথুম্ব, কোকিল, হারীত, কপিঞ্জল, টিট্টিভ, রাহোং, নোংইন, নোঙ্গৌবী, শেন্দাং, লাব, বর্ত্তক, তেনরা, চোঙা, য়েন, উরীৎ, উককচাবী, কোকুভনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা উচেকনা নাকোংবু শুম্বৎনা খোংলি। স্বর্ণ-মণিগী ভূমিদা ইন্দ্রনীলমণিগী উ-পাম্বী, চন্দ্রকান্তমণিগী মউ, অঙৌবা মণিগী মশা লোঙকম কারক, ডাঙ্গ্রানবা মণিগী মশা, মরকতমণিগী মনা, বৈদূর্য্যমণিগী মপাল, প্রবালমণিগী মহৈ; মতৌ অসুমনা মণি মখল নিপামা ওইবনি। উময়ামতগী তাইনবা মরক্তা অ:হাবহ্রদ থাবমা য়ৈবদা অঙকপা মচুগী ঈথক হৌই—শংবামবা, অঙৌবা, ডাঙ্গ্রানবা—যমুনা, গঙ্গা, সরস্বতীশুমই। মালতী, যূথীনা নারিকাশুমই. কাকোই মপামা মাইগে কোবী শকহেনবীগী শিজেংদা নম্বা সিন্দুরনি, তাঙ্কা মহৈনা রুসচেনবা

রসবতী (রস থঙবী রমণী) নি। মতৌ অম্মমনা মায়কৈ তরাদা বন তরা, অতুগী মপান অকোয়বদা ময়োল তরেৎনা কোয়রি:—(১) গুরা পাম্বী, (২) য়ুবী পাম্বী, (৩) লৈহাউ পাম্বী, (৪) হৈনৌ পাম্বী, (৫) কদম্ব পাম্বী, (৬) বকুল পাম্বী অমসুং (৭) অশোক পাম্বী। ময়োল তরেৎসিগী মপান্দা যমুনা মপান্দা ইশিংদা উপথ-উপথছনা হোরিবা মাধবীলতানা য়েৎলিবা অশোক, নাগকেশরনা শেমলবা তোঙান তোঙানবা যমুনাগী ঘাট মথক্তা উপা মরক্তা উপাম্বী জোরা জোরাদা দোল অমম্মম য়াল্লি। চতুশাল, থাক, মথল মথা অয়াম্বা মণিনা হৎলবা নাকয়েত্তা ফুরা মচা মচা; মতুগী মথক্তা লৈনা নিপান পানবা থম্বালগী মওং মানবা শঙমচা; মতুগী মনুংদা কিরাল, অলঙ্কার, মাল্য, চন্দন, চতুঃসমনচিংবা বৃন্দাদেবীগী য়াথ না বনদেবীশিংনা শেম শাজনা থমলি। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা জলকেলি লোইরগা মফম অসিদা বেশভূষণ তৌই। বষা অমসুং বসন্ত ঋতুদা দোল লীলা শারে। যোগপীঠ মন্দিরদগী যমুনাগী ঘাট থাওবা মায়কৈ মরিদা পাক-চাউরবা লম্বা মরি লৈ। লম্বীগী নাকয়েত্তা বকুলপরেং অমসুং থম্বাল—স্বস্তিকানচিংবা চিহ্ন কয়া লৈ। যোগপীঠগী চাংখৈদা মণিনা হৎলবা তের্ঠানগা লোয়নরবা ব্রহ্মকুণ্ড, মতুগী চাংখৈদা গোপেশ্বরশিব, মতুগী অরাংদা যমুনাগী ঘাট, বংশীবট; যমুনাগী ইশিংদা অতোবা, অলংবা, অঙাংবা অমসুং নাপু মচুগী থম্বাল মথল মরি, থরোনচিংবা, খোইমু মথল মরি; ভাসু, কাংঙ, ভাসু-থজোংনচিংবা ইশিংগী উচেক। তোর্বান্দা গোকর্ণ, রোহিষ, সম্বর, কৃষ্ণসার, শশক, কস্তুরী অমিনচিংবা শজি জাৎ-জাৎ। পুলিনগী লৈতোঙছনা কর্পূরগী মকুপকুম্বা ইলং লংনা নিংথৌজৈ।

অসিগুমলবা বনগী মনুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ভ্রমন তৌরি। সখীশিংনা খোংগল তৌরি। ইবুঙো ইবেম্মগী চরণচিহ্ন লৈপাক্তা

তারি—য়েংবদা কয়া নিংথীজরি। বৃন্দানা বনগী নিংথীজবা উত্তুনা য়েংহল্লি। থাবন্না লৈমায়দা রৈবদা থা কোবা লাইনা মশাং লাকওমজবা মুত্তি লৌহনা বৃন্দাবন ভূমিদা 'সেবা তৌরিবোই নিংই। অতিয়াদা থোকলিবা মপুং ফারবা থাবু উবদা শ্রীবৃন্দাবন্দা কন্দর্পরাজ লেঙঙকপদা চন্দ্রদেবনা ছত্র থাল্লিমাগে নীংই। অমদি দাউজীগী কুণ্ডলনা অরাংবদা কাগ্রে উরী থিবিকনা মুংশিংকী ইপোমদা জগোই শারি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "বৃন্দাবন হায়বসে ঐগী হকচাংনি, শংবান্নবা মণিগী লৈমায়সে ঐগী অঙ্গকান্তিনি, সনাগী ভূমিসিনা ঐগী খ্বাংজেংনি।" শ্রীরাধিকানা হায়, "উরীশা! ইশৈ শকউ।" মতম অত্তদা থোইমু থিবিকনা ঙংলকই। "উরীশা! কপউ" হেক হায়বদা লৈদগী লৈহী শিদ্বে। "উরীশা! নোকউ" হেক হায়বদা লৈ শাংকাই। উরীশা! আলিঙ্গন তৌনৌ হেক্ হায়বদা উরীগা উরীগা য়েংশিন্নে। "থুরুম্মু" হায়রগা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা লুকথত্তনা শোকই। মাসি উবদা বৃন্দানা হায়রকই, "উরীশিংসি শ্রীরাধিকানা হায়বতা ইল্লি। উরীদা লৈ শাংলি, মনমত্ত্ ফংবদা স্বর্গগী নন্দনকানন্দগী থোইমু ময়াম পাইথরকই। লাই-নুপীশিংগী মমিত্তগী মুঙাইবগী পি শিন্থবদা কাজল চাম-থোক্তুনা তারকই, মথোইনা উরীশিংদুদা থুরুমই। নারদনচিংবা শুঙ্কাংলিবনি, ব্রহ্মাশিবনা উবদা শুঙ্কাংলিবনি, আনন্দরস থকপদা সংসারগী বন্ধন কোকপনি। পুরুষ অথোইবা শ্রীনন্দনন্দন কৃষ্ণদি বৃন্দাবন অসিদা লেঙদনা লৈবনি, মফম অতৈদা লৈতে।"

অসিগুম্বা ফজবসি য়েংদুনা মুঙাইনা লেঙই। কনানা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী থক্তা লৈ চাইরি, কনানা চামর, কাঙহাই থোগল তৌরি। ইবুঙো-ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী উজবদা অমদি নূপুর, খ্বাংগী শরীক মচাগী মথোল তাবদা সখীশিং, মঞ্জরীশিংদু আনন্দদা ভাউই। মমৈদা বৃন্দানা মাঙ থাদুনা ফুলবাটিকা য়োৌরকলে।

শাৎকাইরবা লৈগী লৈনম ফংবদা খোইমুশিংনা ঙংই। শ্রীরাধিকানা লৈ হেক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাপদা থেংলি। অমুক হেক্তে তৌবদা লৈগী উশাহু রাংমনখিবনা শ্রীরাধিকানা লাম্বা ফংত্রে। মাহু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা চোংখত্তুনা লামলগা মশা অহু চিংথবিরে। ইবেম্মনা লৈ হেক্কদবগী মশাহু হেক পায়বদা ইবুঙোনা থংথা থাদোকপদা ইবেম্মহু উগী উশানা চিংখৎখিহুনা য়ান্দুনা লৈরে। মাহু উবদা ইবুঙোনা হায়রকই, "হে উশা! নংদি উগী মপোক ওইরবস্থ মহৈ য়াল্লেদো—ঐনা অমুক্তা শোকচগে হোৎনবদা ঙমত্রিবনি।" অসি হায়হুনা ইবুঙোনা নোকলে। ললিতানা অরাপ্পদগী উরক্তুনা চেনশিল্লকলগা উশাহু চিংথহুনা ইবেম্মহু লৈপাক্তা কুমথহল্লে। ললিতানা লৈহু হেক্তুনা ইবেম্মগী ফীগাউ থন্না হাপলে। তাপ্পা অসিদা নোংশা অমা খোংলকই। মাহু তাবদা ইবেম্মনা কিরহুনা ইবুঙোগী ঙকশমদা কোল্লি। ইবুঙোনা হায়রকই, "প্রিয়ে! করিগী কিক্করি! নংগী খাংহু উৎপদা নোংশা মাদি ইকাইহুনা মরম্মাই লোৎচখিনি। ইবুঙোগী থবাক্তা ইবেম্মনা নপশিনবহুদি ফুয়না হৌরকপা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা জগোই শাবগুমই। নিংথৌজবহু উবদা রাহোং লাবা অমোমনা কেকা কেকা হায়হুনা চঙশিল্লকই, শ্রীরূপমাধুরী উবদা মমৈ ফান্দাক্তুনা জগোই শাগৎলকই। শখীশিং, মঞ্জরীশিংনা ইবুঙো ইবেম্মগী থক্তা লৈ চাইথংলি। শুকশারিনা "শ্রীরাধাকৃষ্ণনা জয় ওইরে" হায়না লাউরকই। অহুগী তুংদা ইবুঙো ইবেম্মনা বেদীদা লেঙশিল্লি। কনানা ছুমাই থোগল তৌই, কনানা তাম্বুল কৎশিল্লি। সখীশিংস্থু লৈ হেক হেক্তুনা ইবুঙো-ইবেম্মগা লোয়ননা বনগী নিংথৌজবা য়েংন-য়েংনা লাকপনা ফুলবাটিকা য়োরকই। অহুগী তুংদা যমুনা মপান্দা নাগকেশর পাম্বীগী মশা মনানা কুপথবা চতুশালা—মাহুদা রত্নগী হিন্দোল। মফম অহুদা

বর্ষা অমসুং বসন্ত ঋতুদা অহানবা উন্নবদা দোল লীলা শাইরে। মতৌ অসুমনা ঘাট খুদিংদা চতুশালা লৈরিবনি। চতুশালাসিদা লেঙশিল্লগা ঘাটকী কঙবা য়েংবনা ইবুঙো-ইবেম্মা অমসুং সখীশিংসু ফুঙাইবনা শুদ্দাংলিবনি। নিকুঞ্জ মন্দিরগী মায়কৈ মরিদা যমুনা য়োবা রকুনা শেম্বা লম্বেল লৈ। লম্বীগী নাকয়েক্তা মথল মথা অয়াম্বা উগী পরেং। বৃন্দানা মাঙখাঙনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা যমুনা তাম্না লেংঙকলে। শ্রীরাধিকানা হায়রকই, "যমুনাগী ইশিংসিনা শংবাম্নরকুনা বৃন্দাবনবু কোয়শিল্লি। ইশিংবু নম্রবরা! ঐংখাই লাকপসিদা বৃন্দাদেবীনা শংবাম্নবা কীচেল শেম্তুনা লৈতেংলিবরা!" অসিগুম্বা নিংখীজবসি য়েংহুনা ইবুঙো-ইবেম্মনা সখীশিংনা কোয়শিল্লহুনা বেদী মথক্তা ফমলে। মখোংবা সখীশিং, অনঙ্গ মঞ্জরী, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী, গুরুমঞ্জরীশিং, বৃন্দা-দেবী, সাধকদাসী, বনদেবীশিংনা লৈ হেকলগা লৈগী চূড়া, লৈ নাচোম, শিঙ্গেং কাবং, লৈপরেং, লীকনচিংবা, কেতকীগী শিখি-চূড়া, শিখিপাটি, স্বর্ণযূথী বকুল, অর্জ্জুনপুষ্পনা শেম্বা নাচোম, মাধবী, মালতী, নবমল্লিকাগী পরেং, বান্ধুলা পুষ্পগী লাক, মচু মঙাগী বৈজয়ন্তীমালা, মনা-মপাল-তুলসী-কুন্দনা শেম্বা নূপুরনচিংবী শেম-হুনা বৃন্দানা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অমসুং সখীশিংগী চরণ অমসুং অঙ্গদা শিজ্জার তৌরে। শ্রীরূপমাধুরী য়েংহুনা ললিতানা শৈরেং লেংহুনা ইশৈ শকুনা ইবুঙো ইবেম্মবু পাসহল্ল। বৃন্দাদেবীনা আরতি কৎলি। কনানা তাম্বুল, কনানা হুনাই খোগল চঙই। ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌবদা আনন্দদা তাউনরে।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীবাস উদ্যানগী অঙন্দা ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। খোইমুনা ঙংবা ভাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌই। মাহু ভাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকই। স্বরূপ রামানন্দনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী বনভ্রমনগী পদগান তৌবহু লোইশিল্লি। অর্দ্ধবাহ্য দশাদা

প্রভুনা শ্রীভুজ তিংখোক্লুনা শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ময়াম পুন্নমকপু আলিঙ্গন তৌই। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি। কনানা তাম্বুল, কনানা হুমাই খোগল তৌই। অতুগী তুংদা দাসশিংনা অতু মখল তরুকী লৈ জাৎ তুনা হেকলুহনা পরেং লেংলগা শ্রীতিনপ্রভুদা অমস্তুং ভক্তশিংদা কৎশিল্লি। অতুগী তুংদা প্রভুনা 'ঐ কৃষ্ণনি' হায়বা ভাব অসিদা ভাবাবেশ ওইখিহনা খুৎনা বংশীধ্বনি তৌহনা গদাধরগা লোয়ননা জগোই শারকই। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতসু জগোই শারে, স্বরূপ রামানন্দনচিংবা, সনাতন গোস্বামীনচিংবা থাইনক মণ্ডলি শেনহনা জগোই শারে। অতুগী তুংদা স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী রাসলীলা, বংশীবট্টা বংশীধ্বনি তৌবা, যমুনা পুলিন্দা রাস শান্নব, মধুপান, রতিক্রীড়া পদগান তৌই। গোবিন্দ ঘোষ, বাসুদেব ঘোষনা পুং য়ৈ। মাতু তাবদা মহাপ্রভুনা রাধা-ভাবতা নয়ন্দগী শিঙ্গরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোক্লুনা ভাবাবেশ ওইখ্রে। ভক্তশিংনা ইশৈদা লুপ্লুনা সাধক দেহদগী সিদ্ধ দেহদা মন হপ্লুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা বেদীদগী লেঙথহনা বংশীবট্টা বেদীমথক্তা বটকী মখোঙদা শ্রীকৃষ্ণনা ললিতত্রিভঙ্গ ওইহনা বংশী খোংই। বংশীধ্বনি তাবদা যমুনানা ইথকী মশক ওইবা মথুৎ থাঙহলুনা থম্বাল মপৈ কত্লুনা ইবুঙো ইবেম্মগী শ্রীচরন্দা পূজা তৌই। অতুগুম্বা নিংথীজবতু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "য়েংউ প্রিয়ে! যমুনা কৌবী অমুবীসে থম্বাল্লা মায়থোং ওই, তান্থজোংনা কুচ ওই, থেংগুনা নাতোন ওই, ইথকনা মথুৎ ওই, থরোনা মীনোক ওই, পুলিন্না খম্মোই ওই, থা মানবা হায়বদি কর্পূর মানবা মশেকনা কয়াদা নিংথীরবা! তাতু কাংঙনা নূপুর খোজেল অমদি কাঞ্চি ওইদুনা নিংথীজরি। যমুনানা

ঐখোই অনিবু ওকপা লাকপদা নূপুর অমস্থং কাঞ্চি মখোল খোকলি।" অসি হায়ত্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা খুজেং, খুবোম, খুকউ য়োবা ইশিং লান্দুনা পুলিন য়োরগা মণ্ডলি শেমত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা হল্লীসক * কোবা জগোই শারে। ময়ায়দা শ্রীকৃষ্ণ, অকোয়বদা মহৈ মহৈ মখুৎ শমনত্তুনা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা জগোই শারে। শ্রীকৃষ্ণনা বংশী খোংই, শ্রীরাধিকানা পবিকা খোংই, বৃন্দাদেবীনা পুং য়ৈ, যন্ত্র খোংবশিংনা মখল মখাগী যন্ত্র খোংই, খোঙ পুনা থাংবদা নূপুরগী খোজেঙ্গা শুংশিবনে, অসিগুম্বা রসগী উৎসব অসিদা দেবাঙ্গনাশিং আনন্দদা তাউখি। মাগী মাগী বিমান্দগী লৈ চাইথরকখি। অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মণ্ডলী অহুমগী রাসচক্রদা কোয়রৈ লৈহ্নুনা বংশী খোংই। ময়ায়দা শ্রীরাধাকৃষ্ণ, অনিশুবা মকোয়দা গোপীশিং অমস্থং অহুমশুবা মকোয়দা বৃন্দা অমস্থং যন্ত্র য়ৈবা খোংবা কাওবু। শ্রীকৃষ্ণনা চক্রভ্রমন তৌহ্নুনা ময়ায়দা লৈরিবা শ্রীরাধিকাবুস্থ ওয়দা থমহ্নুনা বংশীধ্বনি তৌই, গোপী অনি অনিগী মরক্তস্থ লৈ, মপানগী মণ্ডলীদস্থ বংশী খোংই। লৈরিবা ময়ামত্তুনা 'শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী ইনাক্তা লৈরি' অস্থমনা নিংলৈ। শ্রীকৃষ্ণনা হস্ত নাম্বনা ইবেম্মগী লেংবান্দা পায়, নাম্বনা বংশী খোংই, ইবেমমস্থ নাম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা পায় নাম্বনা পবিকা খোংই। ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা অমনা অমদা য়েংলৈ। শ্রীকৃষ্ণনা অমত্তা ওই। ময়ায়দস্থ, গোপী অনি-অনিগী মরক্তস্থ লৈ। "সনাগী মরক্তা ইন্দ্রনালমণিগী পরেং লং য়াওদনা লেংলে" হায়না যন্ত্র খোংবশিংনা খোংই। অহুগী তুংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা যমুনা পুলিন্দা মহারাস শারৈ। মায়কৈ মরিদা সখীশিংনা কোয়শিল্লগা ইবুঙো ইবেম্মনা

---

* নিপা অমনা মরাম্নদা, নুপী ৮ নক্রপা ১০ না কোয়শিন্দুনা পুম্না ইশৈ জগোই তৌবা শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা।

ময়ায়দা বংশী অমসুং পবিকা থোংই। ললিতা, বিশাখা, অনঙ্গ কন্দর্পমঞ্জরী মথল মণ্ডা—গোপী অনি অনিগী মরক্তা শ্রীহস্ত নাম্মনা গোপ গী লেংবান্দা নাম্মনা বংশী খোংতুনা রাস মণ্ডলীদা ভ্রমন তৌই। বৃন্দানা হরাওজতুনা লৈ চাইরি। শ্রীকৃষ্ণনা লৈমায়দা চরন্না থীনবনে, ঘন্ত্র ময়ামগী মখোন্নে, ইবেম্মগী অমসুং গোপীশিংগী




নূপুর মখোন্নে, খুং-খোং হায়বদা শরীক মচা-মচানা থীংবনে, খজাইদা কুণ্ডলনা হায়বনে পুল্লপ পূনখিতুনা অতিয়াদা অঙকপা ধ্বনি অমা ওইব্রে। হায়রিবা জগোইগী ধ্বনিসি গৌমুত্রিক হায়বা ছন্দতুনি। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গকান্তিনা গোপীশিংগী অঙ্গদা অমসুং গোপীশিংগী অঙ্গকান্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা তাবদা মরকতমণিগী

মচু ওইখ্রে। মখোই খুদিংমকনা শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মাগী মনাক্তা লৈ হায়না নিংই। অতুগী তুংদা রারহুনা ইবুঙো ইবেম্মনা সখী-শিংনা কোয়শিন্দুনা পোথাশঙদা চৌকিদা লেঙশিল্লি। দাসীশিং, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী, গুরুরূপা মঞ্জরীশিং, সাধকদাসীনা হুমাই থৌগল তৌই, তাম্বুল কৎশিল্লি। অহুগী তুংদা প্রবন্ধ নৃত্য; শ্রীকৃষ্ণনা বংশী খোংই, বৃন্দা অমসুং বনদেবীশিংনা যন্ত্র য়ৈহুনা তাল থাই, শ্রীরাধিকানা জগোই শাই। খুৎ নিক্তুনা, পীশুম, মীৎ অমসুং খাঙগী ভঙ্গি তৌহুনা ভক থেক্তুনা নূপুরগী মখোল সুংশিবা খোকহন্দুনা, করিগুম্বদা মখোল অনিহুম খোকহন্দুনা, করিগুম্বদা মখোল খোকহল্লনা ইবেম্মনা জগোই শারকলে। শ্রীকৃষ্ণনা তাল থুগাইগে হায়হুনা জলদ-দীর্ঘ হায়বা অথুবা তাল অহুদা খোংই। ইবেম্মনা নূপুর মখোল কাঞ্জিল্লগা আকাশরোমদা পীশুম, মীৎ অমসুং হকচাং লৈহুনা ইবুঙোগী নাক্তা চঙচকই। অহুগুম্বা নিংথৌজবহু উবদা পেল্লহুনা ইবুঙোনা ভকশনদগী গুঞ্জামালা লোথোক্তুনা ইবেম্মগী ভক্তা হুকলে মুখ চুম্বন তৌই। অহুগী তুংদা ইবেম্মনা পবিকাদা জলদ তাল থোংলহদা ইবুঙোনা খোঙথাং য়াঙনা ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশিল্লক্তুনা 'ঐ তাল চানা শারে' হায়হুনা ইবেম্মগী কঞ্চুলিকা পায়বদা ইবেম্মনা পুংনা থন্দুনা থিংই। ইবুঙো ইবেম্মগী অঙ্গদা হুমাং শৌব উহুনা দাসীশিংনা হুমাই থৌগল তৌই। অহুগী তুংদা বিশাখানা জগোই শাই। খোঙদা অরাম্ব পীহুনা ভক-খুৎ নিক্তুনা খাংগী ভঙ্গি তৌহুনা মায়, শম, শম্বুল লুকথহুনা খুংকী লৈতেংশিং থীংহুনা জগোই শান-শানা ইবেম্মগী নাক্তা চঙচকই। অহুগী তুংদা ললিতানা শাই। মায়, খুৎ-খোঙ নিক্তুনা হাইহুনা জগোই শাহুনা ইবুঙো ইবেম্মগী নাক্তা চঙচকই। মতৌ অসুমনা সখী পুম্নমক খুৎহাই, খোঙহাই তোঙান-তাঙানা জগোই শারে। মাহু উবদা পেনবিহুনা ইবুঙো

ইবেম্মনা ভক্তগী লৈ পরেং হুক্তোক্লনা সখীশিংদা শিবিরে। অদুগী তুংদা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ইবুঙো ইবেম্মনা রাসস্থলীদা কমই। চামর, হুমাইনচিংবনা শ্রীঅঙ্গ ঈংহল্লগা তাম্বুল থোগল তৌই। অদুগী তুংদা দাসীশিং, মঞ্জরীশিং, গুরুরূপা মঞ্জরীশিং জগোই শারে। অদুগী তুংদা শ্রীগুরুদেবীগী য়াথং ফংজদুনা সাধকদাসীনা জগোই শাই। খুৎথেক, ভক অমসুং খাঙ থেক্লনা ইবুঙো ইবেম্মবু পেলহল্লি। ময়ামনা পেনবিদুনা ভক্তগী প্রসাদি লৈ পরেং পীনবি। অদুগী তুংদা বৃন্দাদেবী অমসুং বনদেবীশিংনা যন্ত্র মখল মরি য়ৈরে। রাগ তরুক, রাগিনী তরেৎ, শ্রুতি কুনগানিথোই অমসুং গমক তরামঙা—যন্ত্র মখল মরিনা মূর্ত্তিমান ওইনা চোংথোকহন্দুনা য়ৈরে। ব্রহ্মাগী সৃষ্টিদদি কফগী দোষ লৈ। গোপীশিংগীদি লৈতে। অদুনা ব্রজাঙ্গনাশিং অসিদি ব্রহ্মাগী সৃষ্টিগী রাংমদা লৈবীনি—মশানা অদুগ ওইজবনি। অদুগী তুংদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা খুৎকা খুৎকা শমনদুনা বংশী-পবিকা পায়দুনা ললিতত্রিভঙ্গ ওইদুনা অহানবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী যশগান তৌই, অনিশুরকপদা ইবেম্মনা ইবুঙোগী যশগান তৌই। অহুম শুরকপদা ইবেম্মগী রূপ, গুণ, লীলা, জগোইবু বংশীধ্বনি তৌই ইবেম্মনা ইবুঙোগী রূপ, গুণ, লীলা অমসুং চন্দ্রাবলীগা মিলন ওইবা ফোংদোক্লনা ইবেম্মনা মরিশুরকপদা পবিকা খোংলগা লোইশিল্লে। তাবদা ময়ামদু হরাও মুঙাইবদা তাউনৈ। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংগী রূপ, গুণ, জগোই, ইশৈ, হুংশিবা স্বর অমসুং রাগ রাগিনীনা মূর্ত্তিমান ওইনা শকপা শাবা ইশৈ, জগোইদা শুদ্ধত্তুনা লাইশিং অমসুং লাইহূপীশিংনা বিমান্দগী লৈ চাইথরকই। সখীশিংনা ইশৈ জগোই লোইশিল্লবদা দাসীশিংনা হুমাই থোগল তৌই অমসুং তাম্বুল লানশিল্লি। অদুগী তুংদা পুলিনগী মাধবীলতা কুঞ্জগী মণ্ডপা বৃন্দানা হাপ্পনা ফিগী আসন পাদুনা পুষ্পশয্যা শেমগ্রবা

মকম অতূদা কুঞ্জগী আসন্দ: ইবুঙো ইবেম্মনা লেঙশিন্নগা সখীশিংনা কোয়শিল্লি। মতম অতূদা বৃন্দানা পাত্র থম্না মধু পুশিল্লক্লুনা ইবুঙো ইবেম্মদা কৎশিল্লি। মধুপান তৌবদা ফজরবা ইবুঙো ইবেম্মগী মায়থোং উবদা ময়াম পুম্নমক হরাওই। বৃন্দানা হায়, "মধুপান তৌহৃনা পেনবিয়ু।" মধুপাত্রদা থাগী মনি তাবা উবদা ইবেম্মনা হায়রকই, "মধুদা থা থোকলে। অহৃনা চান্নবী মাইহিং কাগনিএ।" বৃন্দানা ফিনা মধুদা হুমাই হুমহৃনা হায়রকই, "মাইহি ও তাম্লোকখ্রবনি।" ইবেম্মনা হায়রকই, "মধুপান তৌবদা থানা থোনউদা পনগনিদা।" বৃন্দানা হায়, "থাহৃ চৈনা মতুপ মতুপ ককলগা থকপিয়ু।" অহৃগী তুংদা ইবেম্মনা সনাগী মধুপাত্রহৃ শ্রীকৃষ্ণদা পাল্লি। ইবেম্মগী হক্তন শোকলুবনা মরম ওইহৃনা হেম্না হাউরবা মধুহ্ন ফাল্লগা ইবুঙোনা ইবেম্মদা অমুক পারে। বৃন্দানা মধুপাত্রদগী কটোরাদা হৈ-হৈহৃনা কৎশিল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা বহুমূর্ত্তি ওইহৃনা লোইনমক্তা মনাক মনাক্ত ফমলগা মধুপান তৌই অমসুং ময়াম্পুম্ন পীথকলে। অতূগী তুংদা বৃন্দানা ময়াই কাবা লড্ডু পুরক্লুনা য়েল্লে। ইবেম্মনা মধুগী ময়াইনা য়াহৈ মতং মতং ওইনা হায়রকই, "বি-বিশাখে! উ-উশিংসি ল-লৈরে। ল-ললিতে! অ-আকাশ তা তারকলে। ল-লৈপাকসে নি-নিকলে। থ-থরা পা-পায়গে।" গুরুদেবীশিং, মঞ্জরীশিং অমসুং সাধকদাসীনা হুমাই থোগল তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা মধুগী ময়াইনা কোক ঙাওহৃনা লীকনচিংবা তুংলোমদা শিজল্লে। থবাক্তা কৌস্তুভ মণি উত্রবদা ললিতাদা হায়রকই, "নংনা ঐগী কৌস্তুভ মণি হুরে! কনায় পরপ পরপ পীয়ু। য়াত্রবদি দণ্ড ফজনি।" ললিতানা খুম্মকই, "হে রসিক নাগর! কৌস্তুভ মণিদি বিশাখানা হুব্রবনি।" শ্রীকৃষ্ণনা বিশাখাদা মণি পীয়ু হায়রবদা বিশাখানা মথং অমদা অমুক থৈজিল্লে। মতৌ অমুমনা সখী ভমনমক্তা

হায়রুরগা অরোইবদা অনুক ললিতাদা হায়রে। ললিতানা হায়রকলে, "ইবুঙোগী কৌস্তুভ মণিদি লৌ-পরেংনা হুখ্রে!" মহু তাবদা ইবুঙোনা লৌক্তু নঙম্লোনদা মমায় ওল্লমহ্নু মাঙদা ওন্থোরকপদা কৌস্তুভ মণি উরহুনা হায়রকই, "লৌক নংনা মণি হূরাম্লবদি—নংগী দণ্ডিদি অসিনি" হায়হুনা মোমোন নোক্তুনা ওক্তু কোয়লৈ লৈরে। খজাই অনিদা কুণ্ডল অনিনা হাইবদা ইরং লংই, মোমোন নোকপহৃদা য়াপরেংহুনা থরো অঙোবগুমনা ওাল্লি, থবাক্তা মণিপরেংনা ফজরিবা। মাসি উবদা ইবেম্মসু, সখীশিং, মঞ্জরীশিংসু লোইনমক ইপেন পেনখি। অহুগী তুংদা খাইমক্তু মীং উইরুম উইরুম ইতু তুথবহু উবদা বৃন্দাগা বনদেবী-শিংগনা তোপনা তোপনা কুঞ্জশয্যাদা চেপগম্নে। ইবুঙো ইবেম্মনা কুঞ্জশয্যাদা রতিক্রীড়া শায়ে। শ্রীঅঙ্গ গন্ধ ফংবদা খোইমুনা ঙংলকপা তাবদা সেবাদা হৈখিংবী মঞ্জরীশিংনা কুঞ্জগী মীহুখোঙদা দর্শন তৌই। মহুংদা চঙহুনা কোমখোকলবা লৈতেং শম্বুলনচিংবা শেএজিল্লগা ইবুঙো ইবেম্মা মপান্দা লেঙখোরক্তুনা বেদীদা ফমলে। মঞ্জরীশিংনা হুম শেংহল্লগা তাম্বুল কংশিল্লি, চমাই খোগল তৌই। অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন ফংবদা আনন্দদা তাউনৈ। অহুগী তুংদা ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণনা বহু মূর্ত্তি ওইহুনা সখী পূম্নমক রতিক্রীড় শায়ে। ক্রীড়া লোইবদা সখীশিংনা কৃষ্ণগী অমসুং কৃষ্ণনা সখীশিংগী ফিজুং লৈতেং শমজিন্দুনা লোইনমক শ্রীরাধিকাগী নাক্তা লাকলে ময়ামহুগী অঙ্গদা রতিচিহ্ন উরবদা ইবেম্মনা মথল মথা অয়াম্বা ফাগি জুনাই তৌহুনা হুডাইনৈ।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা শ্রীবাসগী উহ্নান্দা মাধবী মণ্ডপ্তা বেদী মথক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রাসলীলা অমসুং মধুপান তৌবগী ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। খোইমুনা ঙংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তশিংসু স্নান তারকলে। স্বরূপ রামানন্দনা ইশৈ

লোইশিন্নবদা প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। শ্রীভুজ অনি তিং:থাক্তুনা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অমসুং অতৈ ভক্তশিংবু আলিঙ্গন তৌবিরে। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরণদা দণ্ডবৎ কৎলে। দাসশিংনা হুমাই থৌগল তৌদুনা প্রভুগী অৱাবা পোথোকহল্লে। প্রভুনা গঙ্গাগী নিংথীজবা—অঙৌবা. শংবান্নবা, নাপু, অঙাংবা শাং-কায়রবা থম্বাল উবদা, সুংশিবা নৈগী মনম ক বদগী ঙংলকপা খোইমুগী ম'খাল অমসুং ডাহু কাংঙা মথল মরিনা খোংবা তাবদা অমুক হন্না ভাবাবেশ ওইখ্রে। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙলদুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী জলকেলিগী পদগান তৌরকই। প্রভুনা গঙ্গাদা লেঙখত্তুনা ভক্তশিংগা লোয়নননা জলকেলি শান্নদুনা 'ঐ কৃষ্ণনি' হায়বা ভাব অসিদা গদাধরগী অঙ্গদা ইশিং চাইরি। ভক্তশিংনা মগুলি শেনদুনা মহৈ মহৈ ইশিং চাইনৈ। প্রভুনা ময়ামদা ইশিং চাইরকই। প্রভুগী শ্রীহস্তগী জলনা মশাদা তাবদা মন্নাম্মক হরাওৱে। 'ব্রজদা যমুনাদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা জলকেলি শান্নরি' হায়না ভাব অসিদা ভাবাবেশ ওইখি।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিং মহৈ মহৈ অঙ্গগী রতিচিহ্ন পুথোকনদুনা ফাগি তৌনরি। অদুগী তুংদা বৃন্দানা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংবু যমুনাগী মপান্দা পুরকলে। যমুনাগী ফজবদি :— থারিকথা, থম্বাল অশংবা, থরো অঙৌবনচিংবা শাৎকায়রি, নৈগী নৈকাদা খোইমুনা ঙংলি, তোর্বান্দা ডাহু-কাংঙা, ডাহু থজোংনা খোংলি। নিংথিজবদু উবদা ঙমনমক হরাওই। অদুগী তুংদা বৃন্দানা বনদেবীশিংবু শেম-শাদুনা থমহন্নমলবা ফুরা মচাদগী অকুপা অপাবা ফিরোল লোথোক্তুনা ইবুঙো ইবেম্মবু অমসুং সখীশিংবু শেৎহল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকা অমসুং সখীশিংগা লোয়নননা ইশিংদা লেঙখরে। শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংগী মথক্তা ইশিং চাইথৎলি, সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়শিন্দুনা ইশিং চাইরে। মথৌ অনুমনা

মায়গা মায়গা, লেংজুমগা লেংজুমগা, য়াগা য়াগা, খুৎকা খুৎকা জলযুদ্ধ ইশিংদা লাংহৈংনরে। বৃন্দা অমসুং মঞ্জরীশিংনা তোর্ব্বান্দা কমঠনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা জয় ওইরে হায়না লাউহুনা লৈ চাইথরি। শ্রীকৃষ্ণনা সনাগী পম্বালগী বন্দা চৎলগে তৌরবা মতমদা ইবেম্মগী চরন্দা সকন্না কৌবা ডাংনা থেংবদা ইবেম্মনা কিরহুনা শ্রীকৃষ্ণগী গুকশমদা কোল্লি। ইবুঙোনা ইবেম্মবু সনাগী পদ্মবন্দা পুরগা মুখচুম্বন তৌই। সখীশিংনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিমকপু উরক্রবদা কোয়ং য়েংহনা পম্বালগী বন্দা থিরকই। শ্রীকৃষ্ণনা বহুমূর্ত্তি ওইহনা সখী খুদিংমকপু মুখচুম্বন তৌবি। মতৌ অসুমনা মওং মওংদা কয়া শায়রগা পম্বাল মথল মথল, লৈ মথল মথল হেক্রুনা তোর্ব্বান্দা কাথৎলক্রুনা সখীশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা লৈপরেং থোল্লি। জলকেলি শায়রুবদা ঘাই পূয়মক্তা নয়ন্দু ডাড্রানরে, শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অমসুং সখীশিংগী অঙ্গদগী কস্তুরীকুঙ্কুম চামথোকখিহুনা যমুনাগী ইশিংদা তাউরে। যমুনানা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলাদা হুংডাইরহুনা নোংনা লৈতেংলবরা নত্রগা ইবুঙো ইবেম্মনা লেঙকপহুদা গঙ্গা অমসুং সরস্বতীসু যমুনাদা শাক্রুনা তিন্নরবরা! শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা তোর্ব্বান্দা বেদী মথক্তা লেংশিন্নবদা নিংথিজবগু উবদা মঞ্জরীশিং অমসুং দাসীশিং পেজরে। অদুগী তুংদা মঞ্জরীশিং, গুরুমঞ্জরীশিং অমসুং সাধকদাসীনা মাগী মাগী ইরফি ইন্দুনা স্নান তৌরে। স্নান লোইরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নাক্তা লাকই। ইবুঙো ইবেম্মগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌই।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা গঙ্গাদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী জলকেলিগী ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। থোইমুনা ওংলকপদা অমদি ডাম্বু থজোংনা খোংলকপদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু ভাবদা ভক্তশিংগী জ্ঞান লাকই। স্বরূপ রামানন্দনা ইথৈ লোইশিন্নবদা মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরে। শ্রীভুজ অনি তিংথোক্রুনা মরাম্বু আলিঙ্গন

তৌই। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরনদা দণ্ডবৎ কৎলি। ময়াম পূম্নমক স্নান তৌরগা তোর্ব্বান্দা কাথৎলকলে। দাসশিংনা তিনপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গ তৈথোকলগা মথংশিংনা অরাংবা, অশংবা, অমসুং নাপু (চিত্রাম্বর, নীলাম্বর, পীতাম্বর) গী কাঁজোল হোংলে। ভক্তশিংনা হকচাং তৈথোক্লুনা অনানবা কীণ্ডৌ হোংলে। গোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ অমসুং সাধকদাসসু তৈথোক্লুনা ফি হোংলে। থাইমক গঙ্গা-মৃত্তিকানা তিলক তৌরে। শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যানদা মণ্ডপ্তা বেদীদা লেংশিল্লি। সাধকদাসনা শ্রীতিনপ্রভুগী চরণ শেংহুনা মশাগী ইমকিনা তৈথোকলে। অতুগী তুংদা শ্রীবাসনা মনাওবু মাল্য, চন্দন, অলঙ্কার পুহল্লক্লুনা শ্রীতিন-প্রভুদা থৌগল্লি। সাধকদাসনা ভক্ত কাণ্ডবু খিবিকপু, স্বরূপ রামানন্দবু গদাধর শ্রীবাস গুরুবর্গনচিংবা অমসুং গোস্বামীপাদবু থৌগল্লি। ময়াম পূম্নমক প্রভুগী নাক্তা লাক্লুনা ফমলরে। শকয়েং মিংশেন পুশিন্দুনা প্রভুগী মাঙদা পৌগল্লে। মিংশেন্দা প্রভুগী শ্রীমুখ উরুবদগী ভাবাবেশ ওইখ্রে। স্বরূপ রামানন্দনা প্রভুগী পুকনিং খঙহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্নান, ফিজেং লৈতেংবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা বন্যভোজন তৌবগী পদগান তৌরে। মাহু তারগা প্রভুনা নয়নগী শিস্বরকপা প্রেমনা শ্রীঅঙ্গ চোৎলহনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংসু ইশৈদা লুপ্তুনা সিদ্ধদেহদা মন থমহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যমুনাগী তীরদা বেদী মথক্তা সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা লেঙশিল্লি। মতম অতুদা বৃন্দাদেবীনা বনদেবীশিংনা হায়না থৌরাং তৌহুনা থমগ্রবা ফুরামচা মহুংদগী স্নান্দা শীজিমগদবা মপোৎ—মনম মুংশিবা থাউনচিংবা লৌরুদ্দুনা ইবুঙো ইবেম্মগী অঙদা তৈরে। অতুগী তুংদা মনম মুংশিবা জলনা চাইথরে। ফি অমোনবনা তপনা তপনা তৈথোকলগা সনা কীগে অমসুং

নোং মচুগী শাড়ি, ঘাগরি থোক্কিল্লে। অহৃগী তুংদা ফুরামচাগী বেদীদা লেঙশিল্লি। অগরুগী মনম হুংশরবা মৈথুদা শম কংহল্লগা সনাগী শমজেংনা হাত্তুনা বেণী লোনশিল্লে, শ্রীকৃষ্ণগী লুছপ মথক্তা রাংকাংগী চূড়া থেংচিল্লে, লুহংগুগী য়াম্বরকপা মুক্তা, কেশরচন্দনগী ঊর্দ্ধপুণ্ড্র তিলক, খা নচেং, উনা ময়েক, খজাইদা ভাকিহোম মণ্ড, শ্রীঅঙ্গদা চতুঃসম, পাম্বোমদসু থবাক্তসু তৈরে, ভকশমদা সনাপরেং, থবাক্তা কৌস্তুভ মণি, ধুকধুকি, চন্দ্রহার, চতুষ্কিহার, মুক্তাপরেং, মণিপরেং, লৈচরোংগী পরেং, খাঙয়োবা বৈজয়ন্তি পুষ্পমালা, খুকউ য়োবা শরাক মচা পরেং, পাম্বোম অনিদা সনাগী তাল, খুজেংদা খুজী, খুদোন্দা সনাখুদোপ, চয়ন্দা নূপুর, সনা ফীগেগী ইনফা—খোরিদগী খুকউ য়োনা চোনবা। ইবেম্মগা লোয়ননা সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মতো অসুমনা শিঙার তৌরগা তাম্বুল থোগল তেংহনা শকয়েং নিংশিংনা থোগল্লে। অহৃগী তুংদা সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী ওয়দা লেঙশিনহল্লগা ইবেম্মবু শিঙার তৌরে। ফিগী যুথল থাদহনা বেণীগী মতোন্দা মুক্তা অমসু শিরিষফুল, অহৃগী তুংদা শিঙ্গুং মথক্তা নপ্পা, না অনিদা খুজী মওংগী লৈ অনি, চক্রিশলাক অনি, তারক অনি, লাইবক্তা ঊর্দ্ধপুণ্ড্র, ময়াংদা সিন্দুর নমশিল্লি, অকোয়বদা চন্দন মরীক মরীক, ময়ায়দা কস্তুরী-বিন্দু (কামযন্ত্র) না শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংবু পুন্দুনা থমই। মথক্তা থামচেং, উনা মওং, ভাকিহোম মওং, নাশাতিলক, নাতোন নাকচিদা মুক্তা, নয়ন্দা কাজল, খদা দা কস্তুরীগী বিন্দু, থবাক্তা কস্তুরীনা থম্বাল, পুষ্প, লীরুং, খা মচেং, ভা, শঙ্খ, শনখোজুন, মথক্তা মচু মগুাগী কাঞ্চুলি, ভকশমদা সনাগী তকমাল, হংসুলী, লৈহাউ অপোম্বা মওংগী লীকপরেং, গোষ্টমালা, নীলমণি পরেং, গুঞ্জাহার, চন্দ্রহার, পদকহার, গুঞ্জামালা, লৈপরেং, খাঙদা শরীক মচা পরেং, পাম্বোমদা সনাগী পাম্বোম কাবী, হস্তদা খুজী, গজরা, খুবীদা

ছাপা, খুৎশা অতৈদা সনা খুদোপ, চরন্দা পটমালা, খজিরা, নূপুর, খোঙবীদা বিছিয়া, খোংশা অতৈদা খোংদোপ, যাবক, অশংবা আভরণ খোল্লগা শ্রীমুখদা তাম্বুল ইল্লগা শকয়েং মিংখেল খোগল তৌরে। মতৌ অসুম তৌনা সখীশিংবু অনঙ্গ মঞ্জরী, বৃন্দাদেবীনা ফিজেৎ-লৈতেংলে। সাধকদাসীনা মঞ্জরীশিং, গুরুরূপা মঞ্জরীশিংবু ফিজেৎ-লৈতেং খোগল তৌরগা মশামক্তী লোইশিল্লে। ময়াম পুম্নমক ইবুঙো ইবেম্মগী নাক্তা থুংলরে। অতুগী তুংদা বৃন্দাদেবীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমস্তুং সখীশিংবু পুথনা নিকুঞ্জ মন্দিরদা চঙলকলে। বৃন্দাদেবীনা বনদেবীশিংবু মাঙজোননা অরুণাম্বুজ কুঞ্জদা রত্নবেদী লৈতেংথনা থমগ্রবনি। বৃন্দাবনগী অহাউ-অহাউবা উহৈ রাহৈ মথে হেক্তুনা চাউর-চাউরবা পুথম থম্ন-থম্না হাপ্তুনা থমগ্রবনি। যুবি, হৈনৌ, লংফাই, কিতোম, খর্জুর, কংফাই, কমলা, জাম, দ্রাক্ষানচিংবা। যুমদগী শ্রীরাধিকানা হোত্থনা শেম-শাত্থনা পুরকপনা—গঙ্গাজল, অমৃতকেলি, কর্পূরকেলি, খাজানচিংবনি। শ্রীরূপমঞ্জরীনা তায়রিবশিংসি বৃন্দাদা শিন্নগ্রবনি। দাসীনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শেল্লগা ইবুঙোনা আসন্দা লেঙশিল্লে। শ্রীরূপমঞ্জরীনা পরিবেশন তৌই। পোংশিংথু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা চরাওবিরে। ইবুঙোনা চরাওনা হাবিরগা আচমন তৌথনা শয়ন মন্দিরদা রত্নপালঙ্কদা লেঙশিল্লে। তুমাই, চামরনচিংবা সেবা চঙই। সুদেবীন তাম্বুল খোগল তৌই। অতুগী তুংদা বৃন্দানা শ্রীরাধিকা অমস্তুং সখীশিং পুথনা লুক হাকনদা লাকলে। ইংবেম্মনা ইবুঙোগী লুককমদা লেঙশিল্লগা ললিতা বিশাখানা নাক অনিদা ফমলে, অনঙ্গমঞ্জরী অমস্তুং সখীশিংনা কোয়শিন্দুনা ফমলে। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতহু ময়ামগী চাকলুক্তা থরা থরা হাপ্লগা লুককমদা ফমলে।

নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা ভাবাবেশ ওইথনা লৈ। লৈগী লৈনম কংবদা চংথকপা খোইমুগী মখোল

তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাদু তাবদা ভক্তশিংসু জ্ঞান তারে। সিদ্ধদেহদগী সাধক দেহদা মন চঞ্চলকদে। স্বরূপ রামানন্দনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্নান বেশভূষণ অমসুং ভোজন পদগান তৌবদু লোইশিল্লবদা প্রভু ভাবশান্ত ওইরে। প্রভুনা মহাপ্রভু আলিঙ্গন তৌই। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরণদা দণ্ডবৎ কৎলি। মতম অদুদা শ্রীবাসনা মনাওনিপাবু শ্রীনৃসিংহদেবগী প্রসাদি মিষ্টান্ন, পাকান্নচিংবা, উটৈ-রাটৈ পুহল্লকুনা মাঙ্গোন্দা আসন, গিলাস, মনম হুংশিবা জল, লাগী চাকলুক্তা মিষ্টান্ন, পাকন্ন, কটোরাদা সরবৎচিংবা থম্লে। শ্রীমহাপ্রভু ভক্তশিংগা লোয়ননা লুকহানবা লেঙশিল্লে। য়েক্তা নিত্যানন্দ, ওয়দা অদ্বৈত, মায়কৈ মরিদা ভক্তশিং ফমলে। শ্রীবাসনা য়েল্লে। শ্রীমহাপ্রভু অমুক ভাবাবেশ ওইরে। 'ঐ রাধানি, বৃন্দাবন্দা অরুণাম্বুজ কুঞ্জদা সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ফংলিবনি' অসুমনা ভাব তৌদুনা হুংডাইবগী পিনা শ্রীঅঙ্গ চোত্তুনা ভাবাবেশ ওইরে। ভক্তশিংসু মাগী মাগী সিদ্ধ দেহদা মন থমদুনা ব্রজদা শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা লুক হাবগী লীলা দর্শন তৌই।

ব্রজদা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত হুংডাইনা ফংই। মতম অদুদা বৃন্দানা মথল মথা অয়াম্বা মিষ্টান্ন অমদি উটৈ-রাটৈ শ্রীরূপমঞ্জরীদু য়েলহল্লে। হুংডাইনা চাবা থকপা লোইরগা আচমন তৌদুনা ইবেম্মনা সখীশিং পুদুনা শয়ন মন্দিরদা লেঙশিল্লি। রত্নপালঙ্কদা শ্রীকৃষ্ণগী ওয়দা ফমই। মথাদা চৌকিদা সখীশিংনা নাক অনিদা—অনি চনবা আসন্দা ফমলে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকা অমসুং সখীশিংদা তাম্বুল লাল্লি। দাসীনা হুমাই থোংগল তৌই। ইবেম্মগী ইঙ্গিত ফংবদা বৃন্দানা মঞ্জরী থিবিকপু পুদুনা লুক হাকমদা মথং মনাও নাইনা ফমহল্লে। শ্রীরাধিকাগী লুককমদা বৃন্দা ফমলে, সখী নিপামগীদা

মঞ্জরী নিপাল কমলে, অনঙ্গমঞ্জরীগীদা গুরুরূপামঞ্জরী কমলে অমসুং অতৈ মকমদা গুরুমঞ্জরীশিং কমলে। বৃন্দাগী ইঙ্গিতনা বনদেবীনা পোৎচৈ লোইনা পুথোরকলে। সাধকদাসীনা য়েংলে। মতৌ অমুমনা চাবা লোইরগা আচমন তৌহুনা শয়ন মন্দিরদা লাকই। মতুংদা সাধকদাসীশিং অমসুং বনদেবীশিংনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী প্রসাদি পীরগা, তুংদা শ্রীগুরুদেবীগী ইঙ্গিত কংজনা সাধকদাসীনা অধরমৃত লোশিন্দুনা মাঙ্গোন্দা থমলগা লা-শীং হন্দোকলুরগা রাই তৈথেংকলে, কোয়ৌক কেউদোকলে। অদুগী তুংদা হরাওনা অধরামৃত ফংজরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নাক্তা লাকুনা গুরুদেবীগী ওয়দা লেপচে। ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহুনা মঞ্জরীশিং অমসুং গুরুদেবীশিংদা তাম্বুল য়েন্নি। গুরুদেবানা পেনবিরদুনা সাধকদাসীদা অশায়বা তাম্বুল পীনবি। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা রত্নপালঙ্কদা চেপথ্রে। মতম অদুদা ললিতানা চৌকিদা ফমহুনা <u>শ্রীকৃষ্ণগী চরণগী চিহ্ন তরামাপল</u> অমসুং বিশাখাসু চৌকিদা ফমলগা <u>শ্রীরাধিকাগী চরণগী চিহ্ন তরামাপল</u> দর্শন তৌহুনা শ্রীচরণগী ভোয়োক ভোবা, ভাঙ্ত্রানবা, শংবাগবা নিংথীবগী দর্শন ফংবদা পেঞ্জরি। মথাদা কোন্দুনা মনম নমহুনা মমায়দা অমুক থম, <u>তুম্দা</u> অমুক থম তৌহুনা মখুৎ অনি অনিতনা শ্রীচরণ সম্বাহন তৌজে। শ্রীচরণবু পোৎলম মচানা পূজা কচে ঃ— <u>কৈবাকনা সিংহাসন</u>, <u>হমাং ইরিকনা যন্ত্র</u>, <u>তচুংবনা অর্ঘ্য</u>, <u>তমা নৈবেদ্য</u>, <u>পি-না আচমন</u>, ইবু<u>ঙো ইবেম্মা অনিগী রস কথা</u> <u>ভাঙনবনা তাম্বুল</u>, <u>শ্রীচরণ সম্বাহনা আরতি</u>, খু<u>জানগী অঙোবনা পঞ্চারতি</u>, <u>খুজো মখোয়া কাংসি ওইহনা পূজা কংদি</u>। কনাগুম্বা সখীনা থাঙদা, কনানা নঙ্গন্দা, কনানা খুকউদা, কনানা খুবোমদা, কনানা শ্রীহস্তদা তপনা তপনা সেবা তৌজে। শ্রীরাধাকৃষ্ণ নয়ন য়াওনা চেপথ্রে। মতম অদুদা মাইকৈ মরিদা যুথল থাদরে, থোঙজাউ খিংজিন্নে।

দাসাশিংনা ঐচ্ছখোং অহোবদা খৌরী চিংছুনা ইবুঙো ইবেম্মগী শ্রীরূপ মাধুরী দর্শন তৌন-তৌনা ফুঙাইনা পল্থা খৌগল তৌরি। মরক মরক্তা ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা রূতি রূসগী রারী শাবা তাক্করগা দাসীশিং মঞ্জরীশিংনা কয়া হরাওজে। সখীশিং, মঞ্জরী-শিংনা মাগী মাগী মফমদা হিপনম্লে। শ্রীগুরুদেবীগী য়াথং মতুং ইন্না সাধকদাসীনা অষ্টসখী, অষ্টমঞ্জরী, গুরুদেবীশিংগী মকোক্তগী হৌদুনা নোংমগী অমম্মম চরণ সম্বাহন তৌরগা নোংমনা শ্রীগুরু-দেবীগী চরণ্দা, করিগুম্বদা মাগী জাগাদা তুমই।

অসোমদা নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত ফংবগী ভাবাবেশদা লৈরি। অর্দ্ধবাহ্য ভাবতা লৈরবদগী ভাবশান্ত ওইরক্লুনা শ্রীবাসনা থরাই য়াওনা হাপচরিবা মথল মথা অন্নান্ন মিষ্টান্ন, পাকান্ন, ফলমূল খিবিক্লু হারগা আচমন তৌদুনা শ্রীতিনপ্রভুনা রত্নমন্দিরদা রত্ন পর্য্যঙ্কদা লেঙ-শিন্দুনা কমই। ভক্তশিংনা প্রভুগী লুককমদগী অধরামৃত য়েন্নহুনা ফংনরগা তিনপ্রভুগী নাক্তা লাকলে। দাসশিংনা তাম্বুল হুমাইন-চিংবা খৌগল তৌই। মতুংদা প্রভুনা ইঙ্গিত তৌদুনা শ্রীবাসনচিংবা অমম্মং গোস্বামীপাদ, গুরুবর্গ লোইনমক মাঙ্গোন্দা চাকলুক থাদুনা মথং মনাও নাইনা ফমলে। শ্রীগুরুদেবগী য়াথং মতুং ইন্না সাধকদাসনা য়েল্লি। উটৈ-রাটৈ, যুবী, থৈবোংনচিংবা, মিষ্টান্ন, পাকান্ননচিংবা প্রভুগী অধরামৃত লৌদুনা চারগা আচমন তৌদুনা প্রভুগী নাক্তা লাকলে। সাধকদাসনা দাস ময়ামত্তু শীজরবা তুংদা, অধরামৃত খিবিক লৌশিন্দুনা থমলগা লা-শীং হুপ্লোকলুরে, রাই তৈথোকলে, কোল্লীক কেঙদোক্লুনা ভাণ্ডারঘরদা থমলে। মতুংদা অধরামৃত ফংলগা, রাই তৈথোকলগা শ্রীপ্রভুগী নাক্তা লাক্লুনা গুরুদেবগী ওয়দা লেপচরে। প্রভুনা ইঙ্গিত তৌদুনা দাসনা শ্রীবাসনচিংবা ময়ামদা তাম্বুল য়েল্লি। শ্রীমহাপ্রভুনা

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, ভক্তবৃন্দ পূন্নমকপু বিদায় তৌয়ে। প্রভু অনিনা ভক্তশিংগা লোয়ননা থোরকলে। শ্রীমহাপ্রভুনা য়ন্থ পর্য্যঙ্কদা চেপলে। শ্রীগুরুদেবগী ইঙ্গিত কংজদুনা সাধকদাসনা প্রভুগী শ্রীচরণ সম্বাহন তৌজবদা প্রভু নয়ন য়াওনা চেপখ্রে। ভক্তশিংনা পর্দার থাদদুনা থোঙজাউ মরি থিংজিন্নে, মাংলোন্দা মাগী মাগী জাগাদা হিপনখ্রে। মায়কৈ মরিদা থোঙলাউ অহোবদা থোন্নী চিংদুনা পথ্যা সেবা তৌদুনা শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌকৈ— কয়ানুক পেকৈ। প্রভুনা চেপখ্রবা তুংদা শ্রীগুরুবর্গগী থক্তগী হোনা মথং মথং শ্রীচরণ সেবা তৌজরগা করিগুম্বদা গুরুদেবগী শ্রীচরণদা, করিগুম্বদা মাগী জাগাদা তুমই।

মতাং অসিদা নক্ত লীলা স্মরণ লোইরে॥



# কাল নিপাল

১। নিশান্ত—চীংথৈ হুনগদবা পূং ২ মি ২৪ রাংলিছৈদগী অহুক পূং ৬ তাব। ফাওবা হায়বদি পূং ৩ মি ৩৬ তগী ৬ তাবা (দণ্ড ৬)।

২। প্রাতঃ—পূং ৬ তগী পূং ৮ গা। মি ২৪ ফাওবা (দণ্ড ৬)।

৩। পুর্ব্বাহ্ন—পূং ৮ মি ২৪ দগী পূং ১০ মি ৪৮ ফাওবা (দণ্ড ৬)।

৪। মধ্যাহ্ন—পূং ১০ মি ৪৮ দগী পূং ৩ মি ৩৬ ফাওবা (দণ্ড ১২)।

৫। অপরাহ্ন—পূং ৩ নি ৩৬ তগী পূং ৬ ফাওবা (দণ্ড ৬)।

৬। সায়াহ্ন—পূং ৬ তগী পূং ৮ মি ২৪ ফাওবা (দণ্ড ৬)।

৭। প্রদোষ—পূং ৮ মি ২৪ দগী পূং ১০ মি ৪৮ ফাওবা (দণ্ড ৬)।

৮। নক্ত—পূং ১০ মি ৪৮ দগী পূং ৩ মি ৩৬ ফাওবা (দণ্ড ১২)।

ইবেন্দগী গমনাগমন—

মাঘ শুক্লা দ্বিতীয়াদা (শ্রীপঞ্চমীগী মমাঙ) শ্রীদামনা যাবট্টা চৎলি। তৃতীয়াদা মবুং শ্রীদামগা লোয়নননা শ্রীরাধিকানা বর্ষাণ্দা লাকলগা মাঘ, ফাল্গুন, চৈত্র থা ৩ সি বর্ষাণ্দা লৈ। মাঘদা বসন্ত পঞ্চমী উৎসব, বসন্ত বিহার অমসুং মদন পূজা তৌই। ফাল্গুণ্দা হোরীলীলা, চৈত্রদা ফুলদোল, মাধবী বিলাস অমসুং বসন্তোৎসব তৌই।

বৈশাখকী শুক্লা দ্বিতীয়াদা শ্রীমতীগী মনাওনিপা শ্রুর্ম্মদ বর্ষাণ্দা লাকই। তৃতীয়াদা (চন্দন যাত্রা) শ্রীরাধিকাবু পুহনা যাবট্টা হল্লকই। বৈশাখ, জৈষ্ঠ, থা ১ সুমিৎ ২৯ নি শ্রীমতীনা যাবট্টা লৈ।

আষাঢ় শুক্লা প্রতিপদ সুমিত্তা শ্রীদাম যাবট্টা লাকই। রথযাত্রা দ্বিতীয়াদা শ্রীমতীবু বর্ষাণ্দা পুহনা লাকই। শ্রাবণ, ভাদ্র, আশ্বিন থা ৩ সুমিৎ ১১ নি শ্রীরাধিকা মপামদা লৈ।

শ্রাবণদা শ্রীকৃষ্ণগী লোয়ননা ঝুলন লীলানচিংবা, ভাদ্রদা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মাষ্টমীদা বার্ত্তন কংহুনা শ্রীমতীনা মপাবুং বৃষভানু নিংথৌ অমসুং মমাইবেম্মা কীর্ত্তিদা মহারাণীগা লোয়ননা শ্রীনন্দালয়দা নন্দোৎসব দর্শন লেঙই। মথংদা শ্রীমতী রাধিকাগী জন্মোৎসবতা বার্ত্তন কংহুনা শ্রীকৃষ্ণ বর্ষান্দা লেঙই।

আশ্বিনগী শুক্লা দ্বাদশীদা (দেবী পূজা মতুং) কুর্ম্মদ বর্ষান্দা লাকই। ত্রয়োদশীদা শ্রীরাধিকা পুহুনা যাবট্টা লাকই। কার্ত্তিক, অগ্রহায়ণ, পৌষ থা অহুম শুমিৎ ২০ নি শ্রীমতী যাবট্টা লৈ। আশ্বিন্দা শারদীয় উৎসব, কার্ত্তিক্কা মহারাস, দীপাবলী, অন্নকূট, গোবর্দ্ধন পূজা, ভ্রাতৃ দ্বতীয়ানচিংবা লীলা তৌই।

শ্রীললিতানচিংবী সখীশিং, শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী মঞ্জরীশিং, তুলসীনচিংবী দাসীশিং—শ্রীমতীগা লোয়ন-লোয়ননা বর্ষান অমসুং যাবট হঙংহন্দা চৎলি।

## বসন্ত লীলা

মাঘ শুক্লা পঞ্চমী শুমিত্তা শ্রীমহাপ্রভুনা প্রাতঃগী হৌনবী লোইহুনা স্নানচিংবা লোইরগা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী বাটীদা ভক্তশিংগা লোয়ননা লেঙই। শ্রীমদনগোপালগী মন্দিরগী বৈঠক্তা আরতি দর্শন তৌরবা তুংদা বসন্ত রাগদা কীর্ত্তন হৌরে। ভক্তশিংনা শ্রীমদনগোপালজীদা আবির থোগল তৌরগা প্রসাদি আবির চাইনরকলে। শ্রীমহাপ্রভুসু অন্তরঙ্গ ভক্তশিংগা লোয়ননা বসন্ত লীলাদা ভাবাবেশ ওইবিরি। স্বরূপ গোস্বামীনা 'ললিত লবঙ্গ লতা...' অসিনচিংবা পদগান তৌরকই। তৈহাক লৈরগা প্রভুনা বাহ্যদশা ওইরকলবদা কীর্ত্তন লোইশিল্লগা মরাম পুম্বা পোথানরে। অদুগী তুংদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগীদা প্রভুনা মহোশাশুমনা ভক্তশিংগা লোয়ননা—নন্দীশ্বরদা শ্রীরাধিকানা লুক হাবগী ভাব তৌহুনা—

লূক হায়গা চেপই। (মতৌ অসুম তৌনা শ্রীবাস পণ্ডিতকীদা অসুং অ.ত অতে ভক্তশি গী য়ুমদা নোংমা নোংমা লীলা তৌই)।

মাঘ শুক্লা চতুর্থী নুমিত্তা ব্রজমণ্ডলদা ভগবতী পৌর্ণমাসী দেবীনা লাউথোকই, "হয়েংদগী বৃন্দাবনদা চৎলগা ত্রিসন্ধ্যাদা অশোক বৃক্ষগী মখোঙ.। বসন্ত মদন পূজা গৌজরবদি লম্লুম, শ.-শন চাওখৎকনি অমসুং মপুরৈইবগী পুন্সি হুংশাংগনি।" নন্দ মহারাজনা শ্রীকৃষ্ণ বলরামদা গোচারণ তৌক্নুনা নুমিৎ নিফুনি চুপনা বসন্ত লালা শায়গৌ হায়না য়াথং পারে। পঞ্চমী নুমিৎকা অপুক্তা অহল ওইবী গুরুজন খিবিকনা যূথেশ্বরীশিং অমদি সখীশিংনা পৌর্ণমাসীনা হায়বা মতুং ইন্না য়াথং পীনরে। শ্রীবৃষভানু নন্দিনীসু য়াথংসি ফংলদুনা মহোৎসবনা প্রাতঃগী থবক লোইরগা নন্দালয়না লূক হোবা অমদি লূক হাবা লোইরগা বৃষভানুপুরদা অমুক লেঙখৎকুনা হৈহাক বিশ্রাম তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা শয্যাদগী লেঙখৎলগা পূর্ব্বাহ্নদা— শ্রীরাধিকানা মদন পূজা লেঙবগী ভাবাবেশ ওইদুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী বাটীদগী বসন্ত ঋতু বন্দা লেঙদুনা মাধবী-মণ্ডপ্তা ফমথরে। বনগী নিংথৌজবদু উবদা প্রভুনা ব্রজলীলাদা ভাব লুপখ্রে। স্বরূপ গোস্বামীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীবৃন্দাবনদা বসন্ত ঋতু বন্দা শান্নবা লীলাগী পদগান তৌরকলে। শ্রীমহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইখ্রে ভক্ত খিবিকসু ব্রজভাবতা লুপখ্রে।

বৃষভানুপুরদা ইবেম্মা লেঙখত্তুনা সখীশিংগা লোয়ননা মদন পূজাগীদমক লৈ, চন্দন অমদি অথুম অহাউ থোরাং তৌই। অদুগী তুংদা কিজেং লৈতেং থোনবা লোইরগা পূজাগী পোৎলমদু দাসীশিংনা পুরদুনা মদনপূজাগীদমক শ্রীবৃন্দাবন শাংনা লেঙলক্লে। অসোমদা বৃন্দাদেবীনা বসন্ত ঋতুগী হৌনবী নিংথীবা ফজবা খিবিকনা শ্রীবৃন্দাবনবু লৈতেংংখ্রে। হৈনোপাম্বীদা মপাল পোমলে;

লবঙ্গলতা, মাধবী লতানচিংবা ময়োল চোংলে ; পুন্নাগ, লৈহাউ, বকুল, কেতকী, অশোক, মাধবীনচিংবা লৈ মথল শুনা শাংলে ; কুন্দ কেনবা লোইপ্রত্না খোইমুশিংনা হৈনৌ অমদি মাধবী ভমলকলে। কোকিলনা হৈনৌ মশাদা তোংত্না শেংকাওবা খরদা কুহু কুহু খোংলকলে। রাহোং জগোই শারকলে। চামরী কোবী শজী অমোমশি গী মমৈনা রাই শিংপওমনা লৈমাই শেংদোকত্রে। শজী লাবদগী কস্তুরী থোকলে—মনম হুংশিবনা মাইগৈ তরাদা শন্দোকত্রে। খোইমু মপৈনা লৈগী লৈহী চুপ্তুনা গুণ-গুণ ভংলকলে। খোইহী শিন্দূরক্তুনা লৈমাই চোংথরে। মলয়া হুংশিংনা লিরি-লিরি হুমলকলে। হুংশিংনা হুম্বদা উরী-উনা খিবিক জগোই শারকলে। নিংথীজরবা শ্রীবৃন্দাবন অসিদা বৃষভানুনন্দীনা শ্রীমতী রাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা লেঙভক-পসিদি বসন্তগী কজবা হেঙ্গংহল্লগে হায়না নিংথিজবী হায়বী লাইরেম্বীত্না মূর্তিমতী ওইত্না লেঙলকপনি হায়নিংই। মাধবী মণ্ডপ্তা ময়াম লোইনা চঙত্না কমনত্রে। মতুংদা শ্যামা, চন্দ্রাবলীন-চিংবী যূথেশ্বরীশিংনা মাগী মাগী সখীবৃন্দ পুত্না থুংলরবদা ইবেম্মনা লেঙখত্তুনা মতিক মতিক চানা তরামনা ওকখি। বৃন্দাদেবীনা বনদেবা পাঙ্জিন্দুনা যূথেশ্বরীশিংবু কিজেং-লৈতেংহনত্রে। বৃন্দা-মশামকনা শ্রীমতীগী ষোড়শ শিঙ্গার অমসুং দ্বাদশ আভরণ থোগাল তৌরে। কোক্তা লাইবক্তা যান্থরকপা বকুলনা শেম্বা লৈতেং, মাছুগী মথোকনা নাগকেশরনা ওইবা, নাদা হৈনৌমপাল অপোম্বা, শুক-শমদা মাধবী পরেং। মতৌ অমুবনা যূথেশ্বরীশিংসু লৈতেংলে। উৎসবকী পোৎচংদি—স্ফটিকমণি, স্বর্ণমণি, নীলমণি, পদ্মরাগমণি, প্রবালমণি, বৈদূর্য্যমণি অমসুং হীরাগী পিচকারী—মাছুদা কুঙ্কুমগী, কস্তুরীগী, চন্দনগী, কর্পূরগী, কেশরগী, আতরগী অমদি গোলাপ থাউগী মহীনা থম্না থম্না হানবা। লৈগী লীকুং, লৈগী ভেকৈ,

লৈনী মহী রোম্বা কীবুল, লৈপরেংনচিংবা কল্পবৃক্ষদা মহৈ পানব-শুমনা বৃন্দাগী য়াথংনা বনদেবীশিংনা শেম-শাত্নুনা য়াম্লুনা থমল্লে। মরাম পুম্বা শেম-শাত্নুনা কমত্নুনা লৈরে।

মতম অসিদা স্বর্গদগী পুং-ইশৈ-জংগোইগী গুরু ওইরবী মাতঙ্গী কোম্বী কিন্নরীনা মাগী লোয়নবী কয়াগা লোয়ননা থুংলরে। মতমত্নুদা বৃন্দানা ইবেম্বরা হঙ্গংলি, "স্বর্গদগী মাতঙ্গী ইশৈ খোগনল তোগে হায়না থুংলরে।" ইবেম্মনা কমত্ত হায়না তাক-পিরগা হংলকই, "মাতঙ্গীগী লোইনবীশিংসিদি মমিং করি করি কোই ?" বৃন্দানা খুমই, "শ্রুতি কুন্নিথোই, স্বর তরেং মূর্চ্ছনা কুম্মাথোই, গমক তরামথা রাগ তরুক, রাগিণী কুন্থ্ৰা তরুককনি।" মসিমনা বসন্ত রাগ হায়বত্নুনি—মকিনা সনাকীগে, কাঁচলীগু খাথরীগু ; মথুং ওয়দা কোকিল, য়েম্বা হৈনোমপাল ; কোকিলদা হৈনোমপাল পীজরি। শ্রীরাধিকানা বসন্ত রাগ রোমদা মীৎচিনা হাইফেং য়েংবিবদা পোকপগী মহৈ য়াঙ্গরে হায়না খঙ্গথি। অত্নুগী তুংদা ইবেম্মনা 'মাতঙ্গীত্নু ইশৈ অমত্তং শকউ হায়য়ু' হায়না তাকপিরকই। মাতঙ্গীনা মাত্নু তারত্নুনা হায়জরকই, "ইবেম্মা ! ইবেম্মগী ইশৈনা জগৎপু শুঙ্কংপিরিবা শ্রীকৃষ্ণমকপুসু শুঙ্কংলিবনি। ননাইনা ইবেম্মগী মাঙদা করি ইশৈনো শকদবসিবো ?" বৃন্দানা হায়রকই, "ব্রজেন্দ্রনন্দন। বসন্ত রাগদা আলাপ তৌরক্তি লৈ মরক-সিদা মাতঙ্গী নংনা বেলা বেলী রাগদা ইশৈ অমত্তং শকউদনা।" মাতঙ্গীনা মাগী লোয়নবী ময়ামগা পুন্ন ইশৈ শকই। ময়াম পুন্নমক মাত্নুদা পেন্নথি। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়ননা বসন্ত রাগদা ইশৈ শক-শক্তুনা লোংওকই—ইশৈদি "নবীন বসন্তে নবীন মনোরথে…" অসিনচিংবা। ইশৈ অসি তাবদা যূথেশ্বরীশিং অমদি সখীশিং লোইনমক চপমান্ননা শুঙ্কংখি। বৃন্দানা হায়রকই, "হে রাধে ! মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা

লোয়ননা ইশৈ শক-শক্তুনা লেঙুকলে।" ময়ামগী খোঙ্গেম ময় মথল মথাগী মখোনগা পুন্না তিন্নখিবহুদি ( যক্ষঃ কর্দ্দমবৎ ) ভোঙান ভোঙানব; খোঙ্কোক ময়ামচুনা তাল অনত্তদা তিনবহুদি কয়াদি নিংথিব্রে। অভাবা মী পুন্নমক্তী পুকনিংবু ঙাওহল্লি। বসন্তমকনা সাক্ষাৎ ওইনা চোংথোক্তুনা জগোই শাল্লিমান্নে— ইশৈ শকলিমান্নে হায়না নিংই। শ্রীকৃষ্ণনা খোল্লিবদি—বসন্তমচু হায়রবদি য়াইঙংমচুগী থাংচেং, ঙৌরোক ঙৌবা কোয়েৎনা ওয়রোমদা হাইকেৎ চেপনা—মাহুদা রাহোংমতু—মাহুবু য়োমচুনা পুন্নাগা কোবা ( নাগকেশর ) লৈগী নাচোম—মাহুদা অমুক থোইম্রুশিংনা ঙংলিবা ! নাদা কুণ্ডল—কুণ্ডলগী অহোবদা হৈনৌমপাল—মাহুগী মমিনা ইবুঙোগী খজাইদা অঙকপা ফংনা ফজরি। শমজৌদা মাধবী পরেং—শ্রী অঙ্গদা থাংয়োনা চোনবা ফুরিং—মণিগী শরীক মচা মচা—রেশমগী থোরীমচা—মাহুদা মুক্তা পয়েং লেংলিবা—ওয়থংবা শ্রীহস্তদা মুরলী য়েথংবা শ্রীহস্তদা লৈগী কৌবুল হাই হাইহুনা লেঙশিল্লকলি। চরন্দা মণিগী নূপুরনা অথুবা তালদা ঝুংশিনা রুণু-ঝুণু খৗংলকলি। সখাশিংনা মাইকৈ মরিদা পঞ্চম স্বরদা ইশৈ শকলি। বীণা মথল মঙা মথল মথলগী মৃদঙ্গ ( পুং ), বংশী, বেণু, মন্দিরা, করতালনচিংবা যন্ত্র মথল মথল খোংলি—রৈরি। আবির গোলাল-নচিংবা মথল মথলগী মকুপনা মায়কৈ মমল্লে। মতৌ অসুমনা শ্রীকৃষ্ণ লেংঙকই। য়েন্তা সুবল, ওয়দা উজ্জলনা শ্রীকৃষ্ণদা তাম্বুল পাঙে। মাঙদা মধুমঙ্গলনা জগোই শাল্লি। ইশৈগী তাম্বা চানা পানা শায়হুনা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়ননা জগোই খোল্লি—ইশৈ শকলি, বাদ্য করা খোংলি—মহৈ মহৈ আবির গোলাল—পিচকারি কাপনরি।

বৃন্দানা শ্যামাদা হায়জে, "কয়াদা ফজ[illegible]নো য়েংউ সখি !" শ্যামানা খুমলকই, "কুলবর্দ্ধ কোবা মুগী শঙ্খ কোবা থোঙ

অসে উৎকণ্ঠা কৌবা শীংজংনা য়ানথায়বা ওমদবনা ঐখোইদি অসিয়াইদ অশুয মদন পুজাগী লৈ হেকচগে। য়েংনিংলগা চত্তুনা য়েংলু চৎলু। ঐখোইদি ইনাক্তা লাকলগা য়েংজগে।" বৃন্দানা শ্রীমতীদা হঙ্গৎলি, "চারুচন্দ্রাবলীনচিংবীবু মাতঙ্গীগা লোয়ননা হৈনোবন্দা বসন্তরাগদা ইশৈ হোৌজরগে।" ইবেম্মনা য়াবিরবদা চারুচন্দ্রাবলীনচিংবীনা মকমন্থদা চৎলগা পুং-ইশৈ অমদি আবির পিচকারী কাপনবা শান্নবা হৌরে। অঙকপা কংনা কঙ্গল্রে—খুবাক খুবগী মখোনগা লোয়ননা নূপুর মখোয়ে, হাইবদা খুজীগী মখোয়ে, যন্ত্রগী মখোয়ে, খোঙজেল ময়ামগা পুম্না তিন্নখিহুনা সুত্তাই-বগী ইথক ইপোম হৌরকলে। বৈকুণ্ঠদা ব্রহ্মানচিংবা লাই কাওবা ওঙ্গৎখি। ইবেম্মনা ইশৈ তানা-তানা, নাকয়েন্না য়েংনা-য়েংনা ললিতানচিংবী সখীশিং লোয়ননা মাধবী লৈকোল্দা লৈ হেকলি। মতম অসিদা মধুমঙ্গলনা কৃষ্ণ য়েংহুনা হায়রকই, "ইতাও! অঙকপা খোজেনসি কদাইদগীনো? মসিবু ঐখোইনা শকপসিগী খোঙ্গাং ওইরিব্রা নত্রগা করিগী খোজেল ওইরিগদগে?" শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মকই "অমুক্তং চত্তুনা য়েংউদনা!" মাহ্ তাবদা মধুমঙ্গলনা ময়াম মরক্তুগী খোকখিহুনা অহানবদা হৈনোবনগী নিংখিজবা য়েংউরগা মাধবী মণ্ডপ মনাক্তা চঙহুনা য়েংলবদা শ্রীরাধিকান-চিংবী ময়ামনা লৈ হেকপহ্ উরে। চঙশিন্দুনা হায়রকই, "হায় ললিতা হায়বী কত্তবী! নখোইনা করিগীনো ইতাওগী মাধবী লৈকোল্দা লৈ খদংলিবা? ঐখোইগী ইতাওগী লিনগী মশক ওইরবা পাম্বোমগী মণ্ডপ থঙ্গদব্রা?" অসি হায়রমলগা সখা ময়ামগী মরক্তা হল্লক্তুনা হায়রকই, "য়েংউয়ে বসন্ত ঋতুগী তৌবা ওবা শক্তি থমথেংনা ফুদোকলে—সাক্ষাৎ মূর্ত্তিমান ওইনা বসন্তনা চোংথোকলে। জগোই ইশৈ, আবির গোলাল, পিচকারী, কীবুল—ওয়ে যন্ত্র কয়া খোংলি য়েরি। ইতাও নংদি ব্রজ নিংথৌগী

মচানি হায়বত্থ মঙায়দা ঐনা উরকলিবসিগা চাংদমনরুরবদি অসিদা তৌরিবসিদি করিস্ন লৈখিত্রে।" মাহ্থ তাবদা সখাশিংনা হায়রকই, "নংদি লৈগী মধুপান তৌবদা ঙাওরবা মীনি। অহ্থনা ঙাওরহ্থনা মীগী মগুণ থাগৎলরিব্রা ঐ.খাইদা?" মধুমঙ্গলনা খুম্মকই, "ঙাওদেদা, ঐনা হোজিক ইশৈ জ:গোই হৌরকলবদি নখোই পুম্নমকপু শুঙ্কৎপা ঙমগনি।" কৃষ্ণনা নোকলহ্থনা হায়রকই, "ইতাও! অমুক্কগা য়েংউখো।" মধুমঙ্গলনা "সখা কনানো অমবু অমুক থারোদা।" কৃষ্ণন। "নংগুম্বদি অমত্তন্ন য়াওদে, অতৈ কনাবুনো থাগদবসিবো?" মধু‑ঙ্গল, "অহ্থ ওইরবদি ঐখোই অনি চৎসি।" কৃষ্ণন. "করে, ঐ নতুংদা অম্ন: ইরকে।" অসি হায়নহ্থনা মধুমঙ্গলনা অমুক হন্না সখা.শংগী মনাক য়োরক্ল,না লাউরকই, "হায়! ললিতা হায়বী! ইতাওগী নৈকোম্নগী হজিন-হজিন লৈ হেকলিববু করিগীনো? থাম্বন্ন য়াদে। কৈ থঙনি— নতিক চাবা দণ্ডি পীহনগে।" মাহ্থ তাবদা ললিতা খুমলকই, "ইকাইবা খঙদবা রায়াম ঙাংবা বামন মচা! ঐগী ইচিল অসিদগী অথীবা রাহৈ তানি.বনিংনে! নংগী সখা হায়ববু মানা করি ওইরিবগে? ঐখোই-ইশাগী লৈকোম্নগী লৈ হেকচরগা মদনপূজা তৌগদৌরিবনি! মাসিদ: থিংগদৌরিবসিবু ন.গী নখৌ করি লৈ?" মাহ্থ তাবদা মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "ঐখোইগী ইতাওদি সাক্ষাৎ মদন-নিংথৌনি। অহ্থগা ইতাওবুদি থওইজগা কনা মদমো নখোইনা পূজা তৌগদৌরিববো? কামদে ঐ পুরোহিত ওইবিগে লাউ, অশেংবা মদনগী পূজা তৌজয়ো লাউ।" ললিতানা চারুচন্দ্রাবলীন-চিংবীদা ইঙ্গিত তৌহ্থনা সখীশিংনা মধুমঙ্গলবু পুমকোয় কোয়-শিনরে। মনম হুংশিরবা ইশিংনা মথা পুম্বা হৈজীনখিরে, রং, আবির, উফুল, লৈখোম তনা তৈশিনবিহ্থনা য়েংবদা হুতহুমনা অকিবা অমম্বং নোকনিংবা পোকলে। মধুমঙ্গলনা য়ানা লাউরকই,

"হো ইতাও! শঙ্গোমগুম্বী কন্যাশিংসিনা বসন্ত উৎসবতা ভাও-খিহনা ব্রাহ্মণ হাংকদোরে। চেনগে তৌবস্নু ওয়ম্নে, মীৎনু উফুন্না পূম্বম মমথ্রে। ঐবু থরা কনবিয়ো।" কৃষ্ণনা "সথাশা! মধুমঙ্গলগী ব্রহ্ম তেজগী মগুণ উনিংলবদি য়েংহৌরয়ো চেন্নকলো।" সথাশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণনা লেঙশিল্লক্লুনা গোপীশিংদা হায়রকই, "নিংথীবীশা! নখোইদি বসন্ত উৎসবত. ভাওরহুন. ব্রহ্মবধগী পাপ বিত্রবোই! ঐগী ইলাওবু লাকনবগী মতিক চাবা দগুনি থক্তভু।" থসি হায়হনা ইবুঙোনা অস্নুক্কী মতি হৈনা লৈগী ফীবুলহু অমুক্তং হাইববু—সখী অমত্তা চিথ্বদনা লোইনা রং চোংলে। মতম অহুদা ব্রজস্নু দরীশিংন লানগী খোল্লাউ লাউহনা চঙলকপদা পক্ষ অনিসি অকনবা লান থেংনরে। মাহকৈ অনিমক্তগী জিশিং লিশিং ওইনা লৈগী ফাবুল, লৈগী তেল, রংমহী, পিচকারী, রংমকুপ, মপং লংশিন্নরকই। রংধূলিনা মাহকৈ মরি মমথ্রে। রংমহীনা বৃন্দাবন-ভূমি অমদি যমুনাগী ইশিং লোইনা পূমভাক্ত ভাওথ্রে। অস্নুমনা লাম্বোনবা থৈহাক ওইরবদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপাঙ্গনাশিংগী মরক্তা লেঙশিনথ্রগা বংশী খোংথি। লানফমদা লাল্লাউ লাউবগুমথ্রে—ইবুঙোগী মীৎচিগী তেম্না পান্দুনা লোইনমক অ্যান মাঙনথ্রে—হকাম চমথ্রে। নিদ্রাদেবীনা গুন্ধংপগা মাম্নথ্রে। চন্দ্রাবলীনা মাগী তেজোম্না মায়থীবা উবসিদা মীৎচিগী তেন কাপ্তুনা পাম্বোমগী খোরৗনা শ্রীকৃষ্ণবু পুনথ্রে। থৈহাকী তুংদা আবির-গোলালনা মথৎ করবদা শ্রীকৃষ্ণনা পুনবহুদগী নাম্বোক্তুনা মধুমঙ্গলগী নাক্তা চঙ্ককই। মধুমঙ্গলনা হি-হি নোক্তুনা খুবাক খুহনা জগোই শানা শানা হায়রকই, "ইতাও! হুঙাইরেদা! ঐঙোন্দা লাকন-খিবহুগী মতিকচাবা কল কংলেদো মখোই। গোপাঙ্গনাশিংসি হোৎজিক্তি করি থোকলে। মপাঙ্গল শোম্বুরে। হকাম চম্নুনা থাঙলে। মশা তুজুং মাম্বুংলে। অ্যান মাঙবমথৈ ওম্বাৎথ্রেদো।

ইভাও! অসিদগীদি চৎলসি।" কৃষ্ণনা, "করিণীনো?" মধুমঙ্গল "করিণীনো হায়বা? খঙ্গত্রিবোগনে। নহাকনা হৌজিক জয় তৌরিবা অসিদগী হেনবা কল্লবা মহাযোদ্ধা লৈরিয়ে। মহাক অঙবু জয় তৌবদি য়াম্না য়ানি। মাগী মীৎচি অমত্তদা নহাক জ্ঞান মাঙগনি। অদুদদি ঐবুসু অমুকা অরাবা পীররনিদো।" মত্তমহুদা সখাশিংনা হায়রকই "মীকিথীসি ঐখোইগী ইরক্তা য়াওহনবসি চুমজ্রেদা!" মধুমঙ্গলনা খুম্নকই, "ঐবুদি কনাবুসু কিবিদেয়ে। ঐগী ব্রহ্মতেজনা গোপাঙ্গনা পুম্নমকপু জ্ঞানথায়ও। ভমগনি। অদুদা ঐখোইগী ইভাওসিনিনে য়ামনা কিরিবদে।" কৃষ্ণনা, "নংনা য়ামনা কিরিবহুবু কদাইদা লৈবগেনে?" মধুমঙ্গল, "আদগীসে উরবরা?" কৃষ্ণনা "চঙশিনসি।" মধুমঙ্গলনা খোঙকম অমা-অনি থাংলগা হন্দোক্তুনা "ইভাও নং মাঙ থাও।"

শ্রীকৃষ্ণনা মাধবী মণ্ডপ ভমনা লৈগী কৌবুদ পায়রুনা লেঙ-শিল্লকই। মতম অদুদা ললিতানচিংবী সখাশিংনা মীৎচিগী তেন কাপ্লকপদা শ্রীকৃষ্ণগী হৃদয় কবচ কাওহনা চঙখি। শ্রীকৃষ্ণগী মীৎচিগী তেন্না শ্রীরাধিকাগী থম্মোই কবচ কাওহুনা চঙখি। মতম অদুদা ইবেম্মনা মোমোন নোক্তুনা মীৎচিগী তেন কাপখি। শ্রীকৃষ্ণ জ্ঞান মাঙখি—তুম্মংখি। মধুমঙ্গলনা মাহু উবদা "ইভাও! কিগহু ঐ লৈ।" অসি হায়রুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ পায়রুনা লৈগী কৌবুদ হাপই। শ্রীকৃষ্ণসু কৌবুদন্ত পায়রুনা লেঙশিনখি। মাহু উবদা ইবেম্মনা শীশুন জগোই শাহুনা উকৌদনা পাইশিনখিহুনা মোমোন নোক্তুনা ইবুঙোগী থবাক্তা অঙাঙবা মচুগী কৌবুনা অমম্লুং অশোক কৌবা লৈনা কল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা খিঙং মীংহমরমলগা মাঙদা অমুক চঙশিল্লুনা সখীশিংদো হংলকই, "ঐতোন্দা হৌজিক থারবহু কনাননো?" অসি হায়হুনা শ্রীরাধিকা ভমনা লেঙ-শিল্লকই। মাহু উবদা ললিতানা মাঙদা থঙুনা হায়রকই, "ইবেম্মগী

নাক্তা চংগদবা কনাগী মতিক· লৈ ?" শ্রীকৃষ্ণনা "কনাননিনা ঐঙোন্দা ফুরবহ্ ?" ললিতানা কনানা থঙজবংগ ?" মতম অসিদা শ্যামা সখীনা লোম্না কমহ্না লৈবসি উরে। শ্রীকৃষ্ণনদি ইবেম্মগা শান্ননিংবনি। অহুদু ইবেম্মনদি শ্যামাগা হান্না শান্নহন্নিংই। মরম অসিনা ইবুংঙোদা মীৎনা ইঙ্গিত তৌই। ইবুংঙোনা শ্যামাগী নাক্তা লেঙশিন্নগা রংমহী, রংমকুপ, কস্তুরী, কুঙ্কুম, আবির গোলাললচিংবনা তৈক্লয়ে। মাহ্ উবদা শ্যামাগী সখী বকুলমালানা হায়রকই, "হে হৈশিংলবা ইবুংঙো ! ওহ্নোকনম্ন হৈন্নেদা ! মরাল লৈজদবী ইতাবু করিগীনো অন্নাবা পীবিরিবা ?" শ্রীকৃষ্ণনা "ঐঙোন্দা ফুরবহ্নদি কনানিনা ?" বকুলমালানা খুম্মকই, "মুক্তাগুমনা ইলং লংলবা য়াত্তোন্না নোকলিবী অসিননি।" মাহ্ তারবদা শ্রীকৃষ্ণনা কীবুল পায়রহ্না ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশিন্নগা "তৌবা ওবা নপাজল অহ্ক ফুদোকউদনা।" ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌবদা সখীশিংনা "কোয়শিল্লু—কোয়শিল্লু, মার মার" হায়না লাউনরকই। মাহ্ তাবদা তেনরা অযোম, কোকিল অযোম, অমম্নুং রাহোং অযোমনচিংবম্ন "মার মার" হায়না খোংনরকলে। মাতঙ্গীনা মাগী লোয়নবীশিংগা লোয়ননা বীণানচিংবা মখল মখা অরাংবা যন্ত্র খোংহ্না ইশৈ শকৎলকলে অমম্নুং জগোই শাগৎলকলে। সখীশিংনা মাইকৈ মরিদা কোয়শিন্দুনা কীবুল পিচকারী অমদি আবির চাইহ্না কোয়তাল তাক্লে। অমরোমদা কারহ্না চেল্লি অমরোমদগী অমুক থৎচন্নকই। মাহ্ উবদা সুবলনচিংবনা হয়রাউহ্না ইশৈ শকৎলে, মধুমঙ্গলনা জগোই শাগৎলকলে। অম্নমনা হৈরোক শামরবা তুংদা সখীশিংনা পুন্নপনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়শিন্দুনা রংমহী, রংমকুপ, আবির, গোলাল, কস্তুরী কুঙ্কুম, লৈ লৈথোকনচিংবনা খোগল তৌরে। হাসতুমনা শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংবু মানবিনা লীলা তমলি অহুদু গোপাঙ্গনাশিংবু পুন্নপনা দর্পন তৌবগী তুকাইনা

বিলাস অত্তদা পেনগ্রহনা ইবুঙোনা মায়থিরে হায়বা মওং উত্তুনা শ্রীমুখহু মকশিল্লি। লাপ্পা মায়পাকলবী সখীশিং কনাগুম্বীনা বংলী মুল্লি, কনাগুম্বীনা লৈগী তেল মুল্লি, কনাগুম্বীনা লৈগী লীক্লং অমমুং কনাগুম্বীনা সনা কীগে লাক্তুনা চিংই। কনাগুম্বীনা গুক্তা থোমবা লীকনচিংবা মুনগে তৌবদা ইবেম্মনা মীৎনা ইঙ্গিত তৌহুনা প্রাণ-নাথবু অহুম তৌহু তাকখি। ইবেম্মনা ইবুঙোগী নাক্তা লেঙশিল-লক্তুনা কীজীনা ইবুঙোগী মায়থোং থম্বাল তৈথোকই। কনাগুম্বী সখীনা শ্রীমুখদা তাম্বুল ইল্লি। শ্রীরাধিকানা ইঙ্গিত তৌবদা শ্যামা-সখীনা কীজীনা ইবুঙোগী হুমাই থোগল তৌই। ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থাগী মাধুর্য্যহু পেম্না পান তৌখি। লাপ্পা জয় ওইরবা অকনবা অমগী মকমদা তৌবা হোনবা ইবেম্মগী ব্যবহার অহু উবদা মধুমঙ্গলনা গর্ব্বগা লোয়ননা হায়রকই, "ঐগী ইতাওনা জয় ওইরে। ঐগুম্বনা শেম্নরিঙৈদবু কাহ্নাইনা মায়থিবা হোনবরাও! সখীশা— নথোইনা মায়থিত্রবদবু অহুম হায়না নথোইনা ইতাওগী সেবা তৌগত্রাও?" মাহু তাবদা পেম্নহুনা ইবেম্মনা মধুমঙ্গলবু কৌশিন্দুনা ইবেম্মগী গুকশমদা থোনবা লীক-পরেং মধুমঙ্গলদা হুকখ্রে। বৃন্দা-দেবীনা অমদি মাতঙ্গীনচিংবীনা বসন্ত উৎসব দর্শন কংজবদা পোকপগী মহৈ য়াম্লে নিংজখি। অহুগী তুংদা সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা মাধবী মণ্ডপ্তা লেঙশিনখি। সখাশিংনা উথোং উথোংদা পোথানহৌই অমমুং মহৈ মহৈ মশাগী মরাইবকপু থাগৎনৈ। ইবুঙোনা সখীশিংগা লোয়ননা মাধবী মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা কমলে—দাসীশিংনা বেশভুষণ থোগল চঙই। মাতঙ্গীবু বস্ত্র—অলঙ্কারনচিংবা মনা পীনবিহুনা বিদায় তৌরে। অতগী তুংদা ইবুঙোনা সখাশিংগা অমমুং ইবেম্মনা সখীশিংগা উহৈ, রাহৈ, অথুম অহাউ পুথোক্তুনা হায়গা ইবুঙো-ইবেম্মা পুষ্প শয্যাদা চেপশ্লে। দাসীশিংনা শেষামৃত কংজরগা মতমগী সেবা চঙজখি।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা বসন্ত ঋতুবনগী মাধবী মণ্ডপ্তা ভক্ত-শিংগা লোয়ননা ভাবাবেশ ওইবিরি। লৈগী মনম কংকদা খোইমুশিংনা ভংবা অমদি কোকিলনা খোংবা মখোল তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তশিংমু ভাবশান্ত ওই। স্বরূপ গোস্বামীনা রাধাকৃষ্ণগী বসন্ত খেল লোইরকপদা ফিজেৎ-লৈতেং খোনবগী পদগান তৌরকই। শ্রীবাস ঠাকুরনা তিন প্রভুগী মাল্য চন্দন সেবা চঙই। অদুগী তুংদা নিতিলীলা কায়দনা বনভ্রমন তৌরগা শ্রীবাস উদ্যানদা লেঙশিন্দুনা মধুপান লীলানচিংবা গান তাহনা মরাত্মক ভাবাবেশ ওই।

শ্রীবৃন্দাবনদা বসন্ত ঋতুবনদা মাধবী মণ্ডপ্তা পুষ্প শয্যাদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ সখীশিংনা খোগল তৌহনা চেপই। সখীশিংনা হোৗগত্তুনা ইবুঙো-ইবেম্মবু জাগাইরে। শ্রীগুরুরূপা মঞ্জরীগী ইঙ্গিত কংজহনা সাধকদাসীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরণ সেবা তৌজে। ইবুঙো-ইবেম্মা লেঙখত্তুনা মুখ প্রক্ষালন তৌরবদা তাম্বুল সেবা চঙজে। তাঙা অসিদা সখীশিংমু ইবুঙোগী নাক্তা চঙলকলে। অদুদগী নিতিলীলা কায়দনা মধুমঙ্গলনা গ্রীষ্মবনগী নিংথিবা দর্শন তৌহল্লি। মথং মথং ষড়ঋতুবনচিংবা বনভ্রমন তৌরগা মাধবী মণ্ডপ্তা মধুপান অমস্তুং কুঞ্জদা শয়ন বিলাসনচিংবা নিতিলীলা তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা নিতিলীলা কায়দনা ভাবশান্ত ওইরবা মতমদা স্নান বেশভূষণচিংবা লোইরগা মিংশেন্দা শ্রীমুখদর্শন তৌরুবদা ভাবাবেশ ওইখি। মথংদি নিতিলীলা কায়দে।

শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ভোজনমন্দিরদা অমস্তুং শয়ন-মন্দিরদা শয়ন নিতিগুমনা তৌই, মহোৎসাগুমনা পাশখেলানচিংবা তৌই, মদন পূজা লোইবগা ইবেম্মনা মুখরাগা লোয়ননা বর্ষাদা লেঙই, মথংগী লীলাদি নিতিগুম কায়দে।

<u>বসন্তকা নবদ্বীপকী মহোৎসব তৌফা</u>—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ । | শ্রীপঞ্চমী ( মাঘ ) | শ্রীঅদ্বৈত প্রভুকী | পজায় |
| ২ । | ষষ্ঠী | শ্রীবাস পণ্ডিতকী | ,, |
| ৩ । | সপ্তমী | শ্রীঅদ্বৈত প্রভুকী | ,, |
| ৪ । | অষ্টমী | শ্রীচন্দ্রশেখরকী | ,, |
| ৫ । | নবমী | শ্রীধনঞ্জয় পণ্ডিতকী | ,, |
| ৬ । | দশমী | শ্রীজগদানন্দপণ্ডিতকী | ,, |
| ৭ । | একাদশী | শ্রীরাঘব পণ্ডিতকী | ,, |
| ৮ । | দ্বাদশী | শ্রীবনমালী সরকারকী | ,, |
| ৯ । | ত্রয়োদশী | শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুকী | ,, |
| ১০ । | চতুর্দ্দশী | শ্রীমধু পণ্ডিতকী | ,, |
| ১১ । | পূর্ণিমা | শ্রীনরোত্তম মহাশয়কী | ,, |
| ১২ । | প্রতিপদ ( ফাল্গুন ) | শ্রীস্বরূপদামোদরকী | ,, |
| ১৩ । | দ্বিতীয়া | শ্রীরামানন্দ গোস্বামীকী | ,, |
| ১৪ । | তৃতীয়া | শ্রীগোবিন্দানন্দ ঠাকুরকী | ,, |
| ১৫ । | চতুর্থী | শ্রীবসু রামানন্দকী | ,, |
| ১৬ । | পঞ্চমী | শ্রীশিবানন্দ সেনকী | ,, |
| ১৭ । | ষষ্ঠী | শ্রীগোবিন্দ ঘোষকী | ,, |
| ১৮ । | সপ্তমী | শ্রীমাধব ঘোষকী | ,, |
| ১৯ । | অষ্টমী | শ্রীবাসুদেব ঘোষকী | ,, |
| ২০ । | নবমী | শ্রীপুণ্ডরিকবিদ্যানিধিকী | ,, |
| ২১ । | দশমী | শ্রীনরহরি খণ্ডবাসীমুরারী গুপ্ত ঠাকুরকী | ,, |
| ২২ । | একাদশী | শ্রীদাস গদাধরকী | ,, |
| ২৩ । | দ্বাদশী | শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী | ,, |
| ২৪ । | ত্রয়োদশী | শ্রীলোকনাথকী অমন্তুং প্রভুকী | ,, |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৫। | চতুর্দ্দশী | শ্রীমহাপ্রভুগী | শদায় |
| ২৬। | অমাবস্যা | শ্রীশ্যামানন্দগী | „ |
| ২৭। | প্রতিপদ | শ্রীরূপ, সনাতন, শ্রীজীবগী | „ |
| ২৮। | দ্বিতীয়া | শ্রীরঘুনাথ আনগী কবিরাজ গোস্বামীগী | „ |
| ২৯। | তৃতীয়া | শ্রীগোপালভট্ট, শ্রীনিবাস অষ্টকবিরাজ, ছয়চক্রবর্ত্তীগী | „ |
| ৩০। | চতুর্থী | শ্রীঅভিরাম ঠাকুর, দ্বাদশ গোপালগী | „ |
| ৩১। | পঞ্চমী | শ্রীসুন্দরানন্দ ঠাকুরগী | „ |
| ৩২। | ষষ্ঠী | শ্রীগৌরিদাস পণ্ডিতকী | „ |
| ৩৩। | সপ্তমী | শ্রীকমলাকর পিপলাইগী | „ |
| ৩৪। | অষ্টমী | শ্রীউদ্ধারণ দত্তগী | „ |
| ৩৫। | নবমী | শ্রীমহেশ পণ্ডিতকী | „ |
| ৩৬। | দশমী | শ্রীপুরুষোত্তম ঠাকুরগী | „ |
| ৩৭। | একাদশী | শ্রীনাগর পুরুষোত্তমগী | „ |
| ৩৮। | দ্বাদশী | শ্রীপরমেশ্বর দাসগী | „ |
| ৩৯। | ত্রয়োদশী | শ্রীকালা কৃষ্ণদাসগী | „ |
| ৪০। | চতুর্দ্দশী | শ্রীনৃসিংহানন্দগী | „ |
| ৪১। | পূর্ণিমা | শ্রীমহাপ্রভুগী | „ |

## হোরীলীলা—

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ফাল্গুনগী কৃষ্ণা প্রতিপদ হুমিত্তা প্রাতঃগী হৌনবী লোইরগা স্নান ভোজনচিংবা নিতিশুমনা লোইরগা পূর্ব্বাহ্নদা লেঙথত্তুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা বনগী নিংথিবা দর্শন লেঙবদা বসন্ত ঋতুবন্দা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমই। স্বরূপ গোস্বামীনা হোরীলীলা শকই। ইশৈ অমম্পুং উন্নগী মখোল তাবদা প্রভুনা জগোই থোক্লি। ভক্তশিংনা আবির গোলাল,

পিচকারীনচিংবা শায়রে। মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইদুনা গদাধরগী হকচাংদা পিচকারী কাপই। ভক্তশিংনা আবির চাই। মতৌ অমুঅনা হোরী খেলদা প্রভুগী মন চঙখ্রে। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুক্নিং থঙলদুনা শ্রীবৃন্দাবনদা ইবুঙো-ইবেম্মগী বসন্ত ঋতুবদা শান্নখিবা হোরী খেলাগী পদ বসন্তরাগদা শকই। মাহ্নু তাবদা মহৈ মহৈ মাগী মাগী ভাবতা লুপনখি।

ব্রজদা শ্রীবৃষভানুপুরদা ইবেম্মনা প্রাতঃগী হৌনবী লোইরগা শ্রীযশোদা মাতাগী য়াথং মতুংইন্না নন্দালয়দা লুক হৌরুনবা সখীশিংগা লোয়ননা হোরীলীলাগী পোৎচংনা চহি নৌরিবী দাসীশিংবু পুহল্লগা লেঙ্ঙকপনা কুন্দলতানা লুচিংদুনা নন্দীশ্বরগী নিংথিজবা দর্শন তৌন-তৌনা চঙশিল্লকই। তাঙ্গা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়ননা চঙজক্লুনা আবির গোলাপ, রংমহী, পিচকারী হৈথররে। অমুমনা ওহাক শান্নরবদা রংথুলীনা মাইকৈ মমপ্পবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু আলিঙ্গন, মুখ-চম্বন তৌরমলগা সখা মরক্তা চেন-শিনখ্রে। মমদম্বহ্ন ফঙ্ৱবা মতমদা শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা নন্দালয়দা চঙদুনা যশোদা মাতাগী চরণদা খুরুমজরে। যশোদা মাইনা ইবেম্মগী অমম্নুং সখীশিংগী অবস্থা অসি উরগা মচানা ওইরম্বনি হায়বা থঙলগনা মখল মখা অয়াম্বা রাঙাংনা থেমজিন্দুনা কোনবিদুনা অমম্নুং হুংশিনা মকোকী মনম নশিদুনা হায়রকই, "ইচাশা! নখোই রাস্রোমুকো। কৃষ্ণ হায়বা ঐগী ইচালে অঙাংনিদো—ওদ্ধোকনমু ঙাওব্রবা!" অসি হায়দুনা মখোইবু পোশাকম কাপা পুশিনখি। দাসীনা সেবা তৌদুনা ফিরোল হোংদুনা মহোশাগুমনা লুক হোবা চঙখ্রে। মহোশাগুমনা লুক হাবা লোইদুনা বৃষভানুপুরদা হল্লক্লুনা ওহাক পোশাকগা শাকান, মিষ্টান্ন হৌরগা দাসীশিংদা সূর্য্যপূজাগী পোৎলমগা লোয়ননা থাবগা হোরীলীলাগী পোৎচং অমম্নুং ফিজেৎ লৈতেং থৌরাং লোইখ্রে।

অহূম্নী তুংদা পূর্বাহ্নদা ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা হোরী লীলাগী পোৎচৈ পূহনা শ্রীবৃন্দাবনদা লেঙতুনা বসন্ত ঋতুবদা মাধবী মণ্ডপ্তা কমলে। বৃন্দাদেবীনা বসন্তকী মতমগা চান্নবা মখল মখা মচুগী কি অমম্নুং খৈজেং শেম শাগ্রে। ইবেম্মনা সখীশিংগা হোরীলীলাগী পুং-ইশৈ হোরে। অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রিয়নর্ম্ম সখীশিংগা লোয়ননা হোরীলীলাগী ফিজেৎ শেতুনা হায়রবদি মখল মখেল মচুগী কীজোল, ফুরিৎ-ইমকি অমম্নুং মখল মখেল মচুগী কোয়েৎনা পৈরগ থোন্দুনা জগোই শান-শানা পুং-ইশৈগা লোয়ননা শ্রীবৃন্দাবন য়োরকলে। শ্রীকৃষ্ণগী জগোই ইশৈদা সখাশিংনা শেন্নখি। মতৌ অম্নমনা শান-শায়না শ্রীরাধিকাগী কাঙবুগী নাক য়োশিল্লকলে। কাঙবু অনিগী পুং-ইশৈগী মখোল তাবদা বনগী শা-উচেক পুন্নমক শুমৎপ্রচনা তুমিন-তুমিন্না অঙকপা কঙবসি দর্শন তৌজখি। শ্রীকৃষ্ণগী জগোই-ইশৈদা সখাশিং অমদি শ্রীরাধিকানা হরাওবচু উবদা মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "ইতাওগী জগোইদা নখোই পুম্বা জ্ঞান মাঙলে। ঐগী জগোই উরবদি করম তৌগবা!" অসি হায়রুনা মধুমঙ্গলনা জগোই ফিজেৎ শেৎকৎলকলে। মকোক্তা কোয়েৎ চাউনা য়েংলে। কোয়েত্তগী য়াম্বরকপা কিনা মখোঙ য়োই। মমায়দা কস্তুরী তৈশিল্লগা মরক মরক্তা সিন্দুরগী বিন্দু নমশিল্লে মথুক্তা। সনা য়োম্বা চৈ, ওক, থবাক অমদি মম্বাংথেক মথুং মখা হাইজুনা অমুক্তা খাইনা তানথিজিবা খোম্বোকা লোয়ননা থেকনা জগোই শায়কলে। মাহু উবদা সখা সখী পুন্নমক নোকলে। ময়ামনা নোকপহু উবদা মধুমঙ্গলনা জগোই লেপ্তুনা হায়রকই, "রস খঙদবা মীগী মকমদা বিত্তা কোংদোকউহু হায়বা শাস্ত্রগী বাসি চুমগ্রেদা! করে— ঐখোইগী বৃন্দাবনসিদা শজোম শুম্বী কৈক্তা ময়াম হোরীলীলা তৌরি। মাহুদা চৎলগা ঐগী শক্তি পুখোক্তুনা মখোইহুক্তম

তাম্থোকউখিগে।" অসি হায়দুনা ময়াম মরক্তগী খোরক্তুনা মখাংদা যজ্ঞোপবীত কিশিন্দুনা চৈতুপ হাইর-হাইরদুনা খোঙকাপ অমি মরি থাংগুরগা হায়রকই, "য়েংঙোই! নখোই মী অনি অহুমদদি ঐগা চংসিদনা।" মাহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংদা মীৎ থত্তুনা থামই। সখা অমতা চংসি য়াত্রবদা মধুমঙ্গলনা ময়াম মরক্তা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা হায়রকই, "নখোইনা হোরী শান্নবা লাকলিবসিবু করিগীনো? য়াওরোই হায়রগা নমুমদা চংলগা তুম্মু চংলু। ব্রহ্মতেজনা ঐ ইতোমতনা লোইনা তানখায়বা ওমগনি উন থওলে, নখোইনা পামলিবদি শঙ্গোমগুম্বী কন্যাশিংদুনা মধুমঙ্গলবু আবির, রংমহীনচিংবনা মশক শেম্মসন্থু অসিনিনে। অদুবু নখোইদি ঐগী ব্রহ্মতেজগী শক্তিসি থওদেদো।" মাহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখাশিং রা-রা নোকলে। মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "অপঙবশিংগা রা ঙাওনদুনা মতম মাঙহনবা চুমদ্রে।" অসি হায়দুনা চৈতুপ পায়রদুনা শ্রীবৃষভানুনন্দিনী নাক্তা চঙখ্রে। সখীশিংনা মধুমঙ্গল উবদা ললিতানা ইঙ্গিত তৌদুনা ময়ামনা কোয়শিল্লগা কুঙ্কুম মহীনা মকোক্তা হৈথরে। কনানা রংমকুপ, কনানা লৈখোম তৈশিন্দুনা মওং শেম্বিরে। মধুমঙ্গলনা ইবেম্মদা হায়রকই, "হে বৃষভানুনন্দিনী! নংগী নফমদা চঙজরি—ঐগী নগুণ পন্দুনা হায়জরিবনি।" ইবেম্মনা নয়ন্না ইঙ্গিত তৌদুনা সখীশিংবু থামলগা হায়রকই, "নংগী নগুণ অদুদি নংগী অরাবা তারবা মতমসিদদি চেনখ্রমাদ্রেদা।" মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "ঐদি অতৈ ব্রাহ্মণগুমনা নগুণগী মথা পোনবা মীশক নত্তে, নগুণ অদো ঐগী ইথাদা লৈবনি।" অদুদগী অমুক হায়রকই, "হে নিংথৌগী মচাইবেম্মা! ঐবু য়ান্না লামদ্রেদা।" চিত্রানা হায়রকই, "ব্রাহ্মণদি নগুণ য়াওদনদি ইশিং কাওবা থক্তে, নংদি কয়দৌনা চাগ-দৌরিবা?" মাহু তাবদা মধুমঙ্গলনা মখাংদগী নগুণ পুথোক্তুনা

হায়রকই, "য়েংউসে ঐগী নগুণ, অহাউবা খরা পুথোরকলোসে ; নখোইস্থু ব্রাহ্মণ সেবা তৌবগী পূন্য ফংউ হায়বা।" মতমছুদা ইবেম্মনা ইঙ্গিত তৌহুনা অথুন অহাউ, লড়ুনচিংবা কয়া পীরে। মধুমঙ্গলনা হয়াওনা জগোই শাহুনা চারে। মতম অসিদা সুদেবী চওঙক্লুনা "হে ব্রাহ্মণ ! চাবা লোইরবনিনা দক্ষিণা লৌরো।" অসি হায়হুনা কুঙ্কুম মহী চফু অমা পুরক্লুনা মকোক্তা হৈররে। সখী কনা অমনা রংমহী, কনা অমনা লৈথোম তৈশিন্দুনা মশক শেখিরে। মশাহু ময়াং ময়াংলহুনা রানা স্বর রাংনা লাউরকই, "হে ব্রজরাজনন্দন! হে শ্রীদামগী সখা! হে উজ্জ্বলগী খরাই! হে রামগী মনাও! হে দামোদর। শঙ্গোমগুপ্বী কন্যাশিংসিনা বসন্তগী ময়াইনা ঙাওখিহুনা ব্রাহ্মণ হাংলে। থুনা য়াঙনা লাক্লুনা খরা কনবিরো!" কৃষ্ণনা নোকলহুনা হায়রকই, "সুবল! চংলু বামন মচাসে খরা কনবিরু।" সুবলনা খুম্মকই, "ঐনা চংলুরগা ঐসু দশা অসি অহুম ফঙ্গনি।" কৃষ্ণনা হায়, "তৌরোই, তৌরোই, কিরুসু, খরা লৌবিরু চংলু!" মাহু তাবদা সুবল শ্রীরাধিকাগী নাক্তা চওঙক্লুনা বৃন্দাদা হংলৈ, "মধুমঙ্গলনা য়াম্না লাউখিবহু করিগীনো?" মধুমঙ্গলনা খুম্মকই, "ঐদি অসিদা য়াম্না হুঙাইনা লৈরিনা, নংবু অমদি নখোই সখা অমত্তবুসু ঐদি মীওইনা থাদে।" সুবলনা, "অহুদি রানা লাউরকইবদি করিগীনিনা?" মধুমঙ্গল, "ইতাওহুনা ঐবু প্রেম লৈব্রা হায়হুনা য়েংবনি। হৌজিক্কি লৈ হায়বা খঙলে। নং হল্লো।" সুবলনা বৃন্দাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু হংউ হায়হুনা থারকপনি—ইতাও মধুমঙ্গলবু অরাবা পীরিবসি করি নিয়মনো?" তাঙ্গা অসিদা তুঙ্গবিদ্যানা তুংলোমদগী চওঙক্লুনা সুবল মমিত্তা কাজল ভংখাই অবা তৈশিন-খিরে। সুবলনা হায়রকই, "রাধে! ইয়ান লৈতনা দণ্ডি পীরিবসি করি বিচারনো?" ললিতানা খুমই, "মাসি হোয়ীখেলগী বিচারনি।"

বৃন্দানা হায়রকই, "ইবেম্মা য়াখে নিপা অনিসি থাদোকপিদ্রো।" মতম অদুদা মধুমঙ্গলনা থুনা য়াংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চেনগ্লগা হায়রুই, "ইতাও! নংগী চায়রবা সখা সুবলদো ঐনা কনবিহুনা পুরকলবনি। মাহুগী মনা পীরো।" অতমহুদা সুবলনা থুংলরহুনা হায়, "ওইররিনি হয়! মাগীদমক ফননবা তৌরিগা ফত্তনবা ওইরে। মধুমঙ্গলনা রায়স্বহুদি—হৌজিক কাওবা-ককা লৈরবা থোকলবদি করি ওইরমগবা! ময়ামহুগী ময়ক্তা চাওথা হায়বসি অতৈ অমনা ওখা থবক নত্তে। ঐ ওইবগী চত্তহুনা মাবুহুম কনবিরকলগা।" মধুমঙ্গলনা খুম্মকই, "ফরে, সাক্ষী য়েংনসি কনাগী মমিত্তা খুদম লৈবগে য়েংনসি।" সুবলনা, "অসিদি নংবু কম্নবা হোৎনবদা ফংলকপনি।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "মধুমঙ্গল! গোপীশিংনা রং মথল মথানা নংবু ওম্বোকনা ফজনা শেম্বিরকলেদা! অদুগা—নবুকম্ থয়া কংথোরকলেনা।" মধুমঙ্গল, "ইতাও নংদি নমিংতবু ব্রজনিংথৌগী মচা হায়বা শাবনি। মকমহুদা লৈখ্রিবা লডু মপৈ ময়ামহুদি—নংগীদি কদায়—অমা কাওবা লৈজদে। নংগী লৈজরিবা হায়ববু য়া অকংবগী বাঁশী অত্তা মণ্ডায়জয়ে। আদা খোংহোঁরিবা বীণানচিংবা যন্ত্র কয়া—জগোই-ইশৈ আবিরথেল—নংগীদি কয়িম্নু লৈজদে।" মধুমঙ্গলগী য়া তাবদা ময়ামনা য়া-য়া নোক্তুনা অত্তদগী ময়াম পুন্দুনা ইশৈ শকথ্রে। মাহু তাবদা ললিতানা সখীশিংদা হায়রকই, "তাও অসে! কৃষ্ণগী সখাশিংনা নাপল তৌহুনা পুং-ইশৈ হোৌরকলে। ঐখোই ময়াম চত্তুনা মখোইগী নাপল য়েথেকউসি।" শ্রীরাধিকাগী য়াথং ফংলহুনা সখী লিশিং লিশিংনা মনাগী চবুদা-রংমহী পুই, লিশিং কয়ানা লৈনা শেম্বা চৈ পায়রে, লিশিং কয়ানা লৈগী লীরুংদা লৈগী তেন তেজা থোংহুনা কাপনরকই, সখী লিশিং কয়ানা মণিগী পিচকারী মথল মচু কয়াদা রংমহী হাপ্নুনা

কাপনরকপগুদি ইভা-ইভেন্দা চুবা নোংঙুমগ্রে। সখীশিংনা মহৈ মহৈ রং মকুপ চাইন-চাইননা চঙশিল্লকই। ললিতানা ডম্ফ য়েরে, বিশাখানা জগোই শারে, চিত্রানা বীনা থোংলে, বৃন্দানা পুং য়েরে। মওং অসুম্না ময়ামসি শ্রীকৃষ্ণগী নাক ম্নোরকলে। শ্রীরাধিকানা অনুরাগনা জ্ঞান তাদ্রবুনা ললিতাগী লেংবান্দা কোন্দুনা থুং নামা তিংথোক্তুনা হংলকই, "অঙ্গকান্তিনা মাইগৈ তরা শ্যামবর্ণ ওইহল্লিবা, নোকথোরকপদা য়াগী য়াতোনগী মঙাম্না অতিয়াগী থাবু মমায় মকশিলহল্লিবা চরণগী ভাঙ্গানবা মশেকনা বৃন্দাবনগী লৈমায়সি ভাঙ্গানহল্লিবা পুরুষরত্নসিবু কনানো ইতা ?" ললিতানা রাসি তাবদা নোকই। মতুদা মবুঙোনি হায়বা তাব তারক্তুনা ইবেম্মনা ইকাইথি।

অমরোমদসু শ্রীকৃষ্ণসু ইবেম্মবু দর্শন ফংবদা অষ্ট সাত্বিক ভাব ফংলবুনা চুমনা লেপ্পা ঙমখিদ্রে। কদম্বদা ভারবুনা সুবলদা হংল্লকই, "ইতাও! অঙ্গকান্তিনা মাইকৈ তরা গৌরবর্ণ ওইব্রিবা, মীৎনা থম্বাল অশংববু ঙমজবী, স্বুপী মরক্তগী অথোইবীসিবু কনানো ?" সুবলনা মোমোন নোক্তুনা থুম্মকই, "লোইনা কাউরবোইরে।" মাতু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা নিজপ্রিয়ানি হায়বা তাব তারক্তুনা হকচাংপুম্বা তুজুংখি। মতমতুদা মধুমঙ্গলনা হায়রকই, "ইতাও! গোপাঙ্গনাশিং উরগা কিরিবদি করিগীনো ? ঐ লৈ—করিমতা কিরুসু। ঐনা ব্রহ্মতেজগী শক্তিনা মথোয়সি লোইনা তানথায়বা ঙমগনি।" উজ্জ্বলনা হায়রকই, মধুমঙ্গলসে মপুক্তদি মহা ওইনা কিরবা জাৎনি, মপাম্বোংদা নাপল ভোত্তনা মশাগী অকিবন্ত নঙোন্দা তাইনৱিবনি। মসি য়ুমদা হলহনগ্রো। নত্রবদি মী অমনা চেনবা হৌরবদি ময়ামসু হেক চেনবনি।" মধুমঙ্গলনা, "হায় লোনম্বা! নংগী নমিং উজ্জ্বল (অরংবা) কৌবসি লায়রবনি, নংদি মলীন (অমোৎপা) কৌবনা, অভীক

চাই।” তাজা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মুরলী তপনা তপনা খোংবা হৌরকই। ইবেম্মনা ময়াম মরক্তগী থোকখিছনা লৈ হেকলি। সখী অমনা ইবেম্মগী কোকথক্তা লৈগী ছত্র থাম্লি, কনাগুম্বা সখী অমনা লৈগী হুমাই থোগল তৌই। নিংখিজবসি উবদা ইবুঙোনা মায়থোং মকা লামনা কস্তুরীগী পিচকারী কাপই। ইবেম্মনা মায়দা চোঙ্গদবা মরিক্তু ওয়থংবা হক্তনা থম্লি। কস্তুরী মরিক মরিক চোংবদা মায়থোং থম্বালগী নিংথিজবা ওমথৈ লৈত্রে। মাতু উবদা ইবুঙোনা হায়নিঙাই লৈত্তনা পেল্লত্থনা হায়রকই, “নখোইনা ঐগী বৃন্দাবনগী লৈশু হেক্তোক্তুনা ইঁচাই চাইখাইরিবসি কবিগীনো ?” ললিতানা, “ঐগী ইম্মাণ্ডদা অরেম্বদা নাপল তৌরিবা করিগীনো ? ইভাদো সূর্য্যপূজাগীদমক লৈ হেক-লিবনি, শোকপিক্লগম্ভু মাংগনিকো।” তাজাসিদা ইবেম্মনা উহৌদনা লেংশিল্লক্তুনা ইবুঙোগী মায়থোংদা কেশর মপং তৈরয়ে। তাজাসিদা সখী অমা চণ্ডক্তুনা ইবুঙোগী নয়ন্দা কাজল তংথায় অমা তৈশিল্লরে। মাতু উবদা শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়ননা হৌনা নোক্তুনা হরাওনা ইশৈ জগোই হৌরক্লে। সখীশিংস্থ কনা অমনা রং মকুপ চাইরে, কনানা রং মহী পিচকারীদা হান্দুনা কাপলকলে। কনা অমনা কীবুল লংঙকই, কনানা লৈগী তেন কাপ্পকই! সখী কনানা থাখুম-কীতা য়েৎলগা ইন্নফি য়াওদনা লাকই, সখী কনানা যোগীগী বেশ শেত্তুনা লাকই। মতম অহুদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ মহৈ মহৈ লৈগী লৈরিক চাইনহুনা জগোই শাগৎলকলে। সখীশিংনা মাইকৈ মরিদা কোয়শিন্দুনা জগোই ইশৈ হৌরকলে। মতম অহুদা সথা সখী ময়ামহু মহৈ মহৈ মথল মথেল মচুগী রং মহীনা পিচকারী কাপনৈ, রং মকুপ চাইনৈ, লৈগী তেন কাপনৈ। ময়ামহুনা চাইনরকপা কাপনরকপহুদা মাইকৈ পুঁবা মমব্রে।

অমুকসু সখাশিংনা তুংদা .হল্লোকই, অমুকনা সখীশিংনা চেল্লি। অসুমনা অকনবা লান থেংনরে। শুহাক লৈরগা সখাশিংনা সখীশিংবু তানখায়রে। সখীশিংনা অমুক পুন্নপ পুন্নগা ফুজিল্লক্লে। সখী কনানা থম্বালনা, কনানা থম্বৌনা, কনানা থম্বোগা কোন্নবা থম্বালনা সখাশিংবু ফুরকলে। শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিঙ্গা লোয়নননা চেনবা হৌরকলে। সখীশিংনা তান্ন-তান্নদুনা হায়রকই, "করিগী চেল্লি? নখোয়না লৈরবদি লেপ্পু।" শ্রীকৃষ্ণনা অমুকসু চেল্লি, অমুকসু লেপ্লি, সখীশিংসু অহুম তান্নরি। মাহু উবদা ললিতানচিংবী সখীশিং, রাহোং অমোম, তেনন্না অমোম, কোকিল, খোইমু ময়াম্মক চঙদুনা বৃষভানুনন্দিনীনা জয় ওইরে হায়না লাউনরে।

শ্রীকৃষ্ণনা খন্না লাপনা চেল্লগা সখাশিংদা হায়রকই, "ভায়! নখোই ময়াম মুমদা হল্লো। ঐদি মায়থিরবনিনা মায় অসি পুদুনা যুমদা চৎপা গুম্মরোই। চৎলবসু গোপাঙ্গনাশিংনা নোক-লগনি। অদুনা ঐদি হুমিদাং রাইরমদা লাকলগে।" অসুম হায়না তাৎ তৌদুনা সখাশিংবু যুমদা হলহনখ্রে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগা উন্ননিংবগী অকনবা উৎকণ্ঠা তৌরদুনা সুবলগা লোয়ননা মনাকনকপা লৈগী কুঞ্জ অমদা চঙশিন্দুনা হায়রকই, "ইতাও সুবল! রাধা উত্রবদি ঐদি হিংবা গুম্মরোই।" অসি হায়ন-হায়না নয়ন্দগী পি শিন্দুনা মুংশা মপী হোল্লি। অম-রোমদসু শ্রীরাধিকানা কৃষ্ণ উত্রবদা বিশাখা য়েংদুনা হায়রকই, "ইবুঙোহুবু মায়থিবদগী ইকাইদুনা কুঞ্জ অমদা লোত্তুনা লৈগ্রবরা, নত্রগা চন্দ্রাবলী সখীগী মীনোক মীৎচিনা চিংদুনা পুগ্রবরা, নত্রগা মধুমঙ্গলনচিংবা সখাশিংগা শান্নবদা শাওদুনা লৈথোকপ্রবরা! বৃন্দাবনগী ফজবসিনা ঐঙোন্দদি মৈহৌবগুমলে।" রাহু তাবদা বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণ থিবা থোরকলে। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা

থারকপা সুবলগা লমখাংদা থেংনরে। সুবলনা হায়রকই, “বিশাখা! নবেম্ম উদবদা কৃষ্ণহ্ য়ামনা য়ারে। তোকম খঙ-দহনা গাইকৈ মরিদা কোয়য়েং য়েংই। লৈহাউ উবদা চুম্বন তৌহনা সুংশামগী হোল্লি।” মাহ্ তাবদা বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চঙলকলে। ইবুঙোনা হায়রকই, “বিশাখা! নবেম্মা কদাইদা লৈহৌই।” বিশাখানা খুমলকই, “ইবুঙোদি চায়বী য়ামহৈদো। ঐখোয়গী ইবেম্মদি পতিব্রতা সতীনি। করমনা ফংবা য়াগদগে?” মাহ্ তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অয়াবগা লোয়ননা নয়ন্দা পি শিম্বহনা তুমিন্না লৈখ্রে। মাহ্ উবদা বিশাখানা হায়রকই, “ইবুঙো! ইবেম্মসু ইবুঙোগা কায়নবদা য়ামনা য়াহৌরি! ইবুঙো উদবদা বৃন্দাবনগী নিংথিজবা থিরিকসিনা ইবেম্মদদি মৈ হৌবগুমখ্রে। অহনা যোগীবেশ থোক্লগা লেঙ-ঙকলো।” অসি হায়রমলগা বিশাখা ইবেম্মগী নাক্তা হনখ্রে।

ইবেম্মনা হংলমই, “ইবুঙোহ্ কদাইদা থেংনরে?” বিশাখানা “ইবুঙোদি থেংনদে অঙকপা যোগী অমা থেংনরকই।” হায়রি-ঙৈসিদা শ্রীকৃষ্ণ যোগী বেশদা থুংলরে। কোকথক্তা তৌরোক ঙৌবা জটা, হকচাং পুম্বা উং তৈবা, লাইবক্তা সিন্দুর চাউনা নমই, কৌপীন থোল্লি, জটাহনা নঙম্লোমদা লৈবাক য়োনা চোল্লি। লেংজুমগী নাকন্দা শঙ্গীমউনগী আসন। যোগী উবদা চম্পকলতানা হাররকই, “অহল ওইরবা যোগী অ[illegible]! লেঙশিনবিরকসি।” চিত্রানা য়েকথোংলবা আসন অমা পুথোক্তুনা থাই। যোগীনা মাহ্ থোঙনা ইন্দোক্লগা ময়য়াই শঙ্গনগী আসন্দু থারগা ফমই। শ্রীরাধিকানা [illegible]াক শোকনা খুরুমই। যোগীনা য়ারক্তা ঙংহনা আশীর্বাদ তৌই। ললিতানা খুরুমহনা হাযরকই, “যোগীবর! নংদি মৃতম কুইনা যোগ সাধন তৌহনা নংনা হায়রবা য়াদি শোয়রবা লৈত্রবনি ঐখোয়গী পুকনিংদা লৈরিবা য়াসি অমুক্তা ‘হায়বি-

যুদনা।" যোগীনা হায়রকই, "ঐদি মীগী মমায় য়েংদবনি অহুগা কনামত্তগম্নু য় ভাঙনদবনি। অহুবু নখোইগী ভক্তিসিদা নাম্বোকপা ঙমজ্রে! হায়রগে ত য়ে:—সনাগী কুচু ওইবী যুবতী অমগা নৌনা হৌরকপা নোংগী কুচু ওইবা যুবক অমগা অনিসি উরনিংবনা কন্না উৎকণ্ঠা তৌনরি।" ললিতানা হায়রকই, "যোগীবর ঐখোয়গী পুকনীংদা লৈবা য়া চপচানা হায়বিরে। ওম্বোকনা সিদ্ধ ওইরবা যোগীনিদা।" ইবেম্মনা বিশাখাগী মনাকোংদা তুমিন্না হায়রকই, "ইতা! যোগী অসিগী মক্ষমদা ঐগী পুকনিংসিনা অম্নুক কন্না চঙখ্রিবসি করিগীনো খঙজ্রে।" অসি হায়হুনা যোগীরোমদা মীৎচিনা য়েংলকই। মহু উরুবদা যোগীগী হকচাংদা তু চুংই। মহু উবদা ললিতানা নোকলহুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইবেম্মসি যোগীনী ওই-খোকখিহুনা যোগীগা লোয়ননা চৎথ্রবদি কনিদা।" রাসি তাবদা যোগীসি চেনগে তৌরে। সখীশিংনা মায়কৈ মরিদা কোয়শিনখ্রে। অমনা 'হে যোগী নংগী সিদ্ধমালাসি পীরো' হায়হুনা মালা মুনখ্রে। সখী অমনা জটা শিদোকলে। সখী অমনা ময়াদা কস্তুরী তৈশিল্লে। কৃষ্ণগী দশাসি উবদা বিশাখানা ইঙ্গিত তৌহুনা থামখ্রে। সনা কীগে খোম্নবা লানশিনখ্রে। অম্নুমনা লাওলিভৈদা শ্রীমতিরাধিকাদি কুঞ্জ অমদা চঙহনা লোৎ-খরে। ইবুঙোনা য়েংলকপদা ইবেম্মগী মায়খোং থম্বাল উত্রবদা মায়খোং মকশিনখ্রে। মাহু উবদা বৃন্দানা ইঙ্গিত তৌহুনা ইবেম্মনা লৈবা কুঞ্জ তাকখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা ইবেম্মগা বিলাসনচিংবা কয়া শাম্নরুরগা কুঞ্জগী মপান্দা লেঙ-খোয়কলে। মতমসিদা বৃন্দানা হায়রকই, "হোরী লীলাগী মতমদা শ্রীবৃন্দাবন্না কজরিবসি পেন্না অমুক্তা য়েংউ।" মাহু তাবদা ইবুঙো-ইবেম্মনা জগোই-ইশৈগা লোয়ননা বনগী নিংথিবা দর্শন

লেপ্পকই। শুক শারীনা 'ইবুঙো-ইবেম্মনা জয় ওইরে' হায়রা লাউরকই, রাহোং লাবা-অমোমনা জগোই শারকলে। সখীশিংনা কাগী তৌনহুনা নোক খেহুনা চংলি। মতমসিদা মিশাখানা ললিতাদা ইঙ্গিত তৌই। ললিতানা শ্রীকৃষ্ণবু কুঞ্জ অমগী মমুংদা পুলিনগী সখী অমগী কিজেৎ খোঙ্গলনরে। ইবেম্মগী নাকা লাকলগা হায়রকই, "রাধে! অনৌবী শ্যামা সখীসি অমুক্তা রেংবিউসে।" ইবেম্মনা, "শ্যামা সখী হায়বদি কনানো?" ললিতানা, "ইবেম্মগী চান্নবী সখীনি—কুঞ্জদা চঙলগা অমুক্তা রেংবিয়ু।" ইবেম্মনা কুঞ্জদা লেংশিনখিহুনা মথল মখাগী ক্রীড়া তৌখি। শান্নবহু লোইরকপদা সখীশিংনা অনিমকী কিজেৎ-লৈতেং হায়রুম শেমলগা বন্যভোজন তৌরে। মথংদি নিত্তি লীলাগুম চথে।

( শ্রীরাধাকুণ্ডদা চত্তুনা লৈ হেকপদগী বংশীহরনচিংবা লীলা তৌরগা সূর্য্যপূজা লোইরগা গৃহগমন ওইবা তারবদি শ্রীকৃষ্ণনা অহানবা মিলনগী তুংদা সুবল মধুমঙ্গল পুহুনা শ্রীকুণ্ডদা লেঙ-ঙকই। মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা বনবিহারনচিংবা তৌরগা সখাশিঙ্গা লোয়ননা গৃহগমন ওইরকপদা বর্ষাণ য়োরমদাইদা ইবেম্মনা সখী-শিঙ্গা লোয়ননা লেঙখোরক্তুনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখাশিংগা মথল মখাগী রং মহীগী পিচকারীনচিংবা কাপ্পরবদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংনসু গোপাঙ্গনাশিংদা পিচকারীনচিংবা কাপই। মতৌ অসুমনা ঙহাক শান্নে। অহুদগী ইবেম্মা অমসুং সখীশিং লেঙ-শিনখি। ইবুঙোগা সখাশিংগা গৃহ তমনা লেপ্পকই। মথংদি নিত্তি লীলানি॥ )

অসোমদা নবদ্বীপ্তা বসন্ত ঋতুবন্দা প্রভুনা ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা হোরী খেলাগী ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। খোইমুনা ঙংবা অমসুং উচেক খোংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তখিবিক ভাবশান্ত ওই। স্বরূপ গোস্বামীনা ব্রজদা

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী হোরীলীলাগী পদগান লোইশিল্লি। মাহু তাবদা প্রভুনা ভাবসাম্ভ ওইহুনা ভক্তশিংবু আলিঙ্গন পীবি। ভক্তশিংনা প্রভুগী চরণদা দণ্ডবৎ কংলি। অহুগী তুংদা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা কমই। দাসশিংনা হুমাই হুমহুনা সেবা চঙই। শ্রীবাস পণ্ডিতনা তিন প্রভুগী ফিজেৎ লৈজেং সেবা চঙই। ভক্তশিংমু ফিজেৎ লৈজেং শেম শাই। মথংদ নিত্তিলীলানি॥

**শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী জন্মোৎসব**

মাঘ শুক্লা ষষ্ঠিগী নুমিদাংবাইরমদা শ্রীনাভামাতানা য়াথং পীহুনা শ্রীকুবের আচার্য্যনা শ্রীমন্মহাপ্রভুবু ভক্তশিঙ্গা লোইননা নিমন্ত্রণ কংলকই। মথংগী নুমিত্তা মহাপ্রভুনা নিত্তিগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী লোইরগা স্নানচিংবা লোইরগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌহুনা অহুগী তুংদা ভক্তশিং লোয়ননা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা লেঙই। শ্রীমদনগোপালজীগী আরতী দর্শন লোইরগা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন তৌই। সংকীর্ত্তন লোইরগা ওহাক পোথায়। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা স্নান মণ্ডপ্তা লেঙশিনপ্রবদা শ্রীবাস পণ্ডিতনা হৌনবী মতুং ইন্না অভিষেক তৌই। অভিষেকী পোৎলম হান্নবা থৌরাং তৌহুনা থনমলবনি। শ্রীপুরুষোত্তম পণ্ডিতনা মন্ত্র থীরে। শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা অভিষেক দর্শন তৌহুনা ইশৈনচিংবা শক শোল্লি। অভিষেক লোইরগা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা শিঙ্গারমণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা নিংথিরবা আসন্দা ফমলে। দাসশিংনা ফিজেৎ লৈজেং থৌগন তৌই। শ্রীমহাপ্রভু, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীগদাধরপণ্ডিত, গোস্বামীশিং অমস্তুং ভক্তশিংনা মথল মথা অয়াম্বা মণিগী পরেং-নচিংবা, ফিরোল, লৈজেং কয়া শ্রীঅদ্বৈত প্রভুদা থোল্লি। অহুগী তুংদা জলযোগ থরা লোরগা বিশ্রাম ওহাক তৌরগা থরম্ভ রাগদা ইশৈ হৌই। ভক্তশিংনা প্রসাদি আবির গোলাপনচিংবা চাইন্নে। মতৌ অমুমনা জগোই ইশৈ ওহাক তৌরগা বিশ্রাম

তৌই। অতুগী তুংদা লুক হায়গা চেপই। ( সাধকনা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা যোগপীঠ সেবা তৌগনি )॥

ব্রজলীলাদি বসন্ত ঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা বসন্তলীলাগী হৌনবী নিত্তিলীলা তৌই।

**শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী জন্মোৎসব**

মাঘ শুক্লা দ্বাদশীগী সুমিদাংরাইদা শ্রীপদ্মাবতীগী য়াথংদগী শ্রীহরাই পণ্ডিতনা শ্রীমহাপ্রভু অমসুং ভক্তশিংবু নিমন্ত্রণ কৎলে। মথংগী সুমিত্তা শ্রীমহাপ্রভুনা নিত্তিগী মতৌগুমনা প্রাতঃ হৌনবী স্নানচিংবা লোইরগা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবন লোইরগা ভক্ত-শিংগা লোয়ননা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শঙ্গায়দা লেঙই। শ্রীবঙ্কিমরায়জীগী আরতী দর্শন তৌরগা শ্রীহরিসংকীর্ত্তন লোই-ত্নুনা ওহাক বিশ্রাম তৌই। অতুগী তুংদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা স্নান মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা সনাগী চৌকীদা ফমলে। দাসশিংনা হায়না অভিষেককী পোৎলম শেম শাত্নুনা থনমলবনি। শ্রীসুদর্শন পণ্ডিতনা হৌনবী মতুং ইন্না অভিষেক তৌরে, শ্রীবাসপণ্ডিতনা মন্ত্র থীরে। শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা অভিষেক দর্শন তৌত্নুনা ইশৈ শক শোল্লি। অভিষেক লোইরগা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা শিঙ্গারমণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা নিংথিরবা আসন্দা ফমই। দাসশিংনা ফিজেৎ-লৈতেং থোগন তৌই।

শ্রীমহাপ্রভু, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, শ্রীগদাধর পণ্ডিত, গোস্বামীশিং অমসুং ভক্তশিংনা মথল মখা অয়াম্বা, মণিপ.রং, ফিরোল, অলঙ্কারনচিংবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা থোল্লি অতুদগী জলযোগ থরা লোরগা বিশ্রাম তৌত্নুনা মতুংদা বসন্ত রাগদা ইশৈ হোই। ভক্তশিংনা প্রসাদি আবির গোলাল চাই। মতৌ অসুমনা ওহাক জগোই ইশৈ তৌরগা পোথাত্নুনা লুক হায়গা চেপই। ( সাধকনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শঙ্গায়দা যোগপীঠ সেবা তৌগনি )॥

## ব্রজলীলাদি নিতিগী মওংনি

মহাপ্রভুনা লেঙখৎলগা ভক্তশিংগা লোয়ননা বনভ্রমন লেঙই । বসন্ত ঋতুবন্দা খেলাবচিংবা তৌহুনা বসন্তলীলাগী হৌনবী লীলা তৌই ।

## শ্রীশিব চতুর্দ্দশী

ফাল্গুন কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীদা নিতিগুমনা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা স্নানচিংবা, শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবনচিংবা লোইরগা হোরীলীলাগী ইশৈ শক-শক্তুনা গঙ্গাতীরদা লেঙগুকলে । মকম অদুদা শ্রীমহাদেবগী মূর্ত্তি দর্শন তৌবদা শ্রীগোপেশ্বর পূজাগী ভাবাবেশ ওইখি । স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙলদুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা ইবেম্বনা গোপেশ্বর পূজা তৌবগী পদ বসন্তরাগদা শকলে । মাদু তাবদা প্রভু ভাবাবেশ ওইব্রে ভক্তশিংসু মাগী মাগী ব্রজভাবতা লূপনব্রে ।

শ্রীব্রজদা প্রাতঃদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক প্রাতঃগী স্নানভোজনচিংবা লোইরদুনা মহোৎসাহগুমনা ইবেম্বনা নন্দালয়দগী বৃষভানুপুরদা লেঙলক্তুনা অথুম অহাও, মিষ্টান্ন-পাক্কান্নচিংবা হৌরে । অদুগী তুংদা মুখরা অমসুং সখীশিং লোইননা শ্রীগোপেশ্বর পূজাগীদমক পূজাগী পোৎলম পুদুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙলকই । গোপেশ্বর মন্দির মনাক্তা পূজাগী লৈ হেকপা ব্রহ্মকুণ্ডগী লৈকোন্দা লেঙশিল্লি । তাদা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা সুবল মধুমঙ্গলনচিংবা সখাশিং লোয়ননা মকমদুদা য়ৌরকলে । শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লৈ হেকলিঙৈদা মধুমঙ্গলনা চঙশিল্লক্তুনা হায়রৈ, "করিগীনো নখোইনা লৈ হেকতৎলিবদে ?" ললিতানা খুম্মকই, "গোপেশ্বর পূজা তৌনবনে ।" মধুমঙ্গল, "নংখোইনা মাধবকী পূজা তৌগেদি হায়রদুনা কনাগী পূজা তৌগদৌরিবা ?" ললিতানা, মাধবতি শজীভু থাদা মধুঋতুদা শাৎপনি । অদুবু কনানা পূজা তৌই হায়রগে ? (হায়রবদি তমালবু পূজা তৌবা হৌনবরা ?) মধুমঙ্গলনা, "অদু

ওইরগা গোবর্দ্ধনধারিব্রু পূজা তৌদনা।” ললিতা, “শক্রেন-শনৎাক তৌবহৃবু কনানা পূজা তৌই হায়বগে ?” মধুমঙ্গল, “অহূ ওইরগা পশুপতিগী পূজা তৌদনা।” ললিতা, “মংগী পশুপালক শা-শল লোইবহৃদি নখোইগী নবুঙো ওইজবনি।” মধুমঙ্গল “হো ! ঐখোইগী ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণদো, অহূগী পূজা তৌ হায়বনি।” ললিতা, “নখোইগী কৃষ্ণ হায়বহৃদি পঞ্চমহাপাপ শকলবনি। মাগী পূজাবু কনানা তৌই হায়বগে ? মাগী অঙনা সুবর্ন হায়বদি সনা (অর্থ অমদা কুচু কজবী) হুরাল্লিদো; মদিংনা খম্ব্রাংচাকী নাপল মাওহল্লিদো; অহূগীসু মথক্তা মদ (মধু) পান; সুপী হাৎলিদো; হায়বদি পূজনা হাৎখিদো; শল হাৎলিদো হায়বদি বৎসাসুর হাৎখিদো অমসুং পরস্ত্রীবুসু মাগী ওইখোকইদো। অহূবু কনানা পূজা তৌই হায়বগে ?” অসি হায়হূনা য়েন্দাই লৌহূনা চৎকে তৌরে। মতমহূদা সুবলনা হায়রকই, “নখোইগী লুবাক্তু করি য়াওরি য়েঙ্গে।” ললিতানা “গোপেশ্বর পূজা তৌনবা লৈপরেংনচিংবনে।” “য়েংগে কদায়”, হায়হূনা সুবলনা মথুৎ খিংজিল্লকপদা মুখরানা, “লিল্লি হায়, লিল্লি !” মাহূ তাবদা মধুমঙ্গলনা, “ঐখোইগী ইতাওনা কালীয় কোবা লিন্দুগী মকোক্তা নেত্তুনা জগোই শাহূনা মায়খিবা পীখিবনি। অহূনা ঐখোইদি লিনবুদি কিবিদেঁয়ে; লিন্দুনা নংবু য়োৎলসহূ।” মাহূ তাবদা মুখরা শাউহূনা খোকখি। শ্রীরাধিকানা সখীশিঙ্গা লোয়ননা বসন্ত ঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা মহৌশাগুমনা হোরীলীলাগী ইশৈ তৌই অমসুং শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শাঁয়ৈ ধনভ্রমণ লীলানচিংবা তৌই। তুংদা শ্রীরাধিকানা অমদি সখীশিংনা মুখরাগা লোয়ননা শ্রীগোপেশ্বরগীদা চওহূনা পূজা কৎলগা অপরাহ্নদা গৃহদা লেঙরকই। (হোরীলীলাগী হৌনবী নিত্য অমসুং নৈমিত্তিক লীলা তৌই)॥

। অসোয়দা শ্রীনবদ্বীপ্তা গঙ্গা মপান্দা ভক্তশিং লোয়ননা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা গোপেশ্বর-পূজাদা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। মতমহৃদা লৈ-মনম কংবদা খোইমুনা ওংলকপা অমসুং কোকিলগী মখোল তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্ত খিবিক জ্ঞান তারক্‌না ভাবশান্ত ওই। ইশৈসু লোইশিন্নি। মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইহনা ভক্তশিংদা আলিঙ্গন পীবি। গদাধর পণ্ডিতনা হৌনবা মতুংইন্না মহাদেবগী পূজা তৌই। শ্রীবাসপণ্ডিতনা তন্ত্রধার ওই। পূজা লোইরবা মতমদা মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইহনা ভক্তশিংগা লোয়ননা নিজগৃহদা লেঙ্‌ভক্‌না জলযোগ লৌই। অতুগী তুংদা শ্রীনারায়ণগী মন্দিরদা হোরীলীলাগী ইশৈ শক্‌না আবির গোলালনচিংবা চাইনৈ। অতুগী তুংদা গঙ্গাদা স্নান লেঙই। গৃহদা অমুক লেঙ্‌ভকই। শাকারনচিংবা থরা ফংলগা ওহাক বিশ্রাম তৌরগা নিতিগুমনা বসন্ত ঋতুসম্বা লেঙহনা হোরীলীলাগী ভাবাবেশতা জগোই-ইশৈ তৌরগা বনভ্রমণ লোইরগা অপরাহ্নদা গৃহগমন ওই। মতুংগী লীলাদি নিতিগীগুমই॥

<u>শ্রীমহাপ্রভুগী জন্মোৎসব—</u>

ফাল্গুন শুক্লা চতুর্দ্দশী নুমিত্তা নুমিদাং রাইরমদা শ্রীশচীমাতানা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনচিংববু ভক্তশিংগা লোয়ননা নিমন্ত্রন তৌহল্লুরে। মথংগী নুমিত্তা প্রাতঃগী হৌনবী স্নামচিংবা লোইরগা প্রভু অনিনা ভক্তশিংগা লোয়ননা লেঙ্‌ভক্‌না মহাপ্রভুগা উনরে। জলযোগ থরা লৌরগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ লোইরগা শ্রীবালগোপাল সালগ্রামগী আরতি কৎলগা হোরীলীলা হৌরে। অতুগী তুংদা ওহাক শাররগা হঙ্গত্‌না মহাপ্রভু স্নান মণ্ডপ্তা সনাগী চৌকিদা লেঙশিল্লে। দাসশিংনা হায়না অভিষেকী পোৎলম থোরাং তৌদ্‌না থনমলবনি। শ্রীবাসপণ্ডিতনা হৌনবী মতুং ইন্না অভিষেক তৌরকলে। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা মন্ত্র থীরে।

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু অমসুং শ্রীঅদ্বৈত প্রভু অমসুং ভক্তশিংনা অভিষেক দর্শন তৌই অমসুং ইশৈনচিংবা শক শোল্লি। অভিষেক লোইরগা মহাপ্রভুন শৃঙ্গারমণ্ডপ্তা নিংথিজরবা আসন অমদা লেঙশিল্লে। শ্রীনিত্যানন্দপ্রভু, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, শ্রীগদাধর পণ্ডিত অমসুং শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংনা মথল মথা অয়াম্বা মণিপরেং, কিরোল, অলঙ্কারনচিংবা মহাপ্রভুদা থোল্লি। অদুগী তুংদা ময়াম পুন্নমক জলযোগ খরা লোরগা ওহাক পোথাল্লে। অদুদগী বসন্তরাগদা ইশৈ হোল্লে। ভক্তশিংনা প্রসাদি আবির গোলালনচিংবা চাইনরক্লে। মতৌ অম্মুয়া ওহাক জগোই ইশৈ তৌরগা বিশ্রাম তৌরে অদুগী তুংদা তিনপ্রভুনা লুক হারগা চেপঙ্গে অদুদগী লেঙথংলগা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা বনভ্রমণ তৌদুনা বসন্তঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা হোরীখেলানচিংবা লীলা নিতিগুম তৌই।

দোল লীলা—

শ্রীনবদ্বীপ্তা চৈত্র কৃষ্ণা প্রতিপদ তুমিত্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা মহোশাগুমনা প্রাতঃগী হোনবী স্নানচিংবা লোইরগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবন তৌরে। অদুদগী ভজন শয়ন তৌরগা পূর্ব্বাহ্নদা ভক্তশিংগা লোইননা বনভ্রমণ লেঙঙক্কুনা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যানগী মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমলে। মহাপ্রভুনা ইখুংতো ইবেম্মগী দোললীলা নিংশিংদুনা ভাবাবেশ ওইগ্রে। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং থঙলদুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শাম্নবা দোললীলা পদগান তৌই। মহাপ্রভুনা মাগী ভাবদা ভাবাবেশ ওইদুনা গদাধরগী মখুৎ পায়দুনা দোলদা লেঙথংলে। গদাধরনা ওয়দা থিক্তং নেমথনা কমই। ভক্তখিবিকনা প্রভুগী অঙ্গদা আবির চাইদুনা দোল হাইর-হাইরদুনা মাগী মাগী ব্রজ ভাবতা দুপনগ্রে।

অসোয়দা বৃষভানুপুরদা শ্রীরাধিকানা মহোশাগুমনা প্রাতঃগী য়োৌনবী স্নান, বেশভূষনমচিংবা লোইরগা চান্নবী সখীশিং লোইননা নন্দীশ্বরদা লুক হোৌবা অমসুং লুক হাবা লোইরে। অতুগী তুংদা বৃষভানুপুরদা অমুক লেঙলকলগা ওহাক পোথারে। অতুগী তুংদা মিষ্টান্ননচিংবা হোৌরগা বেষভূষণ তৌদুনা সখীশিংগা লোইননা সূর্য্যপূজা লেঙবা শাত্নুনা শ্রীবৃন্দাবন পাংলক্লে। মতৌ অসুম তৌনা বৃন্দেশ্বরী পূম্বা দেবপূজা চংপনি হায়রিজিন্দুনা মহৈ মহৈ বৃন্দাবন য়েৌরক্তুনা দোলাস্থলী (দোল হাইকম) দা য়োৌনরকই। মতম অতুদা বৃন্দানা ময়াম পূমনমক্তা দোলাস্থলীগী নিংথিজবা উহনখ্রে। মাইকৈ মরিদা কল্পবৃক্ষ মরি হোৌরি— মন্দার, হরিচন্দন, পারিজাত অমসুং সন্তান বৃক্ষ। মখোয়গী মশানা (শাখা) সনামচুনি, মনানা মণি অঙাংবা মচুনি। হায়রিবা উশিংসিদা কল্লং থোৌরিনা ঙোৌরোক ঙৌবা চাউরবা থাকল (চক্রাতপ) য়াল্লি। হায়রিবা চান্দোয়া অসি সনামচুগী লংনা য়েক-খোংলি অমসুং মথল মথা অয়াম্বা মণিনা হংলি অমসুং মাইকৈ মরিমক্তা সনা মচুগী জালি য়াম্হরি। মাতুগী মরক মরক্তা মণি অমসুং মুক্তানা শেম্বা চরোং চরোং অমসুং চামর য়াল্লি। মাইকৈ মরিদা লৈ পরেংনা নিংথিজরি। হৈনৌ পাম্বীদা মাধবীলতা, বকুল পাম্বীদা লবঙ্গলতা, লৈহাও পাম্বীদা মল্লিকা অমসুং কদম্ব পাম্বীদা যূথিলতানা য়েংলি। হায়রিবা উশিং অসি মশাগা য়েংশিন্নদুনা মণ্ডপক্কী মতৌগুমনা কজরি। মাহুদা লৈনা লিশিং অমা পানবা থম্বালগী মওং মানবা মণিগী হিন্দোল অমা উপাম্বী মরি অসিদা কল্লং থোৌরীনা য়াল্লি। দোল অসিগী ময়োন্দা য়েক-খোংলবা নিংথিরবা আসন থাম্মি। মাতুগী ময়ায়দা মচু মথল মথাগী কজরবা মোন্তেক অমা তুংলোমদা অমসুং নাকল অনিদা মোন্তেক অনি। মাতুগী মথাদা নেমথনা

মচু মথল মথলনী গাদিগী মথক্তা চৌরোক চৌবা কিনা কুপলি। লোল অহূগী মাইকৈ মরিদা কল্পবৃক্ষ মরাম হৌরি। ঐ অনি অনিগী মরক্তা লোল অমম্বমচু চান্নি। লোল ময়ামচুগী নিংখিজক উবদা মরাম পূম্বা পেক্লে।

মতম অসিদা শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা হোরী-লীলাগী হৌনবী কিজেং খোন্দুনা দোলাস্থলীগী মনাক য়োয়ক্লে। অমরোমদা শ্রীগোবর্দ্ধনদা সখাশিংদা শন শিন্নরগা অমসুং ময়ামচু শ্রীবলরামদা শিন্নরমলগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রিয়নর্ম সখাশিংগা লোয়ননা বনভ্রমণ তৌরুগে হায়জিন্নদুনা শ্রীবৃন্দাবনদা দোলাস্থলীদা লেঙ-লকলে। বৃন্দানা অপাবা কিদা রং মথল মথা, সনা লুপাগী য়েক খোংলবা পাত্রদা মচু কয়াগী কেশর, নৈ মথল কয়াগী ফীবুল শেমদুনা থমল্লে। সখীশিংনা বীণানচিংবা যন্ত্র মথল কয়া খোংলকলে। সখী কনাগুম্বীনা জগোই-ইশৈ হৌ-রকলে। ঢোল-ঢেনরা খোংলকলে। রাহোং জগোই শারকলে, খোইমুনঃ চংলকলে, শঙ্খীনা মখোঙ মরি কোয়নৈ নৈবা হৌ-রকলে। মতম অসিদা দোলাস্থলীদা ললিতানচিংবী সখী লোয়-নৈনা ইবুঙো-ইবেম্ম লেঙ্ঙকলে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাগী লেংবান্দা ওয়গী পান্থোম অমসুং ললিতাগী লেংবান্দা য়েৎথংবা পাম্বোম হাপ্তুনা ওয়গী শ্রীহস্তদা মুরলী অমসুং য়েৎথংবা হস্তদা নীলপদ্ম পায়দুনা সখীশিংনা কোয়শিন্নগা দোল লীলাদা জগোই-ইশৈ খোংলি। মাদু উবদা হান্না নৈরবা সখীশিংনা লম্বী কাংলদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ললিতানচিংবী সখীশিঙ্গা লোল মথক্তা লেঙথংলে। ময়ায়দা শ্রীরাধাকৃষ্ণ, মাইকৈ মরিদা ললিতানচিংবী সখীশিং তোংলে। মাইকৈ মরিদা নৈরিবা লোলশিংদা যূথেশ্বরীশিংনা মাগী মাগী সখীশিঙ্গা শেম শাদুনা তোংলে। মোংপোক্তা চন্দ্রাবলীনচিংবী, থাদা ভদ্রানচিংবী, নোংচুপ্তা ধন্যানচিংবী অমসুং

অরাংদা শ্যামানচিংবী যূথেশ্বরীশিং দোল তোংগ্রে। দেবতাশিংনা বিমান তোংছুনা কুম্মৈ য়েংগ্রে। মাইকৈ মরিদা যূথেশ্বরীশিংনা শাগ্লে। সখী কয়ানা পিকপি মশীং নাইদনা পায়ছুনা রং মকুপ চাইরকলে। সখী কয়ানা লৈগী ফিবুল লাংনরকলে। মাছুনা মরক মরক্তা ইবুঙো-ইবেম্মগী দোলদা তারকপা য়াওই। মাইকৈ মরিদা ললিতানচিংবী সখীশিং লৈ, মখোয়না পায় পায়ছুনা লংথোয়রকই। রাধাকৃষ্ণগী অঙনা অমা কাওবা য়োদে। মাছু উরছুনা মাইকৈ মরিদগী যূথেশ্বরীশিং অমসুং সখীশিংনা মশীং নাইদনা লংশিল্লকই। মতম অছুদা ললিতানচিংবীনা ইবুঙো ইবেম্মগী মাইকৈ মরীদা কোয়শিল্লি। মশা পুম্বা লৈগী ফীবুল মাইকৈ পুম্বা রং মকুপনা পুম্মম মমগ্রে। লাইশিংনা বিমান্দগী লৈ থিকথরকলে। রংগী উফুলনা কপ্পবদা সখীশিংনা দোলদগী কুমথছুনা ইবুঙো-ইবেম্মবু হাইবা হোরকলে। অঙকপা কংনা নিংথিজয়ে। ইবুঙো-ইবেম্মনী ঙকশমদগী লৈ পরেংনা হাইরি, মাছুদা তোংগদোবগী থোইবুনা তাম্নরি। কম্না হায়-খবনা তোংবদি ঙম্মদছুনা তাম্ন-তাম্নছনা পাইরি। মতৌ অসুমনা ঙহাক হাইরবা তুংদা ইবেম্মনা হায়জছুনা ললিতানচিংবী সখী নিপানবু অমুকমুক ইবুঙোগী য়েন্না লেপহল্লগা ইবুঙোগী য়েংবী শ্রীহস্তনা মরেংবান্দা হাপ্পিছুনা ঙহাক ঙহাক দোল হাইরে। অছুগী তুংদা ইবেম্মনা লেংথরগা সখী অনি-অনি ইবুঙোগী নাক য়েংতা অমম্মম তোংহন্দুনা দোল হাইহল্লে। ইবুঙোনা মখোয়গী মরেংবান্দা শ্রীহস্ত হাপলগা হাইরিবনি। অছুদগী ইবুঙোম্বু লেঙথরগা শ্রীরাধিকা অমসুং সখীশিংবু দোল তোংহল্লগা হাইরে। অছুগী তুংদা লৈয়োন্দা ইবুঙো-ইবেম্ম লেঙশিল্লগা বহুমূর্ত্তি ওইছুনা অস্টসখীগী মনাক্তা ইবুঙো অমম্মম লেপ্লুনা হাইরে। অছুগী তুংদা মতৌ অছুগুমনা যূথেশ্বরীশিংগম্বু

তোঙান তোঙান দোল তোংশিনহুনা মতম অমতদা হাইশিন্নরে" লীলা লোইরগা ইবেমগা মিলন ওই। দাসীশিংনা চামর হমাই থৌগল তৌই, সখীশিংনা লোইননা মতওা ইবুঙো-ইবেমা লেওশিন্নি। দাসীশিংনা বেষভূষণ সেবা চঙই। জলযোগ লো-রগা শয়ন তৌই। দাসীশিংনা মতম মতমগী সেবা তৌজে। মথংদি নিত্তি লীলানি।

( অসিগুম্বা দোল লীলাসি করি করিগুম্বা হুমিত্তা রাধা-কুণ্ডদা স্মরণ তৌগদবা ওই। দোল লীলাসি চৈত্রগী কৃষ্ণ-প্রতিপদত হৌরগা চৈত্র শুক্লা একাদশী কাওবা হুমিৎ ২৬ নিসি পুর্ব্বাহ্নদা গোষ্ঠগমনমাচংবা নিত্তি লীলা তৌরগা গোষ্ঠদগী মতৌ অম্বুমনা প্রিয়নর্ম্ম সখাশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা বনভ্রমণ লেঙবা শাহুনা দোল লীলাগী যুথেশ্বরী পুমনমকা লোইননা অহানবা ওইনা উৎসৈ। দোল লীলাগী অহৌবা হুমিৎ, অরোইবা হুমিৎ, বসন্তরাসদা চৈত্র পূর্ণিমা হুমিৎ অমম্বুং বসন্ত লীলাদা অহানবা হুমিৎ ১০নি অসি পুর্ব্বাহ্নদা যুথেশ্বরী পুমনমকা উৎসৈ। বসন্তথা অনিসি শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সখীশিংগা লোয়ননা পরাসৌলীদা রাস শাথৈ )॥

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপতা মহাপ্রভুনা দোল মথক্তা ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। থোইমু অমদি কোকিলগী মখোল তাবদা মহা-প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তশিংনা ভাবশান্ত ওই। স্বরূপ গোস্বামীনা ইশৈ লোইশিন্নি। প্রভু ভাবশান্ত ওইহুনা দোলদগী লেঙথৈ অমম্বুং ভক্তশিংদা আলিঙ্গন পীবিরগা মতওা লেওশিন্নি। দাসীশিংনা হমাই থৌগল তৌই। শ্রীবাস-ঠাকুরনা তিনপ্রভুদা মাল্য চন্দন সেবা চঙই। অহুগী তুংদা ইবুঙো-ইবেম্বগী বনভ্রমণ লীলা স্মরণ তৌহুনা প্রভুনা ভাবাবেশ ওই। মথংদি নিত্তি লীলা।

শ্রীরামচন্দ্রগী জন্মোৎসব—

চৈত্র শুক্লা নবমী নুমিত্তা মহাপ্রভুনা মহোশাগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান অমদি শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ লোইরগা ভক্তশিঙ্গা লোয়মনা শ্রীমুরারীগুপ্তগী যুমদা লেঙই মফম অদু য়োরগা, পূজারীনা শ্রীরঘুনাথজ.গী অভিষেক তৌরবদা ভক্তশিংগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন হৌরে। মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইথ্রে। কীর্ত্তন লোইরগা ভাবশান্ত ওইহনা ওহাক বিশ্রাম তৌরগা তিনপ্রভু সাকার লৌখি। ওহাক অমুক পোথারগা বনভ্রমণ তৌই। মতুংগী লীলাদি নিত্তি লীলানি।

যাবট্টা লেঙবা—

বৈশাখ শুক্লা তৃতীয়া নুমিৎকী নুমিৎ তাথরকপদা নবদ্বীপকী পুরগী মনুংগী বৈঠক্তা তিনপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা লেঙশিন্দুন কমলি। মতম অসিদা মহাপ্রভুনা হাম্নগঃ মান্নদবা ফিভম অমা উৎলকই। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনীং খঙলহনা শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোইননা বর্ষান্দগী যাবট্টা লেঙবগী পদগান তৌরকই। মাহু তাবদা পুমনমক ভাবাবেশ ওইখি।

অসোমদা শ্রীবৃষভানুপুরদা বৈশাখ শুক্লা দ্বিতীয়াগী নুমিৎ তারকপদা হুম্মদ গোপনা শগোল তোংহনা শ্রীরাধিকা অমসুং অনঙ্গ মঞ্জরীবু লোবা লাকপনি। তৃতীয়া নুমিত্তা চাবা থকপা লোহরগা নুমিৎ তাথরকপদা সখীশিঙ্গা লোইননা ইবেম্মা অমসুং অনঙ্গ মঞ্জরীবু মীনঃ পুবা দোলায়দা যাবট তান্না পুহনা চৎলি।

শ্রীদানলীলা—

বৈশাখ শুক্লা চতুর্থী নুমিত্তা মহোশাগুমনা নিত্তি লীলা চথরকপনা মধ্যাহ্নদা পুষ্পোদ্যান্দা তিনপ্রভুনা ভক্তশিংগা লেংশিন্দুনা কমই। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙহনা—গোবর্দ্ধনা মজগী মী চফু কোক্তা খোংহনা যাবট্টগী ইবেম্মনা

সখীশিংগা লেভবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা দান পীরম্মু হায়রুনা থংপগী পদগান তৌরকই। প্রভুনা মাহু তাবদা ভাবাবেশ ওইখি, ভক্ত-শিংসু মাগী মাগী ব্রজভাবতা লুপ্নখি।

ব্রজদা প্রাতঃগী মতমদা পৌর্ণমাসী দেবীনা লাউথোকখি—"ঙসিদি গোবর্দ্ধন্দা গোবিন্দ কুণ্ডগী মনাক্তা মহাত্মা বসুদেবনা যজ্ঞ তৌগদৌরি। যজ্ঞ অদুদা কৎননবা মশামকনা মী অনৌবা পুহুনা পোৎপাং পীরবদি লম্বুম, শা শল অমসুং মপুম্বোইবগী পুন্সি চাওখৎকনি।" মাহু তারবদা জটিলানা য়াথং পীরহুনা শ্রীরাধিকানা মহৌশাগুমনা নন্দালয়দগী হল্লকলগা মিষ্টান্ননচিংবা হৌবা লোইরগা মী চফু কোক্তা থোংহুনা সূর্য্যকুণ্ডগী লম্বীদা গোবর্দ্ধন ভমনা লেংঙকই। অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিং অমসুং শল ময়াম পুম্বা সংকর্ষণ কুণ্ড মপান্দা বলদেবগী মফমদা শিন্ন-রমলগা প্রিয়নর্ম্ম সখাশিং পুহুনা বসন্তগী বনগী ফজব য়েংঙউগে হায়রুনা লেঙথোরকলে। মতমসিদা বৃন্দা থুংলহুনা হঙৎলকই, "য়েংবিয়ু শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোইননা যজ্ঞগীদনক মী চফু পুহুনা মাইকৈ অসোমদা চঙশিন্নকলি। ঐদি মফম অসিন্নাইদা অমুম ঙাইহনা লৈরগে। ইবুঙোখোইসু যজ্ঞ য়েংনিংলবদি লেঙউ।" শ্রীকৃষ্ণনা থিত্তং চৎলগা ঘাট ফম্বা শাহুনা সুবলনচিংবা পাত্র-মিত্র লোইননা গোবর্দ্ধন্দা মানসগঙ্গাগী মথা থংবদা লম্বী থত্তুনা সখাশিংদা হায়রকই, "নখোইনা দানঘাটনি হায়বা থঙনবা শিঙ্গা খোঙ্গৎলু।" অসি হায়রুনা ইবুঙোনা বংশী খোংই। অসোমদা সখীশিং লোইননা ইবেম্মনা বৃন্দাগা উন্নরহুনা অমুম চঙশিন্নক-পদা বংশী মখোল তারবদা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা দানীবেশ থোন্দুনা লৈরম্বা উবদা মীপাইনরে। ললীতানা হায়রকই, "ইবেম্মা! কৃষ্ণনা মথল মথা অয়াম্বা নমথাক তৌ[illegible]নি। ঐখোই উশিন্ন-দনা চৎসিকো!" অসি হায়নহুনা সখীশিঙ্গা লোইননা ইবেম্মনা

নাকল অমদা তপনা তপনা লেঙভকই। মাহ্রু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা সুবল অমসুং অর্জ্জুনদা হায়রকই, "য়েংউসে ব্রজাঙ্গনাশিংসিনা ঐখোইবু থওইদনা অমরোমদা থৈহনা চংখ্রিবসে। নখোয় অনী থংলুচংলু।" মতম অহূদা সুবলনা চঙউক্তুনা মাঙদা থংলগা হায়রকই, "নখোইনা মাপলগা লোয়ননা ঘাটকী মপুবু থওইদনা চংপা শাগ্নি; নখোই দণ্ডি ফংবা তারেদো।" ব্রজাঙ্গনাশিংনা তানা-তানা তাশিন্নদে। নিংভায়দনা অতূম্মক চংলি। সুবলনা হায়বকই, "তৌবা ঙম্বা শক্তি ফুদোক্তুনা কান্নরোই; থুনা য়াঙনা নমায় লৈহনা ঘাটকী দান পীরম্মু।" ললিতানা খুম্মকই, "করিনো নংনা হায়রিববো? নংনা পাম্মিববু করিনো?" সুবলনা, "ঐনা পাম্মিবা করিনো হায়বহৃদি কোন্না হায়গে। অহানবদা নখোইনা থওই-উশিক্তবহূগীদমক নরাল ভাকপিয়ু হায়ত্তনা ঘাটকী মপুদা থুরুমউ।" বিশাখানা খুম্মকই, "পৌর্ণমাসীনা তাকলকপদি—যজ্ঞগী ঘী কংলুখ্রিঙৈদা ব্রাহ্মণ নত্তবা অতৈ অমদা খুরুমলুরবদি ব্রত কায়গনি হায়নে।" সুবলনা, "অহূ ওইরগম্মু ঘাটপতিগী দান পীরমদনা চংপদি য়ারোই।" বিশাখানা, "কনানো ঘাটপতিদে?" তাঞ্জসিদা কৃষ্ণ লেঙশিনলক্তুনা হায়রকই, "মহা মন্মথনে!" বিশাখা, "মানা ফংফম থোকপা মাশুলদি কয়ানো?" শ্রীকৃষ্ণনা সুবল য়েংহনা "মখোয়সি ফমহল্লগা পানা-খুদপ লাল্লুসে।" মধুমঙ্গলদা, "নংনা মাশুলগী হিসাব হায়উ।" মাহ্র তাবদা বিশাখানা নোকলহনা ললিতাদা হায়রকই, "ইতা! ঐখোয়গী নিংথৌগী মজাইবেম্মগী য়াথংহূ ঘাটপতিগী মখৌ পুরিবা নিপাসিদা তুক তাকপিয়ুসে।" ললিতাদা, "নাপল চাউরবা গোপমচাশিংসে মখোইনা উরীউনা থদংলিদো, উহৈনা মপুক থল্লিদো অমসুং হৈ হেক্তুনা উনা থদংতুনা লৈতেং হেক শেম্বদা বৃন্দাবনগী ফজবসে ইমাং মাঙহল্লবনি। অতুনা মখোইসি দণ্ডি ফংবা

তারে।" কৃষ্ণনা, "মাহুৎগী দণ্ডিৎগী য়ানা কোল্লা থম্নগনি। হৌজিক মাঙলগী য়া তাথো।" মতমত্তুদা নান্দিমুখীনা হায়রকই, "নংনা লোহোগদৌবা দান্দু লোয়ন্নহৌরগা মখোইসি যজ্ঞ মকমদা চংহনগ্রু'স। শ্রীকৃষ্ণনা, "তাকপিরিবত্তু য়াজরন্তনা হায়রিবসিনি— মখোই থাইগী মকোক ওইবা থনমলপা অন্তৈদি লোইনা যজ্ঞ ভূমি য়োথিবা য়ারে।" অসি হায়ত্তনা শ্রীরাধিকাগী মাঙদা লগ্নী থংত্তুনা লেপ্লরে। মতম অত্তুদা ইবেম্মগী 'কিলকিঞ্চিৎ' হায়বা ভাবনা লৈতেংবা মায়থোং দর্শন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবা শঙ্গম ওইবদগীসু শন্নাক কোটি হেন্না পেনখি। মাহু উবদা বৃন্দানা নোকলত্তুনা হায়রকই, "হে নিকুঞ্জগী যুবরাজ! শ্রীরাধি-কানা মশামক্তা মণি-লৈতেং খিবিকনা ললিতাদা শেংহল-শিহনগ্রবনি। অত্তুনা ললিতাবু থামহৌরগা দান অত্তম শকনবা য়ারগনি।" মতম অসিদা পৌর্ণমাসী দেবী থুংলরবদ ইবেম্মনা, "ভগবতী! ভগবতী লেংঙকলবনিনা ঐখোই অয়াবা কোক-লগনি।" অসি হায়ত্তনা ইবেম্মনা মিত্তা পিনা চোংলত্তুনা পৌর্ণমাসীগী চরন্দা থুরুমই। মতম অত্তুদা পৌর্ণমাসী দেবীনা শ্রীরাধিকাবু আলিঙ্গন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী থুত্তা শিন্নরত্তুনা হায়রকই, "হে মাইথোংনা থাবু ওমজবা? সুপীময়ক্তুগী য়ক্ত ওইরবীসিবু নংগী মাংগুল ওইনা পীরবনিসে।" শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী থুং পায়রত্তুনা পৌর্ণমাসীদা, "দেবী! নহাক্তী থোজান্দগী ঐগী কংকম খোকপা মাঙল কংজরে।"

অসিগী তুংদা ইবুংঙো-ইবেম্ম অনিনা অচিকপা কেলিকুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা বিলাস তৌইখি। ওহাক শায়রগা মপান্দা বেস-সাজন তৌদ্দুনা লেঙখোরকই। পৌর্ণমাসী দেবীনা হায়রকই, "ইবুঙো! হৌজিক্তি মখোয়সী যজ্ঞ মকমদা চংহনব্রো। মখোয়না হোয়েল হন্নকপদা মাঙল পীহনগে। ঐনা মাহুগী দায়ী পুরবনি

(জামিন য়ারবনি)। মতম অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা, "ভগবতীগী য়াথং ইকোক থোংনা য়াজরি।" অসি হায়দুনা পৌর্ণমাসীগী চয়ন্দা খুরুমলমলগা সখীশিংগা লোয়নননা লেংঙশ্রে। ইবেম্মসু পৌর্ণমাসীগা লোয়ননা সখীশিং পুদুনা যজ্ঞস্থলদা য়ৌদুনা দী কংলে। অতুদগী অমুক গোবর্দ্ধনগী মানসগঙ্গা মপান্দা লেংঙক্কুন গঙ্গাগী নিংথিবা য়েংনঃ য়েংনা অশোক বাটিকাদা নৈদী বন্দা লৈ হেকই। অতুগী তুংদা বংশী হরন্নচিংবা লীলা থিবিক অশোকানন্দ কুঞ্জবন্দা শায়রগা বনভ্রমণ তৌন-তৌন শ্রীকুণ্ড য়ৌরক্কুনা নিতিলীলা শাগ্নৈ।

শ্রীনবদ্বীপ্তা পুষ্পোদ্যান্দা ভক্তশিংগা লোয়ননা মহাপ্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাদা ভাবাবেশ ওইদুনা লৈ। নৈদী মনম কংবদা থোইমুনা ওংলকপা অমদি কোকিলনা থোংলকপা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। ভক্তশিংনা ভাবশান্ত ওই ইশৈ লোই-শিন্নি। প্রভুনা ভাবশান্ত ওইদুনা গদাধর পণ্ডিতপু আলি-ঙ্গন তৌবি। দাসশিংনা তিনপ্রভু অমসুং ভক্ত থিবিক্তা মাল্য চন্দন অমসুং তাম্বুল সেবা চঙই, চামর থোগল তৌই। অতুগী তুংদা নিতি লীলাগী হৌনবী বনভ্রমণ লোয়রগা অপরাহ্নদা গৃহদা লেংঙকই।

## শ্রীনৃসিংহ চতুর্দ্দশী—

বৈশাখ শুক্লা চতুর্দ্দশী নুমিত্তা শ্রীনৃসিংহানন্দনা তিনপ্রভুবু ভক্তশিংগা লোয়ননা নিমন্ত্রণ কংলুরে। মহাপ্রভুনা মহোৎসবমনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান, ভাগবত শ্রবণনচিংবা লোইরগা ভক্তশিংগা লোয়ননা নৃসিংহানন্দগী য়ুমদা লেংঙই। মকম অতুদা শ্রীনৃসিংহ-দেবগী আরতী দর্শন তৌরগা কীর্ত্তন তৌবদা মহাপ্রভুনা ভাবা-বেশ ওইথি। অতুদগী ভাবশান্ত হাইকেং ওইরকপদা কীর্ত্তন তানা-তানা হুঙ্কার তৌদুনা শোন্নু শোন্নু হায়না লাউদুনা জগোই শারকলে। অমুমনা কীর্ত্তন ওহাক তৌরগা বিশ্রাম তৌই।

অতুগী তুংদা বনভ্রমণ লেঙই। সন্ধ্যাদা নৃসিংহানন্দগীদা অমুক লেঙঙকুনা নৃসিংহদেবগী অভিষেক দর্শন তৌই। মাহু লোইরে হায়রগা সাকার ফংই। অতুগী তুংদা আরতী দর্শন তৌরগা কীর্তন লোইরগা হন্নমদাইদা মহাপ্রভুগী চরণদা খুরূমহুনা নৃসিংহানন্দনা হঙংলি, "কৃপা তৌবিহুনা হয়েংদি ময়াম্মক শ্রীনৃসিংহদেবগী প্রসাদ খুনবিয়ু।" প্রভুনা য়াবিরবা তুংদা ময়াম্মক গৃহদা হল্লি।

**শ্রীস্নানযাত্রা—**

জ্যেষ্ঠ পূর্ণিমা নুমিত্তা প্রাতঃগী হৌনবী লোইরগা মধ্যাহ্নদা পুষ্পোদ্যানদা তিনপ্রভু ভক্তশিং লোয়ননা লেঙশিন্দুনা ফমই। মতমসিদা মহাপ্রভুনা ভাব মওং অমা প্রকাশ তৌরকই। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং খঙহুনা বৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী জলযাত্রা লীলাগী পদগান তৌরকই। মাহু ভাবদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওই। ভক্তশিংসু মাগী মাগী ব্রজভাবতা লুপখি।

ব্রজদা ইবুংঙো ই.নম লুক হারগা ইবেম্মনা যাবট্টগী সূর্যাপূজা লেঙবনি হায়হুনা পুর্বাহ্নদা শ্রীবৃন্দাবনদা অভিসার লেঙই। বৃন্দাবনদা ইবুংঙো ইবেম্মা মধ্যাহ্নদা মিলন-বিলাসগী তুংদা মপান্দা লেঙথোরকলবদা সখীশিংনা বেদী মথক্তা লেঙখংহল্লগা গ্রীষ্মঋতুবন্দা তৌবগুমনা ইশিং কাপনবা যন্ত্রনা শ্রীঅঙ্গদা ইশিং চাইরে। অতুগী তুংদা চন্দন-মাল্যনচিংবা থৌগন তৌই। অতুদগী বন্যভোজন তৌরগা সখীশিংনা হুমাই থৌগন তৌই। মতৌ অসুমা স্নানযাত্রা তৌরগা মতুংদা নিতি লীলা শায়ে।

অসোমদা শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা জলযাত্রা লীলাদা ভাবাবেশ ওইরি। লৈগী মনম ফংবদা থোইমুনা ঙংবা অমদি কোকিলনা খোংবা ভাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। ভক্তখিবিকসু ভাবশান্ত ওইহুনা গান লোইশিল্লি। মহাপ্রভু ভাবশান্ত ওইরহুনা ভক্তশিংবু আলিঙ্গন তৌবি।

শ্রীবাসপণ্ডিতনা প্রভুদা মাল্যচন্দন অমসুং বস্ত্রালঙ্কার কৎলবা তুংদা বনগী উটৈ অমসুং সরবৎ কৎলগা হুমাই থোগল চঙই। অদুগী তুংদা বনভ্রমণ তৌই। অদুগী মথংদি নিত্তিলীলা চৎথৈ।

বর্ষাণ লেঙবা—

আষাঢ় শুক্লা দ্বিতীয়া নুমিৎকী নুমিৎ তারক্কলবদা নবদ্বীপকী পুর মনুংদা তিনপ্রভুনা ভক্তশিংগা লেঙশিন্দুনা লৈ। মতম অসিদা ভাবাবেশ ওইরকই। মাহু উবদা স্বরূপ গোস্বামীনা যাবট্টগী সখীশিংগা লোয়নননা শ্রীরাধিকানা বর্ষাণ লেঙকপগী পদগান তৌই। মাহু তাবদা ময়ামসু ভাবাবেশ ওই।

যাবট্টা আষাঢ় শুক্লা প্রতিপদকী নুমিৎ তাথরকপদা শ্রীদামচন্দ্র গোপনা রাধীকা অমসুং অনঙ্গমঞ্জরীবু লৌবা লাকই। দ্বিতীয়া নুমিৎকী চাবা থকপা লোইরগা নুমিৎ, তারকপদা ইবেম্মনে, সখীশিংনে, অনঙ্গমঞ্জরীবুসু পুহনা বর্ষান্দা লাকই। যুম য়োরবদা ময়ামনা মাতা পিতাদা থুরুমই। বৃষভানু নিংথৌ অমসুং মাতা কীর্ত্তিদানা ইবেম্মবু, অনঙ্গমঞ্জরীবুসু তম্পাক্তা পমহনা আশীর্ব্বাদ তৌনা-তৌনা মীত্তা পিনা চোংলি। সখীশিংসু মতৌ অমুম্না মাগী মাগী পিতা মাতানা আশীর্ব্বাদ তৌই।

নৌকাখণ্ড লীলা—

আষাঢ় শুক্লা তৃতীয়া নুমিত্তা মহোশাগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী লোইরগা মধ্যাহ্নদা পুষ্পোদ্যান্দা তিনপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা লেঙশিন্দুন লৈ। মতম অদুদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওই। মাহু উবদা স্বরূপ গোস্বামীনা গোবর্দ্ধন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নৌকাবিহারগী পদগান তৌই। মাহু তাবদা প্রভুসু ভক্তশিংসু ভাবাবেশ ওইখি।

ব্রজদা রাধা কৃষ্ণনা মহোশাগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান ভোজন লোইরগা ইবেম্মনা বর্ষান্দা হল্লে। অদুদগী সখীশিংগা লোইননা সূর্য্যপূজা লেঙবনি হায়হনা শ্রীকুণ্ড য়োল্লকলে।

শ্রীকৃষ্ণদা ইবেম্মগী অঙ্গবর্ণন কাওবগী লীলা শাগ্গরগা যোগপীঠদা লেপ্লবংলি। অহুম্গী তুংদা বৃন্দাবনচিংবী নান্দীমুখীনে, কুন্দলতানে, মধুমঙ্গল অমস্তুং ধনিষ্ঠানচিংবী ময়াম লাক্তুনা রাধাকৃষ্ণ অমস্তুং সখীশিংদা হায়রে। "গোবর্দ্ধনদা মকমতুগী বনগী ফজবা য়েংউসি অমস্তুং অশোকবাটিকাদা লীলা তৌবিয়ু।" অতুদগী ইবুঙো-ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা বনগী ফজবা য়েংহুনা অম্মুম লেপ্লকপনা গোবর্দ্ধনদা মানস গঙ্গা মপাল য়ৌরকলে। অরাংগী ঘাট মনাক্তা ফজরবা হি অমা লৈবা উরগ্নুনা শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হাম্না লেঙথখিহুনা নৌ পায়রে। মাহু উবদা ইবেম্মসু সখীশিংগা লোইননা হিদা লেঙথহুনা নৌ হোন্দুনা শাম্নে। উনা উনা হি অহু চথোকখিহুনা ইশিং ময়ায় য়ৌরে। মতম অসিমক্তদা ইথক্ক খঙহৌদনা অতিয়াসি নোংনা কুপত্রে অকনবা নোং-নুংশিং শিংলকলে, নোং বম বম চুথরক্রে। নোংথাং তোয়না তোয়না কুপ্পুনা নোং থাকলকলে। মাইকৈ মরি মমত্রে সখী ময়ামনা কিরহুনা কৃষ্ণগী নাক্তা চঙহুন তোর্ব্বান তাম্না হোঞ্জিনবিয়ু হায়রক্রে। মতমতুদা গোপাঙ্গনাশিংহু কয়াদি নিংথিজরে! নোং নুংশিংনা রৈবনা ফিজেৎ লৈত্তোং, শঙ্গুল লোইনা নাম্বোকলে। নোংনা হকচাং পুম্বা চোৎপহুনা ফিগা হকচাংগা নপশিন্নখিহুনা য়েংবদা পুকনিং হুনা নিংথিজরে। শ্রীকৃষ্ণনা মিৎ পেম্না নিংথিবহু দর্শন তৌরকলে। মানসগঙ্গাসি অকিবা কংন ইথক ইপোম হৌরকলে। মরক মরক্তা ইথকী ইশিংনা হীসুং চঙবা মতমতুদা সখীশিংনা কিরহুনা শ্রীকৃষ্ণদা তোর্ব্বান্দা হি হোঞ্জিনবিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরকই। শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মকই, "হোংন-রিবনিনে অহুবু অমত্বসিদা করিম্নু উত্রে, কদোমদনো হোন-গদবনি রা ?" পাইম্ব অতৈ লৈত্রহুনা সখীশিংনা হীতুংদগী ইশিং শিত্তোকই। হি অহু ইথক অরুদা হাইবা হৌরকলে। মাহুলদি

ইবেম্মনা কিন্নহুনা ইবুঙোগী ওকশমদা পাম্বোম অনি চঙহুনা কোনগ্রে। শ্রীকৃষ্ণসু নোঙ চরন্নাক্তা থমলগা ইবেম্মবু থাদা চেংনা আলিঙ্গন তৌরে। মোং সুংশিংসু নেমগ্রে। মতমদুদা সখীশিংনা হিদগী কাথংলক্তুনা কুঞ্জগী মীহুং থোঙদা ইবুঙো ইবেম্মগী বিলাস দর্শন কংজবদা পোকপগী মহৈ য়াম্লে থজহুনা মাগী মাগী ভাগ্যবু থাগৎনখি।

নবদ্বীপ্তা প্রভুনা পুষ্পোদ্যান্দা ভক্তশিং লোয়ননা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী নৌকাবিলাস লীলাদা ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। লৈগী মনম কংবদা খোইমুনা ঙংবা কোকিলনা খোংবা তাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাদু তাবদা ভক্তশিংনা ভাবশান্ত ওইহুনা ইশৈ লোইশিল্লি। মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইহুনা গদাধরবু আলিঙ্গন তৌই। অদুগী তুংদা নিতিগী মতৌগুম্না গঙ্গাদা জলকেলি শান্নরগা শ্রীবাসগী উদ্যান্দা বন্যভোজন তৌই। মথংদি নিতিলীলানি।

গোবর্দ্ধনগী কুঞ্জদা ইবুঙো ইবেম্ম বিলাস লোইরগা ময়াম্মক অশোকানন্দ কুঞ্জদা লাকই। বসন্ত ঋতুবন্দা তৌবগুম মসিদা হোরী শান্নে। হিন্দোলা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ঝুলন শান্নে। ইবুঙো ইবেম্মগী অঙ্গদা রংধুলি চাইহুনা সখীশিংনা দোল হাইনা হাইনা তাম্বুল লানশিল্লি। অনিগী শ্রীরূপমাধুরী দর্শন তৌজে। মাধবী মণ্ডপ কুঞ্জদা মধুপান তৌরগা শ্রীকুণ্ডদা জলকেলী শান্নহুনা নিতিলীলা শান্নে।

ঝুলন লীলা—

শ্রাবণ শুক্লা তৃতিয়াদগী পূর্ণিমা ফাওবা।

শ্রাবণ শুক্লা তৃতিয়া নুমিত্তা মহাপ্রভুনা প্রাতঃগী ফোজ্জী স্নান, কিজেং লৈতেংদা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ অমসুং লুক হাবা তৌই-রগা ওহাক পাথোরে। অদুগী তুংদা ভক্তশিং লোইননা বনভ্রমণ

তোনা তোনা শ্রীবাসগী পুষ্পোত্তানদা মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা কম্মলে। শ্রীবাস পণ্ডিতনা হায়রনা দোল শেমহুনা থমখ্রে। দোলগী করবহু উবদা প্রভু ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনীং থওলহুনা ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ঝুলন লীলাগী পদগান তোরকই। মহাপ্রভুনা মাহু ভাবদা ভাবাবেশ ওইহুনা দোল মথক্তা লেঙখৎলি। শ্রীগধাধর পণ্ডিতনা শিতং লেমথনা কয়লগা চামর থোগল তোই অমম্বুং প্রভুদা তাম্বুল শাল্লি। প্রভু অনি অমম্বুং ভক্তশিংনা মল্লার রাগদা ঝুলন লীলাগী ইশৈ শকই। ভক্তশিংনা দোল হাইরে। ময়ামনা মাগী মাগী ব্রজভাবতা লুপনখ্রে।

ব্রজদা শ্রীবৃষভানুনন্দীনীনা মহোশ'গুমনা প্রাতঃগী হোনবী স্নান কিজেং লৈজেং লোইরবদা যশোদাগী য়াথং মতুংইন্না নন্দীশ্বরদা লুক হোরুরে। অদুদগী লুক হারগা ওহাক পোথারগা বৃষভানুপুরদা হল্লকলগা ওহাক অমুক পোথারগা মিষ্টান্ন হোরে। অদুগী তুংদা কিজেং লৈজেংহুনা সখীশিংগা লোয়ননা কদমথম্ভিদা ঝুলন শাম্নবা লেঙই। শ্রীবৃষভানু মহারাজনা হায়রনা কদমথম্ভিদা দোল শেমশাহুনা থমপ্রবনি। মাহুদি কয়াদি ফজপ্রে! মথল মথা অয়াম্বা মণিনা য়েকথোংলবা রাংলবা সনাগী যুম্বী নিপাল যুংলগা লৈনা নিপাল পানবা থম্বাল মওং মানবা য়েকথোংলবা ওাঙ্গানবা মচুগী থাকল অমা সনাগী মরিনা থল্লি। মাহুগী অকোয়বদা সনাগী মরীনা শাবা জালি য়ানথরি। অদুগী মথাদা মুক্তাগী থাজর, মাইকৈ মরিদা উনানা শেমহুনা য়েংলিবা—মাচুদা থোইমুনা ওংলিবা। মাচুগী ময়ায়দা হায়বদি থাকল মথাদা ময়ায়দা মণিগী তত্ত্ব মরি, মাত্তুদা লৈনা নিপাল পানবা থম্বাল মওংগী মণিগী দোল অহু থাংজীন ভাবরবা কম্রং তৌরীনা য়াল্লি। মাহুদা অঙকপা কংনা য়েকথোংলবা ওাঙ্গানবা মচুগী মেঙলবা থোংপুম মোক্তেক, মাহুগী মথক্তা য়েক থোংলবা শাকল, মাহুদা মুক্তাগী

বালরনা কোয়না য়াম্বহনা নিংথিজরি। মাহুগী মাইকৈ মরিগী উ মরাম অহুদা মখল মথা অয়াম্বা মচুনা শাবা দোল পরেং পরেং। অমংবা নোংমা হুমিংকী মঙাল থুমজিনগ্রে। তপনা তপনা নোং থোংলকলি। অহুগা মরক মরক্তা অকুপ্পা নোং মরিক মরিক চুরকই। য়াহোংশিংনা মাইকৈ মরিদা মশা কপোক্কুনা জগোই শারি। কোকিল থোংলি অমসুং থোইমু ঙংলি। শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়নননা নিংথিজবা পুমনমকসি উবদা হরাওহনা কদম্ব মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ লেঙঙকপগী উৎকণ্ঠা তৌহনা লৈ। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙঙকপগী চরণগী নুপুর খোজেল তারহনা ইবেম্মনা কুঞ্জগী মনুংদা লোৎখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিন্নকপদা ইবেম্মবু উত্রবদা সখীশিংদা হংলকই, "নখোইগী নবেম্মদি কদাইদা লৈখ্রে ?" সখীশিংনা খুমলকই, "কনানা খঙজনি ?" শ্রীকৃষ্ণনা য়ামনা কন্না উৎকণ্ঠা তৌবা অমসুং য়াবহু উবদা বৃন্দাদেবীনা মীৎনা ইঙ্গিত তৌরকই। মাহু খঙলহনা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ মনুংদা লেঙশিন্দুনা ইবেম্মগা বিলাস কয়া তৌই। মতুংদা দাসীশিংনা ইবুঙো-ইবেম্মগী ফিজেৎ লৈত্তং সেবা চঙই। অহুগী তুংদা ইবুঙোনা ইবেম্মগী খুৎ পায়হনা মপান্দা লেঙথোরকই। মতুংদা ভোজন তৌকমদা মিষ্টান্ননচিংবা হারগা মণ্ডপ্তা তাম্বুল হারে। শ্রীরাধিকানা সখীশিংগা লোয়নননা ইবুঙোগী শেবায় কংবা লোইরগা তাম্বুল চানা চানা ইবুঙোগী নাক য়োরক্রে। মথংদা মঞ্জরীশিং অমসুং অহুগী তুংদা দাসীশিং চাবা থকপা লোইরগা ময়াম্মক শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নাক্তা য়োকফলে। ইবুঙোনা ইবেম্মগী খুৎ পায়হনা অনিমক দোলদা লেঙথখ্রে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা কর্ত্তিকাদা, ললিতানচিংবী সখী শিংনা লৈমা শিংনা জোংইনা, বৃন্দানা আরতী কংলি। সখী অনিনা [illegible] [illegible] [illegible] দোল [illegible]কই। অটৈ সখীশিংনা [illegible] [illegible] [illegible]

যন্ত্র খোংহুনা মল্লার রাগদা ঝুলন লীলাগী ইশৈ শকই। খোইমুশিংনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী মায়থোং থম্বালগী নৈহী চুপকে পাইশিল্লকপদা তোংবা গুমদবদগী নীংবা কায়রে অহুগা থাদোক্তুনম্ম চৎনিংদে—মতৌ অম্মুমনা দোল হাইরদা রাংখৎপা নেমথবা মতুং টম্ম টমহুনা কোয়পাই পাইবা হৌরকলে। মতৌ অম্মম তৌনা গুহাক দোল হাইরগা ইবেম্মনা মথাদা লেঙথরগা ইবুঙোনা ময়ায়দা সখী অনিনা নাকয়েত্তা অমম্মম তোংহুনা সখী নিপালমক মথং মথং হাইরে। শ্রীকৃষ্ণ লেঙথবগা ইবেম্মনা ময়ায়দা সখীশিংনা নাকয়েত্তা অম্মুমনা লোইনমকপু হাইরে। অহুগী তুংদা লোইনমক কুমথরে—মপানগী দোল পরেংদা সখীশিং তোংথৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা বহুমূর্ত্তি ওইহনা সখী খুদিংগী নাক্তা ইবুঙো অমম্মম লেঙশিন্দুনা দোল হাইবা হৌরকলে। ময়ায়গী দোলদা শ্রীমতীগী য়েত্তা ইবুঙো লেঙশিন্দুনা দোল কন্না হাইরে। হকচাংগী ফিরোল পাইরকলে। আভরণ খিবিক অমগা অমগা থেংনহুনা মথোল থোকলে। ইবেম্মনা কিরহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ওকশমদা কোন্দুনা মীৎ উইশিল্লে। মাহু উবদা কন্যাগুম্বী সখীনা থৌরাং পায়হুনা হাইবহু থরা তপথহল্লে। মতৌ অম্মুমনা পুমনমক্কী দোল হাইরবা তুংদা মথাদা কুমথরক্তুনা মগুন্তা ফমল্লে। দাসীশিংনা তাম্বুল অমম্মুং হুমাই খোগল চঙই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা ঝুলন লীলাদা ভাবাবেশ ওইহনা লৈ। লৈগী মনম কংবদা থোইমুনা ওংবা অমম্মুং কোকিলনা খোংবা তাবদা মহাপ্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহু তাবদা ভক্তশিং ভাবশান্ত ওইখি। স্বরূপ গোস্বামীনা ইশৈ লোইশিল্লি। মহাপ্রভুনা ভাবশান্ত ওইহুনা দোলদগী লেঙথরগা ভক্তশিংগা মন্নতা জগোই শাই। দাসীশিংনা হুমাইনাচিংবা লেবা তৌহুনা ইবুঙোবু পোক্লাহল্লি। অহুগী

তুংদা মহাপ্রভুনা মহৌশাগুমনা বনভ্রমণ তৌরগা অপরাহ্নদা ভক্তশিংগা . লোয়নননা গৃহদা লেঙই । মথংগী লীলাদি নিত্তি লীলান । -

বর্ষান্দা কদম্বখণ্ডিদগী বনভ্রমণ তৌনা তৌনা সখীশিংগা লোইননা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ডদা লেঙঙকই। মথংদা নিত্তি-লীলা তৌহনা অপরাহ্নদা গৃহদা লেঙঙকই। ঝুলনগী মতমদদি অহিংদা অভিসার তৌবদা অহানবা মিলনগী তুংদা ঝুলন শাররগা রাসনচিংবা শান্নে। চতুর্থীদগী পূর্ণিমা ফাওবা মতৌ অমুমনা ঝুলন লীলাসি শ্রীকুণ্ডদা নত্রগা শ্রীবৃন্দাবনদা নত্রগা মকম অতৈ অতৈদা শান্নে। হাইরিবা দোল পুমনমকসি বৃন্দানা হান্না শেম শেমহনা থমপ্রবনি। দোল পুমনমকসি তৃতীয়াগী-গুমনা নিংথিজে। মসিগী মতুংদা শ্রাবণ শুক্লা একাদশীগী অহিংদা শ্রীকুণ্ডদা ললিতানন্দদা কুঞ্জদা ললিতা সখীগী জন্মতিথি লীলা ওইগনি।

**রাখী-বন্ধন লীলা—**

শ্রাবণ পূর্ণিমা নুমিত্তা প্রাতঃদা নিত্তি মতৌগুমনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরবদা শ্রীমন্মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইব্রে মাহু উবদা স্বরূপ দামোদরনা বর্ষান্দা গর্গমুনিগী মচানুপীনা শ্রীরাধি-কাগী রাখিবন্ধন তৌবগী পদগান তৌরকই। মাহু ভাবদা মরাম্মক ব্রজভাবতা লুপনৈ।

ব্রজদা প্রাতঃদা শ্রীরাধিকানা স্নান, লৈতেং লোইরবদা, গর্গমুনিগী মচানুপী লাক্তুনা ইবেম্মগী ওয়খংবা থুরাধরা রাখী পুম্নি। মতৌ অমুমনা অতৈ অতৈ সখীশিংগীসু [illegible]। শ্রীরাধিকানা মুনিকন্যাবু ফিরোল, অলঙ্কার কয়া [illegible] লোইশনা মিষ্টান্নচিংবা পীজহনা পূজা তৌই। [illegible]

তাণ্ডৱী ঋষিনা শ্রীকৃষ্ণগী রাখি বন্ধন তৌবগী পাউ অসি কনাগুম্বী সখী অমনা তশ্মৈ। মতম অদুদা মরাবু জলযোগ ফংহন্নগা নন্দালয়দা লেঙই। মকম অদুদা ঋষি পত্নীনা শ্রীরাধিকাগী হস্তদা রাখী পুন্নি। মাহুদা ইবেম্মনা মতম অমদা মতিকচাবা থর্মা কচ্চনিংহুনা নোম্লুকনা হায়রি, "চানবিহুনা থুদোং চাবা মতমদা ঐগী ইপা নিংথৌগীদা অমুক্তং লেঙবিরকলবদি গুণ্ডাইজগনি।" মথংদা লুক হৌবনচিংবা নিতি লৈলানি।

জন্মাষ্টমী—

ভাদ্র কৃষ্ণা প্রতিপদ নুমিত্তা শ্রীনন্দগী শঙ্গায়দা পুং খিন্দুনা লাউথোকলে। ষষ্ঠী ফাওবগী মনুংদা পুরগী ফজনবা শেম শাবা লোইরে থাকল, হৈনোমনা পরেং, কোম্থোংগী নাকয়েত্তা লকু পাম্বী অমম্নুং পূর্ণঘট। মকম মকমদা ফীরাল পাইরি। মতৌ অম্মুমনা ব্রজবাসীশিংগী যুম যুম থুদিংদা ফজনবা শেম শারে। কৈথেল অচৌবা মচা অমম্নুং নগরদম্মু অম্মুমনা শোজ্জাক, লৈরক পূম্বা রাই শিত্তোক্তুনা মনম নুংশিবা ইশিং চাইরে। মপান্দগী লাকপা কনাগুম্বনা কয়ম্বা যুমদা উৎসব তৌগদৌরিবনো হায়বা ঙম্মোই। ষষ্ঠী নুমিৎকী সন্ধ্যাদা নন্দবাবানা নিমন্ত্রণ তৌনবা মী থারে। নিপাগীনা শ্রীসুভদ্র, নুপীগীনা ধাত্রীকন্যা। অহানবদা বৃষভানুপুরদা চত্তুনা শ্রীসুভদ্রনা শ্রীবৃষভানু নিংথৌদা হন্নংলি, "হংচিত্তি শ্রীকৃষ্ণগী জন্মোৎসবনি, মাহুদিদমক্কু মহারাজগী নিমন্ত্রণ কচ্চরি।" অমুকন্নু নন্দ মহারাজনা হায়রুকই, "ঐগী যুমসি মহারাজগীনি। ঐদি করিনু থঙদে—মহারাজনা লোইনা শীনবিরগদবনি। হয়েং অয়ুক ময়াম লোইনা পুরক্কুনা নন্দীশ্বরদা থুংবিরো।" মতৌ অম্মুমনা ধাত্রীকন্যানা শ্রীকীর্তিদা মহারাণীদা শ্রীযশোদাগী নিমন্ত্রণ তৌখি। মতৌ অম্মুমনা অতৈ লোইনমকপু নিমন্ত্রণ তৌখি

**সপ্তমী লীলা—**

শ্রীনবদ্বীপতা সপ্তমী তুমিত্তা মহাপ্রভুনা প্রাতঃদা নিত্তিগুমনা স্নান, ফিজেৎ লৈত্তেং লোইরগা জলযোগ লৌরগা ভক্তশিংগা লোইননা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌবা কমত্থনা লৈ। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা পাঠ তৌই। শ্রবণ তৌনা তৌনা ভাবাবেশ ওইথি। মাহু উবদা গদাধর পণ্ডিতনা প্রভুগী পুকনিং খণ্ডহনা শ্রীবৃষভানু নিংথৌ, কীর্ত্তিদা মাতা অমসুং সখীশিং লোয়নরবী শ্রীরাধিকানচিংবীনা শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম উৎসবকীদমক নন্দীশ্বরদা লেঙবগী নৈমিত্তিক লীলা পাঠ তৌই। মাহু তাবদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওইথি। ভক্তশিংসু মাগী মাগী ব্রজভাবতা লুপথি।

ব্রজদা সপ্তমী তুমিত্তা প্রাতঃদা শ্রীবৃষভানু নিংথৌনচিংবা অমসুং শ্রীরাধিকা অমদি সখীশিং লোইনা স্নান, ফিজেৎ লৈত্তেং লোইরগা জলযোগ খরা খরা লৌনরে। অত্থগী তুংদা খুদোনপোৎ ওইনবা ফিরোল, অলঙ্কার কয়া পুত্থনা শ্রীনন্দালয়রোমদা চৎলি। শ্রীবৃষভানু মহারাজ অমসুং মচিন-মনাওশিংনা শামু তোংই। মাগী মাগী মনাই মশল অমসুং মথল মথা অয়াম্বা যন্ত্র খোংবা লোইনরি শ্রীকীর্ত্তিদা মাতা, মাগী নকনবী মরীমতশিং অমসুং য়োকচবীশিং মীনা পুবা দোলাই তোংই। শ্রীদামচন্দ্রনা শগোল তোংহনা মাগী কাঙবু অমসুং যন্ত্র খোংবা ময়াম লোয়ননা চৎলি। থাইগী তুংদা শ্রীরাধিকানা দোলাইদা অমসুং সখীশিংসু মৃদেশ্বরী পুমনমকসু মথল মথা অয়াম্বা বাহন তোংহনা নন্দালয় তমলকলে। শ্রীবৃষভানু মহারাজনা পরিবারগা লোইননা নন্দগ্রাম য়ৌরকলোরে হায়বা পাউ কংলবদা নন্দ মহারাজনা মচিন-মনাওশিংগা লোইননা ওকপা খোরকই। বৃষভানু মহারাজনচিংবনা থামুদগী কুমথহনা মহে মহে খুরুমজৈ [illegible] [illegible]। অদুগী তুংদা খোংখী, মনাই মশল [illegible] [illegible] [illegible]

থনমলগী শ্রীনন্দ বাবানা ময়াম্বু পুর মচুংদা পুশিন্নরুই। শুরুগী মচুংদা মপাম্বুংবা মুমশিংদা বৃষভানু নিংথৌনচিংবনু লৈহল্লে। শ্রীকীর্ত্তিদা মাতানচিংবীনা মনিংগী থোংজাওরোমদা লোলাইদগী কৃষ্ণহুনা যশোদা মাতাগা থুরুমনৱে আলিঙ্গন তৌনরে। শ্রীরাধিকা অমসুং মু.থম্বরীশিং অমসুং সখীশিংসু কৃষ্ণহুনা শ্রীযশোদা মাতা থুরুমই। মাতানা ময়ামহুবু চুম্বন, আলিঙ্গন অমসুং মকোক মকোক্তা মনম নম্বিরগা অন্তপুরদা পুশিনখি। ময়ামহুগী মতিক মতিকচাবা লৈফম পীরে। ময়াম্বক পোথানরে। দাস দাসীশিংনা সেবা চঙই। শ্রীকৃষ্ণনা জলযোগ লৌরবা তুংদা শ্রীরাধিকানচিংবী মথং মথং জলযোগ লৌরে। মতুগী তুংদা মহোশাগুমনা ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা লুক হৌই। অমরোমদা শ্রীবৃষভানু বাবা অমসুং শ্রীকীর্ত্তিদা মাতানচিংবা পুমনমক মথং মথং জলযোগ লৌরে। অসোমদা মাতাগী য়াথং মতুং ইন্না য়াল্লোশংদা চঙহুনা মিষ্টান্ন, পকান্নচিংবা অণুম-অহাউ সন্দেস মখল মখা হৌরে। থোংবা লোইরবদা মহোশাগুমনা মধুমঙ্গলন। নারায়ণগী ভোগ কত্তুনা আরতী কৎলে। মন্নাম পুম্বা আরতী দর্শন তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা মহোশাগুমনা লীলা চথরক্তুনা শ্রীনারায়ণগী আরতী দর্শন তৌই।

অসোমদা নন্দীশ্বরদা শ্রীনারায়ণ শয়ন তৌরগা মাতানা য়াথং পীহুনা ময়াম্বু মধুমঙ্গলনা চাক তাকউরে। মাঙোন্দা শ্রীনন্দ মহারজনা মায় নোংপোক ওন্দুনা ফমলে। য়েত্তা অভিনন্দ, অমুগী য়েত্তা উপনন্দ, অতুগী য়েত্তা শ্রীবৃষভানুনচিংবা মতিম্মনাও মন্না ফমই। অতুগী য়েত্তা শ্রীদামচন্দ্র অতুগী য়েত্তা বলরাম অতুগী মথংদা সুভদ্রা, গোভট্টনচিংবা ফমই। নন্দ বাবাগী ওয়দা সুনন্দ, মথংদা নন্দন, মথংদা কৃষ্ণ, সুবল উজ্জ্বল, কোকিলনচিংবা

কমলে। নন্দবাবাগী মাঙদা কৃষ্ণগী মাতুলশিং কমই। বৃষভানু বাবাগী মাঙদা অভিমন্যুনচিংবা, মথংদা য়েত্তা মাইকৈ অমদা ব্রাহ্মণশিং কমই। মাইকৈ মরিদা পুরদা লৈবা গোপশিং কমই। সখীশিংগা লোইননা শ্রীরাধিকানা নন্দবাবাগী মাইকৈদা পরিবেশন তৌই; শ্যামা, চন্দ্রাবলীনচিংবী যূথেশ্বরীশিংনা বৃষভানুরোমদা পরিবেশন তৌই। অহানবদা মিষ্টান্ন মথল মথল, মথংদা পক্কান্ন অমুমনা চাক ইনশাং হাপ্লকই। ময়াম্মক হরাও মুংঙাইনা নোক খেত্নুনা চাবা লোইরগা আচমন তৌত্নুনা মাগী মাগী গৃহদা তাম্বুল চারগা পোথাত্নুনা হিপনখি। দাসশিংনা সেবা চঙই। ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণগী চেপ্লগী নিংথিজবত্ থোঙনাওদা দর্শন তৌত্নুনা আনন্দ ওইরি।

নবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা আরতি দর্শন তৌই। অত্নুগী তুংদা লুক হাবা কমলগা মহোশাগুমনা ভাবাবেশ ওই।

শ্রীনন্দিশ্বরদা মহোশাগুমনা যশোদা মাতানা য়াথং পীত্নুনা ময়াম্মক মনুংগী মাঙ্গোল্দা ভোজনগীদমক কমলে। শ্রীরাধিকা অমসুং সখীশিংনা নাকল অমদা পুন্না কমই। মতৌ অমুমনা শ্যামা, চন্দ্রাবলীনচিংবী যূথেশ্বরীশিংসু মাগী মাগী সখীশিংগা অতোপ্পা মাইকৈ অমদা কমই। মতৌ অমুমনা যশোদা মাতাখোইসু কমলে। য়েত্তা কীর্ত্তিদা মাতাখোই কমই। কুন্দলতা, রোহিণীমাতানচিংবীনা য়েল্লি। চাবা লোইরগা আচমন তৌত্নুনা মাগী মাগী কাদা চঙলগা তাম্বুল লোৌরগা মহৈ মহৈ পোথানৈ। দাসীশিংনা সেবা তৌই। অত্নুগী তুংদা মঞ্জরীশিং অমসুং দাসীশিং মথং মথং চারে। অত্নুগী তুংদা সাধকদাসীনা রাইরম তৈবা লোইরগা ইবেম্মগী নাক্তা চঙত্নুনা চরণ সেবা তৌজে।

শ্রীনবদ্বীপকী লীলাদি নিত্তি লীলানি।

শ্রীনন্দীশ্বরদা শ্রীরাধিকানা ওহাক বিশ্রাম তৌরগা খোঙ-খুৎ

শেংদোক্তুনা সূর্য্যপূজাগীদমক মিষ্টান্ননচিংবা হোরে। অদুদগী সূর্য্যপূজা চৎপা শাত্তুনা সখীশিঙ্গা লোইননা মনিংথোংলোমদা লেঙথোকই। নন্দীশ্বর পর্ব্বতকী চীংথক্তা ষড় ঋতুবন্দা লেঙশিন্দুনা বনগী মিংথিবা য়েংনা য়েংনা কুঞ্জমণ্ডপকী মাঙ্গোন্দা ফমলে। শ্রীকৃষ্ণবু উৎকণ্ঠা তৌহুনা লৈ। তাঞ্জা অসিদা শ্রীকৃষ্ণসু প্রিয়নর্ম্ম সখাশিং লোয়ননা বনভ্রমণ লেঙথোরকই। শ্রীকৃষ্ণগী নূপুরধ্বনি তাবদা ইবেম্মনা কুঞ্জগী মনুংদা লোৎলি। অদুগী তুংদা নিত্তি লীলা কয়া শান্নরগা যোগপীঠদা লেঙশিল্লি।

নবদ্বীপ্তা মহোশাগুমনা যোগপীঠগী মতুংদা নিত্তি লীলা বনভ্রমন্নচিংবা তৌই।

নন্দীশ্বর পর্ব্বতকী মথক্তা মহোশা তৌবগুমনা বৃন্দানা হঙ্গৎতুনা ষড় ঋতুবন ভ্রমণ তৌরগা তুংদা ইবুঙো-ইবেম্মনা পানি-হারী কুণ্ডগী চীংখৈদা মদনানন্দদা কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা মধুপান তৌরগা মহোশা তৌবগুমনা বিলাসনচিংবা লোইরগা কুণ্ডমপান্দা বেদীদা ফমহুনা ফাগী যোগায় কয়া তৌনৈ।

শ্রীনবদ্বীকীদি নিত্তিলীলানি।

নন্দীশ্বরদা পানিহারী কুণ্ডগী ফজবহু শ্রীকুণ্ডগী কজবগুম উরহুনা সখীশিংগা লোইননা জলকেলি শান্নে। অদুগী তুংদা বিশাখানন্দদা কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা মহোশাগুমনা ফিজেৎ লৈত্তেং, ভোজন, শয়ন, অঙ্গবর্ণন অমসুং শ্বেতাম্বুজ কুঞ্জদা পাশা শান্নরগা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোইননা গৃহদা লেঙশিল্লি। ইবেম্মনা সখীশিংগা লোইননা নন্দীশ্বরগী মখায়োমদা লৈবা সূর্য্য মন্দিরদা লাক্তুনা সূর্য্য নারায়ণগী পূজা তৌরগা অপরাহ্নদা মনিংগী থোঙ-জাওয়োমদা পুরদা লেঙশিন্দুনা শয্যাদা ফমই।

নবদ্বীপকীদি নিত্তি লীলানি।

নন্দীশ্বরদা শ্রীরাধিকানা ঙহাক পোত্থারগা নিত্তিগুমনা মিষ্টান্ন-

নচিংবা হৌরগা স্নান, ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা লোইরে। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী স্নান, ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা লোইরগা জলজোগ লৌরে। ইবেম্মসু জলযোগ ফংলগা চন্দ্রশালাদা লেঙখত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী গোদোহন দর্শন তৌই। মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গৃহদা লেঙ-শিল্লকলগা আরতী দর্শন তৌই। মতুংদা সখীশিংনা ইবেম্মবু আরতী কৎলি।

নবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

শ্রীনন্দীশ্বরদা প্রাতঃদা তৌবগুমনা পরেং ফমদুনা ভোজন তৌই। অদুগী তুংদা নিতিগীগুমনা রাজসভা দর্শন তৌরগা লেঙ-খরকলগা চেপই।

নবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

নন্দীশ্বরদা খাইনা তুমনখ্রবদা শ্রীরাধিকা অমসুং সখীশিংনা হৌগত্তুনা ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা মীহুখোঙদা শ্রীকৃষ্ণদা সঙ্কেত তৌরমলগা শ্রীবৃন্দাবন্দা অভিসার লেঙই। শ্রীকৃষ্ণসু গৃহদগী লেঙ-খোরক্তুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা ইবেম্মগা উন্নখি। মথংদি নিতি লীলানি।

**অষ্টমী লীলা—**

অষ্টমী হুমিত্তা মহাপ্রভুনা নিতিগীগুমনা প্রাতঃদা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা আরতি দর্শন তৌরগা ভক্তশিংগা লোইননা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌই। শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মাষ্টমী লীলা পাঠ তৌই। মহাপ্রভুনা মদু তাবদা ভাবাবেশ ওইদুনা স্নান মণ্ডপ্তা লেঙলগা মনিগী সিংহাসন্দা লেঙশিল্লি। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা অভিষেক তৌই। স্বরূপ গোস্বামীনা নন্দীশ্বরদা শ্রীকৃষ্ণগী অভি-ষেক তৌবগী পদগান তৌই। মাদু তাবদা ময়াম্মক ভাবাবেশ ওই।

নন্দীশ্বরদা অষ্টমী হুমিংকী প্রাতঃদা মহৌশাগুমনা সখীশিংগা লোইননা ইবেম্মনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরে। মতম অসিদা কুন্দলতা চণ্ডক্তুনা হায়রে, "শ্রীকৃষ্ণগী অভিষেক য়েংঙসি।" সখী

মঞ্জরীশিং লোইনহুনা ইবেম্মনা অভিষেককী জাগাদা লেঙশিল্লি। তুংদা গুরুরূপা মঞ্জরীশিং সাধকদাসীনা মন্নামসিগী তুংদা লেপ্তুনা দর্শন তৌই। গ্রামদা লৈবা নহা-অহল, নুপীনিপা খাক্তনা লোইনা থুংলরে। শ্রীকৃষ্ণনা হোনবী মতুং ইন্না প্রাতঃগী হোনবী স্নান্নচিংবা লোইরগা ফী অণ্ডোবা থোল্লে। নাতোন্দা মুক্তা, ণকশমদা সনা পরেং, পাম্বোমদা পাম্বামফাবী, খুত্তা খুজী, খাংদা শরীকমচা অমস্তুং চরন্দা নুপুর থোন্দুনা স্নান বেদীদা লেঙখত্তুনা সনাগী চৌকীদা লেঙশিল্লি। যন্ত্র পায়বশিংনা মখল মখা অয়াম্বা যন্ত্র য়ৈবা খোংবা হৌরকলে। জগোইশাবশিংনা জগোই শারকলে। ব্রাহ্মণশিংনা বেদ পাঠ তৌরকলে। নুপী কাণ্ডবুনা জয়ধ্বনি লাউরকলে। ভাট-বন্দীশিংনা ইবুংঙোগী মীংচৎগুণ শকপা হৌরকই। শ্রীভাগুরী ঋষিনা অভিষেক মন্ত্র থীরে। দাসশিংনা অভিষেক তৌবা হৌরকলে। অহানবদা সর্বৌষধি য়াওবা জলগী স্নান, মথংদা পঞ্চগব্য, মথংদা পঞ্চামৃত, মথংদা চকুচামগী ইশিং মথংদা সহস্রধারা অমস্তুং খাইগী অরোইবদা শঙ্খগী জলনা ঋষিগী মন্ত্রগা লোইননা স্নান তৌই। দাসশিংনা শ্রীঅঙ্গ তৈতথোকতুনা সনাফীগে থোল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা শিঙ্গার বেদীদা রত্ননা থামলবা সিংহাসন্দা লেঙশিল্লি। দাসশিংনা শিঙ্গার তৌই। কোক্তা সনানা য়োম্বা মণিনা মখোক ওইবা চূড়া, নাইবক্তা গোরচনগী তিলক, শমজোই, নাতোন্দা মুক্তা, নাকোংদা ডাকিহোম মওং মানবা কুণ্ডল, ণকশমদা মণি পরেং, হত্তদা পাম্বোমফাবী, তাল, খুজী, খাংদা শরীকমচা, চরন্দা নুপুরনচিংবা থোল্লে। ঋষিনা থিংথৌমতোন পায়হুনা তরেৎলঙ্ক আরতি হাইরে। অতৈ ব্রাহ্মণশিংনা আশীর্ব্বাদ তৌরে। শ্রীবৃষভানু নিংথৌনচিংবনা সনাগী পুখমদা হাপ্তুনা ফিরোল অলঙ্কার খুদোন পোৎ পীরগা আশীর্ব্বাদ তৌরে। শ্রীকৃষ্ণগী মাতুলশিংনা মখল মখলগী খুদোনপোৎ পীরগা

আশীর্ব্বাদ তৌরে। অতৈ অতৈ অভিমন্যু গোপনচিংবনসু তৌরে। শ্রীযশোদানচিংবী মাতা শিংসু মওং অমুমনা তৌরে। শ্রীরাধীকানা ইবুঙোগী ভক্তা মণিপরেং হুকনে অমসুং সনাগী পুখমদা থুদোনপোৎ কৎলে। মতৌ অমুমনা চন্দ্রাবলীনচিংবী যূথেশ্বরীশিংনসু থুদোনপোৎ কৎলে। অতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মচা সনা রোম্বা থুজিন্দা লুপা য়োম্বা শম্বী অমা দান তৌরে। মতুংদা নন্দ মহারাজনা অতুগুম্বী শম্বী লিশিং লিশিং দান তৌরে। শ্রীকৃষ্ণনা বেদীদগী হৌগত্তুনা অহানবদা পৌর্ণমাসী দেবীদা খুরুমই। মতুংদা পিতৃমাতৃশিং অমসুং গুরুবর্গ পূমনকপু খুরুমই। অতুগীতুংদা গৃহদা সখাশিংগা লোইননা জলযোগ লৌরে। অতুগী তুংদা শ্রীরাধীকা অমসুং সখীশিং অমসুং যূথেশ্বরীশিং লোইনা জলযোগ লৌরে। অতুগী তুংদা মঞ্জরীনচিংবী ময়ামসু জলযোগ লৌরে। অদুদগী ইবেম্মগী নাক্তা লাক্তুনা মতমগী সেবা তৌজে।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভূনা স্নান মণ্ডপ্তা ভাবাবেশ ওইহুনা লৈ। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা অভিষেক তৌরগা স্বরূপ গোস্বামীনা ইশৈ লোইশিল্লে। প্রভুনা ভাবশান্ত ওইরে। দাসশিংনা মনম হুংশিবা থাউনা শ্রীঅঙ্গ নোইবনচিংবা তৌরগা মনম হুংশিবা জলনা চাইথহুনা থাংচেৎ হোংলে। অতুদগী শিঙ্গার মণ্ডপ্তা লেঙশিল্লি। দাসশিংনা ফিজেৎ লৈতেং থোল্লি। শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত অমসুং ভক্তশিংনা মণিমুক্তাগী অলঙ্কার প্রভুদা থোল্লি। মিংশেল্দা শ্রীমুখ উরুবদা মহাপ্রভু ভাবাবেশ ওইখি। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনীং খঙলহনা শ্রীকৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেং থোনবা, জলযোগ কংবা, শ্রীরাধিকাণা লুক হৌবা অমসুং নন্দীশ্বরদা দধিকাদা নৃত্যনচিংবা মথং মথং পদগান তৌই। মহাপ্রভূসু ভক্তশিংসু লোইনা ব্রজভাবদা লুপই।

শ্রীনন্দীশ্বরদা শ্রীরাধিকানচিংবী জলযোগ কংলবা তুংদা ওহাক

বিশ্রাম তৌই। অদুদগী শ্রীযশোমতী মাতাগী য়াথং কংলদুনা য়াম্লো-শংদা লেঙশিন্দুনা মিষ্টান্নশিংবা হৌরে। মাইকৈ অময়োমদা ব্রাহ্মণী ময়াম অমনা ময়ামগীদমক থোংগ্রে। য়েনশাং মথেল কয়া মিষ্টান্ন, পাকান্ন, মখল মখা অয়াম্বা শায়দুনা চাবা য়াবা, চুপ্তুনা চাগদবা, লেক্তুনা চাগদবা, থক্কদবা মথেল মরি, রস মখল তরুক শেম শাবা লোইরবদা মধুমঙ্গলনা শ্রীনারায়ণগী ভোগ কৎলে। অদুগী তুংদা ঠাকুর চেপশিন্নগা ময়ামনা দধিকাদা খেলা হৌরে। নন্দবাবানে, মচিম্মনাও মঙানে, বৃষভানুবাবানচিংবা অহল্লোন মথৈনা মাঙ্গোল অমদা খেলা তৌই। শ্রীরামকৃষ্ণ অমম্পুং সখাশিংনা অতোপ্পা মাঙ্গোল অমদা শান্নে। মম্পুংগী কাদা মাঙ্গোল অমদা যশোদা মাতা, কীর্ত্তিদা মাতানচিংবীনা জগোই শাগৎলকলে। অতোপ্পা মাঙ্গোল অমদা শ্রীরাধিকা, শ্রীচন্দ্রাবলীনচিংবী যূথেশ্বরী-শিং, সখীশিং, ময়ামনা শান্নে। অহল ওইরবী মুখরানচিংবী গোপীশিংসু মখুত্তা চৈগু পায়দুনা ওহাক জগোই শাই। ময়াম পৃমনমকশিনা শঙ্গোম অকম্বা মপং, শঙ্গোম অনৌবা, ঘী, ছানা মাখোন্নচিংবা, থাউ, য়াইঙং, চন্দন, কুঙ্কুম কেশর মহীনচিংবা চাইনৈ অমম্পুং তান্ন-তান্নদুনা জগোই তৌরে। মুঙাইনখিবদা নহানি অহন্নি, অপিকপনি অচৌবনি থঙনখিদ্রে। শঙ্গোম অনৌবা, অকম্বনা ইচেল নাইনা চেল্লে। ইচেন্দুগী ময়ায়দা মাখন অমম্পুং কেশরনা তুংদুনা থৎপা মতমদদি মাঙ্গোন্দু থুমই। মাখন্নচিংবদু হেক চেম্ব্রগদি মহাক্তু তুরেনগুমনা য়াঙনা চেল্লি। লাইশিং অমদি গন্ধর্ব্বশিংনা অতিয়াদগী কুম্মৈ য়েংথরকই। কনাগুম্বা লাইনা মীওইবগী মশক লোদুনা গোপ মরক্তা জগোই শাবা য়াওরি। কনাগুম্বা লাইনা কাংঙনচিংবা উচেক্কী মশক লৌদুনা মাখন্নচিংবা চারি। যন্ত্র য়ৈবনা য়ৈ, জগোই শাবনা শা, ভাট বন্দী-শিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌনরকলে। মতৌ অম্মুমনা মুঙাইনা

১তম শরা শাম্নরগা ময়.ম্মক পাবন সরোবর তাম্না লাক্তুনা জলকেলি শাম্নরে। ঘাট অমদা নন্দবাবা, বৃষভানু বাবা-নচিংবা অমসুং ঘাট অমদা যশোদা মাতা কীর্ত্তিদা মাতান-চিংবী; ঘাট অমদা সখাশিংগা লোইননা শ্রীরামকৃষ্ণ অমসুং অতোপ্পা ঘাট অমদনা সখীশিং লোইননা শ্রীরাধিকা অমসুং চন্দ্রা-বলীনচিংবী যুথেশ্বরীশিং। হরাও হুঙাইনা ইশিং চাইনহুনা জল কেলী শাম্নরগা কাখৎনরক্লে। দাস দাসাশিংনা থাউ তৈহুনা নোইহনা, চতুঃসমনচিংবা তৈহুনা স্নান তোনরে। ফীঙো হোং-দোক্তুনা যুমদা হন্নরকলে। নন্দবাবানা নিপা কাঙবুদা মতিক মতিক চাবা ফি দান তৌই। শ্রীযশোদা মাতানা মন্নুংগী কাশিংদা নুপী কাঙবুদা মতিক মতিক চাবা ফি, অলঙ্কারনচিংবা দান তোরে। দাসীশিংনা ফিজেৎ লৈতেং শেম শারে। মখোই মশাগীসু শেৎচিন শিজিল্লে। অদুগী তুংদা নন্দবাবানা অহানবদা ব্রাহ্মণশিংবু নিংথিনা লুক হাহল্লে। মতুংদ. যশোদা মাতানা মধুমঙ্গলবু ময়ামদা চাক তাকহল্লুরে। গ্রামবাসী ময়ামসু লাক্তুনা ঙরাংগী মতোগুম্না পরেং পরেং ফমহুনা চারে। চাবা লোইরগা আচমন তৌহুনা পানা চারগা মাগী মাগী কাদা পোথানৈ। দাসশিংনা সেবা চঙই। মন্নুংগী কাদসু ঙরাংগুমনা পরেং ফমহুনা চারে। চাবা লোইরগা আচমন তৌহুনা পানা চাহুনা পোথানরে। দাসীশিংনা সেবা তৌই। অদুগী তুংদা মঞ্জরীশিং চারে। অসোমদা নন্দবাবানা ব্রাহ্মণশিংদা ফি, অলঙ্কার, শেল ওইনা দক্ষিণা কত্তুনা সম্মান তৌই। ভাট বন্দী ইশৈ শকপা, জগোই শাবা থিবিকপু ফি, অলঙ্কার, শেল ওইনা পীহুনা অমসুং কাঙ্গালীশিংবু নিংথিনা পীজ পীথক্তুনা ময়াম্বু বিদায় তোরে। অদুগী তুংদা মশামক বিশ্রাম ঙহাক তৌই।

শ্রীনবদ্বীপদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা ভাবাবেশ ওই-হুনা লৈ। অন্তপুরদা নুপীশিংনা মথল মথা অয়াম্বা মখোল, চাক,

ইনশাং, মিষ্টান্ন, পক্কান্ন খোংবা লোইরবদা নারায়ণ মন্দিরদা থেল্ল-রবদা, শচীমাতানা হায়ররে, "ইমাগী নিমাই! মতম থেংগ্রে, নারায়ণ ভোগ কৎলরো।" মাহ্ন ভাবদা প্রভুনা হুঙ্কার তৌরকই। মাহ্ন তাবদা ভাবশান্ত ওইরে। স্বরূপ গোস্বামানা নন্দীশ্বরদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভোজন, শয়নগী পদগান তৌই। প্রভুনা ভাব-শান্ত ওইরগা নারায়ণ মন্দিরদা আরতি দর্শন তৌবা লোইরগা ভহাক বিশ্রাম তৌরে। নিত্যানন্দ প্রভু, অদ্বৈত প্রভুস্ন তোঙান তোঙান বিশ্রাম তৌরে। দাসশিংনা সেবা তৌই। গদাধর পণ্ডিতনা নারায়ণ চেপশল্লে। ভহাক বিশ্রাম তৌরগা সপ্তমীদা তৌবগুমনা পুরদা ষোগপীঠ ওইগনি। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা হান্নবা ময়াম্মকপু জন্মাষ্টমীগীদমক নিমন্ত্রণ তৌগ্রবনি অহুনা ভক্তশিংগা লোইননা সপ্তমীদা তৌবগুমনা বনভ্রমণ লোইরগা সন্ধ্যাগী মতমদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা লেঙগ্রে। শ্রীমদনগোপালগী আরতি দর্শন তৌরগা ভক্তশিংগা লোইননা কীর্ত্তন তৌই। অহিং যুথক অনি হৌগ্রবদা শ্রীমদন গোপালগী অভিষেক কৎলি। মাহ্ন দর্শন লোইরগা কীর্ত্তন হৌরকলে। কীর্ত্তন লোহরবদা তিনপ্রভুনা শাকার খরা ফংলগা অদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা চেপই। অহুগী তুংদা অহিংগী লীলাদি নিতি ল ল গী মতুং ইন্না শ্রীবাসগী পুস্পোদ্যানদা ওইগনি।

নন্দীশ্বরদা শ্রীরাধিকানা ভহাক বিশ্রাম তৌরগা সূর্য্য পূজাগী পাকান্নচিংবা হৌরগা সপ্তমাদা তৌবগুমনা অভিসার মিলন লীলা পুমনমক ওই।

**নবমী লীলা—**

নবমী নুমিৎকী নিশান্তদা মহাপ্রভুনা অদ্বৈতগী শঙ্গায়দা হল্লকলগা শয্যাদা ভহাক চেপলগা প্রাতঃগী মতমদা লেঙখত্তুনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান পাঠ শ্রবন লোইরগা জলযোগ খরা তৌরগা শ্রীমদনগোপালগী নন্দোৎসব কীর্ত্তন, দধিকাদা উৎসব তৌরগা

নগর ভ্রমণ তৌই, ভক্তশিংগী যুম যুমদা লেঙশিল্লি। যুম খুদিংদা ইশৈ শকই, দধিকাদা শান্নৈ। অদুগী তুংদা গঙ্গাদা জলক্রীড়া স্নান তৌদুনা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী শঙ্গায়দা অমুক লেঙকই। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রভু অনিদা মতিক মতিক চাবা কি অলঙ্কারনচিংব দান তৌরে। মন্নাম্মক ফিজেৎ লৈংতংলগা মহৌশা-গুম্না চা-থকলগা পোংখানৈ। ওহাক পোথারগা বনবিহার লেঙখ্রে। বনবিহার লোইরগা নিজপুরদা লেঙশিন্দুনা স্নান তৌদুনা নিতি লীলা তৌই। উৎসব লোইরবা তুংদা শ্রীগুরুবর্গ পারণ ফংগনি।

ব্রজদা নবমী সুমিৎকী প্রাতঃদা শ্রীরাধিকানা সখীমঞ্জরী-শিংমসু গুরুমঞ্জরীশিংমসু হৌগত্তুনা চীন-য়া শেবা, স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরে। শ্রীকৃষ্ণনা মহৌশাগুমনা গোদোহন, স্নান ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা জলযোগ লৌরে। শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী শেষামৃত ফংদুনা সখীশিং অমসুং যূথেশ্বরীশিং লোইনা জলযোগ লৌরে। অদুগী তুংদা মাতাগী য়াথং মতুং ইন্না মহৌশাগুমনা লুক হৌরে। মধুমঙ্গলনা নারায়ণ ভোগ কৎলগা চেপশিল্লে। মতুংদা হান্না তৌখিবগুমনা ময়াম পূম্বা চা-থক্লগা পোথানরে। অদুগী ইবেম্মনা পক্কান্ননচিংবা হোবা, অভিসার, বনভ্রমণ মহৌ-শাগুমনা লীলা শান্নরুবগা সূর্য্য পূজাগী মতুংদা পুরদা অমুক হল্লক্তুনা স্নান ফিজেৎ লৈতেং লোইরে। শ্রীকৃষ্ণনা জলযোগ লৌরবা তুংদা ময়াম্মক পুন্না যূথেশ্বরীশিং য়াওনা জলযোগ ফংলে। অসোমদা বৃষভানু বাবানা জলযোগ ফংলবা তুংদা হল্লগে হায়দুনা নন্দ বাবাগী বিদায় নিরকলে। শ্রীনন্দমহারাজনা ময়াম্মকপু ফিরোল, অলঙ্কার দান তৌরগা সন্মানগা লোয়ননা বিদায় তৌরকলে। মতৌ অমুমনা যশোদা মাতানসু শ্রীকীর্ত্তিদা মাতা-নচিংবীগা আলিঙ্গন তৌনরে। শ্রীরাধিকানচিংবী অমসুং অতৈ যূথেশ্বরীশিংনা যশোদা মাতাদা খুরুমলে। মাতানা ময়াম্বু আলিঙ্গন

চুম্বন অমস্থুং মস্তকাঘ্রাণ তৌবিদুনা আশীর্ব্বাদ পীনরে। অদুগী তুংদা ময়াম পূমনমক মাগী মাগী যান তোংদুনা বর্যান্দা হল্লকলে। নন্দবাবানচিংবনা থরা লাপনা থিন্দোকলগা লৈহৌরে। গৃহ য়োরগা শ্রীরাধিকানা চন্দ্রশালাদা লেঙথত্তুনা গোদোহন দর্শন তৌই। মথংদি নিতি লীলানি।

(জন্মাষ্টমীদা করি করিগুম্বা অহিংদা পেশাইবন্দা রাসনচিংবা শান্নরগা নিধবন্দা মধুপান তৌরগা শ্রীকুণ্ডদা জলকেলি, স্নান, ফিজেৎ-লৈতেং, ভোজন শয়ন অসিনচিংবা তৌই। অদু নত্রগা শ্রীবৃন্দাবনদা লোইননা শান্নবা নত্রগা শ্রীকুণ্ডদা লীলাশিংছু শান্নে)॥

রাধাষ্টমী—

ভাদ্র শুক্লা প্রতিপদ নুমিত্তা শ্রীবৃষভানু মহারাজগী শঙ্গায়দা পূং থিন্দুনা লাউথোকলে। পুবগী নিংথিজবদি ইবুংঙোগী জন্মাষ্টমীদা নন্দীশ্বরগী নিংথিবা অদুগুম্বনি। প্রতিপদ নুমিৎ অসিমক্তদা শ্রীরঙ্গদেবী অমসুং সুদেবী সখীগী জন্মতিথি থোবপনিনা অহিংগী লীলাদি শ্রীকুণ্ডদা মাগী মাগী কুঞ্জদা ওই—রাসনচিংবা শান্নে। মতুংদা তৃতিয়া নুমিৎতা শ্রীচিত্রা সখীগী অমসুং শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখীগী জন্মতিথি ওইবনা মখোয়গী কুঞ্জদা লীলাশিংছু শান্নে। মথংদা পঞ্চমী নুমিত্তা শ্রীইন্দুরেখা সখীগী জন্মাতিথিদা মতৌ অদুগুমনা মাগী কুঞ্জদা লীলা শান্নে। ষষ্ঠী নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা শ্রীদাম-চন্দ্র অমসুং ঋষি কন্যানা শ্রীনন্দীশ্বরদা নন্দ যশোদানচিংববু অমসুং অতৈ অতৈ মফমদসু বৃষভানু বাবানা নিমন্ত্রন তৌহল্লুই।

সপ্তমী লীলা—

সপ্তমী নুমিৎকী প্রাতঃদা মহাপ্রভুনা মহৌশাগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী লীলা পূমনমক জন্মাষ্টমীগী সপ্তমী নুমিত্তা ওইবগুম তৌই।

ব্রজদা সপ্তমী নুমিত্তা শ্রীরাধিকানা, সখীমঞ্জরীশিং অমদি গুরুরূপা মঞ্জরীশিংনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান, ফিজেৎ-লৈতেং

লোইরে। অমরোমদা শ্রীনন্দীশ্বরদস্থ মতৌ অস্থমনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা জলযোগ লৌরে হায়রগা নন্দ যশোদা, রামকৃষ্ণনচিংবা ময়াম্মক বৃষভানুপুরদা—জন্মাষ্টমীদা বৃষভানুবাবানচিংবনা নন্দালয় চৎপগুম্না—সাজন তৌহুনা লাক্তুনা থুংলরে। জন্মাষ্টমীদা তৌবগুমনা হৌনবী মতুং ইন্না তরাম তরাম ওকুহুনা পুরদা চঙহুনা মাগী মাগী লৈফমদা লৈনখ্রে। মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়ননা জলযোগ লৌরে। মথংদা শ্রীরাধিকানা সখীশিং অমসুং যূথেশ্বরাশিং লোইননা জলযোগ লৌরে। মতুংদা মঞ্জরীশিং, দাসীশিং মথং মথং জলযোগ লৌরগা লুক হৌবা চঙই। মমাঙদা তৌবগুমনা মথল মখা অয়াম্বা মিষ্টান্ন, পক্কান্ন, চাক ইনসাং থোংবা লোইরগা পূজারীনা শ্রীসূর্য্যনারায়ণগী ভোগ কৎলি। আবতৌ কৎলগা ঠাকুর চেপগ্রবদা কীওিদা মাতানা যাথং পীহুনা শ্রীদামচন্দ্রনা ময়ামদা চাক তাকলে। জন্মাষ্টমী লালাদা তৌবগুমনা অচোবা মাঙ্গোন্দা পরেং পরেং ফমখ্রে। যূথেশ্বরীশিংনা মহৈ মহৈ "নঙ মাঙ থাউ, নঙ মাঙ থাউ" হায়না ইন্নবকপদা যশোদা মাতানা মখোইগী মনাক্তা চংলকলবদা মখোইহু ইকাইনখি। মাতানা মাগী মাগী পঙ্ক্তি থাইদোকপিহুনা বায়েনবিরে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী পঙ্ক্তিদা চাকইনশাং যেঙ্খি। মযামনা চাবা লোইরগা আচমন তৌরগা মাগী মাগী কাদা পোথানখ্রে। দাসশিংনা সেবা চঙজখি। অতুগী তুংদা অন্ত পুরদ ময়ানম্ম ভোজন শয়ন তৌরে। শ্রীরাধিকানা ওহাক পোথারগা পাকান্ননচিংবা হৌরগা সূর্য্যপূজা লেঙবা শাহুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শ্রীকুণ্ডদা নক্রগা বর্ষান্দা কদম্বখণ্ডিদা যোগপীঠ ওইহুনা মিলন ওই। বৃষভানুপুরগী নোংচুপ্তা শ্রীকুণ্ডগা মান্নবা বিলাস কুণ্ড লৈ। মাহুবু কোয়শিন্দুনা অষ্ট সখীগী কুঞ্জ অমসুং ষড়ঋতুবন্নচিংবা লৈ। মফম অহুদা শ্রীকুণ্ডদা তৌবগুমনা নিতি লীলাগী মতুং ইন্না মিলন ওইরা। লীলা কয়া শান্নবা তুংদা

অপরাহ্নদা সূর্য্যপূজানচিংবা তৌরগা গৃহদা হল্লকই। মথংদা জন্মাষ্টমীদা তৌবগুমনা গোদোহন লীলা দর্শনচিংবা তৌই। আদা ওইবগুমনা বৃষভানু রাজাগী রাজসভানচিংবা দর্শন লোইরগা মীচ-থোঙদা সঙ্কেত তৌনরগা শ্রীবৃন্দাবন য়ৌতুনা মিলন রাসনচিংবা নিত্তি লীলা তৌই। তৌইগুম্বসুং সপ্তমী সুমিংসি চম্পকলতা সখীগী জন্মতিথি ওইবনা অহিংদা রাসনচিংবা লীলা শ্রীকৃষ্ণগী চম্পকলতা কুঞ্জদা ওইগনি।

**অষ্টমী লীলা—**

অষ্টমী সুমিত্তা প্রাতঃদা ভক্তশিংগা লোইননা চিনপ্রভুবু শ্রীমাধবাচার্য্যনা নিমন্ত্রন কৎলি। মহাপ্রভুনা মহোশাগুমনা স্নান, ফিজেৎ লৈতং লোইরগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবন তৌরে। অদুগী তুংদা পূর্ব্বাহ্নদা ভক্তশিংগা লোয়নন। শ্রীমাধবাচার্য্যগী য়ুমদা লেঙই। আচার্য্য ঠাকুরগী অভিষেক কৎলি। মহাপ্রভুন ভক্তশিংগ লোইননা কীর্ত্তন তৌনা তৌনা অভিষেক দর্শন তৌরকপদা ভাব উদ্দীপন ওইরক্তুনা ভাবাবেশ ওইরে। মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা কময়ে। স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনীং খংলহনা শ্রীরাধিকাগী অভিষেকী পদ-গান তৌই। ভক্তশিংপু মাগী মাগী ব্রজভাবত্তা লুপখি।

বৃষভানুপুরদা অষ্টমী সুমিংকা প্রাতঃদা মহোশাগুমনা স্নান লোইরগা মায়ম পুমনমক জন্মাষ্টমীদা তৌবগুমনা শ্রীরাধিকাগী অভিষেক দর্শন তৌই। শ্রীরাধিকানা স্নান লোইরগা কাজৌ থোন-হনা অলঙ্কার থোল্লকলে। নাতোন্দা মুক্তা, ওকশমদা লীকপারং, হস্তদা পাম্বোম ফাবী, খুজী, খাংদা শরীকমচা, চরন্দা নুপুরনচিংবা থোন্দুনা স্নান বেদীদা লেঙশিল্লি। দাসীশিংনা কান্নন অভিষেকী পোৎলম লাওহনা থনমলবনি পোৎলমদি জন্মাষ্টমীগীদুগা চপ মান্নে শ্রীপৌর্ণমাসী দেবীনা অভিষেকী মন্ত্র খারে। পুরোহিতকী ব্রাহ্মণীনা মথংশিংনা অভিষেক তৌরে। অদুগী তুংদা দাসীশিংনা মনম

সুংশিবা থাউ নোইত্থনা স্নান তৌরগা খাংচেৎ হোংলে। অতুগী তুংদা ইবেম্মনা শিঙ্গারবেদীদা লেংশিল্লি। দাসীশিংনা শিঙ্গার মথল তরাতরুক, আভরণ মথল তরানিথোই থৌগল তৌরে। পুরোহিতকী ব্রাহ্মণীনা তিংথৌগা কৌগা পায়থনা তরেৎলক আরতী হাইরে। অতুগী তুংদা দাসীশিংনসু আরতি কৎলে। ইহান হানবদা পৌর্ণমাসী দেবীনা আরতি হাইরগা আশীর্ব্বাদ তৌবিরে। অতুগী তুংদা পুরোহিতনচিংবা ব্রাহ্মণশিংনা আশীর্ব্বাদ তৌরে। মতুংদা বাঁডিদা মাতানচিংবীনা মণিপরেং হুকপিথনা আশীর্ব্বাদ তৌরে। শ্রীযশোদা মাতানচিংবীনা মণিপরেং অমসুং ফিরোল, অলঙ্কার খুন্দোন-পোৎ দান তৌথনা আশীর্ব্বাদ তৌরে। মতৌ অম্মমনা যূথেশ্বরী পূমনমকনা খুদোনপোৎ দান তৌরে। শ্রীরাধিকানা নিংথিনা লৈতেংলবী শনবী অমা দান তৌরে। অতুগী তুংদা বৃষভানু মহারাজনা অতুগুম্বী শনবী লিশিং লিশিং দান তৌরে। অতুগী তুংদা ইবেম্মনা ময়াম্মকপু মথং মথং খুরুমই।

শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়ননা জলযোগ ফংলবা তুংদা শ্রীরাধিকা, সখীশিং, যূথেশ্বরীশিং জলযোগ ফংলে। মথংদা মঞ্জরী অমসুং দাসীশিং মথংশিংনা জলযোগ ফংলে। অতুগী তুংদ ফিরোল হোংথনা যূথেশ্বরীশিং অমসুং রোহিণী মাতানচিংবীগা লোয়ননা ইবেম্মনা রান্ধোশংদা লেংশিল্লি। চাক, ইনশাং, মিষ্টান্ন, পাকান্ননচিংবা মথল মখা অয়াম্বা চাননবা মপৈ মপৈ সনাগী পান্নদা হাপ্তুনা থমলে। মতম অতুদা যশোদা মাতানা কীর্ত্তিদা মাতা হৌথনা চাক থোংবা য়েংবা লাকই। যশোদানা হায়রকই, "ইতাইবেম্মা কীর্ত্তিদা! নংগী থম্মোইসি কনমনগ্রে। য়েংউদো! রাধাসে হুমাংনা মশা পুম্বা লুপলে।" কীর্ত্তিদানা খুম্মকই, "বরগী মগুম্না রাধানা থোংবা পোৎসি অমৃতগা হেক মান্নেয়ে। অতুনা ঐথোয়গী মহারাজনা নন্দমহারাজবু ইচানা থোংবহু হাহন্নিংথনা

নিমন্ত্রন তৌজবনি। অতুনা ঙসি রাধানা চাক থোংলিবসি মপাবুংগী রাথংনি। হে ব্রজেশ্বরী থোং-থাকলিবসিবু কয়স্তু .তৌরিগদৌনো অমুক্তা য়েংবিউ।" এতমতুদা ইবেম্মনা মা যশোদাবু থুরুমই। যশোমতী মাতানা আশীর্বাদ পীরতুনা হায়বিরকই, "রাধে! নংনা থোংবা ময়ামসি উবদা মীৎ পেল্লে মনমনা মনম হুংশিরিবা।" মাতু তাবদা ইবেম্মনা চাক থোংবগী রাক্লবতু রাজমনগী কান্নরে থঞ্জথি। তাঙ্গা অসিদা ললিতাগা শ্যামাগস্থু চঙঙক্তুনা থুরুমই। যশোদানা আশীর্ব্বাদ তৌতুনা মেংাক্তা নানবি। রোহিণী মাতানা ইবেম্মা য়েংতুনা তাকপিরকই, "য়েংঙোই ইবুঙো মমা! শ্রীরাধিকাসে সনামচুগী মণিনিদো, অতুগা ঐখোয়গী শ্যামনা অশংবা মণিনিবো। মখোই অনিসে ব্রজপুর কৌবী লক্ষীসিগী ঙকশমদা শিবা লীক পরেং জোরানি।" মসি তাবদা ইবেম্মনা পুকনীংদা হরাওজে, মপান্দদি নাতোন হাইফেৎ ফন্দোক্তুনা ইকাইবা মতৌ ফোং-দোকই। অতুগী যশোদা মাতানা দাসীশিংদা ভোগ কৎননবা পাকান্ননচিংবা পুরা তাকপি অতুগা ইবেম্মবু হুমাই হুমথুনা পোৎ-থাহল্লু হায়নস্থু তাকপি। অতুগী তুংদা পুজারীনা ঠাকুরগী ভোগ কৎলগা চেপশিনখ্রে। অমরোমদা মপান্দা ব্রাহ্মণ চামা-চামনা চাক থোংলি। অতুগী তুংদা ময়াম পুম্বা মতীক চাবা ফিজেৎ শেত্তুনা দধিকাদা খেলা হোরে। শান্নবতুদি জন্মাষ্টমীদা তৌব-গুনই। অতুগী তুংদ ময়াম্মক ভানুখোরদা চত্তুনা ঘাট মরিদা কাঙবু মরি থোক্ননা কুমতুনা জলকেলী শান্নরগা অতুদগী স্নান তৌতুনা য়ুমদা হল্লকলগা ফিজেৎ লৈতেংলে। জন্মাষ্টমীদা তৌব-গুমনা ব্রাহ্মণ ভোজন তৌবা লোইরগা ময়মু পরেং নাইনা মথং-শিংনা কমহন্দুনা চাক তাকলে। মধুমঙ্গলনা চানা চানা শ্রীরাধিকাবু থোংবা হৈবগী থাগৎতুনা হাইরকই, "সখাশ্য অমৃতদগীস্থু হেন্না মাউরবা ঙসিগী চাক-ইনশাং অসি চাত্তনা পোকপগী মহৈ য়াজরা।

কান্নাই ! রা ককা ঙাঙগন্নু চাও। রা ঙাঙলবদি চাবা পনবনি। যশোমতিনা হায়রকই, "রাধে ! নন্দরাজগী চাকলুক্তা চাক লৈত্রে খরা হাপউ।" ইবেম্মনা চাক পুরক্লুনা নন্দবাবাদগী হৌদ্রুনা বলরাম ফাওবা হাপলে। মাহু উবদা যশোমতি মাতানা হায়রকই, "রাধে ! থাগৎপা তাবদা ইকাইরমাক্লে। ইবেম্মা নংসে বৃষভানু নন্দিনী নত্তে মণি মতুমনে ; ইকাইনু কৃষ্ণচন্দ্রদগী হৌদ্রুনা হাপ্লু।" অসি হায়দুনা ইবেম্মগী খুৎ পায়দুনা কৃষ্ণগী নাক্তা চিংশিল্লি। ইবেম্মনা হকচাংদা তুচুংদুনা খুৎ তনিক তনিকনা পাত্রদগী চাক লৌদুনা কৃষ্ণগী চাকলুক্তা হাপই। ময়াম পুমনমক চাবা লোইরগা বিশ্রাম তৌনৈ। বৃষভানু মহারাজনা জন্মাষ্টমীদা তৌবগুমনা ব্রাহ্মণ-শিংবু অমদি অতৈ ময়াম্বুনু সম্মানগা লোয়ননা বিদায় তৌরে। অতগী তুংদা ঙহাক পোথানরে।

শ্রীনবদ্বীপ্তা ময়াম পুম্বা ভাবশাস্ত ওইরবদা দাসশিংনা শ্রীমহা-প্রভুগী অভিষেক কৎলে। ভক্তশিংনা হান্না লেংদুনা লৈরবা পদগান তৌই। অভিষেক লোইরগা দধিকাদা খেলা হৌই। খেলা লোইরবদা গঙ্গাদা জলক্রীড়া তৌই। অতুদগী কাখৎলক্লুনা ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা তিনপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা শাকার লৌই। ঙহাক বিশ্রাম তৌরগা লেঙখৎতুনা শ্রীমাধবাচার্য্যগীদা যোগপীঠদা লেঙখৎলি। অতুগী তুংদা বনভ্রমন তৌরুরগা মাধবা-চার্য্যগীদা অমুক লেঙগুকই। মতুং লীলাদি নিতি লীলানি।

ব্রজদা বর্ষান্দা ইবেম্মনা ঙহাক বিশ্রাম তৌরগা মিষ্টান্নচিংবা হৌরগা সূর্য্যপূজা লেঙবা শাহুনা ঙরাংগুমনা শ্রীকৃষ্ণগা মিলন, বিহারনচিংবা নিতি লীলা তৌই। অহিংদা শ্রীবৃন্দাবন্দা নত্রগা শ্রীকুণ্ডদা নত্রগা সঙ্কেত্তা মিলন ওইরগা কদম্ব খণ্ডিদা রাস শাম্নৈ। অহুবু সুমিৎ অসি শ্রীবিশাখা সখীগীনু জন্মতিথি ওইবন্না শ্রীকুণ্ডদা বিশাখানন্দদা হায়বদি মদনসুখদা কুঞ্জদা রাসনচিংবা লীলা ওইগনি।

**নবমী লীলা—**

নবমী থুমিত্তা মহাপ্রভুনা প্রাতঃদা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং, শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবন অমসুং লুক হাবা লোইরগা মাধবাচার্য্যগী মকম ·া বিদায় নিরকলে। আচার্য্যনা ফিরোল, অলঙ্কার কৎলগা সম্মান তৌনা ময়াম্বু বিদায় তৌরে। মহাপ্রভুনা নিজপুরদা লেঙঙক-লগা ভহাক বিশ্রাম তৌরগা নিতি লীলা কাইদন তৌই।

ব্রজদা নবমী থুমিত্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা জন্মাষ্টমীদা তৌবগুম লীলা পুম্বা শারৈ মতুংদা অপরাহ্ণদা বৃষভানু মহারাজনা ফি-রোল, অলঙ্কার মতিক মতিক চানা দান তৌরদুনা নন্দমহারাজ-নচিংববু সম্মানগা লোয়ননা বিদায় তৌরে। ময়াম্বক মাগী মাগী গৃহদা হন্নরকই। মতুংদি নিতি লীলানি।

শ্রীনবদ্বীপকাদি নিতি লীলানি।

**অষ্ট সখীগী জন্মতিথি—**

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | শ্রাবণ | শুক্লা | একাদশীদা | শ্রীললিতা সখীগী | জন্মদিন্নি | । |
| ২। | ভাদ্র | ,, | অষ্টমীদা | শ্রীবিশাখা | ,, ,, | । |
| * ৩। | আশ্বিন | ,, | তৃতীয়াদা | শ্রীচিত্রা | ,, ,, | । |
| ৪। | ভাদ্র | ,, | পঞ্চমীদা | শ্রীইন্দুরেখা | ,, ,, | । |
| ৫। | ,, | ,, | সপ্তমীদা | শ্রীচম্পকলতা | ,, ,, | । |
| ৬। | ,, | ,, | প্রতিপদতা | শ্রীরঙ্গদেবী | ,, ,, | । |
| ৭। | ,, | ,, | তৃতীয়াদা | শ্রীতুঙ্গবিদ্যা | ,, ,, | । |
| ৮। | ,, | ,, | প্রতিপদতা | শ্রীসুদেবী | ,, ,, | । |

সখী নিপাল অসিগী মপোক থুমিৎ তাবা থুমিৎ থুমিত্তুগী অহিংদা শ্রীকুণ্ডগী মপাম্দা সখী সখীচুগী কুঞ্জদা শ্রীরাধিকানা সখী চাম্নবী নিপানগী যুথ নিপানগা লোয়ননা লেঙশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগা

* লীলাগী মতাংদদি ভাদ্র শুক্লা তৃতীয়াদা ওইবা ওইনা য়াওরি।

লোইননা মিলন, রাসবিহারনচিংবা, বন-ফল মিষ্টান্ননচিংবা হাবা লোইরগা শয়ন বিলাসনচিংবা লীলা তৌই।

**শ্রীবামনদেবগী জন্মোৎসব**

ভাদ্র শুক্লা দ্বাদশীদা শ্রীবাসপণ্ডিতনা তিনপ্রভু অমস্থুং ভক্তশিংবু নিমন্ত্রণ কৎলে। মহাপ্রভুনা নিজপুরদা প্রাতঃগী হৌনবী অমস্থুং শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ লোইরগা ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীবাস ঠাকুরগীদা লেঙই। মফমক্তদা শ্রীবামনদেবগী অভিষেক দর্শন তৌরগা ভাবাবেশ ওইদুনা মহাপ্রভুনা স্নান মণ্ডপ্তা লেঙশিন্দুনা ফমই। ভক্তশিংনা অভিষেক তৌই। মতুংদা ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা শাকার ফংই। ওহাক বিশ্রাম তৌরগা ভক্তশিংগা লোইননা বনভ্রমন তৌদুনা মহোশাগুমনা অপরাহ্নদা শ্রীবাসগী শঙ্গায়দা অমুক হল্লকই। অতৈ লীলাদি নিত্তিগা অস্লানি। নোংঙাল্লগা শ্রীবাসপণ্ডিতকী শঙ্গায়দা ময়াম্মক পারনা ফংলগা বনভ্রমন তৌদনা অপরাহ্নদা নিজ নিজ গৃহদা হল্লকই। মতুংগী লীলাদি নিত্তি লীলানি।

(একাদশীদা চরা হেল্লবদি নোংঙাল্লগা শ্রীবামনদেবগী অভিষেক লোইরগা শ্রীগুরুবর্গবু জলযোগ ফংহল্লগা সাধকনা আহ্নিক লোইরগা পারনা ফঙনি। অতুগা দ্বাদশীদা চরা হেল্লগদি শ্রীবাসগী শঙ্গায়দা পারনা তৌগনি।)

**শ্রীরাধিকাগী রাজ্যাভিষেক—**

ভাদ্র পূর্ণিমা নুমিত্তা মহোশাগুমনা প্রাতঃলীলা লোইরগা মধ্যাহ্নদা তিনপ্রভুনা শ্রীবাসগী পুষ্পোদ্যানদা ভক্তশিংগা লোইননা ফমই। মতম অসিদা মহাপ্রভুনা ভাবাবেশ ওই। মাহু ওইবদা স্বরূপ গোস্বামীনা প্রভুগী পুকনিং থঙলহনা শ্রীবৃন্দাবন রাজ্যদা শ্রীরাধিকাগী অভিষেক তৌবগী লীলাগী পদগান তৌই। প্রভুনা

মাহু তাবদা ভাবাবেশ ওই, ভক্তশিংন্সু মাগী মাগী ব্রজভাবতা লুপ্তনা লৈনগ্রে।

মতুদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা নিতিগুমনা প্রাতঃগী হৌনবী স্নান ভোজন লোইরগা ইবেম্মনা বর্ষান্দা হল্লে। বর্ষান্দগী ইবেম্মনা পূর্ব্বাহ্নুদা সূর্য্যপূজাগীনি হায়রুনা লেঙঙকপনা শ্রীবৃন্দাবন য়োরে। অসিগী মমাঙদা বৃন্দাদেবীনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতুং ইন্না পৌর্ণমাসীবু পুহনা হেমাম্বুজ কুঞ্জগী মাঙোন্দা চাউরবা সভা অমা কমখি। সভাপতিদি পৌর্ণমাসীনা ওই; প্রস্তাবনা বৃন্দাদেবীনা থাঙৎলকপনি। অমরোমদগী শ্রীকৃষ্ণসু প্রিয়নর্ম্ম সখাশিং লোয়ননা থুংলরে। সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধিকা থুংলরবদা ময়াম পূমনমক কমকম চানা কমনরগা সভা হোরে। পৌর্ণমাসী য়েংহুনা বৃন্দানা হায়রকই, "হে যোগেশ্বরী! বৃন্দাবন রাজ্যসিদা শ্রীরাধিকাবু অভিষেক তৌবিরো। মরমদি ঐখোই খাইদা আকাশবাণীনা থবকসি পাঙথোকউ হায়না লাউথরকখিবহুনি।" মতম অহুদা মহাতপস্বিণী ওইরবী পৌর্ণমাসী দেবীনা কৌবদা দেবকীগী মচাহুপী বিন্ধ্যবাসিণী দেবী, সূর্য্যগী পত্নী সংজ্ঞা অমসুং ছায়া, সূর্য্যগী মচাহুপী যমুনা অমসুং মানসগঙ্গা—হায়রিবা দেবী মশা থুংলরে। ছায়াদেবীনা হায়রকই, "ভগবতি! য়াথংহু খঙজরে; ঐখোইনা ইকোক থোংনা য়াজরে।" বিন্ধ্যা দেবীনা হায়রকই, ক্রোশ ১৬ না কোয়বা শ্রীবৃন্দাবন অসিগী তত্ত্বদি অচম্বা নত্তে, মরমদি কোটি ব্রহ্মাণ্ডসি মাগী মহুংদা লৈরিবনি। মরম অসিনা মসিগী মবেম্মা ওইনা শ্রীরাধিকাবু অভিষেক তৌবা হায়বসি মতিক চায়। স্বর্গদগী লৈনা নোং ওইনা থিকথরকলিবা আকাশরোমদা য়েংথত্নুনা যমুনানা হায়রকই, "ভগবতি! ব্রহ্মাগী মচাহুপীনা কজরবা লুবাক অমা পায়রুনা আকাশদা ঙাইহুনা লেপই।" মতম অহুদা পৌর্ণমাসীগী য়াথং কংলবদা বাকদেবী সরস্বতীনা চঙশিল্লক্তুনা লুবাক্তু

হাংদোকলগা হায়রকই, "ইমা সাবিত্রীনা থম্বাল পরেং অসি, ইন্দ্রানী শচীনা সনাগী সিংহাসন, কুবেরগী পত্নী ঋদ্ধিনা রত্নগী অলঙ্কার, বরুণগী চান্নবী গৌরিনা ছত্র, মুংশিং নিংথৌগী পত্নী শিব্যনা চামর অনি, অগ্নিগী ভার্য্যা স্বাহানা কি অনিথক অমসুং যমগী পত্নী ধুর্ম্মোনানা মণিগী শকয়েং মিংশেল অসি হরাওনা খুদোন পোং ওইনা থিল্লু হায়রগনা ঐবু থারকপনি।

মতম অসিদা আকাশমণ্ডলদা স্বর্গগী পুংখোল ভারকলে। অপ্সরশিংনা জগোই শাগৎলকলে অমসুং লাইগী সুন্দরীশিংহনা হরাও তয়ামনা শ্রীরাধাবু অভিষেক তৌরকলে। শ্রীকৃষ্ণনা মুং-ঙাইনা কৈস্মে যেংই। পৌর্ণমাসী দেবীগী য়াথংনা গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী অমসুং মথোইগী লোইনবীশিংহনা শ্রীরাধিকাবু সনাগী সিংহাসন্দা কমন্ডলুগা মক্তুবা মহোষধিগী রসামৃতগী মণিগী চকু পায়হনা মহাভিষেক তৌহনা বৃন্দাবন রাজ্যগী মবেম্মা হাপখ্রে। মতম অহুদা সরস্বতী দেবীনা মনম মুংশিরবা লৈপরেং পাযখত্তুনা হায়রকই, "লৈ পরেং অসি ঐবু পোকপী ইমা সাবিত্রীনা প্রেমগা লোয়ননা পীরকপনি।" অহুদগী বিন্ধ্যা দেবীনা লৈপরেংহু লৌ-হুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভকশমদা হুকলে। মাহু উবদা ফাগী-ফারাং তৌ-হুনা নোকলহুনা যমুনা দেবীনা হায়রকই, "দেবী ঐগী ইনাওমুপী রাধাগী লৈপরেংহু নোপ্‌ৰাদা পিথোকলিবা করিগীনো?" মতম অহুদা বিন্ধ্যা দেবীনা নোকলহুনা শ্রীকৃষ্ণগী কণ্ঠদগী নিংথিরবা মণিপরেংগা কোন্নরা লৈপরেংহু লৌথোক্তুনা ইবেম্মগী কণ্ঠদা হুক-লগা হায়রকই, "সে সে! ইবেম্মগী লৈপরেংসি লোজরো।" যমুনানা হায়রকই, "মণিপরেংসিদি অকনবা থম্মোইগা সঙ্গ তৌরুরবনি পামজদে।" অসি হায়হুনা নোকনা নোকনা শ্রীরাধিকাদগী মণি-পরেং হুক্তোকতুনা নিংথিজরবা শ্রীকৃষ্ণগী কণ্ঠদা হুকখ্রে। অহুগী তুংদা বিন্ধ্যা দেবীনা শ্রীকৃষ্ণগী বক্ষদগী মৃগমদ লৌহুনা ইবেম্মগী

তিলক শেনখ্রে। ছায়া দেবীনা ইবেম্মগী কো কপক্তা শমুল পুনখ্রে। সখীশিংনা বাগ্দেবীনা পুরকপা বস্ত্রালঙ্কারশিংহু মথং মথং ইবেম্মদা খোজিল্লে। অহুদগী ধর্মোনানা পীরকপা শকয়েং মিংশেল থাল্লে। শ্রীরাধিকানা শচীনা পীরকপা সনাগী সিংহাসনদুদা লেঙথংলে। মতম অহুদা যমুনা দেবীনা চামর হুমলে, সরস্বতী দেবীনা শেকপিন থাল্লে। অতৈ অতৈ সখীশিংনা বেদীদা তোংহনা মাগী মাগী সেবা চঙই্জে। পৌর্ণমাসী দেবীনা লাউথোকই, "হে উ, উরী, শা উচেক পুমনমক! নখোই পুম্বনা হরাওনা (উৎসব) কৃম্মে তৌরে। মরমদি ঙসি শ্রীরাধিকানা সখীশিংনা সেনাপতি ওইরহনা লৈকোনবু ঙাকশেল্লিবা বৃন্দাদেবীবু মন্ত্রি হাপলহনা নখোইগী নবেম্মা ওইহনা বৃন্দাবনগী শাসন পুরবনি।" যমুনানা হায়রকই, "ঙসিদগী হৌরহনা ঐখোয় শানক্রম লৈকোন্দা ললিতানচিংবী প্রিয়সখীশিংনা মনিং মথা তমনা লৈ-শু হেকলসগু।" বিন্ধ্যা দেবীনা হায়রকই, "যমুনা! লৈ-শুদি মাধবকীনি।" মতৌ অসুমনা অভিষেক তৌবসি লোইববদা জলযোগ খর। হারগা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা শয়ন বিলাস তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা শ্রীবাসগী উয়ান্দা ভাবাবেশ ওইনা লৈ। মহেশ গুমনা ময়াম্মক ভাবশান্ত ওইরবদা ভক্তশিংনা মহাপ্রভুবু অভিষেক তৌরগা মনম জুংশিবা জলন স্নান তৌরে; কিজেৎ লৈতেং লোইরগা জলযোগ ফংহনা ঙহাক বিশ্রাম তৌরে। অহুগী তুংদা বনভ্রমণশিংবা লীলা তৌই।

ব্রজদা রাধাকৃষ্ণ বিলাস লোইরহনা মপান্দা লেঙথোরক্লে। নিতিগুমনা বনভ্রমন তৌরগা শ্রীকুণ্ডদা মাধবীমণ্ডপ্তা মধুপান, নীলাম্বুজ কুঞ্জদা অঙ্গবর্ণন, শ্বেতাম্বুজ কুঞ্জদা পাশাখেলা লোইরগা সূর্য্যপূজা তৌরগা গৃহদা লেঙই। অতৈ লীলাদি নিতি লীলানি।

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

**দীপদান লীলা--**

শ্রীনবদ্বীপকাদি নিত্তি লীলানি।

কার্ত্তিক কৃষ্ণা ত্রয়োদশী থুমিত্তা প্রাতঃদা শ্রীনন্দ মহারাজনা পুং য়েন্নবা লাউথোকলে, "শ্রীগোবর্দ্ধনা যজ্ঞ তৌননবগীদমক পোৎচে গাড়ী শললনচিংবা লোইনা শেন শারো ; গোবর্দ্ধনদা চৎক-দবনি।" শ্রীকৃষ্ণনা নিত্তগী মহোশাগুম ললা শান্নরুরগা রামগা লোইননা অপরাহ্নদা গৃহদা লেঙঙকলে। স্নান তৌরগা জলযোগ ফংলগা শ্রীনন্দমহারাজনা পরিবারগা লোইননা প্রজাশিংসু য়াওনা গাড়ীদা পোৎচৈ হাপকৎতুনা শম্বী শমাউ লোইননা লাকপনা লমথাঙদা য়ুমথুংফমদা ( ডেপাবলি ) থুংলরে। হান্নবা থুংফম অসি লম শেংদোক্তুনা ডম্বুর মশা নাইদনা খন্দুনা থমখ্রবনি। শ্রীবৃষভানু মহারাজ অমসুং যাবটকী অভিমন্যু খোইসু মতৌ অঙ্গুমনা তোঙান তোঙান ডম্বুর খন্দুনা য়ুমথুংফম শেমখ্রবনি। মহোশাগুম গোদোহনচিংবা অমসুং অহিংগী লীলা ওইখি। নিশান্তদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা সখীশিংগা লোইননা মাগী মাগী থুংফমদা হল্লক্তুনা চেপনখি অহিংগী শ্রীবৃন্দাবন্দা ওই।

**চতুর্দ্দশী লীলা**

শ্রীনবদ্বীপ লীলাদি নিত্তি লীলানি।

চতুর্দ্দশী থুমিৎকী প্রাতঃদা ময়ামপুম্বা শ্রীগোবর্দ্ধনদা লাক-নরে। মানসগঙ্গাদগী গোবিন্দকুণ্ড ফাওবগী মফমসি শেংদোক্তুনা তোঙান তোঙান মচু অহুমগী ডম্বুর খঙ্গৎনখ্রে। মখা থংবদা বৃষভানু মহারাজগী অশংবা, ময়ায়দা নন্দ মহারাজগী নাপু অমসুং অরাং থংবদা শ্রীঅভিমন্যুনচিংবা গোপশিংগী অঙাঙবা মচুগী থুংফম খঙ্গৎনখ্রে। ময়াম্মক মাগী মাগী থুংফমদা লাক্তুনা প্রাতঃগী স্নান, ফিজেৎ লৈতেং, চাবা থকপা লোইনরে। মতুংগী লীলাদি নিত্তি লীলানি। অহিংগী লীলানা শ্রীচন্দ্র সরোবরদা নত্রগা শ্রীবৃন্দাবন্দা নত্রগা শ্রীকুণ্ডদা রাসনচিংবা মধুপান বিলাস লোইরগা শ্রীনিধুবন-

কুণ্ডদা জলকেলি, স্নান, ভোজন শয়নচিংবা ভোয়গা মাগী মাগী থুংফমদা হন্নরকই।

শ্রীনবদ্বীপ লীলাদি নিত্তি লীলানি।

## অমাবস্যা লীলা

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিত্তি লীলানি।

অমাবস্যা হুমিত্তা শ্রীনন্দ মহারাজ অমসুং শ্রীবৃষভানু মহারাজনা প্রাতঃদা য়াথং লাউথোকই, ঙসি য়াচঙবদা দীপ দান তৌনবগীদমক শ্রীমানসগঙ্গাগী ঘাটনচিংবা নিংথিনা শেংদোক শিত্তোক্লুনা য়াচেৎ পুন্দুনা নিংথিনা শেম শাগদবনি।" অদুগী তুংদা নন্দরাজ, ব্রাহ্মণশিং অমসুং মল্লাপ মপাং কয়াবু চাক্কী নিমন্ত্রণ কৎখ্রে। শ্রীবৃষভানুনন্দিনী অমসুং অতৈ ময়াম প্রাতঃগী স্নানচিংবা লোইরগা নন্দবাবাগী থুংফমদা লাকলে। ময়াম্মক জলযোগ লোয়গা মহোৎসবগুমনা লুক হোয়ে। মতুংদা শ্রীনন্দ মহারাজ বৃষভানু নিংথৌ অমসুং অভিমন্যু গোপনচিংবা পুম-নমক পরেং নাইনা চারগা আচমন তৌনদুনা মাগী মাগী থুংফমদ হল্লক্লুনা পোথানৈ। শ্রীরাধিকানচিংবাসু নিত্তিগুমনা মথং মনাও নাইনা চাবা থকপা লোইরগা ঙহাক পোথারগা মপা-বুংগী থুংফমদা হল্লকই। মিষ্টান্নচিংবা হোয়গা সূর্য্যপূজা লেঙবা শাদুনা শ্রীকুণ্ড য়োয়গা মধ্যাহ্ন লীলানচিংবা নিত্তলীলা শায়ে। অপরাহ্নদা মাগী মাগী থুংফমদা হন্নরক্লুনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং জলযোগ লোইনরে। শ্রীনন্দমহারাজনচিংবনা কৃষ্ণনচিংবা পুদুনা মানসগঙ্গাগী মপান্দা লাক্লুনা দীপদান উৎসব তৌই। দাসশিংনা গঙ্গাদা অমদি থাক্তা অমসুং ঘাটকী মথক্তা য়াচেৎ কিরিবদুদা ঘী হৈদুনা পাত্রগী মওংদা থাউমৈ পরেং থান্দুনা ঘাটসু ইশিংসু অমসুং থাকসু পূমঙাল ঙাল্লে। নিংথিজবদু ময়াম্মক দর্শন তৌই। মৈঙাম্না ঈশিংসু কংকালসু সনা মচুগুমনা ইলং লংখ্রে। শ্রীবৃষভানু

নন্দিনী, সখীশিং অমসুং গুরুমঞ্জরীশিং খ্বাই পূমনমকনা দর্শন লোইরগা মাগী মাগী থুংফমদা হল্লক্কুনা জলযোগ ফংই। অদুগী তুংদা নিত্তি লীলা চথদুনা শয়ন তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা মহাপ্রভুনা নিত্তিলীলা শান্নরগা য়াচঙবদা ভাবাবেশ ওইদুনা গঙ্গা মপান্দা লেঙঙক্কুনা দীপদান লীলা শান্নরগা গৃহদা লেঙঙক্কুনা নিত্তি লীলা চথে।

ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অহিংগী লীলা ঙরাংগুমনা চন্দ্রসরোবরদা মিলন বিহার লোইরগা কুণ্ডগী মনাক্তা বেদীদা লেঙখত্তুনা ইবুঙো-ইবেম্মনা বংশী অমসুং পবিকা খোংই। মাদুদা মানস গঙ্গা, পাতাল গঙ্গানচিংবা ইথক হোৌই। অদুগী তুংদা পরাসোলীদা রাসনচিংবা শান্নরগা সরোবর মনাক্তা লৈবা কুঞ্জদা মধুপান, বিলাস, ভোজন, শয়ন্নচিংবা নিত্তি লীলা শান্নে। অদুগী তুংদা নিশান্তদা মাগী মাগী থুংফমদা হল্লরকই।

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিত্তি লীলানি।

**অন্নকুট লীলা—**

## প্রতিপদ লীলা

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিত্তি লীলানি।

প্রতিপদ সুমিত্তা ময়াম্মক প্রাতঃগী হৌনবী স্নান্নচিংবা লোইরে। অদুদগী নন্দবাবানচিংবা ব্রাহ্মণশিংবু পঞ্চামৃতনচিংবা শ্রীগিরিরাজগী অভিষেক কৎহল্লে। ব্রাহ্মণশিংনা মখল মখা অয়াম্বা অন্ন মখল মখল, তল, ইনশাং মথেল কয়া কয়া চীংথুম চীংথুমগুম মপৈ মপৈ থোংথুনা পৈরে। পুজাগী পোৎলম পুম্বা শেমশারদুনা শ্রীগিরিরাজগী পূজা কৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা মুর্ত্তি অমনা নন্দবাবাগী নাক্তা লৈ, অতোপ্পা চাউরবা মুর্ত্তি অমা পুথোক্কুনা গিরিরাজগী মথক্তা ফমখ্রে। শ্রীনন্দ মহারাজ অমসুং ব্রজবাসীশিং

পূমনমকনা মিষ্টান্ন, পক্কান্ন, মখল মখলগী অথুম অহাও, উটৈ য়াটৈ পোংলাং পোলাং থম্মিবন্থু শ্রীকৃষ্ণনা গিরিরাজ মূর্ত্তি লৌদুনা হাপ্রে। খরা লাপনা লৈবা আহানন্থু শ্রীহস্ত শাংদোক্লুনা অন্থম্বক লামই। মাদুদা ইবুঙোনা হাবদুনি অঙকপগী কুম্মৈনি। পোলাং অমম্মমনা চপোম অমম্মম ওইগ্রে। অসুমনা হারগা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদুনা ময়ামদা হায়রকই, "য়েংবিয়ু ময়াম্মক! শ্রীগিরিরাজনা মূর্ত্তিমান ওইদুনা চোংথোক্লুনা লোইনা হাপ্রে।" লুক হাবা লোইরবদা তাম্বুল মপৈ মপৈ কৎলে। অদুগী তুংদা চন্দন, লৈপরেংনচিংবা কত্তুনা আরতি কৎলে। চীংশুউ পাম্বীগী য়ুম্বীনা মৈ চুদুনা মাদুনা বর্ত্তী ওইদুনা আরতি কৎলি; অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা ময়াম পূমনমক স্তুতি প্রার্থনা কত্তুনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌরে। গিরিরাজন ময়ামদা বর পীবিরমলগা অন্তর্দ্ধান ওইখ্রে। অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণশিংবু প্রসাদি ফংহল্লে, শখীশিংদা শক্তিকনচিংবা পীজরে। ব্রাহ্মণদা সনা লুপা দান তৌরগা মহৈ মহৈ মাগী মাগী থুংকমদা হল্লরক্লুনা চাবা থকপা লোইনৈ। অদুগী তুংদা ময়াম পূমনমক গিরিরাজ পরিক্রমা চৎলি। খাইগী মাঙদা ষণবী ময়াম, মথংদা ব্রাহ্মণশিং মথংদা গোপীশিং, মথংদা গোপশিং, মথংদা সখীশিং থোগল তৌদুনা শ্রীরাধিকা অমসুং য়ুথেশ্বরীশিং, মথংদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখাশিং পরেং পরেং ইশৈ শক্লুনা বন্ত্র থোংদুনা পরিক্রমা তৌই। মাদু লোইরগা মাগী মাগী থুংফমদা পোথানৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মহোৎসাওমনা বনভ্রমন লেঙই। শ্রীরাধিকাসু সূর্য্যপূজা লেঙবা শাদুনা শ্রীকুণ্ড য়োরক্লুনা শ্রী কুণ্ডা উনৈ। মধ্যাহ্ন লীলানচিংবা নিতি লীলা লোইরগা অপরাহ্নদা মাগী মাগী থুংফমদা হল্লক্লুনা স্নান, ফিজেৎ লৈতেং অমসুং জলযোগ ফংবনচিংবা নিতি লীলা তৌই।

শ্রীনবদ্বীপ্তা ভক্তশিংনা লীলা মতাং মতাংগী গান তৌদুনা তিনপ্রভুগী থোগল তৌই। অতৈ লীলাদি নিতি লীলানি।

ব্রজদা নন্দবাবানচিংবনা য়াচঙবদা মাগী মাগী শন্নচিংবা হোইহনা শ্রীবৃন্দাবন্দা কালীদহগী মনাক্তা যুমথুংক্তম শেনহনা অমুক পল্লি। মক্তম অহুদা গোদোহন লীলানচিংবা অমসুং হুমিদাংগী লুক হাবা, রাজসভামোহন্নচিংবা তৌরগা শয়ন তৌই। মথংদা মহৌশাগুমনা অভিসার লেচহনা শ্রীবৃন্দাবন য়োই, রাত্রিলীলা লোইরগা নিশান্তদা মাগী মাগী থুংক্তমদা শয়ন তৌই।

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

**গ্রহণ-লীলা—**

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

চন্দ্রগ্রহণ নত্রগা সূর্য্যগ্রহণগী মতমদা পুর অহুম্মক্তগী গোপ গোপীশিং পুমনমক দানদান লীলাদা তৌবগুমনা গোবর্দ্ধন্দা যুমথুংক্তম শেমহনা থুংলে। মতমতা মধ্যাহ্নগীনা শ্রীকুণ্ডদা অমসুং অহিংগীনা শ্রীচন্দ্রসরোবরদা নিতি লীলা শান্নে। গ্রহণগী নোংডাল্লগা হুংথিন্দা ময়াম্মক গঙ্গাস্নান, ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা গিরিরাজগী পূজা অমসুং ভোগ কৎলগা ভোজন তৌই। মতুংদা য়েংওইননা পরিক্রমা তৌরুরগা বিশ্রাম তৌই। মতুংদা প্রতিপদ লীলাদা তৌবগুমনা লীলা ওই। মথংগী নোংডাল্লগা প্রাতঃদা যমুনাদা স্নান্নচিংবা তৌরগা দ্বিতীয়াগী মতৌগুমনা সাহারাদা লাক্তুনা লীলা পূর্ণ তৌই।

**ভ্রাতৃদ্বিতীয়া লীলা—**

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিতি লীলানি।

কার্ত্তিক শুক্লা দ্বিতিয়াদা প্রাতঃদা শ্রীরাধিকানচিংবী যমুনাদা স্নান তৌরগা ফিজেৎ লৈতেং লোইরে। নন্দালয়দা শ্রীসুনন্দা গোপীনা শ্রীরামকৃষ্ণবু চন্দন নমহনা মিষ্টান্ননচিংবা হাহল্লে। শ্রীরামকৃষ্ণনা মচন্দা বস্ত্রালঙ্কার দান তৌই। লীলাসি তারগা শ্রীরাধিকানা শ্রীদামচন্দ্রবু মতৌ অহুগুমনা সেবা তৌই। চাবা লোইরগা চন্দন

মাল্য কত্তুনা থুরুমই। শ্রীদামনা রাধিকাদা বস্ত্রালঙ্কার অমস্থুং লৈপরেং পীবি। শ্রীনন্দমহারাজনচিংবা ময়াম জলযোগ লোরগা ময়াম পুন্না উপনন্দ মহারাজগী শঙ্গায়দা য়োরকই। ওহাক পোথা-রগা চাবা থকপা লোইরগা মহৈ মৈ বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা বনভ্রমন লেঙই। শ্রীরাধিকাস্থ সূর্যাপূজা লেঙবা শাহনা শ্রীকুণ্ড য়োরক্তুনা ইবুঙোগা উনৈ। মধ্যাহ্নগী লীলা লোইরগা অপরাহ্নদা হল্লক্তুনা স্নান্নচিংবা লোইরগা জলযোগ ফংই। শ্রীরাধিকা-নচিংবীনা যাবট্টা হল্লক্তুনা নিতি লীলা তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা নন্দীশ্বর য়োরক্তুনা গোদোহন্নচিংবা লীলা তৌই। মতুংগীদি নিতি লীলানি।

শ্রীনবদ্বীপকীদি নিতি লালানি ।

নৈমিত্তক চিন্তামণিদা কবিকর্ণপুর গোস্বামীনা উৎলম্বা ঝুলন শান্নফম ঃ—

তৃতিয়া—নবদ্বীপ্তা শ্রীবাসগী য়ুমদা শ্রীগৌরাঙ্গগী ঝুলন শান্ন-ফমনি।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগীনা রাধাকুণ্ডগী কোক্র পাংবদা লৈবা 'বিছায়ক' (পেসাই) হায়বা মফমগী 'কদম্বখণ্ডিদা' শান্নৈ। বনস্থু ফিস্থু হেম বর্ণ (নাপু অরাউবা)।

চতুর্থী—শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীধরপণ্ডিতকীদা ঝুলন লীলা শান্নৈ। মসি চীংথৈ পাংবদনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগীনা রাধাকুণ্ডগী অরাংদা কোক্র হায়ফেৎ লৈবদা লৈবা নন্দীশ্বরগী মৈরমগা থাগা তাইনবদা লৈবা বিগারীকুণ্ড ময়াদা হৌবা বটবৃক্ষদা ঝুলন শান্নৈ। বনস্থু ফিস্থু মেমানবা মচুনি।

পঞ্চমী—শ্রীগৌরাঙ্গনা গঙ্গাগী রাংমদা লৈবা 'অন্তর্দ্বীপ' কৌবা মফমগী চীংথৈ পাংবদা ঝুলন শান্নৈ। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা রাধা-কুণ্ডগী নোংপোক্তা লৈবা ভদ্রবন্দা শান্নৈ। ভাণ্ডানবা।

ষষ্ঠী—শ্রীগৌরাঙ্গনা অরাংলোমদা লৈবা সীমন্তদীপ্তা ঝুলন শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ডগী চীংখৈ ওইরপনা লৈবা * ভাণ্ডীর-বট্টা শাম্নে। লোহিত বর্ণ ( লৈ মচু )।

সপ্তমী—শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীঅদ্বৈতগী গৃহদা ঝুলন শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা রাধাকুণ্ডগী অরাংদা † 'লৌহবন্দা' শাম্নে। লফু-লয়োন মচু।

অষ্টমী—শ্রীগৌরাঙ্গনা মধ্যদ্বীপ্তা শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা রাধা-কুণ্ডগী মৈরমদা লৈবা **'মহাবন্দা' শাম্নে। অশংবা।

নবমী—শ্রীগৌরাঙ্গনা মাধবাচার্য্যগী যুমদা শাম্নে। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা রাধাকুণ্ডগী মৈরমদা লৈবা ‡ 'মধুবন্দা' শাম্নে। লৈচিন মচু।

দশমী—শ্রীগৌরাঙ্গনা বিদ্যানিধিগী যুমদা শাম্নে। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা রাধাকুণ্ডগী কেক্রোদা লৈবা 'নন্দীশ্বরবট্টা' শাম্নে। চুমথাং মচু।

একাদশী—শ্রীগৌরাঙ্গনা গঙ্গাদাসগী যুমদা শাম্নে। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা রাধাকুণ্ডগী কোক্রদা 'নন্দবট্টা' শাম্নে মচুদি অঙাঙবনি।

দ্বাদশী—শ্রীগৌরাঙ্গনা মুরারী গুপ্তগী যুমদা শাম্নে। শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ডগী মোইরাংলাইজীদা লৈবা 'ধবলপর্ব্বত' তা শাম্নে। মচুদি অঙৌবনি।

---

* ভাণ্ডীরবন্দা লৈবা অক্ষয়বট অমনি। ভাণ্ডীরবন্দা নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা বংশীধ্বনি তৌহনা পাতালদগী ইশিং ফাওগৎহল্লগা সখাশিংবু খোরাংবা কোকহনখি।

† যমুনা মপান্দা লৈ সৌহজঙ্ঘাসুরনা ভাকলবা মফমনি। কৃষ্ণ-বলরামগী শনশেনবুংসু ওই।

** অচৌবা বন অমনি শ্রীকৃষ্ণজন্ম লীলাগী মফমনি পোকনফমনি। মফম অসিদা পুতনা, শকটাসুর, তৃণাবর্ত্ত হাৎখি; যমলার্জ্জুন লানবিখি। উদুখল শান্নখি।

‡ ধ্রুবগী তপ তৌফমনি। কৃষ্ণবলরামগী শন শেনফমনি। বলরামনা মধুপান তৌবদগী মফম অসিদা ঙাওখি।

**ত্রয়োদশী**—শ্রীগৌরাঙ্গনা জাহ্নুদ্বীপ্তা শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা নন্দগ্রামগী মোইরাংলায়জীদা নোংচুপ ওইরপনা লৈবা 'কাম্যবন্দা' শাম্নে। মচুদি অশংবনি ( শংবান্নবা )।

**চতুর্দ্দশী**—শ্রীগৌরাঙ্গনা রঘুনন্দনগী গৃহদা শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীকুণ্ডগী খাদা লৈবা গোবর্দ্ধনগী নোংচুপ্তা লৈবা 'কবন্ধখণ্ডিদা' শাম্নে। মচুদি সনা মচুনি ( কমলারং )।

**পূর্ণিমা**—শ্রীগৌরাঙ্গনা গঙ্গাতীরদা 'আরাম' কৌবা মফমদা * 'তুঙ্গতরু' মখোঙদা শাম্নে। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা মধ্যবৃন্দাবনগী তমালবন্দা শাম্নে। মচুদি অরাংবনি। ( অঙৌবম্নু তৌনৈ )।

**নবদ্বীপ**—

† নোংপোক্তা—( ১ ) অন্তর্দ্বীপ, ( ২ ) সীমন্তদ্বীপ, (৩) গোদ্রুমদ্বীপ, ( ৪ ) মধ্যদ্বীপ। নোংচুপ্তা—( ৫ ) কোলদ্বীপ, ( ৬ ) ঋতুদ্বীপ, ( ৭ ) জহ্নুদ্বীপ, ( ৮ ) মোদদ্রুমদ্বীপ, অমসুং ( ৯ ) রুদ্রদ্বীপ।

---

* নাগকেশ্বর

† 'বৈষ্ণবাচারদর্পণ' দগীনি।

21799

